# মণিপুর পুৱারী

## কুনশুবা চহিচা


প্রোফেসার এন় সনাজাওবা

আইনগুরু (দীন ওফ লো), গুৱাহাতি য়ুনিভর্সিটি



১৯৯৭

নসনেল রিসার্চ সেন্তর

ইম্ফাল

This book is dedicated to
PATRIOTS WHO MARTYRED
FOR MANIPUR SINCE 1949

# মণিপুর পুৱারী

## কুনশুবা চহিচা

প্রোফেসার এন: সনাজাওবা

আইনগুরু (দীন ওফ লো), গুবাহাতি য়ুনিভর্সিটি

১৯৯৭

নেসনেল রিসার্চ সেন্তর

ইম্ফাল

অহানবা কোঙবা ১৯৯৭



অঙইবগী অযাবা যাওদনা,
লাইশাক অসিগী অপুনবা লাইরিক মচেং
মওং অমা লাইরিক, অমদা লম্বা থিঙই।


***অকোঙবা :***
নেসনেল রিসার্চ সেন্তর - NRC
কানচিপুর, ইম্ফাল সিটি
পিন : ৭৯৫ ০০৩।

***নম্ফম প্রেস :***
***ক্রিয়েতিভ কম্পু প্রিন্ট***
খোযাথোঙ কৈথেল, ইম্ফাল সিটি
পিন : ৭৯৫ ০০১।

***মমল :***
*১) লাইব্রেরী ইডিসন লুপা ৩০০/-*
*২) পেপরবেক লুপা ১০০/-*

# মণিপুর পুৱারী - ২০ শুবা চহিচা

## মনুংদা

# অহানবা লমাই

কুনশুবা চহিচাগী মণিপুরী পুন্নারীবু খুনাইগী, মীয়ামগী ফম্বাক্তগী, মীৎয়েংদগী পিক্লবা লাইরিক অসিদা য়েংননবা হোৎনরি। কোনুংগী, কংলাগী নত্রগা মদুগী মহুৎ শিল্লরিবা য়াইতোং খমদোংবশিংগী পুন্নারী হায়বদুদি নাখৈ শেংনমক্কী নৎত্রে —মদুগীদমক্তদি ইবিনবা থোইনা ব্রাৎলোই হায়বা লৌই। কাংলুপ অমখক্কী মায়পাকপাগী মগুনবু শক শোনবা নত্রগা, পোথোক্কী মরীঙাক্তদা য়ুমফম ওইরগা ইবা পুন্নারীগী পান্দমসু নৎতে। শম্মা হায়রবদা, খুনাই অমনা থেংনরকখিবা, থেংনরিবা এক্সপিরিয়েন্স অমদি, খুনাইদুগী সোসিয়েল দাইনামিক্স অদুবু অইবনা চেকশিন্না লৌরি।

মণিপুরগী পুন্নারী, কুনশুবা চহিচাগী মালেমশিগী পুন্নারীগী মচেৎ অমা ওইদুনা লাকই। চহি লিশিং অনিদগী তাদনা লৈরক্লবা কংলৈপাক, (হৌজিক্লা মণিপুব কৌরিবা) অসি খা-নোংপোক এসিয়াগী সিবিলাইজেসনগী মহুৎ শিনবা অমনি। খা এসিয়াগা নক্লবদগী, কংলৈপাক্লা, খা-নোংপোক এসিয়াগা য়াম্না হেন্না নকশিন্নে। ঙসিগী "এসিয়ান তাইগরস" না খুমাং চাওশিনবা ঙমলিবা মসিমক্লা কংলৈপাক্তা অকনবা ইথিল পীরবনি। ইরমদমনা কাখৎপা ঙমদবগী মথক্তা, খোঙনা লেপলিবা লৈমাই ফাওবা চিংথোরকপগী ব্রাহং হংনরকই।

ঙসিগী মালেমদা, মণিপুরগা মীশিংদা মান্নবা, নত্রগা লমগী পাকচাওবদা মান্নবা, নত্রগা হিরম অনিশিমক্তা হায়রপ মান্নবা লৈবাক ৯০ রোম লৈরিবনি। মিদল ইষ্টকী অচৌবা পান্নার ওইরিবা ইজরাইলগী লমগী পাকচাওবদগীদি মণিপুরগীনা হেল্লি। অদুগুম্না, সোভিয়েৎ য়ুনিয়নদগী মনিং তমখ্রবা লৈবাক ইস্তোনিয়াগী মীশিংদগী মণিপুরগীনা লাক্ষ মরি হেল্লি। লৈবাক মশেল চাংদম্নবা ঙাক্কী ব্রা নত্তনা, মালেমদা লমদমশিংগী ফমফম করিনো হায়না হংনরকই। ভারতকী ফিবান্দা য়াওখ্রবা মণিপুরনা, কুনশুবা চহি চাগী খুদোংচাবা অমহিক্তি শিংনবা কয়াদা য়াওনবা লাক্লরি।

কুনশুবা চহি চাগী মালেমগী শক্তম লাকপা ঐখোয়শু ঙন্মী। অহানবা মালেমগী লাঞ্জাও অমদি অনিশুবা লাঞ্জাওনা, পুরকখিবা অচৌবা অহোংবশিংগী মনুংদা পনবা য়াবদি - ইম্পেরিয়েলিজম, ফেসিজম্না মরায় চায়থখিবগা লোয়ননা, মান্নবা খুনায় থোরক্লবা হোৎনবা, ফেদরেলিজমগী চাংয়েং তৌনরকপা,

লোয়লমশিংনা নিং-থা তল্লকপা, পোষ্ট-নেসন থোবকপা, সাইন্স অমদি তেকনোলোজিনা অনৌবা লাইনিং ওইবকপা গ্লোবেল ভিলেজ অমগী মঙ মঙনবকপা অসিনি। নাকল অমবোমদনা, সুপর পবার থোবকপদগী কোলদ ৱার লোয়নবকপা, ইং কুমজা ১৯৬৯ দা সুপর পবার অমা মবাই চায়থখিবগী মতুংনা, কম্প্যুটর মালেমদা ইংখৎলকপা অসি লেপখিবা ঙমদ্রে। বিশেষজ্ঞশিংগী [illegible] ম ইং [illegible] 'বিয়াল পার্সনালিটি' হায়বা হৌদুনা 'বিলসমনিথাত্রিক্সম' অমদি মালেমগী অনৌবা যাওবা ইরমদমনা যাওনা ফংদবা ওইরবশু, মালেমগী মচেৎ অমাদ ওইদুনা লৈরি।

মালেমগী মওমগা খ্বাংথা অসিদা, মণিপুরগী ফম্ফম অমদি মানা যাওবগী অমা ওইরবদি, মদুনা মাংযোংফমদা থল্লা চওই। কুনশুবা চহি চাদা, ব্রিটিশনা মণিপুরগী নিংহৌগা নিক্তাক্লাদা প্রোটেক্তরেতনাবেং অমগী পাঙ্খত্তা। খুৎ থিংজিনবা মদুগা মইং লইনা মোদনাইজেসন অমদি দেমোক্রেসিদা লাইমিং লৌনবা কন্না হোংলকপ। অঙাংনা বাঙ্গাপুদা, মণিপুরনা ব্রিটিশকী মাংইকদা লেপ্লানী নত্তে হোম্নাংবা লমদমগী ধাত থিয়েতবশু মণিপুরদা হৌরকই মদুনা কোইরম ফাওনা শান্দোকই। ব্রিটিশ ইন্দিয়াদা, ব্রিটিশকাদমন লাম লৌথরক্রবশু, [illegible] মণিপুরনা মালেমগী লাম্বাওগী থাব থিয়েঙবা ওইবনা লৈরং। মালেমগী [illegible] পোলিটিক্সতা, ত্রায়নয মদা লৈরবনা, লমদমশিংগী মরক ওইনা থাফমশু ইল।

কুনশুবা চহি চাদা, চহিচা কয়া তাশন্দুনা লৈরক্লবা মণিপুরগী থাকদা মমৈথ মনুংদা, চিংখা ওম্মা মচিন মনাও চান্না চিংনা লমমিল্লবকপদু, মণিপুরনা ব্রিটিশকী ইন্দিপেন্দেন্সকী ইং কুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দা, মনিং তল্লবা ফংখবদ যেংনদনা লাকই। হায়নিবা মরী অসি, মণিপুরগী পাবতংবা লৌশল্লবা হোংনবকপা অমদি লৌসল্লবা মতুংদদি, হান্নগুম্না লৈবা ঙমলকত্রে হায়বা যাই। মণিপুরগী চহি লিশিং অনি লৈরক্রবা ওমৈথ ফাওবা, ভারত সরকারগী পোমিৎ ফংবদগী, যুমলোন্নবা ষ্টেটনা মাগীনি হায়না হনবা লৈতনা তাল্লকই। মার্চ তাং ২৪, ১৯৯৫ দা মণিপুর এসেম্ব্লীনা ঙমখৈবু ঙাক্কনি হায়ববশু, অকনবা ফিবেপ অমা লৌবদি নৎত্রি। মার্চ ১৪, ১৯৯৭ অমসুং জুলাই ১১, ১৯৯৭ তা এসেম্ব্লীনা ৱাবেপ অসি অমুক্কা হন্না লৌখবে।

মণিপুরগী যেলহৌইংদগী লৈরক্রবা চীংমী-তম্মীগী তৎন-থানবা যাদ্রবা মরী অদু অনৌবা বাজনীতিগী ফম্বাক্তা থাংগৎনবকই, অনৌবা খলদা ওনবা হৌবকই। অদুব, ইং কুমজা ১৯৪৫ দা যুনাইতেদ নেসন্সকী চার্তরনা পিবা

মতুংইন্নদি, ইং কুমজা ১৯৪৫ দা লৈবম্বা, মতুংদা লৈবকপা- শম্না হাযববদা, মণিপুর অমদি অতৈ লৈবাকশিংগী, টৈবিটোবিযেল ইন্তেগ্রিতি কাযবা যাদে, অমদি মদুবু ইন্দদুনা মলেমগী ইংতম্বা থুগাযবশু যাদে। মণিপুবগী বাজনিতিগী থাক হোংখিবগা লোযননা, মণিপুবগী ঙমখৈ, অমদি মবাইবক মণিপুবগী বা[illegible]মদা থমখিবণী বাথোক চত্থবকই। চুম্না যেং[illegible] মিৎযেংদদি, মনিংতম্বা মণিপুর লৈবাক্কী [illegible]শাগী ওইবা কনস্টিটুসন অমা ইং কুমজ্জ ১৯৪৭ তা শেমদুনা, ১৯৪৮ দা চং[illegible]বা হৌখিং[illegible]দগীদি, মণিপুবগী [illegible] দেমোক্রেতিক প্রোসেসনা লিংথোনা [illegible] হৌখ্রবা মণিপুবগী বাজানিতিগী থাক হোংবা যাবা এগ্রামেন্ত অদুবু, [illegible] চামথোকচখ্রে হাযবা যাই। মীযামগী লৈচাক লৈখ্রবা মতুংদদি, মীথামগী অযা[illegible] যাওববা মতুংদদা, লৈবাক্কী বাজনিতিগী থাক হোংবশু যাই।

ইং কুমজা ১৯৪৯ দা ভাবত দোমিনিযন্না মণিপুববু পাঙ্গল শিক্তিন্নদুনা লৌশিনখিবা মতুংদগীদি, মণিপুবগী পুবাবীদা ইতিন্নফম পুন্দ্রনা [illegible] অনি [illegible] যেং[illegible] চেঙ্খবকই। মতানবদা, মণিপুবদ [illegible]বা, ভাবতকী লৈ[illegible] [illegible] [illegible] থাংথোকপা ভাবতকী শেং থুম্না [illegible], [illegible] [illegible] শেমদুনা থাংথোকপা লৈচাক [illegible]। মানশুবদা [illegible] লৌশিনবদগী, মদগী [illegible] নিংতম্ব [illegible] [illegible] উবা যাই। মদাদ ভাবত সবকাবনশু, লৈপাক্তগী '[illegible]' [illegible] [illegible] থোকই। হার্যবিবা [illegible] ইচেল অনি[illegible]গী মবক্তা মীগা[illegible], মশাগী তুংগী মবাইবক লেপচবনা হোং[illegible]বি। ভাবতকী যিবানবু চিনা অমদি বর্মাদগী [illegible] কাযদ[illegible] ভাবত[illegible] [illegible]পুনবু অকনবা চমখৈ [illegible]ক্রবা [illegible] (আউৎপোষ্ট ওইনা দবকাব ওই। অম[illegible]মদনা, মণিপুবনা মতোম [illegible] [illegible] ফিবেপশু লৌনি। উং[illegible]নব অসিনা পুবাবীদা শাফ পীবি।

ভাবতকী স্ত্রেতেজিক ইন্তবেষ্টপু ঙাক্লনবা ওইনা উবিববা মণিপুবগী শেলথুমগী ফিভমগী মবাচেৎপা যুম্ফম অমা ভাবতকী লৈংাক্লা থোনবীবগী ম[illegible] ভাবতকী লুপা (কপয়া) বু হৈথবগা, ভাবতকী অচৌবা কৈথেলদা 'কপয' অমুক পাইপলাইন্দা চিংথোকখী - মবক অদুদা, মণিপুবগী পোৎ লৈবদা হালেংদনা কনজুমব সোসাইতিনা নিও কোলিনিযেল ইকনমীগী পাইপ লাইন ওইনা সে। তৌবা ফংজহৌই। শেলথুমগী অচেৎপা যুম্ফমদি থনমদ্রে। কনশুবা চাহি অনিশুবগী তঙ্খাযদা মণিপুবগী শেল থুমগী নিও কোলোনিযেল (লোযনশু

চেনগদবা ) ইকনমি অদু ময়েকশেংনা ওইরকই । মসিগী মায়োক্তা শিংনবকখিবা ব্লাখল্লোন হায়বতবু ভাবতকী পথাপকী মায়োক্তা চেষ্টবকখীবা ঈহৌখক্তনি হায়বা যুক্তি; কুনমাথোয শুবা চহিচাদা 'এসিয়ান তাইগর' শিংনা চঙশল্লিবা চাওখৎপগী থাক অদু, ভারতকী ফবান্দা কিশর্নবিপ্লবা মণিপুরনা মঙলুবা বানা থোকই; অদুনু মণিপুরগী কুনশুবা চাহিচাগী পুরাবানা কুনমাথোইশুবা চাহিচাদা চেষ্টবকই । তাযাপবা ঈচেল অসি মতম্ভা পুথরকখারনি ।

লাইনিক অসিনা মপুং ওইবা ব্লাবোল অমাদ মণিপুরগী পুনাগীগী অকনবা ঈচেল খবরু খনগংলগা লৈননা অপিকপা মওংদা লাকনি । মথঙ পনখীবগুম্না, লাইনিক অসি কোনুংগী ব্লাবী (কোর্ট হিস্টরী) নত্রগা, ইম্পোরিয়েলিজমবু শৌগৎনবা থেসিস অমা ওইদ্রবাননা, মদোমদা বম্না থাজবা মীওইশিংগী ওইনদি লাইনিক অসিনা কাবিশুন্মা মতেঙ ওইগনি নত্রগা পেলহনগনি হাযবা থাজবা ওমদ্রে । অদুবু, হিমালয চাঙজাওগী পাক্ষকুম্না খিল্লববা ইম্পোরিয়েলিষ্ট, সোসিয়েল এক্সপানসনিষ্টশিংনা অতিযা মতোন্দগী থাক্লা থাক্লা লাওথবকপা লাইপাং অদুগী মহুত্তা, অলভবর্নেতিভ থেসিস মচা অমখাক্তং পিক্লবা লাইনিক অসিনা পীনবা লাক্লবদা, অবাং- অপা, চিথু নাম্বুবা যাওবশু লাই । মদুবুশু লৈমংলগা নডুংদা হেন্না নাবক চুমহন্নবা হোৎনবা অইবগী অপাম্বনি । লাইনিক অসিবু ফোঙবীবিবা এন: আর: সি: গী পুবচেল চাওনবা থৌনবাশিংদা, থাইদনা থাগৎচবি । মাণপুরগী লৈবিবা ফিভমবু শকতাকপদা, কান্নবা খজিক যাওবস্লগাদ, অইবনা হোৎনজমল ফংলে হায়না লৌজগে ।

অথৌবা হেবাচন্দ্র নিংথৌশং নুমিৎ.

মে থাখায, ১৯৯৭

**প্রোফেসার এন: সনাজাওবা**

## শরুক ২

# কুনশুবা চহিচাদা কংলৈপাক্কী পুৱারীদা মরু ওইবা তাঙ্কক অমদি থৌদোকশিং

## অহানবা তঙ্খায়

ইংকুমজা

১৮৯১- চুরাচান্দনা মণিপুর ষ্টেটকী নিংথৌ ওইবা / মেক্সৱেলনা ঙাকপা

১৮৯২- লাল্লুপ কাবা মুৎথৎপা/ইম্ফাল-কোহিমা লম্বী শেম্বা

১৮৯৩- স্থার শান্নবা মুথৎপা

১৮৯৪- মণিপুরগী চীংলমদা খৃষ্টিয়ান লাইনিং শন্দোকপা

১৮৯৫- উমং লাই হরাউবা হিঙ্গৎহনবা

১৮৯৬- চাক তাংবা - ফৌ শংবায়দা লুপা ৪/-(হৌজিক্কীদা লুপা ৩০০০/-)

১৮৯৭- ব্রিটিশনা, ময়াংগী মতেংদগী মণিপুর মপান্দা চেঙ থাদোকপা লমগী খাজনা লৌবা

১৮৯৮- কোলেরাদা মী লিশিং ৬, ৫০৩ শি

১৮৯৯- গাড়ীদগী লুপা ৫/- তেক্স লৌবা

১৯০০- য়ুমকোক্তা লুপা ২/-গী খাজনা লৌবা লেপই

---

১৯০৪- চেইন্ সরভে তৌদুনা মেপ য়েকপা হৌবা / ব্রিটিশনা "ফ্রি ত্রেদ পোলিসি" তৌদুনা চেং থাদোকই

১৯০৩-৪- ব্রিটিশ সুপরীন্তেন্দেন্তকী য়ুম অনিরক মৈ থাবা -অহানবা নুপীলাল থোকপা -নুপীনা ঙস্না

১৯০৪- খ্বায়রমবন্দ কৈথেলদা নুপী কৈথেল য়োৎকী তিন্না কুপ্লা

১৯০৭- লাম্মী অমদি পুলিসকী পাৱার ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্টনা পায়শিনবা

| | |
|---|---|
| ১৯০৭ | মে ১৭- চহি ১৭ ব্রিটিশনা পাল্লবা মতুংদা, মণিপুব মহাবাজদা চার্জ শিন্নে/ব্রিটিশ লোযলম লোয়ববা |
| ১৯০৮- | জানুৱাৰী ২৫- দববাবনা প্রেস অমা লীংবদা অযাবা পীবা |
| ১৯০৯- | সেপ্তেম্বব ১৫- অনৌবা মাদ্রাশা অমা লিংবা যাবা |
| ১৯১০- | অহানবা ওইনা চীংলমগী মীকোক থীবা |
| ১৯১০ | জানুযাবী ১- শল, ইবোয, শগোল মনিপুব মপান্দা থাদোকপা যাবা |
| ১৯১০ | মার্চ ১২ মণিপুবী নত্তবা মীওই ফোবেনবসবু তেক্স লৌবা হৌবা |
| ১৯১১ | পানা ৪ না পোৎথাং মুখৎনবা ঈহৌ |
| ১৯১২ | পেতিগ্রিয়ুগী মণিপুবী (মৈতৈ গ্রামাব) ফোঙবা |
| ১৯১৩ | পোৎথাং য়াবেক সম্ভ্রি পথাপ মুখৎপা |
| ১৯১৩ | জুন ২৫- মীবৈবাকচা (ভাবতবাশী য়াওনা) খত্তুদা তেক্স লৌবগী দববাব ৱাবেপ |
| ১৯১৪ | লৈকাই ৪ গী নুপীনা লাংবদা, ববসাহেবনা তেক্স ককথৈ |
| ১৯১৫ | জানুযাবী ৩০ মপান্দা চেঙ থাদোকপা থীংবা |
| ১৯১৬ | মৈতৈলোন্না ঈশৈ শকপা হৌবা |
| ১৯১৬- | লৈঙাক পথাপ হোংদোক্নুনা, ব্রিটিশ ফম্মাযবনা দববাব প্রসিদেন্ত ওইবা ( নিংথৌনা মাবু যেংশীনবা ) |
| ১৯১৭- | কুকীগী লালহৌ- লুচীংবনা মীতৈ চীঙাখম সনাজাওবা |
| ১৯১৭- | কোহিমাদগী কোনুং যৌনা তোলিগ্রাফ লাইন তিংবা |
| ১৯১৮- | নিংথৌবু চাবোন শুবোন যাওনা মহাবাজ মিংথোন পীদুনা ইকাযখুম্নবা |
| ১৯১৯ | মণিপুব লৈঙাক পথাপ ভাবত সবকাবনা যাবা - বিফোম/কোর্টকী পাৱাব হেন্না ষ্টেটতা পীবা |
| ১৯১৯- | ওক্তোবব ১৫- শাবু সেক্রিফাইস তৌবা থিংবা ( দববাব ) |
| ১৯১৮-১৯- | অহানবা মালেমগী লানজাওদা, মণিপুব লৈঙাক্না ব্রিটিশতা লুপা লাখ ১ পাংই; লাক্ষ ১ লিশিং ৩৪ শান্দোকই। |
| ১৯২০- | থা ৬ চুপ্পা চাক তাংবা |
| ১৯২০ | সেপ্তেম্বব - চেং থাদোকপা থিংনবা বজাব বোযকোত / মণিপুব নেসনেলিজমগী মৈবা চুবা হৌবা |

১৯২০- নুপীনা কৈথেল কাদ্রবদা, কোনুংগী ফমনাইবশিংনা নুমিৎ ৪ নি নুপাগী কৈথেল কায়

১৯২১- কেদেন্ত্রেল সরভে হৌবা

১৯২১- ১৮৯১ দা লিংখীবা অহানবা হায়স্কুলদা এফিলিয়েসন ফংবা

১৯২২- সিভিল হোসপীতাল, মিলিতারী হোসপীতাল থম্বা

১৯২২- জুন- সোমরা ত্রেক্ত মচেৎ অমা কনত্রোল তৌবগী ব্রা

১৯২৩- গৌহাতি রাজবারীগী লম নিংথৌনা লৈবা

১৯২৪- মেত্রিক পরিক্ষাগী ভরনাকুলর ওইনা মণিপুরীবু কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়না শক খঙবা

১৯২৪- ব্রিনসনা ইংরাজি-মণিপুরী দিক্সনারী ইবা

১৯২৬- তাংখুলগী অহানবা নিয়ু তেস্তামেন্ত থোকপা

১৯২৬- খুঙ্গংদা দাকঘরগী খুদোংচাবা পীবা (দরবার ব্রারেপ)/ লুপা ৯২,০০০/- চঙবা ইম্ফাল হাইদ্রো ইলেকত্রিককী থৌরাং

১৯২৮- মঙ্গলচান্দ কস্তুরিচান্দনা মপান্দা চেং থাদোকপগী তক্লবা য়াবা

১৯২৮- রেদিও ব্রোদকাস্তিং তাবা

১৯২৮- কবো ভেলীবু মণিপুরদা হনজন্নবা বতলর কমিতিদা তক্লবা

১৯২৯-৩০ য়ুমজাও এক্সকেভেসন্

১৯৩০- কাছারদা নাওরিয়া ফুলোনা অপোকপা মরুপ লীঙবা (মীতৈনা ময়াং নাৎতগী নিংতম মৈরা পায়বা)

১৯৩০- হায়দ্রো ইলেকত্রিক চলায়রে

১৯৩১- পোলীতিকেল এজেন্ত হীগীন্সনা মণিপুরগী কবুইগী ইহৌ নমথৈ (১৯২৭ তগী জাদোনাঙনা ইরাং হৌবা )

১৯৩১- মণিপুরগা ভারত সরকারগা দাইরেক্ত রিলেসন থম্বা

১৯৩২- খাজনা খোমহন্দুনা, মারব্রারীগী শেলেপ তাশনবা মপুং ফাই

১৯৩৩- নুপা লাল- ইম্ফাল, ঈশিং খাজনা মুখৎপা (ওল মণিপুর পীপলস মুভমেন্ত)-লুপা ২/- দগী ১/- দা হন্থরকপা

১৯৩৩- নবেম্বর ১৯- মণিপুরী সভাগী অহানবা, মীফম-রাজনিতি লূপ অহানবা শেম্বা

| | |
|---|---|
| ১৯৩৩ | মণিপুর চাংলমগী সবদিভিজন ৩-সদর, তমেংলোং, উখ্রুলনচিংবা শেম্বা ১৯৪৭ ফাওবা চথবা |
| ১৯৩৪ | এপ্রিল - মণিপুরী সভাবু, মণিপুরী মহাসভা ওনবা |
| ১৯৩৪- | 'বন্দে মণিপুর মাতরম' শক্তুনা, নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা শেমই- অহানবা বার্জনিতি খোঙহৌ |
| ১৯৩৬ | মহাসভা, তাবাপুর মীফম, শিলচর |
| ১৯৩৭ | ফেব্রুবারি ২৮ মহাসভা, মন্দলে (বর্ম্মা) মীফম মণিপুরদা অহানবা বেদিও ২ ৩ খোঙই। |
| ১৯৩৮ - | মহাসভা চাঙা মীফমদা 'হিন্দু ' বাহৈ লৌথোকই। মাংবা শেংবগী যেৎনবদা ইবাবোতনা ব্রহ্ম সভাবু মার্যথাবা পাবা |
| ১৯৩৯ | মহাসভানা লেজিসলেচর লিংনবা মহারাজদা তক্লনা মহাসভা আইন্না থিংবা লূপ ওইবা |
| ১৯৩৯ | দিসেম্বর ১২ নুপালাল আনশুবা |
| ১৯৩৯ | মহাসভা ২ খোক্তুনা, প্রজা সনমেলনী শেম্বা |
| ১৯৪১ | মহারাজ চুরাচান্দনা 'মণিপুর ফাইতার প্লেন' ১ (মমল লুপা ৫৮,০০০ পীবা ) ব্রিটিশতা পাংবা / নিংথৌ শিবা |
| ১৯৪১ | বোধচন্দ্রনা মহারাজা ওইবা |
| ১৯৪২ | চাক যাম্না তাঙই ফৌ শংবাযদ লুপা ২০/ (১৯৯৬ কী বেৎতা লুপা ২,০০০/ ) |
| ১৯৪২ | মে ১০ জাপান্না ইম্ফালদা বোম থাদৈ। |
| ১৯৪২ | মে ১৬ নোংথক্তুগী ইম্ফালদা লান্দাবা |
| ১৯৪৩ | এপ্রিল ২০ ২১ ইম্ফালদা বোম থাদবা |
| ১৯৪৪ | চাষ কোর্ট লাঙদুনা, জুর্দিসযাবীগা একজেকুতিভকা খাযদোক্লবা |
| ১৯৪৪ | এপ্রিল ১৪ আই এন-এ অর্মাদ জাপানীজ কেপতেননা মোইরাংদা, মণিপুরগা যুমলোন্নবা-লৈবাক ভাবতকী ফিবাল যুংই। |
| ১৯৪৪- | জুন ২ ৫বা ভাবতকী দিভিজন লাকপদগী, অজাদ হিন্দ ফৌজ হন্দোকহনখিবা |
| ১৯৪৪- | এপ্রীল-আগষ্ট এলাইদ ফোর্স ১,৫৫,০০০ গা জাপানীজ লান্মী |

৫৭,০০০ + আজাদ হিন্দ লাশ্মী ৮,৮০০ গা থেংনবদগী, ইম্ফালবু এলাইদ ফোর্সনা কনথোকই।

১৯৪৪- জাপানগী জেনেরেল মুতাঘাচী ১দি ব্রিতিশ এদমিরেল মাউন্তবেতন মণিপুরদা লাকপা

১৯৪৪- ভাইসরোয় লাক্কুনা মোইরাংদা চৎপা

১৯৪৫- মে ১৪- মণিপুরদা মীঁতে মরুপ লীঙবা (নেসনেলিজম পোকপা)

১৯৪৫- ব্রিটিশতা নিংথৌনা চহিগী লুপা ৫০,০০০ পীবদু তোকপা

১৯৪৬- দি: এম: কোলেজ লীঙবা-অৱাংবা থাক্কী মহৈ পীবা হৌবা

১৯৪৬- মণিপুর কৃষক সভা, মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস পার্টি পোকই ।

১৯৪৭- ফেব্রুয়ারী- মীঁরৈবাক ভারতকী পোলিতিকেল দিপার্টমেন্তনা, মণিপুরগী চীং-তম অনিবু পার্টিশন তৌদুনা, মণিপুর থুগায়নবা প্লান শেম্বা

১৯৪৭- মে- অসাম লেন্দ এণ্ড রিভেন্যু রেগুলেসন, ১৮৮৬ মণিপুর তমপাক্তা চৎনৈ ।

১৯৪৭- মণিপুর ষ্টেট হিল পীপলস রেগুলেসন, ১৯৪৭ চৎনৈ।

১৯৪৭- জুলায় ২৬- মণিপুর মশাগী কনষ্টিট্যুশনেল ওইবা সরকার লৈবা (নিংথৌনা লৈবাক ঙাকপা লোইরে)।

১৯৪৭- আগষ্ট ১১- কনষ্টিট্যুশনগী অয়াবা য়াওদনা ভারতকা এসেসন এগ্রীমেন্ত, নিংথৌনা সহি তৌবা, মদুবু পোষ্টতা থাখিবা

১৯৪৭- আগষ্ট ১৪ নোংয়ায়- শরক শিরুরবা (ব্রিটিশনা মরক থৎলুরবা) নিংতম্বদু হন্না ফংবা - এম: কে: প্রীয়ব্রতনা চীফ মিনিষ্টর ওইবা

১৯৪৭- আগষ্ট ২৮- নিংথৌনা মণিপুর মনিংতম্ববু ওফিসিয়েল ওইনা লাওথোকই।

১৯৪৭- কুকী নেসনেল এসেম্ব্লী লিংখৎপা

১৯৪৮- কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংবা ; মথংদা সোসিয়েলিষ্ট পার্টি লিংবা

১৯৪৮- ফেরুয়ারী ২৮ - ইরাবোতনা এসিয়াদা লালহৌনবা মীফম কালকতাদা য়াওবা

১৯৪৮- জুন ১১- মণিপুর এসেম্ব্লীগী মীখল তৌবা

১৯৪৮- জুলায় ২৭- মীয়ামনা লৈঙাক লৈজরে। ( নিংথৌগী পাবার মাংখ্রবা)

১৯৪৮- ওক্তোবর ১৮, এসেম্ব্লী ফন্না হৌবা

১৯৪৯- সেপ্তেম্বর ১৮- মণিপুর মহারাজবু মীবৈবাক ভারতকী লাম্মীনা লাঙ্গোয় চনবা (পতেলনা ওরদর তৌবা) মিলিতরিনা সিজ তৌবা

১৯৪৯- সেপ্তেম্বর ২১- ভারত লাম্মীনা ফারবা মহারাজবু,আইন্না য়াদবা উপাই শিজিন্নরগা মর্জর এগ্রীমেন্ত সহি তৌহনবা (অকুপ্পা তারিখ কয়া মণিপুর লৌশনবদা য়েংবীগদবা)

১৯৪৯- ওক্তোবর ১৫- ভাবতকী মেজোর জেনরেল অমরসিংহনা মণিপুরবু লৌশিনবা (ওক্যুপেশন ওফ মণিপুর)

১৯৪৯- ভারত ইয়ারব্রেজ প্লেন্না মণিপুর ১দি ভারতকী মরক্তা পাইবা হৌবা

## অনিশুবা তঙ্খায়

১৯৫০- মে- হিজম ইবাবোত মণিপুরগীদমক্তা বর্ম্মাদা খুৎলাই পায়বশিংগা লোয়ননা চৎখিবা

১৯৫১- ছাত্রগী অন্দোলন

১৯৫১- সেপ্তেম্বর ২১, মণিপুর কম্যুনিষ্ট কন্সপিরেসি কেশ-কোর্টকী রায় : কম্যুনিষ্ট ১৬ ফাদোক পীবা - চহি ২১ গী ফাদোক্কী রায় শেমদোকপা

১৯৫২- মনিংতম্ৰন্না মণিপুরবু পার্ত-সি ষ্টেট কৌবা স্বায়দগী নেম্বা থাক্তা ভারতনা ইন্থুবা; কাবো ভেলী, ভারতনা বর্ম্মাদা য়েৎনদনা পিবা

১৯৫২- চাক তাংই ।

১৯৫৩- মার্চ ২৮,নেহরু থুংলবা - নোংমা লৈরগা উ-নু থুংলবা- মতুংদা কাবো ভেলী, ভাবতনা বর্ম্মাদা য়েৎনদনা পীরদুনা চিনা অমদি বর্ম্মাবু থেন্বা

১৯৫৩- এদভাইজরী কাউনসিলনা চীফ কমিস্নারবু তেংবাংবা

১৯৫৩- এপ্রিল- মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়ন্না মণিপুরগী মনিংতম্বা মীয়ামদা লাওথোকপা

১৯৫৪- নবেম্বব- প্রজা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিনা বেসপোনসিবল সরকার তানবগী অন্দোলন

১৯৫৫- মহাবাজা বোধচন্দ্র থুপখিবা

১৯৫৬- মণিপুব হিল ভিলেজ অথোবিতি এক্ট শেম্বা মণিপুবদা চীংমীগী ঈহৌ

১৯৫৭- মণিপুববু থেংখাং ২বক শুবদা, পার্ট সি দগীশু ইম্ফুবগা, যুনিয়ন টেৰিটোৰিগী থাক্তা ইন্থখবে টেৰিটোৰিয়েল কাউন্সিলগী (টি. সি.) চিযাবমেন খনবা লোযচনবগী অবাংবা থাক

১৯৫৮ চিযাবমেন অনৌবা অমা খনবা

১৯৫৮ আগষ্ট আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱাব এক্ট, ১৯৫৮ পার্লামেন্টনা পাস তৌবা মণিপুবী প্রজাশিং ঙাংপদা, [illegible] [illegible] (মোশাইদ মাংনা আইন শেমজিন্নবা)

মণিপুব লেন্দ বেগুলেসন এণ্ড লেন্দ বিফোমস এক্ট, ১৯৬০ চংনদনা ষ্টেটনা চাংতম পুন্সগী সম মপু ওইবা (ষ্টেট না [illegible] হিল এবিয়ানা [illegible] লাওথোকপা ঙমই)। পাথংনা লৈমবাগী যুমদা কোইবা, লৌবৈনা তিদাক থকপা তৌনবক্নবা

১৯৬০ এপ্রিল ১১ এসেম্ব্রী দিমান্দ কো। ওর্দিনেসন কার্মাত শেম্বা

১৯৬০ এপ্রিল ২০- এসেম্ব্রী দিমান্দগী অন্দোলনগী থাক ব্রাংখৎপা

১৯৬০ এপ্রিল ২৫- পোলিসনা অন্দোলন তৌবা মণিপুবী লিশিং কযাদা নোংমৈ বাউন্দ ১০ কাপই ।

১৯৬২- টি সি চিযাবমেন অমা হোংবা

মৈতৈ ষ্টেট কমিটিনা মতম অমত্তদা আর্মদ প্রোপেগন্দা, ইদুকেশন অমদি মণিপুব মনিংতম্নবা খুৎলায পাযবগী লালহৌ তৌবা (ইম্ফালদা মিৎকপ থোকপা)

১৯৬৩ জুন- লেজিসলেতিভ এসেম্ব্রী ওনবা কঙ্গ্রেস মকোক এম: কোইবেংনা চীফ মিনিস্তব ওইবা - কঙ্গ্রেস বাজ।

১৯৬৪- নবেম্বব ২৪- মণিপুববু নিংতম্নবগীদমক, খুৎলায পাযদুনা লালহৌনবগী ব্রাবেপ লৌদুনা, যুনাইতেদ নেসনেল লিববেসন ফ্রন্ত লিংবা (মমাংদা, বিভোল্যুসনাবী কমিতি)

১৯৬৫- আগষ্ট ২৭- মহৈবোয লিশিং কযাগী, মীযামগী চাক তাংবগী

অন্দোলন্দা আসাম রাইফলসনা, চীফ কম্মিস্নাব কমপাউন্দা পুং ১ রোম নোংমৈ কাপপা- পুরারীদা, মী পুম্নমকপু ফাজল্লগা হকথেংননা অহানবা ওইনা মীয়ামদা নোংমৈ কাপ্পা-মীশি মীনা কয়া থোকপা

১৯৬৫- আগষ্ট তাং ২৮ - ওল মণিপুর স্টুদেন্টস য়ুনিয়ন পোকপা

১৯৬৫- নভেম্বব তাং ২৩ - মহৈবোযদা নোংমৈ কাপ্পগী, মিত্র কম্মিসনগী রিপোর্ট

১৯৬৭ - চৈথাবোল কুম্বাবা ফোঙদোকপা - পুরাবী মীয়ামদা য়ৌবা

১৯৬৭- ওক্টোবর তাং ১৩ - অহানবা কঙ্গ্রেস নত্তবা মিনিষ্ট্রি লিংবা

১৯৬৮- জুলাই তাং ২৬ - নাগা ইন্টিগ্রেসন কম্মিটিগী জেনেরেল সেক্রেটরিনা ভাবতকী পী-এম দা ৱাকৎপা

১৯৬৮- ডিসেম্বর- পান-মি-ল লিঙবা। এম-সু গী মতেং

১৯৬৯- মে ১৯- আর-জি-এম না ইম্ফাল কোলেজদগী শেল খোমখিবা

১৯৬৯ আগষ্ট ১-৬, য়ুনাইতেড নেসনেল লিবরেসন ফ্রন্টকী মেম্বরশিংনা আব: জি: এম: শেমদুনা খুৎলাই পাযনবা হোৎনবদা ত্রিপুবা সবকাবনা ফাবা -কোন্না এমনেস্টি পীবা - লৈতাহনবা

১৯৭০ - চহি হৌবদা - ষ্টেটহুদ ফংনবা তানবা

১৯৭১ - দিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিল এক্ট শেম্বা

১৯৭১- ডিসেম্বব ৫- আব: জি: এম: না ইস্ট পাকিস্তান্দা, গাজিপুবদা ইন্দিয়ান আর্মী ১০০ হাৎখি।

১৯৭২ - জানুৱারী তাং ২১ -মনিং তম্লম্বা মণিপুর লৈবাকপু ভাবতকী ষ্টেট ওইনা থমএ।

১৯৭২ - মণিপুব পিপলস পার্টিগী মৈতৈ - পাংঙল অলিম্মুদিননা মণিপুর ষ্টেটকী অহানবা সরকার শেম্বা

১৯৭৩ - ভারতকী সাহিত্য একাদেমীনা পাচা মীতৈদা অহানবা এৱার্দ পীবা

১৯৭৪ - লৈপাক্তা রাজনিতিগী লৈতাদবা হৌবা - দিফেক্সন মপুং মরৈ ফারবা

১৯৭৫- সনামহি লৌনবা লাইনিংগী ঈহৌ - নেসনেলিজমগী য়ুম্ফম

১৯৭৬- ওক্টোবর ৯ - পীপলস রিভোলুসনবি পার্তি ওফ কংলৈপাক শেম্বা

১৯৭৭- জনতা পার্টিনা মীচেল দিফেক্তবশিংগা পুল্লগা সরকাব শেম্মী।

১৯৭৮- সেপটেম্বর ২৫ - পীপলস লিবরেসন আর্মী (পী:এল:এ:) না মণিপুরবু মনিং তমহন্নবা শেম্বা, খুৎলাই পায়বগী নিংতম লালহৌগী থাক্তা চঙবা

১৯৭৮- পী: এল: এ না পুৱারীদা অহানবা ওইনা, ষ্টেটকী কোনুং ময়াইদা, নুংথিল পোবোপ্তা মীয়াম মমাংদা ভারতকী সিফাইদা এতেক্ত তৌবা, হাৎপা - মালেমনা তাবা

১৯৭৮ - মীতৈবু হিন্দু ওনবা পামদবশিংনা ময়াংগী লাইরিক ৫০০ মৈ থাবা

১৯৭৮ - মণিপুর নেসনেল ফ্রন্টকী অকনবা থবক লৈবা; মীরমদগী ৱাইরকখিবা সরস্বতি পুজা মুৎখিবা - মণিপুর মহৈরোয়না সরস্বতিগী মতেং য়াওদনা মশা মশানা মহৈ তম্বা হৌবা অহানবা; হিন্দু লিচৎ তপ্পা থাদোক্লরকপা

১৯৭৮- মণিপুরগী ওফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ থম্লবা বিল-কোন্না এক্ট থম্বা

১৯৭৯- সেপ্তেম্বর ২২ - প্রি-পাক্লা রাইফল ১৬ মুনবা

১৯৮০- অপ্রিল ১৪ - কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখিবা

১৯৮০- ওক্টোবর ১৫ - ওল মণিপুর স্টুদেন্টস ইউনিয়ন (এম-সু) না নুমিৎ অসিবু , খ্বাইদগী অহানবা ওইনা "ইক্লিপস দে" হায়না পাঙথোকই

১৯৮০ - মণিপুরদা অহানবা মপুং ফাবা মণিপুর য়ুনিভর্সিটি লিঙদুনা অৱাংবা থাক্তা চঙবা

১৯৮০ -৯৪ (জুলাই ২২, ১৯৮০) এম-সুগা মণিপুর চিফ মিনিষ্টর আর: কে: দোরেন্দ্র সিংহগা মীরৈবাকমচাবু তাম্থোকপগী য়ানচে সহি তৌনবা (একোর্দ) আগষ্ট তাং ৫, ১৯৮০

১৯৮৪- মার্চ ১৪-হৈরাঙ্গোইথোংদা সি: আর: পি: এফ: না মীয়ামদা নোংমৈ কাপ্পা, মীয়ামবু ওৎপা-জিনোশাইদকী লিচৎ মীয়াম্না উবা ফংবা

১৯৮৭- জুলাই ১১ - মেজোর জেনরেল কুক্রেতিনা মণিপুরী নাগা তাবা ওইনামদা, মীচম কয়াবু হাৎপা, খুঙ্গং মৈ থাদুনা মীয়াম্বু ওৎনৈবা চৎথরকই। মণিপুরী নাগা লালহৌবশিংবু হাৎলী।

১৯৯০- মে ২২ - আই: বি: আর: এফ: শেম্বা।

১৯৯১- নভেম্বর ২৪ - য়ু: এন: এল: এফ: লানজঙ চঙলগনি লাউথোকই ।

১৯৯২- এপ্রিল ২৬ - মে ২ - এমসুনা মণিপুরী লোলবু কন্সটিট্যুশনদা চন্নবা হাপ্তা অমা মণিপুর বন্ধ কৌবা ।

১৯৯২ আগষ্ট তাং ২০ - মণিপুরী লোলবু কন্সটিট্যুশনগী ৮ শুবা সেদ্যুলদা চন্নবা পার্লিয়ামেন্টনা যুনোনমস ওইনা কন্সটিট্যুশন শেমদোকই ।

১৯৯[illegible] মাওইবগী চক ভারতকী লাম্নীনা - থানানা থুগাইবগী মাযোক্তা মণিপুর লাগাম্লবী ইচৌ [illegible]খিনা (১৯৯[illegible] )।

[illegible] অক্টোবর তাং [illegible] লেফ জেনেবেল বি কে-নায়ার, মণিপুর গভর্ণরনা প্রাইম মিনিষ্টরদা থারা রেপোর্টতা চক মিনিষ্টর বিশাং [illegible] পাম্নোম ওই হায়না, কুপনা ইখংগো

[illegible] জুলাই ২৮ - ২৯ নেসনেল কনভেনসন মণিপুর ভারতনা [illegible]শিনা [illegible] এগ্রিমেন্ট ১৯৪৯ বু লাল্লি, চংনবা [illegible] হায়না বারেপ তাবা

১৯৯৩ মণিপুরগী লালহৌবা নূপাশিংনা পুনশিল্লবা অমব্রেলা বোদি আর: জে: সি. শেমই ।

১৯৯৪ ডিসেম্বর ৮, ৯, ১০ মীয়ামনা মণিপুর মরোমদোম লেপ্পগী বারেপ লৌবা (পোলোগ্রাউন্দা)

১৯৯৪ ডিসেম্বর ২৯ - মণিপুর এসেমব্লি মনুংদা, অকোযবদা, ভারতকী দিমোক্রেসি মপুং মরৈ ফাবদুনা, সেক্রেটরিবু ফুবা, মেম্বরশিংনা শা লান তৌবা, নোংমৈ পায়বা, অকিবা শক্তম।

১৯৯৫ জানুৱারী ৭, সি: আর: পী: এফনা রিজিয়নেল মেদিকেল কোলেজদা, মীয়ামদা নোংমৈ কাপ্পুনা মী মাপল হাৎপা

১৯৯৫ - মণিপুরগী নিংতম ঈহৌ লূপ যু: এন: এল: এফ: না মণিপুবনা মরোমদোম লেপ্পগী রাথোক মালেমদা, জেনেভাদা চত্তুনা থাঙ্গৎলি।

১৯৯৬ - জানুৱারী ১৩ মীফমদা ১৯৪৭কী ইন্স্ট্রুমেন্ট ওফ এসেসন চৎনবা য়াদে হায়বা কনসেন্সস (এম: এস: এস: এ: অমদি লূপ অহুমনা শিনবা)।

১৯৯৬- ওক্টোবর ১৫ - মীয়াম্না, মণিপুর লৌশনবদা পেন্দবগী চেক মুক লাউদ্রবা মণিপুব বন্ধ তৌই। চথরকপা থৌদোক্তা-ওল মণিপুব

স্টুদেন্তস য়ুনিয়ন্না মণিপুর মরোমদোম লেপচনবগী হক তানবগী ৱাফম লাউথোক্পা

১৯৯৬- ডিসেম্বর,আর: পি: এফ: না য়ূনাইতেদ নেসন্স কী দি কোলোনাইজেসন কমিটিদা মণিপুরবু মনিং তমহন্নবা মেমোরেন্দম পিশিনখিবা।

১৯৯৭- এপ্রিল ৭ - য়ু-এনগী হিয়ুমেন রাইটস কম্মিসন, জেনেভাদা, কমিটি ওন হিয়ুমেন রাইটস, মণিপুরনা ওল্‌তর্নেটিভ রিপোর্ট অমসু পিখি। মদুদা য়ূম্ফম ওইদুনা, এমনেস্তি ইন্তরনেসনেলনা আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার্স এক্ট লৌথোক্লবা তক্লখিবা

১৯৯৭- মার্চ ১৪, মণিপুর এসেমব্লিনা মণিপুরগী ঙমখৈ কায়হন্দনবা ৱারেপ লৌখি।

১৯৯৭- জুলায় ১১, এসেমব্লিনা ঙমখৈ থুগায়বা থিংনবা ৱারেপ অমুক হন্না লৌই।

১৯৯৭- জুলায় ২৮, কোহর/ সি: পি: এম: পি: না ইন্দিজেনস মীফম, জেনেভাদা মণিপুরবু পুখৎপা।

ব্রা হৌদোক্তা, পুৱারীগী পিবুক্লুংদা মখল কয়াগী শাফুনা ইল্লকপা অমহিক্তি, শাফুশিংগী মরক্তা লৈনরিবা, মুক্করিবা মরী পনঞ্রে। কংলৈপাক (মণিপুর) গী কুনশুবা চহি চা- য়াম্না তেনঞ্রবা মতমগী তাঙ্কক অসিদা, খরা কম্না উংশিন্দুনা লৈখীবা ঈরে খরগী ইথক ইপোমদা অমসুং পুৱারীগী কুমহৈদা শক্তম লাংলিবশিংনা শাগোম্নরকখিবা থৌদোক খিবিক্লা, পুৱারীগী মচল ওইদুনা লাকই। হায়রিবা উংশিন্দুনা লৈরক্লিবা ঈরে অমহিক্তি, মখোয়গী তুংইল্লকলিবা ঈহল খরা, পীক্রবা লাইরিক অসিগী মতুংগী পন্দুপশিংদা নৈনরক্কনি। মদুগী মথক্তা, কংলৈপাক্কী পুৱারীনা কাখৎলকপদা নত্রগা মরায় চায়থরকপদা, থেংগাং থেংগাংদা থোকখীবা থৌদোকশিং অমদি থোকখীবা চহিশিং মথক্কী পন্দুপ্তা পীঞ্রে। মদুবু য়েংখৎপদা, পুৱারীগী য়াম্না মপুংওইবা মিংকুপ খরদি, হঙ্গৎনা খুদুং লীবা ঙমই।

কুনশুবা চহিচাগী অহানবা চহি য়াংখৈ অসিদা উবা ঙমঞ্রীবা পুৱারীগী ঈচেলবু অশুম্না শিংথাবা য়াই : অশেঙবা লৈঙাক্লোন (পোলিতিক্স) কী পাঙ্গল (পৱার) দে ফেক্তো গভর্ণমেন্ত ব্রিটিশকী মখুৎ চনঞ্রবদা, মণিপুরগী আইন্না পীবা দে জুরে গভর্ণমেন্ত হায়বদুদি মণিপুর মহারাজগী খুত্তা লেঙদনা লৈরকই। মদুমক্লা চাদা চা ব্রিটিশকী কোলোনী মণিপুরনা ওইরকই হায়বদা, খজিত্তং খঙ্গনবগী তানজাদু পীরকই। মালেমগী য়ানপথাপ্তা, ব্রিটিশ পেরামাউন্তসী হায়বশি, ব্রিটিশ ইন্দিয়া হায়রিবা ব্রিটিশকী লোয়লম অসিগা য়াম্না খেন্নরবা, শিংথাবদা ৱাবা লৈবাকশিংগী মখল অমগী মরী হায়বদুনি। হান্না হৈদুনা লৈরবা কাংখুল অমদা ফৎ হেক হৈজিন্নগা, পেরামাউন্তসী হায়বসি মাগী ফজদবা লীচৎ কয়া লৈজরবশু, কোলোনিয়েল গভর্ণমেন্তনি হায়বসু চুমদে। লৈঙাক অদুদি মণিপুরগী সরকারনি- মণিপুরনা ঙাকচবনি, ব্রিটিশনা খুৎথিংজনবনি।

দে ফেক্তো সরকার ওইনা খুৎথিংজিন্নিবা ব্রিটিশকী খুত্তা লাম্নী-থানাগী মপাঙ্গল লৈখিবা অমহিক্তি, লৈঙাকলোনগী চুপলি মীরেবাকচানা পায়শনখীবদগী,

মণিপুরগী মহারাজনা উকং হুংলায় ওইনা লৈবাক ঙাক্লকই। অহানবা চহি য়াংখৈ অসিদা শেলথুমগী মরী, খাজনা খোমগৎপদগী, চেঙ-চাক, পোৎথোক মপান্দা থাদোকপদগী, মণিপুর মীয়াম্না খাংঙমদবা চৈনা ফংবগা লোয়ননা, নাকল অমরোমদনা খুনায়গী অহোঙবা কয়া, মোদর্ন সাইন্স অমদি তেক্নোলোজী অমদি মহৈ তম্বগী, চাওখৎপগী অহানবা খোংথাংদা, ব্রিটিশগী মতেং লৈবাক অসিদা য়ৌরকখি। মণিপুরী নেসনেলিজম য়াকায়রকপগা ইরোয়ননা, নুপীগী ঈহৌ, কুকিগী, কবুইগী ঈহৌ- পুন্নমকশিগী মথক্তা, অহানবা অমদি অনিশুবা মালেমগী লানজাওনা পুথরকপা লোয়লম মুখৎলগা শাগৎপা নিংতম্বগী অকনবা ঈহৌ, ঐখোয়গী ইরৈপাক- ইরমদমদশু থোরকখী। মণিপুরী রিনাইসাঁ (য়াকায়রকপা) অমসুং চীংলমদা, নোংচুপকী চৎনলোনচৎ, খৃস্তিয়ান লাইনিং য়ৌরকপদগী, চীং-তমগী অপুনবা মণিপুরী (কংলৈচা) দা, পাকথোক্লবা মালেমগী মীৎয়েং (ব্রার্লদ আউৎলুক) শেমলকই। হিন্দুস্থানগী অখুবা মীৎয়েংবু তুংদা থনম্বা ঙমই। হায়রিবা মালেমগী মীৎয়েং অমদি ঈ-পাও লৈঙাক ( ইনফোরমেসন-রেজিম ) দা য়ুমফম ওইদুনা, কুনশুবা চহিচাগী অনিশুবা চহি য়াংখৈগী পুব্বারীগী ঈচেলগী মায়কৈ লেপলকই।

পুব্বারীগী ঈচেলগী পিবুকনুংদা, ফিবান্দা মোঙহাদনা তপ্না চেঙ্খৃরিবা খোংলমগা, অকনবা ঈরৈ অমসুং ঈহলনা পীরকপা শাফুগা অমত্তা ওইনা তিন্নরগা , ঈচেলদুগী মায়কৈ লেপই। করিগুম্বদা, অকনবা চীংজাও নত্রগা ঈচেলনা তুমহনবা ঙমদবা লৈকলনা অপনবা পীরবশু, মদুদগী থৈদুনা চেঙ্খৃরকপা ঈচেলদুদি খক লেপ্পা নায়দে। অসুম্না, অনিশুবা চহি য়াঙ্খৈগী শক্তম ঐখোয়না লাকশন্নবা হোৎনবা তারকই। লৈঙাকলোনগী চুপলি মীরৈবাকচানা মুনখিবনা মরম ওইদুনা পোখোক পুথোকপা, কৈথেল থিবা - শেলথুমগী ফিভমসু মীরৈবাকচানা মখোয়গী খুদোংচানবা খক্তং য়েংলগা লেপলমই- মদুদগী, ঙসিগী ফিভম্না য়াম্না হোংলবনি হায়বা য়াদ্রি। অনিশুবা তাঙ্কক অসিদা ময়েক শেংনা উবা ঙমলিবা শক্তমদি, পুব্বারীনা মথংগী মীরোলদা শিন্নবিরকখিবা মণিপুরী নেসনেলিজম অমদি, মদুবু য়োমশল্লরিবা নত্রগা য়োৎশল্লুরিবা ভারতকী নেসনেলিজমগা লৈনরীবা মরীদা অঙম তান্নবা , মুক্লবা অমহিক্তি, তঙায়ফদবদগী মায়োক্লরকপা তাবগী ফিভম অসি উবা ফংই। হিন্দুস্থান (ভারত) কী পাকথোকপা, লোয়বা নায়দ্রবা ইম্পেরিয়েলিজমনা, মদুগী কয়াত্তা নমজা নমথেক্লনা ইরমদমবু শাগোন্নখ্রবা মতুংদা, মনিংতল্লম্বা মণিপুরনা হিন্দুস্থানগী লোয়লম ওইদুনা লাকই।

চাওখৎপা (দিভেলপমেন্ড) কী মতাংদা য়েৎনবদা, মণিপুর মশানা

চাওখৎফম থোকপা অদুমখৈ- মদুদগী খরবু হেন্না শোখনা - লোয়লম ওইরিঙৈদা চাওখৎলকই। ভারতনা ব্রিটিশকী লোয়লম কুয়না ওইরমদ্রবদি, ঙসি ঙরাং ময়াংমচা ভারতবাশীনা মমিৎ মমায় খর পাঙলুরগা, ঙমখৈদা লৈবা ষ্টেট (পেরিফরেল ষ্টেট) তা, অচৌবা শাবগী য়েংলিবা মীৎয়েং অসি য়েংজবা খক ওইথোক্রমলোই। মণিপুরনা হিন্দুস্থান (ভারত) কী লোয়লম ওইরমদ্রবা তারবশু, খরমখৈদি অদুমক, নত্রগা য়াম্না হেন্নদুম চাওখৎলমফম থোকই। মরমদি, লোয়লম ওইদবা লৈবাকতি খক চাওখত্তে হায়বা মহৌশাগী আইন লৈখিদে। মুক্রবা অসিগী শত্তমদি, ভারতকী রাজনিতিগী লৈঙাক্কী ফিবান্দা থমদুনা চৎথরকলিবা লোয়লমগী - কোলোনিয়েল পোলিতিকেল প্রোসেস অমদি, লোয়লমগী মপুন্সি শাংথনবা, শেলনা মীবু লৈরবা (অয়োন পোৎকুম) চখদুনা লাকলিবা মীখলগী পথাপনা নাক অমদা লৈরগা, শম্বল ব্রাংমদনা মণিপুরগী য়েলহৌঙৈদগী মশানা খকপা নায়দনা অদুম চেষ্টজরকলিবা মরোমদোম লেপচদুনা লাকখিবগী থম্মোয়গী অমদি ঈদা তোংদা চুশনখ্রবা ঈহৌ অসিনি। হায়রিবা মুক্রবা (কন্ত্রদিক্সন) অসিবু হেন্না মপাঙ্গল কনখৎহল্লিবদি- য়াম্না মপাঙ্গল লৈবা, মীচম্মু য়াম্না কনবা ঈরৈদা চীংশনবা ঙমলিবা, ভারতকী শেনজাও পায়বগী শাগৈ মনুংদা মখুৎ চল্লবা বন্দী ওইশ্রবা মশাবু ময়াংমচানি হায়না লৌজরবা মণিপুরী অখং অহৈ, শেনজাও পায়বা হৌরবা, লৈঙাকলোনবু মখুবাক ময়ায়দা উংদুনা থম্বা ঙমলবা খ্বায়দগী মশিং য়ামজদ্রবা মী খরা (বুর্জয়া) অসিননি। হায়রিবা নৌনা শেনজাও পায়খৎলকলিবা মশিং য়াওদ্রবা মখোয় খরগী খুত্তা লোয়লমগী ফিবান মনুং চন্না লৈঙাকলোনগী, লাম্মী - থানাগী, শম্না হায়রবদা - অপুনবা 'পোলিটিকেল- ইকনমিক পব্বার' অদু লৈরে- মখোয় অসিগী মতেঙ অমসুং হনবা নায়দনা শৌগৎপা য়াওদনদি, লোয়লম লৈঙাক্লা মুক্ররিবা অসিদগী লিশাং শিংনা শমথরকলিবশি খক ওইথোকলমলোয়। মখোয়গী মরেংবান্দা তোংলবা লোয়লম লৈঙাক্লা খুমাংথাবা ঙমই মখাদা, মথক্তা পনখ্রিবা তাক্কক অনিশিবু শমলপ্পা নৈনবি। মীচম, মীয়ামগী ওইনা য়েংলুবা তারগদি, মীয়ামগী তুংকী মরাইবক নত্রগা ঙসি হিংলিবা পুন্সি মরেল অসিদগী, মশিংয়ামদ্রবা মখোয়সি শেংনখীবা কুয়রবনি।

## অহানবা তখায় ( ১৯০০-১৯৪৯)

ইং কুমজা ১৮৯১ দগী ১৮৯৯ ফাওবগী ব্রিটিশকী ওফিসার - পি: এ: মেক্সরেলনা (মাবু সাহেব হায়না ইকায়খুমনৈ) চহি ৬ তা ঙাইরিবা নিংথৌ চুড়াচান্দগী

মমিংদা লৈবাক ঙাকলিঙৈদা, মণিপুরগী মশাগী খাৎনা, চি লাওনা থোকচবা পোথোক্কগী মপান্দা চেঙ থাদোকপদগী, ১৮৯৬ তা চাক তাংই - ফৌ শংবায়দা লুপা ৪/- য়ৌই- ১৯৯৬ কী মমলদা হায়রগা, লুপা ৩,০০০/- ওইবা য়াই। মীয়ামগী হিংনবগী থাক (ক্বালিতি ওফ লাইফ) নেম্বদগী ইং ১৮৯৮ দা কোলেরানা নাদুনা মী ৬৫০৩ শিখি। মখোয়গী খুদোং চানবা ১৮৯২ দা ইম্ফাল- কোহিমা লম্বী শেমই, ১৮৯৪ দা মণিপুরগী চীংদা খৃস্তিয়ান লাইনিং শন্দোকই। চহিদা লুপা লাখ অমা মখায় ব্রিটিশতা পীবা ঙম্নবা, লমগী খাজনা ১৮৯৭ তা লৌদুনা, ১৮৯৯ দা গাড়ীগী খাজনাশু লৌই। নোংচুপকী মালেম- মীৎয়েংগা চানদ্রবা লাল্লুপ কাবা মুখৎপা অদুদি অফবা থবক ওইখি। অঙৌবশিংনা মখোয়গী পুন্সি মরেলদা য়াওদ্রবা হুন্থবা থাক্কী লীচৎতি অদুমক শেংদোকলমই। ইং কুমজা ১৯০০ দগী ১৯০৭ ফাওবগী ব্রিটিশকী প্রোকসি (খুৎথাং) রুলদা, শেলথুমগী পোলিশি নৈনবদা ফংবা মপুং ওইবদি, 'ফ্রি ত্রেদ পোলিশি' তৌদুনা, ময়াং- ব্রিটিশ মান্নরগা মপান্দা চেঙ থাদোকপা, য়ুমকোককী খাজনা লৌবা পনবা য়াই। হায়রিবা চহি ১৭ চুপ্পা মিলিতারী- দিফেন্সগী পান্নার লোয়না পায়শল্লবা ব্রিটিশকী লৈঙাক মনুংদা, চেঙ তাংবা, লৌ-উবগী পোৎথোক হুন্থরকপা, ঈচাও ঈকং থোকপগা লোয়ননা, নাকল অমরোমদনা, মীতোপকী লৈঙাকপু য়াদবগী মুক্নবা ১৯০৪ গী নুপীলালদা উবা ফংখী। ব্রিটিশকী সুপরিন্তেন্দেন্তকী য়ুম অনিরক মৈ থাখী। মসিনা অহানবা চহি য়াঙ্খেগী অহানবা তাঙ্কক ওইগনি। মীতোপ্পা মিলিতারীগী লৈঙাকলোনগী চুপলি পায়খীবনা মীয়াম্বু অৱাফমদা থমদুনা লাকই। ব্রিটিশ, বাবু ( মীতৈ) অমদি বামোন অহুমসিনা কোলুগুম্না চপখায়বদগী মীচমনা চৈনা ফংখি।

ইং কুমজা ১৯০৭ তগীনা ১৯৩৩ ফাওবগী, ব্রিটিশনা মণিপুরগী লৈঙাক, মণিপুব মহারাজদা শিন্নরবা মতুংদা, শম্না-অনিশুবা তাঙ্কক অসিগী মপুংওইবা ঈচেলদি ফুরুপকী মশক খঙবা (নেসনেল এব্রেয়ারনেস) অসিনা ওই। খুনাইগী চাওখৎপগী খোংথাংদা ১৯১২ গী পোৎথাং- মুখৎনবা ঈহৌ, ১৯১৩ দা পোৎথাং অমদি য়ারেক শন্ত্রি মুৎথৎপা, ইং ১৯১৬ তা মীতৈলোন্না ঈশৈ শকপা হৌবা, ১৯২৯ দা য়ুমজাওনা পুৱারী থিগৎপদা এক্সকেভেসন তৌবা, ১৯৩০ দা কাছারদা, অপোকপা মরুপ লীংখৎপা, উবা ফংখী। শেলথুম অমদি চাওখৎহন্নবগী মায়কৈদা ভারতবাশী মীরেবাকচাদাগী খাজনা খোম্বা, ইং ১৯০৭ তা কোহিমাগী কোনুং য়ৌনবা তেলিগ্রাফ লাইন তিংবা, ইং ১৯২০ গী চেং থাদোকপা থীংনবা কৈথেল মুৎপা, ইং

১৯৩২ দা সরকারনা মারবারীবু খাজনা খোমহন্দুনা মারবারীগী শেলেপ (কেপিতেল) তাশনবীবা, ইং ১৯৩৩ গী নুপালাল থোকপদগী ঈশিং খাজনা ককখিবা, দাকঘর অমসুং মহৈ মশিংগী খুদোংচাবা পীবা উবা ফংই। কুনশুবা চহিচাগী চাওখৎপগী য়ুম্ফম ওইনা ইং ১৯২৮ দা বেদিওদগী ঈপাও তাবা ফংবা, ইং ১৯৩০ দা হায়দ্রো ইলেকট্রিক চলায়বা, ব্রিটিশকী ডাক্তর ইনজিনিয়াবনা থবক পায়খৎপা হৌই। মীরৈবাকচানা চাওখৎপগী খুনাম থম্বগা লোয়ননা, লৈঙাকলোনগী পাঙ্গলদি ইং ১৯১৭ তগী দরবারগী প্রসিদেন্ত মীফম ব্রিটিশকী খুত্তা থমখি; অদুমকপু মহারাজনা য়েংশনবা, ব্বারেপ থিংবা (ভেতো) ঙম্বগী পাঙ্গলদুদি লৈরমই। লৈঙাকলোন্দা চরক চহিং নায়বা মতম ওই।

খুনাইগী উচলদা অহোঙবা পীরকখীবদি, ইং কুমজা ১৯১২ দা পোখাং মুথৎনবগী ঈহৌ, ইং ১৯১৭-২০ ফাওবদা কুকীগী লালহৌ, ১৯২৮ দা বতলার কমিতিদা মণিপুরগী কবো ভেলী হনজন্নবা তক্লবা, ইং ১৯২০ গী বাজার বোয়কোত, ১৯৩০ দা মীতৈ রিনাইসাগী ঈহৌ কাছারদগী থোরকপা, ইং ১৯২৭-৩১ ফাওবদা কবুইগী ঈহৌ, ইং ১৯৩৩ গী নুপা লাল (মণিপুর পীপলস্ মুভমেন্ত ) অমদি, কংলৈপাক মণিপুরদা অহানবা পোলিতিকেল পার্টি শেম্নবগী অহানবা খোংকাপ ওইনা ইং ১৯৩৩ দা মণিপুরী সভা লীংখীবগী, মায়কৈ লেপ্পা থৌদোক অমদি মুভমেন্ত খরসিনা ওই। অনিশুবা তাঙ্কক অসিগী পুব্বারীগী য়াংলেন শরুদি মণিপুরী নেসনেলিজম্না ওইদুনা লাকই। মীতৈগী ফজরবা লীক্রম-লীচৎ, নাৎ, লোন, কয়াবু সংস্কৃতাইজেসনগী মায়খুমদা বন্দী ওইনা থনম্বদগী, নাম্ভোরকপা ঙম্নবা হোৎনবদা মৈতৈগী রিনাইসাঁশু থোরকই। পুব্বারীগী অহানবা চহি য়াঙ্খেগী অহুমশুবা তাঙ্কক পনবা তারবদি, ইং কুমজা ১৯৩৩ দগীনা ইং ১৯৪৭ ফাওবদা চেষ্টখিবা ঈচেলদুনা ওইফম থোকই। অহুমশুবা তাঙ্কক অসিগী মপুং ওইবা মায় পাকপা পনবা তারবদি, মোদর্ন পোলিতিকেল পার্টি শেম্বা হৌবা, মাগী মনুংচন্না ইদিওলোজী য়েংলগনা কঙ্গ্রেস- কম্যুনিষ্টকী মুক্লবা (পোলারাইজেসন) অমহিক্তি, পুম্নমকশিগী মথক্তা, আইন কায়না ব্রিটিশনা মনিংতম্বা মণিপুরদা ঙকচাও থেকপা (পেবামাউন্তসী) অসিবু থুপচনবা ঙমখীবা অসিনা ওই।

অনিশুবা মালেমগী লানজাও মণিপুর য়ৌরক্তু না, য়ুমলোন্নবা ভারতনা হকথেংনখীদবা লানজাওগী অব্রা অনা, শেলথুমগী অচৌবা ফিভম শোকপা য়ুমকৈ কায়বা মীশি মীনাগী অব্রাবশু ইরমদম্না থৌনা ফনা থেংনখি। হঙ্গৎনা য়েংবদা, অহানবা মালেমগী লানজাও, ১৯৪২ গী ক্বিট ইন্দিয়া ঈহৌদা, ইং ১৮৫৭ কী সিফায়

লালহৌদা, ব্রিটিশনা মণিপুর সরকারগী অচৌবা মতেঙ কঙখীবদুগী মখা তারকপ ওইনা, অনিশুবা মালেমগী লানজাওদসু মীঁরৈবাকচা ব্রিটিশনা মণিপুর লৈঙাকপগী মতেঙ ফংখী। মণিপুরগী লৈফমনা পীরকপা স্ত্রেতেজিক ইন্তরেষ্ট অদু ব্রিটিশব কান্নহনখি। মদুগী ইকায়খুম্নবা, লমনশিংবা ওইনা, ইং কুমজা১৯৪৫ দগী চহিদা লুপা ৫০,০০০ মণিপুরনা ব্রিটিশতা পীরম্লদু তোকই। চহি কয়া, চহিগী হিংচাবী চাকথাব অসি ব্রিটিশতা পীরক্লনা লাকখীবদগীশু, লৈবাক্কী শেলথুমগী ফিবম শোকখি।

লৈঙাকলোনগী ফিবাম্দা অচৌবা অহোঙবা কয়া, ইং কুমজা ১৯৩৪ দগী মণিপুরগী মহাসভা (১৯৩৮ দগী হিন্দু লৌথোকখীবা) লীঙবদগী হৌরদুনা, চহি ১২ গী মতুংদা মণিপুর কৃষক সভা অমহিক্তি মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস পার্টি পোকপা,১৯৪৭ তা সোসিয়েলিষ্ট পার্টি লীংনবা খুৎমাবা অমদি ১৯৪৮ দা মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টি থোরকপনা মরম ওইদুনা, পুরকই। মহাসভাগী মুভমেন্তকী হেক মতুংদা, ইং কুমজা ১৯৩৯ দা মপান্দা চেঙ থাদোকপদগী থোরকপা অনিশুবা নুপীলালনা ১৯২০ গী মতমদা মীকপ থোকখীবা, মণিপুরগী মরৈবাকনিংবা (নেসনেলিজম) গী ৱাখল্লোন্দা অকনবা ঈনোৎ হাপখি। ব্রিটিশ পেরামাউন্তসী (ঙকচাও থেকপা) না মণিপুরগী লৌউশিংবগী পোত্থোক, অতৈ পোত্থোক্কী মরীদা ফিভম শোকহল্লবা, শেলথুম পোথোক্তুবু ব্রিটিশ- মারৱারী- লৈঙাক অহুম্না লৌতুনরগা মীঁরৈবাক্ত থাদোকপদগী, রাজনিতিগী তংতাদবা থোরকখীবনি। ইং কুমজা ১৯৩৯ গী মতুংদা, ইং ১৯৪২ দা চাক যাম্না তাংই, ফৌ শঙবায়দা লুপা ২০/ (১৯৯৬ কী রেক্তা লুপা ২,০০০/- ওইগনি ) পীখি । অহুমশুবা তাঙ্কক অসিদী, রাজনিতি পার্টিগী অচৌবা পোরম কাংখীবগীশু মথক্তা, অৱাঙবা মহৈ- মশিং তম্বা ১৯৪৬ তগী হৌন ,১৯৪৫ দগী মৈতৈগী রিনাইসাঁ (মীৎকপথোকপা) পনবা য়াই । হায়রিবা কাখৎলকপগী পাঙ্গলশিং অসি অমনা অমবু ইঁথিল পীনখিবা ঙাকনি।

য়াম্না অচৌবা লৈঙাকলোনগী থৌদোক্তি , ইং ১৯৪৭ কী জুলায় ২৬ ত মণিপুর লৈবাক্কী কনষ্টিট্যুসন অমা লৌখিবা অসিনী। অদুবু, পুৱারীগী মক্শনবা শরুক অমদি, ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১১ দা, কনষ্টিট্যুসন অসিগী ৱাংমদা, কনষ্টিট্যুসন অসিনা পাৱার লৌথোকপীরবা মনিপুর মহারাজনা, য়ুমলোন্নবা ভারতনা থারকপা স্তেন্দস্তিল এগ্রীমেন্ত অমসুং ইন্সত্রুমেন্ত ওফ এসেসন সহি তৌরগা, লৈবাক মীয়ামগা তান্নরমদনা, পোষ্টতা, নিউ দেলহীদা থাখীবা অসি ওইগনি।

মসিগী মমাঙদা, হিন্দুস্থানগী বাজনিতিৱালা অনি-সরদাব পতেল অমহিক্তি এম· কে: গান্ধী কুপ্না তান্নরগা মাঁপ । ষ্টেটকী লুচিংবা খবব দেলহীদা কয়রক হন্ন

কৌবগা, ব্রিটিশকী অমদি মহারাজগী মায়োক্তা ইরাং থোকহল্লগা, ভারতনা মণিপুর য়োংশন্নবা থৌরাং তৌদুনা লাকই। ফ্যুডেলিজমশু মুখৎপা অমসুং লৈবাকশু লৌশিনবগী পান্দমনি। ইং কুমজা ১৯৪৬ তা মদুগী অকনবা ঈহৌ লৈবীবগা লোয়ননা, ইং কুমজা ১৯৪৭ তা ভারতকী রাজনিতিরালানা তোংশন্দুনা পোলিতিকেল দিপার্টমেন্তনা, মণিপুরগী তমগী লমবু চিংগী লমদগী খায়দোক্লহল্লগা, মণিপুরবু অনিথোক্লা থুগায়নবা প্রোজেক্ট পায়খৎখী- মদুগী মহৈ অদু চহি ৫০ গী মতুংদা মণিপুরনা ঙসি চাবা ফংই। অপিকপা লৈবাক্কী মনিংতম্বা মুখৎপা, ভারতকী অচৌবা মপী-মপা য়াওদনদি খক ওইথোকখীদে। মদু রেকোর্দতা লৈবা চে-চাংনা মশক তাকই।

ইং কুমজা ১৯৪৭ তগীনা ইং ১৯৪৯ ফাওবগী য়াম্না তেম্বা মকওইবা, মবিশুবা তাঙ্কক অসিদি, অকম্বা মণিপুবী নেসনেলিজমগী দ্রামা, অমরোমদনা-হিন্দুস্থানগী ইম্পেবিয়েলিজমগী মায়খুম উপ্পগী অকম্বা থিংবা ঙমহৌদবা হুরান লান্না (সেবোতেজ) অনিসিগী মপাঙ্গোক্তবা, নৈশিল্লবা ঈবৈশিংগী য়েৎশিন্নখিবগী মতম ওই। তুংদা ইবকইবা পন্দুপ কযাদা, মবিক চুম্না নৈনরক্ক দৌবা লৈরবনিনা, ঈরৈশিং অসিগী অকুপ্পা শকলোন অমদি শাফুদি চেনাশিদা পনদ্রে। ইং কুমজা ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৪ গী নোংযাইদা, ঙকচাওথেকপা, ব্রিটিশ পেবামাউন্তসীদগী নাঙ্গোক্তুনা, অমুক হন্না মণিপুবদা মনিংতম্বা হনজল্লকখি; অদুমকপু মনিংতম্বা পুন্সি মহাও অদু লৈতোনদা তংবা নংফাৎত্রিঙৈদা য়ুমলোয়বা হিন্দুস্তান্না, মণিপুরবু আইন কায়না লৌশিনখ্রবা ফাওবদা, মদুগী চৈনা অদু খুদক্ত' ফাওবা ঙমখীদে।

শম্না হায়ববদা, মণিপুবী সেক্সন খবা থোযদোক্লা অতোঙবতা চাবা, লৈঙাকলোনগী খুজী পাযবা মখোযগী মীৎযেংদদি, ব্রিটিশকী যোৎকী বীমনা কুয়না ননবীব্লকেবা, মদুবুসু লৌথোক্লগা, মীওইদুবু হিন্দুস্থানগী উগী বীমনা মহুৎ শিনবীববা মতমদদি, হেন্নবু মশাদা যাংবা, নিংতম্বা ফংঙে হাযনা খনজবা নুংথিলগী মঙদ্রঙশু থোবকই। কবিগুম্বদা, মীওইবগী পুন্সিদা, মনিংতম্বা মুনবীখ্রবা মীওই কাংলুপুশু, মখোয়না মপুনি ( মাস্তরনি ) খনজবগা খুকমজবিবা লাৎচবিবা মপু অদুনা অপিকপা থৌজাল অমা পীবকপদা, মদুনা মঙোন্দা লোযবা নায়দবা অপেনবশু পীবা ওইথোকই। মদুনা নিংতম্বগী অশেঙবা মহাওদি ওইদে।

অহানবা তাঙ্ককপু অশুম্না শিংথানবা হোৎনবা য়াই: শেল-থুম, লৈঙাকলোনগী পাঙ্গল খুৎথাং লৈঙাক্তা লৈখিবা অমসুং খুৎথাং-লৈঙাক্কী মীওৎ মীনৈগা মুক্লবদগী মাযকৈ অনি অং.দগী হৌবকগা মণিপুবী নেসনেলিজম্না

মণিপুরীগী পুক্রিংদা য়াকায়রোল শকলকই।

ত্রেদিসন্দগী মোদর্নিজমদা চঙলকপা মতমদা মহৈমশিংগী, অনৌবা সাইন্স তেক্নোলোজীগী অমসুং চাওখৎপগী অপান্বদা খোঙদারকপগা লোয়ননা, নোংচুপকী অনৌবা লৈঙাকলোনগী উচল (ইনষ্টিট্যুসন) কয়া মণিপুরগী ফিবান্দা লাকই। অহানবা তাঙ্ককতা থেংনখিবা লৌশিং অমদি লৈঙাকলোনগী ফিরেপ্পা মণিপুরীগী থম্মোয়বু অনিশুবা তাঙ্ককতা চিংশল্লকই। য়াম্না মরুওইবদি, মণিপুরী অমগী ব্রান্ড আউতলুক হিন্দুস্থানগী অখুবা মীৎয়েংগী বন্দী ওইবা-তোকপা হৌরকই; মালেমদা মণিপুরীগী মিৎয়েং থম্বা হৌরকই, অমসুং মণিপুরশু মালেমগী শরুক অমনি হায়বগী থাজবা থোরকই। অদুমকপু, ময়াংগী ব্রাখল্লোন্দা লুপথ্রবা কয়ানা, লোয়লমগী ফিলোসোফিদা অদুমক য়ান্নদুনা লৈরকই।

## অনিশুবা তঙ্খায় (১৯৫০-১৯৯০লোয়রকপা)

কংলৈপাক (মণিপুর) বু হিন্দুস্থান (ভারত) কী ঙমখৈ মনুংদা হুন্দোকখ্রবা মতুংদা, লৈবাক ঙাকলোনগী থাক্তা, ইং কুমজা ১৯৭২ দা ষ্টেট ওইরে হায়দ্রিবা ফাওবদি, হিন্দুস্থানগী হকথেংনবা লোয়লম (দাইরেক্ত কোলোনী) গী থাক্তা লৈমায়দা ইহুরকখী। অনিশুবা তাঙ্কক্তনা, লৈঙাকলোনগী থাক্তা খজিক কাখৎপগুম্না উরবসু, মাগী মশাগী মনিংতম্লম্বগী থাক্তুদা হঞ্জনখিদবগী মরম্না মুক্রবা থোরকই। অনিশুবা চহিচা তঙ্খায়গী ইং কুমজা ১৯৫০-১৯৭২ ফাওবগী অহাম্বগী তাঙ্কক ফাওবদা, লৈবাক অসিগী শেলথুমগী ফিভম ফগৎপা ঙমখীদে, নত্রগা পোত্থোক অমদি খুৎশা হৈবগী পোত্থোক পুথোক্লবা মরীদা ব্রাংখৎহন্নবা থবক পায়খৎখীদে। লৈঙাক্তা লৈঙাকলোনগী ওইবা, হিংবগী যুম্ফমগা ম্নরী লৈনবা ব্রাফমদা লোয়লম লৈঙাক লৈবগী মায়োক্তা রেসিষ্টেন্ত (অথিংবা) মুভমেন্ত লৈপ্তুনা থোরকই।

ইং কুমজা ১৯৫১ দা মহৈরোইগী অন্দোলোন, ইং কুমজা ১৯৫০ দা, মমাংগী চহিদগী চথরকখীবা মণিপুরবু মনিং তমহন্নবা-সোসিয়েলিষ্ট রিপব্লিক অমা ওইনা লিংনবগী ব্রাশক লৌরবা মীতৈমচা কম্যুনিষ্টকী খুৎলাই পায়বা লালহৌ (কায়নথংদা, খরা অমনা লোয়লমবু কন্নবা তৌরকই), ইং কুমজা ১৯৫৩ দা মণিপুর নেসনেল য়ূনিয়ন্না মণিপুরবু মনিংতম্বা বফর ষ্টেট ওইনা মী লিশিং কয়াগী মীফমদা লাওথোকপা, ইং ১৯৫৪ দা মণিপুরদা রেসপোন্সিবল সরকার লিংউ হায়বা প্রজা সোসিয়েলিষ্ট পাটিগী অন্দোলোন, ইং কুমজা ১৯৫৬-৫৭ তা মণিপুরী নাগাশিংনশু

ভারতগী খায়দোক্লবগী লালহৌবা হৌবা, আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱার এক্ট, ১৯৫৮ না ভারতকী লাম্নীদা লমদমশিগী মীয়াম্বু হাৎপদা মনিংতম্বা পার্মিসন (রাইত তু মর্দর) পীবা, অমহিক্তি ইং কুমজা ১৯৬০ গী এপ্রিল থাদা এসেম্ব্লী তানবগী অন্দোলোন চথুরকপা অসিনচিংবনা হিন্দুস্থানগী কোলোনিয়েলিজমদা অকনবা চৈথেং পীদুনা, মণিপুরীনা মদুবু শিংনদুনা লাকই।

লোয়লম লৈঙাক্লা দেলহীদগী থারকপা, হকথেংননা কোলোনিয়েল এদমিনিস্ত্রেতর চীফ কমিস্নাব অমদা, ব্রিটিশ মচা মেক্সৱেলনা পায়রম্বা রাজনিতিগী পৱাব অদুগুম্না শিন্নদুনা লাকখি। ব্রিটিশনা খুৎথিংজিনলিঙে মতমদা, মতমদুগী চাওখৎনবগী ইনফ্রাস্ত্রকচর অমদি ইদুকেশন থল্লম্বদুগু, চীফ কমিস্নারগী মতমদদি মণিপুরগী মশাগী ওইবা চাওখৎপা থিংদুনা লাকই । পনবা য়াবা হায়ববু, কোলোনিয়েল এপারেতস্কী মপাঙ্গল কনখৎলকখী। মেক্সৱেল- সেক্সপীয়ার-হিগীন্স-সারনো-নচিংবা ব্রিটিশ মচানা খুৎথিংজিনবগী লৈঙাক থমলিঙে মনুংদা, মণিপুরদা মীরৈবাক মচা চঙহনখীদে অদুবু, হিন্দুস্থানগী লোয়লম লৈঙাক মনুংদদি, মণিপুরীশিংগী মীশিংগী বেলেন্স কায়থরক্তুনা, মণিপুরীগী খুত্তা লৈবম্বা লৈঙাকলোনগী হক মাঙথরকই। শম্না হায়ববদা, দে- পোপুলেত তৌদুনা, মণিপুরগী নেসনেল আইদেন্তিতি মুৎথৎপা হৌরকখি। লোয়লম লৈঙাকপু লেপ্পা লৈতনা থিংবা (রেসিসতেন্স) অমসুং মাযোক্লবা ওইনা, ইং কুমজা ১৯৬৩ দা মীতৈ ষ্টেট কমিতিনা ভারতকী মায়োক্তৱ খুৎলায় পাযদুনা লাল হৌবা, ১৯৬৪দা য়ু: এন: এল: এফ: লীংদুনা খুৎলায় পাযবগী ৱাশক্তা লালহৌনবা ফি শেমদুনা লৈরকপা, ইং ১৯৬৫ দা চাক তাংবগী ঈহৌদা লোয়লম লাম্নীনা খুৎলায পায়জদবা অন্দোলোন তৌবা, মহৈরোয লীশিং কয়াদা নোংমৈ কাপ্তুনা লান্দাবকপা, ইং ১৯৬৯ দা য়ু: এন: এল: এফ: কী মেম্বরশিংনা আর:জি:এম: শেমলগা খুৎলায় পায়দুনা লোয়লম লৈঙাক মুথৎনবা মীরৈবাকতা চীনাদা- পাকিস্তান্দা চৎতুনা হোৎনরুবা অমহিক্তি, ফারবা মতুংদা এমনেস্তি পীরকপা, মতুংতাবদগু, থৌদোক অমদি ঈহৌ (স্ত্রগল) হনবা লৈতনা থোরকই।

মসিগা ঈরোয়ননা, মীচম-মীযামগী পিবুক্লুংদা খায়দোকপগী (এলিনিয়েসন) ৱাখল থোরক্তুনা, চীনবুংদা 'মযাং' হাযবা নুংশিদবা, পেন্দবগী ৱাহৈনা মীতোপশিংবু শিংথারকই। ৱাহৈ অসিদী, ঈহৌ তৌবশিংনা ঙরাং নহানতমক পুথোকখীবা ৱাহৈ ওইরমদে- মশানা পুৱারীদা থোকচরকপনি। হিন্দুস্থানগী নাৎ-

লীচৎকী মমি মুখৎতুনা, লমদম অসিগী নাৎ-চ ৎনবী-ময়েক-লোন হনজন্নবগী নাৎকী ঈহৌ অমসু অদুমক থোরকই। ষ্টেটহুদ পীয়ু হায়বগী অন্দোলোনশু থোরকই। মায়োক্লবগী ঈহৌশিং অসিবু নাকোয়ননা থন্না য়ানবগী মওংদা, ইং কুমজা ১৯৭২ দা মণিপুরবু ভারতকী ষ্টেট অমা ওইনা থন্না হৌরকই । মসিশু, মণিপুরগী নহারোলগী ঈহৌগী মমলনি, খুঁদে পীবদি লোয়লম সরকারনা মখোয়গী খোঙলোয়দা পীরকখি । ইং কুমজা ১৯৭২ দগী কুনশুবা চহিচানা লোয়রকপা ফাওবগী অনিশুবগী তাঙ্কক অসিদা, রাজনিতিগী মুক্লরিবা ঈচেল অনি চেষ্টমিন্নরকই - অহান্বনা, ইং কুমজা ১৯২০ দা মমিৎ মমায় পাঙব্রবা মণিপুর নেসনেলিজমগী ঈচেল অদুনা শকলোন হোংল-হোংলগা, নিংতম ঈহৌ ওইনা খকপা লৈতনা চত্থরকইবা ঈচেল অমসুং, অনিশুবনা, ভারতকী ষ্টেট অমা ওইনা থম্রগা পন্নেপফম খঙদনা চেষ্টরকইবা নেও-কোলোনিয়েল (লোয়লমগী পাঙ্খক ওইবা) পোলিতিকেল প্রোসেস অমদি, মদুগী ফিবান্নুংদা শম্না অমা ফৈদোক্তুনা মীয়াম্বু শেল,থুম, ফমদা, অশোনবা কয়াদা মিকাহল্লগা, ভারতকী লান্মী লাখ মখায় অমনা লাঙ্গোয় চল্লগা পাংথোরক্লিবা ইলেক্তোরেল প্রোসেসকী ঈচেল অসিনি।

মমাংদা হকথেংননা লোয়লম ওইরিঙৈগী ফুনগৎলকখীবা পেন্দবা কয়াবু থৈদোক্লগা, নাকোয়ননা ইং কুমজা ১৯৭২ দগী লোয়লমগী অকিবা শক্তমবু খুমজন্দুনা মীখাপোলহন্দুনা মনিংতম্না মাংহনবগী লৈঙাকলোল থোরকই। চমম্নবা অসিমক মীখাথাহনবা, নিংতম্না শামহনবগী মতাংদা, ব্রিটিশনা তম্বীরম্বা লালওং অদুনি। মসিদা মিকাহনবদগী চয়েৎনবা (কমপ্লিকেশন) কয়া থোরক্তুনা, কাংলুপ মশেল হাৎনহম্বা, ইকনমিক ক্লাস শেম্বা, মীচমগী পুন্সিদা অমোৎপা ব্রাখল, অমোৎপা লমজেলগী অকনবা লায়চৎ অমসুং লান্মীগী মনিংতৌবা মীহাৎ- মীপুন থোরকই । মীওইবগী হক মাঙখিবদগী, মীয়ামগী পেন্দবা কয়া মণিপুরী লিশিং লিশিংনা ফোঙদোরকই।

ইং কুমজা ১৯৭৮ দগীদি পীপলস লীবরেশন আর্মীনা (আর:পী:এফ:) ফোঙনা হিন্দুস্থানগী লান্মীদা লান্দাবা, মায়োক্লবা হৌখীবদগীদি, লমদম অসিগী পুন্নাবী অসি, মরোমদোম লেপ্পাগী লম্বীদা মালেমগী মীৎয়েংগী মখাদা চংশিল্লকই- মপুংওইবা লুপ অতৈশু থোরক্তুনা, মরোমদোম লেপ্পাগী ঈহৌ চত্থবা ময়েক শেংনা উবা ফঙই। নাক অমরোমদা, মমাংদা পনখ্রীবা হিন্দুস্থানগী পোলিতিকেল প্রোসেস অদুশু অদুমক চত্থরি। কুনশুবা চহিচাগী পুন্নাবীদা, মপুংওইবা পুন্নাবীগী ব্রাফমশিংনা ময়াইদা চেল্লক্ইই। ভাবত সরকাং া মায়কৈদগীদি ঈহৌ তৌরিবা লুপশিংবু সবকাবনা

থিংখ্রবা লুপ ওইনা আইনগী মখাদা শক খঙই।

অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেট অতৈদশু, মরোমদোম লেপ্পাগী ঈহৌ থোরকখীবদগী, লমদম অসিদা অৱাংনোংপোক্কী ওইবা মমি তাবা ফংই। মদুগী মথক্তৱ, ইং কুমজা ১৯৯৫-৯৬ তা য়ুনাইতেদ নেসনেলস লীবরেসন ফ্রন্ত, মণিপুরনা, লুপ অতৈনা পায়খৎখীবা থবক্কী মথক্তৱ, ময়েক শেঙহন্না, মণিপুর অমদি ভারতকী ৱাংমদা, জেনেভাদা মণিপুরগী ঈহৌদা মালেমগী মীৎয়েং তপ্পা তপ্পা চিংশনবা হৌরকই। আ: পি: এফ: না ইং ১৯৯৬ তা, য়ু: এন: গী দি-কোলোনাইজেসন কমিতিদা, ভারতকী লোয়লম পথাপ লোয়শন্নবা চে পিশিনখি। ভারত সরকারগী মায়কৈদগী অৱাং নোংপোক্কী লৈঙাকলোনগী লৈতাদবা অসিবু কোকহন্নবগী ৱাখলদা, ইংকুমজা ১৯৯৬ লোয়রকপদা ভারতকী প্রাইম মিনিস্তরনা লুপা ক্রোর ৬১০০ হেনবগী শেলথুমগী পেকেজ লাওথোকই।

হিন্দুস্থানগী লৈঙাকলোনগী মশা ওইরিবা মণিপুরগী লেজিসলেতিভ এসেম্ব্লীনশু, মণিপুরগী শাঙলবা নিংতম ঈহৌ অসিবু মশক খঙবা ওইনা, মপুংফাহনবগী পান্দম থমদুনা, ভারতকী ষ্টেট পুন্নমক্তৱ ওতোনোমী পীনবা ৱারেপ লৌরকই। ভারতকী হার্তলেন্নদি মদু পামখীবা লৈতে ; জম্মু অমদি কাশমীরগী সরকারগী ওইনদি, ইং কুমজা ১৯৫২ দা লৈরম্বা নিংতম্বগা পাঙ্খক ওইবা ওতোনোমী অদু ওইনা তান্দুনা, ইং ১৯৯৬ তা, ময়েকশেঙবা ফিরেপ লৌদুনা লাকই। মণিপুর এসেম্ব্লীগী ময়েক শেঙদ্রবা মওং- মরিল নায়দ্রবা ওতোনোমী হায়বদুদি, মণিপুরগী পুৱারীদা মেকিয়াভেলী, লমলোয়চনবাগী চানক্যনা থাক্তুনতা লাকলিবা, অপঙবা ঙাবু ফানবা লাঙ- তাইজেপ ওইনা লৌবা তাই। লমলোয়চনবগী মপুংফানা হৈশিংলবা পোলিতিকেল এপারেতশনা, মণিপুরগী পুৱারীদা শাঙলবা অহিংগী মতম অমা লেপ্পুনা পীরকই। পুৱারীগী ইথিল, ইনোৎ, ইপোম অমদি ইরৈ অদুবু মখাগী লমায়শিংদা নৈনরি। পুৱারীগী কুমহৈদা য়াওখিবা মীওইশিংদা অকনবা মীৎয়েং থমলুদনা, পুৱারীগী ইথিলদুবু মাঙদা থমই।




খৃষ্ট মতুং ৩৩ শুবা চহিদগী, চহি লিশিং অনিবোম মনিংতম্বা মণিপুর ষ্টেট খা-নোংপোক এসিয়াগী ফিবান্নুংদা লৈবকলি। শুপ্পতগী ১৮ শুবা চহি চাদগী ময়াং মবোন্দা মণিপুর হায়না মৈদিঙ্গু পামহৈবনা লৈবাকশিগী মমিং হোংদোকত্রিঙৈদা, চীংমী তম্মী অনিমক্কী অপুনবা মনিংতম্বা লৈবাকসিবু 'মৈত্রবাক' হায়না কৌবমই।

ইং কুমজা ১৮২৬ তগীনা ১৯৪৯ ফাওবগী মতমগী তাঙ্ককশিদা, মণিপুরগী পোলিতিকেল স্তেতস কবি ওইবম্বগে হায়র্বসিদা, অইবনা লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা ইন্তরনেশনেল লো অমদি বিলেসনগী অমসুং পুবাবী (হিষ্টরী) গী মতেঙদগী তেস্তকনা নৈনর্বি। নৈনবা অসিদা, অইবনা নিংশিংবা পাম্বদি অসিনী : চহি চহুম চামবীগী মমাংদগী যুরোপকী নেসন ষ্টেটশিং কযা শেম্ব হৌখীবদগী, ব্রিটিশ ইম্পেরিলিজমগী চহি চা খবা ফাওবদা গায়নবম্বা 'সোভরেন্টী' গী বাখল পথাপ, বাহৈ শিজন্নবা অদু, অনিশুবা লাঞ্জাও, মদুগী মতুংদা চত্থবকখীবা 'লম লোয়চনবা থুগায়বা' (দে কোলোনাইজেসন মুভমেন্ত)- অদুগী 'প্লাষ্টনোষ্ট' 'পেরেষ্ট্রোয়কা' গী থৌনাং পায়খৎনবকখ্রবা মতাও অসিদা ফনা মাবকচুম্না হোংখ্রে। যাম্নমক হোংদ্রে হায়র্নাবা বাহৈদি 'লৈবাক' (কন্ত্রি), 'জাতি' (নেশন) 'জাতি লৈবাক' (নেশন ষ্টেট) অমদি ষ্টেট নচিংবনি। যাম্নমক হোংদ্রে হায়না লৌনবিবা বাহৈ খর্বাশনা নম্না শিজন্নবগী বাফম অসি নৈনরি। হোংবা নায়দ্রে হায়বিবা বাখল অমদি বাহৈদি লৈবাকশিংগী লৈনবিবা মবীদা জাতিগী কান্নবা (নেসনেল ইন্তরেষ্ট) অসিনি।

হিরম অসিদা মপুংওইনা, বাখল্লোন অনি ফাওবদি, অতৈগী মনুংদা, খ্বায়দগী ময়েক শেঙনা উবা, তাবা, অমসুং খঙবা ঙমই। মণিপুরগী পুরারীগী মীৎয়েংদগী, য়েংলগদি খ্বায়দগী মপুংওইবা, রিকোর্ডস অমদি মণিপুরগী লৈঙাক পথাপ্পা শৌগৎলিবদি ইং কুমজা ১৮২৬ তগী ইং ১৮৯১ ফাওবা, লৈবাক অসি এশিয়াগী মনিংতম্বা লৈবাক

অমা ওইখী, ইং কুমজা ১৮৯১ দগী ১৯৪৯ ফাওবসিদনা ব্রিটিশ লৈঙাক্লা (গভর্ণমেন্তনা) কাহেন্না খুৎ থিংজিনখী হায়বশিনী। ইং কুমজা ১৮২৬ কী মমাংদগু চহি লিশিং অনিদগী তাদনা- মরক মরক্তা লৈবাক কায়বা থোকপদং নত্তনা এসিয়াগী মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইরকখি হায়বশিনী।

মপুংওইবা পুৱারীগী থিওরীবু য়াদবা অনিশুবা কাংলুপ্পা হায়রিবদি, মণিপুর মতমগী তাঙ্কক অসিদা মনিংতম্বা লৈবাক ওইখিদে, ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মচেৎ অমা ওই, নেতিভ ষ্টেটনী অসিনি। অনিশুবা কাংলুপকী ৱাখল অসি- অহানবা ৱাখলনা য়াম্না হেন্না মরিক চুমখীবদগী, পুৱারীনা, রিকোর্দনা কন্না শৌগৎখীবনা মরম ওইদুনা, শুপ্পতগী বাজনিতিগী ফিবাল নত্রগা, ফিরেপ অমা লৌরবা মতুংদা শাগৎপা ওইনা লৌফম থোকই। পুৱারীগী ৱাহন্থোক্তা (হিষ্টরীকেল ইন্তর্প্রিতেশন) হোঙবা নায়রবশু, রিকোর্ড অমদি পুরারীগী চে-চাং (ডোক্যুমেন্ততি) হোংবা নায়দে চুম্বা চুমদবা, মণিপুরগী মিৎয়েংদা য়েংবা, মণিপুরগী মাইয়োক্কী মিৎয়েংদা য়েংবগী খেন্নবা হায়বদুদি মশানা লৈফম থোকপনি। ইং শোক ১৮৯১ গী মমাংদা মণিপুববু ইন্দিয়াগী নেতিভ ষ্টেটনী হায়বা যাদে- হায়নবগী মরমশু লৈতে। মতুংদশু কৈদৌনুংদা ব্রিটিশ ইন্দিযাগী মচেৎ ফাওবা ওইখীবা লৈতে। কনা কনাগুম্বা লমলোয়চনববু চুমই হায়রিবা ময়াং পণ্ডিত কয়ামকন্না, ইন্দিয়া কৌবা অচৌবা লৈবাক অমা মতম কুইনা লৈবকপগী ৱাখলদা ইবি। অচুম্বদি, ব্রিটিশনা খোঙদাদ্রিবৈদা, ইন্দিয়া কৌবা লৈবাক অমা খক লৈবমদে- মৈত্রবাক নত্রগা, মণিপুর কৌবা মনিংতম্বা লৈবাক অমদি অদুমক লৈরকলি। মসিগী অচুম্বা অসিবু খঙদবা, খঙহন্দবা তাবগদি, ৱাখলনা শাবা অবানবা গুরে-বু হিষ্টরীগী মমিং পীবা তাবকই।

## এন এসিয়াতিক সোভরেন

মণিপুর লৈবাকপ্ কবি বাহৈনা, কবম্বা পোলিতিকেল স্তেতসতা থম্লগে হায়বদু মণিপুরগী রিকোর্দস,ত্রিতিজনা য়াবা ৱাহৈ, স্তেতসতুনা চপচানা তাকচৈ। ইং কুমজা ১৮২৬ তগীনা তবামাপলশুবা শতাব্দীগী লোয়নমদায ফাওবদদি 'ত্রিতি ওফ য়ান্দাবু' না পীবা মতুংইন্না, মনিংতম্বা লৈবাক অদুমক ওইখি। ইং ১৮৬৫ গী কলকত্তা হায়কোর্টকী ৱারেপ -য়াথংদা, মণিপুরবু ব্রিটিশ ইন্দিযা লৈঙাক্লা সোভরেন এসিয়াতিক হায়না ইরি (কৈফাসিং কেশ, ৭ দভলিইউ: আর: সি আব: ১০০ সাইতেদ

ইন এন:সনাজাওবা (ইডিদ ) মণিপুর : পাষ্ট এণ্ড প্রাজেন্ট ভোল্যুম ১, লা:৪২৮) । ব্রিটিশ ইন্দিয়া লৈঙাক্লা অমুক্কা হন্না ইং ১৮৬৭-তা মণিপুববু এসিযাতিক সোভরেন হায়না ইকায়খুম্নৈ (য়েংবীগদবা, শাজৌবা কেশ, থ্রি দভলিইউ· আব: সিআব: সিক্সতিন)। মণিপুরনা ১৮৬৭ ইং কুমজাদশু, ব্রিটিশ মহারানীগী মৰী থম্নবা (এলায়েন্স থম্নবা), ব্রিটিশ এসিয়াতিক সোভরেন ওইনা শকখঙবা মণিপুর লৈবাক ওইনা লৈখী। বারিষ্টর মনমোহন ঘোষনা মহাক্কী 'মেমোরেন্দম ওফ আরগুমেন্ট' তশু, ব্রিটিশ লৈঙাক্লা শকখঙবা ৰাহৈশি শিজন্নদুনা মণিপুরবু এসিয়াতিক সোভবেন হায়না আইন্না পীবা থাক অসি তোয়না পল্লি। ব্রিটিশ লৈঙাক্লা মণিপুরবু ইং কুমজা ১৮৯১দা 'এসিয়াতিক সোভরেন'ওইবা তোকলে হায়বা কোর্ট কী ওর্দর নত্রগা, ত্রিতি অমা থোকখীদবাননা, 'এসিয়াতিক সোভরেন' অদুমক ওইবকলি। ৰাখলনা শাবা উপন্যাসনা লৌনিংবা মওংদা লৌজবদি লৌজবা হাযদুনী। কোলোনিয়েল সোর্ছ ঙাক্তদা যুন্ফম ওইবা যাম্না শেবান্নবা মীৎয়েংশু লৈতবা নত্তে।

ইম্পেবিযেল ব্রিটেন্না যেংনীংবা মওংদা যেংজবা যাই। মণিপুরগী ১৮৯১ দা লৈবা পোলিতিকেল স্তেতসতি, মণিপুব মশানশু লেপচৈ, ব্রিটিশ ইন্দিয়ানশু মদুবু শকখঙই। ইং কুমজা ১৮৯১ দা লৈবন্না, লৈখীবা মণিপুবগী থাকপু বাবিস্তব মনমোহোন ঘোসনা অশুম্না শিংথাই: "ডেট মণিপুব ইজ নোট এ পার্ট ওফ ব্রিটিশ ইন্দিযা, এণ্ড নোট সবজেক্ট টু অৱাব লোজ, আই এপ্রেহেন্ড, নোট বি কুাইসন্ড"

"দ ওনলী ইভিদেন্স আই হেভ বীন এবল টু ফাইন্দ তেন্দস টু শো ডে· মবাব গভর্ণমেন্ত (ব্রিটিশ ইন্দিযা) হেজ ডীল্ট ৱিধ মণিপুব ওন দ ফুটিং ওফ ইৎস বিইং এ সোভবেন পবাব ইন এল্লাইযেন্স ৱিধ, এণ্ড নোট এজ ওবিং এনী এল্লিজিএন্স ৱিধ দ ক্বীন, সচ এজ মে বি ডু্যু ফ্রোম সম্ ওফ দ নেটিভ ষ্টেট ইন ইন্দিযা" (মণিপুব পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ট, ভো: ১, লা: ৪২৭)।

"দীজ কেসেশ (কৈশা এণ্ড সাজৌপা) ফবনিশ ইভিডেন্স ওফ দ ফেক্ট ডেট দ ব্রিটিশ গভর্ণমেন্ত ইন প্রোজিকুটিং এণ্ড ইংলিশ কোর্টস হন কর্নভিক্সিং, দাজ প্রিজনর্স, হেভ ডীল্ট ৱিধ মণিপুব এজ এন ইন্দিপেন্দেন্ট সোভবেন পাবাব" (মণিপুন পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ট, ভো: ১, লা: ৪২৮)।

চীফ কম্মিসনাব কুইন্তন্না যুববাজ টীকেন্দ্রজিৎ ফানবা হোৎনবদা অযাবা লৌবা তাখী : মতাং অসিদা, বাবিস্তব ঘোসনা ইখী : 'এট এনি রেট, দ সোভবেন এণ্ড

ইন্দিপেন্দেন্ত করেক্তর ওফ দ ষ্টেট রাজ রিকগ্নাইজদ বাই দ চিফ কম্মিস্নার(হৈবিদ, লা: ৪২৯)।

ইং কুমজা ১৮৯১ দা, বিলাতি - মণিপুরী লাল অহানবদা (এঙ্গলো-মণিপুরি রার রান,মার্চ ১৮৯১) মথৌনা ফবা হেনবা, মীতৈ লাম্মীনা ব্রিটিশনা হুরাম্দুনা লান্দারকপবু হুই-য়েন তানবগুম পেম্বমখৈ তকখায়রগা তাম্থোকখী। ব্রিটিশকী রেসিদেন্সীবু নোংমৈনা বোম্মা উৎওন্না চাকহনখী। মার্চ তাং ২৪ গী নুমিদাং পুং ৮ দা ব্রিটিশ চীফ কম্মিস্নার কুইন্তন্না 'ত্রশ' তৌদুনা মীতৈদা চঙজরকখী। মরালগী মতুংইন্না, মণিপুর লৈঙাক্লা হুরাম্দুনা লান্দারকপগী মকোকশিংবু, লৈবাকশিগী লালগী পথাপতুংইন্না অঙাং ওলহনখী। ব্রিটিশনা লমনখুন্নাগী লানদা (এঙ্গলো মণিপুরী রার টু, এপ্রিল, ১৮৯১) দা থৌনা ফারবা মীতৈ লাম্মীবু মায়থীবা পীবা ঙমস্লবগু, ব্রিটিশনা মণিপুরবু মাগী সম্রাজ্যদা তিনশিনবা তৌখিদে (প্রোক্লেমেসন বাই ঐহচ:এম:ডুরান্দ, সেক্রেতরি টু দ গভর্ণমেন্ত ওফ ইণ্ডিয়া, মণিপুর পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ট, ভো: ১, লা: ৪০৮)। মণিপুরগী দে জুরে সোভরেন্তি মাঙদনা লাকখী। ব্রিটিশকী কোলোনীশু ওইখীদে।

অদুমকপু, ব্রিটিশনা মণিপুরদা খুৎথিংজিনবা (ব্রিটিশ ইন্তরভেন্সন) অদুদি অঙকপা ফঙনা হৌরকখী। ঙসিগী ইন্তরনেসনেল লোনা ফাওবা 'ইন্তরভেন্সন' অসি শকখঙই, য়ারি। রাজনিতিগী মহৈরোয় খুদিংমক্লা পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংমত্তর. আমেরিকানা নত্রগা রসিয়ানা (সুপর পরার ইন্তরভেন্সন) খুৎ থিংজীনবগী মশিং থীবা ঙমদ্রবা থৌদোক অমদি খুদম কয়া চিনফাদা হায়বা ঙমই। ঙসিগী ইন্দিয়ানা ভুতানদা, নেপালদা, বাঙ্গালাদেশতা, মাওরিসস্‌তা অমসুং শ্রী লাঙ্কাদা খুৎথীংজিল্লি। আই: পী: কে: এফ: গী লাম্মী লাখ ৫ শ্রীলঙ্কাদগী হন্দোরকপা ঙরাংতগী রানি। ব্রিটিশনা মণিপুরদা খুৎথিংজিনখীবা অদু মতমদুগী থাক্তা য়েংলুরবদি, করিমত্তা ঙকনিংঙায় লৈতে। মদুবু ঙাকথোকপীবা (প্রোতেক্সন) শু কৌখিবা কায়দে।

রিজ্যানেল পরার ওইবিবা ইণ্ডিয়াবু ফাওবা 'ইন্দো সোভিয়েত ত্রিতি, ১৯৭২' গী মতেঙনা য়ু: এস: এস: আর: না প্রোতেক্সন পীদুনা লাকখী। নাতো, উথায়থ্রবা রারশো পেক্ট, রিজ্যনেল ষ্ট্রকচর, য়ুরোপিয়ান পার্লিয়ামেন্ত, ও: এ: য়ু:, আরব ওর্গানাইজেসন অসিনচিংবা কয়া অমদি পুন্নমকী মথত্তর য়ু: এন: না লৈবাকশিংবু ঙাকথোকপীবা তৌরি। মথক্কী পান্দম পুন্নমকশিংনা থায়নগী সোভরেন্টীগী রাখল, থৌদাং, পুন্নমকপু মঙাল শামহনবতা নত্তনা মনুং থীৎনা হোংহনখ্রবনি। থায়নগী

থৌদাং, পুন্নমকপু মঙাল শামহনবতা নত্তনা মনুং থীংনা হোংহনখ্রবনি। থায়নগী সোভরেন কন্সেপ্তা লৈবাক অমগী মনুংদা অতোপ্পা লৈবাক্কী লাম্মী থম্না য়াদ্রবশু, ঙসিদি ফিলিপিন্স, আফগানিস্থান, শ্রীলাঙ্কানচিংবা লৈবাক কয়াদা, অতোপ্পা লৈবাক্কী লাম্মী থম্নতা নত্তনা, অকনবা লান ফাওবা তৌনহল্লি। এবসোল্যুত সোভরেন্তী হায়বদুদি লৈখিদে।

ইং ১৮৯১ গী মতুংদা এসিয়াতিক সোভরেন ওইরম্বা মণিপুরনা মরায় চায়থখ্রবশু, লোয়লম ওইখ্রব্রা নত্রগা ব্রিটিশতা তিনশিনখ্রব্রা হায়বশি নৈনবা মরম চাই। শম্না, মণিপুর নেশন- ষ্টেট হায়বদি কন্ত্রী (লৈবাক) অমা ওইবা হায়বদু তোকখ্রবা ? ইং ১৮৯১ গী লালগী ৱাথোক, ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্ততা য়েৎনবা মতমদা ব্রিটিশ, এম: পি: মিষ্টর কেম্পবেল বানর্মননা মণিপুর লৈবাক অমা ওইনা পল্লী : 'নো ইভীল ওক্করদ ইন দ কন্ত্রি (মণিপুরবুনি) অনতিল দ এরাইভেল ওফ মিষ্টর কুইন্তন' (মণিপুর পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ত ভো: ১, লা: ৪৫৬)। শার রোবর্ত রেইদনসু মণিপুরগী পোলিতিকেল স্তেতসকী মরমদা ইখী: 'ইন দি এবসেন্স ওফ এনী ওথোরিতেতিভ ষ্টেট পেপর দিফাইনিং দ স্তেতস ওফ মণিপুর দ প্রোপোজিসন ডেট ইট ইজ এ সবোরদিনেট নেতিভ ষ্টেট ৱাজ নোট কম্মনলি এক্সেপতেদ' (মণিপুর টুডে, জানুৱারি ১৯৯১ লা: ১৮)। সি: জে: লাইলস নশু মণিপুর অমদি বর্মাবু কন্ত্রী হায়না পল্লি (সি: জে: লাইলস ইন্ত্রদক্সন, মে ১৯০৮, টু 'দ মৈথৈইস' বাই টি: সি: হোডসন, লা: xvii)। ব্রিটিশনা খুৎথিংজিনবা অসি ইং ১৮৯১ দা হৌই হায়না, টি: সি: হোডসননা ব্রিটিশকী রিপোর্ত কয়া পারবা মতুংদা ইরি :"দ সর্কমসতেনসেস ওফ দি এবদিকেসন ওফ দ লেট রাজা (শুরচন্দ্রা) ফাইনেল্লি ব্রাওড অবাওট ব্রিটিশ ইন্তরভেন্সন, এণ্ড ওন দি অনহেপ্পী ইভেন্স ওফ মার্চ, ১৮৯১," (ইবিড-লা:৮২)।

ব্রিটিশনা মা মতোমত না চুমই খনজবা মরন্নায় ইমপেরিয়েলিজমগী মীৎয়েংদা বিলাতি- মণিপুরী লাল অনিগী মতুংদগীদি, 'সবোর্দিনেট' অমদি 'প্রোতেক্তেড ষ্টেট' ওইনা মণিপুরবু লৌখি (গভর্ণমেন্ট ওফ ইণ্ডিয়াজ রিজোলুসন ওফ মণিপুর, আগষ্ট ২১, ১৮৯১)। অসুম্না এসিয়াতিক সোভরেন মণিপুরনা 'প্রোতেক্তেড ষ্টেট' ওইৎবকখি, অদুবু এন্নেক্সতি তৌখীবা লৈতে। হায়রিবা মীৎয়েং অসিমকসু, মণিপুর সোর্ছনা য়েৎনবা লৈতনা কোরবোরেট তৌখীবশু লৈতে। বাইলেতরেল নত্তে, য়ুনিলেতরেল দিসিজন্নী- মসিমদি য়েৎনবা লৈতে।

মথক্তা পনখীবগুম্না, ব্রিটিশ ইমপেরিয়েলিজমগী মিৎয়েংগী ৱাংমদা, মণিপুর লৈবাক্লা মণিপুরবু করম্বা থাক্তা থম্বগে হায়বদু য়াম্না মরু ওই। মদু ইং কুমজা ১৮৯১ গী লালদা মায়থীব্রবা মতুংদা ফাওবা ঐখোয়গী লৈবাক ঙাক্লেম্বশিংনা লৌখীবা ফিরেপ অদু চুমই। মদু য়েংখৎপা য়াই।

ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজম্না মণিপুরদা য়েংখীবা মীৎয়েং (পরসেপ্সন) অদু লৈবাকশিগী লৈঙাকপশিংনা য়াখীদে। লুরিবদি, চহি চামগী মতুংদা, ঐখোয়না মণিপুরগী মিৎয়েংদা মণিপুরবু য়েংগদ্রা নত্রগা, ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজমগী মিৎয়েং শৌগত্তুনা য়েংগদ্রা হায়বশিনি। অইবনদি ব্রিটিশ ইম্পেরিরেলিজমগী খুৎনেক ওইনা য়েংবা ওইথোক্তে । অমদি ব্রিটিশগী সোর্ছ ঙাক্তনা অচুম্বা পীরে হায়বশু য়াবা ঙমদে।

মহারাজ কুলচন্দ্রসিং (সিংহ নত্তে) না ইন্দিয়াগী ভাইসরোয়দা তাং ২৫।৭।১৮৯১ দা ৱাশক্তুনা ইখী "দেট ইয়োর পেতিসন্নর ৱাজ ওন দ ফোর্থ মার্চ লাষ্ট (১৮৯১), দ রুলর এণ্ড সোভরেন ওফ মণিপুর, এন ইন্দিপেদেন্ত ষ্টেট ইন এলাইন্স ৱিধ হাব ব্রিতেন্নীক মাজেস্তি, এণ্ড দেট দ গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়া হেদ দিসাইদেড টু রিকগ্নাইজ হীম এজ মহারাজা ওফ দেট ষ্টেট" (এন: খেলচন্দ্র সিংহ, ইদিত, দোক্যুমেন্টস ওফ এঙ্গলো মণিপুব ৱার পার্ট টু, ১৮৯১, লা: ১১৫)। মহারাজ কুলচন্দ্রনা ময়েক শেংনা ইখি মদুদি মহাক্না ব্রিটেন্দাএল্লেজিয়েন্স পীখীবা লৈতে। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা ভাইসবোয়দা ৱাকৎপদশু ইখী : "দেট ওন দ টোইনটিফোর্ঠ লাষ্ট (১৯৮১) মণিপুব ৱাজ এ সোভরেন ষ্টেট" (ইবিদ-লা: ৭১)। যুবরাজনা হায়খী মদুদি ক্যুইনতম্না মণিপুবদা লান্দাবকপা মতমদা মদুবু লাওথোকখীবা লৈতে, মহাক্না লান্দারকপদুবু তাম্থোকখীবনি। মণিপুবগী লৈঙাকপা অমত্তনা ব্রিটিশ সবকারদা এল্লেজিয়েন্স পীখীবা লৈতে, মদুনা মণিপুবগী সোভবেন স্তেতসতা শোকখীবা লৈতে। মসিদা, মণিপুবগী ফিরেপতি য়েৎনবা লৈতনা ময়েক শেঙলে। মুৎথ্রবা ইম্পেরিয়েলিজমগী হিংহৌবিবা উকিলনদি ব্রিটিশনা হায়বা খুদিংমক অচুম্বা ওইনা লৌজবা য়াই।

বারিস্তর মনমোহন ঘোষনা ইং কুমজা ১৮৯১ দা লৈবম্বা মণিপুরগী স্তেতসগী মরমদা মরীকচুম্না ইরি :

## ষ্টেতস ওফ মণিপুর

"দ প্রেভিয়স হিষ্টরী ওফ মণিপুর শোজ দেট দ ইংলিস নেভর *এক্কাইয়ার্দ* মণিপুর বাই কনক্বেষ্ট, বট ডেদ অৱার গভর্ণমেন্ট (ব্রিটিশ) ইন্তর্দ ইন্তু সরতেন ত্রিতিজ ৱিধ দ ফোর্মর রুলর্স ওফ মণিপুর হোয়ারবাই এ সরতেন এমাউন্ট ওফ প্রোতেক্সন ৱাজ প্রোমিজদ টু মণিপুর ওন সরতেন কনদিসন্স। মণিপুর পেড নো ত্রিবুৎ টু দ ইংলিশ। দ ষ্টেট হেজ ওল এলোং বীন গোভর্ণদ বাই ইৎস অউন লোজ; দ রাজা ওফ মণিপুর এক্সরসাইজিং সোভরেন ওথোরিতি ওভর হিজ সবজেক্টস......... লিটরেল্লী, ইট ইজ ভেরী প্রোবেবল ডোহ, দিয়ার নো ইভিদেন্স ওফ দিস, ডেদ গভর্ণমেন্ট হেজ ইন্তরফয়ার্ড সমহৱাট ইন দ ইন্তরনেল মেনেজমেন্ট ওফ দ ষ্টেট, বট হেৱদর বাই বে ওফ ওফরিং এডভাইস ওর নোট, আই এম অনেবল টু সেয়। ডু দিজ ফেক্টস টেন্দ টু দেসত্রোয় দ করেক্টর ওফ মণিপুর এজ এ সোভরেন ষ্টেট ?" (মণিপুর পাষ্ট এণ্ড প্রাজেন্ট, ভো: ১, লা: ৪২১)

মহাক্না এঙ্গলো মণিপুরী ত্রিতি অমত্তদা মণিপুরনা ব্রিটিশতা এল্লিজিয়েন্স পীখীবগী 'এক্সপ্রেস রিজর্ভেসন' লৈখীদে, নত্রগা মণিপুরনা খরা শোনবনিনা ফোঙনা লাওথোকখীবশু লৈতে হায়না মরিকচুম্না পল্লি (ইবিদ-লা:৪২১)। ইম্পেরিয়েলিজমগী য়ুম্ফম লৈতবা ফিরেপ অদুবু চুমদে হায়না শেঙনা হায়রে।

ইং ১৮৯১ দা লাল মতুংদা মণিপুরগী, মণিপুরগী য়েক্লবা ওইপ্রবা ব্রিটিশকী মিৎয়েং, মণিপুরগী মিৎয়েংদা শোয়দনমক্কী খেন্নবা তাবনি। ৱাহংদি, য়েক্লবগী ৱাখলদু মণিপুরগী ৱাখল ওইফম থোকপ্রা ? অপিকপা খুদমদা, কাসমির ৱাথোক্তা, য়ু· এন· গী ৱারেপ অমদি মিৎয়েং লৈ- মদুগী মথক্তা, পাকিস্তাননা কাসমির মাগীনি হায়বা রিকোর্দতা মশীং থিঙমদনা লৈ, অদুম্না ইন্দিয়াগীশু কাসমির মাগীনি হায়নবা রিকোর্দস ডোক্যুমেন্ত বন্দল বন্দল লৈ। ৱাফমদি, স্কোলায় অদুনা কাসমিরবু করম্না মিৎয়েংদা য়েংবগে হায়বশিনি। ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজমবু পামজবা স্কোলায় ওইবা তাববদি, মঙোন্দা নত্রগা মখোয়দা মণিপুরগী মিৎয়েং দরকার শুকওই ওইদে। ইং কমজা ১৮৯১ দদি য়ু: এন: গুম্বা পৃথিবীগী ফোরম অমা লৈখীদবনীনা, মণিপুরগী মিৎযেং মণিপুরগী ওইনা চুমই, মণিপুরগী য়েক্লবগী ওইনদি চুমদবা য়াই। মদুগুম্না ইম্পেরিয়েলিজমগী পন্দিতনা ব্রিটিশ সোর্ছ অদুতংদংবু চুমই হায়রিবনি।

মণিপুর লৈঙাক, অমদি য়েক্লবা ওইখ্রবা ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজম অনিমক্না য়ানবা ৱাফমদি মখাগীশিনি :

১। ইং কুমজা ১৭৬২ দগী এসিয়াটিক সোভরেন মণিপুরগা ব্রিটিশকা মরুপ শান্নবগী ত্রিতি সহি তৌনখিবদগীদি, ত্রিতি কয়ামরুম সহি তৌখ্রে। ত্রিতি অমত্তদা, মণিপুরবু প্রোতেক্তেদ ষ্টেট নত্রগা মখা থাবা লৈবাক ওইবগী 'এক্সপ্রেশ রিজর্ভেসন' লৈখিদে ; ত্রিতিনা মণিপুরগী স্তেতসপু হোঙহনবা য়াই।

২। ত্রিতিগী ৱাংমদশু, মণিপুরনা ব্রিটিশতা লোয়পোৎ কাবা লৈখীদে; মদুনা মখাথাবা লৈবাক ওইখীদে। মদুশু ত্রিতিগী মখাপোন্না করম্বা মখলগী মতেং পাংনবনো হায়বদু লেপই।

৩। মণিপুরগী লৈঙাক্না মখা থাবা য়াখীবা এল্লাইয়েন্স ব্রিটিশতা পীখিবা লৈতে, অদুনা লান শোকনৈ।

৪। মণিপুব লৈঙাক্না, ব্রিটিশ লৈঙাক্না মরুপ শান্নবা 'এল্লাইয়েন্স' তি মরিকচুম্না লৈখী। মরুপনি, মনায় নত্তে।

৫। এম্বাসেদর থম্নগুম্না, মণিপুরগী এজেন্ত কলকাতা অমসুং লখীপুরদা থম্নগুম, ব্রিটিশকী পোলিতিকেল এজেন্ত মণিপুরদা থমই। মদু মতমদুগী বাইলেতরেল রিলেসন ওইরমই।

৬। অচৌবগা মচাগা মরুপ শান্নরবদি, অচৌবা শক্তিনা খুৎথিংজিনবা অমহিক্তি খরা ঙাকথোকপীবা ইং কুমজা ১৮৯১ গীতা নত্তে। ঙসিমকসু তৌরি, মসিদা অঙকপা, অনৌবা লৈতে। ভুতানবু ইন্দিয়ানা ঙাকথোকলি।

৭। অতোপ্পা লৈবাক্না মণিপুর লৈঙাকপু শকখঙবীবা (রিকগনিসন) পীবদি, ইং ১৮২৬ য়াম্দাবুদশু তৌই; ঙসিশু তৌরি। ফেব্রুৱারী ২৪,১৮২৬ কী ২ শুবা আর্তিকলগী ২শুবা শরুক্তা য়াওই।

৮। ব্রিটিশকী লৈঙাক্কী মশা কলকতা হায়কোর্টনা অমুত্তৱ নত্তনা অনিরক হন্না ইং ১৮৬৫ অমসুং ইং ১৮৬৭ তা মণিপুর লৈবাক এসিয়াতিক সোভরেননি হায়খ্রবনিনা, ৱা অসিদা য়েৎনঙায় ৱারেম শুবগী কান্নবা লৈত্রে। ব্রিটিশকী জুদিসিয়েল দিসিজন লৈরে- অতৈদি পংহায় হায়বনি।

৯। মণিপুর লৈবাক অমনি হায়বসিদি ব্রিটিশকী রিপোর্তশিংনা পল্লি- মরায় চায়থবদুশু পন্দবা নত্তে।

১০। মণিপুরগী লৈঙাক অমা চহি লিশিং অনিচুপ্পা লেপ্পা লৈতনা, ৺ ঙাকচদুনা লৈরকলি। মরক মরক্তা, মীরৈবাক্তা খুৎথিংজিনবা থোকলি। মদু ঙসি৲ থোকলি। ঙসিগী ইন্তরনেসনেল লোনা ইন্তরভেন্সন মখল খরা শকখঙই, য়াবশু য়াই। ইন্তরভেন্সন্না ষ্টেটকী স্তেতস শোকহন্দে।

১১। ২শুবা বিলাতি মণিপুরী লালদা, মণিপুরনা মায়থীরবশু, মণিপুরবু ব্রিটিশ ইন্দিয়াদা নত্রগা, ব্রিতেন্দা তিনশিনবা (এনেক্স) তৌখিদে। মদু ইংশোক ১৯৪৯ ফাওবা চুমদুনা লৈ। ইন্দিয়াগী লৈবাক অতৈদা ব্রিটিশ পেরামাউন্তসি লৈখিবা অদু মণিপুরদদি মদু পুংচুম চুমদে। চৈথারোল কুম্বাবদসু, ব্রিটিশনা চৎলমদায়দা মণিপুরগী লৈঙাক্কী ওইগদবা ফিভম নৈনবা পল্লি। পেরামাউন্তসি হায়বশি য়েৎনরিবা কনসেপ্তনি।

১২। মণিপুরনা ভারত্তা তিনদ্রিঁঙৈদা য়ুমলোন্নবা লৈবাক ইন্দিয়াগী মীওই অমত্তা মণিপুরদা চঙবা ফোরেন ওফিসনা য়াখীদে। ইন্দিয়াগী অচৌবা গান্ধী, রবীন্দ্রনাথ থাকুব, মণিপুরদা চঙহনবা য়াখীদে। মরমদি ১৯৪৯ গী মমাংদা, মণিপুর ভারতকুম্বা লৈবাক অমনি। মথক্তা পনখীবশিগী মথক্তব, মনিংতম্বা মণিপুরগী মশাগী ওইবা ব্রা কযা, ষ্টেট প্রেকতিশ লৈবমই।

মণিপুরগী পোলিতিকেল স্তেতস চহি লিশিং অনিচুপ্পা সোভরেন ওইবা লৈবাক ওইরম্বদগী, ইং ১৮৯১ দগী ইং ১৯৪৭ ফাওবদা দে- ফেক্তো সোভরেন লৈবাক অমদগী মরায খবা চায়থখী হায়বদি য়াই- ব্রিটিশকী লৈবাক্তা এনেক্স তৌখীদবনিনা। অদুমকপু, এবজোল্যুত সোভরেন্তী হায়বদি ঙসি ফাওবা লৈবাক অমওদা লৈত্রি- বির্লোতিভ কন্সেপ্টনি। হোংবা নায়দবা ব্রাফম হায়ববু নেসনেল ইন্তরেষ্ট শীখকতনি।

খুদম ওইনা ১৯৯১ দা য়ু: এস: এস: আর: না মাগী ষ্টেটশিংগা য়ানবগা অনৌবা ত্রিটি অমা সহি তৌনরগা য়ুনিঅন ওফ দ সোভিয়েট সোভরেন রিপব্লিকতা ওন্নবা হোৎনখি। সোভরেন বিপব্লিক ময়াম্না শাবা য়ুনিয়ন অমা ওইননবা। মসিদা, সোভরেন ওইবা লৈবাক কয়ানা শাবা সুপর-সোভরেন য়ুনিয়নঅমা শেম্নবনি। মসিগী সুপর-সোভবেন য়ুনিয়ন সিনা সুপর-সুপর, য়ুনাইটেদ নেশন্সকী মচেৎ অমা ওইরম্বা য়াই, ওইদুনা লাকলিবনি। থায়নগী এজোলুটিষ্ট কন্সেপ্ট ওফ সোভরেন্টী হায়বদু ঙসিগী য়ু: এন: অমদি ব্রান ব্রান্ড কন্সেপ্ট তা হাপচনবা ওইথোকত্রে।

অদুমকপু, হাই তেকনোলোজিগী চহিদা, নুংথংগা মার্তুলগা অনৌবা স্ত্রকচর শাগৎকনি-নৈনগনি হায়বসিদি, মা মাগী অপাম্বনি। মসিনা সোভিয়েট কায়রমদাইগী লৈরম্বা ফিভমদুনি।

লোর্ড ডালহৌসিগী অশোনবা পোলিশি অদু লোর্দ লান্সদাউন্না ভাইসরোয় ওইবদগী নোংচুপথংবা অমদি নোংপোকথংবগী ট্রেন্সফ্রন্টিঅর পোলিসি অনি পায়খৎখী। নোংচুপ্তুনা, ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী নাকলদা আফঘানিস্তান ফাওবদা, বসিয়াবু লম শন্দোকহন্দবনি। নোংপোক্তুনা চাইনাদগী হৌবদুনা নেপাল, বর্ম্মা অমদি মণিপুরগী ফোওরর্ড পোলিসিনি। মণিপুববু মনিংতম্না লৈহনবা, মকপ শান্নবনা নাগা, কুকি, আসাম, বেঙ্গলগী লম নমথবতা নত্তনা, বর্ম্মা লৈঙাকপু ব্রিটিশনা মপাঙ্গল শোলহনবনি। মবম অদুমক্কা, বর্ম্মাদা ব্রিটিশনা বেঙ্গল মেঠোড্ ওফ ডিবেক্ট কল থমদে। মোনতেগু-চেমসফোর্দ বিফোর্মনা বর্মাবু ইন্দিয়াদগী তোঙান্না খন্নদুনা থম্বনি। অথেংবা মতমদা, য়্যু ন্যু-এট্টলি অগ্রীমেন্ট লাকখী। বর্মানশু ১৯৪৯ দা কম্যুনিষ্ট চাইনাবু শক খঙলবা মতুংদা ইন্দোনেসিযা, ইন্দিযা পাকিস্তানগা মকপ শান্নবগী ত্রিতি সহি তৌনখী।

ইন্দো-বর্মিজ ট্রীতিগী মতুংইন্না, মখাতাবা থবক ওইনা কবো তমপাকশু বর্মাদা ভাবত সবকাবনা পীথোকখীবা ওইফম থোকই। কবো তমপাক ইবাম লাযনা বর্মাদা পীথোকখীবদা, মণিপুবগী মাঙজববশু ভাবত সবকাবগীদি চাইনা অমদি বর্মাবু থেম্না 'অপীজমেন্ট' তা কান্নে। নত্রগদি, 'বান অফ কৎচ' কী মতৌংগুম্না ইন্তবনেসনেল ত্রীব্যুনেল অমা শেম্লগা, বর্ম্মা অমদি মণিপুবদা কবো তম্পাকপু যেন্নবীবশু ওইথোকই। নিংশিংবা যাই, মহাবাজ চুবাচান্দাদি মাগী মফম তেল্লকবশু তোকে, কবো তম্পাক মণিপুবদা হল্লকহনবীযু হাযনা ব্রিটিশতা লোন্না ইখী। ফিভম অসি যেংলুবগদি ঙসিমক্কীশু ওইনা অসিগুম্না পোলিশি অমা লৈবত্রা চিংনে। মণিপুবনা ভাবতকীদমক হিংগদবনি ভাবতনা মণিপুবগীদমক হিংলুবা লৈখীদে, লৈফমশু থোকতে। ব্রিটিশ ইন্দিয়ানা বর্মা, ইন্দিযা, পাকিস্তান (হৌজিক্কা বাঙ্গলাদেশ যাওনা) মপুংওইবা লৈবাক খব ওইনা ওহ্লোকপ্রবা মতমদশু, হাযবিবা মণিপুবগী নেসনেল ইন্তবেষ্টতী মাঙদে হায়না লৌবা মবম চাই। মণিপুবনা, ১৯৪৭ তা পোকখীবা ইন্দিযাদা তিনশনবগী ব্রাবম মতাং শম্না নৈনম্রে (যেংবিগদবা মণিপুব পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ট ভোল্যুম ১, বিলেভেন্ট পার্টশ এণ্ড ত্রিটীজ ইন্ডিদ, ...: সনা...ওবা), মপুংদি মতুংগী চেপ্তবদা

নৈনরক্কনি।

কনাগুম্বা মীওই নত্রগা লুপ খরনা য়েংলিবদি -মণিপুরনা ভারত্তা মর্জ তৌদ্রিঙৈদা, মণিপুরদি ভারতকী মচেৎ অমা হান্না ওইখ্রে অসিনী। মখোয়না চেরোল অনিসিগী মমাংদা সরকার অনিগী মরক্তা করম্বামর্জর ত্রিটি তৌনখীবগে হায়বদু ঙসি ফাওবা পুথোরকত্রি। মরমদি মদু লৈতবা ৱাফমনি। ইং ১৯৪৯ গী মর্জর এগ্রীমেন্ট অসি লাল্লি, মদুগী অশম্বা মরম মখাদা পীরে :

(ক) সেপ্তেম্বর ১৯ অমদি ২০, ১৯৪৯ দা মণিপুরগী মহারাজনা মঙোন্দা সোভরেন পৱার লৈত্রে মীয়ামদা শিন্নখ্রে হায়বসিনি। মীয়ামদা শিন্নপ্রবা মতুংদা প্লেবিসাইট তৌখীদে নত্রগা, রেতিফিকেশন তৌখীদে।

(খ) মণিপুরগী মশাগী কনষ্টিট্যুশন অমা ইং ১৯৪৭ তা লৈজরবনিনা, মদুবু করম্বা অচুম্বা নিয়ম, আইনগী মতুংইন্না মুৎখীবগে ? খুদম ওইনা, ইণ্ডিয়াগী১৯৫০গী কনষ্টিট্যুশন অসি ইন্দিয়ান ইণ্ডিপেন্ডেন্স এক্ট ১৯৪৭ গী মতুংইন্না শেমখিবনি।

(গ) মণিপুব মহারাজনা মশানা য়াবগা সহি তৌখীবা নত্তে ;ফাবগা, নমথাক তৌদুনা নমদুনা তৌহনখীবনি, অদুনা মদু চৎনবা য়াদে ; মসি ত্রিতীগী আইননা পীবনি।

(ঘ) ভিয়েন্না কনভেন্সনগী মতুংইন্না, ত্রিতীগী অর্থ হনগদবনি। অকুপ্পা মতুংগী চেপ্তরদা (১১ শুবদা) নৈনরি।


রিফরেন্স

১। এন: সনাজাওবা (ইউীদ) : মণিপুব পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ট ভোল্যুম ১ - ন্যূ দেলহী, ১৯৮৮;

২। এন: সনাজাওবা ( ইউীদ): মণিপুর পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ট ভোল্যুম ২ - ১৯৯১

৩। এন: সনাজাওবা, মণিপুর: বুক ওফ ত্রিতীজ এণ্ড হিষ্টোরিকল ডোক্যুমেন্টশ ভোল্যুম ১, ন্যু দেলহী,১৯৯৩,


## নোট

১) লী-ৱার্নর অমদি মদুদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজমবু চুমই হায়বা মীওই অমা অনিগী মবন্নায় মোত অদু, মণিপুর অমসুং ইন্দিয়ান সোর্ছনা অরানবনি হায়না পীরি।

২) ভি: ভেনকতা বাওনা ইবা 'এ সেনচুরী' ভোল্যুম ৪, মণিপুর, ১৯৯১ দা মীতৈ লাগ্নীনা ব্রিটিশপু উকুল শাবমখৈ তক খায়বগা মায়থীবা পীবরু লোৎশনদুনা থমই। মসিগা মরী লৈনবা ব্রিটিশ বিকোর্দ পুন্না মানা ওমিট তৌই। লী-ব্রার্নবগুম্বা প্রো ইম্পেরিয়েলিষ্ট প্রোজেক্সনি।

৩) ব্রিটিশ মশানা মহারাজ কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎপু ফাগী ওইনা রায়েলবদগু 'ফোর রেজিং ব্রাব' হায়খি। মনিংতম্বা মণিপুরগা ইম্পেরিএলিষ্ট ব্রিটিশকা লান শোক্রবনীনা, ইন্তরনেসনেল লোগী মতুংইন্না ১৮৯১ গী লালশিবু রাব কৌই, অদুবু ভি: ভি: বাওনা রেবেলিয়ন নত্রগা ইন্সর্জেন্সী হায়না ই। ব্রিটিশকী মীৎযেংদু শন্দোকচবনি।

৪) ইং ১৮৯১ ফাওবদা, ব্রিটিশপু মণিপুরনা প্রোটেক্সন পীখী। মণিপুরবুশু ব্রিটিশনা প্রোটেক্সন পীখী। রেসিপ্রোকেল ইন্তরনেসনেল রিলেসননী। করিগুম্বা ত্রিটী অমত্তদা ব্রিটিশনা মণিপুরবু প্রোতেক্টেদ ষ্টেট হায়খীবা লৈতে। ত্রিতিনা হায়বদুনা লিগেল ষ্টেতস লেপকদবনি।

৫। ইং কুমজা ১৮৯১ দা 'এঙ্গলো মণিপুর রাব' অনিশুবা থোবকপগী মমাদ, মার্চ ২০ গী লান্দা ব্রিটিশনা ট্রশ তৌখী, লান্দাবকপগী মকোকসু শংখী, লান্দাবকপা লাগ্নী শমজী থায়দুনা চেনখ্রে। মদুদা অহানবা লান লোয়রে। এপ্রিল ২১-২৭ কী লান্দুদি ব্রিটিশনা লমনখুম্বাগী লালনি। অপকপা মাওঙাশংগী লমনখুম্বা লালনি।

৬। লী বার্নব, ভি: ভি: বাও অমদি মখোয়গী প্রো ইম্পেরিয়েলিষ্ট শেবোক অমনিনাদি, লমলোয়চনবা পাবাবগী মীৎযেংদুদমক চুমই হায়ফম থোকই। মদু মণিপুরগী মহারাজনা, লৈখ্রাক্রা যাখীবা লৈতে। লী-বার্নব, ভি: ভি: বাও না মণিপুরগী মহারাজ ওইখীবশু লৈতে। যু: এস: এস: আর:, চিনা অমদি সোসিএলিষ্ট লৈবাকশিংদদি ইম্পেরিয়েলিজমগী ফোওলস ডোকুমেন্টপু স্ক্রেপ্ট তৌবদি, লায়বদুনা মচিনথীবা ওইনা লংশেকই। কোলোনিয়েল সোর্চনা কোলোনী চুমই হায়জবনি।

৭। ব্রিটিশকী মণিপুরদা থম্বা পোলিটিকল এজেন্ট অদু অসাম চীফ কমিস্নারগী সুপর ভীজনদা থম্নদগী, কনাগুম্বা খঙদবশিংনা মণিপুরবু অসামগী মনুংচন্না লান্না উবা যাওই। মণিপুর, ভারতকী নেটিভ ষ্টেটশু নত্তে, মখাদা লৈখীবশু লৈতে। অদুনা, ইং কুমজা ১৯৪৯ দা মর্জর তৌখীবগা রাফমসু লৈরিবনি। ১৯৪৯ গী মমাংদা ভারত্তা

মর্জর তৌখীরম্বা তারবদি, ১৯৪৯ গী মর্জর তৌনবগী মরম লৈতে। ব্রিটিশনা মণিপুরবু নেতিভ ষ্টেট ওইনা লৌজে।

৮। মহারাজ চুরাচান্দদমক নত্তনা, এসিয়াগী কম্যুনিষ্ট লুচিংবা হিজম ইরাবোতনসু 'য়্যুনাইটেড লিবরেসন গবমেন্ট ওফ বর্মা' গা কবো ভেলি মণিপুরদা হল্লকপা য়ানখী। হোংকোঙবু চহি ১০০গী লীজ লোয়রদুনা ব্রিটিশনা চাইনাদা ১৯৯৭ ইং জুলায়দা হল্লকখ্রে। মদুগুম্বানি। খুদম য়াম্না লৈরি।

৯। মণিপুর মহারাজ বোধচন্দ্রনা ওক্তোবর ১৮,১৯৪৮ দা মণিপুর ষ্টেট এসেম্ব্লিদা হায়খী 'হর (মণিপুর) প্রজেন্ট এবিয়া ইজ 8,650 স্কোয়ার মাইলশ প্লস 7,000 স্কোয়ার মাইলশ ওফ দ কাবো ভেলী ইনক্লুদিং 7,900 স্কোয়ার মাইলশ ওফ হিলস" (য়েংবিগদবা, এন: সনাজাওবা (ইডিদ), মণিপুর পাষ্ট এগু প্রজেন্ট ভোল্যুম ১ ,লা:৩৬২)। ব্রিটিশনা লীজ পীখ্রবগু, লীজ অসি টর্মিনেট তৌনবা ওব্লিগেইশনদি গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী ওইহৌবে। মসি বাউনদবিগী ৱাফম ঙাক নত্তে, মণিপুরগী টেবিটোরিগী ৱাফমনি।

পন্দুপ ৫

# মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী লৈবাক শিংগী ওমখৈ

ইং কুমজা ১৯৪৯ ফাওবদা লৈরম্বা কংলৈপাক মণিপুরগী ওমখৈ, ইন্তরনেশনেল বাউন্দরী ওইদুনা লাকখি। ইং ১৯৪৯ দা মশাগী কন্সটিট্যুসন লৈত্রিবা ইন্দিয়ান দোমিনিয়ননা মণিপুরবু নিয়ম কায়না নমফুদা লৌশনখ্রবা ফাওবদা, মণিপুর ময়ানমার বাউন্দরী অদুমক ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী ওইদুনা লৈরি। ইং কুমজা ১৯৪৯ ফাওবদা মায়কৈ অহুমদা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগা মনিংতম্বা মণিপুর অনিগী মরক্তা ইন্তরনেশনেল বাউন্দরীনা ওমখৈ ওইনা চৎলি। হৌজিক্কী লৈরিবা ওমখৈ অসিনা হান্নগী মশাগী ওমখৈদগী ফনা য়াম্না শোকচনখ্রবসু, মণিপুরনা ইজরাইল ষ্টেটতগী স্কোয়ার কিলোমিতর ১,৫০০ হেন্না পাক চাওই, অমদি মাগী লাখ ২০ গী মীশিংনা বালতিক ষ্টেট ইস্তোনিয়াগীদগী মীশিং লাখ ৫ হেন্না য়ামই। মণিপুরগী পব্লার বেজনা হোংবা মতুং ইন্না, মাগী ওমখৈদা চেংশিনবা হৌরকখি।

মণিপুরগী হোংবা নায়বা ওমখৈ অসি মরিক চুম্না খঙহৌদবা তারগদি,ওমখৈ অসি মাঙখিরোই হায়বা হেনমনগনি। মতাং মতম য়েংদুনা ৱা পায়খৎপা হায়বদুনা পোমিৎ উবগী ৱানি। ইশাগী ওমখৈবু মরিক চুম্না খঙদবা তারবদি, মদু হীরম খুদিংদা অশোনবা লাকপা য়াই। নৈনজরিবা অসি ওমলিবমখৈ রিকোর্দতা যুমফম ওইনবা হোৎনবনি। মণিপুরগী মহৌশাগী ওইবা বাউন্দরীবু ঙাকলিবা মহৌশাগী শম্বনশিংদি - অৱাংলোমদা বরাইল চীংশাং, নোংপোক্তা পাৎকোয় চীংশাং লোয়ননা অকোনবা মতমদা, উঙোচীংদগী হৌরগা নীংথী তুরেল খোঙবান, নোংচুপ্তা জিরী, মতম অমদনা কাছার ফাওবা অমহিক্তি মখা থংবা মায়কৈদনা, চীন অমদি অরাকান চীংশাং পরেংনি । নৈনবা ৱারেং অসিদা, মপুং ওইবা মণিপুরগী ওমখৈ অপুম্বা পল্লি।

অহানবদা, হিষ্টরীকেল (হায়বদি গ্রেতর) মণিপুর বাউন্দরী; মসি হোংবা নাই অমদি হৌজিক্তি, শকখংবা (রিকগনিসন) পীবা তৌদ্রে।

অনিশুবদা, মহারাজনা ১৮ ওক্তোবর, ১৯৪৮ দা লাওথোকখিবা ওফিসয়েল মণিপুর বাউন্দরী অসিসু হোংবা নাই।

অহুমশুবদা, ইং কুমজা ১৮৩৪ দগী মরাচেৎনা, লৈবাকশিংনা শকখংবীরবা (রিকগনাইজদ) মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী অসি কায়বা য়াদনা লৈরি। ১৮৩৪ গী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী অসিগী মনুংদা লীজগী মওংদা, কমপেন্সেসন ফংলগা বর্মাদা (ময়ানমার) পীথোকখিবা কবো ভেলীগী ব্রাথোক্তি পনবা তৌদনা থমলি। ১৮৩৪ গী মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী অসি হেনরী য়ুলগী মেপ্তা পীরম্বা মতুংইন্না ইং কুমজা ১৫০০ দগী, শম্না হায়রবদা, চহি ৫০০ চুপ্পা লৈরক্লি। লৈবাক অতৈনা ফোরমেল্লি রিকগনাইজ তৌবা ঙমখৈ লৈরমদবা তারগদি, মদুনা অশেংবা ফিরেপ অমা পীদে।

ইং কুমজা ১৯৪৮, ওক্টোবর ১৮ দা মণিপুরগী মহারাজনা মনিংতম্লবা মণিপুরগী অহানবা ষ্টেট এসেমব্লিগী মীফমদা, মণিপুর সরকারগী ওফিসিয়েল বাউন্দরী লাওথোকখি। মহারাজনা সরকারগী লাওথোকপা অদুদা পীরি :

> "Read her political history from 24 A.D. She had her dominion over a wide area extending as far as the southern portion of China in the north, the gold mines in the Sibasagar Valley, the river Chindwin in the east and south, and Chandrapore (Cachar) in the west. Her present area is 8,650 square miles plus 7,000 square miles of the Kabaw Valley, including 7,900 square miles of the hills".

মহারাজনা সরকারগী ওইনা লাওথোকপা অদুনা মখাতানা পীরি :

> " All these times when Manipur was in the highest of her power Hill and Valley were one; and this oneness defended Manipur against all invasions and thus, she could maintain her independence upto 1891, when the rest of India had already been conquered by the British".

মনিংতম্লবা মণিপুর সরকারগী ইন্তরনেশনেল বাউন্দরী, ওফিসিয়েল প্রোক্লেমেশন অসিনা অদুমক পীজরে।

## অথৈগী ব্রারী

হৌজিক্কী মতমগী নেসনেল বাউন্দরী অমদি নেসনেল সোভরেন্টীগী চৎনবী পথাপ অমা লৈরক্লিবসি, ময়েক শেংদবা অরিবা মতমগী ব্রারীদগী থৈন্নে। চহি ৩৫০

গী মমাংদা নোংচুপকী লমশিংদা, চহি ৩০ চুপ্পা লান তৌনবা লোইববদা, সহি তৌনখিবা ত্রিতি ওফ ৱেস্তফেলিয়ানা পীবম্বা মতুং ইন্না, অনৌবা মতমগী লৈবাকশিংগী ঙমখৈ-ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী-ইকাই খুম্নবকখি। মসিগী মমাঙদতি, কন্তেমপোবারী সিন্তেমগী পুৱারীশিং হঙ্গৎনা য়েংবদা লৈবাক খরদা উবা ফংখি । চীনাগী চৌ শাংগেগী হৌখিবা ১১২২ বি: সি: দগীনা অমগা অমগা লান তৌনবা ষ্টেটশিংগী মতম ২২৭ বি: সি: ফাওবদা, চীনাগী ঙমখৈ তাশনবা খোপচনবা হৌবকখি। খৃষ্ট মমাং চহি ৮০০ দগী খৃষ্ট মমাং ৩২২ ফাওবদা, গ্রীক্কী সিতি ষ্টেটশিং কয়ামকম লৈরমই। ইং কুমজা ১৬৪৮ দগীনা নেপোলিযান্না মাযথীখিবা চহি ইং কুমজা ১৮১৪ ফাওবা, য়ুরোপকী লৈবাকশিংগী ঙমখৈ থম্বা হৌবকখি। ইং কুমজা ১৯৯১ দগী হান্না লৈবম্বা য়ুরোপকী ঙমখৈশিংদা অনৌবা লৈবাক্কী ঙমখৈ ২০ গী মথক্তা হেঙ্গৎলকখি। অশোক্কী পাক চাওরবা লৈবাক্তুদা মণিপুবদি লায়বদুনা আসাম ফাওবা যাওখীদে - মোঘলনা পাকথোকপা ঙমখৈদু, ভাবতকী ওইনা খক লৈরমদে। ইং কুমজা ১৬০০ কী মতুংদদা ব্রিটিশনা, ব্রিটিশ ইন্দিয়া, চেকতুম অমমম হাপচল্লগা, ইন্দিয়া শেমখী -মদুফাওবদা, মনিংতম্বা নেতিভ ষ্টেট চা কযা য়াওরমদে । হৌজিক্কী ইন্দিযাগী ঙমখৈ অসি সেকেন্দ বিসমার্ক, মাউন্তবেতন্না হৈবগা থনম্বনি।

অরিবা মতমদা ময়েকশেংনা লৈবম্না ভাবতকী মনুংচনবা, জিলা অমমম মুক চাওবা বিপব্লিক কুম্ভক্তকখক ঙসিগী ইন্দিয়াগী অৱাংথংবা গঙ্গাতুবেলগী নাকয়েংখক্তদা লৈবমই - মদু জৱাহবলাল নেহরুগী মাগী মমিং চৎলবা লাইরিক - গ্লীমসেস ওফ ৱাৰ্ল্ড হিষ্টরী দা ময়েকশেংনা পীরী। মদুনা অশেংবা অবযান ভাবতনি। মতুংগী ভাবত, ব্রিটিশনা লীংখৎলম্বা তাশনবীবম্বা ইন্দিয়াগী ঙমখৈদি, অশেংবা ভাবত (ঙসিগী অৱাংথংবা ষ্টেট ২-৩) কী অশেংবা ঙমখৈবু লেপ্পা লৈতনা, সম্রাজ্যবাদীগী পথাপ মখাদা চাওথোকহল্লকপনি। অরিবা মতমগী ভাবতদেশনা শেম্বা-লৈবা হৌরকপা মতমগা তুংথ-মাঙথ, অবিবা মীতৈ ষ্টেট লৈরকখি। চৈথারোল কুম্বাবা (কুম্বাবা মখল ৫-৬ সু চহি ২-৩ তাশল্লগা, মায়চৌ এন: খেলচন্দ্রনা ইদিত তৌবা ১৯৮৯ গী ইদিসন) না পীবা মতুংইন্না, মৈত্রবাক (মীতৈ ষ্টেট) খৃষ্ট মতুং চহি ৩৩দা লৈরে হায়রবসু, খৃষ্ট মমাংদা নিংথৌ কাংবানা পাল্লম্বগী ৱাবী পীনরকলি।

কাংবা-মতুং মৈদিঙু মালিয়া ফম্বালচানা খৃষ্ট মমাং চহি ১৩৯৭ তা মীতৈ ষ্টেট মখা চখনা থম্নম্বা ঙাক্লম্বগী পুৱারী পীবি। ভারত ষ্টেট অমদি মীতৈ ষ্টেট এসিয়াগী অরিবা ষ্টেটশিংনি। লৈবাক ২ গী কমন বাউন্দবী ফাওবা লৈরমদে। মতমদুদা, ইন্তরনেসনেল বাউন্দবী থম্বগী ওইথোকপসু লৈবি। য়েৎনদবা হাযবতবু মীতৈ ষ্টেট

লৈরমই হায়বসিনি। মালেমগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা, য়ুনাইতেদ নেসন্সকী মেম্বর ৫০ গী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী ৫০ মুক লৈরম্বা অদু, চহি ৫০ গী মতুংদদি ঙমখৈ ১৮৫ গী মথক্তা মশক খঙনদুনা লৈরে। মণিপুরদি য়ু:এন:গী মেম্বর ওইনবা তৌখিদে, মদুনা মাগী নীংতম্বা শোকখিবা তৌদে। ঙসিমকশু য়ু:এন:গী মেম্বর ওইদবা লৈবাক লৈরি। 'রিয়েল পোলিতিক' (অশেংবা লৈঙাক্লোন) দা, ঙমখৈ হায়বা ৱাহৈশি থম্বদা, ঙমখৈ থম্বা পামদবশিংগী আরগুমেন্তসু পীনরি। ঙমখৈ থম্নদবা হায়বসি, মীওইবগী খুনাইনা শরেপ ফাদ্রিঙৈদা অমা থোক্লমই, অনিশুবদা, ওফিসিয়েল মার্ক্সিজমদা ষ্টেটকী ঙমখৈ - লৈবাকপুম্বগী ঙমখৈ মুৎথিবদু ওইথোকপা অমা ওইনা ইরি; অহুমশুবদা, ঙমখৈ মাংবা হায়বসি ইম্পেরিয়েলিষ্ট লৈবাক অমখক্তনা, লৈবাকপুম্ববু ঙম্নমক লোয়চল্লগা থম্লম্বা য়াবা মতাংদসু ওইথোকই। হৌজিক্কী ওইনদি 'রিয়েল পোলিতিক' না ইন্তবনেসনেল বাউন্দবীবু থম্নবা চৎনবী অদু পীরি। ইং কুমজা ১৯৪৫ দা য়ুনাইতেদ নেসন্স লীংখৎখিবদগীদি, চার্তবনা পীবা মতুং ইন্না, ইং কুমজা ১৯৪৭ তা লৈরম্না মণিপুবগী টেরিটৌবিয়েল ইন্তেগ্রীতি কাযবা যাদে অর্মাদ সোভবেন্তিশু শোকপা য়াদে। মসি মালেমগী চৎন পথাপ ওইবির্বনি। ইং কুমজা ১৯৪৭ ফাওব তেক্ত-কাযদনা, হৌজ কযাদা ত্রিতি কযানা শক খঙদুনা লাকত্রবা, মণিপুবগী বাউন্দর্বী পিকশনবা তাবর্বাদি, মদু তঙায়ফদনা, মালেমগী শান্তি থুগাইবা ৱা ওইনা, য়ু:এন: যৌবা ফাওবা তাবকই।

## লৈবাক্কী ঙমখৈদা খৎনবা

লৈবাক খুদিংগী ভাইতেল, স্ত্রেতেজিক ইন্তরেষ্ট - মরুওইবা অপাম্বা - লৈনবা পুম্বা বিয়েল পোলিতিক্লা, মতম মতমগী লৈরিবা কন্তেমপোরারি সিস্তেম মনুংদা পীবা মরমদগী, লৈবাক মশেলগী লৈনবা মরী অদু হোঙহল্লি। লৈবাক্কী মরীদি হোঙবা য়াই। ঙরাংগী য়েক্নবা বর্মা, ঙসি মরুপ ওইবা য়াই, হয়েং য়েক্নবা ওইবসু য়াই। মণিপুরগী নেসনেল ইন্তরেষ্টতি তোয়না হোংদে। ষ্টেটকী বিহেবিয়ার হায়র্বাস যানমিন্নবা (কনসেন্সস), নত্রগা ফোঙনা শেমদোকপা, নত্রগা, কিহনবা (কোরসিয়ন) নত্রগা শক্তি-ফোর্স শিজিন্নদুনা হোংহল্লি। মদু পুম্বা লৈবাক্তুগী পব্বারবেজ হায়বর্দি, অপুম্বা শক্তিগী য়ুম্ফমদুনা লেপই। খুদম ওইনা, মৈদিঙু পামহৈবাগী কাখৎপর্গা (এসেন্দেন্সী) মতমদা, মৈত্রবাক্কী পব্বারবেজ য়াম্মা কনবা মরমদগী, মাগী ইন্ত[illegible]নেসনেল বাউন্দরী লেঙদনা লৈবতা নত্তনা পাকথোকপা ঙমই। অদুবু, পামহৈবা মতুংদদি, বর্মাগী পব্বাবেজনা হেন্না কনখৎপা মবমদগী অলোংপাম্পা অমদি, অথেংবা

মতমদা বাগয়ীদাওনা লান্দাবদগী, মণিপুবগী ইন্তবনেসনেল বাউন্দরী শোকখি ; অদুমকপু, মহৌশাগী ঙমখৈ চীংশাংশিংনা ঙাকপীবা অদু, বাজনিতিগী হান্নগী ঙমখৈদা চাশন্ননা অমুক অমুক হঞ্জল্লকখি। ব্রিটিশকী স্ত্রেতেজিক ইন্তবেষ্টনা মণিপুবগী ইন্তবেষ্টকা চুঙশন্নখি।

ইং কুমজা ১৯৪৯ গী মতুংদা, ইবমদমগী পৱাববেজনা শামথর্থিবগা লোয়ননা, অশিবা শদুমদা লংজা মযাম্না মা মাগী শদুম মচেৎ ফংনবা তাল্লকপগুম, নৌনা পোক্লকপা লোকেল পবাববেজ অমা অনিনা, চহি লিশিং ২ ৩ লেঙলকত্রবা ইবমদমগী ইন্তবনেসনেল বাউন্দবীদা, লানশন্দুনা, লুখুম-চাখুম হেক যৌনা, মখোযগী পতা তাদ্রিবা ইংখোলগী পতা তানলক্লি ঐখোযগী হৌবক্ক দৌবিবা মীবোলদা কবম্না পতা পানম্রগা, মখোযগী যুম্ফম ওইনা ঙসিগী মীবোলনা শিন্নবমগদগে হাযবদু, মতম হেল্লবা মতাংদা, থেংলবস্ থেংনা অচৌবা বাহং অমা ওইবি। অশিবা শদুম ওন্দ্রিঙৈ মতমদসু ইথোক থোকখিদবা নত্তে; চৈথাবোল কুম্বাবা যেংবীবদা, হৌজিক হৌজিক্কী খৌদোক চামবোমদা, অপিকপা ত্রাইবেল ভাইওলেন্স মদুগুম্না থোকখ্রবসু, মৈত্রবাক্কী পবাববেজ হন্না হন্না 'জেবো সম গেম' দা মৈত্রবাক্না তোঙহৌই হাযবদ্ শিংনবকপাশিংদা উৎাখ অদুবু, মদু হৌখ্রবা মতমগী অইবা লমাইদগানি। ইং কুমজা, ১৯৪৯ দগীদি 'জেবো সম গেম' অসিদা, মৈত্রবাক মণিপুবগী মহুত্তা, ভাবত সবকাবনা মণিপুবগী ঙমখৈবু ঙাকথোক্রবা মাগী অহানবা দাযিত্ব (মথৌ) ওইনা লৌশিনখ্রবনি। (মদু তৌবমদ্রগাদ, মণিপুবগী মশাগা চহি ২,০০০গী ত্রেদিসন লৈজবা, মিলিতাবী ডিফেন্স কমপ্লেক্সনা, মণিপুবগী ঙমখৈদু শিংনবকপা খুদিংমক অহিং অমদা তুম্না তকখাযবা ঙমলম্লনি)। ভাবত সবকাবনা মণিপুবব্ ওকুপায তৌখিবদগীদি, মণিপুব মশাগী দিফেন্স মমিংতা ফাওবা থমখিদ্রে।

লৈবাক্কী ঙমখৈ হাযবদু মুথৎপা, শেমদোকপা, হোংদোকপা, পীকথহনবা, চাওথোকহনবা, অমদি এদজষ্ট তৌবা হাযবসি ওইথোকই। মালেমগী আইন্দা লৈবাক তিনশনবা (সেশন), আইন থুগাইদুনা নমদুনা লৌশিনবা (এনেক্সেশন), লাম্মী খাজন্দুনা থম্বা (ওকুপেশন), জয তৌবা (কনকেষ্ট), লম যোনবা (সেল), শান্দোকপা (লীজ), ঙমখৈ চাশন্নবা (এডজষ্টমেন্ট), লম ব্রাযেন তৌবা (আববিত্রেসন) অমহিক্তি লৈবাক মচেৎ তাবকপা ( সেসেসন), মনিং তমলকপা ( ইন্দিপিন্দেন্স), নত্রগা, লোযচনবা উথাযবা (দি-কোলোনাইজেসন), হান্নগীদা হঞ্জনবা(বি-ইষ্টাব্লিসমেন্ট) অসিনচিংবা তৌদুনা, ইন্তবনেসনেল বাউন্দবী হোংই।

ঙমখৈগী ব্রাথোকশি মতম অয়াম্বদা থোক্লুনা লাকলি। ইকুয় কুয়দবা মতমদা,কম্যুনিষ্ট চীনাগা কম্যুনিষ্ট রসিয়াগা উসুরী তুরেলগী ঙমখৈদা উংখৎনখিবা, রান ওফ কৎচ, অকসাইচীন, সিয়াচীননচিংবদা থোকখি। ঙসিমকসু এসিয়া পেসিফিক্তা, বোসনিয়াদা থোকই।

ইরমদমগী ওইনা পল্লগা, ইং কুমজা ১৯৪৯ দা মণিপুব মহারাজনা মণিপুরগীনি হায়না সরকারগী ওইনা পাল্লিবা, কবো ভেলীগী ব্রাথোক য়াম্না মরৌলৈনা, অঙকপা ফংনা হৈশিংনা ইন্দিয়ান দোমিনিয়ন (ইং কুমজা ১৯৫০ দা রিপব্লিক ওইখিবদা ঙায়রিবা) না খুমজন্দুনা থমলিবা অসিশু পনবা মরম চাই। মালেমগী লৈবাকশিংগী ঙমখৈ ব্রাথোক্কী সোলুসন লৈখিদবা লৈতে হায়বা য়াই।

## রেসিয়েল/ইথনিক বোর্দর

জাতি চপহেক মান্নবা (১০০%) মীওই কাংলুপ ঙাক্তনা লৈবাক শেম্নগা নৌনা ঙমখৈ য়েকথোক্কনি হায়বসি মরক-মরক্তা কনাগুম্বানা খনবা য়াওই, চেশু ইবকই। মদু তৌবা তাববদি, হিন্দু লৈবাক নেপাল ভাবতকী ঙমখৈদা লাকপা তাবগুম, পাকিস্তান, কাসমীব - ইরান নত্রগা কাজাখস্থানগী ঙমখৈ ওইবা তাই, তামিল ইলাম শ্রীলঙ্কাদগী কায়রগা তামিলনাদুদা লাকপা তাই, তাই কাংলুপকী নক্লবা লম-আসামগী অহোম, মণিপুরগী মণিপুবী, বর্মাগী শান, থাইলেন্দ, কমবোদিয়া, চীনাগী য়ুনান, লাওস থাইলেন্দদা তিনবা তাবকই, সরবিয়া রসিয়াগী ঙমখৈ ওইবা তাই, অমেরিকানা য়ুবোপ নত্রগা ব্রিতেন্দা হল্লকপা তাই - লোয়বা নায়দে। মালেমনা যানবা নিয়ম - আইনবু তায়োন্ননা লেপ্পা লৈতবা মীরৈবাক্কী ঙমখৈ অঙাওবদুনা ক্লেম তৌবা তারবদি - থার্দ ৱার্ল্ড ব্রারগীদমক শেম শাবা য়ারে। অলবার্ত আইনস্তাইন্না হায়বগুম, লাইবক থীদুনা থার্দ ৱার্ল্ড ৱার থোকখিবা তারবদি, মরিশুবা লাঞ্জাওদদি, হিংহৌবা মী ৫-১০ না চেকতুম-চৈনদা থানবগী লাল অমফাওবদি তৌবগী শক্তি লৈহৌবা য়াই। রেসিয়েল বাউন্দরী হায়বা মালেমদা লৈখিদে, লৈতে, লৈরোয় - মদু অশা-কাহেন্না চাওবা অপিকপা ক্লান ত্রাইবকী লুচিংবনা খঙহৌবা চুমই। মণিপুরনশু গ্রেতার মণিপুর তাল্লুবা হৌনদে। ঙমখৈ মুন্নবা থোক্লেবদি, ইন্তরনেসনেল আরবিত্রেশন তৌরগা, লান তৌদনা শান্তি ওইনা তায়শন্নবা চৎনৈ।

# প্রি-খৃষ্টিয়ান মতমগী মীতৈ ষ্টেট

অবিবা মতমগী এসিয়াগী ষ্টেটশিংগী মনুংদা মমিং পনবা যাবদি - চাংমী তন্মী ১গী মীতৈ লৈবাক (মমিং ২০ শুই), তিবেত, চীনা, ভারতনচিংবা অসিনি। মদুগী মথক্তা অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, খা-ভারতকী লৈবাকশিংশু লৈখি। ভারতকী খ্বাইদগী মমিং লৈবা হিষ্টৰিযানশিংনা, কলিঙ্গগী মন্যংচল্লা মণিপুর কৌবা লম মচা অমা লৈবগী খ্বাশু লৈরি। অবিবা মতমগী মীতৈ ষ্টেট, সলায ৩রেংকী টৌরিটৌবিনা পুনশিল্লগা শেম্বা - চাংতম অনিগী অপিকপা কাংলুপশিংনা অমদগী অমদা মনিংতম্না খুন্দা লৈতাখ্রবা, ঈদা ত্রোংদা খাযদোকপা যাদনা তিনশিন্নখ্রবা যেলহৌঙৈগী মীওইশিংগী স্টেট ওইখি। মদুগী মতমদুগী ঙমখৈবু ইং কুমজা ১৯৬০ নত্রগা ১৯৭১ গী মতুংদা ঙাশনখোমজল্লগা শেম্বা ভারতকা কনষ্টিটুযেণ্ট ষ্টেটশিংগী যুম্ফমদগা যেংলুবা চুমলোয। মতমদুমক্তদা, লৈবক্না ঙমখৈদুগী ওইবা যাবা ফিভমদা যেংবা তঙাযফদে। পনবা যাবদি, যেলহৌঙৈগী মীতৈ, কুকী, নাগা (হান্না বাহৈসি লৈখিদে) মখায মচিল মনাও অহুমগী মণিপুরগী লৈমাযদা, ভারতকী প্রেসিদেন্তনা অযাবা পীবা এম. এল. আর: এক্ট, ১৯৬০ না শন্নল কযা খাক্তিনবাখ। ভারতনা লৌশাদ্রেদা, মণিপুরদা ঙমখৈগী ব্রাথোক লৈবমদে, চাংমা তন্মা যেংখানবা, চংতন্নদবশু লৈবমদে।

মতমদুগী ফিভমদা ফাওবা, অতোপ্পা লৈবাক্না শকখংবীবা যাওদ্রগাদি, কোবোবোবেতিভ ইভিদেন্স লৈতবা, মতোমতা ক্লেম তৌজবা ওইনা লৌখবশু ওঙথোক্তংবা নত্তে। মবম অদুনা, চাংমী-তন্মী অপুনবা মীতৈ ষ্টেটকী বিকগনিসন অমদি কোবোবোবেতিভ ইভিদেন্স পীবা চঙই। বর্মাজগা অবিবা রিকোদনা, ৫৫০ বি:সি: দা মণিপুরদা সাক্য শাগেনা পানবগী ইভিদেন্স পাব। চানা লৈবাক্না মীতৈ ষ্টেটতুবু সেযাও-পোলো- মৈন হাযনা কৌরমই। পোবপ্পসনা শকখংবগী বা পীবি। ১৪০ এ:দি: দা তোলেমীনা (জোর্বাননা ব্রাহষ্টোক পীবা), মীতৈ ষ্টেটপু খঙলম্বগী বা লৈবি।

ফোরেন বিকগনিসনগী মথক্তর, মীতৈগী মশাগী সোর্চ কয়ানা ১৩৯৭ বি:সি: দা মালিয়া ফম্বালচানা পানবগী পুৱাবী লৈরি। ঙল্লিঙৈগী মীতৈ ষ্টেট অদুবু, খৃ : মমাং চহি কযা ঙনখৎনা যেংলুদ্রফাওবদা, চাওবাক্রা ৩৩ এ:দি:দগীদি মবিকচুম্বা ষ্টেট অমা লিংখীবগী ব্রাফমদুদগী হৌববা ফাওবদা মাগী হিষ্টৰী অমদি লৈজরে। (কনাগুম্বনা প্রি, প্রোতো-হিষ্টৰীগী ঙমখৈশি মিৎনা হেক উহৌবদুনা চিংবা ঙম্লবদৌনা হায : যানশি হাযবগী কযাক্তা, অফঙবা ইভিদেন্সতগী চাওবাক্রা শাগৎপগী ব্রাতান)। পোতো হিষ্টৰী

ফাওবদা, লৈবাক্কী ঙমখৈশি মহি লাংবা ওইনা লৌবনা হেন্না ফজে ; মতমদুদা কারতোগ্রাফী পোকখিদ্রি। চাওরাক্লা, ঙল্লিঙৈদা মীতৈ ষ্টেট লৈরমই, ঙমখৈদুগী পল্লেপফম চপচাবা য়াৎলমদে। হৌজিক্কী অৱাংনোংপোক্তা লৈরম্বা অরিবা লৈবাক হায়বতবু মৈত্রবাক (মণিপুর), কামরুপ (আসাম), ত্রিপুরা পনবা য়াই- খুঙ্গং নত্রগা ক্লানগী য়ুমজাও ৫-১০ পুম্বা হায়বদুশু য়াম্না লৈরমই।

চীনাগী গোবী মরুভুমিগী ময়াইথংবা তিবেতো-বর্ম্মন লোন ঙাংবা লম কানসু, য়ুনান তিবেতকী শরুক খরা, প্রোতো থাই ওইরক্কদৌবা চীনগী মী, খাথংবা চীনাগী মী-নচিংবানা প্রি-হিষ্টরিদা মাইগ্রেসন তৌদুনা, ঙসিগী লমদমশিদা তারবা মতুংদা মেলতিং পোক্তা তিনশন্নরগা, মীতৈ ষ্টেট শেমখি, অমদি মদুগী ঙমখৈ চাওরাক্লা থমখি। ইবানদগী আফগানিস্তান, পঞ্জাব ফাওরগা, মাইল লিশিং কয়া লম্বী য়াওদনা লাক্কুনা অবিবা মতমদা মীতৈ লৈবাক্তা আর্য্য জাতিনা তারখিবগী ওইথোকপা য়াবদুদগী, বর্মা লাম্থোক্লগা লৈবা য়ুনান্দগী, অৱাং থংবা বর্মাদা খোঙ হেক কানথোক্লগা লমদমসিদা মোঙ্গোলিয়ানশিংনা খুন্দা-লৈতারবনা খ্বাইদগী লাইবা, ওইথোকপা, থাজবা য়াবা রাফমনি। বেলেন্স ওফ প্রোবেবিলিতিজ হায়বসি, অঁককনবা ইভিদেন্স লৈতবা মফমদা, য়ানদবা ঙম্লোয়দৌবা মীওইবগী পথাপনি। ঙমখৈ অদু মীতৈ, নাগা, কুকি-চীন মচিন মনাও অহুমগী অপুনবা চৈথারোল কুম্বাবাদা মফম কয়াদা পীবা মতুংইন্না, অপিকপা পানাগী ৱাংমদা, চহি ৩০০ চুপ্পা চীং-তম তাশল্লবা মতুংদা, ১৬, ১৭, ১৮ শুবা সেনচুরীদা চীংমী-তম্মী ২গী মৈত্রবাক (কোন্না মণিপুর) পাকথোরকখি। ক্যাম্বা, খাগেম্বা, পামহৈবাগী খুদোল য়াম্না চাওই। ইং কুমজা ১৯৪৭ কী য়ুমলোন্নবা লমদমদা, অকনবা নাগাআইজেসন (নাগা ওলহনবা) লাকত্রিঙৈণী মমাংদা, মণিপুরগী চীংমী কনাবু 'নাগা' হায়না 'কুকি' হায়না কৌরমদে, খঙবশু খঙনরমদে মদুগী য়াম্না চম্বা খুদম হায়ববু, য়ুমলোন্নবা নাগাগী ভারতনা শেম্বীবা ষ্টেটকী ত্রাইব অমতদা মীতৈগী য়েক শলাই লৈতে, অদুবু মণিপুরগী তাংখুলনচিংবগীদি মীতৈগা চপ মান্নবা য়েক শলাই লৈরি।

তাংখুলগী ফোক ত্রেদিসন্দা মীতৈ য়াওই - সেমা, আও, অঙ্গামী য়াওখিবা লৈতে। মণিপুরগী ত্রাইবশিংগা মীতৈগা মান্নবা চাদা ৯০% লৈবদা, মখোয়গা অতোপ্পা মণিপুর ৱাংমগী ত্রাইবশিংগা চাদা ৫% মান্নবা হায়বতবু ত্রাইব ওইবা হায়বদুখক্তংনি। লোন ফাওবা ত্রাইব অমনা অমগী খঙবা ঙম্মদ্রি। মণিপুরগী চীংমী খুদিংমক মীতৈশিংগা অকনবা মরীমতা থোকই। মরম অদুমক্রনি, মণিপুরগী

ইন্তরনেসনেল বাউন্দরীনা চহিচা কয়া লেঙদনা লৈরক্লিবসি-মসিবু এক্সপেদিয়েন্সিগীদমক, কনাগুম্বা ইম্পেরিয়েলিষ্টনা, করিগুম্বদা থুগায়খ্রে হায়না একাদিমিকেল্লি খল্লফাওবদা, এরোগেন্ত ওইবা মখোয় মশেল হেন্না নকশন্নবা ত্রাইব অতৈনা মণিপুরগী অরিবা ত্রাইবশিংবু নমথবীরক্কবা, ইকাইখুম্নবীদ্রবা মতমদুদা, অমুক রি-য়ুনিয়ন শোয়দনা লাকপা তাই - মরমদি নেসন হায়বসি অহিং অমদা সনা ফু দোংবদুনা নুংথং অমনা কোক কোক য়ৈশল্লগা খাঙুথত্তৱ শেমখিবা নত্তে। কমন এক্সপিরেয়েন্স, কমন ফিলিং হায়বসি চহি চা কয়া লৈমিন্নরকপগী মমলনি । মসি চহি ৩৫ গী মমাং খত্তুন্দা খোমজিল্লগা শেম্বা ইন্দিয়াগী ষ্টেট অমনা অহিং অমদা হেক্তা খঙবা ৱাগনি। মণিপুরগী বাউন্দরি শোকহন্দনা অচুম্বা নিয়মগী মখাদা, ত্রাইবশিংনা নেসন ওন্নবগী প্রোসেস চংবদা কনামত্তনা থিংবা তৌদে।

## মোদর্ন মণিপুর (কংলৈপাক)

সনামহি লায়কন অমদি, মীতৈগী পুয়া কয়ানা চীংমী-তম্মীগী মৈত্রবাক নত্রগা কংলৈপাকপু পামহৈবা মতমদা ঙরাংতমক ময়াংমরোন্দা মণিপুর কৌখিবদু পীরবনিনা, য়ুম্ফম য়াওদনা পামহৈবা মমাংদগু মণিপুর কৌরমই হায়বা আরয়ান রেসিজমগী ময়াংগী পন্দিত অমা অনিনা লেপ্তুনা মীয়াম্বু লান্না হুমদুনা লাকখীবদুদা, পুক্লিং অমদি তাংলবা মতম মাঙহনবা চুমদ্রে। মোদর্ন মণিপুর (মমাংদা কংলৈপাক / মৈত্রবাক) গী য়ুম্ফম থিজনবা চঙই। ১৭ শুবা খৃষ্ট মতুং সেনচুরীগী মণিপুরবু মোদর্ন ষ্টেট কৌবা য়াবগী মরম লৈতবা নত্তে - ১৮ শুবা সেনচুরীদদি চপ হেক চানা কৌবা য়ারে। হায়রীবা মতম অসিদা, টেরিটোরিয়েল কনসোলিদেসন লোয়রদুনা, মাগী কনষ্টিট্যুসনেল ফোর্ম ওফ গোভর্ণমেন্ট (লোয়ুম্বা শিনয়েলগী পথাপ্তা) লৈজরে, ইং কুমজা ১৭৬২ দা এঙ্গলো মণিপুরী দিফেন্স ত্রিতি লৈনরে, দিপ্লোমেশীগী য়ুম্ফম লৈরে- মিলিতারী কেপেবিলিতি য়েংবা তারগশু গনপাউদর শুংবা শিজিন্না চৎনরে। শন্না হায়রবদা, মণিপুর কোমিতি ওফ নেসন্সতা চঙখ্রে। মদুমক্না, মাগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী অদু ঙাকথোকপদা, ব্রিটিশকী মতেং পীনবগী থাক্তা চঙশিনখিবনি। অৱাং নোংপোকলমদা য়ুম্ফম য়াওদনা মণিপুরগী ঙমখৈবু নমফুদা থুগাইগনি হায়রিবশিংনা মখোয়গী চহি ৫০০ গী রিকগনাইজদ বাউন্দরী শিনি হায়দুনা মেপ, রিকোর্দ পুথোকফম থোকই। মদুবু ত্রিতি য়ানচে কয়ামরুম্না শৌগৎফম থোকই।

ইং কুমজা ১৮৩৫ গী পেম্বরতন রিপোর্তনা মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরীবু অশুম্না পীরি :

"2nd. The territories of Muneepoor have fluctuated at various times with the fortunes of their princes, frequently extending for three or four days' journey east beyond the Ningthee or Khyendwen river, and west to the plains of Cachar. Its present boundaries, as far as they have been fixed, are on the west, the Jeeree river, from its soures to its confluence with the Barak, and from this point, South, to the north of the Chikoo or Tooyaee, a nullah, which flowing from lofty ranges bordering on the Tripurah country, falls into the Barak at the Southern extremity of a range of mountains, three sides of which are embraced by the tortuous course of this river"

ত্রিতিশিংনা পীবা মতুং ইন্না, মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী তেক্তা কাযদনা, হন্না হন্না কোমিতি ওফ নেসন্সনা য়াদুনা লাকই। মদু মখাদা শমপৎনা লাম্লোকলি। (ত্রিতিশিংগী ফুল তেক্সট-অইবগী মণিপুর ত্রিতি এণ্ড দোকুমেন্তস ভোলুম ১ দা ফংবীগনি)।

## ত্রিতি ৱান

ভেরেলষ্ট ত্রিতি : সেপতেম্বর ১৪,১৭৬২ না পীবদা, বর্মানা লৌখিবা মণিপুরগী লম হঙনহনবদা, ইংলিশকা মণিপুর লৈবাক্কা লৈনগদবা মবিদু পীবি :

"That the said Jai Singh will at all times fully consider every enemy to the said English as his own enemy and that the said English shall consider every enemy to the said Jai Singh as their enemy" (clause 5).

য়াম্না হেন্না মোর্দন ওইরবা ইন্দো-সোভিয়েৎ দিফেন্স ত্রিতি ১৯৭২ দা শিজিন্নবা ৱাহৈ-ৱাতাবু ফনা মাল্লি।

## ত্রিতি টু

ব্রিটিশ কমপানী অমদি বর্মা নিংথৌ হায়বা মতমদুগী ফোরেন পৱার অনিমক্না, ফেব্রুয়ারী ২৮, ১৮২৬ কী ত্রিতি ওফ য়ান্দাবুনা, মণিপুর লৈবাক অমদি গমভীরসিংবু লৈবাকসিগী নিংথৌ ওইনা শক খঙই। ফোরেন পৱার অনিমক্না মণিপুরগী নিংতম্বদু শকখঙবসিগী মনুংদা ভমথৈবুন্ত শকখঙই।

## ত্রিতি থ্রি

অনিশুবা এঙ্গলো-মণিপুরী ত্রিতি, এপ্রিল ১৮, ১৮৩৩ গী মতুংইন্না জিরিগী মরিন অমদি বরাক তুরেলগী নোংচুপথংবা অকোনবা অসিনা মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী ওইনা, পৱার অনিমক্না য়ানদুনা থমখি।

## ত্রিতি ফোর

জানুৱারী ২৫, ১৮৩৪ গী কবো ভেলী এগ্রিমেন্তনা কবো ভেলীবু বর্ম্মীজ কমিস্নারশিংদা শিন্নবা, মণিপুর সরকারদা থাগী লুপা ৫০০/- থীবা য়ানখি। কবো ভেলীনা মণিপুরদা হল্লকপা মতমদুমত্তন্দগী মাগী লুপা ৫০০/- থিবশি লেপ্পা হায়না য়ানখি। ত্রিতিগী ৱারোলশিদা ইরিভর্সিবল সেসনগী মমি শম্না অমা ফাওবা মমি তাদে।

## ত্রিতি ফাইভ (প্রোতোকোল)

আগষ্ট, ১৮৭৪ দা বরাক তুরেল ময়াইদা চন্দ্রক্রীতি মহারাজগা, ত্রিতিশী গভর্নর জেনরেলগা য়ানখিবা মতুংইন্না, অমনা অমগী মতেং পীনদুনা, মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী থমলকখি। মরমদুমক্না, ইং কুমজা ১৮৮৫ গী অহুমশুমা এঙ্গলো-বরমীজ ৱারদা, মণিপুরগী মতেং য়াওদুনা, বর্মাবু ব্রিটিশনা মায়থীবা পীখি। ঙমখৈ অমদি লৈবাক্কী যুস্ফমগী ৱারী শারকপদা, রিকোর্দ রিকগনিসন, ত্রিতিগী যুস্ফমদতা শাবা হায়বসি মালেমগী পথাপনি। মদু নত্রবা লম্বীদি মালেমদা শান্তি থুগাইবগী লম্বীনি ।মসিগী মথক্তা, ১৪৭০ দা কিয়াম্বাগা আৱাগা য়ানবা ত্রিতিনচিংবশু লৈরকই।

## ১৮৯১ গী ব্রিটিশ প্রোক্লেমেসন

মসিগী মতুংইন্না, ব্রিটিশ ইন্দিয়া নত্রগা ব্রিটিশ সম্রাজ্যদা লান্দা মায়থীরবা মণিপুরবু এনেক্স তৌবদগী তোকখি। এনেক্স তৌখিদবা অসিমক্না, মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী তেক্ত- কায়দনা ইকাই-খুম্নদুনা লৈরকখি। অদুমকপু বাউন্দরী শোকত্রবশু, চহি ১৭ চুপ্পা মণিপুরবু ব্রিটিশনা মপুং ফানা দে মিলিতারাইজ তৌখিবদগীদি, ব্রিটিশনা মহারাজগী লৈঙাক্তা নিয়ম কায়না য়াম্না ইন্তরভেনসন তৌখিবদুনা, মণিপুরগী সোভরেন্তীগী মচেৎ খরা মতম খরগী ওইনা সসপেন্দ তৌখি হায়বা ফাওবা য়াই। (য়েংবীগদবা, ১৯৯১ জুলায়, ওক্তোবরগী মণিপুরগী ষ্টেটকী মরমদা অইবগী পেপর ৩, ১৯৯৩ ওক্তোবরগী মণিপুর মর্জরগী মরমদা ইবা অইবগী মেইন পেপর; লোয়ননা

ব্রিতিজ বুক -১ অমদি মণিপুর পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ত ভোলুম ১-৪)। কনা কনাগুম্বনা সোভরেন্তি হায়বসিবু এবসোল্যুত ওইবা রাখলদা চৎনদবা রাখলদা ইবা য়াওবি. মদুনু মালেম্মা থবক্তা ইনবা তৌদে। ইন্তরনেসনেল লোগী মথক্তব, ষ্টেট প্রেক্তিস হায়বা লৈরি। (য়েংবীগদবা -অইবগী সেমিনার পেপর, এম-সু সেমিনার ওন টেবিটোবিয়েল ইন্তেগ্রিতি ওফ মণিপুর, জুলায়, ১২-১৩, ১৯৯৭)।

## মণিপুরগী ঙমখৈগী থাক (১৯৪৭-১৯৪৯)

পেবামাউন্তসিনা খুৎথিংজিনবা হেক লেপখিবা ইং কুমজা ১৯৪৭ তা লৈবা মণিপুরগী ইন্তবনেসনেল বাউন্দবী নৈনবদা, 'টেবিটোবিয়েল পোলিতিকেল স্তেতস' লেপ্পা চঙই (১৮৯১ গী মতুংগী মণিপুববু কোলোনিনি হায়বদা চুমদবা খব লৈ, অদুমকপু লেনিনিজমদা সেমী- কোলোনিয়েল ওইবা লৈবাকশিং পীবদুগা নকশন্নবা মবম পীবা তাববদি, নৈনবা য়াই)। মথক্তা পর্নাখিবা ব্রিতি মঙামক্লা ঙমখৈগী থাকপু অদুমক লেপ্তুনা বি-এফার্ম তৌদুনা থম্লকই। লেঙদবা বাউন্দরীদা হোঙবা তৌদনা যুম্ফম ওইবা মণিপুব ষ্টেটকী কাযদবা ঙমখৈগী ফিভমবু মখাগী এক্টশিংনা পী :

১) মণিপুব ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৯ গী আর্বাতকল ২ অমদি ৩ শুবা;
২) মণিপুব ষ্টেট হিল বেগুলেসন এক্ট, ১৯৪৭;
৩) মণিপুব চীফ কোর্ট এক্ট, ১৯৪৭ ;
৪) ভাবতকী কনষ্টিট্যুসন. ফার্স্ত সেদ্যুল।

অমদি মবীলৈনবা আইন পুন্না মদুগী মথক্তা, যেৎনবিবা দিসপ্যুতেদ এগ্রীমেন্ত মণিপুব মর্জব এগ্রীমেন্ত ১৯৪৯ গী পার্টি অনিগী স্তেতস পনবদা, পার্টি অমনা মণিপুব ষ্টের্টনি, অর্মাহক্তি পার্টি অমদি ষ্টেটকী থাক্তা লৈত্রিবা (প্রি-ষ্টেট) ইন্দিয়ান দোমিনিয়ননি। মণিপুব ষ্টেটকীদি চীং-তম্না পুন্না শাবা, হোংদবা ঙমখৈ লৈবা পার্টিনি পার্টি অসিগী ঙমখৈবু পার্টি অমনা হোংবা ঙমদে। মদু হোঙখিবা তাববশু, মদু চৎনবা যাদবা অবানবা অমনি। মদুবু কোমিতি ওফ নেসন্সতা পুথোক্তুনা শিংনবকলোয হাযবা ঙমদে - শিংনবক্কনি।

এগ্রীমেন্ট সহি তৌবা মতমদা লৈবম্লা, মণিপুবগী বাউন্দবী অদু হেক থুগাইনা মতমদা, এগ্রীমেন্ত অদু পার্টি অমনা থুগাইরর্বানিনা, এগ্রীমেন্ত অদু লৈত্রে হায়না থবক্তা উৎপা ওইনা লৌবা তাবনি। ইং ১৯৭১ গী ষ্টেটস বি-ওর্গেনাইজেসন এক্টনা পান্দা মণিপুব ষ্টেট, ফার্ম তৌদে, ইন্সাব্র তৌই। চপ চাবা অ হৈদি বি-ইন্সব্রেস হায়দবনি।

মদু ওইবা তাববদি, মণিপুব লৌশনখীবদু ভাবতনা হন্দোবকপা মশানা তাই ।

## সেক্তর ব্রান : অব্রাং থংবা ঙমখৈ

ইং কুমজা ১৯৬০ গী মতুংদা ষ্টেটস শেম্বগী মতাংদা লৈখিবা ভাবতকী পার্লিযামেন্তকী এক্টশিংদা 'মণিপুব ষ্টেট' অমদি 'ত্রিপুবা ষ্টেট' তি ইন্তাব্রিস তৌই হাযবি (চপ চাবা বাহৈদি বি-ইন্তাব্রিস হাযফম থোকপনি) অদুগা, নাগালেন্দ, মেঘালযানচিংবা আসামগী চাংলমদগী শেমদোবকপশিংদি ষ্টেট ওইনা ফোর্ম তৌই হাই । মসিগী খেন্নবসি, যুস্ফম লৈবিবনি । গভর্ণমেন্ত ওফ ইন্দিযাগী বিকোর্দস, আইনশিং পুম্বা যেংলবশু খংবা ঙমগনি । ৩৬ শুবা এমেন্দমেন্ট ওফ কন্সটিট্যুসন ওফ ইন্দিযানা সিক্কিম বু এসোসিযেৎ ষ্টেট ওইনা লৌবদা, মাগী টেবিটোবিদি শোক্তনবা পল্লি । তৌর্জাক্ত মদুশু মুথৎখ্রে।

## রিকগনাইজদ বাউন্দরী

মণিপুবগা অনাংথংবদা, মাওনা ঙমখৈ ওই । ইং কুমজা ১৯৬০ গী মাকমৈদা, মণিপুবগা লম লৌশনগান হাযনা চাংনীগী কর্মিতি অমনা তক্লববদা, হোম মিনিষ্ট্রিনা অশেংবা বাফম খণ্ডনিংবদগী, মাযচৌ এন খেলচন্দ্রদগী অশেংবা বাফম খংলবা তুংদা, হাযবিবা কর্মিতিদগী যুস্ফম যাওদবা কবামচাওবা অপাম্বা অদুবু থবৎ ককতুনা থমখি । মদুগা বাফমদু মবব মবত্তা মথি ফোংলকই ।

## গ্রেতর মণিপুর বাউন্দরী

দিমাপুব যৌনা চোল্লবা ধর্নাএ তুবেল, অমাদ দোযাং তুবেল, থিবোমৈ (কোহিমা) হেন্দোকপা লম, ব্রহ্মপুত্র তুবেল খোঙবান ফাওবা মতম অমদা মণিপুবগী টেবিটোবী যৌবমই । মসিগী মবমদা লিতেববী সোর্ছ ফজনা লৈবি । মহাবাজ বোধচন্দ্রগী ওফিসিযেল এদ্রেসতদি, থিবোমৈদি লাযবদুনা অসামগী সিবসাবগব যৌনা ব্রহ্মপুত্র তুবেল খোঙবাল ফাওবা মণিপুবগী ঙমখৈ শন্দোকাখ । ঙসি ফাওবা চন্দ্রক্রীতি মহাবাজগী খোঙফম হকপা নুং থিবোমৈদা যুংলম্বগী খুদম লৈবি । মদুবু লমদমদুগী মীওইনা নিংশিংনবি ।

ইং কুমজা ১৯৯০ গী মতমদগীদি, চাংলমদা থনম্বা মণিপুবগী ঙমখৈগী নুং ফনা যাম্বা বোম্বা কপখাযখ্রে । চথবকলিবা পুম্নমকসি যেংলুবগা গ্রেতব মণিপুবগী বাউন্দবী অসি চৎনবা তাববদি, মকপ মপাং ওইবিবা যুমলোন্নবা ষ্টেট খবগা থাং শৎনবা তাবকপনা, মসি হৌজিকমক্কীদি চৎনবা চুমদে চাওখৎপা লৈবাকশিংনশু

তাজেন আওনা ইবা, ব্রিটিশ ওক্যুপেসন ওফ নাগা কন্ত্রী (১৯৯৩, দিমাপুর) দশু, মণিপুর মহারাজনা পাকথোক্লম্বা ঙমখৈবু পল্লি। ইং কুমজা ১৯৪৭ গী আকবর হায়দারীগী নাইন পোইন্ট এগ্রীমেণ্ট হায়বদুনা, মণিপুরগী ঙমখৈ শোকনবা জুরিসদিক্সন লৈতে মদুগুম্না, মণিপুরনা পার্টি ওইদবা ইং কুমজা ১৯৬০ দা ভারত সরকারনা সহি তৌখিবা পোইন্ট ১৬ কী দোকুমেন্ত অদুসু মণিপুরদা জুরিসদিক্সন লৈতে। কোম্মিতি ওফ নেসন্সকী চৎন-পথাপ মতুংইন্না, মণিপুরনা পার্টি ওইদবা, মণিপুরগী ঙমখৈ শোকহনবা এগ্রীমেন্ত মখল খুদিংমক আইন কায়বা, চৎনবা যাদবা পথাপ ঙাক্তবনি হায়রবসি, ইন্দিয়ান দোমিনিয়ন (হৌজিক্লা লৈবাক / ষ্টেট ওইববা) না খঙফম থোকই। যুম্ফম য়াওদনা প্রোভোকেসন তৌনবা, খৎনবা হৌবা, অচুম্বা যাওদবা, ব্রিতিনা শৌগত্তবা ক্লেম তৌবা হায়বসিনা মখল অমগী থিলঙাও-লাইঙাও হায়বদুনি। মদুগা মান্নবদি, বসিযাগী জিবিনোভসকীনা ভারত যাওনা, ভারত মহাসাগর ফাওবা মাগী পুক্নিংদা লৈবা বসিযাগী লমনি হায়বি, ফেনৈতিক গোৱালকাবনা এসিয়া পুম্না অখন্দ ভারতান হায়বমই। মখোযগী মতুং ইনবা কোকথোং অমশু লৈ - মদুনা মখল অমগী ব্রানি। অদোম্ফ হিতলবশু পৃথিবী নঙ্খায অমদি মানা পানফম থোকই হায়দুনা লাঙ্গাও ফাওবা তৌরমই।

## সেক্তর টু : খাথংবা ঙমখৈ

**রিকগনাইজদ বাউন্দরী :** ব্রিটিশ ইন্দিয়াগা মনিংতম্বা মাণিপুরগা ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী ওইখিবা লুসাই হিলসকী তায়নবা (হৌজিক্লা মিজোরাম কৌবা) ঙমখৈনা ওইদুনা লাকই। খা থংবা ঙমখৈসি খরা মেন তারা ব্রাৎপগী খুদমশু লৈ।

**গ্রেতর মণিপুর বাউন্দরী :** চীন চীনশাং অমদি অরাকান চীংশাংনা ঙমখৈ ওইদুনা লাকখ্রবশু, ইং কুমজা ১৮৭২ গী লুসাই লান্দাবদা মীতৈ লাম্মী ২,০০০ শু পার্টি ওইখিবনা, ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী লুসাই টেরিটোরিদা মণিপুরগীশু শরুক লৈখিদবা নত্তে। পনবা য়াবা ব্রা অমদি, ১৯১৭ কী কুকী রিবেল্লিয়নগী যুম্ফম শেন্বা, কুকীগী লুচিংবদি মীতৈ মচা চীঙাখম সনাজাওবনি (ব্রিটিশ রিকোর্দ মপুম ওইনা পুন্না যেংবীগদবনি)। মহারাজ বোধচন্দ্রগী গভর্ণমেন্টকী ওফিসিয়েল প্রোক্লেমেসনদা চীনাগী খা থংবা হায়বনিনা, মদুদা যেৎপীনবা চোংথোকখিদবা য়েংলুরগদি, খা থংবা ঙমখৈশু খারোমদা নিংথীনা শন্দোকই। মসিবু ফজনা ইনবা তাবরদি, বর্মাগী অচৌবা লম

শকক শোকপনিনা, বর্মানা মাগী লমদা এগ্রেসন ওইনা লৌখিবা য়াই।

## সেক্তর থ্রি: নোংচুপ (খা) থংবা ঙমখৈ

**রিকগনাইজদ বাউন্দরী :** ইং কুমজা ১৮৩৩ গী এঙ্গলো-মণিপুরী ট্রিতি মতুংইন্না লৈবিবা জিবি ববাককী ঙমখৈনা, ব্রিটিশ ইন্দিয়া-মণিপুবগী ঙমখৈ ওইখি। কমপ্রোমাইজ তৌববা ঙমখৈ্‌গ - মহাবাজনা চন্দ্রপোব থানা থাদোকপগী মমলনি।

**গ্রেতর মণিপুর বাউন্দরী :** গোবিন্দচন্দ্রনা কোনুংমনুংগী শবৌ খবদগী মতম চাদনা থুপখ্রবদা, হৌজিক্কী দিষ্ট্রিক্ট অহুম ১৮ ১৯ শুবা সেনচুবীগী কছাব অদু মীতৈ নিংথৌ মচা অহুম্না যেন্নবগা পাল্লম্বা মবম্না, গ্রেতব মণিপুবগী ঙমখৈগী মনুংদা কাছাব লৈবাকশু চনখি। মহাবাজ বোধচন্দ্রগী সবকাবগী ওইবা ওফিসিযেল এদেসতশু কছাবশু মণিপুবগী ঙমখৈ মনুংদা শকখঙখি। বিকগনাইজদ বাউন্দবীগী বাংমদা, কাছাববু হৌজিক মণিপুবগীনি হাযনবা তানগদি, মদু অচুম্বা অমা ওইনা মীযাম্না অমদি সবকাবনা শৌগংলোয। যস্থম যাওদনা, লৈঙবম্বা টৌবিটৌবিযেল ইন্তেগ্রীতি থুগাইর্বস চংনাখনা তাববদি, অতিনা দি শুন, চেঙঘাসখানগী মচামশুশিংনা যুবোপ পুম্বা, এসিয়া পুম্বা চানাগী লমান হাযবদা যাবা তাবকই নত্রগা, মাববকী লৈবাক ৫০ লোমদি ইবাক নত্রগা, ইবানগী নোংচুপথংবা, খাথংবা দিষ্ট্রিক্ট ওইবা তাবকই। অঙাওবা হাযবসি হনবা নায, অদুবু ঙাওবীঙৈ মনুংদা মীশি মীনাদি-লান্দি পাকতক্লনা থোকই। মণিপুবদশু, ত্রাইব সেক্সন অমনা ত্রাইব অতৈবু দে-পোপ্যালেত তৌবদগী, নাগা-কুকী হাংনবা ইং কুমজা ১৯৯২ দগী থোকই।

## সেক্তর ফোর : নোংপোক (খা) থংবা ঙমখৈ

**রিকগনাইজদ বাউন্দরী :** মোবেহ-তুম্মুগী লৈবিবা ঙমখৈশিনা মণিপুবগা বর্মাগা তাযনবা ইন্তবনেসনেল বাউন্দবী, ইং কুমজা ১৮৩৪ দগী ওইবকলি। মসিবু য়ানবা নুমিত্তুমত্তংদা, কবো ভেলীবু চহি ১২ খুৎচল্লম্বা মহাবাজ গম্ভীবসিংহ পেন্দবদগী থুপখি।

**গ্রেতর মণিপুব বাউন্দরী :** মহাবাজ বোধচন্দ্রগী মণিপুব সবকাবগী ওইনদি স্কাব মাইল ৩,০০০ (১৫×২০) চাংবা কবো ভেলী মণিপুবগী লমনি। ১৯৩২ দা মহাবাজ চুবচান্দনা লৌখিবা সবকাবগী ফিবেপশু মশিমকনি। নিংতম লালহৌবা তিজম ইবাবোতকা বর্মা[illegible]

মশিমক্নি । কবো ভেলীদি, মণিপুরগীনি । কবো ভেলীদি, মরিলৈনবা প.. ' কবো
নেগোসিয়েত তৌগদবা হীরমনি । পার্লিয়ামেণ্টতা মীতৈ এম: পী: অমনা প্রি-মে.. বী
ওইবা, হন্থবা থাক্কী বুমরেং তৌবা অপঙবা ৱাহং অমা হংলুদুনা, ইশু অমবু মানা
নন-ইশু ওলহনখি । ইরমদমগী নেসনেল লিবরেসন মুভমেণ্টনদি ৱাথোকশিবু
পায়খৎপা মতম চাদ্রি হায়না ফিরেপ লৌনরি । ভারতকী পার্লিয়ামেন্তারী দিবেত
ঐইচ: পি: পার্ট ৱান, ভোল্যুম থ্রি, লা: ৭৬১ দা মমুৎ তাদবদু য়েংখৎপা য়াই ।
কবো ভেলী য়েংনফম লৈবা লমনি ।

**ব্রিটিশকী ফিরেপ** : ইং কুমজা ১৪৭৫ দগী ১৮৩৩ ফাওবা, কবো ভেলী মণিপুরগীনি হায়বসি 'বাই রাইত ওফ কনক্যেষ্ট' অমদি 'বাই রাইত ওফ ওক্যুপেসন' না, ব্রিটিশনা য়াখি । ৱাফমসি বর্মানশু য়াদবা ঙমখিদবনি, অদুবু রিকোর্দ চাংদমনবদা, বর্মাগী রিকোর্দ অয়াম্বা শেমজনবা ওইদুনা য়েংনবা থোকখি । নিংথি তুরেল অমদি চীন্দৱীন তুরেল তোঙানবা তুরেলনি হায়শিনবা, য়েকশিনবগুম য়ানদ্রবনি । পেম্বরতন-গ্রান্তকী পেপরনা, বর্মাগী কোর্টতা লৈবা ব্রিটিশ ওফিসার মেজর বরনিগী পেপরদগী হেন্না চুমই হায়বসি, গভর্নর জেনরেল ৱিলিয়ম বেন্তিঙ্কনশু য়াখি । ৱিলিয়ম বেন্তিঙ্কনা লৌবদা নিংথি (চিন্দৱীন) তুরেলনা নেচরেল বাউন্দরী ওইবতা নত্তনা, মণিপুবগী ঙমখৈনি হায়বসি য়াখি, অদুবু মহাক্না অচুম্বা তৌবগী মহুত্তা, ব্রিটিশকী এক্সপেদিয়েন্সী হায়বদি, অনিশুবা এঙ্গলো-বর্মীজ লান থোরক্তনবা, বর্মাবু মথৱায় হরাওনবা (এপিজমেন্ট) কবো ভেলীবু বর্মাদা শান্দোকপদা ৱারেপ তাখি · মপুং ফানা পীবা (সেসন) তৌখিরম্বা তারবদি, মণিপুরদা লীজ লৌবগী পথাপ ইন্দুনা থাগী খাজনা কারমলোয়দবনি । ১৯৪৭ তগী ১৯৪৯ ফাওবা ভারতকী দোমিনিয়ন্না খাজনা অসি ব্রিটিশকী মহুৎ শিন্দুনা মণিপুর লৈবাক্তৱ কারম্বদগী, ১৯৪৯ দা মরম অমত্তা পীদনা খাজনা কাবা লেপখি । ইন্দো বর্মা ফ্রেন্দসিপ ত্রিতি, জুলায় ৭, ১৯৫১ গা লোয়ননা, কবো ভেলীবু ভারতনা বর্মাদা য়াম্না শম্না অরোনবা যানবা অমদা পীখিব্রা হায়বগী চিংনবা লৈরি । আর: পী: এফ: কী ফিরেপ (তাং ৭/৭/ ৯৫ হুইয়েন লানপাউ) তি কবো ভেলীগী ৱাথোকশি মণিপুরনা মনিংতম্লবা মতমদা, মণিপুরগা বর্মাগা শান্নগদবা ৱা ওই - ভারতকী রাজনিতিৱালাগী শান্নপোং ওইদে । মতম চাবা চাদবদা য়ুম্ফম ওইনা পীরি - লৈবাক অনিগী মরী ওইনা পী - ৱাফমশিশু খংজনবা য়াই । আর: পী: এফ : (রিভোল্যুসনরী পিপলস ফ্রণ্ট) না, মণিপুরগী ঙমখৈবু মণিপুরীশিংনা মশানা খঙজবগী কান্নবা কান্নদবদা মোং পীদ্রবশু হৌজিক

হৌজিক্কী, (স্লোর্ক সবকার পার্মেনেন্ট ওইদ্রবশু য়াই) বর্মাগী মরীসি ফগৎনবা ওইনা হায়রি - "এনি অনতাইমলি হেল্পী কম্মেন্ট রেইজদ ইন দিস রিগার্দ মে ক্রিয়েট মিসঅন্দরষ্টেন্দিং ৱিথ দ বর্মিজ"। মখাতনা এন: এল: এম: অসিনা ফজনা পিবি- "আর: পি: এফ: বিলীভস দেট দ মেত্তর শুদ বি দিস্কসদ অন্দব ইন্তরনেসনেল লোজ" (ফ্রীদম, জুলাই ৭, ১৯৯৫)।

ৱাফম অসিদা, মণিপুরগী লুপ অতৈগী ৱারোল অর্মাদ সরকারগী ফিরেপতি কাংদ্রি। কৈশামথোং, চেকথোং অমনবী অসিগী অকোয়বনা মণিপুরগী অরোয়বা ঙমখৈ ওইখিবা তারবশু, হৈশিংলবা মিদল ক্লাসতি তুমীন্না লৈবনা ইশোয শোয়দে হায়বসিগী ৱাখল্লোন হোংলোয়দ্রব্রা হায়বগী ৱাহংসি লাকই। নত্রগনা, এনার্বাকিষ্ট ওইরবা নত্রগা, ইখঙ খঙদবদগী, ঙমখৈ লৈরবশু লৈত্রবশু অমগা তাবা, ত্যাশিন উশিন্নদবগী ৱাখল অমশু লৈরি। এনারকিজম, কুইনা চৎতবা পথাপকী মত্তুল্লা দেমোক্রেতিক প্রোসেসনা মন্থৎশিল্লবা মতমসিদা, মণিপুরগী ঙমখৈবু এনার্বাকিজমগী মীৎযেংদা য়েংদুনা, থোক্কবা অমা থোক্করে হায়নবা মবম লৈতে।

পেম্বরতন রিপোর্ট, ১৮৩৫ গী মতুংইন্নদি, মণিপুরগী ইন্টরনেসনেল বাউন্দরীদি নীংথি তুবেলদা লোয়খিদে—তুবেল অসিদগী নুমিৎ ৩-৪ খোঙনা চৎপা হৌজিক্কী বর্মাগী লমফাওবা য়ৌরমই। চাওরাক্লা হায়ববদা, নোংমদা খোঙনা মাইল ৫০ চৎপা ঙল্লবদি, মবাক্তদা মাইল ২০০ পাকপা বর্মাগী লমফাওবা নিংগী তুবেল হেন্দোক্লা মণিপুরগী লম ওইফম থোকই। মালেমগী শক্লায়রবা ইতিহাসকার দি: জি: ঈ: হোলনা মাগী 'সাউথ ইষ্ট এসিয়া' (১৯৮৫) দা পামহৈবনা অৱা কোন্নুংমক শোক্লা মায়পাক্লকপা, অমদি কবো ভেলীগী ৱাবম ইবি। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী মতুংদগীদি, মণিপুরগী ঙমখৈ অসি ঙনজন্নবা হোৎনবা হায়বা ষ্টেট রেসপোনর্সিবিলিতিশি ভারত সরকারনা, মশানা মাগী মথৌ ওইনা লৌশনখ্রবনি। ভারত সরকারশু ৱিলিয়ম বেন্তিঙ্ককী কারবোন কোপী ওইনা, বর্মা চীনা অনিগী পৱার বেজবু কিজবদগী, মখোয়বু পেলহন্নবা, মণিপুরগী লম, অবোনবা ত্রিতি ইং কুমজা ১৯৫১-৫২ দা তৌনবগা নত্রগা মদুগী মমাংদা, বর্মাদা পীথোকপ্রে হায়বগী থাজবা অমা লৈ। হার্যবিবা চহিশিদা নেহরু-য়ুনুগী বোত দিপ্লোমেসিদা, হিযাং তোংবদা কোনুংগী থাঙপাত্তা মহারাজ বোধচন্দ্রশু লেন্নবদা য়াওখী। মণিপুরগী য়েৎনরিবা লম কখোকপগী অরোনবা য়ানবা অমা লৈরবা মতুংদদি, নেহরুনা মণিপুরবু 'জেরেল ওফ ইন্দিয়া' হায়না কৌবীখি। পেম্বরতন রিপোর্টনা পীবা ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী অদুদি খবা লূম্বা ৱাৎলবশু, নিংথী তুবেলনা ঙমখৈ ওইবা,

কবো ভেলীনা মণিপুরদা হল্লকপা হায়বসিদি য়ুম্ফম লৈবা ৱাফম ওইরি। কবো ভেলী ক্লেম তৌবদি রেকোর্দনা, ব্রিতিনা, চৎনপথাপনা তৌবনি -লম লৌশনবগী দিজাইন ওইদে। কবো ভেলীগী পেন্দবা অসি ইং কুমজা ১৮৩৪ দগী ঙসি ফাওবা লৈরিবনি- ইং কুমজা ১৮৩৪ গী ব্রিতি সহি তৌনবা নুমিৎমকসিদা মহারাজ গম্ভীরসিং পেন্দবদগী থম্মোয় কায়দুনা থুপথ্রবনি। য়ামদ্রবদা, কবো ভেলী, বান ওফ কৎচনা ওইবম্বগুম, দিসপুতেদ টেরিটোরী ওই।

## পোষ্ট এনেক্সেসন বাউন্দরী

ইং কুমজা ১৯৪৯ দা ইন্দিয়ান দোমিনিয়ন্না মণিপুর ষ্টেটপু আইন কাযনা এনেক্স তৌখ্রবা মতুংদা, মণিপুরগী ইন্তরনেসনেল বাউন্দরী তোকথোক্তুনা, নেসনেল বাউন্দরী ফাওবা মকুপ মকুপ তানা কায়বা য়াবা থবক কয়া, মণিপুরগী মায়োক্তা লৈবা ফোর্স কয়ানা লেপ্তুনা পায়খৎলি। য়ুম্ফম লৈতবা লমলৌনবগী মণিপুবগী টেরিটোরী মুন্দুনা লৌনবগীদমক্তা, চে কয়া থোকপা উরে; মসিগী মতাংদা, মখাগী ৱাফমসি য়েংশনবীবা চুমগনি। (য়েংবীগদবা, এম-সু সেমিনার, জুলায় ১২-১৩, ১৯৯৭; মণিপুর মীফমগী মীফম, অ মু-কো, অগাষ্ট ৪, ১৯৯৭, ইম্ফাল)।

অহানবদা, মণিপুর ষ্টেট ফোর্ম নত্রগা ক্রিয়েত তৌবা ষ্টেট নত্তে, রি-ইস্তাব্লিস তৌবা ষ্টেটনি। মদুগী মথক্তা, এনেক্স তৌবা মতমদা লৈখিবা মণিপুরগী ঙমখৈবু ভাবত সবকারনা হোংহনবা ঙমদে- মরমদি, মসি এগ্রিমেন্ত অমগী মনুংচনবা অমহিক্তিংমখা পোম্বনি। এগ্রীমেন্ত অদুবু ভারত সরকাবনা কায়হনবা মতমদা, মণিপুব ষ্টেটনা ইং কুমজা ১৯৪৭ কী মাগী সোভবেন স্তেতসতা অদুমক হনজবা চুমই হায়বা মশানা তারকপনি। মসিবু 'রিভরসন' কৌই। 'রিভবসন' ঙসিগী মালেমদা থোকইবা, মালেমগী আইনগী প্রোসেসনি।

অনিশুবদা, ভারতকী কন্সটিট্যুসনগী আর্টিকল ৩৭০ শুবা অমদি ৩৬ শুবা কন্সটিট্যুসন শেমদোকখিবনা, কাসমিরগী নত্রগা সিকিমগী টেরিটোরী হোংদোকপা য়াদবনা, আর্টিকল ৩ শুবদু কাশমির নত্রগা সিকিমদা চৎনখিবা লৈতে। মদুগা চপ মান্নবা, হিষ্টরীকেল প্রোসেসতা চৎখিবা মণিপুরগী ঙমখৈগী ৱাফমদা, মণিপুরগী ঙমখৈ চাওথোকপা নত্তনা, চেঙশন্নবা নত্রগা মুথৎনবা মওংদা কন্সটিট্যুসনগী ৩শুবা অমদি ৪শুবা আর্টিকলবু মণিপুরদা চৎনবা য়াদে। তঙায়ফদ্রবদি, মবিলৈনবা ইন্তরনেসনেল বোদীদা ৱাকৎ পীখৎপা মশানা তাজবা

ব্রানি। খোঙথাং অদু ভারত সরকারনা থাংহনগদৌবনি, শম্মা হায়রবদা, ষ্টেট ওফ ইন্দিয়া লিংথ্রিবেঁদা, ষ্টেট ওফ মণিপুবদি হান্না লৈজরমলবনি। কবিগুম্বদা কনফিদবেসন অমা লাকপা তাববশু, মণিপুবগী বেকগনাইজদ বাউন্দবী মুথৎনবা মবম লৈতে।

অহুমশুবদা, ৩শুবা আর্টিকলসি মণিপুরদা শিজিন্ননবা থবক পাইখৎলকপগী, ব্রাথোক্তৱ, পাওখুম ওইনা পীরকপা য়ার্বাদ, ঈদা মণিপুবী সিতিজন ওইবা মণিপুবগী মীওই অমত্তা ভাবতকী কন্সটিট্যুয়েন্ত এসেম্ব্রীদা ফম্বা লৈখিদে, নত্রগা ১৯৪৭ কী মণিপুব কন্সটিট্যুসনগী মখাদা, চপ চানা মণিপুবগী মীহুৎ ১ খর্নখিবশু লৈতে। অমবোমদা মণিপুবদা আর্টিকল ৩শুবগী মখাদা, মণিপুব কাযনবা ভাবত সবকাবনা তৌরকপা তাববদি, ভাবতকী কন্সটিট্যুসন ইনখিগদ্রা হাযবা ব্রাহং লাকই।

মবিশুবদা, মণিপুবনা পার্টি ওইদবা এগ্রিমেন্ত নত্রগা ত্রিতি নত্রগা, প্রোতোকোল, মণিপুবগী পার্মেনেন্ট ইন্তবেষ্ট শোকলবদি মণিপুবদা বাইন্দিং ওইদে। লোর্দ লেন্দসদাউনগী ইষ্টর্ন ফ্রনতিযাব পোলিসিগী পাবসেপসন্দা, মণিপুবন ব্রিটিশকী ইন্তবেষ্টতা থমজনবা অদুগুম্না, ইন্দিযাগী ষ্ট্রেতেজিক পবসেপসন থঙং য়েংদুনা, মণিপুববু সত্রং পোতমক ওইনা শিজিন্নবগী পোলিসি অদু, মণিপুব ষ্টেটপু মুথৎনবা ওইনা মযেক শেঙনা লৌবা মশানা তাবকপা ব্রাফমান। কবম্বা মতমদা, কবম্বা পো হান্না কাংগদগে হাযবদুদি মালেমগী দিপ্লোমেসি অমাদি, তৌরুংকেল এপ্রোচকা ষ্ট্রেতেজিক ইন্তবেষ্টকা খেন্ননা লৌগদ্রা লৌবোইদ্রা হাযবগী ব্রাসি থন্নবা তাবকই। বেলেন্স ওফ পৱাবগী খল ওনবা ওন্দবা হাযবদুশু মখা তানা যেংলকপা যাবি।

## ঙ মখৈগী ব্রাথোক

চহি ৫০০ লেঙদনা পৱাবাশিংনা শকখঙবিবগা, তেক্ত-কাযদনা লৈবক্লবা মণিপুব ষ্টেটকী বিকগনাইজদ বাউন্দবী চাওথোকপা নত্তনা পিকশনহনবা, নত্রগা মুথৎনবগী হক ভাবত সরকাব অমাদি, মাগী ইং ১৯৫০ গী কন্সটিট্যুসনগী মখাপোন্না লৈতে। ব্রাফম অসি, মালেমগী য়ানববা চৎনা পথাপ্তা যুম্ফম ওইবনি। য়ু: এন: চার্তরনা পীরিবা মতুং ইন্না, ইং ১৯৪৭ তা লৈবম্বা নিংতম্বা মণিপুরগী টেরিটোবিয়েল ইন্তেগ্রিতিবু য়ু: এন: গী মেম্বব খুদিংমক্কা ইকাই খুম্নগদবনি। মদু তৌদবা মতমদুদা চার্তর থুগাইরবনি।

'বান ওফ কৎচ' কুম্না 'কবো ভেলী' গী ব্রাফম, ভাবত সবকারনা বর্মা সরকাবগা ইন্তরনেসনেল আববিত্রেসন তৌজবা অদু তঙাই ফদনা চঙই ; সিয়াচিনবু

থম্বগুম্না, মোলচামগী পোষ্ট ভারত সরকারনা ঙাকফম থোকই। হোংকোংনা চহি ১০০ গী মতুংদা চীনাদা, ব্রিটিশনা হঞ্জিনবগুম, ভারত সরকারনা বর্মা সরকারদা, কবো ভেলী হঞ্জিন্নবা, ঙল্লিঁঙে মতম ১৯৫১-৫৩দা তক্লবা চঙলমই-অদুবু হৌজিক্তি অনৌবা ইস্কেসনশু লাকই।

করিগুম্বা বালতিক ষ্টেট অহুমবু সোভিয়েৎ য়ুনিয়ন্না ১৯৩৬ দা এনেক্স তৌবগা, ১৯৯১ দা অমুক হন্দোকপীরকপগুম, ১৯৪৯ দা এনেক্স তৌখিবা মণিপুববু ভারত সরকারনা কোলোনিয়েলিজম খঙলেপ লেপ্পুনা বিভর্ত তৌবিরক্লবদি, মশাগী ঙমখে অমুক হন্না ঙাকচবগী মথৌদাং মণিপুরদা অদুমক হঞ্জল্লকপা তাই। মথক্তা নৈনখিবগুম্না, ভাবতকী কনষ্টিট্যুসনগী ৩শুবা অমসুং ৪শুবা আর্টিকলদু, ইন্দিয়ান ষ্টেট পোকত্রিঙৈদা হান্না লৈরম্লবা মণিপুব ষ্টেটতা, ফিভম অমা নত্রগা অমদা, শিজিন্ননবা অচুম্বা মরম নত্রগা প্রোপ্রাইতি লৈতে। আর্টিকল অসিনা মণিপুরদা বাইন্দিংনেস (অপুনবা) পীবা য়াদে, মসিনা অচৌবা প্রোভোকেসন অমা পীবা হায়বদুদি ঙমই। অরানবা আর্টিকল অসিনা তানচাদ্রবদি মৈরিকপীদগী মৈজাওবী ওলহনবা ফাওবদং ঙমবা য়াই।

# [illegible]

মণিপুরগা, খা নোংপোক এসিয়া অমদি মাগী নোংচুপ্তা লৈবা লৈবাকশিংগা অমসুং ত্রাইবশিংনা নাংকী, শেলথুম, লল্লোন ইতিক্কী অমসুং লৈঙাকলোনগী লৈনবম্না মরীদু হঙ্গৎনা যেংখৎপা যাই। ঙসি ফাওবা, মণিপুরগী বাইলেতবেল অমদি মলতিলেতবেল বিলেসন্সপু, মরিক চুম্না যেংখৎপা হায়বসি য়াম্নমক নৌবিবা হিবমনি, অদুমকপু অশৌবা ওইনা হিবম অসি মাংদা থম্মী। লেনলোকন্দ নেসন ষ্টেট অমা ওইদুনা লাকখিবনিনা, সমুদ্র ৱাংমগী লৈবাকশিংগা মরি থম্নদি ঙমখিদ্রি হায়বা যাই। সমুদ্রদা থোকপা তাবম্নগদি বর্মা নত্রগা বেঙ্গল ফাওদুনা সমুদ্রগী লম্বী থিবম্নদি যাই, অদুমক্তা থোকখিবগী খুদম ফংদ্রি। য়ামদ্রবদা, মণিপুবগা মনিংতম্বা লৈবাক ১৫ বোমগা কলচবগী, ইকনমাগা অমদি দিফেন্স নত্রগা, লানথেংনবগী মরীদা চংখিবগী ৱাফম খবা ফংলবনিনা, মণিপুবগী অবিবা ফোবেন পোলিসি নত্রগা বিলেসন্সতা, আইসোলেসনিজম লৈখি হায়বমক্তি হেম্মনগনি। কবিগুরুদা, বেলেন্স ওফ পাৱাবদা অপিকপা থাক্তা য়াওবা ঙমখিব্রা হায়বসিশু যেংবা চুমই।

## নাৎকী মরী লৈনবা ৱা

লৈবাকসিগী নোংপোক, খা অমদি নোংচুপ মাযকৈদা লৈবা লৈবাকশিংগী নকশন্নবা মরী নৈনবদা কান্নগনি। চীনাগী নান- চাও, যুনানদগী চংলকখিবা মীওইশিংনা মীতৈ নাগা, কুকিচীন ওইবকখীবগী অকনবা ইথনিক রিলেসন অমা অদুমক লৈবি। তিবেতলোমদা খবা ঙনখৎনা য়েংলুরবদি, মীতৈগী অবিবা লাইনিংদা হুঁ হায়বগুম্না মখোযদা হুম শিজিন্নবগী ৱা, তিবেতকী ময়েক্তা ৱাবীশিংবুন ইবদা অহৌবা 'অনচী' মানবা ময়েক শিজিন্নবা মীংগী মমৈদা তোয়না (-বা) তাবা, অমদি হিরম কয়াদা মান্নবা লীচৎ খরা উবা ফংই। মদু য়েংলুরবদি, লাডাখতা লৈবা মীওইনা মীতৈগুম্না তৌবা লীচৎসু পনবা য়াই। ওইথোকপা য়াবা

# মণিপুরগী মরী লৈনবা লৈবাকশিং






মরী ফবনা মপুং ওইবা লম



হোংবা নাইবা মরী



মরী ফত্তবনা/ য়েংথীনবনা মপুং ওইবা লম

মরমদি, হিমালয়গী চীংশাংগা পান্নবা তারিবা মোঙ্গোলোইদ মীওইশিং অসি মতম অমদা য়াম্না থেঙউগ্রিঁইঙেদা চীনাদগী শন্দোরকপা ওইগনি। তিবেততা 'সাকয়া' শাগৈনা পাল্লম্বগুম, মতম অমা নত্রগা অমদা মোঙ্গোলোইদ কাংলুপকী 'সাকয়া' (Sakya/Scythian) লূপনা মণিপুরদা পানখিবগী ব্রা, বর্মাগী রেকোর্দনা পল্লি। খৃষ্ট মমাং ৫৫০ চহিদা সাকয়া লুপকী মীনা আর্যানগী মীং ধজবাজ লৌদুনা পানাখবগী ব্রা বর্মা রেকোর্দনা পল্লি (ডর্বালউ, ইবোহল : হিষ্টরী)

পনবা যাবা অর্মদি নিংথৌ মোবিয়া ফম্বালচানি। মোঙ্গোলোইদ লূপকী মোবিয়া কাংলুপনা অরাংথংবা কবো ভেল্লিদা পাল্লম্বদগী, হৌজিক্কী মোইবাংদা হাইথরক্তুনা ইথাইবোমদা লৈতাখীবা ওইবা য়াই। মোরিয়া কাংলুপসি ঙল্লিবা মতমদা অরাংথংবা ইন্দিয়াগী শরুক্তুগী মোঙ্গোলোইদ কাংলুপ্পা নেপাল ফাওবগা লাকখিবসু য়াই। অরাংথংবা ইন্দিয়াগী হিমালয়া ময়াসি মোঙ্গোলোইদ বেল্ট হৌজিকশু ওইরি। ( অইবনা কন্না চীংনরিবদি, 'মোবিয়া' হায়বা রাগৈসিনা 'মোইবাং ' ওইখিব্রা হায়বসিনি ; পনবা য়াবা অমদি তামিলগী অবিবা লাইবিক ইবা (Attireyanar, Parankorranar, Mamulanar নচিংবনা) মৌয কাংলুপপু মোরিয়া হায়না ইনৈ। আর্য্যগী লীচৎ খরা পুথ্রবসু, কবো তম্পাক্তা মোরিয়া শাগৈনা পানবগী ওইথোকপা লৈ- মোঙ্গোলোইদ ওইবনিনা, মতম অমদদি য়ুনান নত্রগা নানচাওদগী অরাং ইন্দিয়াদা চৎখ্রগা, নেপাল ফাওরগা (নত্রগা ফাওদনা) কবো তম্পাক্তা হল্লকখীবশু ওইবা য়াই।

বৌধ লাইনিং চৎপা মতম ওইবনিনা, খৃষ্ট মমাংগী মতমদদি, মোঙ্গোলোইদশিংনা আর্য্যগা মান্নবা রাহে রাতা লৌখিবা মশানা তাবনি। খুদম ওইনা থাইলেণ্ডদা অমদি কম্বোদিয়াদা হিন্দুগী রাহে মী মমিংদা, লম মমিংদা য়াম্না শিজিন্নরি; মদুনা 'থাই' কাংলুপসি আর্য্যনি হায়রুরবদি য়াম্না চাওনা লানবা ওইগনি। খৃষ্ট মতুং ৬৪০ চহিদা, তিবেতানশিংনা মমাংথংবা বর্মাবু খুদুম চনখি, মতমদুদা অহোংবা কয়া পুরকখিবসু ওইথোকই (Tsepam W. D. Shakabpa, New Heaven লা: ২৭)। চৈথারোল কুম্বাবদা মীতৈশিংগা 'ময়াং' হায়না মমাংঙৈদা খঙনরম্বা ত্রিপুরীশিংগা থেংনখীবা, লান্দা থেংঙাইনখীবা পল্লি। অদুগা লোয়নননা, মীতৈ নিংথৌনা ত্রিপুরী নিংথৌ মচানুপী চীংঙুরেম্বী লৌখিবদগী হৌরদুনা, ইকোন কোনবদা রাজধার মানিকয়ানা মৈদিঙু ভাগ্যচন্দ্রগী

লৌখিবা থারদুনা, ত্রিপুরাগা মীতৈ নিংথৌগা অনকপা ঙাইশেনগী মরী থম্লরম্মী। য়েংথীনরম্বদগী, চান্নবা বাইলেতরেল রিলেসনদা ওনখিবগী ৱারীনি। (সি এইচ, মনিহার -দ বিষ্ণুপ্রিয়াস লা:৫)।

আসাম, বেঙ্গলগদি হিন্দু লাইনিং লৌখ্রবা মণিপুরগদি ফনা নকশন্নখ্রে। নকশন্নবনা মরম ওইবদুনা, মীতৈ মযেক, মীতৈ লাইনিং, মীতৈ হায়বসি লোয়নমক থাদোক্লগা, কলিঙ্গ (ওরিষা) দগী কাংচিংবা, তমলক্তুনা, ইশাগী শক্তম তৃম্না মাঙখিবদগী হৌখিবা চহি খরসিতদা নৌহৌনা হিংলকলিবনি (বিনাইসাঁ চথুরিবসিনি)।

আসামগী বুবনজী (পুৱাবী) পুম্বদা, মীতৈ নিংথেম নিঙোল কুরঙ্গনয়নীনা অহোম নিংথৌদা ওংখিবদগী অহোমগী লৈঙাকপু লালহৌবশিংদগী কুরঙ্গনয়নীনা কনখিবগী ৱাবী মবাং কায়না লৈবি। কুবঙ্গনযনীগী মমাংদা খোঙনানবীনা খৃষ্ট ১৫৩৬ চহিদা, অহোমদা ওংখীবগী ৱা হান্ননা লৈখ্রে।

বামোন খুম্ভোক পুযাশিংনা মীতৈ বামোনশিংনা ত্রিপুবা, গুজবাত, নেপাল, নদিযা, কানপুব, শিলহৎ, বেঙ্গল, কলকতা, আসাম, কলিঙ্গ, প্রয়াগ, মথুবা, ধাক্কা, কাশীদগী লাকখীবগী মমিং মথা চিখ্দনা পীবি। মসুম্না, 'পাঙল থোবকপা' পুয়ানা, মীতৈ পাঙলশিংনা বেঙ্গলদগী লাকখীবগী মতাংদা মবাং কাযনা পল্লি। চাংগী লমদসু খৃষ্টিযান লাইনিং শন্দোকপা হৌখিবদগী, ফনা ঙল্লিঙৈদগী খৃষ্টিযান লৈবাকশিংগা মণিপুরী খৃষ্টিয়ানশিংগা নক্লবা মবী থমখ্রবনি। মীবৈবাক্কী লাইনিং লৌখিবা, লৌবকপা অসিনা, কাংলুপ কাংলুপকী ওইনা লৈবাক অতৈগী মরী লৈনবা ফুরুপশিংগা অৱা- অনা, লৈবাক্কী ৱা লেপ্তুনা হোদোক্লরক্লি।

ইথনিক ওইনদি, মীতৈ- নাগা- কুকি, চীন, থাই, নোংপোক্লমগী ফুরুপ ওইজববসু, নাৎ- লাইনিং চৎনবী য়েংলুবগদি, মণিপুবগী নোংচুপ থংবা লৈবাক ইন্দিয়া (মতমদুগী অৱাং ইন্দিয়া), আসাম, ত্রিপুরা, বঙ্গ, কলিঙ্গনচিংবগা মবী ফনা কুইনা থম্লরকলি। নোংচুপ- লৈবাকসু (ৱেষ্ট) খৃষ্টিয়ান অমদি ইস্লাম লাইনিংনা মণিপুরগা নাৎকী থোঙ হাংখ্রে। করিগুম্বদা ইজিপ্তা চৎনবিবা ফিবুল হাবী, পোলোনচিংবা হান্ননা মণিপুরদা চৎনরম্বগী ৱাশু লৈরি। নাৎকী মরী অসি হৌজিক্কী মিদল ইষ্ট যৌরুবৱা হায়বসি নৈনবা য়াই। তৌবগীদি, সিল্ক লম্বীনা (silk road) লম্বী অসি ফাংখীবা ওইবা য়াই।

## লল্লোন-ইতিক শেল থুমগী মরি

মণিপুরগা নোংপোক লমগা লল্লোন ইতিক্কী মরী অরিবা মতমদগী লৈনরকখি। নানচাওগী নিংথৌ কোলোফেংনা (৭৪৯-৭৯ এ: ডি:), মমাংথংবা বর্মা ফাওদুনা লম্বী শেমদুনা, মণিপুর তান্না লাক্কুনা লম্বী ফাংখিবদগীদি, লল্লোন ইতিক চখরকখি। (ডি: জি: ই: হোল -এ হিষ্টরি ওফ সাউথ ইষ্ট এসিয়া,লা: ১৫৫) । চীনাদগী ইন্দিয়া অমদি বেক্তরিয়া (গ্রীশ) য়ৌনা লল্লোনপোৎ চৎখিবগী অমদি লৌরুবগী ৱা খৃষ্ট মমাং চহি ২০০গী চীনাগী রেকোর্দনা পাল্লি (এন: এন: অচার্য্য ইন, মণিপুর: পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ত ভোল্যুম ১, ইডিদ এন: সনাজাওবা লা: ৪২)। মদুদা শামু, রাইনোসেবস, থেঙ্গু মকুগী পোৎ, সনা, লুপা, কোরি, মিশি অমদি তিন লৈথোক লৈশিন তৌখি। মদুগীসু মথক্তা, মণিপুবগা য়ুনানগা খৃষ্ট মতুং ১৬৩০দা লল্লোন ইতিক তৌবগী ৱা লাইরিকশিংদা লৈ । পেম্বরতনগী লাইবিক্তসু মণিপুরগা কবোগা লল্লোন ইতিক তৌবগী মতাংদা পাল্লি।

মণিপুরগা বর্মাগগী মরক্তদি ঙসি ফাওবা বোর্দর ট্রেদ লৈবগুম, মমাংদসু লৈরকখি। বর্মাগী শগোল লাম্মী, নোংমৈ শাবা, ব্রাহ্মনগী থবক তৌবা মী অয়াম্না মীতৈনা ওইদুনা লাকখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপদা ফাখিবা মীতৈ লিশিং কয়াদু বর্ম্মাগী শেল থুম চাওখৎনবা লম্বীদা শিজিন্নখ্রবনি। য়াম্দাবু ব্রিতি ১৮২৬ দা, ফাখিবা মীবু থাদোক্লবা ৱা য়াওরবসু, মীতৈশিংবু থাদোরকখিদে।

কাছার, আসাম, খাসি লৈবাক্তগী চানবা পোৎচৈ, সনা, অকে অমৌগী পোৎ মণিপুরদা পুশল্লকখি। ক্বা, ঙারি, ঙা, ফি, থুম লল্লোনবগী থবক ঙসি ফাওবা চথরি । নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি মীতৈ নিংথৌনা নোংমৈ, নোংমৈ মরু, কাম্লুক,খুৎলাইনচিংবা কাছারদগী তোইনা পুশিল্লকখি। বেঙ্গলগী ফজবা ফি, অকে অমৌসু কাছার ফাওদুনা পুরকখি।

ইন্দিয়া য়ৌনা অমদি ফাওদুনা চীনাদগী তেজপাট, সিল্ক-মুগা, সনা পুদুনা বেক্তেরিয়া, মিদল ইষ্ট য়ৌখিবা মণিপুর ফাওদুনা চৎখিবনিনা, মণিপুরদসু মদুগী মহৈ অদুমক লৈখি হায়বা য়াই । ব্রিটিশনা মণিপুরদা খুৎ থিংজিল্লকখিবদগীদি, মণিপুরগী শেল ব্রিটিশতসু য়ৌখ্রবনি।

পম্বদা মতিক চাবা চয়েৎনবা ৱাফম অমদি, ১৬ শুবা চহি চাদা, মীতৈ নিংথৌনা কোচ নিংথৌ নরনারায়ন্দা লুপা লিশিং কুনগী সনাগী শেল চহুম, শামু

তরা লোয়পোৎ ওইনা পীগনি হায়খিবা ব্রা অসি কোচকী (আসামগী) পুব্রারীগী লাইরিক অয়াম্বদা পল্লি (ডি: নাথ - হিষ্টরী ওফ কোচ কিংদম, ১৯৪৯লা: ৬১, অমদি অতৈ লাইবিক কয়া)। মীতৈ নিংথৌগী মিং মুক্তাব্রালী, নত্রগা বিপুসিংহ নত্রগা মীয়াংলিয় (Meanglea) হায়না পল্লি। মদু মণিপুরদদি চুমই হায়না লৌনদে। আসামগী রেকোর্দতসু মাইথিবা পীবগী ব্রা শেংনা ইবা নত্তে, অদুগা ইং কুমজা ১৫৬১-৭৯ দা পাল্লম্বা মীতৈ নিংথৌ মুংয়াম্বদি য়াম্না কনবা নিংথৌনি; মীতৈগী পুব্রাবীদা মুংয়াম্ববু চীলাবাইনা মাইথিবা পীখি হায়বসি লৈতে। লানসু শোক্লখিদে। মসি চুমথোকপা মথৌ তাই। অমরোমদা, মতমদুদা অসুক য়াম্বা শেল পীবা ঙম্বা হায়বদুসু মীতৈ লৈবাক্তা ওইদে, হৌজিক্কী ভেল্যুদা ক্রোর কুনগুম্বনি। অদুমকপু মণিপুরবু শক খঙই হাযবা ফাওবদু যেংশিনবা যাই।

মুংয়াম্বনা শেল থুম কোচ নিংথৌদা পীবগী মহুত্তা, মহাক্কী অকনবগী ব্রাবী পল্লি। গাংমুমৈ কবুইনা ইবি - মুংযাম্বনা কবো ভেল্লিদা অমুক হন্না ঙমদুনা লৌখি; মহাক্না বোডো কছাবী লান্দাবকপবু তকখাইখিবসু পল্লি। মবম অদুনা, মবম অমা নত্রগা অমদগী কোচ নিংথৌগা শেল থুমগী মবী থমখিবগী ব্রা অসি এখোয তাদ্রি। হিষ্টবীযার্নাশংগী মবত্তা মা-মাগী নিংথৌদু কল্লি হায়নবা হোৎনবদগী হেঞ্জন্না ইবসু আসামগী কাংলুপনা তৌবম্বসু যাবি।

## ঙাকথোকপা অমদি লানগী মব্রী

য়াম্না অবিবা মতম ফাওবদা, হৌখিবা চহি ৩০০-৪০০ গীদা যেংলুবগদি, মণিপুবগী যাম্নমক যেংথিনখিবা লৈবাক্তি বর্মানি, মতুংদা লাকপনা ব্রিটিশ ইন্টর্ফিযাবেন্সনি। নোংপোকলোমদগীনা খুৎলাইগী লান্দারকপা মাইয়োক্লনবা হোৎনবা মতমদুদা, মণিপুবগী নোংচুপ থংবা লৈবাক ইন্দিয়া-নচিংবদগী নাৎকী লান্দারকপসু য়াওনা, নাকল অনিমক্তগী চপশিনলক্তুনা লাকখি।

মণিপুব মনুংদনা, কোনুং মনুংগী থাং শৎনবা, নিংথৌমচা নত্রগা, নক্লবসিংগী চাং নায়না হৌবা লালহৌ কয়াগী মথক্তা চীং-লমদা নোংমা কাংদনা লৈতাদবা, লান তৌনবা লাক্লবা, চীংমী কাংলুপ অচৌবা অমনা অপিকপা চাংমী কাংলুপপু লোয়শন্নবগী লানদা মবক থৎনবা হোৎনবা, পুম্নমক্কী ওইনা লৈতাবা ঙমদবনা লৈবাক্কী ঙাকথোকপদা (ডিফেন্স) যাম্না নিংথিনা মাই পাকপা

ঙমখিদ্রবসু, মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা চত্নি লিশিং অনিদগী তাদনা লৈরকখিবসি মতমদুগী লৈঙাকলোনদুবু থাগৎতনা য়ারোই। অপিকপা চীংগী ত্রাইব কয়াবু মণিপুরনা ঙাক্তুনা থমখি।

১৮ শুবা চহিচা ময়াইদগীদি, অৱানা (বর্মানা) মণিপুরদা ঙম্নতক চৎখি। মতাং মতাংদা, মণিপুরনসু বর্মাবু নীংথিবা পারা কয়া তম্বীখি। মণিপুরগী মঙালনা খ্বাইদগী শানবা মতমদা, মৈদিঙু পামহৈবনা লাম্মী লিশিং ২০-৩০ পুদুনা হন্না হন্না অৱাবু তকখাইখিবদু পেম্বরতন্নসু মরিকচুম্না পল্লি। ডি: জি: ই: হোলনা মৈদিঙু গরীবনীৱাজনা মমাংথংবা বর্মাদা খুঙ্গং কয়া, পেগোদা কয়া তকখায়বা, লুৎ তৌরকখিবা, বর্মাগী লাম্মী কয়ারক হন্না মাইখিবা পীখিবা, অৱা কোনুং য়ৌবা ঙম্লবা ফজনা পল্লি ( লা: ৪০৭-৪০৯)।

কবো ভেল্লিদি মণিপুরগীনি অমদি বর্মাগীনি হায়নবগী নাকল অনিগী চুম্নবা ৱা লৈখি। রন ওফ কৎচকুম্না, ইন্তরনেসনেল ত্রিবুনেল অমা ইণ্ডিয়া অমদি বর্মানা শেমদুনা, কবো ভেল্লি ৱারেপ্পবা নত্রগা য়েন্নদ্রিবমখৈদি, বর্মাদা তিনর্শিনখিবসি চুমহ হায়বা ৱাগানি, অনৌবা টেরিটোরিয়েল এলাইনমেন্ত অমা চংই। ডি: জি: ই: হোলনসু, নাকল অনিমক্কী হায়ফম লৈবদু পল্লি (লা: ৬৪৪,৬৭৫-৭৬)।

মৈদিঙু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বনা (গম্ভীরসিংহ) মণিপুর লেৰ্ভী শেমদুনা ব্রিটিশকী মতেং লৌদুনা মী লাখ মরি মঙাগী মনুংদা মী লিশিং খরাতমক হিংহৌববা মণিপুর লৈবাকপু বর্মাগী খায়াৎতগী শৎলকপদু থাগত্তবা চুমদে। ব্রিটিশ ঙাক্তংবু মনা পীবা য়াদে; ব্রিটিশপু মানা শিজিন্নবা ঙমলিবদুসু মাগী মায় পাকপানি। কেপ্তেন গ্রান্তনা, হিষ্টরিয়ান গাইড অমদি মী কয়ামরুম্না গম্ভীর সিংহগী লানদা হৈ শিংববু থাগৎপদু নিংশিংবা য়াই। পনবা য়াবদি ব্রিটিশকী বৃগেদিয়ার জেনেরেল শুলধাম্না ফেব্রুয়ারি ২৫, ১৮২৫ দা কছারগী বান্সকান্দি য়ৌরকলম্নগা বর্মীজবু তাম্বোকপা ঙমদনা হন্দোকখিবদুদগীদি, মদুগী অহাংবদু গম্ভীর সিংহনা মেনশিনখিবনি (য়েংবীগদবা, এন: সনাজাওবা, চহী তরেৎ খুন্তাকপা, অহোংবা খুন্নাই, জুন, ১৯৯৭ লা: ২-১৫)।

বর্মানা লাংমাইচিং ফাওদুনা, চীংলম কয়া ফাওদুনা মণিপুরদা লান্দারক্লবদা অমদি মী লিশিং কয়া ফাদুনা হনখিবদা চীং লমগী মীশিংনা লৈবাক্কী ওইনা করি তৌখিবা লৈবগে হায়বসি থিজিনবা হৌবা য়ারে। বর্মাগা মায়োক্লবদা মতিক চাবা

ব্রাংখিবগী ব্রা লৈরিবসি,কোনুং মনুংগী য়ান্নদবগী মথক্তা, লৈবাকশিংগী চীংগী লম ঙাকপদা, চীংলমদা শক্তি থম্বদা, লান নমথবদা য়াম্নামকসু শোনখি হায়বা য়াই।

(চৈথাবোল কুম্বাবা য়েংবীয়ু, লা: ৩৯০-মাও; ৩৯৫- লুশাই নাবা; ৩৯৮ - মীতৈনা খোংজাই/কবুই কনবা; ৪১৮ নাগানা মহাবাজদা লোয়কৎ পীবা; ৪১৯- অব্রাংথংবা চীংশাং লোইচনবা; ৪৪৯ - মোনজু নাবা; ৪৪৬ -চসাদ নিংথৌ ফাবা; ৪৭০- লৌশ্রাও নাবা; ১১-চীংশাং নাবা; ১৭-তাংখুল লাকসনবা; ১৫- মবিং ঙম্বা; ১৯-তাংখুল ফাবা; ২৬-চীরু আনাল ঙম্বা; ২৮- কবুই ঙম্বা; ২৯- মোয়োন ঙম্বা; ৩০ -মবাম নিংথৌ ফাবা; ৩১-মোনসাং নাবা; ৩৪-পুকম খোম্বা; ৩৬-পাকম ঙম্বা; ১০৭-খোংজাই নাবা; ১১৭- চোথে চাইখাইবা; ১৬৫-চাপুংনা লোযপোং কৎপা; ১৭৭ শমশোক নিংথৌনা খুরুম্নবা; ২২৭- খোনলাং হাও নাবা; ২২৪- খাগী হাও নাবা; ২৩০- খোংচাইখুল লোয়চনবা; ২৩২- থৌবুম নাবা; ২৩৩- অব্রাং হাও (মাও মবাম) লোয চনবা; ২৪০- শাকোং নিংথৌ ফাবা; ২৪৩ কোহিমা ঙম্বা,২৮১- শোকপাও হাও নাবা; ২৮২ তবাও; ২৮৫ মবাম খুল ১৮ লোয চনবা; ৩১৯- লুশাই/মিজো ঙম্বা; ৩৩২- অকাম হাও নাবা; ৩৪৯ খুঙ্গং নাবা; ৩৫৪ মাও নাবা; ৩৭০ - ঙামৈ নাবা; ৩৭৬ লুসাই তকখাযবা)। খুদম কযামকুমশু কুম্বাবদা পীবি।

ইং কুমজা ১৭৭২ দগী মণিপুরগী মকুপ ওইবকপা ব্রিটিশনা লৈবাক অসিগী ইন্টবেষ্টকী বাংমদা, ১৮৯১ মার্চ লাম্দা কোনুংদা লাম্দাবকপদা, মীতৈনা ব্রিটিশপু উফুল ওনবা মথৈ তকখাযববা ব্রিটিশ চেনখিবা, এপ্রিলগী লাম্দা মীতৈ লাশ্মী পুম্নমক্কী অশিবগী মশাদা ব্রিটিশনা ঙমখিবদি ,অইবগী চে কযা, লাইবিক্তুসু মশিং লাকঙমদনা পনখ্রে। ইং কুমজা ১৮৯১ দা ব্রিটেনদা, পব্লিক ওপিনিয়ন্না ব্রিটিশপু থৌগৎখিদে। ব্রিটিশনা খঙখিবদি মখোযবু তকখাইবা ঙম্বা লৈবাকসু লৈবমএ হায়বসিনি। মদুননি, মখোয়না মণিপুরবু এনেক্স তৌখিদ্রিবসি। ১৯০৭-১৯৪৭ ফাওবদদি, ব্রিটিশনা মণিপুরগী সোভরেনটিদা খমথেংনা খুৎ থিংজিনখি। মখোয়গী কোলোনি হায়বদুদি ওইখিদে।

মসিদি মযেক শেংলে, মণিপুরগী কোলোনিযেল হিষ্টরীদি ১৯০৭-১৯৪৭দা লৈখিদে। মণিপুরগী থংনবা লৈবাক ইন্দিয়াদি ব্রিটিশকী কোলনিনি চম্ম - মপাপবদদি খুৎ থিংজিনদনি। ইং কুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৪ -১৫ দা

লৈরম্বা ইন্দিয়া, মতমদুগী মণিপুরগা তোঙান তোঙানবা লৈবাকনি। মরম অদুনা, ইং কুমজা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৪-১৫ দা লৈবম্বা ইন্দিয়াগী টেরিটোরিয়েল ইন্টিগ্রিটি অদুবু, মণিপুরগী টেরিটোরিয়েল ইন্টিগ্রিটি ঙাকপনা শোকহন্দে। মদুম তৌববদা, মণিপুর অমদি ইন্দিয়াগী মরুপ শান্নবদু হেন্না মরা চেৎলম্বা যাবনি।

ব্রিটিশনা নাগাহিলস নমথবদা, লুসাই নমথবদা, অহুমশুবা ব্রিটিশ-বর্মা লান্দা বর্মাবু মায়থিবা পীবদা, মীতৈ লৈবাক্কী লাম্মীগী অচৌবা মতেং য়াওই। মবম অদুমক্তনি, জেমস জোহনষ্টোন্না হায়বদা নাগাশিংনা ব্রিটিশতগী মণিপুবনা হেন্না চাওবা পব্রারনি গায়না, নাগাশিংনা লৌদুনা লাকখি। (মণিপুর এণ্ড নাগা হিলস, লা: ২৩)। লাইরিক অতৈনা পনবগী মথক্তসু, জেমস জোহনষ্টোন্না ইং কুমজা ১২৫০দা মণিপুবনা লান্দাবকপা চিনাবু মাইথিবা পীবা অদু পল্লি। (মথক্তা, লা: ৮০: গাংমুমৈ কবুই, হিষ্টবী ওফ মণিপুর, লা: ২১১-২১৩)।

ব্রিটিশকী মতেং পাংবদা, অমদি ব্রিটিশ ইন্টরেষ্টপু মণিপুবনা প্রোতেক্সন পাবগা ফেমব্রাকতা, মীতৈ লৈঙাক্তা, নিংথৌ মচানা খুৎ হেন্না গিংজিনবা থোকখিদবা নত্তে। খাসিগী লুচিংবা অমা ফাবদা, মীতৈগী খুৎ যাওই; কছাবগী গোবিনচন্দ্র হাৎপদা মীতৈ নিংথৌ মচা কছাবদা চেনবা অহুমগী মনুংদা অমদি মযেক শেংনা যাওই। মদুগী মতুংদা, মখোয় অহুমনা কছাব য়েন্নরগা মতম থবা পার্নখি। ত্রিপুবাগী, কছাবীগী, বাঙ্গালদগী পাঙলগী লান্দাবকপা, মীতৈ নিংথৌশিংনা তত্তনা মাইথিবা পিখিবা ঙাকনি।

বেঙ্গলদগী লাকখিবা মীওইশিং,১৮শুবা চহি চাদা বাঙ্গাল (বেঙ্গলি) কৌবিবা তোক্তুনা বিষ্ণুপ্রিয়া হায়না মীতৈনা মীং পিখি; নোংচুপ হারমগী মীশিংসু অয়াম্বা লানফা ঙাকনি। চহি লিশিং অনিরোমগী মনিংতম্বা, মপুংফাবা লৈঙাক্তা মীতৈগী ইথনিক ফিবান্দা মীরৈবাক মচা কয়া - পাঙল, বামোন, বিষ্ণুপ্রিয়া (বেঙ্গলি), আসামগী বেঙ্গলি, বর্মীজ, চাইনিজ, কুকি- নাগা শরুক কযা চহি চা কয়াগী মমাংদা চুপশনখ্রবনি। মদু হৌজিক থুগাইবা তাববদি বিষ্ণুপ্রিয়ানা মণিপুরগী ব্রাফমদা তৌবগুম, মণিপুবী মখল ৩০গী মথক্তা লৈবা তাবনি। অদুনা, ইথনিক ফুরুপ থুগাইবগী লম্বীদা লাকইবা থবক কয়াদু ২০শুবা চহিচাশিদা থিংনরিবনি।

মণিপুরনা ইন্দিয়াদা ইং কুমজা ১৯৪৯দা নিয়ম চুমদনা তিল্লমদ্রবদি,হৌজিক থোক্লিবা, ভেল্লিদা থোকহল্লিবা ফুরুপ য়েংথীননবা 'ডিভাইদ এণ্ড রুল' সিদি,

মীতৈ লৈঙাক্না যাম্না লাযনা থিংদুনা লাকখিবনিনা, থিংজিনবা ঙম্বনি। হৌখিবা মতমদদি, মণিপুবনা লৈবাক অতৈগা মরী থম্নবা, লান তৌনবতা নত্তনা বাইলেতবেল বিলেসন্দা নিংথিনা-পোবম কাংদুনা লাকখি। বাইলেতবেল অমদি মলতিলেতবেল বিলেসন্সতা, মণিপুরনা মায়থীবা মশিংদগী মাইপাকপা মশিংনা হেন্না ফংদুনা লাকখিবগী মবমদি, মণিপুবগী নেসন-ষ্টেটকী পথাপ চেকশন্না লাকখি, কাংলুপ মচাবু ঙাক্তুনা লাকখি, মতেং পীনখি; মদুগী মথক্তা, ইং কুমজা ৪২৯ খৃষ্ট মতুংদগী মণিপুবগী লৈঙাকলোন- কন্সটিটুসন অমা লৈখিবদু পনবা যাই।

## নৈনবা

অবিবা মতমদা, মীতৈ লৈবাক্না তিবেত, খা নোংচুপ চিনা, য়ুনান, খা-নোংপোক এসিযাগা হৌবকফম মান্নবগী, অপুনবা পুৱারী অমদগী খাযদোনকাখবর্গা মরী অমা লৈবকখি। মযাইথংবা মতমদা, নোংচুপকা লৈবাকশিংনা থাইলেন্দ নত্তনা খা নোংপোক এসিযাদা লম লোযচনবা হৌবকপা অমদি মখা চথবকপা মতমদা, বর্মানা মণিপুবদা লান্দাবকপা, মণিপুবনসু বর্মাদা লান্দাকবনা মবম ওইবদগী খুন্তাক লানশিবা থোবকপগা ইবোইননা, মণিপুবগা ব্রিটিশকা মকপ শান্নবকখি এলায়েন্স অদুগী ফিবান্দা, মণিপুব অমদি ব্রিটিশকা মান্নবা ইন্টরেষ্ট লেংদুনা, নাগা, মিজো নাচংবা অমদি কাছাব লৈবাকতসু শা লানগী থৌদোক তোযনা থোকখি। নুংশিনবা অমদি থানদবা, শা লানগী মবং সু ত্রিপুবাগা মণিপুবগা মরী থম্না মতমদা,মদুদগী যাম্না হেন্না চেৎশিনখিবাদ মণিপুব অমদি আসামগী শাংনা লৈবকপা মকপ ওইনবগী মরীদুনি। ব্রিটিশনা খুৎ থিংজিনবা হেনবদগী, মকপ ওইবম্না মণিপুব-ব্রিটিশকী মরীদু লানফমদা লেপখি, অদুবু ব্রিটিশনা মণিপুববু লোযলম ওইহনবদি লাযবদুনা এনেক্স তৌখিদে। নাৎ, লাইনিংগী মরীদা যেংদুনা বেঙ্গল, কলিঙ্গ, হিন্দুস্থানগা মনিপুবগা নকশন্নবা নাৎকী মরীসু লৈবকখি।

মদুগী মথক্তা, য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা মণিপুবগা লন্নোন ইতিক, শেল থমগী মরীশু লৈবকই। ইং ক ... ১৯৪৯দগীদি ... লৈবম্বা মরী পুম্বগী ফিবান্দা

মনুংথীৎনা হোংবা লাকখ্রে - মওং চুমদনা হোংখিবা ফিবানশিদগী লাকপা মহৈ ওইনা, দে-মিলিতারাইজদ তৌরবা মণিপুরগী চহি লিশিং অনি লৈরক্লবা টেরিটোরি ফাওবদা, লৌশিনবা, য়েন্নবা, মুথৎপা ফাওবা য়াবগী ওইথোকপা অদু উবা ফংনরক্লে- পুন্না য়েংবদা ভারতনা মণিপুর লৌশিনখিবগী মখা তারকপা মহৈ ওইরি। ইং কুমজা ১৯৯২ দগী হৌরদুনা নাগা-লিম গার্দনা, মণিপুরগী নাইব অতৈবু তাম্লোক্লবগী ঈমু-নাযম্ন তাহনবা, নাগা-কুকী হাৎনবা, কুকী-পাইতে হাৎনবা, মণিপুরবু মচেৎ তাবগী ব্রাথোক কয়া, মণিপুরনা ভারততা তিল্লুবগী মহৈনি (য়েংবিগদবা অইবগী কৌতিলিয়ান দিপ্লোমেসী, ফ্রিদম, জুলায় - ১২, ১৯, ২৬ ইং ১৯৯৭)।

## ১৯৪৯-মতুংগী লৈঙাকলোনগী পুৱারী

ইং কুমজা ১৯৪৭ তা ব্রিটিশনা মণিপুরগী সোভরেন্তীদা খুৎ থিংজনলম্বা অদু লেপখ্রবা মতুংদা, মশাগী মরক থৎলুরবা সোভরেন্টীদা হনজল্লবা মতুংদা, য়ুমলোন্নবা লৈবাক হিন্দুস্থান্না মালেমগী চৎনপথাপ ^১ থুগায়দুনা, মাবু ইং কুমজা ১৯৪৯দা খুদুম চনখী। হিন্দুস্থান্না খুদুম চনখ্রবা মতুংদা, হিন্দুস্থানগী কোলোনিয়ল প্রোসেস অদুবু মখা তানা পুথরকখিবা কংগ্রেস, সোসিয়েলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, লোকেল পার্টিনচিংবনা হৌরক্তুনা, হিন্দুস্থাননা লোইচনবা হায়বদু পাৱার স্ত্রগলগী ফিবান্দা থমদুনা লাকই। ইরমদম মণিপুরগী ইং কুমজা ১৯৪৭ কী মতুংদগীনা ঙসি ফাওবগী পোলিতিকেল হিস্তরী হান্নগী ত্রেদিসনেল মেথোদতা ৱারী লীবা অদু লোয়নমক থাদোক্লগা ^২, মীচম-মীয়াম্বু মীৎয়েংদা থম্লগা, খুনায়সিগী দাইনামিক্স য়েংলগা সব-ওলতর্ন হিস্তরী ওইনা নৈনরি। হান্নগী দিসক্রিপসন মেথোদ হুন্দোক্তুনা, খুনায়গী ঈচেল - সোসিয়েল দাইনামিজম অদুবুনা পুৱারীগী য়াংলেন শরু ওইনা লৌরগা, মীচম মীয়ামগী রোল শক্তমবু মপুং ওইনা থম্লী। মীওইবগী পুৱারীবু য়াম্না অকনবা তুংগী খন্থবা লূপনা অমদি, নৎত্রগা, লিদরশিপনা পুৱারীগী মাইকৈ লেপ্পা তৌরকই, তৌরি, তৌখিগনি। অদুমকপু, মীচম-মীয়ামগী রোলবুশু মান্ননা মরু ওইনা লৌবা ঙমদ্রগদি, পুৱারীগী লায়চৎ ওক্লদুনা, পুৱারীগী শকলোন খঙবসু ঙমদবা য়াই। হায়রিবা মতম অসি, মালেমগী অমদি মণিপুরগী পুৱারীদা য়াম্না মরুওইবা মতমনি। মরমদি, অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদগীদি, মালেমদা নিংতম ঈহৌ লৈরি। ঙসি ফাওবদা চৎনরিবা পথাপশি নিংথৌ নত্রগা, মিনিস্তরগী ৱারী মরীক চুম্না লীবদুবু অক্ৎবা হিষ্টরী ওইনা লৌনরিবগী মরমদি, মদুনা য়াম্না শমই; মদুগী মথক্তা, মীচম মীয়াম হায়বসি দ্রামাদা করেক্তর ওইনা থম্বা ঙমদে। লীদরশিপ হায়বশি থমদনা থৌরাং চৎথবা য়াদবনিনা, মদু মরু ওইদবা নত্তে, মদুগা মান্ননা মরুওইরিবদি মীচম-মীয়ামনি। কুনশুবা সেনচুরীদা মহুৎশিনবা এলতর্নেতিভ হিষ্টরী শেম্ননবা, সোসিয়েলিষ্ট ৱার্ল্ডগী ওইনা, ক্লাস অমদি ইকনমিক দেতর্মিনিজমদা ঙাক্তা য়ুম্ফম ওইবা হিষ্টরী মখল অমা, ভারত্তা ইয়ৌ যৌদ্রবশু,

বাসিয়া- চাইনাদদি শেমলকখি।

ইবমদমদি, ক্লাস কন্ত্রাদিকসন ওাক্তংনা, ইবমদমগী পুৱাবী ওইদবনিনা, ক্লাসতা য়ুম্ফম ওইবা হিষ্টবীয়ান নত্রগা, জর্মনীগী নৎত্রগা হিন্দুস্থানগী আর্য়ান হিষ্টবীয়ানশিংনা হায কান্ত আর্যান নত্রগা আর্য্য জাতি অমদি পুবোহিতকী হিস্তবীনা অচুম্বা ওইনা লৌবগা, মীওইবা নত্রগা অপীকপা জাতি পুম্ববুনা ইতিহাসকী কান্নদবা উফুল ওইনা লৌবা মখলদু মণিপুবগী ফিবাদাদ মদু তাযোন্নবনি। অদুমকপু, মণিপুবদা আর্য্য সোস্ত্রিক ওইবা, মীয়ামবু অবানবা শক্তংম ওইনা চৎপা পুৱাবীদু, ১৯৮০ গী মতমদগীদি, মদুবু ওবজেক্তিংব ওইবা মীৎযেংনা শিন্দোকপগী মখল অমা খোনবক্লে। মদুগী মথক্তংা, ফ্র্যাদেল নত্রগা ফন্নাইবা খক্তংগা পুবাবীবু যেংবগী অযেংগা মীৎযেং অমা, ইবমদমদা হোংনবগী ঈচেল অমা কল্লা লাকই। ১৯৪৭ কা মতু গী বাজনিতিগা পুবাবী নৈনবকপদা, মপুং ওইনা চঙগদৌবিবাদ- ক্লাস, ইথনিসাত, ইদিওলোজী নেও কোলোনিয়েলিজম, বাল্ড আর্দংলক অমদি, মালেমগী পুবাবীগী ঈচেলদা মণিপুবনা যাওবনা ওম্বগী শক্তমশি ওতাযফদনা চঙই।

মথক্কী পেনামিতনদা মীচম মাযাম, লীদবাশপকী শক্তংম অমদি, তাশল্লবা লপ (ওবগেনাইজদ পার্টিগী) কী মথৌদাশু হিষ্টবীগী দ্রামাদা এজংব ওইনা লৌনি। হৌখিবা চহী ১০ বোমগী পুৱাবী নৈনবকপদা, হায়াববা পেবামিতবাশং অসিবু চঙদ্রবা যাদ্রবা পোৎচঙ ওইনা লৌবগা, ইবমদমগী হিষ্টবীকেল মেংবুবু বাতষ্লোক পাবা যাই। মদুগী মথক্তংসু, হিষ্টবাগা মশাগা ওতব ফিলোসোফিগী ফিবান্নুংদা ওবজোক্তংভ ওইনা কান্দিশন্দা পেতন নবা চবা ফংই মদুদি ইভোল্যুসনিজম (মশানা অদুম তপনা চোংজনকপা), কাতাস্ত্রোফ (অনাকম, দশা অচৌবা তাবা, খুদম চহি তবেৎকী খুন্তাক লানশিবা), চোঙখৎপা (লীপ) অমদি, বিভ্রেল্যুসন (য়ুহাব হাবদৌনা, হান্নগী যুম্ফমদুবু লোয়না হেক হোংদোকপা) হাযবশিশু হিষ্টবীগী লীচৎনি। মদুগীশু মথক্তংা, হিন্দুস্থান্না, মণিপুবগী মেত্রোপোলিতান পাৱাব অমা ওইনা, মাগী নেও-কোলোনিয়েল প্রোসেস মনুংদা, পার্টিশিংদা বাজনিতি পাৱাব খবা পিদুনা থমই। ইবমদমগী মাংলমচৎকী পুৱাবীদদি জর্ক (খঙইন ইনবা) অমসুং কাতাস্ত্রোফি (খুন্তাকপা) হায়বসিদগী যেন্নিং হুল্লকখিবা মীরোলশিংনা, ১৯৪৭ কী মতুংগী পুবাবীগী থৌদাং লৌবকখিবনি। ঙসি ঙবাংগী- ১৯৬৭ কী মতুংদা, নোংমা কান্নদনা চৎথাববা - হিন্দুস্থানগী কলচবদা, "দিফেক্সন কলচব" (ইকাই-ইকি থাদোকনববনি- মোবেলিতিগী ৱাংমদা) অসিনা,

পামৈহৈবদগী হৌরগা ১৯৪৭ ফাওবদা নিংথৌগী হেক মচা অহলদা নত্তনা, লাপ্ন শাগৈ থোক্লবা ফাওবনা ফম্বাল মুন্নবদা নোংমা কাংদনা চোংথোক-চোংশি থাং-তা চায়নবদুগা য়াম্লমক খেন্নদবনি - এক্সপ্রেসন খেন্নবতনি। ৱাহৈ ফজবদা, ষ্টেবল ওইদে হায়জরবসু, সোসিয়েল দাইনামিক্স- গ্রুপ বিহেবিয়ারদদি, চহী ২০০-৩০০ গী কলেকতিভ স্কীজোফ্রিনিয়া (schizophrenia) অমা মণিপুরগী পুক্লিংদ তাবগুমই। খুদম মচা অমত্তু লৌবা তারবদি, কলচরদগী হায়রগা 'মহাক অমা' 'নহাক অমা', 'ঐহাক অমা', হায়বসি অনি থোকপা মীওই অমগী পাংখত্তু চৎলি। কুরাংবান্দা গ্রেতর হিন্দু নেসননি হায়দুনা, হিন্দু কুরাংবান লৌবা অমা, মশাগী ইমুংদা হনজ্রগনা হিন্দু লাইনিংদগী খরা চহি নৌরম্বা য়াবা সনামহি লাইনিংদা, মশাগী অৱা অনা পুন্নমক অদুমক লোইনা শিন্নথোকপা অসিশু উবা ফংই। মী অমনা মশা অনিথোকপা অসিমক, মতম ফনা শাংনা রাজনিতিগী ইতিহাসতা তাবকপ্রা খল্লি। মরম অদুমক্লা, হিন্দুস্থানগী খুৎথাংগী রাজনিতিদা, ১৯৬৭ কী দিফেক্সন কলচর চংলকপদা , অয়াম্বনা কলচর অসিবু য়াবতা নত্তনা ইন্টেলিজেন্ট বিহেবিযারনি হায়না থাগৎনরিবনি। মতম অসিগুম্বদা, মীচমগী রোলবু শেমদোক্লবা লুচিংবশিংগী বোল দবকার ওইবকই। মতাং মতাংদা, মীয়ামগী বোল, মতাং অমদনা লীদৰশিপ অমদি মাইনোরিতিনা পুৱারী শেম্বগী থৌদাং লাকই। লীদরশিপ- লুচিংবা মখল পুন্নমক্লা, যাম্না শেরান্নবা, হিংমিন্নবদা ৱাগদবা ভেল্যু, অপাম্বা লীচৎ কয়াবু মীচমদা য়ৌহনবদগী, মীচমদা লৈতাবা ঙমদব থোরকই। ইং কুমজা ১৯৪৭ মতুংগী রাজনিটিগী পুৱারী নৈনরকপদা, মখাগী ৱাহং খরশিংগী তঙায়ফদবা পাওখুম অদু ঙাইরি। অহাম্বদা, মোদর্নাইজেসন লাকপদা, হান্নগী ভেল্যু সিস্তেম হোংখ্রবরা নত্রগা, অনৌবা ভেল্যু অমা শেম্বা হৌরিব্রা? নোংচুপগী মীওইনা তৌবা ফত্তবা থবক খুদিংমক মোদর্নাইজেসন ওইগদ্রা? মোদর্নাইজেসননা মীচমদা, মীয়ামদা ফিজেৎ অমদি কঞ্জুমরিজমদমক পীব্রা নত্রগা মোদর্নাইজেসনগী মারকেত্তা মায়পাকপা পোৎ (product) পুথোকপা, য়োম্বা, হৌদোকপদা, ঐখোয়গী মীচমনা য়াওব্রা অসিনি। ঙসি ফাওবগী মনুংদা, মোদর্নাইজেসনগী প্রোসেস অমতদা ঐখোয় য়াওদ্রি, য়াওবসু ফঙদে; অদুবু মোদর্ন কলচরগী কঞ্জুমর কলচরদা, ঐখোয়না কঞ্জুমর অফবা অমা ওইরি।

মণিপুরগী রাজনিতিদা মরোমদোম লেপ্লগী, মণিপুরগী লেন্দ লো শেমদোকপা, মীরৈবাক মচাগী ৱাথোক, করপসনগী ৱাথোক, লোলগী, বিষ্ণুপ্রীয়াগী, নেসনেল হায়রে থিংজিম্বগী, নাগা-কুকি মচিন মনাও হাৎনবগী,

প্রদকসনগী অমসুং ইকনমীগী অরুবা এজেন্দাদা চংলুবগী অৱাবদু তোকথোক্লগা, মীয়ামগী অৱা- অনাবু নাথৈদুনা থম্না হায়বদু ঙসিমক থোকলি।

অনিশুবদা, মীয়ামগী পৱার-বেজ, মীয়ামদা লৈবা ঙমলিত্রা অমদি অচৌবা ইদিওলোজিগী অহাংবা অমা (void) লৈরত্রা হায়বা ৱাহংশিনি। মসিমদি উবা ফংই- মীয়ামদা পাৱারবেজ লৈফম থোক্লবসু, মীয়াম্না মশানা মশাগী পাৱারবেজ অদু ললোনবশিংদা শিন্নথোকই নত্রগা, বনধোব থম্মী। মসিগা য়াম্না মবী লৈনবদি, ১৯৪৭ তগী ঙসি ফাওবদা, ইন্দিয়াগী লোয়চনবা-রেসিজমগী ফিবান্দা তৌবা বাজনিতিগী মচেৎ ওইবিবা, মণিপুরগী রাজনিতিগী পথাপ্তা মযেক শেঙবা ৱাখল্লোন ইদিওলোজি লৈতবগুম উই। ইন্দিয়ানা লুপ্লদা মণিপুরশু লুপকদবনি হায়বা ফাওবদি যানবগা,মানা লুপ্লদা মণিপুবনা করিগী লুপকদৌরিবা হায়বশিগী ৱাহং ইদিওলোজীদা মমি তাদে। ভারতকী ইম্পেরিয়েলিজম শন্দোকপা পার্টিদি তোঙান্না থমত্রগা,লোকেল নত্রগা রিজিয়নেল পার্টিনা য়াম্না ময়েক শেঙবা প্রোগ্রাম নত্রগা মেন্দেত অমা মীয়ামদা পুখৎপা উবা ফংদ্রি। অদুমকপু ইং কুমজা ১৯৯৬ কী ওক্তোবর খাদা, মণিপুর পীপলস পার্টিনা, মণিপুরবু ভাবতনা লৌশিনখীবদু যানিংদবা ফোঙদোকই।

মণিপুরগুম্না, ইন্দস্ত্রিয়েল প্রোলিতরিয়েত লৈতবা মফমদা, লৌমীগী ইদিওলোজীদি চাইনা মোদেলদা ১৯৪৯-৫১ দা, মণিপুরগী লানহৌবশিংনা শাগৎলমলবসু, মদু সেল্ফ ক্রিতিসিজম ওইনা তৌহল্লগা মোস্কো মোদেল কাঙদুনা, মশাগী ঈহৌদুবু মশানা লাল্লি হায়হনখ্রীবনি। মদুমকশু, নমফুদা তৌহনখিবগা পাঙ্খকনি। এসিযাগী ফিবান্নুংদা,১৯৪৮ ফেব্রুৱারি থাগী যানবা অমগী মখাদা লালহৌ অদু লাকখিবনি হাযবা য়াই। লৌমী-মীচমগী মরাইবক, ইন্দস্ত্রি লৈতবা মফমদা, মোস্কো মোদেল নমফুদা পুরক্লবা লাক্লবদগী,থুপচিনখ্রে হায়বা য়াই। মণিপুর য়ৌরকপদা, ক্লাস সিচুয়েসন্দুশু ওবজেক্টিভ হেক ওইরক্তে। ইরমদমদা, ক্লাসকী অকনবা কন্ত্রাদিক্সন থোকপগী খুদোংচাবদু লৈরমদে, অদুবু বিয়ুরোক্রেসি-এদমিনিস্ত্রেটিভ সেক্সনবু ক্লাস কন্ত্রাদিকসনগী য়ুম্ফম ওইনা লৌবসু চুমদে। প্রোলেতরিয়েত অমদি বুর্জৱা হায়বা ওফিসিয়েল কম্যুনিজমগী শম্বল ৱাংমা-ৱাংমদা ফিগৈ শেঙনা ক্লাস স্ত্রগলগীদমক ফি-শেম্নবা ক্লাস কন্ত্রাদিক্সন লৈত্রি; মদুমক্লা, ওফিসিয়েল কম্যুনিজমনা মণিপুর মীয়ামগী থাজবা ফংবা ঙমদবনি। মখোয়গী মপু হোংবদা, মমৈদু অদুম হায়গদৌরিবনি- মখোয়গী মমৈদুনা মশাদুবু হায়হনবা ঙমজবা নত্তে।

অহুমশুবদা, লূপকী জাতিগী ৱাহং অমদি মচেৎ তাগনবগী (ফেক্সনেলিজম) গী ৱাহংশি ১৯৪৭ মতুংগী বাজনিতিগী পূৱাবীদা তাবকই। মদুগী অথিবা শক্তমদুনা, নাগা- কুকি চহী অহুম চুপ্পা হাৎনবা, মীতৈ পাঙন পুং ২-৩ হাৎনবা উবা ফংখি। ইন্দিয়ানাইজেসনগী অথিবা শক্তমদু উবা ফংলকই। ইবমদমদা, লৌশবা বাজনিতিৱালাশিংনা মণিপুবগী শেলথুমগী ৱাহং (ইকনমিক ক্ৰাইশন) অমদি, অপূনবা মণিপুবগী টেবিটোবিযেল-নেসনেল ক্ৰাইশনগী মবিকচুপ্পা পাওখুম অমা পীবদি লাযবদুনা, মদু পীননবা হোৎনবা ফাওবা উখিদ্রি। মদুমক্তা, মণিপূবদা ভাবতনা ৱায়বগা শিজিন্নবা কলিং ক্লাসক।, অমবোমদা মীচম-মীযাম- মহৈবোয নহাবোলগা উংখৎনবা (কন্ত্ৰাদিক্সন) কযা হন্না হন্না থোকপদগী, মণিপুবদা ঈহৌগী মশিং, মুভমেন্টশিংগী মশিং ৱাৎতা পাদনা লৈবকই।

মথক্কী ৱাহং অসি অমদি মমাংদা পনখিবা, ইদিওলোজিকেল ভোইদ (অহাংবা) অদু বিজিযনেল পার্টি অমতনা মেনখৎপা ঙমখিদে,ঙম্নবা হোৎনবসু তৌখিদে। বাজনিতিবালা খবা অমনা লোকেল পার্টিগী শগোলদা তোংলগা ভাবতকী পার্টিনসু তান্নবিবা নিও-কোলোনিযেল ফ্রেমবার্কতা, পান্নাব বেজ অমা ফংবা, পাৱাব পাযবা, মসিগী বাংমদা, মমাংদা অহুমলক লোকেল পার্টিনা পাৱাব পাযববদা পাৱাবদুবু ফিদম অদুগা, পানদম অমদা ওস্তোক্তবা উপায ওইনা শীজিন্ননগা হোৎনবা তৌখিদে। ১৯৪৭ অমসুং থোযদোক্লা ১৯৪৯ গী মতুংগী বাজনীতিগী পূৱাবীদা, মপুং ওইবা মীচমগী মীযামগী ৱাহং খবশি এজেন্দাদা থমদনা, নাথৈদুনা থমদুনা লাকখিবদগী, ঙসিগী অচৌবা লৈতাদবা (ইনস্টেবিলিটি অসি উবা ফংই হাযবা ধাহ। লোকেল পার্টিগী এজেন্দাদুশু, ভাবতকী পার্টিনা নাকোযননা শেম্বীবনিনা, মখোযনা মবমদমগী মপুংফাবা এজেন্দা শেমলে হাযবা ঙসি ফাওবা তাগদৌবা ৱাৎলি। ভাবতনা লোযচল্লিবা কনষ্টিট্যুসনবু কনফেদবেশং ওনবা অমদি, মণিপুববু ২১ শুবা সেনচুবীগী এসিযান তাইগব অমা ওন্ননবা শেলথুমগী পোলিসি ফ্রেম অমা পীবা ফাওবশু, লোকেল পার্টিনা হান্নদগী হৌবদুনা অকনবা খোংজংদা চঙশিনবা উখিদে। অদুমকপু, ইং কুমজা ১৯৪৯ গী মতুংদগী ঙসিফাওবগী মনুংদা, হিন্দুস্থানগী নিও- কোলোনিযেলিজম বেসিজমগী ফিবান্দা তৌবা পোলিতিকেল প্রোসেসতা, উবা ফংবা ট্রেন্দদি- অহানবদা, হনবা লৈতনা মণিপুব নেসনেল ক্ৰাইশনবু নমথবা; অনিশুবদা, চীং- তম অমহৈক্তি মণিপুব খুনাযবু ফেক্সন তাহন্দুনা হায়বিবা নমথবগী প্রোসেস অসি চগবা; অহুমশুবদা, মণিপুবদা মশাগী শেলেপ তুংশৈবা, ইকনমিক জেনবেসনগী থৌবাং থম্বগী

মহুত্তা, এদ- হোকক্কী পান্দম থমদুনা, লমদমশিগী শেলথুমগী লৈতাদবা শেন্না, খুমাং চাওশনবা ওমহন্দবা; মরিশুবদা, খুদোংচাবা ফংলবা ক্লাসগী খুৎতা রাজনিতি শেলথুম-পুলিস পারাব উক-উক লৈদুনা থম্লগা, মীয়ামবু খায়দোকপা (এলিনিযেত তৌবা); মঙাশুবদা, নিও- কোলোনিয়েলিজমবু ওকুপেসন আর্মী, অমদী আর্মদ ফোর্সেসকী মতেংনা লিশাংশিংনা চুমহনবা অমাদ চথবকপা অসিনী।

# ১৯৪৯ দা মণিপুরবু লোয়নচম্না

ওবজেক্তিভ ওইবা কন্দিশন্দা, সবজেক্তিভ ওইনা উবা যাবা রাহুপোক যাম্না থোকই। মবম অদুমক্কা, মণিপুরনা ভারত্তা ১৯৪৯ দা তিন্দ্রিনৈদাং, তিন্দ্রিনৈদা তিনখ্রে হায়বা অতোপ্পাপু শর্মাগী থেসিস অদুবু, হিবম খুদিংদা ইন্ডিপেন্দেন্স পীবা ওমদবদগাদি, মদুবু যাবা ওইথোক্তে। হায়রিবা য়ুম্ফম, ইন্ডিপেন্দেন্স লৈন্না। অতোপ্পাপু থেসিস অসি, মযাংমচা বিষ্ণুপ্রিয়ানা অশেংবা মণিপুরীনি হায়নবা, মিজোগী হিস্তরীয়ান খবনা মখোয়দি জিয়ুগী মাওথ্রাবা ট্রাইব ১০ দুনি হায়শনবা অদুগা চপ মান্নে- ওইনিংবা, ওইবদি নওবগী (নোট রিসিং) অবাবাশান (ইজরেলগী এথ্নেসেদবনা চুমদে হায়না, হন্দকতা হায়বল্লবান)। অতোপ্পাপু থেসিসকা অপিকপা মশা, লোয়চল্লিবা সবকারগী থুৎনেক ওইনা নেকলগা শিন্নবা স্কুল অমনা, ইবমদমদা নৈদুনা লাকলি - মখোয়গী অবোনবা থেসিসতি, মণিপুরগী কলচরেল নেসনহুদ অদু ভারতকী কলচরেল নেসনহুদ মনুংদা লেঙদনা থম্লগা, ভারতকী- পোলিতিকেল নেসনহুদনা, মণিপুরগী পোলিতিকেল নেসনহুদতুবু নমথদুনা থম্বনি।

১৯৪৭ কী রাজনীতিগী পুরাবীদা, নাৎকী-লোনগী, মীচমগী পুন্সিগী পুবাবাশ থূর্পাক কিদুনা লৈরিবনি। অদুমকপু মণিপুর: 'পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ত' (১৯৮৭ ডিসেম্বর-১৯৮৮, ১৯৯১, ১৯৯৫) ভোল্যুম ৪মক্কা, ওবজেক্তিভ ওইদবা কলচরেল-পোলিতিকেল কোলোনিয়েলিজমগী থেসিসপু কন্ত্রাদিক্ত তৌদুনা, মণিপুরগী অশেংবা ষ্টেতমেন্ট অমা পুন্না পীরি। আবযান কোলোনিযেল পন্দিত অমদি, ইতিহাসকার খবদংনা, মখোয়না থেঙনদ্রিবা রার্ক এক্সপিরিয়েন্সতুবু থেংনবা লৌখিদবনা, মণিপুরগী মশাগী ওইবা রাখল, থবক খুদিং অবানবা ওইনা লৌবগা কবেম্নদবা নত্তে; মদুনা, ইবমদমগী পুরাবীগী ঈচেল থৈগদবদি নত্তে। মমাংদা পনখীবগুম্না,মণিপুরগী ফিভম অমদি থাক মযেক শেংই। অহানবদা,১৮৯১ দা মণিপুরবু ব্রিটিশনা লৌশিনখিদে। অনিশুবদা, মতুংদা

ইন্তরনেসনেল প্রোতেক্তরেত ওইনা লাকখিবা মণিপুর, ভারতকুম্না ১৯৪৭ তা ব্রিটিশকী চয়েৎনবদগী মনিং তমই। অহুমশুবদা, ১৯৪৭ কী ষ্টেন্দষ্টিল ত্রিতি অমদি এসেসন এগ্রিমেন্ট' অদুগী ৱারম পুমবা মণিপুরগী মশাগী ১৯৪৭ কী কন্সটিট্যুশনগী ৱাংমদা লৈবা ৱাফমনি। মরিশুবদা, ১৯৪৯ দা মণিপুরবু ভারত দোমিনিয়ন্না নমদুনা লৌশিনখিবদু মীৎযেং, হিরম খুদিংদগী য়েংবদা অচৌবা অরানবনি। মঙাশুবদা, ১৯৪৯ দগী ১৯৭২ ফাওবা মনিংতম্বা মণিপুরবু ভারতকী কোলোনী মপুংফানা ওইবম্বদু, ১৯৭২ দগীদি ভারতকী দোমিনেসন, ইম্পেরিয়েলিজম অমদি নিও-কোলোনিয়েল পথাপকী মখাদা, মহাক্কী মপুংফাবা হান্নগী মনিংতম্বদুদগী থৈদোক্তুনা লৈরকলি। ভারত হায়বদি, হিন্দুস্থানগী মশক লোৎশল্লবা লোযলমগী থৌদা পাংথোকলিবা, বাজনিতি পার্টি খিবিক্রশু, থৌদাগী ৱাংমদা এজেন্দা শেম্বা, দিমান্দ তৌবা তৌদ্রি। মাস ইভিদেন্স অমসুং ওবজেক্তিভ কন্দিসন্না পীবকপা ষ্টেতমেন্টান। ১৯৪৭ কী মতুংদা, থোয়দোক্না ১৯৪৯ গী ওক্তোবর ১৫ গী মণিপুবগী বাজনিতিগী পুবাবীদি ভারতকী নিও - কোলোনিয়েলিজম অমসুং দোমিনেসনগী পুৱাবীনি- অতৈাদ, মদুগী দ্রামাগী স্ত্রকচব, স্ক্রিপ্ত ইবা, বেকগ্রাউন্দ মিউজিক, পোপ সোং শকপনি। হায়বিবা ফিবানশিদা ১৯৪৯ গী মতুংগী মক ওইবা থৌদোক (ইভেন্ত) অমসুং ঈহৌ (মুভমেন্ট), মখাদা নৈনজগে।

১৯৪৯ দা লাকখিবা মণিপুবগী পৱার- স্ত্রকচরদু, মণিপুর মীয়ামগী মায়োক্তা য়ুম্ফম ওইবা অমসুং শেম্বা পাৱাব স্ত্রকচব ওই। মদুমক্রসু, মণিপুবগী বেদ গার্ড (আর্মী) না, ১৯৪৯ দগী নোংমৈ চামগী -লান তৌদুনা ১৯৫১ ফাওবা রেদ আর্মী-ইন্সবর্জেন্স ` লৈখিবান। ভাবতকী বুর্জৱা কোলোনিয়েল পাৱাব স্ত্রকচবগী মণিপুরগী নেসন স্পেসিফিক বেদ আর্মী ইন্সরজেন্সীগা ১৯৪৯-১৯৫১ দা য়েংথীনবগী থাক্তা কন্ত্রাদিকসন থোকখিবনি। কন্ত্রাদিকসনদুদগী, মণিপুবগী বেদ গার্ড (আর্মী) গী অচৌবা থৌদাং অদু লাকখি । চহি নিপানগী মতুংদা,খেঙনা লাকখিবা, নাগা মিলিতেন্সীদি মণিপুরগী ঙমখৈ মনুংদশু অহানবা খোঙথাং থাংবদা ঙায়রি হায়বা য়াই। ভাবতকী মেদিয়ানা ১৯৪৯-৫১ গী মণিপুবগী বেদ আর্মী মিলিতেন্সীবু ফোঙদোকপা তৌদনা, কোন্না লাকপা ১৯৫৬ কী নাগা হোষ্টাইলগী ৱাথোক্তবু ভারত পুম্বদা শন্দোকখি। প্রোফেসনবু রেসিজম্না নমথবীববা ভাবতকী মেদিয়ানি। মণিপুরগী রাজনিতিগী পুৱাবীদা, ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী ঙসি ফাওবা ভারতনা নমথবগী মাযোক্তা, আর্মদ বেসিস্তেন্স পীদুনা লাকলি। মথংগী থাক্তা, ১৯৫২-১৯৫৬ ফাওবা ভাবতকী কোলোনিয়েল মযাং সবকারনা, মনিং তমলম্বা

লৈপাক মণিপুববু পার্ট -(সি) ষ্টেটকী থাক্তা হন্থহনখি। মদুগী মথংদা, মণিপুব নেসনেলিষ্ট য়ুনিয়ন্না ফোঙনা ', মণিপুব মর্জবগী মাযোক্তা শীংনবদগী মীফা মীপুন থোববকখি। ১৯৫৩ দশু নেসনেলিষ্ট পার্টিনা ভাবতকী কোলোনিয়েলিজমবু শীংনৈ - মপাঙ্গলদি খব শোল্লি হাযবা তাই। ভাবতকী লমলোযচনববু ফোঙনা শীংনবা হাযবদুদি তোকখিবা লৈতে।

১৯৫৭ ৬২ দা টেবিটোবিযেল কাউন্সিল শেমদুনা, ভাবতকী কোলোনিযেল মযাং শাসন্না, মণিপুববু নমহৎলকপা মতমদা থোকখিবা এন্টি-কোলোনিযেল কন্ত্রাদিকসনগী মাযকৈ অনি শুই। অহানবনা, খুৎলাই পাযবা মপাঙ্গল কন্দ্রিবা মৈতৈ ষ্টেট কমিটিনা অৱাংথংবা মণিপুবদগী হৌবদুনা ভাবতকী-কোলোনিয়েলিজমদা লান্দাবা হৌই - মপাঙ্গল শোল্লি ; অদুনা, পাক চাওনা শন্দোকপা ঙমলমদবা মতমনি। মমাংগী বেদ গার্ডকী মমিদ্ তাই হাগবা যাই। কোন্না মণিপুব পিপলস কনভেন্সন্না লৈথক্তা শৌগৎলকখি। বিফোবমিষ্টশিংনা, ভাবতকী কোলোনিযেল ফ্রেমবার্কতা, এপ্রিল ১১, ১৯৬০ দগী এসেম্ব্লি ডিমান্দ তৌবকখি। মপুং ওইনা সোসিযেলিষ্ট কম্যুনিষ্টনা মমাং থাদুনা লাকখি। ১৯৪৮ ৪৯ ফাওবদা বেসপোন্সিবল গভর্ণমেন্ট লাওবম্নদগী, ফংবসু ১৯৪৮ ৪৯দা ফংব্রবাশিংনা, ১৯৪৯ মতুংদগী বেসপোন্সিবল গভর্ণমেন্ট লৈতবদুবু মখোযগী হোৎনজমল ওইনা লৌখি। ১৯৬৩ দগী ১৯৭১ ফাওবদা, ভাবতকী কোলোনি ওইনা, য়ুনিযন টেবিটোবি পাববদা লোজিসলেতিভ এসেম্ব্লি অমা মমিংতা ওইনা পীবদা, ১৯৪৭-৪৯ দা ফুল দেমোক্রেসি পাম্বা, বেসপোন্সবল গোভর্ণমেন্ট লাওবম্বানা, প্রো কোলোনিযেল হিন্দুস্থানগী যাকাদা হিংবদা নওনা পাবাব ফংদুনা, নুংঙাই যাইফবা ক্লাস অমা মীযামদগী খাযদোক্তুনা শেম্বদা ৱাশক লৌবা পোলিটিকেল পার্টিশিংনা ইবমদমগী বাজনিতিগী থিযেটবদা মপুং ওইনা লাকই। মবক মবক্তা পোপ্যুলিষ্ট (মীয়ামা হবাওগনি খনবা) স্লোগান্দা তোঙদুনা, লোযচনবগী বাজনিতিদু মপুং মবৈ ফানা শান্নবকই- মণিপুবগী নেসনেল ক্যুইশনবু মতম কুযনগী ওইনা নমথদুনা, ফম পাযগনি হাযদুনা খনবা খুদোংচাবদা লুম্বা অমিযাকাবা নহাবোল খববু বেঙ্কতা থমদুনা, মণিপুববু লোযচম্বদা হালেংদনা খুৎলাই ওইনা লৌশল্লবা নহাবোল খববুসু শীজিন্নবকখি। মসিগী মতমসিদা, মশানা কোলোনিগী থোকফম থোকপা চৎন-লোনচৎ মতুংইন্না, মণিপুবী বুর্জৱা-মন্ত্রি -ব্যুবোক্রেসি-ময়াং বুর্জৱানা একসিস ওইনা শেমলগা, অচৌবা শেন্দোং ফংবা য়ানবা খুৎশেমগী চাক তাংহম্বা থোকপদগী আগষ্ট ২৭, ১৯৬৫ গী মহৈবোইশিংগী ঈহৌদা মীশি মীনা, মীফা

মীপুন, শোক-পম্বা থোকখি। মদুগী মমাংদা, আগষ্ট ১৯-২০ দা নুপীশিংনা মন্ত্রিশিংদা হন্না হন্না চেং-চাক পীনবা ডিমান্দসু তৌখ্রবনি।

নভেম্বর ২৪, ১৯৬৪ দা, ইম্ফালদা য়ুম্ফম ওইদুনা মণিপুরবু নিং-তমহনগনি হায়দুনা ব্রাশক লৌবা য়ু: এন: এল: এফ: (য়ুনাইতেদ নেসনেলস লিবরেসন ফ্রন্ট)[১০] কৌবা লূপ অমা লিংবা হৌখি। অমরোমদা, নাৎকী ঈহৌ-মণিপুর কলচরেল ইন্টিগ্রেসন কমিটিনা ১৯৬৬-৬৭ তা থবক হৌবা মতমদা, চহী খরগী মতুংদা ১৯৬৯-৭১ গী আর: জি: এম:[১১] গী (এবোরতিব) মরক্তা থৎপীখ্রবা, মীওই অমা অনি নক্তনা, খরা অমনা খুৎলায় পায়রকপা অদুদগী, এন্টি-কোলোনিয়েল কন্ত্রাদিকসননা খুৎলাই পায়বগী থাক্তা চংবগী খুদম পীরি। রিভোলুসনরি গোভর্ণমেন্ট ওফ মণিপুরনা লৈবাক অমা অনিগা য়ানবা খরা থম্নবা হোৎনরগা, মাগী থবক থৌরাং পায়খৎপা ঙমদনা ইখম্নখি।

১৯৭১ দা ষ্টেটহুদ মুভমেন্ট তৌবা মতমদা, ভারতকী কোলোনিয়েল গোভর্ণমেন্টনা, আর: জি: এম: গী শীংনরকখিবা কন্ত্রাদিকসন অদুগী পাউখুম পীবা ওইনা, মণিপুরবু কোলোনিয়েল ফ্রেমব্রার্কতা ১৯৭২ দা ষ্টেটহুদ[১২] পীখি। নাগা ইন্সর্জেন্সি ১৯৬০ দা নমথবা, কোন্না মীজো ইন্সর্জেন্সি নমথবদা, ভাবতনা ষ্টেটহুদ পীবগী চামদা চামা চুম্বা পোলিসি অদুমক্তা মণিপুরদা ষ্টেটহুদ পীবগী য়ুম্ফমনি। ষ্টেটহুদ মুভমেন্টতা মনা-খুদৈ পীবগা লোয়ননা, আর: জি: এম: বু থবক ঙমহন্দনবা, নিউট্রেলাইজ তৌখি। পুম্নমক য়েংলগা, এমনেস্তি পীখ্রবসু, আর: জি: এম: গী মরমনা, ভারতকী মমিংতা ওইবা ষ্টেটহুদ অদুসু মণিপুরদা পীখিবনি। মতমদুগী মমাংদা, য়েৎখিবশিং- খুদম ওইনা কংগ্রেসমেননা মীয়ামদা হায়খিবদি - মণিপুরদা ষ্টেটহুদ লাকপা শেল থুমদা ভায়েবল ওইদে। আর: জি: এম: গী লালহৌ হেক থোকলকপদগীদি, ইকুই কুইদনা, কঙ্গ্রেস নেতানা লাওরকখি - মণিপুর ভায়েবল ওইবম্মে। মায়কৈ অমবোমদা, মণিপুরগী কলচরেল নেসনহুদকী সনামহি টেম্পল বোর্দকী ঈহৌ[১৩] থোকপগা লোয়ননা, বিজনেল পার্টি মরা তাবা হৌখি। মতমদুদসু, ফেঙ্গনেলিজমগী লাইচৎতু মতমদুগী নহা ওইরিবা লুচিংবদসু চৃখি।

ভারতকী কোলোনিয়েল ষ্টেটহুদকী মখাদা, শোক ১৯৭২ দগী ঙসি ফাওবদা রিজনেল পার্টিগা ভারতকী পার্টিগা পাব্রার মুন্নবা থোকপগী দ্রামাগী ব্রাংমদা, ওল মণিপুর স্টুদেন্টস য়ুনিয়ন[১৪] (এম-সু) গী ১৯৮০ গী মীরৈবাক মচা তানবগী ঈহৌ, এম-সুগী ৮শুবা সেদ্যুল তানবগী ঈহৌ (মহৈরোই শিখিবা ঙাক্তনি)

থোকই। সাহিত্যগী, স্কোলাবগী লূপশিংনা কোন্না কমিতি শেমদুনা মতেং পাংলকই, মহৈবোইগী ঈহৌদুনা মীযামগী ঈহৌগী থক্তা চঙলকখি। লোয়না লোয়ননা, ১৯৭৮ দা মণিপুবগী কেপিতেল ইম্ফাল মযাইমক্তা ,লাসাদা চৎলুববা মনিংতম্বা পান্বা লূপ- পি: এল: এ:[১৫] (পীপলস লিবরেসন আর্মী)না মণিপুবগী খ্বাইদগী চাওববা নার্ত সেন্তব ইম্ফাল মযাইদা নুংথিলদা, ভাবতকী চাওববা ইন্দিযান আর্মীদা লান্দাদুনা, খ্বাইদগী অহানবা ওইনা ফোঙনা, হিন্দুস্থানগী কোলোনিযেলিজমদা শীংনৈ। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী অকনবা বাজনিতিগী মহৈ, খঙউ উকবা, লালহৌগী চহি ৩০ গী মতুংদা লূপ অসিনা, ওক্যাপেসন আর্মীদা মাগী তৌফম থোকপা বেজিসতেন্স অদু পীবকই। ফোংনা, নুমিৎ থোকলিঙৈদা মীযাম মমাংদা ফোংনা ভাবতকী কোলোনিযেল আর্মীদা লান্দাবকখি। ১৯৭৮ দগী হৌবদুনা, মণিপুব-ভাবতকী অমদি মালেমগী ইন্সর্জেন্সি মেপতা ফোঙনা থবককা কোন্ননা যাওবা হৌবে। ১৯৪৯ গী মৌবদূ শাংলবা চহি ৩০ চুপ্পা ওমদুনা লৈবকপদগী মৈরাইবকপনি । ঈহৌ অদুবু ১৯৯৬ ফাওবদা উবদা লূপ মবি মঙানা পুন্না চৎথারি । ১৯৯৫ দগীদি, যাম্না পীকপা মওংদা মণিপুবগী মবোমদোম লেপ্নগী বা, শৈশৌ ওইনা ইন্তবনেসনেলাইজ তৌবগী ব্রা মীযামগী মীৎ নাকোংদা তৌবকই। ১৯৯১ দদি মফম খুদিংদা , মণিপুব এনেক্সেসনবু পাওংকননা মীযামদা নৈনবগী বা খববদা ফোংনবি। নাকল অমবোমদা, ভাবতকী কোলোনিযেল ফ্রেমবার্কস্সু, মণিপুবদা পাবাব পাযনবা, নুংতিগী দিফেক্ত তৌবা, মী লৈবা যোনবগী ১৯৬৭ মতুংগী বাজনিতিগী কলচবদুশু অদুম্মক মৈবকসিদা চৎথবি। শম্না হাযববদা, এন্টি কোলোনিযেল প্রোসেস চৎথবগা লোযননা, কোলোনিযেল পোলিটিকেল প্রোসেস অদুসু ভাবতকী লাম্মী লাখ মখাই অমনা মীওৎ মীনৈ তৌহন্দুনা অদুমক চৎথৈ। মীওইবগী হক্তা শবাক তম্বা চৎথবকই।

## লোয়লম পথাপপু নৈনবা

### ফ্রিবান অমদি পথাপ

ইং কুমজা ১৯৪৯ মতুংগী পোলিতিকেল হিস্তবী- শম্না, ইমাবোন্দা হায়বগা, মণিপুব পুৱাবী নৈনবা হায়বসিদা, ফ্রেমৱার্ক (ফ্রিবান) অমহিক্তি মেথোদোলোজী (নৈন- পথাপ) কী মখাপোন্না, ৱাবোয় (কন্ক্লুজন) লাকই । মপুং ওইবা নৈন-পথাপশিংগী মনুংদা, অনিখক্তং খনগৎপা তাবগদি--অহানবদা, নিও-

কোলোনিয়েল হায়বদি, হিন্দুস্থানগী হেগীমোনিষ্ট মেথদ, অনিশুবদা ওবজেক্তিভ ওইবা হায়বদি, মণিপুরগী পুৱাবীদা যুম্ফম ওইবা এন্তি-কোলোনিয়েল মেথদ অনিশি, পনবদা মবম চাই।

অহানবগী হিন্দুস্থান্নী সুপব ষ্টেট অমসুং দি-গ্রেত-হিন্দু-এম্পায়াবগী (অমবোমদা গোৱালকাবগী অখন্দ ভাবত) ৱাখললোন্দা অবোনবা, অফোঙবা যুম্ফমদগী শাগৎলকপা নৈনবোল অসিনা, মণিপুব অমসুং অৱাং নোংপোক্ত। নত্তনা কাশমীব- হায়বিবা ভাবতকী ফিবান্নুংদা কৈদৌনুংদা খক চনখীবা লৈতবা ষ্টেটশিংবু, ভাবতকী সম্রাজ্য, এম্পায়াব হাযবদি,ভাবতকী ফিবান্দা লৈগদবনি হাযবি। বাখল অসিবু শৌগৎনবা, অবানবা সোর্ছ কয়া, অবানবা ইতিহাস কযা, অবানবা আইন কযা,পণ্ডিত (লমলোযচনবদা শিজন্নবা ইলিত- স্কোলব), বেসিষ্ট মেদিয়া,বাজনিতি তৌবগা চাবা উতাংবী কযাগী মতেংনা মীযামদা যৌনবা ৱাখল্লোন (ইদিওলোজি) পী অমদি লৈঙাক্কুনা থমই। মহৈ তমফমশঙগী লাইব্রেবী, তাকপী-তম্বীবা ক যা, ওপোবচুনিষ্ট কযাবু লোয়চন্নবগী ৱাখল্লোন অসিখক্তং শন্দোক্নবা উপায় ওইনা শিজন্নবক্নি। হায়বিবা অচৌবা প্রোপেগন্দা মেচিন অসিগী মাযোক্ত। হৌজিকমক্তদি যাম্না মপাঙ্গল যাওদ্রিবা, মপোপ মতাং ফাওবা পান্দ্রবা লোযলম মাযোক্নবা, এন্তি-বেসিজম, এন্তি হিন্দুস্থানী ইম্পেবিয়েলিজমগী পথাপ থোবকই। অনিশুবা নৈনবোল অাস মখাদা পাল্ল। চীং তম, চাংমী- তম্মীগী মবক্তা শিংচেপ থাবগী অকনবা প্রোগ্রামদি, ব্রিটিশ-হিন্দুস্থানী অনিনা পুন্না ইং কুমজা ১৯৪৭ তা পোলিতকেল ডিপার্টমেন্টগী থোবকখি।

অনিশুবা ফিবান অমদি পথাপ অসিগী মবিকচুম্না যুম্ফমদি, মণিপুবগী অৱাং নোংপোকলমগী পুৱাবীগী (হিষ্টবী), অশেঙবা লৈঙাকলোনগী থাক (পোলিতিকেল স্তেতস), অমহিক্তি লোযলম- মাযোক্নবগী মালেম্না যানববা লোয়লম- মুখৎপা (য়ুনিভবসেল দি-কোলোনাইজেসন) দা মবাতানা লৈবি। লোযচনবগী পথাপ (কোলোনিয়েল থেসিস) অমদি লোযলম- মাযোক্নবা পথাপ (এন্তি-কোলোনিয়েল থেসিস অনিসিগী মুক্নবা (কন্ত্রাদিক্সন) অদু, ইবমদমগী বাজনিতিগী থৌবাং অমসুং মদুগী মায়োক্তা চথবকখীবা নিংতম ঈহৌ, মবোমদোম লেপ্পগী ঈহৌশিংদা মবিক চুম্না টবা ফঙই।

ইং কুমজা ১৯৪৭, মণিপুরনা মপুংফানা মনিংতম্লমবা চহি অসিবু, বিফরেন্স পোইন্ত ওইনা লৌদুনা যেংবদা, অচৌবা পাঙ্গল অনিনা মুক্কবদু অদুমক উবা ফংখি। মণিপুরনা মনিংতম্লা লৈবদুবু পামদবা, হিন্দুস্থানী কোলোনিয়েলিজমগী খুৎলায় ওইনা, মণিপুর কঙ্গ্রেস থোবকখি; মহাকপু মুক্কবা, মণিপুরগী এসেম্ব্লীদা রুলিং পার্টি কোলিসন অমনা মাইনোরিতি কঙ্গ্রেস এসেম্ব্লী মেম্বর ১৩ গী মচিন চৎহনখীদে। হায়রিবা লোয়চনবদা শিজন্নবা, কঙ্গ্রেসনা মায়থীববদা, মাবু শিজিন্নরীবা হিন্দুস্থান্নী কোলোনিয়েল পাবাবনা, মীয়ামগী, এসেম্ব্লীগী, অর্মহিক্তি পুম্নমক্কী অপাম্বগী মায়োক্তংা, মনিংতম্বা মণিপুরবু মেজর জেনরেল অমগী মতেঙনা মণিপুরবু ওক্যুপেশন তৌদুনা, নমদুনা এনেক্স তৌখি। হায়রিবা, ১৯৪৯ গী হিন্দুস্থানি কোলোনিয়েলিজমগী কন্ত্রাদিক্সন অসিবু মুক্কবা, মুখৎনবা ওইনা, মণিপুরগী মরৈবাকনিংবা, সোসিয়েলিজমগী শেলথুমগী পোলিশিদা থাজবা, মরৈবাকনিংবা ইন্সরজেন্টশিংনা, চহি অহুম চুপ্পা ইং কুমজা ১৯৪৯ ৫১ ফাওবা লাল হৌবকই। কম্যুনিষ্ট ইন্তরনেসনেলিজম, মতমদুদা লৈবম্বা মার্ক্সিজম লেনিনিজম মাওইজমনা পীবা নেসনেল লিবরেশন মুভমেন্ততা লাইমিং লৌখ্রবা, 'রাইত ওফ ষ্টেট ট সেসেসন' (ষ্টেটনা ফেদরেশন্দগী থাযদোক্কবগী হক) প্ রাজনীতিগী থোঁবাংদা যাওহনবদা রাশক লৌখ্রবা, মণিপুরগী মরৈবাক নিংবা 'রিভোল্যুসনারী মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টি' না মীয়ামদা অকনবা রাজনিতিগী ইদ্যুকেশন পীবগা ইবোয়ননা, মণিপুরগী ২০ শুবা সেনচুরীদা খ্বাযদগী অহানবা নিংতম ঈরৌ (নেসনেল লিবরেশন মুভমেন্ত) গী যাকাযবোল পীখি। হায়রিবা ঈরৌ অসিবু, হিন্দুস্থানী কোলোনিয়েল পাব্রাবনা মযাই চমহন্দুনা, উতাংবী সরকার অমা লিংদুনা থমখি। হৌখিবা চহি যাঙ্খেরোমগী পার্টি পোলিতিক্সতা, মণিপুরগী লৈঙাক অসি কঙ্গ্রেস সরকারনা মপুংওইনা পুরকই।

উতাংবী সরকার অসিবু ফোঙনা মীয়ামমাংদা মুক্কবা ওইনা, ইং কুমজা ১৯৫৩ দা, মণিপুর নেসনেলিষ্ট য়ুনিয়ন্না, ইম্ফাল পোলোগ্রাউন্দা মী লিশিং কয়ানা তিনবা মীফমদা, মণিপুরনা মনিংতম্বা রফর ষ্টেট ওই হায়না লাওথোকখি। মখোয়দুবু অকনবা পুলিস রিপ্রেসন্না নমথদুনা থমখী। রেসপোনসিবল গভর্ণমেন্ট তাক্লম্বদগী, রেসপোনসিবল গভর্ণমেন্ট অমা মণিপুর কন্সটিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ কী মখাদা লৈজববা মতুংদা, ভারত সরকারদা মণিপুরবু খুদোন তম্বা পামখিবা

ফোর্সশিংগী মরক্তগী, হিন্দুস্থান্নীগী লোয়লম ফিবান্দা থবক তৌবা রিফোরমিষ্ট ভারতকী সোসিয়েলিষ্ট অমদি কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ঈহৌ তৌবদগী, লোয়লম লৈঙাক মনুংদা, ইং কুমজা ১৯৬৩ দা মমিংতা ওইবা টেরিটোরিয়েল লেজিসলেতিভ এসেম্ব্লী লিংখি । হায়রিবা লোয়লমগী ফম্বাক্তা মায়খুম উপ্তুনা থাদোরকপা, এসেম্ব্লী অদুনা মণিপুরগী-চীংতমগী অপুনবা নেসনেল ক্যুইশনগী পাওখুম মচেৎ অমা পীবা ঙমখিদে; পাওখুম ওইনা, ইং কুমজা ১৯৬৩-৬৪ দা মণিপুরগী তাংখুল, মাও কাংবু অমদি নাগালেন্দগী নাগাগা খুৎশম্নবা 'মীতৈ ষ্টেট কমিতি'না, ভারত সরকারগী সেক্যুরিতি ফোর্সতা লান্দাবা হৌই । মসিগা ঈরোইননা, ইং কুমজা ১৯৬৪ গী মাকমৈদা, কুকী ত্রাইবশিংগা খরা হেন্না নকশন্নবা লূপ 'য়ুনাইতেদ নেসনেল লিবরেসন ফ্রন্ট' লিংবা হৌখি ।

অসুম্না, কোলোনিয়েল ফোর্স অমদি লিবরেশন ফোর্সকা মূক্রবা হৌরকপা তাঞ্জাশিমক্তদা, লোয়লম মণিপুরগী সরকারনা, খুৎশেমগী চাক তাংবা থোকহন্দুনা, মহৈবোয নুপা, নুপী লিশিং কুন- কুম্লা (কনানা য়াম্খৈ হায়) বু ইং কুমজা ১৯৬৫ গী আগষ্ট তাং ২৭তা, আসাম রাইফলস থাদোক্তুনা ওৎপা - নৈবা, মী হাৎপা, থোকখিবদগীদি,মতমদুগী অনৌবা মীরোলনা, ভারতকী ফিবান্দগী নাম্বোকপা তঙায়ফদ্রে হায়না খঙলকপদগী–মদুনা মবম ওইরদুনা, নমথবীরুরবা, লিবরেশন ফোর্সকী ব্রাখন্দুনা মণিপুরগী নহারোলগী মপুংওইবা ব্রাখল্লোন ওইনা রাশক লৌহনখি । মখাদি, হায়রিবা লোয়লমগা মায়োক্লবা ব্রাখল্লোন অদুনা মপুং মরৈ ফারকপা, খুৎ থাবকপা অর্মদি খুৎলায় পায়বগী লালহৌ থোরক্লবগী মরমশু ওই । হাইরিবা লোয়লম লৈঙাক্কী থেসিস অসিবু ফোঙনা শিঙনদুনা ইং কুমজা ১৯৬৯ ৭১ দা, 'রিভোল্যুসনারী গভর্ণমেন্ত ওফ মণিপুব' না ভারত সরকারগী ময়োক্তা লান হৌনবা হোৎনরুবা মতুংদা, কোন্না সরকারনা ঙাকপিবদু লৌখি। মণিপুরগী রিভোল্যুসনরী গভর্ণমেন্ত অসিগা, মরী লৈননা অরোয়বা খুনাম মুখ্খৎকনি হায়বগী পান্দমদা, মণিপুরদা ইং কুমজা ১৯৭২ দা ষ্টেটহুদ পীখি । হিন্দুস্থানী কোলোনিয়েজমদা লাইমিং লৌগ্রবা, মখোয়না এজেন্ত ওইনা শিজিন্নবা, পান্নার পায়দনা হিঙবা ঙমদ্রবা মীওই কাংলুপশিংবু মখা তানা শিজিন্নবা য়ানবা, ষ্টেটহুদকী 'ওফিসিয়েল ওইবা মনা' অদু ভারতকী রাজনিতিগী পার্টিশিংদা পীদুনা, মণিপুবগী নেসনেল ক্যুইশন অসিবু মবাপ্প চায়থখীনবা অকনবা থৌরাং অমদি খোঙথাং

লৌখৎখী।

লোয়চনবশিংগী স্ত্রেতেজীগী মনুংদা, ইং কুমজা ১৯৪৭ তা ইন্দিযাগী পোলিতিকেল দিপার্টমেন্তনা, মণিপুরগী চীংলমবু তমদগী শেত্তোক্লবগী তৌখিবা প্লান (হিল-প্লেন সেপাবেসন) গী মখাপোন্না, যুমলোন্নবদা নাগালেন্দ শাগৎপগী থৌবাংদুগা ইবোযননা চৎমীন্নদুনা, অমাহিন্তি মণিপুরগী মালেম্না শকখণ্ডগ্রবা টেৰীটোরিয়েল ইন্তেগ্রিতিবু থুগাযনবা থবক তৌবা নাগা ইন্তেগ্রেসন কমিতিগী থাকপা লাংদা থুদুনা ঙসিফাওবা, মণিপুরগী তমগী পিক্লবা শকক খায়দোকলগা, অনৌবা নাগাতগী (মালেমগী জাতি অতৈনা খুন্দাবা যাদবা) লৈপাক শেমগনি হায়বগী ৱাথোক থোবকই (যেংবিগদবা, আটলান্টা ৱাবী শাবা, জুলায ২৮, ১৯৯৭)। ঙসি স্বাংতমক ভাবততা খুন্দাবখিবা মীজো (লুশায) ফুকপ্পা, থাথংবা মণিপুববুশু মীজোবাম ওন্থোক্লবগী থৌবাংশু মতম অমদা লৈবমই। লোযলম শন্দোকপা, হিন্দুস্থানী কোলোনিযেলিজমনা থওইনা শেমইবা মুক্লবা (কন্ত্রাদিকসন) দি: অহানবদা, কোলোনিযেল পোলিতিকেল প্রোসেস অমা মবা ত্রাইল্লবা মতুংদা, মণিপুরী মশেল লোযলমগী এজেন্দা মনুংদা মুক্লহনবা, দিফেক্সন কলচব শেম্না, শেলগা কবাম্না কবপসননা লাংদা মীকানহন্দুনা বাখল লৈতাহন্দবা খুনাই অমা শেম্না, চীংগা তমগা মতম পুম্নমক্কী ওইনা যেংথানহনবা অমাহিন্তি, মণিপুববু মৃগাৎপদা বাবেপ লৌবা মণিপুর বাংমগী হোস্তাইল ওইবা ত্রাইবতা তোংশন্দুনা, মণিপুববু লেপ্পা লৈতনা লৈতাহন্দবা আসনচিংনা পনবা যাই। মথন্তা পনাখিনা, ইন্দিযাগী ১৯৪৭ কী পোলিতিকেল দিপার্টমেন্তনা, মণিপুরবু চাং তম অনিগোক্লা থুগাযবগী, মখা চথবকলিবা প্লানগী ফিবান্দা, মণিপুরগী টেরিটোরিযেল ইন্তেগ্রাতি থুগাযবগী বাখল পোকহনা মগুংদা, ইং ১৯৪৭ তা পোইন্ত মাপল যাওবা আকবাব হাযদাবী এগ্রীমেন্ত, ইং ১৯৬৪ গী পোইন্ত ১৬ যাওবা সিজ ফাযাব এগ্রীমেন্ত, অমদি ইং ১৯৭৫গী এগ্রীমেন্ত শেমখি। হাযবিবা বাইলেতবেল এগ্রীমেন্ত খবশিনা, থার্দ পার্টি মণিপুববু শোকহনবা ঙমদে হাযবা, পার্টি অনিমক্লা খণ্ডলবশু, মণিপুরদা মতমচুপ্পগী ওইনা লৈতাহন্দবা, দে-স্তেবিলাইজ তৌবা, শান্তি লৈহন্দবা হায়বা পান্দম অর্দুদি পার্টি অনিনা ফংবা ঙমই।

অনিশুবদা, মণিপুরগী ঙমখৈ মনুংদা শেলথুমগী ইনফ্রাস্ত্রকচব শেমদুনা, মণিপুরগী ইকনমীবু মালেমগী ইকনমীগী থাক্তা থাঙ্গৎপগী মহুত্তা, মণিপুববু

লোয়চল্লবা কৈথেল (কেপতিভ মার্কেট) ওইনা শেমদুনা, সরকারগী তলবতা উতাংবী ওইনা হিংবা নত্তনা, হিংবা হায়বদু ঙমজদ্রবা মণিপুরী পুম্ববু ইকনমিক বোন্দেজদা, পেরাসাইত ওইদুনা চহি ৫০ চুপ্পা থল্লকই। লালহৌবা নমথনবা, শেম্বা নিও-কোলোনিয়েল এদ-হোক ইকনমী অমা মণিপুরদা শেমবদগী, ইকনমিক ক্লাস শেম্বগা লোয়ননা, মণিপুরনা ভারতকী ইন্তরনেল কোলোনী ওইরে। ইং কুমজা ১৯৯৬কী ওক্তোবর ২৪দা ভারতকী প্রাইম মিনিস্তরদা পিখিবা (ফ্রিদম খবরদা লোয়না ওক্তোবর ২৫ দগী ফোংখীবা) মেমোরেন্দমশিং' মণিপুরগী নেসনেল ক্যুইশনবু পনবা রাজনিতিগী পার্টি ইয়াও য়াওখীদে। শুপ্পতগী এক্স-মেম্বরস ওফ পার্লিয়ামেন্তকী ফোরম খক্তনা মণিপুরগী সোভরেন্তিগী ৱারী পনখী। ওতোনোমীগী হিরমদা, করম্বা ওতোনোমীনো হায়না শকতাক্তবনা, ইং কুমজা ১৯৯৬ তা মণিপুর লেজিসলেতিভ এসেম্ব্লীনা, ভারতকী ষ্টেটশিংদা ওতোনোমী পীনবা, মণিপুরগী নেসনেল ক্যুইশনবু লমহুই লৌশিং তৌরগা, নাথৈদুনা মত অমত্তা ওইনা লৌখিবা ৱারেপ্পুগা য়াম্নমক খেন্নদে। রুলীং কঙ্গ্রেস পার্টি অমদি, ওপোজিসন পার্টিশিংগী মেমোরেন্দম অদুনা, মণিপুর নেসনেল লিবরেশনগী ঈহৌ লৈতবদৌনা, শেলথুম য়াম্না পীথরকউ (রাজনিতিৱালাশিংনা পৈশা য়াম্না দবকাব ওইরে- খুৎ তংলে) হায়বদগী হেনখীদে। পার্টিশিংগী মবক্তা ক্লাস এনেলাইসিষ্ট, ক্লাস স্ত্রগল তৌবিবনি হায়রিবা কম্যুনিষ্ট পার্টি অমখক্রদি- মণিপুরগী ইন্সরজেন্সী অসি (নিংতম ঈহৌ), থবক ফংদবা নহারোলদা থবক পীরগা ফগনি হায়না মেমোরেন্দমদা তক্লখী। মেমোরেন্দমদা পীরিবা থিওরী অসিনা মালেমগী মীযামদা পীরিবা মেসেজদি অসিনী – মালেমদা থোকখ্রিবা নিতম ঈহৌ পুম্নমক, থবক ফংদ্রবা নহারোলদা থবক পীখিদবদগী থোকখ্রিবনি; থবক পীরবা মতমদা-ভারত্তা নিংতম ঈহৌ খক থোকখিদে হায়বসি ওইবা তাই। মখোয়গী মোত্তদি, আমেরিকানা ভিয়েতনামীজদা জোব য়াম্না পীরম্রবদি, ভিয়েতনামদা শান্তি লৈরমগনি। অসুম্না, লোয়লম শন্দোকপা কাংবুনা, মণিপুরগী নেও-কোলোনিয়েল ইকনমীবু, অঙকপা ৱাহন্থোক কয়া পীদুনা, মণিপুর মীয়ামবু লোয়চন্নবগী অরোনবা গুরাল-লালওং (সেবোতেজ) চত্থবা উবা ফঙই। রুলিং পার্টিগী মেমোরেন্দমনা, মমাঙদা পনখ্রিবা পার্টিসিগী ফিরেপশিদগী খরগা ৱাংখৎনা পল্লি: ইন্সরজেন্তশিংদা নত্তনা, মণিপুরগী মেদিয়াগী থবক তৌবা মীশিং, ওল মণিপুব স্ট্যুদেন্তস য়ুনিয়নশু ভারতকী মায়োক্তা

নিংতম ঈহৌ তৌবনী হায়না, কঙ্গ্রেসকী মেমোরেন্দমা মশক তাকই।

অহুমশুবদা, কোলোনিয়েল -পোলিতিকেল, এপারেতস অমহিক্তি, নিও-কোলোনিয়েল ইকনমিক এপারেতস— অনিগী মতেংনা ইরমদমবু লোয়চনবগী মথক্তা, ইং কুমজা ১৯৫৮ দগী হৌরদুনা সিফাইনা হাংনীংবতা হাংপা য়ানবা— আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱারস এক্ট, ১৯৫৮ শেমদুনা, লোয়ননা খ্বায়দগী অমুবা আইন লোয়নমক[১৮] পুশিনলক্তুনা, মণিপুরগী মীশিং লাখ ১৮— অঙাং, অহল, নুপী, অনা-অয়েক খুদিংবু লাক্লনবা, কিহন্নবা, সেক্যুরিতি ফোর্স মশিং লাখ মখায় মদুগী মথক্তা, তেরর নেতৱার্কতা ফিজম শেৎপা, শেত্তবা চুরাম্বাবানচিংবা লিশিং কয়া অমনা কোয়শন্দুনা থমই— মদুগী মতেংনা মীখল তৌই, শেলগী তুরেল (গান্ধী য়েকপী= লুপা ৫০০ চৎপী নোট)— গান্ধী য়েকপীনা ঈশিং ইচাওগুম্না চেম্বহল্লি। মণিপুরী খোমথকইবা নাৱা, অঙাং, হনু-হনা, নুপা-নুপী, মহৈরোয় ১০ খুদিংগী নোংমৈ পায়বা সিফাই অমা (লোয়ননা ফিজম শেৎপা থানা নত্রগা চুরাম্বাবা পাও লৌবা অমা) না শেন্নরীবা মীওইশিংদুদা, নাকল অমদা শেল হৈথবী হায়বা 'ওপরেসন সমারিতান' তৌদুনা, লম লোয় চনবগী থবক্তু চখৈ। করিগুম্বদা, মরুভুমীদা থকপা চাবা ফঙহন্দনা, ঙৌদুনা থল্লবা ফাদোক ময়ামগী খয়াত্তা, ঈশিং মবীক খবা হৈথবদা, ফাদোক মশেল অমনা অমগী মকোক্তা কাদুনা, নেত্তুনা ঈশিং য়াউম অমগীদমক, মীওইবগী ফজবা হায়বদু কাওথোকহনবগুম, মণিপুরগী কোলোনিয়েল সোসিয়েল দাইনামিক্সতা, গান্ধী চৎপীগী চবুন অমগী (ঈশিং য়াউম) অমতংগী শাহিং ঙাহিং চাবগী মওংদা, মীওইবগী শক্তংমু মথং- মথং ওম্ব্রোরকই। মদুগী ভেল্যু অদুনা, মহাক্কী লোয়লমগী খুৎলায়-এপারেতস অনিমকপু মপাঙ্গল হাপই। মীরোলদা, 'কোলোনিয়েল ফীদবেক' হায়বা অদুনি। লৈরিবা খুনায়গী ইনষ্টিত্যুসন অমদি দাইনামিক্স পুম্বা হায়রিবা কোলোনিয়েল এপারেতস অসিগী মখাথাবা খুৎলায় (সব-সিস্তেম) ওইহন্দুনা থমই। পুম্নমকসিগী মথক্তা, মিলিতরি ওক্যুপেসন, রেজিমেন্তেসন, মীওইবগী হক লেপ্তুনা থুগায়বা অসিনা মীয়ামবু দোমেস্তিকেত (লোয়বা ) গুম্না তৌই । মীওইবগী হক—হ্যুমেন রাইতপু লাম্মীনা থুগায়বা হায়বসি চৎনবকই, মীয়াম মরক্তা লাম্মীনা নোংমৈ কাপ্পা, মী কাংলুপ হাৎপা, অহিং নোংয়াইদা প্রজা ফারগা হাৎপা চথরকই।

## উংখৎনবা (কন্ত্রাদিকসন)

মণিপুরগী পুৱারীদা উংখৎনবা অসিগী মহৈ ওয়না, ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী ঙসিফাওবা, হৌজ-হৌজ, থিনখাং-থিনখাং, মণিপুরগী ফুরুপগী নিংতম ঈহৌ (নেসনেল লিবরেসন মুভমেন্ত), অমদী মদুগী মতেং ওইনা খুৎলায় পায়বগী নিংতম ঈহৌ থোরকই। মণিপুরদা, মণিপুরগী নেসনেল ক্যাইশনবু লোয়শন্নবা, করিগুন্না গান্ধীয়ান মুভমেন্ত- ঈহৌ অমত্তা লৈখিদে। মদুগী মহুত্তা, ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী ঙসিফাওবদা খুৎলায় পায়বা মণিপুর নিংতম ঈহৌ (লিবরেসন মুভমেন্ত) উবা ফংই। ঈহৌশিং অসিগী মোরফোলোজি, এনাতোমীদা কুরাংপান্দা খেন্নবা খরা- খরা উরবশু, চেহ্নরক্কিবা সেনচুরী তম্খায় অমগী ঈচেল অসিদি হিন্দুস্থানীনা লোয়চনবা (ইন্দিয়ান কোলোনিয়েলিজম) গী মায়োক্তা চেহ্নবা ময়েক শেঙনা উই। ইং কুমজা ১৯৪৯-৫১ গী মণিপুরী নেসনেলিষ্টশিংগী শেলথুমগী ৱাখল্লোনদু মালেমগী ওইবা কম্যুনিজমদা য়ুম্ফম ওইবা মতমদা, ইং কুমজা ১৯৬৩-৬৪ গী খুৎলায় পায়বগী ঈহৌ অদুশু খেন্নবা য়ুম্ফমদা শাগৎখীবা লৈতে। ইং কুমজা ১৯৬৯-৭১ গী খাঙুথক্তা ময়োল থৎপীখ্রবা ঈহৌ অদু, ইলিতিষ্ট ওইবা অর্মদ পাক-চাওরবা খুঙ্গংদা থোয়না য়ুম্ফম ওইরুদ্রবশু, মমাংগী অচৌবা ঈহৌ অনিদুগা ইদিওলোজিকেল কন্ত্রাদিকসন লৈননবগী মবম লৈখিদে।

ইং কুমজা ১৯৭৮ দগী ঙসিফাওবদা,ভারতকী ওক্যুপেসন আর্মীদা ফোঙন খুৎথারকলিবা, মণিপুর নিংতম ঈহৌ-লুপকী মনুংদা, পিপলস লিবরেশন আর্মী (কোন্না, রিভোল্যুসনারী পিপলস ফ্রন্ট), য়ুনাইতেদ নেসনেলস লিবরেশন ফ্রন্ট, পিপলস রিভোল্যুসনারী পার্টি ওফ কংলৈপাক, কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্টি, ইকোল কোনবদা— কংলৈপাক য়াওন কন্না লূপ হায়বসি, ভারত সবকাবনা 'অনলোফুল এক্তিভিতিজ প্রিভেন্সন এক্ট, ১৯৬৭' কী মখাদা ভারত সরকারগী ময়োক্তা মণিপুরবু মনিংতম্বা লৈবাক ওইনা খায়দোক্নবা (সেপবেত তৌবা), ইন্সবজেক্ত বোদী, আইন্না য়াদবা লূপ ওইনা শকখঙই। মদুগীশু মথক্তা, মণিপুবগী ঙমখৈগী মনুংদা, ঈহৌ তৌবা নাগাগী লূপপুশু আইন্না যাদবা লূপ ওইনা শকখঙই। ইং কুমজা ১৯৯২ গী উখ্রুল মীফমদা, নাগা-লিম (নাগা-লেন্দ) অমগা অমুক মণিপুবদা শেন্নগী থৌবাংগী মখাপোন্না, মণিপুরী নাগা মণিপুরী কুকী হাংনবা থোবকপদগী, কুকীগী খুৎলায় পায়বা ঈহৌ থোবকই।

মণিপুরগী ওইবা লিবরেশন মুভমেন্তশিংনা, তোঙান-তোঙানবা লূপ ওইনা লৈজরবশু, মণিপুরবু মনিংতমহনবা, শেনথুমগী পথাপ্তা সোসিয়েলিজমদা পৈনা লেপ্পা, মণিপুরগী য়েলহৌঁঙেদগী ইং কুমজা ১৯৪৯ ফাওবদা লৈমিন্নরক্কবা মণিপুরদা মরা তাখ্রবা ইন্দিজিনিয়স মাইনোরিতিদা মাইনোরিতিগী হক শেংনা পীবা, লাইনিং নত্রগা রেসনা ষ্টেটকী য়ুম্ফম ওইদবা—হায়রিবা মপুংওইবা পম্বুংশি য়ৌনবা, লোয়লম লৈঙাক অমহিক্তি ওক্যুপেশন আর্মীগী ময়োক্তা, খুৎলায় পায়বগী ঈহৌ তৌবা (ফ্রিদম স্ত্রগল) হায়রিবশিদা খেৎনবা পান্দম উবা ফংদ্রি। অদুমকপু, তোঙান - তোঙানবা মমিংদা লৈরুবনা, মখোয়না লৌখৎপা তেকতিক্স অমদি, মতম মতমগী রাজনিতিগী অতেনবা ফিরেপ খরদা চপ হেক মান্নরে হায়বদি য়াদে। লূপশিং অসিগী স্ত্রেতেজী– পম্বুং, উপাই মান্নে।

ইং কুমজা ১৯৭৮ দগী হৌরদুনা মালেমগী ইন্সরজেন্সীগী মেপ্তা মণিপুরনা ময়েক শেঙনা য়াওখিবগুম্না, ইং কুমজা ১৯৯৫ দগীদি, অনরিপ্রেজেন্তেদ পিপলস ওরগেনাইজেসন (য়ু:এন:পি:ও:) অমদি, য়ুনাইতেদ নেসন্সকী হ্যুমেন রাইতসকী কমিতি অমখক্তা, মণিপুরগী সেল্ফ দেতরমীনেসনগী ব্রাফম মালেমগী প্লেতফোর্মদা পুথোরক্তুনা, মালেমগী ব্রাথোক অমা ওইবা হৌরকই । ইং কুমজা ১৯৪৯,ইং কুমজা ১৯৭৮, অমদি ইং কুমজা ১৯৯৫ না, মণিপুরগী নেসনেল লিবরেশন মুভমেন্ত (নিংতম ঈহৌ) দা পুব্রারীগী মরুওইবা তাক্কক ওইরকই । মদুনা মরম ওইদুনা, মণিপুরদা থমজিনবিররিবা, লোয়লমগী মেছিনগা মণিপুর নিংতম ঈহৌগা মায়োক্করি— মসিনা মরম ওইদুনা, মালেমগী মিৎয়েং চংলকই।

অমরোমদা, হিন্দুস্থানী কোলোনিয়েলিজমগী অনৌবা শকলোন কয়া কয়া মশক লোৎপা ওতোনোমী ( দিফাইন তৌদবা), অমোৎপা পোলিতিকেল প্রোসেস, লেপ্পা লৈতনা ওক্যুপেসন আর্মীনা মণিপুর মীয়াম্বু- মণিপুর ষ্টেটপু অনৌবা জেল অমগুম্না মচিনমেল্লগা, কিহন্দুনা, মীওৎ- মীনৈ তৌদুনা থম্বা, লোয়চনবদা শৌগৎপা, মনানা হৈমাংশাবা খুমাং চাওশনবগী মায়খুম উপ্পা রাজিনিতি পার্টি, ব্যুরোক্রেসি অমদি, শেল পীরগা শিজন্নবা এজেন্তশিংদা স্বগগী নুংঙায়বা, ব্রাত্তা-পাদবা অমহিক্তি দেসপোতিক পাব্রার পীদুনা মনিংতৌহনবা (শাজিন্নবা নিংতম্বা) পীদুনা, মীয়ামবু তম্খায় তাহনবা (দিভাইদ এণ্ড রুল) গী লৈঙাকশু অনৌবা মপাঙ্গল হাপ্তুনা চৎথৈ। ষ্টেট তেরোরিজমনা মীয়ামবু মঙলাক্লহল্লী।

শম্না হায়রবদা, ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী ঙসিফাওবা, কুনশুবা সেনচুরী লোয়বা ফাওবদা, মণিপুরবু লোয়চনবগী মপাঙ্গল কল্লবা প্রোসেসকা, লোযচনবগী য়োংহিলংদগী নাম্বোক্লবগী ঈহৌগা লেপ্পা লৈতনা উংখংনবা (কন্ত্রাদিকসন) থোকপা উবা ফংই। জে:বি: লামানা ষ্টেতসমেন্দা[১৯] ইবকই মদুদি -ভারতকী মনুংদা তিল্লবা ষ্টেট পুম্নমক্কী মনুংদা, ভারতগী খায়দোকপগী নিংতম ঈহৌ চহি ৪৭ চুপ্পা তৌবিবদি মণিপুব খক্তনি। ঈহৌ অসিগী অহৌবা মবমদি, ভারত দোমিনিয়ন্না মনিংতম্বা মণিপুববু আইন- পথাপ থুগায়দুনা লৌসিনবসি ওই[২০]।

## নোত অমদি রিফরেন্স


১) এন: সনাজাওবা, বাইত ওফ ওপ্রেসদ নেসন্স এণ্ড পীপলস, ১৯৯৬।

২) এন: সনাজাওবা (ইদ), মণিপুব পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ত ভোল্যুম ১, ২, ৩, ৪ দা পীবিবা মণিপুবগী মী কাংলুপশিংগী পুৱাবী দাইনামিক্স য়েংবীগদবনি। মণিপুবদা খুন্দাবিবা মণিপুবী নাগা, মণিপুবী কুকী অমদি মীতৈগী তৌবকফম মান্নবা পীবী।

৩) পি·দি:এম: এনেক্সেসন ওফ মণিপুব, ১৯৯৫।

৪) নেসনেল সেমিনাব ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ত অমদি ইন্সত্রুমেন্ত ওফ একসেসন, মুসু, মুবক নচিংবনা শিনবা, ইম্ফাল, ১৯৯৬ গী প্রোসিদিং য়েংবীগদবনি।

৫) এন: সনাজাওবা, 'ইন্দ্রেদ গনস গুয়াবিল্লা ৱাব ইন নাইন্তিন ফোবটিনাইন-ফিপ্তিৱান: মণিপুব কম্যুনিষ্ট ইন্সবজেন্সী', ফ্রিদম নুতিগী চেফোঙ, সেপ্তেম্বব ৩০, ওক্তোবব ১, ১৯৯৬।

৬) এন: সনাজাওবা, 'বফব ষ্টেট অলতিমেতম— মণিপুব নেসনেলিষ্ট য়ুনিয়ন, ১৯৫৩', ফ্রিদম নুতিগী চেফোঙ, ২, ৩, ৪, ৫, ৮, আগষ্ট, ১৯৯৬।

৭) এন: সনাজাওবা, "মীতৈ ষ্টেট কমিতি এ চেপ্তব মিস্তেকন এণ্ড মিসবেদ", ফ্রিদম, জুলায় ২০, ১৯৯৫।

৮) মণিপুব পিপলস কনভেন্সনগী, মেমোবেন্দম তু প্রাইম মিনিস্তব, ১৯৬৫, ফোংখিবা ইম্ফাল তাইমস, ১৯৯৬। কনভেন্সন অসিগীগু, খুৎলায় পায়দুনা, লোয়চনবগী থৌবমবু শিংনবা পান্না, অন-ওফিসিয়েল ওইনা, মীওই খবা লৈবমই থবক্তা চংখিদে।

৯) ওল মণিপুব স্ট্যুদেন্স য়ুনিয়নগী চহিগী চেফোঙ, ১৯৬৬ ১৯৯৬ য়েংবীগদবনি থোয়দোক্লা, মিত্র এদমিনিস্ত্রেটিভ কমিসন বিপোর্ট। (ময়াং চীফ কমিস্নাবগী গেত লোল্লগা লৈবা ছাত্র লিশিং কযাদা, পুং অমবোম নোংমৈ মক বাওন্দ কয়ামকম কাপ্পুনা, মীওং

মীনৈ তৌখিবগী থৌদোক্নী)

১০) য়ুনাইতেদ নেসনেলস লিবরেসন ফ্রন্ত, মণিপুব, "হুন্নায় মণিপুরীজ দিমান্দ বাইত ওফ সেল্ফ- দেতবমিনেসন', সেন্ত্রেল কমিতিনা ফোঙবা, আগস্ত, ১৯৯৬, লমায়-২৯, পেবাগ্রাপ-৩; য়ু: এন: এল: এফ: না খা নোংপোক এসিয়াগী মী কাংলুপ্তা চিংলিবা মণিপুরী পীপলগা, ভারতবাশী (ইন্দিয়ান) গা যান্নদবা নেসনেল কন্ত্রাদিকসন অদু পল্লি- লমায়-২৯। বুকলেত অসিদা পল্লি- "দি য়ু: এন: এল: এফ: বিলিভস ইন দি ইন্তব- রিলেতেদনেস এণ্ড ইন দি ইন্তব দিপেন্দেন্স ওফ ওল পীপলস ইন দি ইন্দো- বর্মা রীজন" (লা: ৪২)। হৌজিক- হৌজিক্কী ওইনা মশা ঙাকথোকপা নত্তনা, ভাবতকী লার্মাদা এতেক তৌবগী পান্দম লৈত্রি (লা.৪৩)। অদুবু, ইং ১৯৯৭ তদি খুৎলায় থাবা হৌই।

১১) ত্রিপুবাগী সেসন জজ্জগী মফমদা কেশ নম্বব CA/of 1971 দা আব: ধুবিয়া, সুপবইন্তেন্দেন্ত ওফ পোলিস, নোর্থ ত্রিপুবা ভর্সস এন: বীবেন সিংহ, মণিপুব (সোবিযেল ১ ৫৮, এন: পহাবী সিংহ) গী পেতিসন্দা, যুনাইতেদ নেসনেল লিবরেশন ফ্রন্ত, মণিপুবগী মেম্ববনা মপুং ওইবা মী ৫৭ ফাবা, ৫৮ শুবনা ফাবা ঙমদবা, অর্মদি ১৯৬৯ দা বিভোল্যুসনাবী গভর্ণমেন্ত ওফ মণিপুব শেম্নদু পল্লি (লা·৪)।

ফেব্রুবাবী, ১৯৭১ দা সুপ্রীম কোর্ট, নিউ দেলহীদা যুনিযন টোবটোবী ওফ মণিপুবনা থাবা পেতিসন্দা, সবকাবগী মার্যকৈদগী উবিবা যুনাইতেদ নেসনেলস লিবরেসন ফ্রন্তকী পন্থুংদুবু পাবি "ফোব দি পর্পজ ওফ ওভবথ্রোইং দি গোভর্ণমেন্ত ওফ মণিপুব বাই আর্মদ বিভোল্যুসন রিথ এ ভিয়ু তু মোকং মণিপুব এ সোভবেন ষ্টেট আউতসাইদ দি ইন্দিযান য়ুনিযন" (লা:৪,পেবা ২)। নগাবোল ৩০০ মুক্না ১৯৬৯ গী জানুবাবী থাদ', মণিপুবগী মনুংদা লৈতাদবা থোক্রুবা লৌতুনবা ওইনা পল্লি (লা·৪, পাবা ৭)। ইং ১৯৯২ গী চেবোলদা, য়ু: এন: এল· এফ কী 'মণিপুব পীপলস আর্মী' খমবা ফংই। অপব লমাদা, লুপ অসিনা অলফা, এন. এস· সি. এন গা ত্রেন্নিং তৌমীন্নৈ)।

লুপ অসিগীনি হায়াবৰা, মেম্ববশিংনা মশা মশানা যাজবা কনফেসনেল ষ্টেতমেন্তদা কোষ্টংদা, ঙম্মকনা পোথাফম লৌখ্রবা অমাদ, সবকাবনসু মখোযবু এমনেষ্টীশু পীখ্রবা লুপ আসগা মেম্ববশিংগী অকুপ্পা গ্রাফম পীবি, মদুগী মনুংদা,ফাইলদা এ.সোমোবেন্দ্রনা মকোক ওইবা, ওইনাম সুধীবনা লূচিংবগী ব্না পল্লি। কনফেসনেল ষ্টেতমেন্তশিংদা, মেম্ববশিংনা পনবদা, লৌবুঙ্গা কুপ্পা অটোবা লুচাংবসিংগী মনুংদা, বিশেশ্বব মৈতৈনা লুপ আসগী 'দাইবেক্তব ওফ ফোবেন এফযাবস' ওইদুনা যাম্না অকনবা মণিপুব মনুং অমদি পাকিস্তান (ইষ্ট) দা মোবীলাইজ তৌবদু পল্লি, লোযননা-ইবেংবম কুনজেশ্বব সিংহনা 'দাইবেক্তব ওফ হোম এফযাবস' ওইবা, মহাকপু বিশেশ্বব মৈতৈনা পাকিস্তান্দা থাবা পল্লি (এনেক্সব এ, এফ আই আব নম্বব ২২ (৮) ৬৯, ডি-এম-এন পি· এস· তাং২৯/১০/৬৯ ইং)। আব জে এম গী নিংতম লালহৌ তৌবা পাম্রম্বা পন্দুপ অদু,

ইং কুমজা ১৯৭১ দা ঈথমুগ্রে, থুপচনগ্রবা লমায় অমনি।

১২) পন্দুপ অমা ইং১৯৭১ দা থুপচনগ্রবা লূপ অসিনা,ঈহৌদগী পোথাগ্রবসু, মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ১৯৭২ দা ফংখিবসি, মখোয়গী হোৎনজমন চাউনা য়াওই- মিজোরাম অমদি নাগালেন্দদা তৌবগুম্না ঈহৌ তৌবশিংবু খুদে লৌহন্দনবা , ভারত সরকারনা পার্টিশিংদা খুদে লৌহল্লবসু, ভারত সরকারবু নমদুনা, মণিপুরদা ষ্টেটহুদ পিহনখিবদি ঈহৌসিনা শেমখিবনি (পার্লিয়ামেন্টাতা নৈনবশিং, ফাইল চিংথবা নৈতনা য়েংবীগদবনি)।

১৩) সাইরেম নীলবীর, 'দি রিভাইভেলিষ্ট মুভমেন্ত ওফ সনামহিজম', মণিপুর পাষ্ট এণ্ড প্রজেক্ত, ভোল্যুম ২,১৯৯১, লমায় ১০৯-১২৬। হৌখিবা চহি ২০-৩০গী মনুংদা, মণিপুরী কলচরেল নেসনহুদকী পান্দম থমদুনা, মীতৈ রিনাইসাঁ থোরকই ; মদু চত্থরিবা ঈহৌনি।

১৪) ইং কুমজা ১৯৮০ দগী ঙসি ফাওবা চহি খুদিংগী ওক্তোবর তাং ১৫ দা এম-সুনা মণিপুরগী ওইনা 'ইক্লিপস দে' পাংথোরকলি- পব্লিসিতি, এম-সু, তাং ১০/১০/৯৬ লা: ৩। 'ঐখোয় ইরোমদোম লেপচবা পাম্মী' – এম-সু, হুইয়েন লানপাউ, তাং ১৬/১০/৯৬।

মণিপুর পীপলস পার্টিনা, মণিপুববু ওক্তোবর ১৫, ১৯৪৯ দা ভাবত নৈবাক্লা নমদুনা 'ফোরসিবল এনেক্সেসন' তৌবগী ময়োক্তা, 'গ্লুমী দে', ১৯৯৬ তা পাংথোকখি- এসিয়ান এজ, ওক্তোবর ১৫,১৯৯৬। মণিপুরগী আব: পী: এফ:, য়ু: এন: এল: এফ: অমদি লূপ অতৈনসু ১৫শুবা ওক্তোবরদা ভারতনা লোইচনববু য়াদবা ফোংদোকই : মপুং ফাবা পাউ-টেলিগ্রাফ ১৪-১৬ ওক্তোবর, ১৯৯৬।

১৫) পিপলস লিবরেসন আর্মী (পি: এল: এ:)/ আর: পি: এফ: (রিভোল্যুসনারী পীপলস ফ্রন্ত) কী চেফোঙ 'DAWN' নচিংবা কয়াদি দেলহীদা, এম্বেসী কয়াদা, ভাবত সরকারগী খুত্তা ইং ১৯৭৯ দা য়ৌহনখীবগী ইপাও লৈ। লূপ অসিগী 'দ মচ্ছ্লী কলেক্সন', সেপ্তেম্বর, ১৯৯৬, ৯ শুবা ইশুদা মখাগী অসুম্না ইবি (লা:১-ইদিতোরিয়েল): " মণিপুবগী মীয়াম্না থেংখাং- থেংখাং নাইনা নীংতম লান তৌদুনা অসুম লাকপ্রবনি। অসুম্না লেপ্তুনা চৎথরক্লিবা নিংতম লান অসিগী তাঙ্কক অমদা ঐখোয়গী মীয়ামগী নিংতম লাম্মী পি: এল: এ: শু হৌখিবা ইং ১৯৭৮ গী সেপ্তেম্বর ২৫ দা লমদম অসিগী মীনাই য়োৎহিলংনা পুনশিন্দুনা থমলম্বা মীয়াম্বু নিংতম্বা পীনবা পোকখি। হৌজিক্তি পি: এল: এ: না হেক পোকলকপদগী নিংতম্বা ইমা নৈবাক অমগীদমক লেপ্তুনা লাম্ছেংনরকলিবসি ঙসি চহি ১৮ মপুং ফারে"।

মখাতানা ইদিতরিয়েল অসিনা পিরী-"ঐখোয়গী নিংতম্বগী থ্রাহং অসিমক্কী পাওখুম থিরকপদা অশেংবা নৈশেমলোনগী (পোলিতিক্স) লম্বীদি ফুরুপকী নিংতম লান তৌবা অসিতনি।" হায়রিবা লূপ অসিনা বুকলেত অমদা ইং কুমজা ১৯৯৫গী ফেব্রুবারী থাদা, মণিপুরগী মনিংতম্নবাগী থ্রাফম শুগায়না ইদুনা মীয়ামদা অমদি মীরৈবাকশিংদা

য়ৌহনখীবগী পাও ফংই। ইং কুমজা ১৯৯২ দা আব: জে: সি: হায়বা কমন প্লেটফোর্ম অমা শেমখি।

আব: পি: এফ: কী, ১৯৯৫ ফেব্রুবাবী ১৫গী বুকলেত- "এ ব্রিফ একাউন্ত ফোব দিমান্দিং সোভবেন্তি ওফ মণিপুবদা" য়ুনাইতেদ নেসন্সনা মণিপুবগী নেসনেল লীববেশন মুভমেন্তবু শকখঙবীনবা, মণিপুবনা সেল্ফ দিতবমিনেশনগী হক ফংজনবা য়ু: এন: গী ভিজিতিং মিসন থাবীবক্লবা, মালেমগী লৈবাকশিংনা মণিপুবদা ওক্যুপেশন তৌবা ভাবতকী বেসিষ্ট লাম্মীবু লৌথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পীনবা, য়ু: এন: সেক্যুবিটি কাউন্সিলদা ভাবতকী লাম্মীনা মীনৈবু থাজৎনবা দিমান্দ ৮ পল্লি (লা: ১৭)। আব: পি: এফ: না কৌবি: "দিনাউন্স দ ইল্লিগেল এণ্ড অন-কনষ্টিট্যুসনেল ওক্যুপেশন ওফ মণিপুর- ; ফাইত ফোব দ সোভবেন্তি এণ্ড বাইত তু সেল্ফ দেতবমিনেসন ওফ মণিপুব এণ্ড ইটস পীপল" (লা: ১৮)।

১৬। ইং কুমজা ১৯৯৬ তা অমুক হন্না থোকপা, ভাবত সবকাবগী 'অনলোফুল এক্তিভিতিজ প্রিভেনসন এক্ট, নাইন্তিন সিক্সটি সভেন' গী মখাদা, ভাবত সবকাবগী মাযোক্তা, নিংতম্না লৈবাক শেমগৎন হায়বিবা, ভাবতকী আইন্না থিংখ্রবা লূপ খবগী মনুংদা সবকাবনা বিকগনাইজ তৌবা লূপ- পি: এল: এ:, য়ু: এন: এল: এফ:, কে. সি: পি:, প্রিপাক, কে ৱাই: কে এল· অমসুং মণিপুবা নাগাশিংনা শকক য়াবিবা মণিপুবগী গুমখৈদা থবকতৌবা এন· এস সি: এন: ফেক্সন অনিশু যাওবি।

জেনবেল ভি কে: নাযাব, মণিপুব গভর্ণবনা ওক্তোবব ৫, ১৯৯৩ দা ভাবতকী প্রাইম মিনিষ্টব, প্রেসিদেন্টতা পীবা অথুপ্পা বিপোর্টনা হায়বি · "লেফট দ ফিল্দ ফ্রি ফোব শ্রীবিশাণ্ড তু কেবী আউত হিজ ইভিল দিজাইন ওফ এইদিং এণ্ড এবেত্তিং দি এন· এস: াস এন: (আই)"। গভর্ণবনা হীব: "দ নাগা, কুকী কনফ্লিক্ত ইজ এন এক্সতেন্সন ওফ এন: এস: সি: এন: (আই) দিজাইন ফোব দোমিনেসন.. ইম্ফাল ভেলী ইজ অন্দব ফুল শ্বে ওফ দ মৈতৈ এক্সাত্রমিষ্টস ." (লা: ৪)। চহি ১৩ দা- ১৯৯৩ খক্তদা নাগা লিম গার্ডনা খুৎলায ৩০০০ লৈবা পল্লি (লা: ৫)। লালহৌবা লূপশিংনা বিভোল্যুসনাবী জোইন্ট কমিতি শেমখ্রে হায়বি (লা: ৬)। মদুগী মথক্তা, ইস্লামগী লালহৌবা লূপ অনিবু শেন্ননবা পল্লি (লা: ৭)। গভর্ণবনা নাগা-কুকি কনফ্লিক্তকী মতুংদা, মদুদা মৈতৈবু চীংমীগা খৎনবদা য়াওহন্নবা অমসুং, নাগালেণ্ডদা ত্রাইভ মশেল হাৎন শুনবকপগী ওইথোকপদু পল্লি (লা: ৮)।

১৭) ভাবতকী প্রাইম মিনিস্তব দেবী গৌবানা ইম্ফালদা, ওক্তোবব ২৪, ১৯৯৬ তা লাকখাবদা, ভাবতকী রাজনিতি পার্টীশংনা, মণিপুবগী বাজনিতিগী থাক অমদি নিংতম লালহৌগা মতাংদা পীখিবা মেমোবেন্দম খবনা, অসুম্না তকশনলকই:-

(ক) মণিপুবগী এক্স: এম: পী: শিংগী ফোবম্না পীবা মেমোবেন্দম (পেবা ২) দা পল্লি:

"মণিপুর হ্বীচ হেদ এ লোঙ য়ুনিক হিষ্টরী ওফ সোভরেন্তি ফোর এজেস হেদ তু বিকম এ পার্ট ওফ দি ইন্দিয়ান য়ুনিয়ন। দ গোভর্ণমেন্ত ওফ ইন্দিয়া হেজ ওল দি ইনফোর্মেসন ওন দি সবজেক্ত। দ ফোরম অরজেস দ গভর্ণমেন্ত ওফ ইন্দিয়া তু গিভ মেক্সিমম স্তেত্যুতরী অতোনোমী তু দ ষ্টেট।"- সহি/ এল: জুগেশ্বর সিং, এম: সাইনো সিং (ফ্রিদম, নবেম্বর ১, ১৯৯৬)।

(খ) সমতা পার্টিগী মেমোবেন্দম (পেবা ১১দা) ইরি: "মণিপুব সুদ বী গ্রান্তেদ দি ওতোনমস কন্দিসন হ্বীচ হেজ বীন গবান্তেদ ফোব কাশমীর বাই দি কনষ্টিট্যুসন। সহি/ কে: চাওবা মীতৈ, প্রসিদেন্ত (ফ্রিদম, ওক্তোবব ২৯,১৯৯৬)।

(গ) ফেদবেল পার্টি ওফ মণিপুবগী মেমোবেন্দম্না (পেবা ৩:১) পীবি:- "দ মণিপুব ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন এক্ট, নাইন্তিন ফোবটি সভেন হ্বিচ ৱাজ ইন ওপরেসন ইন মণিপুর প্রাইওব তু হি মর্জব ইনতু দি ইন্দিয়ান দোমিনিয়ন ওন ফিফটিন ওক্তোবব নাইন্টিন ফোবটিনাইন এণ্ড হ্বিচ হেজ নোত বীন বিভোকদ যোবমেল্লী সুদ বী দ বেসীস ওফ দি ওতোনোমী ওফ মণিপুব।" সহি/ গাংঙুমৈ কামৈ, প্রেসিদেন্ত। বি: জে: পী:, সি: পি: আই: অমদি কঙ্গ্রেস পার্টিগীদি মথক্তু পর্নখ্রিবা মেমোবেন্দমশিংগুম্না মণিপুবগী নিংতম ঈহৌ (নেসনেল লিববেসন মুভমেন্ত) বু তুংকোযনাগী ওইনা লৈখায় তানবা বাজর্নীতিগী ওইবা অহকপা প্রোপোজেল থম্মাখদে।

১৮) এন: সনাজাওবাগী, থোযদোক্না ১৯৯১ ইংদগী ইংবাজী, মণিপুর্বী মাস মোদিযা অমসুং মাগী লাইবিকশিংদা ফোঙখীবা সেল্ফ দেতবমিনেসনগী আবতিকল, লেকচব খিবিক নৈনীবা যাই। চেফোঙশিং নিউজ ফ্রন্ত, নোর্থ ইষ্ট তাইমস, আসাম ত্রিব্যুন, ফ্রিদম, য়োংহলিং, ইম্ফাল তাইমস, চীঙখৈ শুনবা, হেবালদ ত্রিব্যুন, মণিপুব মেইল নচিংবা মীওইবগী হক্না মাংলেননা মণিপুবগী মতাংদা যেবাগদবা; অইবগী আবতিকল: 'তাইম তু বেপীল এ: এফ: এস. পী: এ:, ১৯৫৮ 'তাইম তু এন নাইতমেযাব', ফ্রিদম, ওক্তোবব ২৪, ১৯৯৬; পীপলস লো ভর্সস এন্তি পীপল ব্রেক লো., ইম্ফাল ফ্রি প্রেস, ওক্তোবব ২৫, ১৯৯৬।

১৯) জে:বি: লামা, 'অনক্বাইত মণিপুব- হ্বায় সেসেসন ইজ এ লাইভ ইসু'। ষ্টেটসমেন নুংতিগী চেফোঙ, ওক্তোবব ২৮, ১৯৯৬। লোয়ননা য়েংবিগদবা, টেলিগ্রাফ খবব, ওক্তোবর ১৪ ১৬, ১৯৯৬ অমসুং অসোক মিত্রগী আর্টিকল।

টেলিগ্রাফ খববগী ১৬/১০/১৯৯৬ কী ইদিতরিয়েলদা অসুম্না ইবি: "ইন এ ষ্টেট বিথ লেস দেন তু মিলিয়ন পিপল, এ দেমোন্সত্রেসন বাই ৱান লাক্ষ পীপল ইন ফেভব ওফ 'সেল্ফ দেতবমিনেসন' ইজ এ মেজব পোপ্যুলব ষ্টেতমেন্ত। মণিপুবী দিসএফেক্সন ৱীধ বিইঙ পার্ট ওফ ইণ্ডিয়া ইজ নো লোঙ্গব দ থিঙ্কিং ওফ এ ভাইওলেন্ট ফ্রিনজ বং দ সেন্তিমেন্ত ওফ দ মেজোরিতি। গ্রুপস লাইক দ বিভোল্যুসনারী পীপলস ফ্রন্ত হেড লোঙ

কোলদ ফোর মণিপুর টু স্ক্রেপ ইৎস নাইন্তিন ফোরটিনাইন এসেসন তু ইণ্ডিয়া।

২০) মণিপুর নেসনেল কনভেন্সন ওন মণিপুর মর্জর ইস্যু, ওক্তোবর ২৮-২৯, ১৯৯৩, ইম্ফালদা তাখীবা বারেপতি -ভারতকা মণিপুরগা মর্জ তৌনবগী সেপতেম্বর ২১, ১৯৪৯গী এগ্রীমেন্ত অদু 'লিগেলিতি অমদি কন্সটিট্যুসনেল ভেলিদিতি' লৈতে; মথক্কী নোত নম্বর-৩ দা পীরিবা অকুপ্পা মরোল য়েংবীগদবনি।



মণিপুর লৈবাক্কী পোলিটিকেল ইকনমী অসি ইন্দিয়াগী রিপব্লিক্তা য়াওরিবা শেলথুমগী থৌশিল থৌওং অমসুং রাজনিতিগী থৌরাংগা মরী লৈনৈ। হৌজিক ওইরিবা খুনাইগী, লৈঙাক্লোনগী অমদি শেল-থুমগী শকওং (শেট-অপ) সি কোল্ড ৱার মতুংগী পৃথিবীগী ফিভমদা অমগা অমগা মরী লৈনরিবা পৃথিবীগী শকওংশিংগসু মরী লৈনৈ। মার্কেটনা ভারতকী অমদি পৃথিবীগী শেলথুমবু নিয়ম নাইহল্লি। মার্কেটপু নিয়ম নাইহল্লিবসিদা, অনৌবা লৈবাক খোপচিম্বগী ওইবা নোংচুপকী লমজিং য়াওরি। মথৌ তারিবদি, থোং মান্নবা পৃথিবীগী শেল থুমগী ফিভম অমা তুংদা পুবক্লবগীদমক শেমগৎ-শাগৎপনি। মসিগী পান্দমসি মুক্লরিবা কৈথেল (মার্কেট) গী শাফুশিং, লনগৈগী থৌশিন থৌওং, টেক্নোলোজিদা হোংদোক- হোংজিন তৌবা অমসুং পৃথিবীগী ললোন- ইতিক্কী মরীশিংসি খঙ্হুক্লবগা, অরাপ্পা ফিদম অমগুম লৈরি।

মণিপুরগী ওইনা নেচরেল রিসোর্ছপু পুথোকপা, শিজন্নবা, লৈতে। রিসোর্ছপুনা করম্না পুশনলক্কদগে, মীওইবগী রিসোর্ছপু করম্না মরীক চুম্না শিজন্নগদগে হায়বশিদা ৱাখল্লোন চঙই, মদুগী মথক্তা প্রদকসন-রিলেসন, মেছীনারী, মার্কেট ফোর্সকী, ত্রেদ-কম্মর্সকী ৱাফমশু নৈনবা চঙই। পৃথিবীগী পোলিটিকেল ইকনমী অসি নোংচুপ অমদি অৱাংলোমগী শেলথুমগী লৈঙাকলোন্দা যুম্ফম ওইরি। মণিপুরগী পোলিটিকেল ইকনমী অসি হৌজিক হৌজিক চথরিবা, নাকল অমরোমদা মনুংগী ওইবা কোলোনিয়েলিজম অমদি, অতোপ্পা নাকল অমরোমদনা মপাঙ্হোংগী ওইবা নিও-কোলোনিয়েলিজমগী মশা মরেং ওইরি। ভারত চিংনিংঙাই লৈতনা, ঙসিগী পৃথিবীগী ওইবা শেলথুমগী নিও-কোলোনিয়েলিজমদা হরাওনা শান্নরিবা শান্নরোই অমনি। লিবরেলাইজেসন অসি, ভারতনা মাগী কন্সটিটুশন্দা ৱাশক্লুনা লাকলিবা সোসিয়েলিষ্ট ইকনমীগী তায়ওন্নবনি। হৌজিক্কী যুগতা, থায়নগী

কেপিটেলিজম নত্রগা ওফিসিয়েল কম্যুনিজমগী মমাংঙৈগী শকওংদু হান্নগুম্না লৈত্রে। পোথোক্কী মরীশিং হান্নগীগা মান্নদ্রে, অমসুং পোৎচৈগী মগুনসু হোংলে।

চিনা অমসুং ভিয়েতনামনা কম্যুনিষ্ট পৃথিবীগী মীয়েংদা, সোসিয়েলিষ্ট মার্কেট ইকনমীগী লম্বীদা হৌখিবা চহি তরা কুনশিদা চংলকই। মরু ওইনা,মার্কেট ইকনমীসি কম্যুনিষ্ট নত্রগা সোসিয়েলিষ্ট নিয়ম অমসুং কমান্দ ইকনমী (শেলথুম)গা খেননৈ। চীনানা মখোয়গী পার্টি কঙ্গ্রেসশিংদা, চীনাগী ওইনদি সোসিয়েলিজম নত্রগা কম্যুনিজমগী অহৌবা থাক্তন লৈরি হায়খি। ইং কুমজা ১৯২০ গী মতমদা, মমাংঙৈদা সোভিয়েৎ য়ুনিয়নগী অনৌবা শেলথুমগী থৌওংনা মসিগা মান্নবা মওংদা থবক চথখম্মী। মসিগী মরমদি,খরনা পুন্নারীগী ওইবা মরমশিংনি; অদুগা খবনা, ইমুং মনুংগী শেলথুমগী ন্নাথোক্লা চেৎশিনহল্লবা মপাঙ্লোংগী ওইবা মরমশিংনি। সোভিয়েৎকী শেলথুমগী ফিভম, লৈবাকসিগী রাজনিতিগী ওইবা মচেৎ- মচেৎ থোক্তুনা ব্লোক কয়া থেক্লকত্রিঙৈগী মমাংদা, চাওরাক্লা কিঙ্করক্লম্মী। অনৌবা শেলথুমগী শান্নরোয কয়া এশিয়াগী ফিবান্দগী চোংথোরকলি। অদুম ওইনমক, শেলথুমগী ওইবা লৈতাদবা অমদি পৃথিবীগী মান্নদবা অনৌবা শকওং লৈরি। ভারতকী পোলিটিকেল ইকনমীশু ঙসিগী থোং মান্নদবা ফিভমসিদা য়েৎশন্নদুনা লৈরি। কুনমাথোয়শুবা সেনচুরীদা, চাওরাক্লা ২০২০ এ:ডি: গুম্বদা সুপর-পন্নার ওইগনি খন্নরিবা চীনা-জাপান থারুদ্রবা ফাওবদা- দ্রেগোন ৪- তাইন্নান, সিঙ্গাপুর, সাউথ কোবিয়া, হোংকোং অমদি কৈ ৩- থাইলেন্দ, মালায়েসিয়া, ইন্দোনেসিয়ানা– এসিয়াগী শেলথুমদা মালেমগী অন্নাংবা থাক্তন থমলি। হৌজিক লৈরিবা ভারতকী রাজনিতিগী থৌরাং অমসুং শেলথুমগী থৌশিন থৌরাংনা লেন্দ লোকদ, চীংলম অমসুং ইন্দস্ত্রিগী লমদা শোখবা মণিপুরদা চৎনরিবা মনুংগী ওইবা শেলথুম, লমখোপচিম্বগী, রাজনিতিগী ওইবা উচলসিবু মাংহনবা ঙমদে।

ন্নাফমদুদি মসিনি- মদুদি, হৌজিক লৈরিবা মওংসিদা মণিপুরনা চাং খেননবা অমসুং মান্নদবা শেলথুমগী চাওখৎপা মীয়ামগী শরুক খরবু উৎ- চায়দুনা কঞ্জুমরিজমগী মপাঙ্লোংগী ওইবা অমসুং চাথোক পুথোকপদা মতেং ওইদবা নুংঙাইবা অমসুং খুদোং চাবা খরা ফংহনবসি নত্তনা, মথৌতাবা শেলথুমগী চাওখৎপা নত্রগা, হিরম খুদিং চাওখৎপদি পুরকপা ঙমদে। ইং কুমজা ১৯৯৭ কী আইচ: ডি: আই: রিপোর্ত্তা, ভারতনা ১৩৮ শুবা থাক্তা লৈরি। ভারতকী

মোদর্নাইজেসননা মণিপুর মীয়ামগী শেম শাবা নত্রগা, তঙাই ফদবা ইনফ্রাস্ত্রকচরশিং শেন্না ঙমদ্রি। মসি য়াওদ্রগদি, অয়াম্বা মীশিং লম-মপুগী ভারাগী য়ুমদা ভারা পিরিবা মীথুংলেনগুম লৈবা তাবনি। মণিপূরগী শেলথুমদা মোদর্নাইজেসন লৈতে নত্রগা, ইপানাৎ- ইপুনাৎকী ওইবা লৌমীগী শেলথুমদসু অচৌবা অহোংবা পুরকখিবা লৈতে। অব্রাইবা মতমদা, মণিপুরনা হিংলি; লূপ্লগী মতম লাক্লবদা লূপ্লা তাবনি, য়ুথেনসিয়াগী (অব্রাবা য়াওদনা) মওংদা। হৌরকফমদগী ওইনা চীং-তমদা লৈরিবা অপিকপা ময়াইথংবা থাক্কী মীওইশিংশু, লৈরিবা মীচম প্রজাশিংগা থোয়দোক্লা খেন্নদে, মরমদি মখোয়না শেলথুমগী ইনফ্রাস্ত্রকচরসি শিল্লাংদে, অমসুং পোৎচৈ পুথোকপগী খুৎশু খুৎলাই নত্রগা মোনোপোলিগী মপু মখোয়না ওইদে। মসি পুন্নমক, ভারতকী ময়াইথংবা থাক্কী মীওইশিংগী খুত্তা লৈ। লমদমশিগী ময়াইগী থাক্কী মীওইগী শেলথুমগী বেলুনশু ভারতকী লৈঙাক্লীবা ফুরুপকী রাজনিতিগী য়েত্তূম্না থিম্বা মীকুপ্তা তরাইনা পোকখায়বা তাবনি। মদুগী মরমদি, ভারতকী ময়াং রুলিং ক্লাসনা মণিপূরদা মখোয়গী অনেকপা— রুলিং ক্লাস অমা ঈশিং ঈথত্তৱ তাওহন্দুনা থম্না মতমদা, মখোয় মশামক্কী মরা, কবোকংগুম্না তাহনবা য়াদে।

থবক তৌবা অমসুং চাকরি পায়রিবা মশিং য়াম্না মীওই কাংলুপ অমা শেলথুমগী থবক থৌরমদা শেলথুমগী শান্নরোই অমগুম শরুক য়াবগী খুদোং চাবা য়াওদনা মীচমগী পাংখক ওইনা লৈরি। ফজনা লৌরবদা, মখোয় মমাংঙৈগী সি: পি: এস: য়ু: গী নুংঙাইবা পাম্বা কম্যুনিষ্ট আপারাৎচীকগুম্না লৈরি। মখোয়দা পীরম্না নুংঙাইবা খিবিক অমসুং ডাচা, সোভিয়েৎকী ফীভমদু কায়খিবগা লোয়ননা অহাংবা মালঙদা মাঙশ্রে। ইনফ্রাস্ত্রকচরগী য়ুম্ফম য়াওদ্রবদা, ইন্দিয়াগী লৈঙাক্লিবা ফুরুপনসু নাচুংবিদ্রবদগী, কারখানাগী শিম্মি কাংলুপ মণিপুরদা তশেং তশেংনা লৈতে। ইরমদমগী লৌমীশিংনা ইন্দস্ত্রিয়েল ইকনমী লৈতবা থাক্কী ফীভম অমদা লৈরি। মসিদা লৌউবা য়াবা লমশিং, ইন্দিয়ান রিপব্লিক্কী লৈবাক খোপচিনবা রাজনিতিগী ওইবা থৌরাংগী মহৈ ওইনা, মথং-মথং মাংশিল্লক্কী। থবক তৌরিবা কাংলুপ অমসুং মণিপুরগী প্রি-ইন্দস্ত্রিগী লৌমীনা, হৌজিক লৈরিবা লম খোপচিম্বগী থৌরাংশিবু ওম্বোকপা ঙম্বা, হিংবা য়ানবগী রাজনিতিগী ওইবা এলাইয়েন্স তৌদে। অসিগীসু মথত্তৱ, মণিপুরদা মমাংদা অমুত্তৱ থোকখিদ্রিবা কাংলুপ মশেল ওইবগী অমসুং জাতিগী ওইবা নাকপাক তাবনা অকনবা চৈথেং পীরি। লৌমীশিং চপয়ুংনা মচেৎ তারে, থবক তৌবা কাংলুপশু পুনবা নত্রি। মী থোয়না খুন্দাদবা

চীংলম্ম ঙসি কাওবা শেল-থুম থবক থৌরমগী নত্রগা, পোৎথোক্কী খুজিং ওইনা শিজিন্নদ্রি। ভারতকী রাজনিতিগী ইন্সত্রুমেন্টশিংনা মমাংদা থোকত্রিবা তোকখায় তাবগী থৌওংবু মরাতাহন্নবা হৈশিংনা শীজিন্নবক্নি। রাজনিতিকী পাঙ্গলনা মণিপুরগী প্রজাবু চহি কয়াদগী চথরক্লিবা মণিপুর লৌশনবগী থৌরাংগী মনুংদা অদুমক মহৌশানা লাপথোকহনখিনি। হিরমশিদা, মীয়াম অমসুং লুচিংবশিংগীশু তৌদফদবা খরদি লৈ। জাতিগী ওইবা নাপল অমসুং মশাগী পাঙ্গল হেনগৎহন্বনা, মমাংদা থোকখিদ্রিবা মওংদা জাতিগী ওইবা তাশিনবা অমদি, অমরোমদা কন্নাদিন্নবনশু থোরকই। ময়াংশিংনা, ময়াংলৈবাক্না মণিপুরবু কেপতিভ মার্কেট অমা ওইহনবতা নত্তনা, ইকনমিক ইনফ্রাস্ত্রকচর থমদবনা, মণিপুরগী হ্যমেন রিসোর্স মরীকচুম্না শিজন্নবা ঙমদে হায়রবা য়াই।

থম্মোয়শোকপা চৈনা অমা পনবা তারবদি, মণিপুরগী তুংগী চারোন শুরোনগী খুনাই লৈঙাকলোন অমদি শেলথুমগী ফীভম লৈরোইদৌরিবসিনি, মরমদি লৈরিবা পোলিতিকেল ইকনমীগী উচলসিদা ঈহৌ অমনা অওনবা পুরক্নবদি, অনৌবা মীরোলনা দ্রগতা লাইচুরবা পুন্সি নত্রগা, অতাওবা কবোকংগুম্না মহৈ য়াওদবা শেলথুমগী তাংকী পুন্সি অমদা লাকপা তাই। কবম্বা লম্বীদা, অওনবা পুরক্নদগে- হায়বসি খঙহৈরবা মণিপুরগী মীওই কয়াগী মফমদা কন্না হংলিবা ৱাহংনি। গোল্ডন ত্রায়েঙ্গলগী হায়রে ওইনা মণিপুরবু চহি কয়া শিজন্নবদা, ভারতনা মপাঙ্গল থোক্না থিংখীবা লৈতে- অনৌবা মীরোলদি তুমহনবগী লম্বীদা লৈরে। জাতিগী ওইবা ৱাহং, শেলথুম চাওখৎপা অমসুং মরী লৈনবা খুনাই শেলথুমগী ওইবা ৱাথোকশিং ঙসিসু নোংচুপকী লমদা ফাওবা অৱাংলোমগী আয়ারলেণ্ডদা লৈরি। মরুওইবা ৱাথোকশিংসি তায়শিনবা ঙমদবা মরম্না, ঙসিগী অয়াম্বা পৃথিবীগী শরুকশিংগী শকওং ওইরি। করিগুম্বদা কনাগুম্বনা মীরমনা পুংকোয় কোয়শিল্লীবা মণিপুরবু কুপ্পা (ব্রিদাউট্ মিশিং দ ব্লদ ফোর দ ত্রীজ) য়েংলগদি, মসি লেন্ড লোকদ ষ্টেট, লাম্মীনা বন্দী তৌরবা অমসুং রাজনিতিগী ওইবা লৈতাদ্রবা লম ওইরে। ভারতনা থাজল্লকপা মীলিটরিগী মীশিংনা লীক্লবা মীশিংগী চাংদগী হেল্লি। ওক্যুপেসন আর্মী লৈবা মবম্না, পোথোক পুথোকপা- শিজিন্নবদশু শোকহল্লি। মমাংদা থোকত্রিবা মওংগী জাতি মশেল চায়নবগী থৌওং অহোয়নদুম চেৎহনখ্রে। তুংদা কান্নহল্লরোইদবা চীংমী মশেল অমসুং কাংলুপ মশেল চায়নবসি উরগা মসিনা বোসনিয়া অমা হনজিনবগী খুদম থমই। থায়নগী খুনাইগী শেলথুম অমসুং রাজনিতিগী উচলবু ফীভম শোকহল্লি।

খঙহৈরবা ইকনোমিষ্টশিংনা মীয়ামমাংদা পুথোরক্কদবা ৱাংলিবদি-মায়পাক্কবা শেলথুমগী থৌরমশিং, অপিকপা য়ুরোপিয়ান লৈবাকশিং, জাপান অমসুং হৌগংলক্লিবা এশিয়াগী কৈশিং– মীং খরা পল্লবদা শিঙ্গপুর, কোরিয়া, থাইলেন্দ অমসুং চাইনা-নচিংবনা শেলথুমগী মায়পাক্লিবগী থৌরম থৌদাং স্ত্রেতেজী, অমদি অকুপ্পা লম্বীশিংদুবু খঙবশিনী।

অপিকপা য়ুরোপকী লৈবাকশিং জাপান অমসুং চুং-ফিরান চুমখৎলক্লিবা এশিয়াগী পাম্বা কৈশিং– মীং খরা পল্লবদা, শিঙ্গপুর, কোরিয়া, থাইলেন্দ অমসুং চিনা-মখোয়শিংসিগী মায়পাক্কবা শেলথুমগী থৌরমশিংবু নৈনবা অমা, খঙহৈরবা ইকনমিষ্টশিংনা মীয়াম মাংদা পুথোরক্কদবা ৱাংলি। নোংচুপ্পা নৈনবদগী খঙবদি চাদা তারাগী চহিগী চীনাগী জি: ডি: পি: ৱাংখৎপশি লৈরবা তারগদি, ২০২০ এ: ডি: দা চীনানা মালেমগী ইকনমিক পাৱার নম্বর ৱান ওইফম থোকই হায়বশিনি। মায়পাক্কবা শেলথুমগী থৌরমসি রাজনিতিগী ওইবা থৌরাং, রাজনিতিগী অমসুং শেলথুমগী পাঙ্গল শীজিন্নবা মীযামগী কথোকপা, লনগৈ তশন খোমজিন্বা (মোবিলাইজেসন), লল্লোন ইতিক্কী মবী, ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেসন অমসুং মোদর্নাইজেসনগীদমক শেম শার্বনি। মোদর্নাইজেসন হায়বা ৱাহৈসি সোসিয়েলিষ্ট অমসুং পোষ্ট-কেপিতেলিষ্ট ইকনমিদসু যাওবনা অরুবা ৱাহৈ অমা ওই। অমবোমদা, মনুংগী ইকনমিক কোলোনাইজেসন অমসুং পোলিতিকেল কোলোনিয়েলিজমনা পোলিতিকেল ইকনমীবু নাকল অমরোমদা ওন্ন-তৈননা শোকচনহল্লি অমসুং তুংগী চাবোনবু দ্রগকী লাংদা থুহন্দুনা অমদি মতুংদশু খুনাইগী মনুংগী শক্তমদা চুমথোকপা ৱাগদবা ফিভম অমা ওইহন্দুনা, তুংদা পোত্থোক পুথোকপা ঙম্বগী শক্তিবু হন্থহল্লি।

বালতিক ষ্টেটশিংগী খুদম ঐখোয়না পনবা য়াই। ইস্তোনিয়ানা সোভিয়েৎ য়ুনিয়নবু থাদোক্তুনা শেলথুমদা মদোম লেপচবা ঙম্বা ষ্টেট ওইনা চোংথোক্লকই। মরমদি, সোভিয়েৎকী শেল থুমনা চাওখৎপগী থাক ৱাংনা লৈরিঙৈ মতমদা, ইস্তোনিয়াগী ইকনমীবু শেলথুমগী অৱাংবা ফীভমদা চীংখৎপীরম্মী। সোভিয়েৎকী পোলিতিকেল ইকনমিসিদি লম খোপচিনবা নত্তে নত্রগা, অপিকপা ষ্টেটশিংদা, ইস্তোনিয়াগুম্বদা ওৎপা- নৈবা থৌওং নত্তে। ইস্তোনিয়াগী লাক্ষ ১৫ লৈবা মীশিংসি চীংননীংঙাই লৈতনা হৌজিক লৈবিবা মণিপুরগী মীশিং লাক্ষ ১৯ দগী হেন্না তাই। মখল অমা নত্রগা অমগী কোলোনিয়েল পোলিতিকেল ইকনমীনা, মণিপুর প্রজাগী

খুনাই- রাজনিতিক অমদি শেলথুম, চাওখৎপদা অপনবা ওই অমসুং মখোয়বু শেলথুমগী হিরমদা নীংতমহনবা ঙমদে। ময়াংগী কোলোনিয়েল ইকনমীনা, সোভিয়েৎনা ইস্তোনিয়া শেপ্পীরমবদুদি তোকথোক্তুনা, মণিপুরবু মাগী আউতপোষ্ট ওঙ্কবা, ইরাংদা তাওদুনা লৈনবা, কবোকংগী পাংখক্তা থমলক্লি।

মণিপুরগী পোলিতিকেল ইকনমীনা মথোং হুকচিল্লক্তনবগী মরম করিগীনো? মসিগী মবমদি, ভারতকী জাৎ নাইবা (বেসিষ্ট) ময়াইথংবা কাংলুপকী (বুর্জব্রা) থৌজালদা হিংজরিবা ভারতকী পোলিতিকেল ইকনমী অসিনি। ভারতকী মীচম প্রজাশিং ফাওবা শুদ্র (দলিত) কাংলুপশিং অমসুং অনেম্বা থাক্কী বৈশ্য ফুরুপশিং, অয়াম্বা মুসলিমশিং শেলথুমগী অফবা ফীভমদা লৈতে অমসুং মরমশিনা মখোযগী খুনাইদা বাজনিতিগী অচেৎপা ফীভম লৈতে। মণিপুরগী মনুংদসু হুমাংতানা থবক নোমজবিবা লৌমীশিংবু ভারতকী লোয়চনবদা হৈববা সোসিয়েল ডেমোক্রেতনা ঙাকলি। মখোযনা, অবানবা ভাবতমচাগী কম্যুনিষ্ট ওইবগী মীং লৌবগা, সোসিযেল ইম্পেবিয়েলিজম,জাতিবু নৈহৎপিববু চেৎশিনহল্লি। ভাবতকী বেসিষ্ট, হেজিমোনিষ্টনা বাজনিতিক্কী থক্তা, মণিপুবগী লম্বু খোপচম্বগী ব্রাহং আইন্না য়াবগী কুযোমগী অমসুং চথবিবা মণিপুব মীযামবু কোলোনাইজেসন তৌবদা, বাজনিতিগী থৌওংদা থৈদবগা, মচু ওল্লবা মার্ক্সিজমগী মায়খুম্বুশু শীজিন্নৈ। মণিপুবগী পোলিতিকেল ইকনমীসি, মপু অনিগী মখাদা থবক তৌবি নাকল অমদনা ভাবতকী বেসিষ্টকী বাজনিতিগী খুৎলাইশিং অমসুং লমখোংচিন্নগী ওইবা মযাইথংবা মীওই কাংলুপ, অমসুং অতোপ্পা নাকল অমরোমদনা,সোসিয়েল ইম্পেবিয়েলিষ্টকী লুচীংবা মখোযনা, থবক নোম্রীবা মীওইশিংবু লান্না লমজিংবীদুনা মণিপুব জাতিগী ব্রাহংবু নমথবি। মনুংলোমদা, মণিপুরগী অপিকপা ময়াইথংবা থাক্কী মপাঙ্গল খজিক লৈববা কাংলুপশিংসিশু সোসিয়েল ইম্পেরিয়েলিষ্ট অমসুং মখোয়গী কোলোনিযেল মাস্তরগী খুৎলোইবা খুৎলাই ওই, অমসুং মপু-মনায় নক্না চুংশিন্নদুনা থবক নোমজবিবা মণিপুবগী প্রজাবু নৈহৎপী, শেলথুমদা মরোমদম লেপনবগী য়ুম্ফমবুসু মুখৎপী।

মসিদগী ঐখোযনা উবে মদুদি- পোলিতিকেল ইকনমীসি ইদিওলোজীগী মচু শঙই। অদুম ওইনমক, চৎনবা যাবা ইদিওলোজী অমনা মতিকচাবা লমজিং লমতাক পীবা ঙমগনি। হান্নদগী মবায় চাযথরক্কবা মণিপুরগী পোলিতিকেল ইকনমীদা পুহল্লিবা পোৎলুম হম্ববা ওইথোকই। মতম খুদিংদা হোংদুনা লৈবিবা

চয়েৎনরিবা শেলথুমগী ৱাখল্লোনবু, ঐখোয়না মণিপুরদা ফংলিবা শেলথুমগী অমসুং রাজনিতিগী লনগৈশিং অমসুং খুৎলাইশিংগী মরীদা নৈনদুনা অমুক খন্নবা হৌবা য়াই।

ঐখোয়না মণিপুরগী শেলথুমগী পেরামিতর খরা, ইনফ্রাস্ত্রকচর অমসুং লনগৈগী থাক অনিমক্তা শক্তাকপা তায়। অদুম ওইনমক, শেলথুমদা মরোমদো লেপ্পা হায়বশি ইন্দিয়াগী লৈঙাক্পা ফ্রুরুপকী লম লৌশিনখিবগী অমসুং খাইবোক লমখোপচিনবগী রেসিষ্ট এপারেতস্কী মখা পোল্লি। ৱাহং অমগা লৈ— শেলথুমগী থবক থৌরমদা, চীংগী লমশিংসি ঐখোয়না মপুংফানা শীজিন্নরবরা ? চীংগী লম ইঞ্চি খুদিংমক শেলথুমগী মমলগী খুজিং য়াম্না লৈ। চহি লিশিং অহুম শৈদাংফম লৈতনা লেল্লম্বা ইজরাইলীশিংনা লৈকংলাগী শকক খুদিংমকপু পোখোক পুথোকপগী খুজিং ওহ্লোকপা ঙম্লগা, ঐখোয়না করিগী চীংলমদা শেলথুমগী কান্নবা, পোখোক পুথোকপা ঙম্লোই খনগদৌবিবনো ? লমগী ইঞ্চি খুদিংমকপু লুপা, দোলব, য়েন, নত্রগা পাউন্দ ওহ্লোকপা ঙমই। অমুকহন্না খন্থকবদা, থিওরী অমসুং প্রেকতিশ অনিগী অহাংবসি নকশিনহনবা তাই। শেলথুম মশা মতোমতা লেপচবা ঙম্বনা অহানবা পান্দমনি। মণিপুরশু গ্লোবেল মার্কেটতা য়াওদ্রবদি শেল থুমগী ওইবা অঙকপা অহোংবা কৈদৌনুংদসু ওইহনবা ঙম্লোয়। হৌজিক্কী ওইনদি মণিপুববু গ্লোবেল মার্কেটতা যাওহন্নবা, পোখোক মপান্দা য়োন্ননবা শেমশাবা থৌবাং হায়বদু ভারতকী রেসিষ্ট, লমলোয়চনবশিংগী থৌবাংদা যাওবা উদ্রি। মখোয়না ঙবা হায়বতবু মণিপুবনা উতাংবী ওইনা, মখোযগী খিকথবকপা খবদা শিকম নাকম হিংহনবা খক্তনি।

ঐখোয়না অচম্বা অসিগুম্বা রাহংশিংসিগী পাওখুম থীবদা, ঐখোয়গী ব্রেনগী পাৱাব শীজিন্নবা যাই- মদুদি মহৌশানা লাযরবা, লনগৈ লৈজদবা অমসুং লান্না উৎ ওলহনখ্রবা জাপান্না কবিগী মতোমতা মখোংনা লেপচবা ঙম্বা শেলথুমগী ফীভম ওইরক্লিবা অমসুং শেলথুমগী পাঙ্গলদা মকোক থোংলিবা অমসুং পৃথিবীগী খ্বাইদগী য়াম্না শেলথংথবা (ক্রেডিতব) লৈবাক ওইবিবা। কবিগুম্বা ঈশ্বর (ঐখোযনা পুথোকপা ৱাহৈনি) না জাপানদা করিগুম্বা খরা পীবীবম্বা তাববদি, মহাক্না আববকী থাউগী সমুদ্রদি জাপানদা পীবমদে। মহাক্না জাপানদা পীরিবসি লনগৈ নঙে, মৈগী চীংনি অমসুং য়ুহাব হাবনি। করিগুম্বা য়ুমথংনবদগী মতেং লৌকবা য়াদ্রা হায়রগশু, মসি শুপ্পগী পাক্লবা সমুদ্রনি। কবিগুম্বা জাপাননা মখোয়গী ওইবা খরা শেমগৎ- শাগৎপা লৈবম্লগসু, মদু পুন্বা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওদা মাংপ্রে

অমসুং এটোম বোমশিংনা মখোযবু উক্ফুল ওনহনখ্রবনি। ৱাহংদি মখোয়না কর়ম্না অমসুং করিগী হৌখিবা চহি খবসিদা শেল থুমগী লৈকংলাদগী মকোক থোংবা শেলথুমগী শক্তি ওইনা চোংথোরক্লীবনো ? ইচম চম্বা মেক্রো-মাইক্রো ইকনমিক্সনা মসিগী থীজিনবা অসিবু লাযহম্বদা মতেং পাংলোয়। মখোয়না অহানবদা অশেংবগা (বিয়েলিতি)গা মাযওক্লে অমসুং মখোয়গী থৌবমশিং ৱাখল্লোনগী মতেংনা শন্দোক্লা তাকই। কবম্না পীক্রবা য়ুরোপীয়ান লৈবাকশিংনা বাজনিতিগী অমসুং শেল-থুমগী থাক্তর পৃথিবীগী জাতি মযামগী মবক্তা হিংবা ঙম্লিবনো হাযর্বসিসু খঙ্লনিংঙাইনি। মদুগী মথক্তংশু , যাম্না হঙ্গনা নোংচুপর্কী লোযলম ওইবম্বা (থাইলেন্দ নত্তনা), মকোক হাযগংপা ঙমলুদ্রবা এসিযাগী লৈবাক ৫-৬, এসিযাগী পাম্বা- কৈশিংনা খুমাং থানা চংপা ঙমদুনা, ২১শুবা সেনচুরীদি এসিযাগী ওইগদবনি হাযবা কবম্না ঙম্লিবনো ? নোংচুপকী তেক্সবুকনা পাওখুম লোযনা পীবদা বাগনি।

খজিক ফাওনা থম্ভদনা, কোলোনিয়েল এপারেতস ঙাওংদা মবাল শিবা, ঈশাবুদি কনখক্তনা থম্বা হাযবসিসু হেন্না চমর্মল্লি। শেলথুমদা নৈহংলীবা মীওই, মণিপুরগী চাং ঙমদাশু মবাংকায়না লৈ। মখোয়গী অমত্তা ওয়বা মাতাংফম ওইরবদি ময়াইখংবা কাংলুপ অমসুং শেলথুমগী উতাংশী ওইনা তাংদনাসিনা মখোয়বু তোংহল্লিবা চিযাবদুবু লৌখোকপা মীকুপ্তুদা, মখোয়না লৈবাক্তগী যম্লবা শমশাদে, তৌইগুম্বসুং মতমদুদা লৈমায়থত্তা ফম্লবা শেম শাহৌদ্রনা মখোয় মকোক যুংনা শুজন্দুনা তাবা তাই। মসিনা লাকফম থোকপা নিযর্মনি। অমোংপা কোলোনিয়েল এপারেতসশিনা লৈবিমখৈদি, মখোয়না মখোয়গা তুংগী চাবোন শুবোনগী মরাইরকু সিসমস সার্কলগী থৌজালদা থাদে। মখোয়না মখোয়গী চাবোন শুবোনবু অনাবগী বির্যোলতিশিং অমসুং লাকলিবা পুন্সিগা অহোংবাশিংগী লাইজ ঈপাক্তা ঈবোইবা তর্স্বাদে। মণিপুরদা শেলথুমগী ওইবা মিত্রং অমতনা অচৌবা অহোংবা (মিবেকল) পুবকপা ঙম্রোই। ভাবতকী নেও - কোলোনিয়েল ফ্রেমৱার্ক্তা, কদাযফাওবা মণিপুরনা অতেনবা মতমগী ওইনা পোলিতিকেল ইকনমী অমা শেমগদগে হায়বা বাহংশিদগী ৱাংখৎনা যেংবা তাবির্বদি, মবোমদোম লেপ্লা ঙম্নবা কবম্বা পোলিতিকেল ইকনমী অমা শেমগংকদগে হাযবশিনি।

ইবমদমসিদা জাৎনাইবা ভাবতকী বাজনিতিগী মপুশিংদগী ফংলিবা মণিপুরবু লৌশিনখিবগী লাম্ভেংশিং অমসুং ঐখোয ইশামক্কী মবক্তা লাযচৎ ওইনা লৈবিবা, মতিকচানা শীজিন্নদ্রিবা পোথোক পুথোকপা ঙমজদ্রিবা ফিভমশিংবু যেংখৎপা

তারকই । ঐখোয়বু হিংহনবদা, চাওখৎপদা মনুং নত্রগা মপান্দগী নমথরিবা শক্তিশিংসিগী মথক্তা ঐখোয় শিংনরকপা তাই । ইশাবু- নোংচুপকী ইকনমিক বেসনেলিতি অমদি ইনষ্টিট্যুসনেল ইকনমিক্স ঙাক্তগী অমম্বা উতোংদা ফাওথোকহল্বা ঙম্বা তাই, মসিদি নোংচুপকী শেলথুমগী লৈঙাকলোন্না পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংদা নমথনবগী শিজন্নবা খুৎলাইনি । মফোংদোক (এক্সপ্রেসন) অমসুং মখোযগী হিসাবসি, মখোয়গী ব্রাহষ্ণোক্তা, চুমই অমসুং চপচাই । তৌইগুম্বসুং, মখোয়গী থাঙ্গেশেংবা ব্রাফমদি ঐখোয়বোমদা চুমদবশু যাই । মসি শুপ্পগী মকোক থোংবা অমসুং অনৌবা লমখোপচিনবগী ওইবা লৈঙাকলোন্নী । ভাবতনা মণিপুবদা ইকনমিক হেজিমোনী থম্বগুম্না, ডব্লু: টি: ও: (মমাংঙৈদনা গ্যেট) অমদি ১৯৪৪ গী ব্রেতেনবুদসকী ফন্দ- বেঙ্কশু নোংচুপগী হেজিমোনী থম্নবা খুৎলায ওই ।

মীওইবগী পুৱারীদা, চাওখৎপগী অশম্বা লম্বী থক লৈতে । মণিপুরগী নেসনেল স্পেসিপিক্সবুসু, নেও- কোলোনিযেলিজম অমদি লমখোপাচম্বা লৈঙাকলোনবু থুগাইবদা, অমদি খুনাই বাজনিতিগী অমদি শেল থুমগী শেমগৎ শাগৎপদা মপুংফানা শিজিন্নবা ঙমগনি । মসিগীদমক, যাদু- মন্ত্র নত্রগা ব্রাখল্লোনগী ওইবা অঙকপা অমা ফংবা ঙমলোয় । অদাম সমীঠ অমসুং কিয়নেসনা নোংচুপকী লৈবাকশিংদা লনথুম যাম্না পীবগদি, মসিগী লাইরিকশিং, চপমান্নবা লাইরিক পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংদসু মশিং যাম্না তম্নবি অমদি ফংই । ইং কুমজা ১৯৭৮-১৯৯৬ ফাওবদা, থেংখাঙ মবিদা (ফেজ মরি) চিনাগী ইকনমীনা ব্রাঙখৎলকই । ইং ২০৫০ দা চীনানা আমেরিকাবু ২শুবা ফম্ফমদা থম্নবা য়ারি । দেং জিয়াও পীংগী ব্রাহৈদা, উচিবু ফারবদি, হৌদোংদুগী মচু অমুবা নত্রগা অঙাংবা ওইরবশু য়াই । মণিপুরগী ওইনদি ফানবা উচি নত্রগা ফাবিনবা হৌদোংশু লৈত্রি । সিব্রিলাইজেসন হায়বসি অব্রাবা কৌবা মীওইবনা পাম্নদ্রবা মমা মপা অনিগী চাবোন শুবোন্নি । খুদোংথীবা, অব্রাফমগী কুহা, শুকংদগী কাখৎনবা হোৎনবদা মীওইবগী চাওখৎপা- সিব্রিলাইজেসন থোবকই । মণিপুরশু শেলথুমগী অমম্না শুকং, ইবাক্রফম ওইবিবা ঈবৈশিংদগী নাষ্টোবক্তনা, নোংঙাল্লকপগী অশেংবা মঙালগী মশেক্তা ঙাষ্টোযবা হাযবদু ঙাযবি ।




হৌখিবা তেনশ্রবা মতমসিদা, মণিপুবগী পুৱাবীগী লোযশন-খ মজনহৌদবা (অনফিনিসদ এজেন্দা) অমহিত্তিং চনৈনবা তাঙ্কক খবদা, অশেঙবা শক্তম অমা পীনবা হোৎনবদা, ঐখোযগী মশিঙ যামজদ্রিবা মাযচৌশিংনা মায পক্লকাল। নিঙশিঙবা যাবদি, ইং ১৯৯৩ গী মণিপুবগী নেসনেল কনভেনশন্না, ১৯৪৯ দা ইবমদম মণিপুববু যুমলোন্নবা ভাবতকী দোমিনিযননা এনেক্স তৌখিবদু অচৌবা অবানবনি হাযবাশনি। মযেক লানা পনবা যাবদি, মণিপুব লৈবাকপু হিন্দুস্থান্না এনেক্স তৌখিবা অদ চুমই হাযবা ঙমদে হাযবসিনি। মদুগী মপুং ওইবা যুক্তম অমখক পনবা তাববদি, মণিপুব লৈবাক্কী মশাগী পোলিতিকেল কন্সটিটুশন অমদি মীখল তৌবগা (ইলেক্তোবেল পোসেসনা) খনজবা লৈঙাক অমা লৈবন্না অদুমকনি (১: ৩৫৮)। ঐখোযগী ইবকো, অনিবা হিন্দুস্থানী পাণ্ডিত অমা অনিনা লেপ্পা লৈতনা, ঐখোযবু, মণিপুবদি যেলহৌঙ্গেদগী ভাবতবর্ষগী খুঙ্গং অমা ওইদুনা লাক্লিবনি হাযদুনা তস্নীবকখিবদুদা, ঐখোযনা যাম্না পীকপা ৱাহং অমা 'ভাবতবর্ষগী কবম্না মহাবাজনা নত্রগা, সুলতান নত্রগা, বাদসাহনা মণিপুবগী কংলাদা পানখিবা লৈবগে তাকপীযু' থমজবনি, ঙসি ফাওবদশু, অদুগা মথঙগী চহি চামা অমগা - হাযবদি মতম শাংনা চুপ্পা থমজগে। যাম্না চন্না ৱাহংনি, মণিপুবদা অশোকনা, বাববনা, শিবাজীনা ঔবঙ্গজেবনা, বহাদুব সাহনা তশেংনমক পানখিবা লৈৱা ' নত্রগা, পামহৈবনা দেলহীদা পানখিৱা।

মণিপুব লৈবাক্কী মৈদিঙুনা, ১১শুবা আগষ্ট, ১৯৪৭ তা মতম অমত্তদা, দোমিনিযন ওফ ইন্দিযা (ষ্টেট ওইদ্রিবা, ত্রিতি সহি তৌবা ঙমদ্রিবা, মীখা থাবিবা লম) গা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমসিত্তিং ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন, সহি তৌখ্রবা মতুংদা মণিপুব ষ্টেটকী বাজনিতিগী থাক কবি ওইবগে ' ৱাহং অসি অমবোমদা অমুক শম্নপনা, অশুম্না হাযবশু যাই, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমহিত্তিং ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন, সহি তৌখ্রবা মতুংদা, চাহি লিশিং অনি চুপ্পা লৈবকখিনা মণিপুব

লৈবাক (ষ্টেট) অদু মীখা থাম্রে হায়বসি নত্তব্রা ? য়াম্না চম্বা পাওখুম অমা ময়েক শেঙনা লৈজরবসু, খন্ন- নৈনরগা থোক্লকপা, মরিকচুম্বা পাওখুম অমা পীবা ঙম্লবা হোৎনজগে। কনাগুম্বনা হায়রি— ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমদি ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন, সহি তৌনপ্রবদি লোয়খ্রেদনা, ইতিহাসকী চেনাদা লৈজপ্রবা, ব্রানি হায়রি। ব্রাফম অদু চুম্না য়েংলবদি ব্রাথোক লৈরিবা ব্রানি; মদুগী মথক্তব, মণিপুরগী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' না য়ানচে অনিদুবু ককচপ্রবনি। সহিবু তৌরবদি লোয়নরে, মদু হোংদোকপা য়াররোয় হায়বশিদি মালেমগী চৎন-পথাপ্তা য়াওদে- অপংবশিংনা ঈশিংদবু তারবদি ইরাকনদবা য়াদে হায়দুনা, ঈরোয়বা লেপ্পগা পাংখকনি। 'রেবস সিক স্তানতিবস' কী ত্রিতিগী নিয়মশু লৈ।

## উঁচল (ফ্রেমব্রার্ক) করিনো ?

ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমদি ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন, অসি মতোম মতোমতা, মখোয়গী য়ুম্ফমদগী খায়দোক্লগা, উরুবা, নৈনরুবদা অচুম্বা অদু মচেৎতমক ফংগনি। কবম্বা পুব্রারীগী তাক্ককতগী, করম্বা থৌদোক্তংগী মাগা মান্নব থাক্তব লৈরম্বা নেপাল, বর্মা, শ্রীলঙ্কানচিংবা খা- এসিয়াগী লৈবাকশিংনা শম্না— হায়রবদা, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমহিক্তি ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন, সহি তৌনবগী তাঞ্জা ইরাক লাকখীদ্রগা, মণিপুর ষ্টেটনা করিগী খুরৌ অসি থাঙলুরিবনো ? পাওখুম অদু ইরমদমগী অশেঙবা পুব্রারী ঙাক্তনা পীরি।

ঙসিফাওবদা, মখল খুদিংমক্কী মীরানগী পণ্ডিত, ইরমদমগী মায়চৌ খিবিক্লা য়েৎনবা লৈতনা য়ানরিবা মণিপুর ষ্টেটকী মশাগী সোর্ছ ওফ হিষ্টরীদি 'চৈথারোল কুম্বাবা' অমদি 'নিথৌরোল লম্বুবা' ভোল্যুম ১ অমদি ২ শুবশীনি। সোর্ছ অসিবু ময়াং পণ্ডিতনফাওবা য়ারিবনি। মদুদা, ভাবতবর্ষ নত্রগা হিন্দুস্থানগী লৈবাক মচেৎ ওইরম্বা নত্রগা, ময়াং নিংথৌশিংনা কংলাদা পাল্লম্বা হাযবদু মঙ ওইনা ফাওবা মক্তাক লৈত্রবনি। মীরানচা কামরুপ-বেঙ্গল, ময়াং লৈবাক্তংগী হৌবকপা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা ফোঙনা ওইদবা ঙাংদুনা মখোয়না মণিপুরীনি হায়বগুম, মিজো খরনা মখোয়দি জিয়ুনি হায়বগুম, মণিপুরগী ইতিহাস অসি মরি লৈনখিদ্রবা ভারতবর্ষগী ইতিহাসকী মচেৎ অমনি হায়দুনা ফোঙনা মীয়ামদা ওইদবা ঙাংবা, মাই ঙাংবা তৌদনা, ইবা ঙমলিবদুগা পাঙ্খকনি। ঙসিফাওবদা, ভারতকী ইতিহাসতা, বর্মাগা য়ুমলোন্নবা মীতৈলৈবাক কৌরম্বা, ঙবাং নহান মণিপুর কৌথিবা লম অদু

ভারতকী মচেৎনি হায়বা ৱাহৈ অমফাওবা লৈতে। মণিপুবগী য়েলহৌঙৈগী, হৌখিবা মতমগী পোলিতিকেল স্তেতস মনিংতম্বা লৈবাকনি। য়েৎনরুবগী মরম অমা থীবা ফঙদ্রবনি। ইংরাজীগী ৱাহম্বোক য়াম্না লৈবা ৱাহৈ সোভবেন্তী হায়বদুনা চয়েৎনবা পীরবদি, মনিংতম্বা লৈবাক ওইরমই হায়বসিদদি য়েৎনবা ৱাৎকনি।

মোদর্ন হিষ্টরীদা, ইং কুমজা ১৮২৬ তগী ১৮৯১ ফাওবদশু, মণিপুব মনিংতমই হায়বসিশু অয়াম্বনা যানববনি। ১৮৯১ গী মতুংদা ১৯৪৭ ফাওবা, ইন্তবনেসনেল প্রোতেক্তোবেত অমা ওইববা মণিপুবগী সোভবেন্তীদা, ব্রিটিশনা পেবামাউন্ত পৱাব (হৌজিক্কী মতমদনা সুপব পাৱাব হায়বগুম্বা) অমা ওইনা খবৈ খনা শাবকই হায়বশিসু যানববা বাফমনি। হোঙবা লৈতবদি, মণিপুব ষ্টেটকী মপুং ওইবা ষ্টেট অমা ওইবগী পেবামেতবশিং অদুমকনি। ইং কুমজা ১৯৪৭ তা অমুক হন্না মনিংতম্বদা হঞ্জনজবক্রবা মণিপুববু হিন্দুস্থান্না নমফুদা এনেক্স তৌই, মিলিতবী ওক্যুপেশন তৌব, মিলিতবী ওক্যুপেশন্দুগী মাযোক্তা, মালেমগী হিষ্টবাগী চৎনবী মতুংইন্না দে-ওক্যুপেশন তৌনবা হোৎনবদা, আর্মদ কনফ্লিক্ট থোকলি হায়বাসঙ অচুম্বা নানি। চুমদবা নান হায়গদবগী মনমশি, ইম্পেবিয়েলিজম্বু, এবসবাদাতবু চুমই হায়বা ৱাহম্বোক অদুমক পোপ তাই। ব্রিটিশ নত্রগা 'হিন্দুস্থানী ইম্পোবিয়েলিজমবু মণিপুবগী পুবাবীদা চঙদ্রবা যাদ্রবা অচুম্বা' অমা ওইনা লৌনবা মনম লৈতে। ইম্পেবিয়েলিজম হায়বসি চুমদবা পথাপনি। অমম্ববু অঙানবনি হায়না যেৎপা হৈবা, সতানগী মনার্মশিংদি মখোযগী লেঙদনা ফিবেপ অদুমক লৈজফম থোকই- মখোয লৈতবশু যাদে।

মণিপুব ষ্টেটকী অশেঙবা হিষ্টবিকেল স্তেতসপু যাম্না মক ওইহন্দনবা হোৎনবা ইম্পোবিয়েলিষ্ট স্কোলাবনা, নোতিভ ষ্টেট ৫৬৫ গী মনুংদা, মাসু অমনি হায়দুনা 'ৱান এমোং ক্রাওদ' কী শেবাল্লবা প্রোজেকসন অমা মাযামদা চানফা পুহল্লি। ব্রিটিশকী কোলোনিয়েল ক্লাসিফিকেসন অদুমক ইল্লবশু, ভাযেবল ষ্টেট ১৮ খত্তৱন। মণিপুবদদি মদুগা মৰী লৈনদে, মবমদি মাদি হিষ্টবিকেল ষ্টেট ওইদুনা লাকলিবনি। হিন্দুস্থান্নি বেসিয়েল মেথদ ওফ ক্লাসিফিকেশনদা, নেতিভ ষ্টেট অযাম্বনা মোঘল, মরাথা অমসুং সিখ হাযবিবা এমপাযাব অমদি লৈপাক অসিদগী ভাবতকী নেতিভ ষ্টেট হৌবকই। সবদাব পতেলগী জুলায় ৫, ১৯৪৭ কী 'বোণ্ডস ওফ ব্লড' কী ষ্টেট (৭:৯৬) অমহিক্তি হিন্দুস্থানগী লুচীংবশিংগী ঙাংখিবা বিকোর্দতা মখোযগী জাতিগী ওইবা ঈগী অপুনবদু নেতিভ ষ্টেট ওইনা ফোঙদোকলকখীবনি।

ইরমদম মণিপুরদি,ময়াঙশিংগী ঈগী রেসিয়েল ষ্টেটতা য়াওখীবা লৈতে। য়েংনবা লৈতনা, ময়াং লুচিংবশিংগী রেস এমপায়ার নত্রগা, মথত্তব পনখ্রীবা এমপায়র অহুমমত্তব, বর্মা, শ্রীলঙ্কা নত্রগা মণিপুর খক য়াওখিবা লৈতে। অদুবু, লম লোয়চনবশীং অমদি মখোয়গী খুৎনেক পণ্ডিতশিংনা বর্মাবুদি হায়দনা, মণিপুরবু অরানবা মওংদা নেতিভ ষ্টেটনি হায়দুনা লাকলি। অরানবা ৱাহৈ শিজিন্নবা অদুনা, মশাগী ওইবা হিষ্টরিকেল পোলিতিকেল স্তেতসতা শোকহনবা ঙমদে। ব্রিটিশকী মীৎয়েংদা য়েংলগা ফাওবদা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন, মখল অহুম সহি তৌবা মতমদা, ষ্টেট ৫৬৫ চপমান্নবা থাক্তব থমখিদে। ষ্টেট মখল অহুমদা থমখীবনি। মরম অদুনা, মণিপুরবু 'ৱান এমোং ক্রাওদ' হায়বগী কোলোনিয়েল প্রোপেগান্দা অসি হিষ্টোরিওগ্রাফিক মেতেরিয়েল খক ওইদে। মণিপুরদি বর্মাগুম্না ক্লাস অমা ওইদুনা লাকখীবনি- বর্মাবু নেতিভ ষ্টেট কৌবা য়াদবগুম্না, মণিপুরবু নেতিভ ষ্টেট কৌবা য়াদে।

২০ শুবা সেনচুরী হৌরকপদা, কোলোনিয়েল ওফিসার অনিনা, ৱিলিয়ম লী ৱারনার অমদি লেৱিস তুপ্পরনা, ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজম্বু অচুম্বা অমনি হায়দুনা, কোলোনিয়েল থিওরী শাগৎপা লাইরিক খরা ইবদু, অচুম্বা অমা ওইনা রিফরেন্স পীদুনা মণিপুরবু ৱার্নর তুপ্পরগী ফিবান্দা লেঙদনা থম্বা পণ্ডিত মচু অমুবা অরাংবা ওইরগসু, হৱাইত রুল শৌগৎপা মী খরদা থেঙনৈ। ষ্টেটশিংগী শন্নপ্পা ৱারী য়েংখৎপা চুমই (১১:২২-২৩)। লীৱারনর অমদি তুপ্পর লাকত্রিঙৈদা, ভারততি লায়রদুনা, হায়দর আলি, নিজাম, মরাথাশিংগী ষ্টেট লমনিংতম্বা ওইরম্বদু নিংশিংবা য়াই (৩:১৯)। লেসলি স্কোতনা ইন্দিয়ান ষ্টেটস কমিতিদা পীবা আরগুমেন্তশিং অদুশু, লীৱারনর তুপ্পবগী সেবক সেনিকাশিংনা পনবীফম থোকই। মালেমগী মমিং লৈরবা, মচীন চৎলবা এক্সপার্ট কয়ানা, ত্রিতি নৈনবা হৈতবা ব্রিটিশকী ফমজাও পায়বা লীৱারনার অমদি তুপ্পরগী খঙজদবদু ফোংদোকলদুনা সিরদার দি: কে: সেননা ইরি:- "নোর কেন ইট বি দিসপুতেড দেট দ কনক্লুজন্স এরাইভদ এট বাই ডিজ টু ৱেল-নোওন ওফিসার্স (লী ৱারনব অমদি তপ্পর) ওফ দ পোলিতিকেল দিপার্টমেন্ট ওফ দ গোভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়া কেননোট বি এক্সেপটেদ ৱিদাওট ক্লোজেষ্ট স্ক্রুতিনি এণ্ড একজামিনেসন"। মহাক্না লমায়শিমত্তুদা হায়রি- ইন্দিয়ান ষ্টেটকী রাইত অমদি ওব্লিগেসন খঙবা তারবদি, লী ৱাবনার-তুপ্পরগী লাইরিত্তুনা শিজিন্নফম লৈরোই, অমদি করিমতা কান্নরোই। কোলোনিয়েল প্রোজেকসন্দা ফংলিবা মশানা 'ওবজেক্তিভ' নি ইনরিবা অদু কোলোনিয়েল ক্রথনি,

কদৌনুংদা ওবজেক্তিভ খক ওইদে।

ইন্দিয়ান ষ্টেটস কমিতিগী রিপোর্তনা পীরি মদুদি– ইন্দিয়ান ষ্টেটনা ব্রিটিশ পাৱারগা মরী থম্নরকপা মতমদুদা, মখোয়দি মনিং তন্নমই অদুগা, মতমদুদা চৎনরম্না ইন্তরনেসনেল লোগী মতুং ইন্না ষ্টেটশিংদু 'ফুল সোভরেন্টী' লৈরমই (৪:১৯৮)। মতম অমদা, ইন্দিয়ান ষ্টেটশিং অয়াম্বনা (লোইনমক নত্তে) মুঘল, মরাথা, সিখ নিংথৌগী মখা থাদুনসু লৈরমই- রিপোর্ত অসিনা পীরি। মণিপুরদি মখোয় কনামতগী মখা থারকতবনিনা, ইন্দিয়ান ষ্টেট হায়বশি নিয়ম হেক চুন্না হায়বা নত্তে। কমিতিগী বিপোর্ত অসিনা পীবা মত্তা, ব্রিটিশ নিংথৌগী পেবামাউৎসী হায়বসি ত্রিতি, চৎনবী, সরকারগী ৱারেপকী মখা পোনবনি হায়বি (৪:২০৮)। মদুগী মমাঙদদি, ফ্রেন্স সরকারগা য়ানবা কনভেনশন, ১৮৭১ কী মতমদা, ব্রিটিশ নিংথৌনা অহেনবনি হায়বা য়াবা ষ্টেট অদুবুনা ইন্দিয়ান ষ্টেট হায়না খঙনখি। মতমদুদশু, হায়দ্রবাদগী, নিজামগী মনিং তম্বদু লৈবমই হায়বশিদি য়ানৈ।

ইন্দিয়াগী টেরিটোরী মনুংদা লৈবা হায়বা পেরামিতর অদু, মণিপুব নত্রগা বর্মাদাদ চৎনবা য়াদে- মবমদি, যুমলোন্নবা আসাম ফাওবা ব্রিটিশ ইন্দিয়াদা য়াওবা কুইখিদ্রি। ব্রিটিশকী কোলোনিয়েল ত্রেপিংস-- রিংফেনস, সবসিদিয়ারী এলায়েন্স 'ডোকত্রিন ওফ লেপ্স' হায়নিংবদুদি, ব্রিটিশ কোলোনিয়েল ত্রেপীংনি মদুনা, ইন্তরনেসনেল লোবু নমহৎপা হায়বদু ঙমদবনি। চৎনদ্রবা, কনসেন্ত অমদি ডোকত্রিন ঙাকনি। মতমদুমক্কী ইন্তরনেসনেল লোনা য়াদ্রবা, মশক খঙদ্রবা, আইন্না থাখিদ্রবা ডোকত্রিনময়াম অমা ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজম্না শিজিন্নখী, মদুবু শৌগৎলুনবা মরম লৈতে। লাইরেল মখনাওদা য়োৎশিনবিদ্রিবা তোল্লবা জিবদুনা উজরিবা ওবজেক্তিভ কনদিশনদি য়োৎশনলমদায়গী অচুম্বা অদুখকনি। য়োৎশনবীথ্রবা জিবদুদি, লাইরেনগী মপুক অদুনা, মাগী সংসারনি, সত্যনি।

## খা- এশিয়াগী লৈবাকশিংনা মনিং তমলকপা

অনিশুবা লানজাও লাকখিবা অদুগী মহৈ ওইনা, মীখা থারবা লৈবাকশিংনা মনিংতমজনবা মাঙলমচৎতা তোয়না লাকখিদবা ঈহৌ অমা থোরকই। ফেসিজমবু মায়োক্লনবা হোৎনবদা, ইম্পেরিয়েলিজমশু মরায় চায়থখী, অদুগা ফেসিজমশু মুৎখী। ব্রিটিশকী ঙাক্তা য়েংলগদি, লানজাওগী মহৈ ওইনা, ভাবতকী সব-কনতিনেন্ত

খকতং নত্তনা, মালেমগী মফম অতৈদশু মিদল ইষ্টতগী হন্দোরকখী (১৮: ৩৩১)। আরবিয়ান ফেদরেশন কায়খী, পারসিয়ান গলফ থাদোকখী, মেদিতেরিয়ানদগী রিত্রিত তৌখী, ব্রিটিশকী আফ্রিকান এমপায়ার মাঙখী, অমহিক্তি কোলোনিয়েল এম্পয়ারদু কায়হন্দনা (১৮: ৩৩৯), কমনৱেলথ শেমখী, মদুদশু বর্মা য়াওদনা থোরকখী। মণিপুরশু, য়াম্না মান্নবা মওংদি, মাগা লান্দা তৌমিন্নদুনতা লাকপা য়ুমলোন্নবা বর্মাগা মান্নবা কেশনী; মণিপুরগা মোঘলনা পাল্লম্বা ইন্দিয়ান ষ্টেটকা মান্নবা থাক লৈখীদে।

ব্রিটিশ নিংথৌগা বফর ষ্টেট ওইনা লৈরম্বা সিক্কিম, তিবেত, ভুতান অমদি নেপালগা তোঙানবা মরী থম্বদগী, ভারতকী উচলদা মখোয় লাক্লবগী মরম লৈখীদে (১৭: ১৪২)। মখোয়না বফর ওইবা মতমদা, চীনানা ব্রিটিশকী কান্নবদা অকিবা থ্রিত পীনবা মরম লৈতে। ব্রিটিশকী ওইনা, বেনতিঙ্কদগী লেন্সদাউন ফাওবগী পোলিসি ফ্রেমদসু, মনিংতম্বা মণিপুরনা বর্মা অমদি ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী বফর ওইনা শাংনা লৌদুনা লাকখী। ননসী জেতলীগী নৈনবদা, ভারতকী মনিংতম্বা ১৯৪৭ কী মতমদগী 'থ্রিতস ওফ সেসেসন' অৱাং নোংপোকলোমদা লাকপদু উবা ফংই (১৭: ৪৭)। মহাক্না মণিপুরগী নৈনবা মতাংদা লিবরেশন গ্রুপ পি: এল: এ: বু পল্লদুনা (লুপ অতৈশু লৈ), মণিপুরদা থোকলিবা সেসেসনগী ঈচৌ অসি, মীতৈ নেসনেলিজম অমহিক্তি সোসিয়েলিজমদা য়ুম্ফম ওইবনি হায়না নৈনৈ। মণিপুরগী সোর্ছস য়েংখৎপদশু, মণিপুরগী নেসনেল ক্রাইসনশি খা- এসিয়ানা মনিংতম্বা মতমদাগী, হৌরদুনা নমশনখীবগী বাথোক অদুম ওইদুনা লাকই।

ইং কুমজা ১৯৩৭ তা বর্মানা, লৈবাক ঙাকলোন্দা ভারতকা পুল্লম্বদু খাযদোকখী। আগষ্ট ১৯৪৩ দা জাপান্না বর্মাবু মনিংতমহনবদু, ব্রিটিশনা অমুক মুথৎপদগীদি, অমুক্কা হন্না বর্মানা জানুয়াবী ১৯৪৮ দা ব্রিটিশতগী মনিংতমই (১৮: ৩২৯)। রেস রিলেসন্দা, বর্মানা ভারতকা মান্নবা লৈতবদগী খায়দোক্লবগী য়ুম্ফম ওইখী। বর্মা খায়দোক্লবা মরমদুমক মণিপুরদা ফংখী, অদুবু মণিপুরগী পুৱাবীবু হিন্দুস্থানগী ইতিহাস ওইনা লৌবনা য়াইতোং খমদোংবা ওইখীবদগী, পেরামাউন্তসীদগী ফাওবা মণিপুরবু লাপথোক্লবা ৱাখল্লোন্দা লাকনখীদে। মে ১৯৪৬ তা সেল্ফ গভর্ণমেন্ত ফংখীবা শ্রীলঙ্কানা, ১৯৪৮ গী ফেব্রুয়ারী থাদা ডোমিনিয়নগী থাক্তা চঙখী। পাকীস্তান, বঙ্গলাদেশ শেমখীবগী ৱারী মপুংর্দাদ অয়াম্বনা নৈনরবা ঙাকনি।

কাশমীরগী ব্রাথোক, মতমদুদগী ঙসিফাওবদা পাব্রার ইক্কেসন হোঙবা নত্তনা, অদুমক লৈখায় তাবা ঙমদনা লৈরি। এসেসন তৌখিবদু য়েৎনরীবনি হায়দুনা ব্রাফম থমনবি। ভারতকী মীৎয়েংদগীদি সহিবু তৌখ্রবদি লোয়রবনি হায়বশিদগী অহোঙবশু লৈতে, অহোঙবা উবা ফংবা হায়বতবু মিলিতেন্সী কনখৎলকপা, ভারতকী লাশ্মীনশু অকনবা ফুদোরকপা, শম্না হায়রবদা আর্মদ কনফ্লিক্টকী থাকতু ব্রাংখৎপসি মঙাই। হায়দ্রবাদকী লোয়শনগ্রবা হিষ্টরীদি কাশমীর নত্রগা মণিপুরগী লোয়শন-খমজনদ্রিবা পুব্রাবীগা মান্নদে। ১৫ শুবা আগষ্ট, ১৯৪৭ ফাওবগী মমাঙদা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ত সহি তৌনগদবদু নবেম্বর ২৯, ১৯৪৭ তা পার্টি অনিনা সহি তৌনরবা মতুংদা, সেপতেম্বর ১৩, ১৯৪৮ দা ভারতকী লাশ্মীনা হায়দ্রবাদতা লান্দাদুনা, সেপতেম্বর, ১৮, ১৯৪৮ দা নিজাম্না সরেন্দর তৌখ্রে (১৭: ৩৭৩)। ব্রিটিশনা বিসমার্ককী শতক্রম লৌরগা, ব্রিটিশনা লৈবাক ওইনা পোকপীরম্বা পীবিরম্বা ইন্দিয়া কৌবা কনতিনেন্তনা (মহাদেশনা) শুপ্নতগী লৈবাক অনিখক্তং থোকখি, মদুশু চরছীলনা কাষ্ট হিন্দুদা পাব্রাব শিন্নবগী অবানবা ওইনা লৌদুনা লাকখী (১৬: ৩১০)। জিন্নাহনা সবজিকেল ওপবেসন খক্তংনা উপায় ওইনা লৌই (১৬: ৩১৭)। অদুগা, পুম্নমক্কুগী পাবতিশনগী অপোকপদি (ফাদর ওফ পার্টিসন), পাঙলবু তমথীনা তুক্কচবা সবদাব পতেলনী (১৪: ১৯৮)।

মালেমদা ব্রিটিশ ইম্পেবিয়েলিজম্না মরায় চায়থবদগী, ইখম্নখীবা ফেনোমেনন অসিগী অচৌবা উচল মনুংদা, ব্রিটিশনা কনতিনেন্ত ওফ ইন্দিয়াদা, লৈঙাক্কী ওইনা লৌবকখিবা পোলিসি এপ্রোচ অদু তোপ তোপ তানা লৈ। অনিশুবা লানজাও লোয়বকপদা, ব্রিটিশকী পোলিসি, ফ্রেমব্রার্কতা শাফু কন্না পীখিবা ব্রাফমদি— অহানবদা, মাগী পাব্রাবনা মবায় চায়থরকপা; অনিশুবনা, ব্রিটিশনা লৈবাক মনিং তমহন্দববু কন্না য়াদবা, যাম্না মরুপমকশু ওইফাত্তবা আমেরিকাদা ঙারকপা তাবা; অহুমশুবনা, ব্রিটিশনা মবাই চাযথরকপা ঙাইদুনা লৈরিবা বসিয়াগী ফিবেপ (১৮: ২৭৬)। মদুগী মথক্তা, অচৌবা পুবা থাংবা ঙমদবা দিফেন্সকী খবচ পুবা তাবা, য়ুরোপতা পুনশনবা খিছুবা তাবকপা অসিশু পনবা যাই। ব্রিতেন্না কম্যুনিষ্টকী থ্রিত লৈবদু মাগী ইম্পেরিয়েলিজম্বু ভুৎ লোয়শনবগুম্না খোংথাং কন্না লৌই (১৮: ২৮২)। কোন্না, মালয়দা কম্যুনিষ্ট লালহৌবা মতোমতা নমথখীবনি। মণিপুর লৈবাকপু ভারতকী ফিবান্দা পুশনবদা, পতেল অমদি লুচীংবা অতৈশু কম্যুনিষ্টকী থ্রিততু চঙবা ঙমদনবা, থিংননবা ওইনা অকনবা ব্রাখল লৈখী। মদুমক নত্রবদি,

মণিপুর অমদি মাগা থাক মান্নবা বর্মানা তোঙান তোঙান লৈজখীবদা, অতোপ্পা মাঙনবা মরম লৈখীদে হায়বা য়াই।

ব্রিটিশকী কনজরভেতিব পার্টিনা কনতিনেন্ট ওফ ইন্দিয়াদা, লৈবাকশিংনা মনিংতম্বদা ফৈগাক ফৈনা থিংলবশু, লেবর পার্টিগী ফজবা, মনিংতমহন্নবগী খোঙথাং পুন্নমকপু থাগৎতবা তাবগদি, মালেমগী পুরাবীদা অচৌবা প্রিজুদিস অমা লৈহৌবা যাই। ইম্পেরিয়েলিজমগী উচল মনুংদা, ইম্পেরিয়েলিজমগী অচৌবা কন্ত্রাদিকসন অমা লেবর পার্টিনা ওইদুনা লাকই। ভারত মহাদেশকী লৈবাকশিংনা মনিং তমজবকপদা, লেবর পার্টিগী লৌখিবা বোল অদুবু মরিকচুম্না থাগৎত্রবদি, মীচঙ মীখায় নায়বগী খুদমনি।

১৯২৯ দা ভারতা ডোমিনিয়ন স্তেতস পানবগী ষ্টেটমেন্ত থোরকখিবা আনশুবা লেবর সরকার অদু ১৯৩১ ফাওবদং পাল্লম্লগা, শেল- থুমগী ক্রাইসিসনা মথং চাঙ ১১ চুপ্পা হিবাক্লগা থমখী (৮: ১৯৪)। ওন্তোরবর, ১৯৩৫ দা ফর্মখিবা লেবর পার্টিগী চহিগী মীফমদা, ভারতনা মখোয়গী অচৌবা লৈবাক্তংগী খায়দোক্তংনা সেল্ফ ডেতর্মিনেসন ভারতদা সংহন্নবা শোক্রগনি হায়বগী লেবর পার্টিগী ব্রাকেল লৌখি, অদুবু ১৯৩১ গী মিডিংগী নবেম্বরগী মীখলদা লেবরনা সিত ১৫৪ ফংদুনা, নেসনেল গভর্ণমেন্তনা ৪২৭ লৈবা মতমদা, থবতা ওনবাবা চুমথাদে (৮: ১৫৭)। সরকার পায়রকপা যাদা হিন্দুস্থানগী মেজর পার্টি অমা নত্রগা অমনা মণিপুরগী সেল্ফ দেতরমিনেসনগাদমক শোক্রগনি হায়না রাবেপ লৌবা, কনামতনা মঙদা ফাওবা মঙলোয়, মসিগী খেন্নবশিংগী অচৌবা মরম লৈফম থোকই। ১৯৩৯ গী লাল চঙবা ফাওবদা, পার্লিয়ামেন্টতা লেবরনা গান্ধীবু শৌগৎখী, অমদি ভারতা দোমিনিয়নগী থাক পানবা তক্লখী। চর্চিলনা যাদ্রবশু, লেবরগী দেপুতি প্রাইম মিনিস্তর এট্লীনা ১৯৪২ দা পার্লিয়ামেন্টনা লাওথোকখী মদুদি মীথা থাগ্রবা লৈবাকপু মনিংতমহনগনি হায়বা আতলান্তিক চার্তর অদু এসিয়া অমদি আফ্রিকাগী মীয়ামদশু চংনদবা যাবোয় হায়বশিনী (৯: ৬৬)।

লেবরনা শেম্বা ১৯৪২ গী ক্রীপস মীসননা ভারতকী শককশিংদা 'রাইত তু সেসেদ' পীনবা রিকোমেন্দ তৌজররা ফাওবদা, চর্চিল ১দি লিনলৌথগো আনগী এক্সিসনা মাঙহনবতা নত্তনা, ভারতকী নেতাশিংনা মদুবু ফুমজিনখী। ১৯৪৫ ফাওবদা লেবর পার্টি মাইনোরিতি তাখী, অদুবু ১৯৪৬ তা কেবিনেত মিসন থাবকখী। মদুনা ভারতপু কনফিদরেশন অমা ওইনা কায়দনা থনম্বা যাবদা,

কম্যুনেল লুচীংবশিংনা মদুবুশু মাঙহনখি। ১৯৪৭ কী থৌদোক খরমখৈদি খংনরে। ভাইস- রোয়গী কনষ্টিট্যুসনেল এদভাইজর ওইরম্বা ঐচ: বি: হোদসন্না, ভারতকী ১৯৪৭ গী মনিংতম্বা ফাওবদা লাকখিবগী লম্বী পনবদা, লিবরেল পার্টিগী ব্রাখলদা— ব্রিতেনগী মীয়ামগী ব্রাখল লাকপা, ভারতকী মীয়ামগী রাজনিতিগী ব্রাখল ব্রাংখৎপা অমদি ইম্পেরিয়েলিজমগী মশা মতোমতগী লোয়ফম থোকপদু পীরি (১১: ৪)।

ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী দে-কোলোনাইজেশন প্রোসেসকা, ষ্টেটশিংগী দে-কোলোনাইজেশন প্রোসেসকা আইনগী মীৎয়েংদা তোপ-তোপ তানা লাকই; মদু নেচর ওফ দি প্রোভিন্স অমদি, ষ্টেটকী স্তেতস খেন্নবা লৈবদগীনি। য়াম্না শিজিন্নরীবা পেরামাউন্সী হায়বা ব্রাহৈশি মতমদুগী ইন্তরনেসনেল লোদা চৎনবা, মান্নবা কনসেপ্ত নত্রগা কেতেগোরী লৈখীবা নত্তে। হৌজিক্কী মতমদা হায়বগা, 'সুপর পৱার' হায়বদুগা হায়রপ মান্নবা ব্রাখলনি। পেরামাউন্সীদি ষ্টেটকী রিলেসন্দা য়ুম্ফম ওই, ব্রিটিশ ইন্দিয়াদি মদু খক নত্তে। ব্রিটিশ কেবিনেতনা পেরামাউন্সীবু কংগ্রেসতা নত্রগা কনাগুম্বা অমদা শিন্নবা য়াবা নত্তে, মাদি মশানা লোয়শনজবদমক য়াই (১১: ৩৬০)। করাম চাওবা পাব্রারদা ময়ু ঙাওরগা কঙ্গ্রেস মতোমতদগী পেরামাউন্সীগী মঙদ্রং লৈজৈ, মদুবু কনামতনা মতমদুদা য়াদে, ব্রিটিশনা নত্রগা জিন্নাহ-নশু (৭: ৮৭)। ব্রিটিশ মতোমতনা অচৌবা লম্বা লৈতবা পাব্রারনি হায়বা ব্রাখলনি।

নেহরুনা ১৯৩৯ দা লুধিয়ানাদা ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস পীপলস কনফরেন্সকী প্রসিদেন্ট ওইনা, নেটিভ ষ্টেটকী লৈঙাকপশিংগী মায়োত্তৱ প্রজাশিংবু মোবিলাইজ তৌখি (২০:৩৫৯)। লৈঙাকপশিংগী ওতোক্রেসী, লৈবাকমনুংগী প্রজানা পামদবদুগী খুদোংচাবা লৌরগা মীতোপ- মীয়ানচা ফোবেন ইলিমেন্টশিংনা মণিপুরগী 'দোমেষ্টিক এফিযারস' তা ব্রিটিশনা তৌবগুম্না, অরোনবা হুরান লান্নাগী মওংদা 'সাইলেন্ত ইনভেসন' তৌই। মদুমক্তা, য়াংলেন শরু য়াওদ্রবা মণিপুরী লুচিংবা খবাদ মশা মশাবু ভাবতবাসিনি হায়না খন্ননবা শেরান্নবা ব্রাখলগী ময়োল চোংহনখি। ফেব্রুয়ারী ২৩, ১৯৪৭ তা ষ্টেটশিং মনিং তমলগনি হায়না প্রাইম মিনিষ্টর এট্লীনা লাওথোকপদা, এপ্রিল ১৮, ১৯৪৭ তা নেহরুনা, মানা হায়বদা য়াদবা ষ্টেটশিংগী মথত্তৱ লান তাগনি হায়দুনা তেরোরাইজ তৌখি (৭: ৭৪)। ভাইওলেন্সকী মেথদনা ষ্টেট মনিং তমহল্লোই হায়বা মতমদা, গান্ধীসু অদুমক য়াদুনা লাকই- মতিকচাবা, মরমচাবা ষ্টেটনা মনিংতম্বা হায়বা ব্রাদু, হিন্দু

ইম্পেরিয়েলিজমদা থাজবা গান্ধীনা পামদে। ষ্টেটনা মনিংতম্বদা, কোনরেদ অমদি জিন্নাহনা য়ারবসু নেহরুদি য়াদে (৭:৮৪)। মণিপুরগী ওইনদি, কঙ্গ্রেসনা মণিপুরগী মনিংতম্বদা হঞ্জনজরকপদু মাঙহনবতা নত্তনা, মণিপুর, ত্রিপুবা, কুচবেহার অহুম অসি অনকপা প্রোভিন্স অমদা তিনশল্লগা মাগী শত্তম মাঙহনবা পামই (৩: ১৭৭)। ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস পীপলস কনফবেন্সপু কঙ্গ্রেসনা সবভবসনগী খুৎলায ওইনা শিজিন্নখি (৬: ৮৫)। মদুনা ষ্টেটকী মনিংতম্বা হনজন্দনবা মরমনি। পেরামাউন্সী লোয়খ্রগা, ডোমিনিয়ন অনিদা তিন্দবা য়াদে হায়বা লৈতে, কেবিনেত মিসনগী মতুংইন্না, পার্বতিক্যলাব পোলিতিকেল এরেঞ্জমেন্ট (পি-পি-এ) ষ্টেটশিংনা থমজবা য়াবমই (৭: ৯০- মানসগগী ত্রান্সফব ওফ পাৱারদু মপুংফানা যেংবীবনা চুমগনি)। ব্রিটিশতগী মনিংতম্নবা ষ্টেটনা, ভাবতকী লমলোয়চনবদা চংদবা য়াদে হায়শি ব্রিটিশনা হায়ফম থোকতে।

মণিপুব ষ্টেটকী ওইনদি, পেবামাউন্সী লোযববদা, ইন্দিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট, ১৯৪৭ হেক শেমখিবগা, ব্রিটিশনা খুবৌ থাংলম্নদু লোয়রদুনা, মনিং তম্নবনি মদুগী মতুংগী রাফমদি, মাগী মনিং তম্বদা যেংশনবা, মাঙহনবা ওইনা লৌই।

## ফোরেন প্রেসরনা পীবা শাফু

মথত্তা লেবর পার্টিনা চহি কযামরুম ভারতকী সেল্ফ-দেতরমিনেসন তৌজনবা হোৎনবকপগী মথত্তব, ইম্পেরিয়েলিজম য়াদবা মালেমগী মেজোর পাৱাবশিংনা, ভাবতকীদমত্তব ফৈগাক ফৈনা লেপখিবা ফিভমশিংদু, অযান্বনা, নীংশিংলুবা নত্রগা খঙলুবা পামদে- মরম অদুমক্তা, য়াম্না কাহেন্না বাফম ওইবা পুৱারী অমখত্তহদা শুমদুনা লাকলি- মসিগী মীৎয়েং অসিনা, ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মনুংদা ভারতকী নীংতম ঈহৌগী ফাদর কয়াবু যাম্না মক ওইদনা ফাজিন্দুনা লাকখি। মপুংফাবা জষ্টিস তৌবা তারকই, মবমদি মনিংতম্বা ভারতকী ফাদব অমতা নত্তনা ফাদর কয়ামরুম লাকখিবনিনা, মা- মাগী মফম চাবদা থম্বীবা চুমই।

অনীশুবা লাঞ্জাও হৌগৎপা মতমদা, আমেরিকানা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মনিংতম্বদা যাম্না কন্না ইন্টবেষ্ট লৌরমদ্রগশু, ১৯৪১ দা রুজভেলতনা চরছীলদা আতলানতিক চার্তরনা পীবদা, মীখা থারিবা লৈবাক্তা মনিং তমহনবা হায়বদু বর্মা অমদি ভারত দেশতসু চৎনগদবনি হায়না তকাশিনখি। চীয়াং-কাই-সেকনা ভারত্তা

লাক্রন্দগী হনগ্রগা, রুজভেলত্তা ভারতকী মনিং তমহন্নবা তকশন্নবা হায়খি। মার্চ তাং ১০, ১৯৪২ দা, রুজভেলতনা চরছীলদা কেবল অমসু থাখি (৯:১৬৩)। ভারত্তা সেল্ফ-দেতরমিনেসন হৌহন্নবগী ৱানি (অশন্বা কোতেশন য়েংগদবা, স্পান, ওক্তোবর ১৯৮২, লা: ২২-২৩)। গান্ধী অমদি নেহরুনা মতেং থীবা ওইনা রুজভেলত্তা চিঠি ইখি (৯: ১৬৪)। রুজভেলতনা ১৯৪২ দা চরছীলদা তকশনখী। মাগী মার্চ ১১, ১৯৪২ গী চিঠি থাগ্রবগী মতুংদা, রুজভেলতনা, ক্রিপস মিসন্না ফেল ওইরবদা, অথুবা মেসেজ ১, ১৯৪২ দা থাবদা পনখি- "দে (ভারতকী নিংতম্বা তান্নিবা কমপোনেন্ট কাংলুপশিং) রুড দেন বি ইনেবল্ড তু দেতরমিন দিয়ার আওন ফোর্ম ওফ কনষ্টিট্যুসন এণ্ড তু দিতরমিন, এজ য়ু হেভ প্রোমিজদ দেম আলরেদি, দিয়ার ফ্যুচর বিলেসনশিপ ৱিথ দ ব্রিটিশ এম্পয়ার"।

মদুগী মথক্তৰ, আমেরিকাগী দিপ্লোমেত কয়ানা, রুজভেলতনা লেপথ্রিবা ৱারেপৰ্কী ফিবান মনুংদা, ভারতকীদমক্তৰ অকনবা খোঙথাং লৌখৎখি- তৌবতবু লান মনুংদা চঙমীন্নরিবা পার্টি ওইবনিনা, নমদুনা ভারত মনিং তমহন্দবা যাদে হায়বদুদি হায়খিদে (১০: ৩৪৮), হায়রুবগী মরমসু লৈখিদে। মদুগী মথক্তৰ,১৯২৭ কী ব্রুসেলস কনফবেন্সতগী তৌবদুনা, চীনাসু ভাবতকী মায়কৈদা লেপতুনা লাকখি (৯:১৭৩-১৮০)। ১৯৪২ দা, রসিয়ানা ব্রিতেনগী মায়কৈদা লেপগ্রবসু, ১৯৪৫ দা ভারতপু য়ুনাইতেদ নেসন্সতা য়াওহন্নবা মোলোতোভনা মীয়ামদা ৱা ঙাংখি (৯:১৫৮)। পুন্না য়েংবদা, আমেরিকাগীদি হনবা নায়দবা অচৌবা বোল লৈবতা নত্তনা, ব্রিতেনদি আমেবিকাদা ঙাদ্রবদি লেপ্লদা ৱানা থোকপা মতমনি।

হিষ্টরীগী তাঙ্কক অদুদা ৱেভেল, অমদি মহুৎশিনবা মাউন্টবেতনগী রোলসু মপুংওইবা দিসাইসিভ রোল ঙাক্তৰনি। ভাইসরোয় ৱেভেলগী রিকোর্ডতা পীবা মতুংইন্না, হিন্দু কংগ্রেসনা, ষ্টেটকী প্রিন্সেসশিংদা, মুসলিমদা ৱাকায়তা শুখি (১৫:৩৮৬), মতোমতনা পাৱার পায়নিংই (১৫:২৭৮), পতেল ঙমখৈ লৈতনা কম্যুনেল ওই (১৫:৯৬), গান্ধী ১৫% ধর্মচেনবা ওই,৭০% দি য়ক লাওবা রাজনিতি ৱালানি (১৫:৪৬১)- মসিমদি য়েৎনফম ইরে লৈতে; কংগ্রেসনা হিংসা যাওনা ঙমখৈ হায়বা অমা থমদনা চৎপা পামই (১৫:৯৬), হিংসাবু চিন্দা চৈবগী তায়োন্নবদা চৎথৈ (১৫:১৮০, ১৮১, ১৯৩)। মসিসু, মীশী মীনা মযামদুগী ফিগর লৌখৎলবদি য়েৎনফম লৈতে। মণিপুবগী ষ্টেটকী মনিংতম্বা মুখৎনবা হোৎনবা মীওইদু মুনি-ঋশিনি হায়রুবদা, ওইদবা ঙাংবা ওইগনি। ষ্টেটশিংবু, মহাক্না মখুৎনা

শেমজবা ইন্দিয়াদা এসেসন তৌদুনা মাউন্তবেতন্না পুবকখি (১৩:৪০৫)। মাউন্তবেতন্না ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মথক্তব, মনিংতম্না ষ্টেটশিংবু পুনশনখিবদা, মাগী গভর্নব জেনবেল ওইনীংবগী অপাম মীহৌ লৈখি (১১:৩৮৫), সী লোর্ডসু ওইনীংখি, মদুমক ১৯৫৫ দশু ওইখি। মাউন্তবেতন্না, হিজ-মেজিষ্টিজ, সবকাবদগী, ব্রিটিশ কেবিনেতনা লৈবিবা পাৱাবদগী হেন্দোকনা, মাগী ফমগা চান্নদবা, সরকাবদগী হেনবা প্লেনিপোতেনসিযবী পাৱাব পামখি, মদুসু ফংই (১২:১১৯)।

মনিংতম্লগা লৈজবমগদবা ষ্টেটশিংবু ব্রিটিশ ইন্দিযাদা এসেসন তৌবা মাউন্তবেতনগী অচৌবা থৌদাংনি (১২:৯৬)- মবম অদুমক্তা, পোলিতিকেল এদভাইজব কোনবেদ কোবফিল্ডনা, মাউন্তবেতন্না মনিং তমজববা ষ্টেটশিংগী মনিংতম্বা লৌথেক্লগা ভাবতকী লৈবাক্তব চনশনখিবদু অচৌবা নমথাক 'ব্রীচ ওফ ফেথ' নি হাযবিবনি (১২:৫২৭-৫৩৪)। মবন্নাগগী অপাম-মীহৌগী মথক্তব, বিটিশকী মণ্ডল চেল্লবা নিংথৌমচা মাউন্তবেতন্না, ব্রিটিশকী তুংকোযবা ইন্টবেষ্ট লেংলগা, ষ্টেটশিংনা কমনবেলথতা তোঙানবা ঙবা থিংদুনা (৬:১৮৫), ভাবতকা নপাঙ্গল কলতনাখি। ভাইসবোযগা নুংাতগী হৌশিনানা বিপোর্ত কগামম মদা পীবর্দাদ, শাএংপু কমনবেলথতা চঙ্কক্লবা পোনম, মাউন্তবেতনগী অকনবা অপান্বান। খুদম ওইনা মে ৯, ১৯৪৭ কী মাউন্তবেতনগী ষ্টাফ মিটিংগী বিপোর্ততা (১২: ৬. ১৭০, ১৭১) পাবা মতু ইন্না, মাউন্তবেতন্না নিউত্রেল ইন্দগা থম্না পাম্মদে, মদগী মথক্তা ভাবতা কাবগুম্না সোসিযোলষ্ট নত্রগা কম্যুনিষ্ট সবকাব লক্কেবাদ, ভাবতনা কমনব্রেলথতগী নপান থোবকখিবসু যাই। ইংফালগী সিন্দা, লান ননুংদা থোকখিবা মাউন্তবেতনগী ৱাবা, জাগ্নবগা লাইবিক্তা ফজনা পাল্লি।

ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমাদ ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন মণিপুবব অমদি ষ্টেট অতৈবু সহি তৌহনবদা, মাউন্তবেতনগী অচৌবা থৌদাং লৈখি। মহাক্কী মবন্নায ফম মীকাবদা নত্তনা, লোংতার্ম ব্রিটিশ ইন্টবেষ্ট যেংদুনা, ভাবত মহাসাগবগী ষ্ট্রেতেজিক ইন্টবেষ্ট অমসুং কম্যুনিজম শন্দোক্তনবা থবক, মহাক্কী ব্রিটিশ ক্রাউনগা প্রেস্তিজ মালেমদা লৈহৌনবা পুন্না যেংদুনা হৈশিংলবা মাউন্তবেতন্না অচৌবা ভাবত, গ্রেতব ইন্দিযা (পেক্স ইন্দিযানা) অমা, কঙ্গ্রেসতা খুদোলপোং ওইনা শিন্নবমই। মদুগী মমাংদা, ইন্দিযা হাযবসি কনতিনেন্ত অমখক ওইবমই— অপুনবা লৈবাক্তি ওইখিদে। মথক্তব পনখ্রিবা স্ত্রকচব-উচল পুৱাবীগী ফিভম, মালেমদা ইস্পেবিযেলিজম লোযশনদবা যাদবা, খা এসিযাগী মীযামগী বাজনীতিগী মীৎ-মায পাংলকপা,

ঈহৌ কয়া, অনীশুবা লানজাওগী মঁহে, অসিনচিংবগী অচৌবা ফিবান্দা, মণিপুর লৈবাক্তা কয়ম্না, করিগী ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমদি ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী লাণ্ডদা থুরুবগে হায়বদু নৈনবা তারকই। শুপ্নতগী ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমদি ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনদমক, উকং খোম্রগা থীবদৌনা, নৈনরুবদা, মপুং ফাদবতা নত্তনা, জষ্টিস তৌবা ঙম্লোই। মদুগী মথক্তা, মণিপুরগী মশাগী মনিংতম্বগী পুৱারীদু নমথদুনা থম্লগা, শেরান্নবা 'এবসর্দ প্রেমিজ' অমদগী হৌরগা, শেরান্নবদুবু অচুম্বা ওইনা শন্দোকপা হায়বদুসু মতম হেনগ্রবা ৱানি। মখাদা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমদি ইন্সত্রুমেন্ট ওক এসেসনবু নৈনরি। ৱাহংদি ব্রিটিশনা, মখোয়দগী মনিংতম্লবা মণিপুবগী মনিংতম্বদু মুথৎনবা, অতোপ্পা মীঁরৈবাক অমদা শিন্নরম্বা ঙম্লা হায়বসিনি।

## ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট

ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজম্না ব্রিটিশ ইন্দিয়াগীদা লোয়খিবগা লোয়ননা, পেরামাউন্সী, হায়না হায়নরিবা, ব্রিটিশ ইন্তবভেনসন্না মণিপুবদা খুরৌ থাংবদু লোয়বম লোয়ফাংত্রিঁঙৈদা, মনীং তমদুনতা লাকখিবা মণিপুর লৈবাক্কী মহুৎ শিন্দুনা মণিপুব মহাবাজনা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট অমদি ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন সহি তৌকবা অদুনা, মণিপুরগী লিশাংশিংনা মনিং তমদুনা লাকখিবদু, খাণ্ডুথক্তা নিংতম্বা ইখমনগ্রব্রা হায়বা ৱাহংশি লাকই। ব্রিটিশ ইন্দিয়াদা সিফাই খরনা লালহৌবা (সেপোয় মিউতিনিগী) মতমদা, মণিপুরনা মরুপ ওইবা ব্রিটিশকী নাকন্দা লেপ্লতা নত্তনা, মালেমগী লাঞ্জাও অনীমক্তা ত্রিতি-রিলেসন লৈনবা ব্রিটিশকী, নাকন্দা তোণ্ডখি।

পব্লিক লেকচর অমদা, মহাবাজ বুধচন্দ্রগী এ: দি: সি: ওইরম্বা অমনা মতমদুগী পুৱারীদু লীরি (ময়েংবম আনন্দমোহোন, পোষ্ট-এনেকসেশন সেমিনার, খ্বায় পানা, নাগামপাল- ওক্তোবর ১২,১৯৯৫)। মহাক্কী রিপোর্ততা এ: দি: সি: না হায়রি-এলায়দ পাৱারনা, মণিপুর মহারাজদগী মতেং নীরকখি। লুপা ৫০,০০০ চহিগী পীরম্বদু, ১৯৪৫ দগীদি মণিপুরনা পীরম্বদু পীখিদ্রে, আগষ্টকী তাং ১১, ১৯৪৭ তা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমদি ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন, দাকঘরদগী মহারাজদা দেলহীদগী সহি তৌনবা থাবকপদু, মহারাজনা সহি তৌরগা থাদোকখি। ব্রিটিশ ইন্তবভেনসন (পেরামাউন্সী) হেক লোয়বগী ৱারীসু, এ: দি: সি: না লীখি। ১৯৪৯ গী মণিপুববু ভাবত দোমিনিয়ন্না (মনীং তমদ্রিবা, এগ্রীমেন্ট

সহি তৌবগী হক নিংথিনা লৈত্রিবা) এনেক্স তৌখিবা, মিলিতরী ওকুপেশন তৌবদুদি, পাকতক্লনা লাল্লি, চুমদে হায়নরবনিনা, এ: দি: সি: গী পুৱারীদুনা ৱারীগী ৱারী তাবা ফাওবদং কান্নহল্লি, খুমদবা পাওখুম কয়ামরুমসু, চিঠি ইদুনা হংজবদা এ: দি: সি: না লোইনমক্লা খুম্বীবা তৌদ্রি-অদুমকপু, অফংবা রিকোর্দনা মপুংওইবা ফিরেপতি পীবা ঙমই। মহারাজকুমার প্রিয়ব্রত সিংহগীদি, অইবানা হংজবদা, মহাক্লা তাং ২ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯৬ কী চিঠীদা খুন্নকপদু মনিংদা এনেক্স ওইনা হাপলি।

ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট, মণিপুর মহারাজনা সহি তৌদুনা থাগ্রবদা, লৈরমলিবা ফিভমশিংদু অসিনি। অহানবদা, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট সহি তৌনবদুনা হান্না লৈরম্বা ফিভম (স্তেতস কো এস্তে) দু লেঙদনা থম্বনি- হায়বদি, অতোপ্পা লৈবাক্কা মণিপুরদা মরী থম্বা য়ানবাগী রুমদু থমদবনি (৬:১৯৬)। অনীশুবদা, ব্রিটিশ পেরামাউন্সীদু কঙ্গ্রেসনা, থোয়দোক্লা গান্ধীনা মাগী পার্টিনা মুলহৌনবা লাক্লবা, পাৱার মুন্নবদু, ষ্টেটশিংদা পাৱার লাকহন্দনবনি (৬:১৯৪)। গান্ধীগী ঙায়ঙমদবা পাৱাব করাম্বদু থিংনবা উপায় অমদি, ষ্টেটশিংবু মানা য়েংশনবদু রির্কোদনা পীদুনা লৈরে। গান্ধীগী হিন্দু পাৱার- করাম্বা— পেরামাউন্সী ওইনিংবদু লৈরমই (১২: ১০৩)।

অহুমশুবদা, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট হায়বদু ষ্টেটনা মনিংতমএ হায়বা অদুমক্কী মখাতাবা থবকনি। ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট দি মাউণ্ডবেতন্না জুলাই ২৫,১৯৪৭ তা ষ্টেটশিং মনিং তমগদবনি হায়বদুগী কোরোলারীনি (১১: ৩৬৯)। মরিশুবদা, মণিপুর লৈবাক্কী ওইনা য়েংবা তারবদি, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট শেম্বা-শাবা নেগোসিয়েতিং কমিটিদা, মণিপুরনা য়াওখিবা লৈতে। ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্টনা ব্রিটিশকী পোলিতিকেল দিপার্টমেন্টতগী থোরকপা মতমদা, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনদি পতেলনা মনিংতম্বা ষ্টেটপু লৌশন্নবা, মীখা থানবা শেম্বা ষ্টেট দিপার্টমেন্টকী পোখোকনি (১১:৩৭০)। ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট সহি তৌনবগী, মহে ওইনা, ব্রিটিশ নিংথৌগা, ষ্টেটশিংগা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট সহি তৌনরবা মতুংদা, ব্রিটিশ নিংথৌগা মণিপুরগা লৈনরম্বা মরী (এরেঞ্জমেন্ট) অমদি য়ানচেশিং (এগ্রীমেন্ট) লৈরম্লবদি, অনৌবা য়ানবা অমা লাকত্রিবা ফাওবা, অদুমক হোংদোত্তন্না চথবনি (১১: ৩৭০)। স্তেতস-কো- এস্তেদা অদুম লৈনবা থৌরাং অমনি। তালুকা/ খুঙ্গংমুক চাওবা ষ্টেট ককনাওশিংদি ১৯৪৪ গী এতেচমেন্ত এক্ট পাস তৌখিবদগীদি, মখোয় লৈত্রবা হায়বদুনী (৬:২০১)। মণিপুরগীদি মদুগী

ফিবান্দা লাকপা য়াখিদে, লাক্নবা মরমসু লৈতে। হায়দ্রবাদকীদি ৱাথোক লৈবতা নত্তনা মতম হেল্লবা মতমদা সহি তৌনখি (১১: ৪৭৮, ৪৮৮)।

জর্মনীগী বিসমার্ক শাখিবা, ব্রিটিশ ভারত্তগী অচৌবা ইন্দিয়ান এম্পায়ার অমা (পেক্স ইন্দিয়ানা) পোকপীরম্বা মাউন্তবেতন্না লৈবাক লৌশনবগী থবক তৌখি (১২:৯৬), কঙ্গ্রেসনা মাগী হক্কী ৱাংমদা, আইন্না থীংবা মওংদা, ব্রিটিশ পেরামাউন্সী ওইহৌরে (১২:১০৩), মখোয় অনিনা পুন্না খেদা ওপরেশন (শামু লাংথক্লগা ফাবা) চথমিন্নখী (৫:৩১)। 'ফাদর ওফ দি ইন্দিয়ান দোমিনিয়ন' লোর্দ মাউন্টবেতন্না ইন্দিয়া কৌবা, লৈরমদবা লৈবাক অমা কঙ্গ্রেসতা শেম্বিরগা খুদোল তম্বীরমই।

পুন্না য়েংবদা, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট সহি তৌরুবনা মণিপুরগী সোভরেন্টী নমথদুনা, থদংতুনা থম্বীবদু অমুক হঞ্জনবদা শোকহনদে, নত্রগা, ১৯৪৭ তা মপুংফানা মণিপুরনা মনিংতমজবদা অমদি, মনিংতল্লবা লৈবাক অমগী চংনপথাপ মণিপুর কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ চংনবদা অয়েৎপা করিমতা পীদে। শম্না হায়রবদা, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট সহি তৌবদুনা পাৱার করাম্বদগী ঙাওরবা, পাৱারগী ময়ু ঙাওরবা কঙ্গ্রেস, গান্ধি, লুচিংবশিংনা ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজম লোয়রগা, কঙ্গ্রেস ইম্পেরিয়েলিজমগী গান্ধিগী হিন্দু পাৱার করাম্বদু ফঙহন্দনবনি, আইনগী অহোবা থমদবনি। মথক্কী ৱাফমশি, মমাঙদা পনখ্রীবা উচল স্ত্রকচর, মালেমগী চংনবী, ১৯৪১ গী আতলান্তিক চার্তর, ব্রিটিশকী ইম্পেরিয়েলিজম লোয়রকপা হায়বা ফ্রেমর্ৱাকতুগী ফিবান্দা য়েংলগা অচুম্বদু উবা ফংই। পুন্না য়েংবদা, মাউন্টবেতন্না এট্লীগী কেবিনেত সরকারগী ফেব্রুয়ারী ২০, ১৯৪৭ কী মেন্দেতকী ৱাংমদা চংখিবগী মরালদু লৈখী। মহাক্না কেবিনেতকী মেন্দেত থুগায়দুনা ষ্টেটকী মনিংতম্বদা অকায়বা পীরমই।

## মণিপুরনা ইন্সক্রুমেন্ত ওফ এসেসনদা

১) মথত্তর পনখীবগুম্না, মণিপুর ষ্টেটকী ওইনদি ব্রিটিশ নিংথৌগা মাগা ত্রিতিগী মরী নত্রগা, হান্না লৈনরম্বা মরীদু পেরামাউন্সী হেক লোয়বদা, মশাগী হান্না লৈজরমবা মরক থৎলুরবা নিংতম্বা থাক অদুমত্তর হনজল্লকই। মোঘল, শিখ, মরাথাগী মচেৎ ওইরম্বা ভারতকী নেতিভ ষ্টেটকা, মণিপুরগা খক চাঙদম্নবা য়াদে। মণিপুরগা মান্নবা হায়বতবু বর্মা ষ্টেটনি। ৱাফম অসি মরীকচুম্না খঙদ্রবদি,

মণিপুর ষ্টেটপু ময়াংগী নেতিভ ষ্টেট ময়ামগী মরক্তা য়ানশন্নদুনা অচুম্বা খঙবা ঙমলোয় । মণিপুরগী স্তেতসতি বর্মাগীগা খ্বায়দগী হেন্না নকশন্নে- হিন্দুস্থানগা মান্নবা লৈতে । ব্রিটিশ, মথংদনা কঙ্গ্রেস ইম্পেরিয়েলিজম্না, মণিপুরবু মখোয়গী কোলোনী ওইনা লৌরকখীবদু অচুম্বা নত্তে । কস্তমরী ইন্তরনেসনেল লো, মথংদনা ভিয়েন্না কনভেনসন ওন লো ওফ ত্রিতিজগী আর্টিকল অনিশুবদা পীবা মতুংইন্না ত্রিতিগী মরী হায়বসি ষ্টেট অনিগী মরক্তা লৈবা মরীনি ।

২) মথংদা, মণিপুরগী ওইনা য়েংলগদি ষ্টেট অমা ওইরম্বা, মণিপুরগুম্না ষ্টেট ওইখীবসু লৈতবা মীখা থারিবা ষ্টেট কৌবা য়াদ্রিবা ব্রিটিশকী দোমিনিয়ন ভারতকা, মণিপুর ষ্টেটকা এগ্রীমেন্ত নত্রগা ত্রিতি অমা সহি তৌনবা হায়বসি, চৎনবা য়াদবা, কেপাসিতি য়াওদবা ইন্সত্রুমেন্ত অমনি । মীখা থারীবা ডোমিনিয়ন অমগী ত্রিতি সহি তৌনবগী কেপাসিতি লৈ হায়বসি মালেমগী চৎন পথাপতা য়াওদে । মণিপুবদি 'সুই জেনেরিস' ষ্টেটনি । মনিংতম্বা ফংদ্রিবা নত্রগা, হান্না ষ্টেট অমা খক ওইরকখীদবা ভারতকী দোমিনিয়নদি ষ্টেট ওইখিদে- মরম অদুনা, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন লৈখীবদু এগ্রীমেন্ত ওইনা লৌবা য়াদে; ভারতকী কেপাসিতি লৈতে ।

৩) ব্রাফম অমনা, কবিগুম্বা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন সহি তৌরুবা অদুনা, মণিপুবদা ত্রিতি ওব্লিগেশন লাকএ হায়বা তারবা ফাওবদা, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী মশাগী ওব্লিগেশন নাম্থোক্নবা 'ইস্কেপ ক্লোজ' মবাং কাযনা য়াওজবি । মদুগীশু মথক্তা, ইন্দিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স এক্টতা, য়াওবা নিয়ম মতুংইন্না, ওব্লিগেশন্দু থাদোক্লম্নবা হক মণিপুরদা পীদুনা লৈজে । ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসননা ত্রিতিগী থাক্তা চৎনবা য়ানবা বাইদিংনেস পীরম্বা তারবদি,'তারমিনেসন ক্লোজ' য়াওরমগদবনি, মদুশু য়াওরমদে । 'তারমিনেসন ক্লোজ' য়াওদবা ত্রিতি, পার্টি অমনা অদুমক থুগায়বা য়াই ।

৪) মদুগী মথক্তশু, মণিপুরনা মশাগী ১৯৪৭ কী কনষ্টিট্যুশন চৎনবা হৌখীবদগীদি, মথংগী কন্দিসন, ওব্লিগেশন, লৈরম্বা তারবফাওবদা লোয়না ককথৎচখ্রে- শম্না হায়রবদা, মমাংগী য়ানবা য়ানদবা এগ্রীমেন্ত পুন্নমক চামথোকখ্রে (ব্রাশ আওট তৌখ্রে)- মসিদা, করিমতা য়েৎনফম লৈতে । য়েৎনবগীদমক্তা য়েৎনবা হৈবা, ইম্পেরিয়েলিজম অমদি 'সোসিয়েল হেগীমোনী' গী জ্ঞান লৈরবা পণ্ডিত নত্রগা, উকিলনা য়েৎপা পামগনি মদুদি তাঙ্কক অমদি লোয়শনখ্রে, মদুবু

লোযশনদে (ফাইনেলিতি লৈতে) হায়গদ্রা ? পাওখুমদি শিনি- মণিপুরনা ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন সহি তৌরুবদগী, মণিপুরনা ভারত্তা যাওখীবা তারবদি কবিগী ১৯৪৯ দা হুবান লান্নাদা, নমথাক তৌবা, নমফুদা এনেক্সেসন এগ্রীমেন্ত লানফা ওইববা মীবু প্রাইভেট কেপাসিতিদা সহি তৌহল্লিবনো ? অশেংবদনা, ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসননা মণিপুরগী রাজনিতিগী থাক্তয় অবোযবা স্তেতস অমা কদাযদা পীবিবা- হংলিবা রাহংনি। এনেক্সেসনদুশু লাল্লি, চৎনবা যাদবা তাকু-তাকাতিগী থৌওংনী। মালেমদা এনেক্সেসন নত্রগা, মদু তৌনবা য়াৎপা লম্বীদুবু অবানর্বনি হাযবশি চৎনরিবা পথাপনি। ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট অমদি ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী ওব্লিগেসন পুন্নমক পুমশেং শেঙনা চামথোকখ্রবা, মণিপুরগী ১৯৪৭ কী কনষ্টিট্যুসন, মীবৈবাক্কী-মীয়ানগী খুৎ য়াওখীবা লৈতে।

৫) হিন্দুস্থানগী ফ্রেমর্রাকতা যেংলবা ফাওবদা, সুপ্রীম কোর্টনা ১৯৪৭ তা ষ্টেটশিং মনিংতমই, সোভবেন ওই হাযদুনা, ওইদবা শন্দোকপা খুৎনেক মযাং পণ্ডিঃ (মযাং ক্লাক) কী মযা কুমহল্লে। মণিপুরবু নিযম চুমদনা ওকুপায তৌবিবা, ভারতকী সুপ্রীম কোর্টনা ষ্টেটকী মনিংতমএ হাযবা যাববসু, মদুগী মথক্তয় অপিকপা ওবজারভেশন খবা পীবা অদুনা, মণিপুরগী মনিংতম্বা শোকহনবা ঙমদে। ভারতকী সুপ্রীম- কোর্টনা ভারতকী দোমিনিযন্দা, ষ্টেটকী মনিংতমএ হাযবা খণ্ডহনবদনী, মহাক্না অতোপ্পা লৈবাক্কী ষ্টেটকী মনিংতম্বা শোকহন্নবা যাথং অমা পীথবকপা ঙমদে- শম্না হাযবগা, মাগী জুবিসদিকসন লৈতে।

৬) পুন্নমকশিংগী মথক্তয়, মণিপুর ষ্টেটকী ওইনদি, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট অমদি ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন অনিদুবু ককথৎনবা মণিপুর কনষ্টিট্যুশন শেম্বা, চৎনবা, মীখল তৌবা, দেমোক্রেতিক প্রোসেসতা মবৈবাক ঙাকচবদু মণিপুর ষ্টেটকী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' ওইজখ্রবনি। এক্ট ওফ ষ্টেটতা, রাহং তৌবা যাদে, মদুগী মফমশু লৈতে। মিলিতবী ওকুপেশন তৌখীবা, তৌবিবা মণিপুরগী সোভবেন কনষ্টিট্যুসন অদু কবিগুম্বদা কোলোনিযেল ওইবম্বা তাববদি, ব্রিতেনগী মহাবানীগী লেত্তর ওফ পেতেন্ত, অমদি ষ্টেট সেক্রেতরীগী সহি যাওবমগদবনি। মদু যাওবমদবা তাববদি, মালেমগী আইন চৎন-পথাপ্পা য়াদবা 'এগ্রেসন' হাযবদুনি। মিলিতরী ওকুপেশন হাযর্বসি ক্রাইমনি, আইন থুগাইবদি, চুমদর্বানি। মসিবু অতোপ্পা ফ্রেমরার্ক অমদা নৌনা যেংবা তাবনি। অচুম্বা, ওবজেক্তিভ ওইবা ফিবেপশিংবু, নেতিভ ষ্টেট অতৈগী লৈবম্বা রাজনিতিগী থাক্তয় যেংলবশু, অহোযনদুম মপাঙ্গল কলহল্লি।

নেতিভ ষ্টেটপু ফাজিনখিবা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন মখাদা নৈনরি। মণিপুর ষ্টেটনা মশাগী সোভবেন কনষ্টিট্যুশন শেমলগা, মশাগী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' কী পান্নার শিজন্নদুনা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী মবী লৈবমবদু লোয়না মুথৎখ্রবনি। ভারতকী কনষ্টিট্যুশন ইং কুমজা ১৯৫০ দা চৎনবা হৌবা মতমদা ভাবতবু কনাগী মখাদা লৈবিবগে ? মদুগী পাংখকনি, মণিপুবগী ১৯৪৭ কনষ্টিট্যুশন চৎনবা মতমদা, মণিপুরবু কনাগী মখা থম্লগে ?

৭) সেসন হাযবসি টেবিটোবী যাওগদবনি। ওপেনহেম (ভোল্যুম ১:৫৪৭) না পীবা মতুংইন্না, ষ্টেট অনিগী মবক্তা সেসন ওইবা যাই। ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন (cession) নত্রগা মতুংদা কবিগুম্বা নিয়ম অমত্তনা মণিপুবগী লম ভাবত্তা সেসন তৌবা লৈতে। সেসন তৌবা তাবল্লবদি এসেম্ব্লীদা ইং কুমজা ১৯৪৯ দা বেতিফায় তৌবমগদবনি। মদুগী খুদম, বিকোর্দ লৈতে।

ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন অসি ষ্টেট দিপার্টমেন্টতগী থাবকপনি, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্টনা হান্না লৈবম্বা পোলিতিকেল দিপার্টমেন্টগীনি। ষ্টেটশিংবু লৌশনবা পাম্বা পতেল অমদি ভি: পি: মেননগী থৃংলাযান। মাউন্তবেতনা এপল বাসকেত, অমা সবদাব পতেলদা কৎচগে হাযবদা, পতেলনা এপল ৫৬৫ শুনা লৈনিংই হাযদুনা (১১: ৩৬৮), ভাইসবোযনা ষ্টেট মযাম যোনবা, পতেলনা মদুবু লৈযা হাযবদুনা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী সৃন্ফর্মান। মণিপুবদি মাউন্তবেতন্না যোনবশু ঙমদে, পতেলনা লৈবশু ঙমদে– মথোয মশেন ভাই শেন কেনজবদুনা মণিপুবদা মবী অমত্তা লৈনদে।

ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী পান্দমদি কঙ্গ্রেসনা ব্রিটিশতগী পেবামাউন্তসী অমদি ইম্পেবিযেলিজম ফংজহৌবনি। মদু নিতি চুমদবা, মোবেল ভেলিদিতিশু যাওদবা থৌওংনী। হৌবদগী ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী পান্দমদু লম লোযচননি- ঐখোযনা 'ফার্ষ্ট সিন' কৌবা যাই। লম লোয়চনবশিংনা ঙাংখীবা ব্রাইহেগা ওন্নবদা, হোদসনগী ব্রাইদা, কঙ্গ্রেসনা পাংথোকখীবা থবকতি - "ভার্চুএল এবজোর্পসন ওফ দ ষ্টেটস এণ্ড দ বিলেগেসন ওফ দ প্রিন্সলি ওর্দব তু দ স্তেতস ওফ এ নন-গোভর্নিং এবিষ্টোক্রেসি" (১১: ৩৬৯)। চৎনবিবা, ইন্তবনেসনেল লোদা, মিলিতবী ওক্যুপেসন, এগ্রেসন অমদি মনীংতম্বা মণিপুবগী মথক্তা 'ফোর্স' শিজীন্নবা যু: এন: চার্তবনা ইং কুমজা ১৯৪৫ দগী হৌবদুনা আইন চুমদে হাযবীবনি। মদুগী মথক্তা, 'বেবস সিক স্তেনতিবস' কী নিযমদা, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনন৷

মণিপুরবু পুনদে— হায়বদি, হান্নগী ফিভম মপুঙদা হোংপ্রবদি, হান্নগী ত্রিতিদু চৎনবা য়াদে।

## মেন্দেত করিনো ?

প্রাইম মিনিষ্টব এট্রলিনা মাউন্তবেতনদা পাংথোক্লবা শিন্নখীবা ফেব্রুয়ারী ২০, ১৯৪৭ কী মেন্দেততি শিনী- "হিজ মেজেস্টীজ গোভর্ণমেন্ট দুনোট ইন্তেন্দ তু হেন্দ ওভর দিয়ার পাৱারস এণ্ড ওব্লিগেসন্স অন্দর পেরামাউন্তসি তু এনি সক্সেসর গোভর্ণমেন্ট। য়ু ৱিল ওলসো এইদ এণ্ড এসিস্ট দ ষ্টেটস ইন কমিং তু ফেয়ার এণ্ড জষ্ট এরেঞ্জমেন্ট ৱিথ দ লীডর্স ওফ ব্রিটিশ ইন্দিয়া এজ তু দিয়ার ফিয়ুচর রিলেসনশিপ্স" (১১: ৩৫৫)। মাউন্তবেতন্না পুন্নমক কাল্লগা, ষ্টেট ময়াম এপল য়োনবদৌনা য়োষ্টোকলমএ- মদু মেন্দেত্তুগী ৱাংমদনি। অদুফাওবদা, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন সহি তৌবদা, ষ্টেটনা পীরমলিবা সোভরেন্তিগী পৱাব মচেৎ অহুমখত্তুংনি। মণিপুরগী ওইনদি, হিন্দুস্থানগী ফিবান্দা মাউন্তবেতন্না পুশনবদু, এট্রলীনা পীবা 'ফেয়ার এণ্ড জষ্ট এবেঞ্জমেন্ট' হায়বদু ওইখীদে। মবমদুমক্কা মাউন্তবেতনগী আইন চুমদবা, কঙ্গ্রেস ইম্পেরিয়েলিজম শাগৎপদু, মাগী পৱারগী ৱাংবদা তৌখীবা অরানবা থবকনি।

ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন মখল অহুম শুই; ইম্পেরিয়েলিষ্ট পণ্ডিতশিংনা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন অমখত্তুনি, হায়দুনা ষ্টেটশিংগী খেন্নবা থাকতু মাঙহল্লগা, মণিপুরগুম্বা ষ্টেটকী ৱাফমদু চরু মপৈ মরত্তুং য়েত্তুম অমা লঙশেকপগুম্না লঙশেক্লবা হোৎনৈ। অহানবা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসননা, ষ্টেট ১৪০ খত্তুংদা হিরম অহুম খত্তুং এসেসন তৌহল্লি (১১: ৩৭০), লেমহৌবিবা হিরম খুদিংমত্তুং মখোয়গী সোভরেন্তি শোকপা য়াদে। অনীশুবা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসননা, ষ্টেট ৭০ খক্লা মশাগী হান্না চলায়জরম্বা পাৱারগী ৱাংমদগী হেন্দোত্তুংনবনি। অহুমশুবা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসননা, লেমহৌরিবা তালুকা (খুঙ্গংগুম্বা ষ্টেট) ৩০০ দগী লেমহৌবা পাৱাব পুম্বা সেন্তরদা এসেসন তৌনবা পীখি। মণিপুরবুশু, মাবু খুঙ্গংগুম্না নমথবা পাম্বা মীওইনা এপল ৫৬৫ গী মনুংদা অমথকনি হায়দুনা লকনৈ- মদু অরানবা ফীরেপনি। মবমদি মাদি 'সুই জেনেরিস' হিষ্টরিকেল ষ্টেট ওইদুনা লাকলিবনি।

অহানবা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী মতেংনা, ষ্টেটনা সোভরেন্তিদগী

মাঙজরিবসি: (১) দিফেন্স, (২) এক্সতর্নেল এফিয়ার্স খত্তৱনি (৭: ১০৫), অদুবু কোন্না, কম্যুনিকেসনশু ষ্টেটতগী থাঙদোরকখীবনি। চপহেক চাবা, ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন অচুম্বদি, পান্নার অনিদগী হেন্না ষ্টেট সোভরেন্তিদগী খাইবা য়ারমদবনি। মসিদা, শেল- থুমগী করিগুম্বা পীগদবা লায়েবিলিতি লৈতে, অমদি থমখীদে। শম্মা হায়রবদা, ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসননা ষ্টেটতা পীরিবা থাকশী কনফিদরেশন্নী- ফেদরেশন ফাওবদগী হেন্না ৱাংখৎপা থাকনি। ১৯৩৫ গী এক্টনা পীবা ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসনদুদি, ১৯৩৯গী লানলাকপদা, মশানা অদুমক শিজখ্রবনি। কনফেদরেশনদি অমুক কায়বা য়াবা মেকানিজমনি।

## গান্ধীগী ষ্টেটকী মোরেল ফাউন্দেশন

গান্ধীগী সেবকশিংনা তৌরকপা, পাংথোকখীবা 'মিসনগা এন্দগা মরী লৈনরকই' হায়বা ময়াং ক্লাকশিংনা মখৌপোংনা মালেমদা লাওরীবা— মখোয়গী মোরেল মেথোদ ময়ামদু রিকোর্দতা ফংই: মদু মখাদা ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন সহি তৌহনবদা শিজিন্নখিবদু পীজগে। মোরেল ফাউন্দেশনদু য়েংখৎলকপা চুমই, মদুনা ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী মোরেল লেজিতিমেসী লেপকদৌরীবনি।

(১) ভারতকী ফিবান্দা য়াওরক্তবা, য়াওবা ষ্টেট খুদিংমক মনিংতম্বা য়াদে হায়বসীদি গান্ধী, নেহরু, পাতেলগী কমন পোলিতীকেল মোরেলিতীনী। চে-চাং মরাং কায়না ফংনরবনি। মশাগী মনিং তম্বদি পাম্বা, মীতোপ অতৈগী— খুদম ওইনা, মণিপুরগী মনিংতম্ববুদি মুনবা পাম্বা, মুনশু মুনখীবা ময়াং রাজনীতিৱালাশিংবু, মণিপুরনা লাই ওইনদি খক লাৎপা পামলোয়।

(২) ভাইসরোয়শিংগী জরনেল, রিপোর্টতা মরাং কায়না ইরিবদি, কঙ্গ্রেস লুচিংবা খিবীক্লা হিন্দু কঙ্গ্রেসকী অনৌবা লৈবাক (এম্পায়ার) শেম্নবা লম্বীদা, অফঙবা উপায় শিজিন্নখী হায়বসিনী। মতমদুগী লাই ওইরবা হিন্দু লুচিংবা নেতাশিংদুনা তৌখীবা ঙাংখীবা, শরৌ তৌনখীবা পুম্বা, ইম্পেরিয়েলিজমগী খুৎলায় ঙাত্তৱনি। ফেদরেসন অমা শেম্বগী মশানা চঙলবা 'ভোলুন্তরি কনসেন্ট' হায়বদু ৱাংখীবা কোঙ্গায়নী।

(৩) মাউন্তবেতন মশানা পামজবগী মথত্তৱ, মাবু হিষ্টরীগী অচৌবা ফম্ফমদা

লেপ্তনা মোরেলিষ্ট ময়াম্না মিকাহল্লগা, ষ্টেটশিংবু হৈতুপ লৈবা য়োনবদৌনা থবক পাংথোকহনখী- হৌজিক্কীদা হায়রগা, আমেরিকানা ভারত তম্খায় অমা লৈফম থোকই হায়বগা পাঙ্খকনি। মাউন্তবেতনশু এইচ: এম: জি: অমদি কেবিনেতকী মকোত্তৱ ফমগে হায়বগা যানরগা লাকখীবনি।

(৪) কঙ্গ্রেসনা ষ্টেটশিংগী মনুংদা 'দিভাইদ এণ্ড রূল' ব্রিটিশতগী হেন্না ফজনা শান্নে (৭: ১০৪), (৫: ২৪৪)। মণিপুরদশু ১৯৪৬-১৯৪৯ ফাওবা থোকখীবা রাজনীতিগী চনৈনবা ময়াম অমা লৈরমই। মণিপুরদদি, কঙ্গ্রেসকা ব্রিটিশকা খেন্নবা লৈখিদে হায়বা য়াই। অনিমক্তা মণিপুরবু লোইলম ওইনা থম্বা পামই।

(৫) বোরাচাওবনা মতম ১দা চাক খাঙবদুবু নিংশিংহনবদি, মাউন্তবেতন্না য়াম্না শক্তি লৈবা রুলরশিংবু চাক খাঙলগা থেমই (৭: ১০৮)। মণিপুরদা হৌজিক তৌবিবা মীহুৎশিংগী শগোল ললোনবগী মোরেলিতিদুগী পাঙ্খকনি; মদুদা, গান্ধীদগী সেবক ফাওবনা হরাওনা য়াখিবা ঙাকনি।

(৬) কঙ্গ্রেসনা ষ্টেট পীপলস কনফরেন্স শেমলগা, ষ্টেট মচাশিংদগী অচৌবা ষ্টেট ফাওবা য়োৎশল্লি- কোন্না, ব্রিটিশ পেরামাউন্সীগী মহুত্তা, কঙ্গ্রেস পেবামাউন্সী ওইবকই। মণিপুর ষ্টেটকী ফিবান্দা, ব্রিটিশ নত্রগা, আইন চুমদবা কঙ্গ্রেস পেবামাউন্সীবু অচুম্বা ওইনা লৌবা চুমদে।

(৭) ঙসিগী ব্রাইবারী, করপসন হায়বসি মবা তাদ্রিঙৈদা, কঙ্গ্রেস মোবেলিষ্টশিংনা, ঙমজবী থাদুনা লোন্না শেল পীজরগা থেমই অমসুং লৈবাক লৈ। যাম্না পীকপা খুদম অমা পীববদি, ত্রাভানকোরদা ষ্টেটকী মায়োত্তৱ লালহৌনবা, ফিফঠ কলমদা বামকৃষ্ণ দালমীয়ানা লুপা লাক্ষ ৫ দান তৌখি(৫:৯৫); হৌজিক্কীদা হায়রগা, ত্রাভানকোর মতোমতদা ইরাং থোক্লবা লুপা ক্রোর ৫০ সবভরসন তৌনবা, থাদবনি হায়বা যাই। দেৱান সি: পি: বুশু মশাদা ফুবা চৈবা তৌরগা, ত্রাভানকোরগী মনীংতম্বা মৎখিবনি। মণিপুরদশু থোকখিদে হায়বা য়ারোই।

মাউন্তবেতন্না হিংলিঁঙৈদা লেরী কোলীন্স অমদি লাপিয়ারনা হায় (২৪:১৯): "দ কঙ্গ্রেস পার্টি ব্রাজ পোওরিং মনী ইনতু দ ষ্টেটস তু ত্রাই এণ্ড রাইজ রিভোল্যুসনবি পিপল"। মণিপুরদদি শেলগী ঈশিং ইচাওদু পাথোরকখিদব্রা হংবা য়াবা ব্রাহংনি। সি: আই: এ: ফাওবনা, মতমদুগী মহাত্মা অমহিক্তি নেতাশিংদগী পারা

১-২ দংদি তমজবা পামলমগনি।

(৮) মদুদা নত্তনা, ষ্টেট মনুংদা এ: দি: সি: গী লোৰী শেমই (৭:১০৯)। মদুনা ষ্টেটতুগী মনুংদগী সবভরসন তৌবনি–মোরেলিষ্টশিংগী চারাশিংদু মপুংমরৈ ফারদুনা, য়েংবদা মরীকচুমএ- কঙ্গ্রেসনা থম্বীরম্বনি।

(৯) কম্যুনেল রাইওৎপু রাজনীতিগী পন্থুংদা শিজিন্নবদু ষ্টেট দিপার্টমেন্তনা শৌগৎখিদবা নত্তে। ভি: পী: মেননগী সজেসন লৈখি, মাগী ৱাহৈদা- "আই ওলসো পোইন্টেদ আওট দেত দ কম্যুনেল ফ্লার-অপ ইন নোর্থ ইন্দিয়া হেদ মোষ্ট ওফ দ হিন্দু ৱলর্স তর্ন এৱে ফ্রোম পাকিষ্টান এণ্ড আই সজেষ্টেদ দেত ৱি ওলসো য়ুজ দিস দিভলপমেন্ট তু আৱার এদভান্তেজ" (৭:৯৩)। ইং কুমজা ১৯৪৭ কী মমাংদগু, ১৯৪২ গী ক্যুইত ইন্দিয়া ঈহৌদা, মী লিশিং কয়া শিখিবা, সরকারগী প্রোপরতি তুম্না ভারতপুম্বদা মাঙহনখিবদু, গান্ধীয়ানশিংনা মোরেল দিফেন্স অমা লেপ্তুনা পীদুনা লাকখিবদুগী ৱারী মখা তারকপনি। পনবা য়াবদি, জিন্নাহনা খিলাফাৎ ঈহৌ, মপুঙদা ধর্ম্মগী ৱানি হায়দুনা শৌগৎপা পামদে– মরমদি, রাজনীতিগী তুরেল মরুদা ধর্ম্মগী হু খিত্তুং থাদবা হৌখ্রবদি, হুদুবু অমুক খায়দোকপা ওইথোক্তে।

(১০) ষ্টেট মিনিস্ত্রীনা পুম্নমকসিগী মথন্তৱ, 'স্ত্রোং আর্ম' মেথোদ শিজিন্নদুনা ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন তৌহনখিবনি (৫: ১৫৮)। নেহরুনা, মানা হায়বদা য়াদবা ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন সহি তৌদবা ষ্টেটতা লান্দাগনি অমসুং লৌশনগনি হায়বগী অকিবা (তেররাইজেসন) পীখি (৭:৭৫)। মাউন্তবেতনগী ৱাহৈমত্তদা, পতেলনা ষ্টেটকী প্রিন্সেসশিংবু 'ইন্তরনেল রিভোলুসন' থোকহল্লগা মফম মুনগনি হায়না পল্লি (২৪:১০)। পুম্নমকসিগী মথন্তৱ, তৌনখ্রিবা শরৌ, কন্সপিরেসি, শিজিন্নখিবা তুচুংলবা মেথোদ কয়াসি, যেংলুরগা, গান্ধীগী এম্পায়ার- হিন্দুস্থানগী মোরেল ফাউন্দেসন অমা, থোয়দোক্লা– ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন সহি তৌনবদা মোরেল লেজিতিমেশী লৈ হায়নবা মরম লৈতে। থোকখ্রিবা পুন্না হৌজিকমক্কী মালেম্না য়ানরিবা 'এগ্রেসন' হায়বদুগী মনুংচল্লি।

(১১) মণিপুরগী ওইনদি, ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী মোরেল অমদি পোলিতিকেল লেজিতিমেশী লৈতবতা নত্তনা, কনষ্টিট্যুসনেল লো অমদি ইন্তরনেসনেল লো লেজিতিমেসী পীবা তৌদে। মশাফাওবা মনীংতমজদ্রিবা ভারত দোমিনিয়ন্না, আগষ্ট তাং ১৫, ১৯৪৭ কী মমাংদা, ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসনদা

নত্তনা, কাবিগুম্না বাইন্দিং ওইবা ত্রিতিগী মবী অমত্তা থম্না ঙমদে। মদু ত্রিতি লোদা, আইন্না যাদবনি। নমজা নমথেক্লখিবা ঙাক্তনি।

## ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনদগী নানথোক্লবা ক্লোজ

ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন, মণিপুব মহাবাজনা সহি তৌখ্রবসু, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী মশাগী নাম্থোক্লবা ক্লোজ মশানা 'ইনবিইল্ট সেফতি ভাল্ভ' ওইনা পীদুনা লৈবে। ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী নাম্থোক্লবা ক্লোজদুদা নত্তনা, ইন্সত্রমেন্ট ওফ এসেসনগী প্রিজন হাউস অদুমক, মণিপুবগী মশাগী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' না মক ফুক্লা লঙশেক্লগা, মশাগী মীহুৎনা শেম্না, সবকাব অমা লৈখ্রবনি।

ইন্সত্রু মেন্ট ওফ এসেসনগী ব্বাবম তোকথোক্তুনা, মণিপুব ষ্টেটকী ওইনশু পনবা যাবদি- ভাবতকী সুপ্রীম কোর্টনা ১৯৯৩ দা পীখিবা বায অদুনি। মদুদি অসিনি- "ওন দ কমেন্সমেন্ট ওফ দ ইন্দিযান ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট, ১৯৪৭, ব্রিটিশ পেবামাউন্তসি লেপ্সদ এণ্ড দ ইন্দিযান ষ্টেটস বিকেম কর্মাপ্লিতলি সোভবেন এণ্ড ইন্দিপেন্দেন্ট" (১: ৫০)। মসিগী মমাংদশু চহি ৪০ বোম চুপ্পা সুপ্রীম কোর্টনা বায অসি পীদুনা লাকলি। সোভবেন অমদি ইন্দিপেন্দেন্ট মণিপুবনা মশাগী ১৯৪৭ কী কনষ্টিট্যুসন চৎচবদুদি, মাগী মনীংতম্নদুগী (সোভবেন) পাবাব শিজিন্নবান। ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন হাযবদু, মণিপুবগী কনষ্টিট্যুসন্না, ব্রেকবোর্দতা লুজদব বাহৈ ইবম্নদা দস্তবনা মুৎথৎপগুম মুখৎখ্রবনি অমুক হন্না ইক্ববনা, কান্নবা পীবা যাবোই। মণিপুবগী মনীংতম্নগী ব্রেকবোর্দতা, মনীংতমদ্রিবা, ত্রিতি সহি তৌবা ঙমদ্রিবা ভাবত দোমিনিযন্না ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী মিংদা মথোংহুত্তবা ইশনবদুদি, ১৯৪৭ কী মণিপুবগী সোভবেন কনষ্টিট্যুসনগী দস্তবনা শেঙনা মুখৎখ্রবনি।

ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন মশাগী নাম্থোক্লবা ইসকেপ ক্লোজ যাওবম্নদু ঐচ: ভি: হোদসন্না যাম্না য়েৎনবা যাদবা মওংনা ইবমলে (১১:৩৭১-৩৭২)। ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন সহি তৌবদুনা, মহাবাজনা 'এক্সেপতেন্স ওফ এনি ফ্যুচব কনষ্টিট্যুসন ওফ ইন্দিযা' যাগনি হায়বা পীদে, নত্রগা মহাবাজগী ওইনশু "নথিং ইন দিস ইন্সত্রুমেন্ট (ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসন) এফেক্টস দ কন্তিন্যুএন্স

ওফ মাই সোভরেন্তী ইন এণ্ড ওভর থিস ষ্টেট (মণিপুর)"। ইন্দিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স এক্টকী ক্লোজ ৭ (১) গী প্রোভাইজোনা পীবা মতুংইন্না, মণিপুর মহারাজনা ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনদু, মণিপুর কনষ্টিট্যুসন পাস তৌবদগীদি থবক ওইনা 'দিনাওন্স' অমদি 'সুপরসেড' তৌখ্রবনি (১১:৩৭২)। হোদসন্না হায়বগুম্না, ভারতনা নিয়ম চুমদনা হাপচনখিবা প্রোভাইজোদু, মণিপুর মহারাজনা য়ুনিলেতরেল্লী থুগায়খ্রবনি (১১: ৩৭২)। মদুগী মথক্তর এগ্রিমেন্ত, ব্রিতি খুদিংদা 'তরমিনেসন ক্লোজ' অমা, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনদা য়াওদবা মরম্না, ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনদু মশানা চংনবা যাদনা শোয়জরবনি। মদুগী মথক্তর, মহারাজনা মতোমতা থুগাযবগী হক লৈবনা মদুবু থুগায়খ্রবনি- চংনখিদ্রবনি। পুম্নমকসিগী মথক্তর, মহাবাজগী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' না ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী অপুনবা অমা কবিগুম্বা লৈরম্বা তারবশু, মদু লঙশেকখ্রবনি- পুম্নমক মহাবাজগী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' নী। কনষ্টিট্যুসন অমা মণিপুরগী লৈজরবা মতুংদদি, মণিপুর মহারাজ কনষ্টিট্যুসনগী মখাদা লৈজরে। খঙবীগদবদি মণিপুব কনষ্টিট্যুসন্না মহারাজগী মথক্তর লৈ হাযবসিনি। মহারাজনা কনষ্টিট্যুসনগী মথক্তর লৈবম্বা নত্তে। মণিপুরগী কনষ্টিট্যুশন চংনবা মতমদা, মণিপুবগী মনিংতম্বদা শোকপা চে- চাংনা অপনবা পীবা ঙমদে।

চংনবা য়াদ্রবা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট অমদি, ইন্সত্রুমেন্ত ওফ এসেসন, মণিপুবগী কনষ্টিট্যুসন ১৯৪৭ না মুথুংখ্রবা, মহাবাজগী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' না চামথোকখ্রবা, ইতিহাসকী অমোংপা- পুৱারী অমদি রিসার্চ খক্তহ্দা কান্নবা, দন্তবীন্দা হুন্দোকখ্রবা চেজেংনি। দন্তবীন্দা লৈগদবা পোংতু পুৱাবীগী দন্তবীন্দুদা অদুম লৈজহৌবসনু। পুৱাবীদা মুথুংপা য়াদনা লৈহৌগদবা হায়বতবু, ব্রিটিশ অমদি মাবু মহুং শিলহৌনবা হিন্দুস্থানী ইম্পেবিয়েলিজম্না, থনম্বা লমহূইনা লোংবগী মশক থীববা খুনামদুখক্তনি।

## রিফরেন্স


1) PDM, 'Annexation of Manipur 1949', Imphal 1995.
2) N Sanajaoba, 'Manipur Treaties and Documents, Vol I', 1993
3) K M Panikkar, 'The Evolution of British Policy Towards Indian States, 1774-1858', 1929, print, 1986
4) Sirdar, D K Sen, 'History of the Indian State- Their Status, Rights and Obligations', Rep 1985
5) D R Mankekar, 'Accession to Extinction -The Story of Indian

Princes', 1974
6) Urmila Phadnis 'Towards the Integration of Indian State, 1919 - 1947', 1968
7) V P Menon, 'The Story of the Integration of the Indian States', Rep 1969
8) Mesbahuddin Ahmed, 'The British Labour Party and the Indian Independence Movement, 1917-1939', 1987
9) Manzoor Ahmed, 'Indian Response to the Second World War', 1987
10) M S Venkataramani and Shrivastava 'Roosevelt, Gandhi and Churchill', 1983
11) H V Hodson, 'The Great Dvide Britain-India-Pakistan', 1969
12) C H Philips & Mary Doreen Wainwright ed , 'The Partition of India, Policies and Perspectives 1935-1947' 1970
13) Philip Ziegler, 'Mountbatten', 1986
14) Maulana Abul Kalam Azad, 'India Wins Freedom' (The Complete version released after thirty years), 1988
15) Pendereal Moon, ed , 'Wavell The Viceroy's Journal', 1973
16) Stanley Wolpert, 'Jinnah of Pakistan', 1984
17) Barry Buzan & Gowher Rizvi, ed 'South Asian Insecurity and the Great Powers', 1988
18) Peter King 'Twentieth-Century British History 1980
19) Ivor Jennings 'The British Commonwealth of Nations' 19[illegible]
20) Bipan Chandra, 'India's Struggle for Independence' 1989
21) Mansergh, ed 'All volumes of Transfer of Power' (as profusely cited in some of the 1991 papers of the author)
22) Larry Collins and Dominique Lapierre 'Freedom at Midnight' 1978
23) Larry Collins and Dominique Lapierre 'Mountbatten and the Partition of India , 1983
24) Larry Collins and Dominique Lapierre, 'Mountbatten and Independent India', Rep 1994
25) Durga Das, 'India from Curzon to Nehru & After', 1977
26) Debeshwor Sharma 'Herai Jowar Dinbor' Jorhat 1991
27) Oppenheim 'International Law', Volume I
28) Wade & Phillips, 'Constitutional Law'

# নোত

আগষ্ট ১১, ১৯৪৭ তা মণিপুর ষ্টেটকী নিংথৌনা মপুংফানা ষ্টেট ওইদ্রিবা নত্রগা কোন্না ১৯৫০ দগী রিপব্লিক ওইবক্কদৌবা ভারতকী দোমিনিয়ন্দা ইন্সত্রুমেন্ট অনী সহী তৌবগা পোষ্টতা থাখিবদু কস্তমরী ইন্টরনেসনেল লো নত্রগা, মদুবু শৌগৎলকখিবা ভিয়েন্না কনভেনশন ওন লো ওফ ত্রিতিজগী মীৎয়েংদা, চুমদবা মবম লৈবদগী চৎনবা য়াদে হায়বগী মবম লৈ- মদু মখাদা পীরি। ভিয়েন্না কনভেনশনবু মরীকচুম্না নৈনবীবগা, মখাগী পোইন্তশিংশি খঙবা ওইথোক্কনি।

(১) আগষ্ট তাং ১৪ দা মণিপুর মনীংতম্বা, অমদি আগষ্ট ১৫, ১৯৪৭ তা ভারত মনীংতম্বা-হায়রিবা তারিখ অনিশিংগী মমাংদা পেবামাউন্সী লৈবমই। পেবামাউন্সী লৈরিঙে মনুংদা, মখোয় অনিনা মপুংফারবা প্লেনিপোতেনসিয়ারী ওইনা এগ্রীমেন্ততা চংবা ঙমদ্রি। পেবামাউন্সী হেক মুৎত্রিবা ফাওবা, মিংকুপ্তু মণিপুরগা ব্রিটিশ ক্রাউনগা লৈনবা মরীদু লৈরি- ব্রিটিশকী ক্রাউন্দু কঙ্গ্রেস পার্টিদা নত্রগা ভারতকী দোমিনিয়ন্দা শিন্নখিবা লৈতে- শিন্নবশু যাদে। কেপাসিতি লৈতবা সবজেক্ত অনিগী মানবা এগ্রীমেন্তভু চৎননবা মবম লৈখিদে।

(২) অমরোমদা য়েংলবশু, 'সেসন' হায়বসি টেৌবীটৌবীদুবু খংনবনা মবম ওইদুনা, মণিপুরগী টেৌবীটে বীদু ভারত দোমিনিয়ন্দা সেসন তৌরমদবা তারগদি, করিগুম্বা অমত্তা সেসন তৌখিদে হায়বা ওই। 'সেসন' তৌবা তাররদি, আইন শেম্বা বোর্দা অনিমক্না রেতিফিকেশন তৌগদবনি। মদু তৌখীবা লৈতে।

(৩) ইং কুমজা ১৯৪৫ দা, য়ুনাইতেদ নেসন্সকী চার্তর চৎনখীবদগী হৌরদুনা, মং ম অমদা লান (ৱার), জয় তৌবা (কনকোষ্ট), নমদুনা সৌবা (ফোর্স শীজিন্নবা) গী উপায় শিজিন্নবগা লৈরাক নৌশন্নবম্বদু যাদে হায়দনা, আইন কায়বা ওইনা চৎন পথাপ শেমখ্রবনি। মণিপুরগী সোভরেন্তিশু, ভারতনা লৌথোকপা, লৌবা পমখিদে। যানদুনা লৌবা তাররদি, অশাংবা প্রোসদ্যুর রেতিফিকেশন অমাদ রিফরেন্দম তৌগদবনি। মণিপুরদা, অদুগুম্বা অমত্তা তৌখিবা লৈতে। মণিপুর এসেম্বলীনা এপ্রুভ তৌখিবা লৈতে।

(৪) চৎনবির 'লো ওফ ত্রিতিজ' দা ফোর্স শীজিন্নবা, নমথাক তৌবা, নিযম চুমদবা, কেপাসিতি লৈতনা সহি তৌনবা এগ্রীমেন্ত চৎনবা যাদে হায়না লৈররনি। চহি ১০০ গী মতুংদা হোংকোংনা ব্রিতেন্দগী চীনাদা ১৯৯৭ তা হল্লকালবা, ১৯৩৯ দা বাল্টিক ষ্টেট অহুমর লৌশিনবা সোভিয়েৎ জর্মনী ত্রিতিদু ১৯৯১ দা চৎনবা যাদবদগী থুগায়খিবা, খুদম কয়ামকম মবাং কায়না লৈরে। সহিবু তৌখ্রবদি 'য়ে কম' নি হায়বা তাররদি, মাসি ফার ফারগা, কিদনেপ তৌবগা, মাগী প্রোপর্তি, এম্পায়ার পাথোকএ হায়বগী তৌরনবা সহিদু চৎনবা তাররদি, মদু

'লো ওফ জঙ্গল' নি– মালেমদা চৎনখিদবা কুইরবা রানি। ওপেহ্নেমদগী লাওতরপাত, মদুদগী য়ু: এন:, মদুদগী ১৯৬৬ কী ভিয়েন্না কনভেনশন লাকখ্রবনি। য়ু: এন: চার্তরমক্তা, ফোর্স শিজন্নবদু আইন থুগায়বনি হায়রি।

(৫) মালেমদা চৎনরিবা ত্রিতিগী পথাপ্তা য়াওরিবা নীয়ম অমদি- 'রেবস সিক স্টেন্তিবস' হায়বসিনি। মসিগী মতুংইন্না, হান্নগী সহি তৌনবা মতমদা লৈবন্বা ফিভমদু ফজনা হোংখ্রবদি, মদুবু চৎনবা য়াদ্রে হায়বসিনি।

(৬) ভাবতকী সুপ্রীম কোর্টনা সোভবেন্তি ষ্টেটতা লৈরি হায়বদুদা, করিগুম্বা ত্রান্সফব তৌরম্বা পাব্রাব অহুমদু পীখিবম্বা তারবশু, মদুবু ষ্টেটনা মশানা পামদ্রবদি, অমুক লৌশিল্লকপা ঙমই। পাব্রাব অহুম পীথোক্লগা, কনফিদরেসন শেম্প্রগা, কোন্না পীথোকখিবা পাব্রাব অহুমদু অমুক ষ্টেট মশানা 'এক্ট ওফ ষ্টেট' কী মখাদা লৌশিল্লগা, কনফিদবেসন্দগী থোবকপা, কেশ তরা লৈ। মদুগী মথক্তব, ভাবতকী সুপ্রীম কোর্টনা, সোভবেন্ত মণিপুরগী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' তা কবিগুম্বা ব্রাহং তৌবা ঙমদে, ঙসিফাওবা তৌবশু তৌদ্রি। সুপ্রীম কোর্ট ফাওবগী ওপীনিয়নশি লৈ হায়বখক্তনি। ভাবতকী সুপ্রীম কোর্টনা, মণিপুবগী মনিংতম্বা থদৎনবগী হিবমদা জুবিসদিক্সন লৈতে।

(৭) ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ট অমদি ইন্সত্রু মেন্ত ওফ এসেসনদা, ইসকেপ ক্লোজ অনি নত্তনা, 'তার্বমিনেসন ক্লোজ' হাপ্পমদবদুনা এগ্রীমেন্ত অমগী চঙফদ্রবা মচাক যাওদ্রবনিনা, অসিগুম্বা এগ্রীমেন্তশিদি, লৈবাকশিংনা য়ুনিলেতবেল তাবমিনেসন তৌবা ঙমই। মদুমক, মণিপুবনা মশাগী 'এক্ট ওফ ষ্টেট' উৎপা থবক কয়ানা তৌখ্রবনি। মদুগীদমক, ভাবতকী দোর্মিনিযন্না ব্রাহং তৌনবা হক লৈজদে। ওথোবিতি ওইবিবা মেক নাযাবগী মোত অর্সিনি: "ইট ইজ ব্রাইডলি বিকগনাইজদ দেট মেতবিয়েল ব্রীচ বাই ব্রান পার্টি এন্তাইতলস দ আদব পার্টি ওব পার্টিজ তু এ ত্রিতি তু ইনভোক দ ব্রীচ এজ এ গ্রাওন্ড ওফ তর্মিনেসন ওব সসপেন্সন" ইভান ব্রাওনলী– ফিল:, ১৯৮০, লা: ৬১৫।

# দোকুমেন্ট

চীফ মিনিস্তর ওইরম্বা পী: বি: সিংহনা অইবদা পীরকপা চিঠী।

Date 2 Feb. 1996

Dear Sanajaoba,

When I returned from the Army I joined Manipur State Service on 6th August 1947. Major F F. Pearson I.P.S. (Indian Political Service), Showed me a book containing Model Constitutions from which he and the Constitution making Body was getting help.

He made no mention of any external force making it necessary for the Manipur Government to draw up a Constitution

The Constitution was signed by the Maharaja and there was no need for any other person or authority to affix another signature.

Yours Sincerely,
Sd/-

**( P.B. Singh )**

মরী লৈনবা মতমদুগী ইন্তরনেসনেল লোদা, পেরামাউন্তসী হায়না য়ানবা কনসেপ্ত অমা লৈরমদ্রগশু, ব্রিটিশ ক্রাউন্না, মাগা ত্রিতিগী, য়ানবগী মরী থম্লরম্বা মনিংতম্বা লৈবাক (ষ্টেট) শিং পুম্নমক্তগী খ্বায়দগী হেল্লি (পেরামাউন্ত ওই), হায়বা সুপর-পাব্বারগী পথাপ অদুবু পেরামাউন্তসী হায়না খঙনদুনা লাকই। মদুবু মখাদা নৈনরি।

ইন্দিয়া হায়বা ব্রিটিশনা শেম্বীরম্বা সব-কন্তিনেন্ট অসিগী মনুংদা য়াওখ্রবা লৈবাকশিংগী লৈঙাকলোনগী থাক্কী অরেপ্পা ব্রাহম্বোক—মরু ওইনা, মশাগী পুব্রারীগী মরোমদোম লেপচদুনা লাকচবা ঙম্বা মণিপুরগুম্বা অমদি অতোপ্পা ষ্টেট কয়াগী মতাংদা ব্রিটিশনা অথোইবা শুপনম পাঙ্গন (পেরামাউন্তসী) থাদোক্লম্লবা, মতমদুদা ওইহৌগদবা লৈঙাক্লোনগী ফিরেপশিং অদু ব্রিটিশ লৈঙাক মপু অমদি ক্রাউনগী মীহুৎশিংগী লৈঙাক্কী চৎনরোল (ওফিসিয়েল) থাক্তা অমসুং লৈবাকশিংদুগী লৈঙাক্কী চৎনরোল, ওফিসিয়েলগী থাক অনিমক্তা পুখৎনরক্লম্মী।

অসিদসু নত্তনা, লনাইগী হায়বদি মুসলিম লীগ, কঙ্গ্রেস অমসুং অতোপ্পা তোঙানবা লূপ কয়াদা, ব্রাখল্লোনগী থাজবা অমদি লৈঙাকলোনগী পান্দম লৈবা, তৌইগুম্বসুং ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মনুংদা লৈবা মাইচৌ কয়ানা তুংইনবা অকনবা ঈথিল পীবা ঙম্বা (প্রেসর গ্রুপ) শিংনসু মসিগী মতাংসিদা ব্রাখল্লোন পুখৎনরক্লম্মী। ইরিবা অসিগী পান্দমদি, মরু ওইনা য়াম্নমক য়েৎনখিবশিং হায়বদি ঈথিল পীবা ঙম্বা কাংবুশিংগী ঈহুলশিং (মোৎশিং) অমসুং লৈঙাক্কী চৎনরোল (ওফিসিয়েল) শিংগী ফিরেপশিংদুবু অমুক্কা হন্না নৈননবা হোৎনবনি। তশেংনা ঈথিল পীবা ঙম্বশিংদুগী ব্রাখল্লোনশিং, অমদি মথোয়গী ঈহুল (মোৎশিংদু) ব্রায়েলগী

থোংদা অমুক চেকশন্না যেংবা তাববদি, মপাঙ্গল যাওদে।

মতাং অসিদদি, বৃটিশ ইন্দিযাগী মনুংদা লৈবা ঈথিল পাবা ঙম্বা কা থু অমদি লুপশিংদু অহুমশুবা কাংবু ওইনা তোঙান্না লৈহৌবে-- মবমদি. ব্রিটিশ ক্রাউনগা মনিং তমলম্বা লৈবাকশিংগা লৈনখিবা যাল-চে (রাশক্ল-চে) শিংদুনা মবম ওইদুনা তোঙান তোঙানবা নাৎকী, পুরাবীগী ওইবা অমসুং ফুকপকী ওইবা মবে কযানা রাহম্লোক শাগৎলকপদা, ভাবত মাতাগী অমত্তা ওইবা অমদি ইস্লামগী মচিল-মনাও ওইবগী রাখলদু-- ফুকপকী লীপুন অমদি অতোপ্পা কযাদদি, ইচম-ইচম চম্বা রা ওইখি। কঙ্গ্রেস অমদি লীগ অনিগী রাংমদা, অহুমশুবা রাখল্লোন লৈখি।

## ইশু অমা: অহানবা থোরকপা রাফম

**ব্রিটিশকি অথোইবা শুপনম পাঙ্গলসিবু (পেরামাউন্তসি) কঙ্গ্রেসকী নত্রগা মুসলিম লীগকী অথোইবা শুপনম পাঙ্গলদা মহুৎ শিনজিনলম্বা য়াথিদবরা ?**

কঙ্গ্রেসকী লনাই রাখলদি (মোৎতি) ব্রিটিশকী অথোইবা শুপনম পাঙ্গল অসি কঙ্গ্রেসকী শুপনম পাঙ্গলনা মহুৎ শিনজিনগদবনি হাযবসিনি। ঐইচ:ভি. হোডসননা পল্লী-- "ভাইসবোই অমসুং মকওইবা লৈঙাকলোনগী লুচিংবশিংনা ইং কুমজা ১৯৪৭, জুনগী ১৩ দা লৈঙাকলোনগী থৌদা পুবেল (পোলিটিকেল এদভাইজব) যাওনা লৈবাকশিংগী মতাংদা খন্নখিবা মতমদা পন্দিৎ নেহরুনা তশেংনা কঙ্গ্রেসকী রাখল্লোনগী লম্বীদা চথবকখি, মদুদি মহুৎশিলহৌবা ভাবত লৈঙাক মপু অমনসু লৈঙাক্কী পাঙ্গল (শক্তি) শিন্নখববা মতুংদদি, অথোইবা শুপনম পাঙ্গল হাযবদু ওইদবনি"। মণিপুবগী যুস্ফমদা, ব্রিশি পেবামাউন্তসীগী মহুৎ কঙ্গ্রেসনা ওইখিবা লৈতে। ভাবতকী নিযম চুমদনা শেম্বা কংলা (কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেমব্লী) দা য়াওবা, যানিংদবা লৈবাকশিংগী মথক্তা লান তৌনিংবগী রাখল, ঈহুল অদু নেহরুনা লোৎলমদে, অদুবু মহাক্না ফজবা মওংদা অবোইবা (অলটিমেটম) অমা ষ্টেটশিংদা এপ্রিলগী ১৯, ১৯৪৭ দা পিবম্মী"।

পটেলগী থৌশিলনা তোঙানবা অমনি। মহাক্না কিহন্দুনা, থেমদুনা নত্রগা, খুদোংচাবা কযা পীবগা যাহন্নবা হোৎনবম্মী। মহাক্না হাযখি "ঐহাক্না

ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী নিংথৌশিং অমদি প্রজাশিং পুন্নমক ইমা লৈবাক (ভারত) কী কন্সটিটুয়েন্ট এসেমব্লি অসিদা মরুপ মপাং ওইবগী অমদি অমগা অমগগী তেংবাংমীন্নরগা পুন্নমক্কী ওইবা য়াইফনবা হোৎনমিন্ননবা চেপাও (বার্ত্তণ) তৌরি"[৩]।

মণিপুরগুম্বা অমদি অতোপ্পা লৈবাক খরদদি, পটেলগী ইমা লৈবাক হায়বা ব্রাফম অসি লোইলম লৈঙাক্কী ব্রাফম য়াওই, মরমদি মহাক্না শিজিন্নরীবা ইমা লৈবাক হায়বসিগী অরোয়বা ঙমখৈ হিন্দু লুচীংবা অসিনা খংলমদে। রাজা গোপালচারিনা ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাক (নেতিভ ষ্টেট) পুন্নমক ভারতকী মখাদা লৌশল্লবদা থোরক্কদবা ইরাং অমদি অতোপ্পা ব্রাফম কয়াদু কিরম্মী। মদুনা, মাগী ব্রাখলনা চরাংনবা মবক্তুদা মাগী ব্রাহৈগী য়ুম্ফম থিরম্মী। মহাক্না হায়- "ভারতকী নিংথৌ মচাশিংগী ব্রাখলদা মখোয় মনিং-মখা তম্মবনি হায়বা অসিদগী থোরক্কদবা ইরাংশিং অদু থিংনবগী করিগুম্বা খরা তৌফম থোকই। লোইননা নিংথৌমচাশিংনা মনিং মখা তম্মে হায়না লাওথোরকপসি ব্রাযেলগী উপায়না থিংফম থোকই"[৪]। মণিপুরগী মনিংতম্বদশু কঙ্গ্রেসনা খুরৌ থাংদুনতা লাকখি ।

ভারতকী নিংতম লানফমদা লুচিংবা ওইখিবা কঙ্গ্রেসকীসু লুচিংবা এম: কে: গান্ধী মশামক্না ভারতকী নিংথৌ মচাশিংগী নিং-তম্বগী মায়োক্তা লৈখি। মাউন্তবেতননা গান্ধিগী ব্রাখল্লোনগী মরমদা অসুম্না ইবম্মী, "গান্ধিগা লোইননা ঐখোয়গী ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী মরমদা খন্নে। মহাক্না ঐঙোন্দা, ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী নিংতম্রে হায়না লাওথোরকপদগী, আগষ্ট ১৫, ১৯৪৭ কী তুংদা ভারত মচেৎ-মচেৎ কাইগদবগী, ইন্দিয়া অমসুং পাকিস্তানগী মপু ওইবা (ডোমিনিয়ন)শিংগী মরক্তা ইরাং লৈহন্দনবা হোৎনবা য়াবা মখৈ হোৎনৌ"।[৫] ইন্দিয়া হায়বশিদি ব্রিটিশনা শেম্বনি, হান্না লৈরম্বা নত্তে হায়বসি লাম্বা ফংজদে।

মতাংসিদা, মাউন্তবেতননা গান্ধীদা খুম্মী-"নহাক্না মতম পুন্নমক্তা মীশিংবু থেম্বগী ব্রাফম হায় অদুবু নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী ব্রাফমদদি নহাক্না কিহল্লী। নহাক্না লুহোংনিংবা নুপী অমবু চৈবুল পাইরগা মহাকপু য়াহন্নবা থেমগদ্রা"?[৬] মনিংতমদুনতা লাকখিবা মণিপুরনা মনিংতম্বদা, গান্ধীগী লৈবাক্তা শোক্তে।

ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মখাদা লৈবা লৈবাকশিংবু নমদুনা ভারত্তা তিনশিন্নবা হোৎনবদা, পতেলগী মমি ওইরিবা ভি: পী: মেনন্না অসুম্না হায়, "তশেংনমক ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাক অমত্তা মালেমগী চৎন-পথাপতা (ইন্তরনেসনেল স্তেতস) লৈতে, মখোয় অয়াম্বনা মোগল নিংথৌরেল নত্রগা মারাঠা (কনফিদরেসি) নত্রগা, সিখ নিংথৌরেলগী মখা পোল্লম্মী" ।[৭] মণিপুর ময়াং নিংথৌবেল কনামতগী মখাদা লৈখিবা নত্তে- মদুবু পতেলগী লৌশিংগী অকবা অদুনা ওনবা ঙমখীবা নত্তে। মাগী মমিংনা উবা মীরৈবাকপু, মাগী ভাবত মাতা ওইনা উরকখি-- লায়না অসি হিটলরদসু নাখিবনি।

মোটিলাল নেহরুগী পাউকৎতা (রিপোর্ট) ভাবত অমদি নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী মরক্তা লৈনবা অপুনবা নাৎ, ফুকপ, লাইনিং লিচৎকী অমসুং ইমুং-মনুংগী পুন্সি মরেলগী মরমদা হায়রম্মী।[৮]

মথক্তা হায়খ্রিবা কঙ্গ্রেস লুচিংবশিংগী খেন্নববা ৱাফমশিংসি, পুৱাবীগী ৱাফমশিংবু অচুম্বা মওংদা থম্বগী মহুত্তা, মখোযগী বেসিজম্না ফমলেন ৱাংনা লৈনিংবগী অমদি লৈননবগী ৱাফমশিংনি । মণিপুবগী মতাংদদি মখোয়না হাযবিবা মযামগী ওইবা লাইনিং, ইমুং-মনুংগী ৱাফম, মোগলশিংগী নত্রগা অতোপ্পা লৈবাক্কী মখাদা পুন্না লৈবগী ৱাফমশিংসি অচুম্বা নত্তবা, মরিল ফুন্দবা অমদি চানদবা ৱাফম্নি । মসিদা নত্তনা অতোপ্পা লৈবাকশিংগী মফমদসু মীৎয়েং অসি অদুম লৈবম্মী।

মুসলিম লীগনা যুম্ফম ওইবা অতোপ্পা কাংলুপ অমগী লুচিংবা মহমদ অলি জিন্নানা কঙ্গ্রেসকী ৱাফম অসি যুম্ফম য়াওদে, হায়জিন্নবনি হায়না ফোংদোকই । নেহরুনা নিংথৌমচাশিংগী মীহুৎনি হায়দুনা ঙাংলিবশিং অদু শিংনরমই মরমদি, নিংথৌমচাশিংনা মখোয়গী মীহুৎ ওইবগী অয়াবা নেহরুদা কৈদৌঙৈদসু পীখিদে। জিন্নানা নেহরুবু নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী মীহুৎ ওইবা য়াবোই হায়খি।[৯]

এ: আই: সি: সি: না লৈবাক (নেটিভ ষ্টেট) কী নিং-খা তম্বদি মীয়ামগী মফমদা লৈ হায়না ফোংদোকই" ।[১০] মণিপুবগী মীযাম্বদি কঙ্গ্রেসনা মণিপুব লৌশনবদা তান্নবমদে, নত্রগা বিফবেন্দম তৌখিদে।

হায়রিবা মীয়ামশিং অসিনা, নেহরু নত্রগা অতোপ্পা কঙ্গ্রেসকী লুচিংবশিং অমদি মুসলিম লীগকী লুচিংবশিংদা মখোয়গী নিংখা তম্বগী ৱাফমবু শিন্নথোকখিবা লৈতে । অসুম্না পাঙ্গল লৈবা অমদি হন্থনা পাঙ্গল লৈবা কাংলুপ অনি অসিগা, ষ্টেটকী মীয়ামশিংদুগা লৈনবা মরীগী মতাংদা চয়েংনবসি লৈবনা, চৎন-পথাপকী ফীভম করিনো হায়বদু তশেংলে । ফমলেন মীহুৎলোই (কেবীনেট দেলিগেসন) অমদি ভাইসরোইনা মেগী তাং ১৬,১৯৪৬ তা তশেংনা ময়েকশেংনা লাওথোকখি—মদুদি "ঐখোয়না হায়রিবা ৱা (রিকোমেন্দেসন) থমদ্রিঙৈগী মমাংদা বৃটিশ ইন্দিয়াগা নিংথৌ পানবা লৈবাক (প্রিন্সলি ষ্টেট) শিংগা করি মরী লৈনবগে হায়বদু হান্না থমলি"।

মসি তশেংলবনি মদুদি, ভারতনা নিংখা তম্বা ফংবগা লোয়ননা কমন ৱেলথ য়াওরবসু য়াওদ্রবসু, ব্রিটিশ ক্রাউনগা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগা লৈনরিবা মরী অসি লৈনবা য়াররোই; মতম অদুদদি ব্রিটিশ ক্রাউন্দা অথোইবা শুপনমগী পাঙ্গল (পেরামাউন্তসি) থমহৌবা য়াররোই, লোইননা অনৌবা লৈঙাক অমদা অথোইবা শুপনম পাঙ্গল শিন্নথোকপসু য়ারোই ।[১১] কঙ্গ্রেসনা ব্রিটিশ পেরামাউন্তসিগী খুভম হঞ্জনবা য়াদে।

সার ইস্তেফোর্ট ক্রিপ্সনা মাগী পাওগী মীফমদা, মেগী তারিক ১৬, ১৯৪৬ তা অথোইবা শুপনম পাঙ্গলগী মতাংদা অসুম্না ফোংদোকখি - "হৌজিক ষ্টেটশিংগী মতাংদা ৱাফম খরদং হায়গে, পেরেগ্রাফ ১৪ দা হায়রিবা ৱাফমশিং অসিনা মসি শেংদোক্লি মদুদি অনৌবা চৎন-পথাপ লাকপগা লোইননা অথোইবা শুপ্পম পাঙ্গল শাংথনা লৈররোই অদুগা অতোপ্পা কনাদসু শিন্নথোকপা য়ারোই । মরম অসিনা ঐনা ৱাফম অসি হায়বা তাই মদুদি ষ্টেটশিংগী অয়াবা য়াওদনা মখোয়গী লৈঙাকলোনগী ৱাফম কাংলুপ অমদা নত্রগা অমদা শিন্নথোকপা য়ারোই । মরম অদুনা মপুং ফানা নিংখা তম্না লৈগনি । অদুবু ষ্টেটশিংদুনা মখোয়না য়ুনিয়নগা লৈনবা মরীগী ৱারী শান্নরগা লেপননবা অপাম্বা ফোংদোরক্লি । মরম অদুনা ৱাফম অসি ঐখোয়গী ষ্টেটশিং অসি ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী কাংলুপশিংগী মফমদা থল্লি" ।[১২]

অথোইবা লৈঙাক থৌশিল পুরেল (প্রাইম মিনিস্তর) সি: আর: এট্লিনা

লোর্ড মাউন্তবেতনদা পীবা মার্চ ১৯৪৭ কী চেরোল অমদা ক্রাউনগী ফিরেপ খংহল্লি। মদুদা অসুম্না ইরি-"ইন্দিয়াগী ষ্টেটশিংনা ব্রিটিশকী মহুৎ শিলহৌগদবা পাঙ্গলশিংগা করি করি লৈনগদবগে হায়বসি অরুবা ৱাফম্লি অদুবু ফমথৌ লুপলেন-লিচৎ শন্দোকপা (কেবিনেত মিসন) না শেংনা তাক্লি মদুদি ব্রিটিশ ক্রাউননা মখোয়গী পাঙ্গলশিং অমদি থৌগাই-ৱাশক (ওব্লিগেসন) পুন্নমক মহুৎ শিলহৌগদবা লৈবাক অমদা শিন্নথোকপা য়ানিংদে। অথোইবা শুপনমবু পাঙ্গল শিন্নগদবা নুমিৎ (আগষ্ট ১৫, ১৯৪৭) অসিগী মমাংদা চৎনবী ওইনা লৈহনখিবা পামদে। অদুবু নহাক্না (মাউন্তবেতন) পামলবদি অমদি মতিক চাই হায়না খল্লবদি নেটিভ ষ্টেটশিংগা ব্রিটিশ ক্রাউনগা লৈনগদবা মরী অদু য়ানবা মওংদা পুরকপা য়াগনি"।[১৩] মণিপুরবু ভারত্তা শিন্নথোকপা হায়বসি য়াথংশিগী তায়োন্নবনি।

## ইশু অনি: অনিশুবা থোরকপা ৱাফম

**অথোইবা শুপনম পাঙ্গল লোইখিবা মতমদা মণিপুর নিং-খা তম্মমদব্রা?**

ব্রিটিশকী শুপনম পাঙ্গল লোইখ্রবা তুংদা, ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মখাদা লৈরম্বা লৈবাকশিং অসি মনিং তম্লমব্রা হায়বদুগী মতাংদা থাজবা ৱাবোল (ওপীনিয়ন) অনি শুই। অহানবদা, ব্রিটিশ লৈঙাক্কী ফিরেপ মতুংইন্না লৈবাকশিং অমদি তালুকা (সব ডিবিজন) ওইনা লৈবম্বা নেতিভ ষ্টেটশিংগী ফিভম অসি হিন্দু নত্রগা মোগল লৈবাক্কী শকক অমা ওইনা লৈবম্মী হাযবসিনী; অনিশুবদা- কঙ্গ্রেস পার্টি লুচিংবশিংগী ফিবেপশিং অদুবু যানিংদবা ফোংদোক্তুনা, মুসলিম লীগ লুচিংবশিংনা মথক্কী ৱাফমশিং অসিবুসু যানিংদবা ফোংদোকই। হাযবিবা ৱাফমশিং অসি লৈঙাক্কী ওইবা চে-চাংশিংনসু ফজনা মযেক শেংনা উৎলি। অমদি ইন্দিযা অমদি বর্মাগী সেক্রেটবি ওফ ষ্টেট ওইবম্বা মিস্তব আর্ল ওফ লিস্তোৱেলনা ইবা জুলাই ২, ১৯৪৭ কী চিঠিদা অসুম্না হায, "ইন্দিযাগী লৈবাকশিং অসি বৃটিশকী লম মনুংদা লৈতবনা পার্লিয়ামেন্টনা শেম্বা ৱাযেনশিংগী মখা পোন্দে অমদি মখোযগী অয়াবা য়াওদনা মখোয়দা থৌগাই ৱাশক (ওব্লিগেসন) থম্বা য়াদে"।[১৪] মণিপুবদশু ৱাফমশি অদুমক চুমই।

তাইমস ওফ ইন্দিয়াগী অরেংবা (ইডিতব) ডাঃ আব: মনকেকবনা অসুম্না ই- "তশেংনমক ৱায়েনগী ফিভম (লিগেল পোজিসন) অমদি ব্রিটিশ লৈঙাক্কী

ৱাখল ইহুল মতুংইন্না, ১৯৪৭ কী পাঙ্গল শিন্নবগী (ট্রান্সফর ওফ পাৱার) গী মতমদা ভারতকী লৈবাকশিংনা ভারত নত্রগা পাকিস্তান্না মপু-ওইবা (দোমিনিয়ন) অনিগী মরক্তা অমদা যাওবা নত্রগা, নিংতম্না লৈবা য়াই। মসিনা মখোয়দা (ষ্টেটশিং) নিংতম্বা লৈবা য়াবগী খুদোংচাবা পীবি। 'ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন' দা ইন্দিযাগী নিংথৌ মচাশিংনা শোই তৌখ্রবা মতুংদা, ক্লোজ ৭ অমসুং ৮ দা মখোযগী নিংখা তম্বগী ৱাফম থম্লি । মতৌ অসুম্না তুংদা ইনরকপা য়ান-চেরোল পুম্নমক ইন্দিয়াগী লৈঙাকপা অমসুং লৈবাক্কী নিংথৌশিংগা নীংখাতমলবা লৈবাক্কী মীহুৎ ওইনা ইনবা, ঙাক্তনি"।[১০]

ইন্দিয়াদা ব্রিটিশ ক্রাউনগী মহুৎ শিন্নিবা লোর্ড মাউন্তবেতননা জুলাই ২৫, ১৯৪৭ তা থাদোরকপা প্রেসকী ৱারোল অমদা, নিংথৌ মচাশিংগী লৈঙাকলোনগী থাক্কী ফিভম মবমদা শেংনা তাকই। মদুদা হায়- "হৌজিক ইন্দিযান ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট শেম্বগা লোইননা ইন্দিযাগী ষ্টেট পুম্নমক ক্রাউনগা লৈনবম্বা থৌগাই ৱাশক (ওব্লিগেসন) শিং অদুদগী নিংতম্লে। হায়বদি ৱাযেনগী মতুংইন্না পুম্নমক মপুং ফানা নিংতম্লে। হৌজিক কদায় ফাওবা নিংখা তমহনগদগে হায়বদা তাববদি, ইন্দিযাগী নিংথৌমচাশিংগা মখোযগী যাইফনবগী মওংদা খন্নগনি"।[১১]

ঈথিল পিবা ঙম্বা কাংলুপশিংগী মবক্তা, কাংলুপ অমগী লুচিংবা ওইবিবা মহমদ অলি জিনানা মহাক্কী ৱাফম শেংদোক্লদুনা হায, "ৱাযেনগী থোংদা ইন্দিযাগী ষ্টেটশিং অসি পেবামাউন্তাস লোইখ্রবা তুংদদি নিংখাতম্বা লৈবাক ওইবগনি। মখোযনা মখোয মশাগী কবি ফিবেপ লৌগদগে হাযবদু অথিংবা লৈতনা লৌজবা যাগনি হাযবদি লেপচবা যাগনি। মখোযনা হিন্দুস্থানগী কন্সটিটুয়েন্ট এসেমব্লিদা য়াওগদ্রা নত্রগা তোঙাননা নিংতম্না লৈজগদ্রা হাযবদু মখোয মখোযগী ফিবেপনি"।[১২]

ব্রিটিশকী শকক অমা ওইনা লৈবম্বা প্রোভিন্স ফাওবা নিংখা তম্না লৈননবগী লণ্ডনদা ইসমেনা পুথোকপা ৱাফম অমা লৈবম্মী, অদুবু নেহরুনা মদুদা যানিংদবা অমদি অশাওবা উৎপদগী তোকপা তাখি।[১৮]

মতাং অসিদা, ইন্দিযাগী কন্তিনেন্তা লৈবা নিংথৌমচাশিংনা ভাবতকা পুল্লগা কনফিদবেসি অমা শেম্বা য়াবগী ওইথোকপসু লৈবম্মী। সেক্রেতবি ওফ ষ্টেট

মিনিস্ত্রিগী ভি: পী: মেননা হায়-"ইন্দিয়াগী নিংথৌমচাশিংনা লৌবা ফিরেপ্তি পেরামাউন্তসি লোইখ্রবা মতুংদা অতোপ্পা মহুৎ শিলহৌবা লৈঙাকপা অমদা পেরামাউন্তসি শিন্নরম্বা য়ারোই হায়বসিনি, পেরামাউন্তসি লোইশনগদবনি অমদি লৈবাক অমত্তবু নমদুনা য়ুনিয়ন অমদা নত্রগা অমদা য়াওহন্নবা হোৎনরোইদবনি। অদুম ওইনমক নিংথৌমচাশিং পুনশিল্লগা অপুনবা পাঙ্গল অমা শেম্বদসু অয়েৎপা পীরোইদবনি"।[১১]

ক্রাউন লৈঙাক্কী মহুৎ শিল্লিবা ইন্দিয়াগী ব্রাখলদসু মসি শেংনা তাক্কী, মদুদি পেরামাউন্তসি লোয়খীবগা লোইননা লৈবাকশিং অসি মনিং তম্লে হায়বসিনি। হায়রিবা ব্রাফম অসি ষ্টেটশিংদা লৈবা লৈঙাকপশিংনসু য়াই। মণিপুরনা, ব্রিটিশ পেরামাউন্তসি লোয়খিবগা, মীরৈবাক্না মবক থৎপিকবা মাগী নিংতম্বদা হঞ্জনখি।

## ইশু অহুম: অহুমশুবা থোরকপা ব্রাফম

**ষ্টেট শিংগী তোপ- তোপ্পা মরোমদোমগী ওইবা লৈঙাকলোন লৈহনবা য়াদবরা?**

নিংখা তম্লবা লৈবাকশিং অসিগী লৌবা য়াবা ফিবেপ অনি লৈবম্মী। মদুদি, অহানবদা, দোমিনিয়ন অনিগী মবক্তা অমদা যাওবা অমা নত্রগা অনিশুবদা, নিংতম্না তোঙাননা লৈবগা দোমিনিয়নশিংগা তোপ তোপ্পা লৈঙাকলোনগী মকপ মপাংগী মবী থম্বা অসিনি। লাইবক থিবদি, ময়াম্না খন্নখিবদি দোমিনিয়ন অনিসিগী মরক্তা অমদা যাওদবা যাদ্রে হাযবসিনি, অদুবু লৈঙাক্কী চৎনবোলগী যাথংর্নাদ (ওফিসিযেল মেন্দেত) নদি তোঙানবা লৈঙাকলোনগী থৌশিল লৈহনবা য়াবগী ব্রাফম পীবি। মেগী ১২,১৯৪৬ তা কেবিনেত মিসনগী নিংশিং-চেদা (মেমোরেন্দম) অসুম্না লাওথোকখি, "ব্রিটিশ ক্রাউন, ইন্দিযা লৈঙাকমপু অমদি লৈবাকশিংগী মরক্তা লৈবম্বা লৈঙাকলোনগী চৎন-পথাপ পুম্নমক লৈবরোই। অদুবু অহাংবা অসি মনিং তম্লমবা লৈবাকশিংনা তুংদা লাক্কদবা ভাবত লৈঙাকপগা লোইননা ফেদরেল্ল বিলেসন থম্বা যাগনি। মসি য়াদ্রগনা অতোপ্পা তোঙানবা লৈঙাকলোনগী চৎন- পথাপ য়ানবগী মতুং ইন্না লৈবা যার্গনি"।[১৩]

ব্রিটিশ লৈঙাকপগী জুন ৩, ১৯৪৭ তা থোরকপা ব্রারোল অমনা ব্রাফম অসি অমুক্কা হন্না শেংদোক্কি। মদুনা হায়, "ব্রিটিশ লৈঙাকপনা মসি শেংদোকপা পান্মী মদুদি হান্না ব্রিটিশনা লাওথোকখিবা ব্রাফম পুন্নমক ব্রিটিশ ইন্দিয়াতগীনি। ব্রিটিশ লৈঙাকপগা ষ্টেটশিংগা লৈনগদবা মবীদদি কেবিনেত মিসনগী মেমোরেন্দম, মে ১২, ১৯৪৬ কী ব্রারোলশিংদু অহোংবা লৈরোই"।[২১]

আর্ল ওফ লিস্তোৱেলনা আগষ্ট ১,১৯৪৭ তা মাউন্তবেতনদা থাবা টেলিগ্রামদা, ব্রাফম অসি অমুক্কা হন্না হায়রি, "ব্রিটিশ লৈঙাকপনা নহাক্কী অপাম্বা অদুদা অয়াবা পীরি মদুদি পেরামাউন্তসি লোইখিবগা লোইননা লৈবাকশিং অমদি ভারত লৈঙাকপগী মরক্তা লৈনগদবা মরী অদুগী ব্রাফমশিংগী মতাংদা থিন্থবা তৌরোইদবনি, কেবিনেত মিসনগী মেমোরেন্দমদা পীখিবা ফিরেপ অনিদুগী মবক্তা, হায়বদি দোমিনিয়ন অনিগী মরক্তা অমনা ফেদরেল রিলেসন থম্বা— মদু ওইদ্রগনা তোপ তোপ্পা লৈঙাকলোনগী চৎন-পথাপ লৈহনবা"।[২২]

হায়রিবা তোপ-তোপ্পা লৈঙাকলোনগী চৎন-পথাপকী ব্রাফম অসি ব্রিটিশ লৈঙাক্কী চেবোল কয়া হায়বদি মাউন্তবেতনগী চে, জুন ১৩, ১৯৪৭ কী (অয়ুক্কী পুং ১০) দা পল্লী।[২৩]

ইন্দিপেন্দেন্স ওফ ষ্টেটকী ব্রাফমদা, অলি জিনানা ষ্টেটশিংগী নিংখাতম্বগী ব্রাফম অমুক হন্না হায়, "লোইননা কেবিনেত মিসননা লৈবাকশিংনা মীয়াম্না শেম্বা কংলা (এসেমব্লি) অমদা শোইদনা য়াওদবা য়াদে হায়বগী ব্রাফম লৈতে মসি নেহরু মশানসু য়ারম্মী, ব্রিটিশ লৈঙাকপনা তোপ তোপ্পা লৈঙাকলোন লৈহন্নবগী ব্রাফম অসিসু অমুক্কা হন্না ফোংদোকই"।[২৪]

আগষ্ট ৯, ১৯৪৭ তা সেক্রেতরি ওফ ষ্টেট, আর্ল লিস্তোৱেলনা মাউন্তবেতনদা লৈবাকশিংগী নিংতম্বগী ব্রাফম, অমসুং তোপ-তোপ্পা লৈঙাকলোন লৈহনবগী ব্রাফম চেৎশিনহন্দুনা অসুম্না ইখি-"ঐখোয়গা ষ্টেটশিংগা লোয়নবগী মওং অসি ব্রিটেনদা য়ানিংদবা য়াম্না ফোংদোকনৈ। মরম অসিনা মেগী ১২,১৯৪৬ তা কেবিনেট মিসন মেমোরেন্দমদা য়াওখিবা অমসুং জুন ৩ দা ঐখোয়দা থাখিবা মওংদু লেংদনা লৈগনি। নহাক্না জুলাই ২৫ দা হায়খিবশিং অদু কেবিনেত মিসনগী মেমোরেন্দমগা চান্নে অমসুং ঐখোয়না ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্টতা শোইরোই হাযখিবা

দোমিনিযনশিংনা তৌনিংবমখৈ তৌজববসু ঐখোয়দি ষ্টেটশিংদা প্রেসব পিবা তৌবোই, হায়খিবশিং অদুগসু চান্নে হায়না নিংই"।[২৫]

মহাক্কী ব্রাফম অসি, তোঙানবা লৈঙাকলোন থম্বদুগা মবী লৈনবা ব্রাফম্নি। পার্টিকুলব পোলিটিকেল এবেঞ্জমেন্ট (পী:পী:এ:) অসিনা ষ্টেটশিংদা নিংতম্বা পীববনি হাযখি। নেহকনা মহাক্কী ব্রাফমশিং অদুগী চপ চাবা ঙাকথোকচনবগী মবম পীবা ঙমখিদে। অদুনা ব্রিটিশ লৈঙাক্কী পী: পী: এ: গী ষ্টেটমেন্ট অদুবু য়াবা তাখি।[২৬]

ব্রিটিশকী এটোবনি জেনবেলনা হাযখি-"ষ্টেটশিংনা মখোয় মশেল অমগা অমগা চুংশিন্নজগনি হাযবদি দোমিনিযন অনিগী মবক্তা অমগা নত্রগা অমগা তিনশিন্নবা য়াগনি নত্রগনা মখোয় মশেল য়াইফনবগীদমক য়ান-চে ইদুনা মবী থমজবা যাগনি"।[২৭]

দোমিনিযনশিংনা ষ্টেটশিংগা লোইননা পেবামাউন্তসি লৈবিঙৈদা ব্রিটিশকা ষ্টেটশিংগা লৈনবম্বা মবী অদুমক, যানবগী মতুং ইন্না থম্বা যাগনি। জুলাই ৯, ১৯৪৭ তা আর্ল ওফ লিস্তোবেলনা প্রাইম মিনিষ্টব এট্লিদা অসুম্না ইখি "ঐখোযনা ইন্দিযাগী ষ্টেটশিংগা লৈনগদবা মবী অদুগী ব্রাফমশিং পাক চাওনা ফোংদোকখিবদা ঐখোযগী খুদোংচাবা লৈগনি। মবমদি মসিনা মীবৈবাকশিংগা ইন্দিযাগী ষ্টেটশিংগা হকখেংননা মাবি থম্নবগী ব্রাফম হম্বহনগনি।"[২৮]

পী: পী: এ: অসিনা ষ্টেটশিংদা মপানগা লৈবাক্কা মবী থম্নবগী ব্রাফমদা, খবা খুদোং চাদবা পীবি মবমদি, ব্রিটিশ লৈঙাকপনা কম্যুনিজম শন্দোবকপগী ব্রাফমদা চিংনবা লৈবদগী কমন ব্রেলঠ শাংথনা লৈহনবা পাম্মী, অমদি ভাবত মহাসাগবদা থোবকপা থৌদোকশিংদা মিৎকুপ নাহুমশিংনা লৈহনবা পাম্মী। ব্রিটিশ লৈঙাক্কী মপান লৈবাক্কী থৌবমশিংদসু হাযবিবা ব্রাফমশিংসিগী মম তাই। মাউন্তবেতননা লিস্তোবেলদা ইখি, "ষ্টেটশিং অসিগী মপান লৈবাক্কী থৌবমশিংদদি দোমিনিযন (ইন্দিযা, পাকিস্তান) অনিগী মবক্তগী অমগী খুৎথাংদা পাংথোকহনবা ফৈ"।[২৯] ব্রিটিশকী অহেনবা ইন্তবেষ্ট অসি, মণিপুরগী ইন্তবেষ্ট ওইদবা যাদে হাযবা ব্রাফম লৈতে। মণিপুববুশু ভাবত্তা তিলহনবদা, ব্রিটিশকী ওইজে।

আগষ্ট ৮, ১৯৪৭ তা কেবিনেট শংলেন— য়ু: কে: হাই কমিশ্নারদা, নিউ দিল্লিনা অসুম্না টেলিগ্রাম তৌখি মদুদি- ষ্টেটশিংনা তৌবা য়াবা অপান্বা অসিমক্তা ষ্টেটশিংনা কমনৱেলঠকা শোয়দনা মরি থম্লগনি"।[৩০]

লোর্ড মাউন্তবেতনগী লৈঙাকলোনগী থৌদাপুরেল সার কোনার্ড কোর্ফিলনা, প্রাইম মিনিষ্টৰ এট্লিনা পীরকপা ৱাফমশিংদুগী মতাংদা ষ্টেটশিংগা লৈনগদবা মরী অদুগী মতাংদা মাউন্তবেতনগী ৱাহয়োক অদু শিংনরমই।[৩১]অমসুং মাউন্তবেতননা ষ্টেটশিংবু ইন্দিয়ান য়ুনিয়নদা আগষ্ট ১৫ ফাওবগী মনুংদা য়াওহন্নবগী ইঙ্গিৎ অদু য়ানিংদবা ফোংদোক্লমই।[৩২] পী: পী: এ: লৈবা তারগদি, মনিংতম্বা মণিপুরনা ভারত্তা তিনদ্রবসু য়াই।

## ইশু মরি: মরিশুবা থোরকপা ৱাফম

**এসেসন তৌরুবনা মণিপুরগী নিংতম্বা মাংখিবরা ?**

পী: পী: এ: গী ৱাফম কোমথোক্তুনা মাউন্তবেতননা ষ্টেটশিংদা ইন্স্ট্রুমেন্ট ওফ এ্যক্সেসন শোই তৌননবা তকশিনখি। মসিদগী ব্রিটিশ ক্রাউন্না ষ্টেটশিংদা পীবা অপান্বশিং অদু থুগায়বা ওইনা থোকখি। মসিনা খ্বায়দগী হেন্না শোকহনখিবা ৱাফমদি, পেবামাউন্তসি লোইখ্রবা তুংদা ব্রিটিশ লৈঙাকপনা ষ্টেটশিংদা অফবা মরী থম্নম্বগী মতাংদনি। ষ্টেট ৫৬৫ গী মনুংদা ৫৪৫ দি মাউন্তবেতননা হায়বা মওংদা লাইনা যাবমই; মবমদি মখোয় অয়াম্বনা তালুকা নত্রগা ইষ্টেট ওইনা লৈরম্বা ঙাক্লি। অদুবু, নিংতম্বা পামজবা লৈবাক্লীদমক্তদি অমাংবা অমা ওইখি। লৈঙাক্লী ওইনা ফিরেপ্পা, নিংতম্না লৈজবকপা ষ্টেটশিংগী এসেসন সহি তৌখ্রবা মতুংদা কবি কবম্বা লৈঙাকলোনগী থাক শেংনগদগে হায়বদুসু ময়েকশেংনা উংলি। ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী লুচিংবশিংনা, ইন্দিয়াগী ষ্টেটশিংনা যানবা হিবমশিং অদুবু কায়না চংলকপা মতমদা, মদু নমথাক্লী অমদি অমগা অমগা থাজনবগী মরী তংহনবনি হাযনা লৌগনি। মণিপুরদশু মদুমক থোকই।

লোর্ড মাউন্তবেতনগী জুন ৩, ১৯৪৭ কী লাওথোকপদা, ষ্টেটকী ৱাফম য়াওদবনা, ব্রিটিশ ইন্দিযাগী লুচিংবশিংনা পান্নার শিজিন্নবগী মতাংদা ইন্দিয়ান ষ্টেটশিংগা খেংনবা লৈ।[৩৩] বংলব কমিটিনা লাওথোকখ্রে মদুদি ষ্টেটকী

নিংথৌমচাশিং অসি মখোয়গী অয়াবা য়াওদনা অনৌবা লৈঙাক অমদা শিন্নরোই ।[৩৪]

মাউন্তবেতননা আগষ্ট ৮, ১৯৪৭ তা আর্ল ওফ লিস্তোৱেলদা ইখি- "জুলাইগী ২৫ দা নিংথৌমচাশিংগী মীফমদা ঐহাক্না হায়খিবা ৱাফমশিং অদুদা কঙ্গ্রেসকী লুচিংবশিং অদু নত্তনা মীওই অয়াম্বনা অচুম্বা লৈঙাকলোনগী ৱাফ হায়নখি । ঐহাক্না ষ্টেটশিংনা য়ামদ্রবদা হিরম অহুমদা ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী মতুংইন্না ইন্দিয়ান দোমিনিয়নদা শিন্নথোকপা পীরি, অদুবু অতৈ হিরমশিংদদি মপুং ফানা নিংতম্বা লৈগনি । হৌজিক ষ্টেটশিংনা শোই তৌগদৌরিবা ইন্সট্রুমেন্ত ওফ এসেসন অসিদা তশেংনা ইবি মদুদি মখোয় অমত্তা ভাবত লৈঙাকলোনগী মখাদ লৈরবোই অমসুং ইন্দিয়ান ইন্দিপেন্দেন্ট এক্টকী মহুত্তা গভর্ণমেন্ত ওফ ইন্দিয়া এক্ট ১৯৩৫ শেমদোকপনা মখোয়শিংদা শোক্লোই" ।[৩৫] এসেসন শোই তৌখিবনা মণিপুরগী নিংতম্বা মাংলোই, অমদি ভাবত লৈঙাকলোনগী মখাদা লৈবোই ।

মাউন্তবেতননা ষ্টেটশিংদা হিবম অহুমদমক থবক ওইনা তৌনবা তকশিনখি অমসুং মহাক্না হিবম অহুম অদু নত্তনা অতৈ পুম্বদা মণিপুবগুম্বা লৈবাক্না নিংতম্ব লেংদনা লৈগনি হাযখি ।[৩৬] মহাক্না হাযখি-"ঐহাক্না ষ্টেট অমত্তদা খাঙবা ঙমলোইদবা ষ্টেট মশাগী নিংতম্বা পীথোকখিনবা হাযাখবা লৈতে" ।[৩৭] মাউন্তবেতননা মহাক্কী জুলাই ২৫, ১৯৪৭ কী ৱাবোলশিংদু অমুক হন্না ফোংদোকখি ।[৩৮]

মাউন্তবেতননা মহাক্কী ফিবেপ অসি ভোপালগী নৱাবতা ইবা চেবোদ অমদা অসুম্না হাযখি-"দ্রাফট ইন্সট্রুমেন্ট অসিনা থবক তৌগদবা ষ্টেটশিংগী নিংতম্বা শক খংগনি অমদি মদু মাংহল্লোই হাযনা চেৎনা হাযরি । মখোযনা থবক ওইনা তৌরিবা হিবম অহুম (ঙাকশেনবা, ই-পাও অমসুং মপানগী থৌবম) মসি নত্তনা ষ্টেট অমত্তগী লৈবাক মনুংগী ওইবা থবকশিংদা খুৎ থিংজিল্লোহ" ।[৩৯] কেবিনেত মিসন্নশু য়ুনিযনদা হিবম অহুম অদু নত্তনা, অতৈ পুম্নমক্তা ষ্টেটশিংগী পাৱাব লেংদনা লৈগনি হাযনা ফোংদোক্লি ।[৪০]

ঐচ: ভি: হোডসননশু ষ্টেটশিংনা, থবক ওইনা তৌখ্রবা মতুংদা মখোয়গী নিংতম্বা কাযদনা লৈগনি হাযবা ফোংদোকলি । ইন্সট্রুমেন্ট ওফএসেসনদা ইস্কেপ

ক্লোজ পীরদুনা, মহাক্লা হায়-" ইন্সট্রুমেন্ট অসিদা য়াওখিবা ক্লোজ অমত্তনা ঐহাকপু (রুলর) ভারতকী লৈঙাকলোন মখাদা লৈবা য়ারে হায়বগী ৱাফম য়াওদে। তুংদা ভারত লৈঙাকপগা থমনিংবা মরী থম্বদসু অথিংবা লৈরোই" ।[৪১]

ইন্সট্রুমেন্ট অদুনা অমুক মখা চৎথরি-"ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন অসিনা মওং অমত্তদা লৈবাক অসিগী মতাংদা ঐঙোন্দা (ষ্টেটকী লৈঙাক নিংথৌ) নিংতম্বদা অকায়বা পীরোই অমসুং থবক ওইনা তৌথিবা হিরমশিং অসি নত্তনা ঐহাক্কী পাঙ্গল অমদি হকশিং হান্নগুম লৈগনি" ।[৪২]

**ব্রিটিশ লৈঙাকপগী ওইবা ফিরেপশু— থবক ওইনা তৌথ্রবা তুংদা, হিরম অহুম অদু নত্তনা অতোপ্পা হিরম অমত্তদা ষ্টেটশিংদা অথিংবা লৈরোই। "নিংতম্মা লৈগনি" ।[৪৩] ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী ক্লোজ ৭ অমসুং ৮ না নিংতম্বগী** ৱারোল অমুক হেন্না পাকথোকহল্লি। কঙ্গ্রেসকী লুচিংবশিংনা মসি য়াদনবা নাকোযননা হোৎনখি, অদুবু অতোপ্পা মুসলিম লীগকী ৱারোলশিংনা মদুবু নমহৎখি। ষ্টেটশিংনসু ব্রিটিশ লৈঙাকপগী ফিবেপশিং অসি যানিংদনা যাখি, মবমদি মখোযনা নিংতম্বগা কৈদৌনুংদা শেৎন-খাযননিংখিদে। মণিপুবগী নিংতম্বদা শোকপা ৱাফম, লৈঙাক্লা পামখীদে; নিংতম্বদা শোকপা বা যাখিদে।

## ইশু মঙা: মঙাশুবা থোরকপা ৱাফম

**শুপ্নম পাঙ্গল পেরামাউন্তসি কঙ্গ্রেসকী মখুত্তা করম্মা তাখিবগে ?**

ব্রিটিশ লৈঙাকপগী ফিরেপতা, ভাবত্তা লৈবা ক্রাউনগী মীহুৎনা, পাঙ্গল শিজিন্নদুনসু থবক ওইনা তৌখিবা হিবমশিং নত্তনা ষ্টেটশিংগী নিংতম্বা হম্থবগী ৱাফম লৈহনখিদে। ব্রিটিশ লৈঙাক্লা ষ্টেটশিংগা দোমিনিযনশিংগা পুল্লগা ফেদবেসন শেম্লকপদা নত্রগা, পী: পী: এ: ওইনা মরী থম্লবদা হায়বিবা থৌবম অহুম (ঙাকশেনবা, মপানগী থৌবম অমসুং লম্বী-ঈ-পাও) অসি নত্তনা, অতৈ হিরম অমত্তদা ষ্টেটশিংগী নিংতম্বা হম্থহনবা য়ানিংখিদে। মদু তৌবা থোক্রবদি, ষ্টেট লৈঙাকপনা থাজবা থম্নম্বদু কাইহনবা অমদি য়ানখিবা কয়া অদু কায়হনবা অমসুং নমথাক ওইগনি হায়না লৌরম্মী। নিংতম্বা লৈবাকশিংগা মবী থম্লবদা, য়ান-

চেরোল পুন্নমক ইকাইখুন্নবগা লোয়ননা ঙাক্না চৎনগদবনি। মসিমক ঙসিগী লৈবাকশিংগী মরীদসু ঙাক্না চৎনরি, নত্রবদি কাং-খোং চাইবা মরা চেৎপা লৈতবগী ফিভম তারকপা য়াবগী অকিবা লৈ।

সার কোনার্ড কোর্ফিলনা চহি কয়াগী তুংদা পেরামাউন্তসি লোয়ন্ত্রবদা, ইরম্মী- "লৈঙাক্কী ওইবা ফিরেপ্তুদি পেরামাউন্তসি (ব্রিটিশ লৈঙাক) গা ইনখিবা য়ান-চে অমসুং সনাদ পুম্বা অশেংবনি অমদি ঐহাক্না পুথোকখিবা মর্জরগী ব্রাফম পুন্নমক লৌনম অমদি থাজনবা থুগায়বা য়াওদবা লৈঙাক পথাপকী ওইবা অশেংবা অচুম্বদুমক্তি ওইথোক্তে"।[88]

মাউন্তবেতনগা ব্রাখল মান্নদ্রবসু, ষ্টেটশিংগী হক মাংহন্দবগী মতাংদা য়ানবা লৈবনা, ভারত থাদোকপা তাখিবা লোর্ড মাউন্তবেতনগী থৌদা পুরেল এস: কোনার্ড কোর্ফিলনা হায়খি- "ঐহাক্কী ব্রাখলদা পেরামাউন্তসি শিজিন্নদুনা ক্রাউন মীহুৎনা ষ্টেটশিংবু মখোয়গী তুংগী লৈঙাকলোনগী ফিরেপ শেম্বদা, দোমিন্সিয়নশিংগা য়ানচে ইনবদা, অপনবা অথিংবা পীখিবা অদু কেবিনেট মিসনগী মেমোরেন্দমদা য়াওখিবা ব্রাখল্লোন অদুগী ওন্ন-তৈনবনি। অসিগুম্বা থবক থৌওং পুন্নমক ঐহাক্না থাজনবা মাঙহনবনি হায়না লৌই"।[8৫]

ভাইসরোই লোর্ড লিষ্টুগোগী লৈঙাকলোনগী চৎন-পথাপকী থৌদা পুরেল ওইরম্বা মমিং চৎলবা ঐচ:ভি: হোডসন্নশু হায়খি, মদুদি- "মাউন্তবেটননা লৈঙাকলোনগী লোইশংগী পাওতাক্কী ব্রাংমদা থবক তৌখি"।[8৬] মহাক্না মখা তাখি– পেরামাউন্তসি লোইশিনবগী ব্রাফমদা অমদি ষ্টেটশিংদা নিংতম্বা পীবগী মতাংদা, অপাম্বা খননবা অনি লৈ- অমনা, অচৌবা অমদি ময়াই ওইনা চাওবা ষ্টেটশিংনা তোঙান্না নত্রগা পুনশিল্লগা মনিং মখা তম্বা লৈবাক শেম্বা য়াবমম্মী। অনিশুবনা, য়ানবগী মতুংইন্না ঙাকশেনবা অমদি মপাল লমগী থৌশিল (এক্সটর্নেল এফ্যার্স) দোমিনিয়নশিংনা লৌশিনখ্রবা তুংদা ষ্টেটশিং অদু অতৈ হিবমশিবু নিংতম্বা পীরগা, পুন্না লৈমিন্নবা। অদুবু, মাউন্তবেতননা অনিশুবা মওং অসি মহাক্কী থৌশিল ওইনা পাঙথোকখি।

তশেংনমক, ষ্টেটশিংবু নিংতম্বগী ব্রাফম পুথোকহন্দবা নত্রগা দোমিনিয়নদগী তোঙান্না লৈবগী ব্রাফম অমদি দোমিনিযনশিংগা লৈনগদবা মখী য়ান-ব্রাশক্কী খন্ন-

নৈনবা তৌনবগী ৱাফম পুন্নমক মাউন্তবেতনগী থৌশিলনি।[৪৭]

ভারতকী অইবশিংনশু মসিবু তশেংনা উৎলদুনা, ডি: আর: মনকেকরন ইরম্মী-"মাউন্তবেতননা ষ্টেটশিংগী নিংথৌ ৫০ অমসুং মীহুৎ ১০০ রোমগী মীফম শিনখিবা অদু ভি: পী: মেনননা অরোইবা মিৎকুপকী 'পোল্লিং বুৎ কেনভাসসিং' হায়না শিংথাখি"।[৪৮]

ষ্টেটশিংনা ফেদেরেসন্দা য়াওবা হায়বসি, লোর্ড ৱেবেলগী মতমদগী মশানা য়ানা য়াওনিংনা য়াওজবা ওইহনগদবনি।[৪৯] লৈঙাক থৌশিল হোংলকপা পুম্বদা মখোয়গী অয়াবা লৌবা হায়বসি শোইদনা তৌদবা য়াদবা ওইরবনি।[৫০] ব্রিটিশ লৈঙাক্কী জুলাই ২৮,১৯৪৭ কী চে-চাংদা ষ্টেটশিংগী নিংথৌশিংদা, মখোয়না অপাম্বা খঙ্ঙবদা, প্রেসর পীদনবা হায়রি।[৫১] অদুবু, মদুগী ওন্ন তৈনবদা মাউন্তবেতননা ষ্টেটশিংদা ইন্দিয়ান য়ুনিয়নদা য়াওনবা তকশিনখি, সারদার পতেলদা এপল (নিংথৌ পানবা লৈবাক) ৫৬০ পীগনি হায়না ৱাশকখিবগী মনুংদা ৩ (অহুম) নত্তনা অতৈদি মপুং ফাহনখি।[৫২] মণিপুর লৈবাক্তী, পতেলনা লৈগদবা এপল ওইদে– হিন্দুস্থানগী পুৱারীদা মণিপুর য়াওখিদে।

নেহরুনা, ষ্টেটশিংনা নিংতম্না লৈবগী মায়োক্তৱ লৈখি, অমসুং মখোয়গী নিংখা তম্বগী হকশিং লৈবা তারবদি, ষ্টেটশিংদা লালহৌ কয়া হৌরক্কনি হায়না ফাওবা কিহনখি।[৫৩] মণিপুরগী নিংতম্বদা কঙ্গ্রেসনা চয়েৎনরকই।

পতেল, নেহরু অমসুং অতৈ কঙ্গ্রেস লুচিংবশিংনা,ইন্সট্রুমেন্ত ওফ এসেসন– অপীকপা অমদি অচৌবা ষ্টেটশিংগা শোই তৌনখি। মখোয়না নিংথৌমচাশিংদা তাঙ্কক কয়াদা থবক ওইনা তৌরিবা হিরম অহুম অদু নত্তনা, অতৈ শক্তিন্দোমিনিয়ন্দ পীদে হায়না হায়রমই।[৫৪] মথক্তৱ পনখিবগুম্না, পেক্ট, ত্রিতি, একোর্ড অমসুং মেন্দেত পুন্নমক লৈবাকশিংগী মরক্তৱ ইনখিবা অমদি, য়ানখিবা ৱাফমশিংবু লৌনম তৌদুনা নমথাক্না অকায়বা পীখিবগী থৌওং কয়ানি। নমথাক, নমজা- ফজানবদগী তৌবা এগ্রীমেন্ত চৎনবা য়াদে হায়বসি মলেমগী নিয়মনি।

মথক্তৱ থমলিবা ৱাফমশিংদগী তশেংনা তাক্লি মদুদি মরুওইবা ষ্টেট পুন্নমক পেরামাউন্তসি থাদোকখ্রবা মতমদা, নিংতম্বা ষ্টেট ওইখ্রবনি। অদুবু নিংতম্বগী চাং

খরা হঙ্করবশু, ইন্সট্রুমেন্ত ওফ এসেসন সহি তৌরবা ফাওবদসু, মখোয় নিংতম্বা লৈবাক ঙাক্তৱ ওইরবনি, অদুবু মণিপুরগী মতাংদদি হিন্দু নত্রগা মুসলিমগী লৈবাক্কী মনুং খক চল্লমদে। মরম অদুনা, হায়রিবা মতম অদুদা মণিপুর নিংতম্লম্মী হায়বসি, অতৈ ষ্টেটশিংগা য়েংনবদা অমুক্তা হেন্না মরা চেৎশিনহল্লি। কায়নথংদা ব্রিটিশ পেরামাউন্তসি অদুগী মহুৎ শিলহৌবা ভাবত লৈঙাক্কী মখুৎতা মরুওইনা কঙ্গ্রেস পেরামাউন্তসি ওইনা লৈখ্রে। পেবামাউন্তসি হায়বসি কোলোনিয়েলিজমগুম্না নিয়মচুমদবা, ইনবা য়াদবা পথাপনি। থোয়দোক্না কঙ্গ্রেসনা পেরামাউন্তসিগী খুভম ফংখীবদু অরানবনি। মণিপুবু পেবামাউন্তসি অমগী মথংদগী অমগী বন্দী ওইখিবা হায়বসি, নাম্ভোকত্রিবা য়োৎহলীং ফালাং চনবগী পাঙখকনি।

## বিফবেন্স


মখাদা বোমান অচৌবনা খুদম -XI, VIII, থাবির্বাসি 'ট্রান্সফর ওফ পাৱার', ১৯৪২-৪৭, ইডি, নিকোলাস মানসর্গকী ভোল্যুমশিংবু খঙনৈ।

১। এচ:ভি: হোডসন, দ গ্রেদ দিভাইদ, হৎচিসন ওফ লন্দন, ১৯৬৯, লাঃ৩৬৩
২। হোডসন, লাঃ ৩৫৮
৩। জুলাই ৫, ১৯৪৭, ইন XI লাঃ ৯৩০
৪। জুন ৮, ১৯৪৭, ইন XI লাঃ ১৯৮
৫। জুলাই ৯, ১৯৪৭, ইন XII লাঃ ৫১
৬। মথক্কী পেবা ১২
৭। ভি:পি: মেনন, 'দ ষ্তোব ওফ দি ইন্তিগ্রেসন ওফ দি ইন্দিয়ান ষ্টেটস', লাঃ২৩
৮। মেনন, লাঃ ২৪
৯। মাউন্তমেতন পেপবস, ১৩ জুন ১৯৪৭, ইনXI লাঃ ৩২৬
১০। জুন ১৫, ১৯৪৭, ইন XI লাঃ ৪০০
১১। মে ১৬, কেবিনেত দেলিগেসন এণ্ড ভাইসবোই, ইনVII, লাঃ ৫৮৬
১২। VII, লাঃ ৫৯৭
১৩। হোদসন, লাঃ ৫৯৭- এট্টলিজ ইন্সট্রাকসন তু মাউন্তবেতন এপেন্দেদ ইন দ বুক
১৪। জুলাই ২, ১৯৪৭, ইন XI লাঃ ৮৩৭
১৫। ডি: আব: মনকেকব, এসেসন টু এক্সটিঙ্কসন, 'দ ষ্তোবি ওফ ইন্দিয়ান প্রিন্সেস', লাঃ ১৭৫
১৬। মাউন্তবেতন এদদ্রেস তু প্রিন্সেস, ইন XII, লাঃ ৩৪৮

১৭। জিনাহগী ষ্টেটমেন্ট, জুন ১৯৪৭, লাঃ ৪৩৮

১৮। সি:এচ: ফিল্পিস, 'দ পার্টিসন ওফ ইন্দিয়া - পোলিসিজ এণ্ড পর্সপেক্টিভস', লাঃ ২০

১৯। মেনন, মথস্ত্রা লাঃ ৬২

২০। কেবিনেত মিসন মেমোরেন্দম মে ১২, ১৯৪৬, ইন VII, লাঃ ৫২৩

২১। এচ:এম:জি: মে ১২, ১৯৪৬, ইন XI, লাঃ ৯৩

২২। লিস্তোরেল, আগষ্ট ১৯৪৭, ইন XII, লাঃ ৪৬১

২৩। ভাইসরোইজ মিসিলিনিইজ মিটিং, ইন XI, লাঃ ৩২২

২৪। মিনৎস বাই বমবোল্ড, পেত্রিক এণ্ড এন্দর্সন, জুলাই ২৪, ১৯৪৭, ইনXII, লাঃ ৩৮৪

২৫। আগষ্ট ৯, ১৯৪৭, লিস্তোরেল লেটব, টু মাউন্তবেতন ইন, XII, লা: ৬২৮

২৬। মথক্কী ফুটনোট ২৩, লাঃ ৩২৪-২৬

২৭। এতোরনি জেনেবেল স্পিছ, আগষ্ট ৮, ১৯৪৭, ইন XII, লাঃ ৫৭৬

২৮। জুলাই ৯, ১৯৪৭, ইন XII, লাঃ ৩৯

২৯। জুলাই ১২, ১৯৪৭, ইন XII, লাঃ ১২৭,

৩০। আগষ্ট ৮, ১৯৪৭, কেবিনেট ওফিস, ইনXII, লাঃ ৫৮১

৩১। মনকেকব, লাঃ ১০২

৩২। মনকেকব, লাঃ ১০১

৩৩। ব্রোডকাষ্ট ওন জুন, ১৯৪৭, ইনXI, লাঃ ৮৬

৩৪। হোদসন, লাঃ ২৯

৩৫। মাউন্তবেতন, আগষ্ট ৮, ১৯৪৭, ইনXII, লাঃ ৫৮৭

৩৬। মাউন্তবেতন, সবজেক্ট অহুমগী সেসন, ইনXII, লাঃ ৩৪৯

৩৭। মাউন্তবেতন, লাঃ ৩৫১

৩৮। জুলাই ২৯, ১৯৪৭, ইন XII, লাঃ ৩৯১

৩৯। দিক্কী, জুলাই ২৯, ১৯৪৭, ইন XII, লাঃ ৪৩৮

৪০। মে ১৬, ১৯৪৬, কেবিনেট মিসন, ইন VII, লাঃ ৫৮৭

৪১। হোদসন, লাঃ ৩৭১

৪২। কোপী ওফ ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন ক্লোজ ৭ অর্মাদ ৮, ইনXII, লাঃ৪৭০

৪৩। দুবগা দাস, কবজন তু নেহক, লাঃ ২৮২

৪৪। কোবফিল, সম থোৎস ওন পোলিসি এ্যণ্ড দি ইন্দিয়ান ষ্টেট ১৯৩৬-৪৭, ফিলিপ্স, লাঃ ৫৩৪

৪৫। কোর্বফিল, 'সম থোৎস ওন পোলিসি এণ্ড দি ইন্দিয়ান ষ্টেট ১৯৩৬-৪৭', ফিলিপ্স, লাঃ ৫৩১

৪৬। এচ: ভি: হোদসন, লাঃ ১২৩

৪৭। এচ: ভি: হোদসন, লাঃ ১২৪

৪৮। মনকেকব, লাঃ১০৯

৪৯। ব্রাভেল ওবজার্ব্দ, জুন ২৫, ১৯৪৫

৪৮। মনকেকব, লাঃ১০৯

৪৯। রাভেল ওবজার্ব্দ, জুন ২৫, ১৯৪৫

৫০। মিনৎস ওফ ঐচ:এম:জি: জুলাই ২৮, ১৯৪৭, ইনXII, লাঃ ৩৮৩

৫১। মিনৎস ওফ ঐচ:এম:জি: জুলাই ২৮, ১৯৪৭, ইনXII, লাঃ ৪০৩

৫২। আগষ্ট ৪, ১৯৪৭, ভাইসবোইজ প্রেসব ওন ষ্টেট ফোব এসেসন তু ইন্দিয়া ইন, XII, লা ঃ ৫০১

৫৩। নেহবুজ ত্রিটস, জুলাই ৪, ১৯৪৭ ইন XI, লাঃ ৮৮০, জুন ৪, ১৯৪৭, লাঃ ১৩১, জুন ১০, ১৯৪৭, ইন XI, লাঃ ২৩৩

৫৪। পতেলগী এস্যাবেন্স, জুলাই ৫, ১৯৪৭ ইন XI, লাঃ ৯২৯, জুলাই ৮, ১৯৪৭, ইন XII; লাঃ ৭, জুলাই ১৯ , ১৯৪৭, ইন XII, লাঃ ২৬৮।

পন্দুপ ১১

# মণিপুরবু লৌশিনখীবগী ৱাথোক

## (এনেক্সেসন)

হৌখিবা চহি খরগী মনুংদা, ইং কুমজা ১৯৪৯ দা ভারতদেশনা মনিংতমজরম্নবা মণিপুর লৈবাকপু লৌশিনখী হায়বগী হিরমসিদা অখণ্ড অহৈগী মরক্তৱ নৈনবা হৌরে; মদুগীসু মথক্তৱ, ১৯৯১ দগী ওক্টোবর তাং ১৫ খুদিংগী মীয়ামগী ওইনা মণিপুর বন্দ তৌরক্লি। ময়াং লৈবাক্তৱ মমিং চৎনা ফোঙলবা হিন্দুস্থান টাইমসকী এপ্রিল ১৯, ১৯৯৩ গী 'তেক্ট নীদেদ তু এসুয়েজ এঙ্গর ইন মণিপুর' হায়না মিং থোনবা অতেনবা ফিচর অমদা বন্দ অসিগী মরমদা ইরি- "একোর্দিং তু রিপোর্টস, ইট (বন্দ) ৱাজ সচ এ সকসেস দেট নোট এ সিঙ্গল সোল ষ্টেয়ার্দ আওট ওফ দ হাওস"। খবর অসিনা মখাতানা ইথরি- "দ ইমিদিয়েট পোষ্ট ইন্দিপেন্দেন্স ইয়ুফোরিয়া সুন গেভ ৱে তু ৱাইদস্প্রীড রিজেন্তমেন্ট ওভর দ মর্জর ইসু"। ১৯৪৯ দা মণিপুরবু হিন্দুস্থান্না এনেক্স তৌখীবদু অচৌবা লৈবাক ৱাথোক ওইরি। মরম অসিনা, হীরম অসি লৈবাক্কী মপুং ওইবা ৱাফম অমদি শোয়দনা ওইরি। হীরম অসিদা মপুং ওইবা ৱারম অমদি ৱাহং অহুম ময়েক শেংনা থোরকই। মদুদি:

### অহানবা ৱারম

মণিপুর লৈবাক্না ওক্টোবর ১৫, ১৯৪৯ দা ভারত দেশকী ফিবান মনুং চন্দ্রিহৈদা, মশাগী পোলিতিকেল স্তেতস করি লৈখিবগে ?

### অনীশুবা ৱারম

ভারত দেশনা মণিপুর লৈবাকপু লৌশিনখিবা ( কনাগুম্বনা তিনশিনখিবা হায়নরিবা) হায়বা ৱাফমসি, মালেমগী চৎনপথাপ্তা- ( ইন্তরনেসনেল লোদা) অচুম্বা থবক অমরা নত্রগা, অরানবা থৌদোক অমরা ?

## অহুমশুবা ৱারম

মণিপুব লৈবাকপু ভাবতনা লৌশিনখিবগী মতুংদা, লৈবাক অসিনা মশাগী অশেংবা লৌশিন্দ্রিগৈগী মমাংগী পোলিতিকেল স্তেতসতা হনজনবা য়াবগী ৱাবম লৈতব্রা ?

ৱাবম অহুমসিনা মপুং ওইবগা, মবী লৈনবা ৱাবম মচা মচা কযাসু থোবক্তবা নত্তে। খুদম ওইনা, ভাবত লৈঙাক্না মণিপুবগী ৱাফম অসি ভাবতকী সোভরেন্টীগী ৱা মনুং চনর্বানি, কনাগুম্বা মীওই নত্রগা লৈবাক অমত্তনা ভাবতকী মনুংগী ৱাফমদা খুৎ থিংজিনবা চুমদে হায়বিবা ৱাফম অসি, মণিপুবগী ৱাথোক্তব কদায় ফাওবা চুম্বগে ? লৈবাক্কী অচৌবা পুৱাবীগী মীযামগী ৱাথোক অসি নৈনবা অসিদা, শিজন্নবিবা নৈন পথাপ অদু শম্লপ্না পনজগে, মবমদি নৈন-পথাপ অদুগী (প্রেমাইজেস) অবানবা অচুম্বগী মখা পোন্না ৱাবোই, পাওখুম অর্মদি ফিবেপ লৌবকই। অবানবা ফিবেপ অমদগী হান্না লৌখৎচগে- মণিপুব লৈবাক্কী পুবাবী অসি ব্রিটিশকী নত্রগা, মাগী মহুৎশিনবা ইম্পেবিযেলিজমগী মীৎযেং ঙাকুদা যেংবা। ইম্পেবিযেলিজমগী নৈন-পথাপুবু অতোপ্পা সোর্ছ যেংদুনা শিজন্নবা তাববাদ, ইম্পেবিযেলিজমগী বাংমদ যেংবা ওইথোকতে। মর্জবগী থৌদোক অসি মণিপুবগী মহৌশাদগী চৎথবক্লিকবা স্টেট (কনতিনুইতি ওফ ষ্টেট) কী যুম্ফম অদুদগী যেংবা তাই। ১, ১০০ এ: ডি: ।৪২৯ এ: ডি: ভোগেশ্বব দগী পোলিতিকেল কন্টিনিউসন। অমগী মখাদা চাংনা তম্মীগা অপুনবা আর্বাল স্টেট (মণিপুব) অমা ডসিফাওবা ওইদুনা লাক্লি মবন মবক্কী ওইবা খুদোংথিবা, চঙনবা মতম খবা থাকদনা। নৈনবা অসিদা মবীলৈননা বিফবেন্স খব শিজন্নবি মদু মখাদা, অপাবাগী খুদোংচানবা পল্লি।

ইন্তবনেসনেল লো অমসুং পেবামাউন্তসী থর্মথিবগী ফিবানন্নুংদা মণিপুব লৈবাক্কী ৱাবম নৈনবদা শক্লংতবা ওথোবিটি এল. ওপ্পেনহেম, মেক্স সোবেনসেন, জে: জি: ষ্টার্ক, জেমস ক্রোফোর্দ, লাউতবপাট, জি: আই: তনকিন, জেনেভা কনভেনসন ওন লো ওফ ট্রিতি অমদি যু এন: গী চেফোং কযাগী মতেং যাওদনা মপুংফাদবগুম, মণিপুব লৈবাক্না ভাবত লৈবাক্কী মনীদু লৈনবদা, টী. পী: মানশগ (ইদ) গী 'ট্রান্সফাব ওফ পাবাব' ভো: ১-১২, ডি: পি. মেননগী 'এসেসন ওফ

[illegible]. ঐইচ: ভী: [illegible] গী 'দ গ্রেট দিভাইদ' ফিলিপ এণ্ড [illegible]ডাবীন (ইদ) গী 'দ পার্টিসন ওফ ইন্দিয়া', নেহরুগী 'ডিস্কোভেরী ওফ ইন্দিয়া', লেরী কোল্লিন- লেপিয়ারগী 'ফ্রীডম এট মিডনাইট', ডুর্গা দাশকী 'ফ্রোম কর্জন তু নেহরু', ফিলিপ জিগ্লরগী 'মাউন্তবেতন' নচিংবা মমিং মথা লৈরবা লাইবিক্কী মতেং নৈনবসিদা যাওবি।

মদুগী মথক্তা, মৌলানা অজাডগী 'ইন্দিয়া ৱিন্স ফ্রীডম', ভী: আর: মনকেকরগী 'এসেসন টু এক্সটিঙ্কসন', ঐইচ: এম: সীরভাইগী 'পার্টিসন ওফ ইন্দিয়া- লেজেন্দ এণ্ড রিয়েলিটী', ৱাভেলগী 'দ ভাইসরোইজ জর্নেল', বিপান চন্দ্র (ইদ) গী 'ইন্দিয়াজ ষ্ট্রগল ফোর ইন্দিপেন্দেন্স', ষ্টেনল্যো ৱোলপর্টকী 'জিনাহ ওফ পাকিস্তান' অমদি, মণিপুরগী মীয়েংদগী ব্রিটিশ রিপোর্টকী মথক্তা এন: সনাজাওবা (ইদ) 'মণিপুব পাষ্ট এণ্ড প্রাজেক্ট' ভো: ১-৩, 'ত্রিতি এণ্ড দোকুমেন্ট' ভো: ১, মণিপুর য়ুনিভর্সিতি পব্লিকেসন্স নচিংবা, মতমসিদা ফোংবা মশক নাইবা লাইরিকশিংনা সোর্ছ মেতেরিয়েল ওইবি। পুৱারীগী চে চাং, নৈনবোলসু শিজিন্নদুনা লৈবাকসিগী মপুংওইবা ৱাফমসি নৈনবা চুমই। মণিপুবগী য়ুম্ফমদি চৈথারোল কুম্বাবা, নিংথৌরোল লম্বুবা ১-২, অমদি মণিপুরগী সোর্ছনা ময়েকলানা পী, অদুবু মতাং মতাংদা কোলোনিয়েল ব্রিটিশ সোর্ছনা কোরবোরেত তৌবদা মতাং মতাংদা অয়াবনা লৌই, লৌবা য়াদবনা হন্দোকই। মদুগী মরমদি, অইবানা মশাবু ব্রিটিস ইম্পেরিয়েলিজমগী থৌ লৈতবা উকিলগী ব্রিফ পায়বা পামদে।

## অহানবা ৱারম

মালেমগী লানজাও অনিগী মরক্কী মতম (ইন্তর-ৱার পেবিওড, ১৯১৯-১৯৪৫) দা ওইখিবা ষ্টেটশিংগী পোলিতিকেল স্তেতসশি য়াম্না তোয়না, শক্তম অমদি থাক হোংই। মসি ওইরে হায়বা লেঙবা, হোঙবা নায়দ্রবা ষ্টেটকী কেতেগোরি খায়দোকপা ৱানা থোক্কনি। মরম অদুমক্তা, য়াম্না দোগমেতিক ওইবা ষ্টেট প্রেকতিশকা চুনদবা এবসোল্যুত সোভরেন্তীনচিংগী কনসেপ্তনচিংবা শিজন্নবগী মরম উদে।

অহানবা লানজাওগী মমাংদা লৈরম্বা ষ্টেট সিস্তেমশি, হৌজিক্কা চানবা য়াদে- মদু কোলোনিয়েল ওইবা মতম্নি। ইম্পেবিয়েলিজম- কোলোনিয়েলিজমগী

শাঙলবা মাঙলমচৎকী মতমদা অমুক্কা হেন্না চনৈনবা হেল্লী। ব্রিটিশ পেরামাউন্তসী হায়বসিমক কোলোনীশু নত্তবা, অতোপ্পা নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংগী নীংতম্বদশু খরা শোকপা, ইন্তরনেসনেল লোনা মশক হেক খঙবা ঱াহৈ ঱াতামকশু থোকতে। মরম অদুমক্কনি সোভরেন, সেমি- সোভরেন ষ্টেটকী চপ হেক চাবা করেক্তরাইজেসন অমা ঙমদবা পেরামাউন্তসীগী মতমদা থোক্লিবশি। ব্রিটিশ ইন্দিয়াগীদি ময়েক শেঙলে লোয়নমনি, কোলোনিনি। মদুমকতি, পেরামাউন্তসীগী ফিবানদা খিবা ঱ানা থোকই। ষ্টেটশিং মপুংপানা চামদা চামা সোভরেন ওইরব্রা হায়রবশু হায়মনবা ওইবশু য়াই।

## Transformation of Manipur State

| Period | Status of State |
|---|---|
| 33 A.D. -early 20 C. | – Sovereign State |
| 1891-1946 | – International Protectorate |
| 26 July, 1947 | – Autonomous State (Constitution adopted) |
| 11 August, 1947 | – Associate State (Sovereign within Indian confederation) |
| 14 August, 1947 | – Sovereign State |
| 18 October, 1948 | – Sovereign State (Assembly functions) |
| 15 October, 1949 | – Annexed State (Continuous state with suspended sovereignty) |
| 21 January, 1972 | – Constituent State of India (suspended sovereignty) |

Political status of States during the inter-war period (1919-1945) had varied in the comity of nations.

মণিপুর লৈবাক্কী পোলিতিকেল স্তেতসকী মতাংদা, ইং কুমজা ১৯৪৭ কী মমাঙদগী হৌরদুনা, ইং কুমজা ১৯৭২ ফাওবগী স্তেতস অদু মথক্তা পীরি। ইং কুমজা ১৯৪৭ কী মমাংদা, মণিপুবগী পোলিতিকেল স্তেতস অসি অহানবমক্তদা

লোয়লম মনুং চন্দে। মসিগী মতাংদা কোলোনিয়েল সোর্ছ, ইন্দিয়ান সোর্ছ, মণিপুর সোর্ছ অমদি ইন্দিপেন্দেন্ট সোর্ছ কয়ানা চুমলে হায়না লৌনখ্রবনি। ফিলিপ* জিগ্নরনা 'মাউন্তবেতন' দা ইরি, "এজ দ বাউন্দরিজ ওফ ব্রিটিশ ইন্দিয়া হেড গ্রেদুয়েল্লি এক্সটেন্দেড ইন দ ফার্ষ্ট হাল্ফ ওফ দ নাইনটীছ্ সেনচুরি এণ্ড ইনক্রিজিং নম্বর ওফ প্রিন্সলি ষ্টেটস হেড ইন্তর্দ ইনতু ত্রিতি এরেঞ্জমেন্টস ৱিথ দ নিয়ু পাৱার, অন্দর হৱীচ ডে এক্সেপ্তেড দ প্রজেন্স ওফ এ ব্রিটিশ রেসিদেন্স ইন দিয়ার কেপিতেল এণ্ড এ ডিগ্রি ওফ সবোর্দিনেসন তু দ রাজ, বট ৱেয়ার নোট এজ্বোর্বদ ইনতু দ কোলোনিয়েল ব্লোক" (লা: ৪০৪)। মণিপুরদা ব্রিটিশকী মীহুৎ থম্বাঙাক্তনা, মণিপুরবু ব্রিটিশকী কোলোনী চি ংবা য়াদে।

জেমস ক্রোফোর্ডনা নিংথৌ লৈঙাকশিংগী ৱা পল্লদুনা ভারত মহাদেশকী নেতিভ ষ্টেটশিংশি প্রোতেকতেদ ষ্টেট নত্রগা কোলোনিয়েল প্রোতেক্তোরেতকী মনুং চন্দে, মখোয়শি ইন্তরনেসনেল প্রোতেক্তোরেতকা মান্নে হায়রি (দ ক্রীয়েসন ওফ ষ্টেট ইন ইন্তরনেসনেল লো: লা: ২১০-২১১)। পেরামাউন্তসী মতমগী মণিপুরগী মরমদা অইবানা মরাংকায়না নৈনখ্রে। পেবামাউন্তসী লোযখ্রবদি, ষ্টেটনা ডোমিনিয়ন অনিগী মরক্তৱ অমদা য়াওবা নত্রগা, পার্তিকুলর পোলিতিকেল এরেঞ্জমেন্ট (পি: পি: এ:) থমদুনা, মনিংতমজবা য়াই। কংগ্রেসনা ব্রিটিশ পেরামাউন্তসীগী মহুৎশিন্নবা কন্না লাকনৈ, অদুবু মখোয়গী জুরিসদিকসনগী ৱাংমদনি। ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজমগী মহুৎ, কংগ্রেস ইম্পেরিয়েলিজম্না শিনবা পাম্বা কংগ্রেসকী ফিরেপতু অরানবা ফিরেপনি। ব্রিটিশকী নেতিভ ষ্টেটকী ৱাহম্বোক অদু, কংগ্রেসকী ৱাহম্বোক্কা মপা চপ হেক চানদে। কংগ্রেস লুচিংবশিংগী মীৎয়েংদা নেতিভ ষ্টেট হায়বশি 'মোঘল, শিখ, মরাথা' লৈবাকশিংগী মনুংচনখিবা লৈপাক ওইনা তোয়না পল্লি- মণিপুরদি মদুগী ফিবান্দা কদৌনুংদা চনখিবা লৈতে। সরদার পতেলগী 'ব্লড রিলেসন' ষ্টেটকী মনুংদশু মণিপুরদি মাঙলমচৎতা, মতমদুদশু চনখিবা লৈতে। কংগ্রেসকী নেতিভ ষ্টেটকী ৱাহম্বোক মনুংদা য়েংবা তারবদি, মণিপুর– বর্মা, সিলোন (শ্রীলঙ্কা) গুম্না তোঙানবা লৈবাকনি। কংগ্রেসনা মতমপুম্বদা ভারত মহাদেশসি, লেংদনা চৎথবকপা (কনতিনিয়্যুস) ষ্টেট অমা ওইনা লাননা লৌই। ব্রিটিশ ইম্পেরিযেলিজম খত্তন্না ইন্দিয়া শেম্লম্বনি,মদুগী মমাংদা ইন্দিয়া কদায়দা লৈরম্বগে ?

ইং কুমজা ১৯৪৭ তদি মণিপুর লৈবাক্কী মশাগী পোলিতিকেল কনষ্টিট্যুশন অমা লৈজরবনিনা, ইন্তরনেশনেল প্রোতেক্তোরেত অমা ওইজরম্লবসু, ষ্টেট ওইখ্রবনি। কনষ্টিট্যুসন অসি ব্রিটিশ নত্রগা কঙ্গ্রেসনা পীবা নত্তবনিনা, মখোয়গী লৈঙাক্কী ফিবানগী ব্রাংমদা লৈবা মণিপুরগী মনিংতম্বা কনষ্টিট্যুশন ওই। ষ্টেটকী থাক অসি, মতমদুদা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মনুং চন্দে অমদি আগষ্ট ১৫, ১৯৪৭ তসু ষ্টেটনা ইন্দিয়া নত্রগা পাকিস্তানগী মনুংদা লৈতে হায়বসি, মণিপুরবু এনেক্স তৌবদা খুৎলায় ওইখিবা ভি: পি: মেনন মশামক্তা ইরি, (ইন্তেগ্রেসন ওফ ষ্টেট, লা: ১১, ৯৭)।

আগষ্ট ১১, ১৯৪৭ তা মণিপুরনা ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ত অমদি এসেসন, ত্রিতি সহি তৌরবা মতুংদা মণিপুরনা, শেম্লক্কনি হায়রিবা ইন্দিয়ান কনফিদরেসনদা দিফেন্স, এক্সতরনেল এফেয়ারস অমদি কম্যুনিকেসন হায়বা হিরম অহুম (৩) অসি খায়দোকখ্রবা মতুংদা, মশাগী মনিংতম্বা কনষ্টিট্যুসন চৎনদ্রিবা ফাওবদা, এসোসিয়েট ষ্টেট ওইনা লৈরমই। গ্রেনভাইল ওস্তিননা মরক অসিদা লৈরম্বা ষ্টেটকী থাকশিবু শিংথাদুনা ইরি, "সম হৱাট লেটর (কেবিনেত মীসনগী মতুংদা) মোষ্ট ওফ ডেম (ষ্টেটশিং) বিকম লূজলী এট্রেচড টু দ য়ুনিয়ান গোভর্ণমেন্ট ইন এ রিলেসনশিপ মোর ক্লোজলি রিজেমব্লিং কনফেদরেসন ডেন ফেদরেসন ওলদো সেভেরেল (ষ্টেটস) প্রিটন্দ টু রিমেন কমপ্লিটলি ইন্দিপেন্দেন্ট" (দ ইন্দিয়ান কনষ্টিট্যুসন: লা: ২৪৩)। এসোসিয়েট ষ্টেটকী মনিংতম্বগী মরমদদি মরাংকায়না য়ানবা লৈখ্রে, হৌজিক্কী মতমদা পনবা য়াবদি পুয়ের্তো রিকো গুম্বগী মওংনি।

জেমস ক্রোফোর্দ না ইরি- ফোরেন এফেয়ারস, দিফেন্স অমদি অতৈ শক্তি অতোপ্পা ষ্টেট অমদা পীথোকখ্রবশু ৱেস্তর্ন সামোৱাগীদা থোকপগুম্না এসোসিয়েট ষ্টেটনা মনীংতমনা লৈ। মহাক্না য়ু: এন: গী য়াকা য়েংদুনা এসোশিয়েট ষ্টেট ওইবদা মীয়ামদুগী মনিংতম্না খঙবা, মশানা সেল্ফ দিতরমিনেসন তৌদুনা, এসোসিয়েট তৌবদু তোকপা য়াবগী ৱা পীরি (ক্রোফোর্ড, লা: ৩৭৭)। মণিপুরনা এসোসিয়েট ষ্টেট ওইবসি অতেনবা মতমগী ওইরবা ফাওবদা, মীয়ামগী মনীংতম্না খনজবসু য়াওখিদ্রে, নত্রগা তরায় তবায়না তোকপা হায়বদুসু মেত্রোপোলিতান ষ্টেটনা (ভারতনা) য়াবগী ৱা থীবা ফংদ্রি। মরমদি মেত্রোপোলিতান ষ্টেট ভারত নোংমা নোংমগী ইম্পেরিয়েলিষ্ট ওইরকলি।

ব্লাফম অসি থম্লগা, এসেসন তৌরবা মতুংদশু ষ্টেট অদু মনিং তমবা তোকত্রি। মদু এসেসন এগ্রীমেন্তকী ক্লোজ ৭-৮ না ময়েক শেঙনা পীরি। ইন্স্ট্রুমেন্ট ওফ এসেসনগী ক্লোজ ৭ না পীরি : "নথিং ইন ডিস ইনষ্ট্রুমেন্ট শেল বী ডীমদ টু কম্মিট মি (মণিপুর নিংথৌ) ইন এনি ৱেয় টু এক্সেপটেন্স ওফ এনী ফ্যূচর কনষ্টিট্যুসন ওফ ইন্দিয়া ওর ফেট্রর মায় ডিসক্রেসন টু ইন্টর ইন্টু এরেঞ্জমেন্ট ৱিথ দ গোভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়া অন্ডর এনী সচ ফ্যূচর কনষ্টিট্যুসন"।

ক্লোজ ৮ শুবানা পীরি, "নথিং ইন ডিস ইনষ্ট্রুমেন্ট এফেক্টস দ কনটিনুয়েন্স ওফ মাই সোভরেন্তী ইন এণ্ড ওভর দিস ষ্টেট, ওর সেভ এজ প্রোভাইডেদ বাই ওর, অন্ডর দিস ইনষ্ট্রুমেন্ট, দ এক্সরসাইজ ওফ এনী পাৱার, ওথোরিতি এণ্ড রাইটস নাও এনজোইড বাই মি এজ রুলর ওফ ডিস ষ্টেট"।

আগষ্ট ১৪, ১৯৪৭ তা মমাঙগী ন্তেতসতগী হেন্ন ব্লাংখত্তুনা, সোভরেন ষ্টেট ওইদুনা, মণিপুর কনষ্টিট্যুসনগী মখাদা মীয়াম্না খনজবা এসেম্ব্লী মীফম ওক্টোবর ১৮, ১৯৪৮ দা ফমবা হৌখিবদগীদি, সোভবেন বিপব্লিকুম্না ওইখ্রে। রসিয়ান, চাইনিজ রিভোল্যুসনগা চাংদম্নবা য়াদ্রগশু, মহারাজ হায়বদু মমিংতা ঙায়রবা মতমদুদা, মণিপুরগী মীয়ামগী মীহুত্তা পাৱার লৈরবনিনা, দে ফেক্তের রিপব্লিক ওইখ্রে, চপ হেক চাবা দে জুরে রিপব্লিক কৌবদদি য়েৎনবা লৈ।

মণিপুর মনীংতম্বা লৈবাকপু ওক্টোবর ১৫, ১৯৪৯ দা ভারত লৈবাক্কী ফিবান মনুংদা লৌশিনখিবসিদা, মাগী পোলিতিকেল ন্তেতসতা অচৌবা অহোঙবা লাকখ্রে। মণিপুর, ভারতনা এনেক্স তৌই। এনেক্সেসন অদুবু, মতমদুগী মীয়াম্না খঞ্জবা সরকার, চীং-তম মীয়াম, পার্টি কয়া, লেফতিষ্ট মুভমেন্ট পুম্বনা থিংদুনা লাকখি- মদুবু, ঙসিনা মণিপুর লিবরেসন মুভমেন্টকী থবক পায়খৎলিবা লূপশিংনা রেজিসতেন্স তৌদুনা চখরি। মতমদুদা, কঙ্গ্রেস খুজোক অমনা অমোৎপদগী অমোৎপা তৌরবা গান্ধীগী মনায়শিংনা সবভরসন তৌরগা, ভারত্তা মণিপুর লৌশিনবীয়ু হায়খি। (কাউন্তদাওন এনেক্সেসন দায়রী য়েংবীয়ু)। মতমদুগী হিন্দুস্থান ইম্পেরিয়েষ্টশিং অদুদগী সি: আই: এ: না ফাওবা তমগদবা পাবা য়াম্না লৈরি-মেকিয়াভেলী মহাত্মা কদৌনুংদা জেসস খৃষ্ট ওইখীদে।

## অনিশুবা ৱারম

মণিপুরবু লৌশিনখিবসি, মালেমগী লৈঙাক পথাপ চৎনলোন্দা চুমদ্রা, চুমদ্রা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা ৱাথোক অমা ওইরে (কাউন্তদাওন এনেক্সেসনগী দায়রীদু য়েংবীয়ু)। ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রিমেন্ট, ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন, ইন্দিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট, ১৯৪৭ না মণিপুর ষ্টেটকী মনীংতম্বা শোকহনবা লৈতে। ইন্সক্রুমেন্ট ওফ এসেসন অদুনা, লৈরমলিবা ষ্টেট অদুগী কনতিন্যুইতি মাঙহনবা তৌদে। মণিপুর ষ্টেটকী মনিংতম্বা মুখৎনবা ইন্সক্রুমেন্ত লৈফম থোকতে। অহানবদা, ই: ডব্লিউ: এফ: লুম্বীনা ইরি, লন্দনগী মীয়াম্না মাউন্তবেতননা তৌরিবা এসেসনগী থৌওং অদুবু য়াম্না কা হেনবা ওইনা লৌই (ফিলিপস, পার্টিসন ওফ ইন্দিয়া, লা: ৯৬)। এইচ: ভী: হোডসন না ইরি— নিয়মগী ৱাংমদা মাউন্তবেতননা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট কান্দুনা প্লেনিপোতেন্সিয়ারি পাৱারস তানখি (ফিলিপস, পার্টিসন ওফ ইন্দিয়া, লা: ১১৯)। তশেংনমক, মাউন্তবেতননা ষ্টেটকী ইন্তরেষ্ট মতমপুম্বদা হন্না য়েংদনা লাকখিবনি। মদুনা, মণিপুরগী মনিংতম্বা মুখৎপা য়াদে।

অনিশুবদা, নিয়মগী মতুংইন্না, পোলিতিকেল দিপার্টমেন্টনা ষ্টেটকী সোভরেন্টীগী থবক তৌবা মতমদা, মাউন্তবেতননা এসেসনগী লম্বীদা থবক তৌই, (ইবিদ, লা: ১২৩-২৪)। সার কোনরাদ কোরফিল্ডনা মাগী থৌরাং মনুংচন্না, ষ্টেটকা পেরামাউন্তসীগা য়ানবগী মরী লৈনবদু শেংই। অদুনা, পারামাউন্তসী লোইদ্রিঙৈদা মাউন্তবেতননা এসেসনগী তৌরিবা পুম্বা 'ব্রিচ ওফ ফেইঠ' ওইনা লৌই (ইবিদ, লা: ৫৩০, ৫৩৪)। মরম অদুমক্তা, পোলিতিকেল দিপার্টমেন্ট পুরিবা সার কোনরাদ কোরফিল্ডনা জুলাই ২৫, ১৯৪৭ কী নিংথৌশিংগী মিটিং শিল্লমলগা, জুলাই তাং ২৩ দা মাগী দিপার্টমেন্ট থাদোক্লগা চেনখ্রিবনি।

অহুমশুবদা, মাউন্তবেতননা কম্যুনিষ্টকী ঈহৌ থিংনবা লম্বী য়াৎপা অমদি কম্মনৱেলঠতা ভারতপু পুশন্নবা হোৎনবা (কোলিন্স— লেপিয়ার, 'মাউন্তবেতন এণ্ড পার্টিসন ওফ ইন্দিয়া', লা: ১৬৬-১৭১)। এট্লীগী ইন্দিয়ান ওসীনগী ষ্ট্রেটেজিক ইম্পোর্টেন্স য়াৎপা অমদি, পাকিস্তান থাইদোকখিবগী অহোবদু ষ্টেটকী লম্না (টেরিটোরি) না মেনখৎনবা থবক পায়খৎপা, শম্না হায়রবদি, তুংকোয়বা ব্রিটিশকী ইন্তরেষ্টতা য়েংদুনা চৎপা অসিনা এসেসনদা মানা ঙমজবী খুৎ থাখিবনি

ব্রিটিশকী ওইজনবা যেংদুনা, ইন্দিয়ান ইম্পেরিয়েলিজম মানা শেমখীবনি। মদুগীসু মথক্তা, নিংথৌ মচা মাউন্তবেতননা ব্রিটিশকী অহানবা সী লোর্ড ওইবা নত্রগা, ইন্দিয়াগী দোমিনিয়নগী গাভর্ণর জেনেরেল ওইনিংবগী লন্নায় থৌরাং (এমবিসন) লৈখি। মদুগী মথক্তা, নেহরু- পতেল- গান্ধিগী, ষ্টেটকী নিংতম্না মুথৎপগী লাওদা, মাউন্তবেতনগী লন্নায় অপাম্বদু থুখি য়াই। মপুং ওইবা ষ্টেট ২০ মুক্তি (চাওরাক্লা) মনিংতম্না লৈজফম থোকপা লৈবাক ঙাকনি— অরেম্বা অতৈদুদি, খুঙ্গংমুক চাওবা ঙাকনি। ঙসিমক মণিপুরগা মান্নবা মনিংতম্না লৈবাক ৯০ না য়ু: এন: না য়াওরি।

ভারত (হিন্দুস্থান) না লৌশনবা (এনেক্সেসন) তৌখিবা পুম্বা, য়ু: এন: না য়াখিবা নত্তে। য়ু: এন: গী সেক্যুরিতি কাউনসিলনা, ভারতনা সেপতেম্বর ১৯৪৮ দা হায়দববাদতা লান্দাবদু খন্ননবা নিজামগী ব্লাকৎ অদু লৌববা তুংদা, নিজামনা ভারত্তা মায়থীবা য়াখিবদুদগী, মখাতানা পায়খিদ্রে (এস: সি: ও: আর: অহুমশুবা চহি, নম্বর ১০৯, ৩৫৭ শুবা মীতিং সেপ্তেম্বর ১৬, ১৯৪৮; ক্রোফোর্ড লা: ২১০)। ভারতনা জানুয়ারী, ১৯৬১ দা গোন্না লৌশিনখিবদু য়ু: এন: সেক্যুরিতি কাউনসিলনা চুমদে হায়খি (এস/৫০৩৩; এস: সি: ও: আর:, ৯৯৮ শুবা মীতিং, ডিসেম্বর ১৮, ১৯৬১; ক্রোফোর্ড লা: ১১২)।

ভুতানগা ভারতকা লৈনবা মরীসি, আগষ্ট ৮, ১৯৪৯ গী ট্রিতি ওফ ফ্রেন্দশীপনা পীবা মতুংইন্না, ভারতনা ভুতানগী মীরৈবাক্কী মরীদা লমজিংবা পী। কাশমীরগী ব্লাথোক্তিংঙসিফাওবা চথরি- সেক্যুরিতি কাউনসিলনা প্লেবিসাইট তৌ হায়বদু ভারত সবকারনা তৌবা ঙমদ্রি। সিক্কিমগী মতাংদা, ভারত লৈবাক্কী ৩৫ শুবা কনষ্টিট্যুসন এমেন্দমেন্টনা পীবা মতুংইন্না- আর্টিকল2A অমদি ১০ শুবা সেদ্যুল হাপচনখি, ভারত সরকারনা শুপ্রতগী দিফেন্স, কম্যুনিকেসন্স, এক্সতরনেল এফয়ার অমদি সোসিয়েল ব্রেলফিয়ার লৌসিনখি। ৩৫শুবা এমেন্দমেন্টনা পিরি- 'সিক্কিম ব্লিল নোট বি এ পার্ট ওফ টেরিটোরি ওফ ইন্দিয়া, বট এন এসোসিয়েট ষ্টেট'। অদুবু ৩৬শুবা এমেন্দমেন্টনদি, সিক্কিমবু ভারতনা এনেক্স তৌখ্রে। মতম অমগী ব্রিটিশ সম্রাজ্য শন্দোকপদুগা চপ মান্নন্না, হৌজিক্কী মতমদা ভারতকী সম্রাজ্য শন্দোরকলিবা সম্রাজ্যবাদসি নোংমদি নিংখায়বা শোয়দবনি।

মণিপুরবু লৌশিনখিবগী ৱাথোকশি, য়ু: এন: সেকুারিতি কাউনসিলদা ৱাকৎতি পীখিবা থেংনদে; অদুমকপু, মথক্তৱ পনখ্রিবা অসিদগীদি এনেক্সেসনসি আইন্না য়াদে হায়বসি য়ু: এন: না ফজনা খঙহনখ্রে । লম খরদা মখা তানা ইরাং লাক্তবদগী ৱাথোকতু লোয়শনখ্রবসু, মণিপুরদদি এনেক্সেসনদুবু য়াদবা, লেপ্তুনা মীয়াম্না মওং মওংদা শিংনবদগী ১৯৪৯ দগী ঙসিফাওবগী হিষ্টরী লৈরী। মথঙদা য়েংবা য়াবা ৱাফমদি, মণিপুরগী পাৱার য়াওদ্রবা মহারাজনা মণিপুরবু য়ুমলোননবা মীরৈবাক অমদা তিনশিন্নবগী শক্তি লৈখিব্রা হায়বসিনি।

আকবর হায়দারী, দেবেশ্বর শর্মা, কাংজুনা মণিপুরগী ত্রিতি- রিলেসনবু য়াবগী মথক্তৱ, ব্রিটিশ পেরামাউন্তসীনা ষ্টেটকী মনীংতম্বা য়াই হায়বদুগী চেরোল কয়া থোকখ্রে (য়েংবিগদবা- মানশর্ঘ, ইদ, ট্রান্সফর ওফ পাৱার, ভো: ১-১২)। পনবা য়াই, ভিয়েন্না কনভেনসনগী আর্টিকল ৮ শুবনা পীরি- ফুল পাৱার য়াওদ্রবা মী অদুগী থবক্তা ত্রিতি পাংথোক্লেবদি লেগেল ইফেক্ট লৈতে (জে: জি: ষ্টার্ক, ইন্তরনেসনেল লো, লা: ৪২৬)। ত্রিতি অদু কেপাসিতি য়াওদনা সহি তৌবা তারবদি, ইনভেলিদ ওই (ইবিদ, লা: ৪৪৮)– রিজন্স ওফ ইনভেলিদিতি ওফ ত্রিতি নৈনবা তাই। মেক্স সোরেনসেনগী ৱার্কঙা পিরী, কিহল্লগা তৌবা ত্রিতি অদু ইনভেলিদ ওই (মেনুয়েল ওফ পব্লিক ইন্তরনেসনেল লো, লা: ২০২)। মদুমক, জি: আই: তনকিননা য়াই (ইন্তরনেসনেল লো, লা: ১৬৯)। মহাক্না লৈবাক মনুংগী আইন চৎনপথাপ থুগায়দুনা সহি তৌনবা ত্রিতিদু লাল্লী, শিংনগদবনি ইরি (ইবিদ, লা: ১৬৯)। থাক মান্নদবশিংগী মরক্তৱ, পার্টি অমদা শোলহনবা অনইক্যুল ত্রিতিজ চৎনবা য়াদবসি 'জুস কোজেন্স' ওইনা জেমস ক্রোফোর্ড না লৌই (লা: ৮১)। মথক্তৱ পনখ্রিবা পথাপশিং অসি মালেমগী চৎনবা পাথাপনি- য়েৎনফম অসি থোয়না লৈতে।

মণিপুর কনষ্টিট্যুশন্না মহারাজদা অকনবা ত্রিতি মেকিং পাৱার পীবদি লায়রদুনা, অচম্বা ফিগরহেড ওইনা থমখ্রবনি। মদুগী মথক্তৱ, রিপ্রজেন্টেটিভ, অমদি পোপুলর গোভর্ণমেন্ট লৈখ্রবা মতুংদা, মহারাজদা হান্না লৈরম্বা শক্তি লৈখিদ্রে। মহারাজ মশামক্লসু, শ্রীপ্রকাসতা কয়াবক হন্না ইখ্রবনি। মরম অদুনা, মহারাজগী ত্রিতি-মেকিং পাৱার, কেপাসিতি লৈতনা সহি তৌনখিবা চেরোল

ওইখ্রবনি। মর্জর এগ্রীমেন্তকী অহানবা আর্টিকল- "হিজ হাইনেস দ মহারাজ ওফ মণিপুর হিয়ারবাই সেদস তু দ দোমিনিয়ন গোভর্ণমেন্ট ফুল এণ্ড এক্সক্লুসিভ ওথোরিতি, জুরিসডিক্সন এণ্ড পাৱারস ফোর এণ্ড ইন রিলেসন তু দ গোভর্ণেন্স ওফ দ ষ্টেট", মসিদা পিরিবা সেসন (cession) গী কেপসিতি মহারাজদা লৈখিদ্রে। অচম্বা এগ্রীমেন্ট- লালোন ইতিক্রচিংবদি লায়রদুনা, লৈবাক অমা পীথোকপগী পাৱারদি মমিংতা ঙায়জরবা মহারাজ অদুদা শুকলৈ লৈখিদ্রবনি।

ত্রিতিগী নিয়ম কয়া য়াওবা য়ানচে কয়া মালেমদা লৈরে। মরম অমা নত্রগা অমদা, অচুম্বা আইনচুম্বা ত্রিতি অমা মহারাজগা ভারতকা সহি তৌনখি হায়নবা মরম থীবদা ৱানা থোক্কনি। মসিগুম্বসি ওপেনহ্যেমগী ৱাহৈদা হায়রগা— সবজুগেসননি (ইন্তরনেসনেল লো: এ ত্রিএতাইজ, লা: ৫৬৬-৭৭)। নিয়ম চুমদবা, আইন্না য়াদ্রবা ত্রিতি অদুদা মহারাজগা সহি তৌমীন্নবা ভি: পি: মেনননা মণিপুর লৈবাক লৌশনবা অদু মশানা লৌশনগীবনি হায়না হায়জরী: "ইন ভিয়ু ওফ ইটস পোজিসন এজ এ বোর্ডর ষ্টেট এণ্ড ইটস অনদিভলপদ করেক্তর, ইট ৱাজ দিসাইডেদ তু তেক ওভর মণিপুর এজ এ চীফ কম্মিসনর্স প্রোভিন্স" (দ ষ্টোরি ওফ দ ইন্তেগ্রেসন ওফ দ ইন্দিয়ান ষ্টেটস, লা: ২৮৯)। হৈশিংলবা ময়াংমচা ইম্পেরিয়েলিষ্ট এজেন্ট অসিনা লৈবাক লৌশনবা য়াবগী পীরিবা মবমসি অহানবদা, বোর্ডর ষ্টেটনি; অনিশুবদা, চাওখৎপা য়ৌদ্রি অসিনি। ইম্পেরিয়েলিষ্ট অসিগী ফজখ্রবা লোজিকসি ইনবা তারবদি, য়ু: এস: এ: না লৌশনলোয়দবা লৈবাক অমত্তা, ভারত য়াওনা, মালেমদা লৈতে— মরমদি, লৈবাক অমমম লৌশিনলিবমখৈ, লৌশিনহৌদবা লৈবাক অমা নত্রগা অমদি বোর্ডর ষ্টেট ওইবা তাবনি। অদুবু, ঙসিগী চৎনরিবা য়ু: এন: সিস্তেম অমদি, মালেমগী লৈঙাকলোন য়েংলুরগদি, মণিপুরবু এনেক্স তৌথিবসি চুমদে। ঙরাংতমক, য়ু: এন: সেক্যুরিতি কাউনসিল রিজোলুসন নম্বর ৬৬০না কুৱেট লৌশিনখিবদু ফোর্স শিজিন্নদুনা ইরাককী মখনাওদগী কুৱেট ওথোকহনখ্রিবদু কাওনদ্রি। তৌবগীদি, অপিকপা লৈবাক খুদিংমক্তি থাও মরাংকায়না থোক্তবনিনা, 'ইন্তরনেসনেল পোলিতিক্স ওফ ওইল' গী খুদোংচাবদু ফংবা ঙম্মদে। ভারতকী মিৎয়েংদা মাগী নোংচুপ-খাগী ঙমখৈদি সমুদ্রনা ঙাকথোকলে, অৱাং থংবদা হিমালয়া চীংজাওনা ঙাকলে। নোংপোক থংবা ঙমখৈসি, অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেটশিংনা আউট-পোষ্ট ওইববতদা হিন্দুস্থানী

হার্তলেন্দ তেকতা কায়দনা লৈবা ঙমগনি। হিন্দস্থানগী লম্বু য়েক্রবদগী ঙাকথোক্লবা শম্বল, লানবন ওইনা মণিপুরবু দরকার ওই- মণিপুরনা মাবু দরকার ওইদবদি য়াই।

মণিপুর লৈবাক্না ঙসিফাওবা কাওনদ্রিবদি, নিংথৌ অমবু ফারগা, লাম্মীনা কোয়শল্লগা এগ্রীমেন্ট সহি তৌহনবদুনি। শ্রী প্রাকাশনা শরদার পতেলদা থাবা, সেপ্তেম্বর ১৮, ১৯৪৯ গী টেলিগ্রাম অদুদা লানফা ওইহল্লবা নিংথৌবু নমদুনা থম্বদু পল্লি- "হিজ হাইনেস মষ্ট নোট অন্ডর এনী সার্কমসতেন্সেস বি এলাউড তু রিতর্ন তু মণিপুর ৱিথ হিজ এডভাইজরস এণ্ড আই হেভ একোর্ডিংলি ইন্সট্রক্টেদ পুলিস তু দিতেন হিয়ার হিজ পার্টি ইফ ডে এটেম্পট তু রিতর্ন বিফোর সাইনিং দ এগ্রিমেন্ট"।

"প্লিজ টেলিগ্রাফ ইম্মিডিয়েটলি রিপোর্ট ইম্মিডিয়েটলি ওথোরিতি ফোর ডিতেনসন ওফ হিজ হাইনেস এণ্ড এডভাইজরস অন্ডর রেগুলেসন (থ্রি) ওর বাই ৱাটইভর অডর মীন্স য়ু কনসিডর মাইট বি এপ্রোপ্রিয়েট"।

"হেভ ওলরেদি ৱার্ন্দ সব-এরিয়া তু বি প্রিপয়ারদ ফোর এনি ইভেনচুএলিতি ইন মণিপুর" (মণিপুর: পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ট, ভোল্যুম ১, লা: ৩৫৪, ইদ:, এন: সনাজাওবা)। মহারাজবু লাম্মীনা বন্দি ওইনা ফাপ্লবনি।

লানফা অমসু ওইরবা, লাম্মীনা লাঙ্গোয় চল্লবা সহি তৌবগী শক্তিসু শুকলৈ লৈজদ্রবা মখুত্তা হেন্দকফ চন্দে হায়বতা ঙায়রবা, মমিংতা ঙায়রবা নিংথৌ অমনা সহি তৌবা ইন্সট্রুমেন্ট অদু চুমই হায়নবগী মরম অমত্তা থিবা ফংদে; অদুনা মদুবু অবানবা, নিয়ম চুমদবা চেজেৎনি হায়বদা চিংননিঙায় ওইদে। নিংথৌনা মরম অদুমক্না মর্জর (দ্যুবেস) এগ্রীমেন্টতু মীয়াম খঙহন্দনা লোৎতুনা থমখি। ভারতকী খঙহৈরবা পণ্ডিতশিংনা কাওরোইদবা ৱাফম অমদি শিনী– বেঙ্ককী কেসিয়ার অমনা চেক অমা পীরগা শেনফম লৌথোকপদি আইননা য়াই, অদুবু শেনফম অদুমক অমুবা মায়খুম অমা উপলগা নোংমৈগী চিন্দোন্দা শেল লৌথোকপা হায়বদুদি দন্দী পীগদবা মরাল ওইগনি। নোংমৈগী চিন্দোন্দা, মণিপুর লৈবাক লৌশনবা হায়বদু কদৌনুংদা কনামত্তনা চুমই হায়রোই। মণিপুর মীয়াম্না কৈদৌনুংদা মণিপুর এনেক্সেসন য়াখিবা লৈতে, য়াদনা লাকখিবনি। ফিফঠ কলমনা, মণিপুরবু

সবভর্সন তৌনবা লাং- থাক্লগা নেকপা লোকেল এজেন্ত যাইতোং ফমদোংবা খবর্নাদি, মবৈবাকপু মযাংলৈবাকতা পীথোকপদা হালেংদনা যাখীবা হাযবদুশু বিকোর্ডতা লৈ– মদুদি মীযামগী মীহুৎনা য়াখিবা নত্তে। মখোযদা মণিপুববু কাশমীবগী থাক ফাওদংদি মণিপুবদা পীহন্নবগী তানজা লৈখীদবা নত্তে। লাঙ্গোয চল্লবা নিংথৌ অদুনা, মাগী লৈবাকপু মযাংলৈবাক হিন্দুস্থান্না নমথাক তৌবগা মুনথ্রবশু, মাগী মনায অনি প্রাইভেত সেক্রেতাবী অমদি এ: দি: সি: না, শিলোংদগী মণিপুব থোবক্লগা, মণিপুববু নুংশিবা লুচীংবা অমদি মতমদুগী নহাবোন্দা থৌদোক অদু তমথোক্তনা, শাংলবা মতম অদুদা চেক মুক লাওখীদে। পুথ্রী অচৌবদা নুংজ্রেং অমা থাদবদা ঈপোম থোকহনখীদবা হাযবদুমক মথক্কী ফম্নাযবা নিংথৌ মনায অনিসিগী অচেৎপা থৌদাং ওইবা য়াই।

## অহুমশু বা ব্বারম

লৈবাক অমবু লৌশনথ্রবা মতুংদা, মাগী মাঙখ্রবা পোলিতেকেল স্তেতস অদুদা হনজনবা যাব্রা নত্রগা, মদু লোযনমক মাঙখ্রব্রা– হাযবা বাতংসি মতম পুন্নদা লাকই। ওইবা যাবা নত্রগা থোকখিবা পথাপ খবা মখাদা পীবি। মদুগীসু মথক্ত্র, যু: এন: গী কমিতি ওফ ত্যুবেস্টিফোবনা লোযচনথ্রবা লমবু দি-কোলোনাইজ তৌনবগী থবক্ত্রু যেংশিল্লি, মথৌতাববদি সেকুবিতি কাউন্সিলদা বিপোর্ট পীখৎলি। মসিসু মণিপুবগী মতাংদা পনবা যাবা ব্বাফম ওইবি। মণিপুবগী মনিংতম্বা মাঙখীবা হাযবশিবৃ মালেমগী অচৌবনা শকখঙবীবা, মাবু তেংবাংবীনবা থবক লৌখৎপা চংই।

## ষ্টেট মুৎখিদবা

মতোমতা তোঙান্না লৈবমবা অদু লৈতবা মতমদা, যাম্না কুইববা মতুংদদি, ষ্টেট অমা মাথ্রখবা ওইথোকই। লান্না লৌশনথ্রবা ফাওবদা (ইল্লিগেল এনেক্সেসন), ইথিযোপিযা, আষ্ট্রিযা, জেকোস্লোভাকিযা, পোলন্দ, আলবানিযা, ইষ্টোনিযা, লিথুব্বানিযা, লাটভিযানচিংবা ষ্টেটপু মাঙখিবদগী কনবা ঙমই (ক্রোফোর্ড, লা: ৪১৮)। ইকুই কুইদ্রিবৈঙদা বাল্তিক ষ্টেট অহুম নাজি-সোভিযেৎ সেক্রেট পেক্টতা তিনশিনখিবদু, ই, ১৯৯১ দা হাননগী ফিভমদা, ইসতোনিযা, লিথুযানিযা, লাতভিযা ওইনা হনজনলি। জেমস ক্রোফোর্ডনা হীবি- "এ ষ্টেট কেন কন্টিন্যু তৃ

একজিষ্ট ফোর একজামপল ইভন ইফ ইটস গোভর্ণমেন্ট ইজ রিডুাসদ তু রিে ভ ইম্পোরটেন্স ওর ইভন ইফ ইটস টেরিটোরি ইজ হোল্লি ওক্যুপাইড" (ইবিদ, লা: ৪১১)।

ঙসিগী মালেমদা উরিবা ত্রেন্দদি দি-কোলোনাইজেসননি । পাউল কেনেডিনা মাগী 'রাইজ এণ্ড ফোল ওফ গ্রেট পাৱারস' (১৯৮৮) অমসুং 'প্রিপ্যারিং ফোর দ ত্বেইন্টি ফার্ষ্ট সেনচুরি (১৯৯৩) দা, মালেমদা অকনবা পোলিতিকেল ফ্রেগমেন্টেসন অমদি ইকনমিক গ্লোবেলাইজেসনগী ঈহৌ লাকপদু ইরি । লৌশনখ্রবা ষ্টেটকী সোভরেন্তী দুবু থিংজন্দুনা থমবা (সসপেন্দ) ওইনা লৌবা য়াই (ইবিদ, লা: ৩১০)। লান্না এনেক্স তৌখ্রবা ষ্টেট অদুবু অমুক হন্না লিংখৎপা য়াই (ইবিদ, লা: ৪০০-৪০১) । পোষ্টলিমিনিয়মগী নিয়ম ইন্দুনা, সোভরেন্তী অদু অমুক হনজনবসু য়াই (ইবিদ, লা: ৪১২-৪১৪); মরমদি লৌশিনবীখ্রবা ষ্টেট অদু থিংদুনা লৈবা নত্রগা, মপাঙ্গল য়াওজদবদগী রেসিষ্ট তৌবা (থিংবা) ঙমদবসু য়াই । রিট্রোসেসন ওফ টেরিটোরিসু মালেমগী চৎনবী পথাপনি (ইবিদ, লা: ৩৮০)। ৱাফমশি প্রিসেদেন্ত য়াম্না লৈবগী মথক্তৱ, চৎনরিবা ষ্টেট প্রাপ্তিস্সনা কন্না শৌগৎলি।

মদুগী মথক্তৱ, মালেমগী লৈঙাক পথাপ্পা 'ৱেষ্টর্ন সহারা কেস' কী ৱাফমগুমনা, ষ্টেট অদুনা সেল্ফ-দেতরমিনেসনগী পথাপ ইনবা য়াই । লৌশনবা তৌরিবা লৈবাক অদুগী 'টেরিটোরিয়েল ইন্তেগ্রিতি রুল' দগী সেল্ফ-দেতরমিনেসন য়ুনিৎতুগী পথাপ্পা লূমনা চৎলি (ইবিদ, লা: ৩৭৯)। মখা তানা, অনৌবা ষ্টেট শেম্বদা দিভোলুসন নত্রগা সেসেসন গী লম্বী অনিসি ইন্নরি । গ্রীসনা ওট্টোমন ইম্পয়ার দগী, বেলজিয়ম্মা নেডরলেন্দদগী খায়দোকখীবগুম, খায়দোকপগী পথাপতগী ইন্দোনেসিয়া, নোর্থ কোরিয়া, নোর্থ ভিয়েতনাম, বঙ্গলাদেশ, গীনি-বিসাউ শেমখি (ইবিদ, লা: ২৪৭)। মালেম লৈঙাক পথাপ অসিনা, ঙসিসু অহোঙবা কয়া লাকখ্রবা মতুংদা, ষ্টেট শেম্বা অমদি ষ্টেট হিঙ্গৎহনবগী থৌরম কয়াদা, হৌখিবদা য়ুম্ফম ওইরগা, নিয়ম কয়া য়াৎলি । জৱাহরলাল নেহরুনা মাগী 'ডিস্কোভেরি ওফ ইন্দিয়া' (লা: ৫৩৪) দা ষ্টেটশিংনা চহি ১০ গী মতুংদা 'রাইট টু সেসেড' লৈগনি হায়না ইরি । য়ু: এন: গী মেম্বর ওইরবসু ওইদ্রবসু,

লৈবাক অমবু নমফুদা লৌশিনবিবা (এনেক্স তৌবা) হায়বসি, মালেমগী চৎন পথাপ অমত্তনা শৌগৎপা তৌদে; অহোয়নদুম, মদুনা মালেমগী 'পীছ' অমদি 'সেক্যুরিতি' থুগায়বগী ৱাফমনি। য়ুনাইতেদ নেসন্সকী অহানবা থৌদাংদি, মালেমদা 'পীছ' অমদি 'সেক্যুরিতি' থম্বনি। এগ্রেসন অমদি এনেক্সেসনবু য়ু: এন: সিস্তেমনা য়াদে। তঙায়ফদ্রবদি, মালেমগী আইন- ইন্তরনেসনেল লো অমদি ষ্টেট প্রেকতিশকী মতেংনা হায়রিবা আইন্না য়াদবা মরাল— লান্দাবা অমদি এনেক্সেসন (লৈবাক অমবু নমদুনা লৌশিনবা) হায়বশিবু ফোর্স শিজিন্নরগা থিংবা ঙমই।

## COUNTDOWN – ANNEXATION OF MANIPUR

**1947**

1. 19 April - Nehru ultimatum to States - Threats with hostility
2. 15 May - Manipur Draft Constitution ready
3. 20 May - British Cabinet resolution-State to be fully independent.

3.a. 2 June - Nehru-Mountbatten's Secret Revised Plan.

4 3 June - Mountbatten's Negative attitude to the States.

5. 15 June - AICC stand: State's sovereignty lies with State people.
6. 17 June - Jinnah categorical: States to be independent, sovereign.
7. 25 June - Interim Cabinet accepts state department creation.
8. 1 July - Manipur King (Maharajah) becomes nominal figurhead.
9. 2 July - Assam-Manipur agreement: Indian agent to stay in Imphal.

10 2 July - Secretary of State Listowell : States not subject to British Parliamentary legislation.

11. 5 July - Patel on Blood theory, all knit by bond of blood possi bly Aryan-Dravidian blood theory (?) of State.
12. 5 July - Gandhi to Mountbatten: States should not be independent. Gandhi possibly wants Indian empire (not British).
13. 10 July - Indian Independence Act, 1947: British suzereinty over States in Indian continent lapses.
14. 25 July - Mountbatten officially declares States' independence.
15. 26 July - MANIPUR CONSTITUTION ADOPTED .

16 28 July - Mountbatten reception to Rulers (Lunch on August I) diplomatically pressurizes for Indian Dominion (Hisambition to be India's Governor General)

17 31 July - States Negotiating Committee approves 2 agreement drafts

18 8 August - Mountbatten reports to Listowell States remain independent save three subjects - States not committed to Indian Constitution or, Govt of India Act 1935 etc

19 9 August - Listowell approves Mountbatten's 25 July proclamation

20 10 August - Manipur King directly takes over hill administration

21 11 August - King signs Standstill Agreement and Instrument of Accession Under clause 7 & 8 Manipur's independence retained in the escape clause (cf, 5 April 1946 meeting of Nikhil Manipur Mahasabha & MPM , Reso 6 part II, Manipur to be independent- R K Bhubon in Chair)

22 14 August - King swears in the Interim Council Manipur proclaimed independent

23 15 August - King hoists PAKHANGBA FLAG in Council hall Paramountcy cleared of Manipur

24 28 August - King reiterates- Manipur is sovereign

25 6 Nov - Indian congress agent Debeshwar Sharma admits that Manipur is Sovereign Sovereignty lies with Manipur people (categorical)

**1948**

26 1st Jan - Deputy P M of India Sardar Patel visits Shillong for 3 days

27 2nd Jan - Manipur King attends Rulers' meeting at Shillong, attended by Sardar Patel and States Ministry

- Later announced that Manipur becomes independent

28 28th Feb - Hijam Irabot attends Calcutta Communist Conference with Asian revolutionaries - Adopts militant Chinese revolutionary line (later on practised too )

29 18th April - Rawal Amar Singh takes Dewan's charge

30 25th May - Congress Election Manifesto To abide by Manipur

Constitution (Congress members- majority in the Constitution drafting Committee).

31. 26th May - Assam Prime Minister Gopinath Bardoloi pleads Autonomy for Manipur State.

32 11th June -27th July - Manipur Assmbly Election - popular Government.

33 23rd June -3rd July - Akbar Hydari's reconnaisance to annex Manipur.

34. 2nd Aug. - Akbar Hydari's letter to the King: Dewan simply watches TREATY RELATIONS' between two countries- Manipur and India. He is very categorical about the word Treaty like Kaju.

35 22nd Aug. - Akbar Hydari abolishes Dominion agency.

36. 22nd Aug. - P.C. Ghosh preaches Purbanchal theory meeting organised by Tompok Congress

37 18th Sep. - Manipur Hills and Plains meeting opposes Ghose proposal

38 20th Sep - Tomal Congress writes to Indian Constituent Assembly: Manipur independent unit of India (probably in the sense of continent)

39. 21st Sep - Manipur State Council declares Krishak Sabha and Praja Sangha unlawful organisations

40 21st Sep - Hijam Irabot goes underground.

41 18th Oct - Manipur Legislative Assambly opened popular sovereign government operates.

42. 26th Nov - Prajashanti led- government (non-Congress) sworn in , Insignificant Congress minority propagates for Indian annexation of Manipur: Annexation would nullify unlawfully the Manipur Constitution, they themselves drafted in the committee.

43. 29th Nov. - Priyobarta holds C.M. post plus Dewanship.

**1949**

44 10th Mar. - Assembly Question Number 21 by L. Achou about Government's knowledge of the information about Manipur's Merger with India.

45. 22nd Mar. - Assam Governor Shri Prakash discusses with King about Manipur Communist insurgency: Rustomji Chattarjee at Imphal.

46 14th April - India Government asks king to transfer all power to dewan (an unconstitutional, parallel centre in power).

47. 16th April - King appoints Major General Amar Singh a Dewan

48. 5th June - Manipur Socialist Party Meeting urges for referendum on Manipur-India relation.

49. 25th June - Prakash secret Memo, to King- India does not recognise Manipur State Council and the elected assembly (popular sovereign)

50 26th July - Congress bulletin 4 : Indian Congress backs Manipur Congress-slogan to dethrone the Constitutional figurehead–King.

51 27th July - Hill M.L.As oppose annexation of Manipur by India

52. 29th July - Hill M.L.As Against annexation of Manipur by India.

53 3rd Aug. - Public meeting resolution to India's Prime Minister Manipur cannot be merged with India.

54 15th Aug - 4,000 Congressmen celebrate Independence day and Student's Federation hoists black flag. Ex Minister Dr Leiren Hoists black flag

55 25th Aug - Ruling Manipur M.L As against annexation of Manipur, Meeting resolution to Deputy Prime Minister. India not to annex Manipur to his country

56 7th Sep - Shri Prakash Telegrames king to discuss 'affairs of State' at Shillong.

57. 8th Sep - Young Socialist League Meeting opposes annexation.

58. 13th Sep. - Bhagyabati Patrika hints annexation.

59. 14th Sep. - Speaker T.S. Tiang Kham on issue of annexation

60. 15th Sep. - Maharaja leaves Imphal for Shillong.

61. 17th Sep. - King reaches Shilling.

62. 18th
19th Sep. - King communicates to Indian agent at Shillong that he lacks capacity to enter into treaty, as all political powers have been lawfully transferred to people.

63 18th Sep. - Shri Prakash telegrammes to Patel and V.P. Menon:

Manipur Maharaja detained under regulation III & 'ANY OTHER MEANS' (code language of house arrest of king under militery siege) - King as captive, mental torture and coercion by Indian forces.

64. 18th Sep. - P S. to King writes to Shillong S.P. to withdraw forces encircling Manipur king -siege continues - Maharajas all communication lines, snapped. Literally, he was a captive and prisoner

65. 20th Sep. - Psychic oppression and siege continues on the King.

66 21st Sep. - King, coerced under duress to sign annexation treaty.

67 21st Sep. - Bhagyabati Patrika- Manipur public opinion: Manipur cannot be subjugated and made subservient to a foreign nation (India).

68. 25th Sep. - Maharaja leaves Shillong.

69 15th Oct - Mr Velody, State Ministry of India occupies Manipur; Congress celebrates the loss of their motherland. Major General Amar Singh takes over Manipur against peoples' will

70 15th Oct. - Gazette of India, Ministry of State, Notification No 219 dated 15th October 1949 order to dissolve popular Ministry and the elected Manipur Legislative Assembly (suspended sovereignty).




কুনশুবা চহিচাগী অহানবা তঙ্খায়দা, মণিপুরগী পুৰাবী, নিংথৌ-ব্রহ্মসভা - মাবরাবী-ব্রিটিশকী যোৎহলিংদগী নাহ্লোক্লবা হোৎনবগী খুন্নাইগী মনুংদা থৌনি চিংনবগী তকশিন্নবনা মপুং ওইবকই। অহানবা তঙ্খায অমদি অনিশুবা তঙ্খাযগী লংদাযফমদা, হিন্দুস্থান্না চানক্যগী অথুপ্পা পো হৈনা কাংদুনা, মীযাম লৈঙাক (দিমোক্রেসি) কী মাইখুম উপ্পগা, চহি ২,০০০ হেন্না চাংমী তম্মী মচিন মনাউগী অপুনবা কংলৈপাক (মমাংদা মৈত্রবাক হায়নসু চৈথাবোল কুম্বাবদা তোযনা ইখ্রবা) - মণিপুর ষ্টেটপু লৌশনবদা মায পাবখী। কুনশুবা চহিচাগী অনিশুব তঙ্খাযদগী হৌবদনা চেষ্টবক্লিবা, মণিপুরগী পুৰাবাদি, ভাবতকী মখা-পোনবদগী নাহ্লোক্তুনা, মবোমদোম নিংতম্না লেপচবগী মথাযমগী ঈহৌ অমদি, মখোযগী মপুং শিন্দুনা খুৎলায পানদুনা নিংতম লালহৌ তৌনিবা লূপশিংগী অকনবা লাল হনবা লৈতবা ঈহৌশিংনা শেমলকই।

'স্বাধিন মণিপুব বাজ্য ওইনা লৈবা,' 'লৈবাক্লা পাম্বা (গনভোৎ)' হাযবসি ইং কুমজা ১৯৪৬ কী মণিপুবগী বাবেপ ওইবকই। লূচিংবা হিজম ইবাবোতনা তাল্লকখিবা মবোমদোম লেপ্পগী রাবেপ অদুবু, ভাবতকী এম: পী: ওইবম্বা ঙাঙোম মোহেন্দ্রোনা মীযামদা শন্দোকই: "মতম পুম্নমক্তা লাওখিবনি মহাক্লা নিংথৌ শাসনগী মহুত্তা মণিপুবদা পুর্ণ দাযিত্বশীল শাসন মপুং ফানা প্রজাদা দায়িত্ব লৈবা সবকাব, (ফুল বেসপোনসিবল গোভর্ণমেন্ট) লিংগদবনি", "আত্মনিযন্ত্রন অধিকাব" (মশানা মশাগী মবাইবক লেপচবা, বাইত তু সেল্ফ দেতবমিনেসন) পীগদবনি, মদুগীদমক্তা থেংনবসা "য়ুথ ফ্রন্ট" শেমগদবনি হায়বনচিংবা খোল্লাও কয়া।

ইং কুমজা ১৯৪৯-৫১ ফাওবদা, মথক্কী রাখল্লোন অসিবু থবক্তা পাংথোক্লবা হোৎনখিবা মবৈবাক নিংবা, মণিপুবী কম্যুনিষ্টশিংগী খুৎলায পায়বগী ঈহৌ

থোকই - মদু মায়পাকপা ঙমখিদে। অদুমকপু ইরাবোতকী তুংইনবা মচেৎ অমনা ভারতকী লোয়লম লৈঙাক্তা খোং থাংজিনখ্রবা ফাওবদা, চীংয়া তময়াদা লৈহৌবা লোয়লম্না লাইমিং লৌবদা য়াওহৌদবশিংনা, ইং কুমজা ১৯৬০ গী মতমদা মৈতৈ ষ্টেট কমিতি [৪] শেমদুনা লালহৌবদু মখা চত্থবকই। মদুগী মরক্তা, মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়ননা [৫] মনিংতম্বা মণিপুব ইং কুমজা ১৯৫৩ দা তান্দুনা লাকই। মখোয়গী খুনাম লীবা ঙম্বশিংনা, প্রোগ্রাম শমথবকই।

ইং কুমজা ১৯৬০ গী মযাই চল্লমদাইদা, মণিপুব পোলিতিকেল-বিভিয়ু হাযবা নৈনবসিগী মখা চত্থবকপদা, বিভোল্যুসনবি কমিতি শেমই - মদুগী লমযানবশিংদি হিজম ইবাবোতকা নক্না তিন্নরকখিবা লুচিংবশিংনি। বিভোল্যুসনরি কমিতিনা, যুনাইতেদ নেসনেল লিববেসন ফ্রন্ট ওইবকই। যু: এন: এল: এফ: কী সেল্ফ দেতবমিনেসনগী ফিবেপ লৌবকপা ফাওবদা, ইং কুমজা ১৯৬৪দগী ঙসি ফাওবদা ইম্ফাল তুবেনগী ঈশিং যাম্না চেঙ্খ্রে[৬]। ইং কুমজা ১৯৬৯-৭০গী মতমদা, ফ্রন্ট অসিগী মেম্ববশিংনা বিভোল্যুসনবি গোভর্ণমেন্ট ওফ মণিপুব শেমদুনা, সবকাব মুখৎতুনা অনৌবা লৈঙাক লিংনবা হোৎনবদা, মাযথিখীবা অমদি সবকাবনা মেম্ববশিংদা এমনেস্তি পীবকখিবদগী, অহোঙবা খবা লাকখি। অদুবু, মবোমদোম লেপ্পবগী ৱাবেপতি অনৌবা মীবোলগী বাখলদগী মপান থোকখিবা লৈতে।

ইং কুমজা ১৯৭৮ দগী হৌবদুনা লেপ্পা লৈতনা পীপলস লিববেশন আবমী[৭] (কোন্না বিভোল্যুসনবি পীপলস ফ্রন্ট) না অকনবা চেফোং 'দাঅউন' যেঙ্থোকপগা লোযননা, ভাবত্তগী মানংতম্নবা, নেসনেল লিববেশন মুভমেন্ট, ইন্সবজেন্সি তৌবকপদগী, মালেমগী নিংতম ঈহৌগী মেপ্তা মণিপুববু হাপখি। মতুংদা, ফীবেপ অসিবু পীপলস বিভোল্যুসনবি পার্টি ওফ কংলৈপাক, কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্টি, ইং শোক ১৯৯৬ তগী হৌবগনা, কংলৈপাক য়াওন কন্না লূপনা গুরিল্লা ৱার তৌদুনা শমথবকই। মণিপুরগী চীংগী লমদমদসু লালহৌবগী লূপ মখল অনিথোক্লা লৈবকই। ইং কুমজা ১৯৮০ দগী হৌরদুনা, ওল মণিপুর স্টুদেন্স যুনিযন্না চহি খুদিংগী মণিপুববু ওক্টোবব ১৫, ১৯৪৯ দা লৌশিনখিবদু যানিংদবা ফোংদোরকই - হৌখিবা চহি ১৯৯২ দগীদি, নিংতম ঈহৌ তৌবিবা লূপশিংনসু 'ইক্লীপস দে' দা য়াওবকই। মীযাম্না শৌগৎপগী খুদম উবা ফংই।

হৌখিবা চহি মঙা, ইং কুমজা ১৯৯১[৯] দগী হৌরদুনা মণিপুরগী পাব্বার-ইলিটনা, মণিপুরগী তুংগী ফিরেপকী ব্বাখল্লোন নৈনরকই, পীরকই - পাব্বার ইলিটনা পীরকপা ঈহৌ অসিনা ভারতকী লোয়লমগী থেসিসপু ফৈগাক ফৈনা থিংদুনা লাকই। কুনশুবা চহিচানা, মাগী পন্দুপ থুপচল্লমদাইদা লৈপাকসিদা মপুং ওইবা ব্বারেপ খর লৌবা উবা ফংই : (১) ভারতনা মণিপুর লৌশিনখিবদু অরানবনি [১০] - চুমথোক্কদর্বনি ; (২) মণিপুরী অপুম্বগী মরোমদোম লেপচনবগী হক লৈ [১১], (৩) মলেমনা [১২] মণিপুরগী হক অসিবু শৌগৎফম থোকই - ভারতকী লাম্মীনা নিংতম ঈহৌ নমথবা তৌফদে। মণিপুরনা নিংতম্মা লৈজবা ফংনবা মবোমদোম লেপচগে হায়বগী ঈহৌ অসিবু, মালেমগী পুব্বারীগী মনুং চন্না য়েংবা তাবকই। মসিগীদমক, মালেমগী পুব্বারী, হৌখিবা চহিচাগী পুব্বারীগী ঈচেল, ব্বাখল্লোন্দা মণিপুরগী পুব্বারীনা কয়া য়াম্না নকশিনবগে হায়বদু য়েংখৎপা তারকই।

## ব্বাখনলোন

য়ুনাইতেদ নেসন্সনা, কুনশুবা চহিচাদা সোভিয়েৎ যুনিয়ননা কন্না তকশনবদগী, ফুরুপ (নেশন) অমগী মবোমদোম লেপ্পগী হক অসি মলেমগী থাক্তা অযাবা পীদুনা লাকলি।

শেঞাও পাইবা নোংচুপকী লৈবাকশিংনা হক অসি চাওখৎলবা, শেলেপ মবাং কাযববা ফুরুপ খবতগী ওইনা শকখঙদুনা ১৬/১৭ শুবা শতাব্দীদগী লাকখি। মার্ক্সিজম লেনিনিজম্মা হক অসিবু লোয় চনবীখ্রবা এসিয়া- অফ্রিকাগী ফুরুপশিংগী ওইবা প্রোলেতারিযান ইন্তরনেসনেলিজমদা য়ুমফম ওইদুনা শকখঙদুনা লাকখি। ইং কুমজা ১৯২০ গী মমাংদা, লেতিন অমেরিকাগী লৈবাকশিংদি মনিং তমখ্রবনিনা, হক অসিগী য়ুম্ফমদা ঈহৌ শাগৎখিদ্রে।

মণিপুর ফুরুপকী (মণিপুর নেসনেল ক্যাইশন) ওইবা হক অসিদা য়ুমফম অমা ফংব্রা নত্রগা, য়ুম্ফম য়াওদনা তানবরা হায়বা মরুওইবা ব্বাফমশি নৈনবা চঙই।

সেল্ফ দিতরমিনেসন হায়বসি মালেমগী যান-পথাপ (য়ুনিভর্সেল ষ্টেন্দাবদ) অমা ওইনা, বাজনীতিগী, ইদিওলোজিগী, পেত্রিওটিজমগী পেবির্মিতির কযাগী

শম্বন চোংদুনা, মীয়ামগী হক ওইনা ঙসিদি য়ু: এন: না শক খঙলে। ইং কুমজা ১৯৯১ দা, সোভিয়েৎ য়ুনিয়নগী রিপব্লীক ১৫ না হক অসিবু তাল্লকপদা, মিখায়ল গোরভাছেভনা অফবা লেনিনিষ্ট অমা ওইনা য়াবীবদগী, ঙসিদি লৈবাক ১৫ সোভিযেৎ য়ুনিয়ন্দগী পোকখ্রে। যুগোস্লাভিয়াদগী লৈবাক মঙাসু পোকখ্রে। জেক অমদি স্লাভিয়াসু পোকই। মদুদা লাম্নীগী থৌদাং থমখীদে।

গোবভাছেভ ঙাক্তনা চাওখৎলবা লুচিংবা অমা ওইনা হক অসিবু ইমু-নাইমু তানদনা পীখিবগী ৱা অহানবা থৌদোক নত্তে। লেনিনগী মতমদশু, নোবৱে মনিং তমখীবা, পোলন্দ মনিংতমখীবা অমদি ফিনলেন্দদা হক অসি পীখ্রবনি। হক অসিবু মালেম- পথাপ ওইহনখীবদগী, অনিশুবা লাঞ্জাওদা লৈবাক ৫০ তমক লৈবম্বদু ঙসিদি লৈবাক ১৮৫ লৈখ্রে। অদুমকপু ,ঙসিফাওবা টেরিটোরী ৪০ দা হক অসি ফংবা ঙমদনা লৈবি। ইতিহাসতা, জাতি অমা ওইনা তাশিনখ্রবা, মবৈবাক লৈজরক্লবা মী কাংলুপ (পিপল) অমনা মনিংতমজগে হায়দুনা মশানা (সেল্ফ) ৱাবেপ (দেতবমিনেসন) লৌজগে হাযবদা যাববা হক অমনি। 'মলতি ইর্থনিক- ত্রাইপ ২৯ না অমসুং মীতৈ' হাযর্বাদ মণিপুবী নেসননা মাগী হক অসিবু তাল্লকই- মদুবু থিংবদগী, শা লাল থোকই। হিন্দুস্তানীশিংনা ইং কুমজা ১৯১৮ দা তানখিবসু সেল্ফ-দেতবমিনেসননি, পাকীস্তান শেমখীবসু হক অসিদা যুমফম ওইবনি। ইং কুমজা ১৯৬৪ গী পালেস্টাইন লিবধেসন ওবগেনাইজেশনগী চার্টবদুসু হক অসিদা যুমফম ওইবনি। কাশমীবদসু হক অসি তাল্লি। হক অসিনা, নমদুনা পাৱার মুনবা হাযবদুগা ফংফম থোকপদু মালেম্না য়াবা যান্ন-পথাপ তুংইন্না চৎপা হায়বসিগা, অনিগী মরক্তা চাওববা ফক্লাং অমা খাবি। মরোমদোম লেপচনবগী হক অসি, মণিপুব নেসনেল ক্যাইশন (মণিপুর ফুরুপকী ৱাহং) গী মতাংদা নৈনরি। ১৯৪৯ দা লৌশিনখ্রবা মতুংদা মণিপুরগী মরোমদোম লেপ্পগী ৱাফম নৈনরি।

ইং ১৯১৭ তগী কোলদ ৱার লোয়দ্রিবা ফাওবা, সোসিয়েলিষ্ট শক্তিংগা ইম্পেরিয়েলিষ্ট শক্তিঙ্গা মখল কয়াগী তকখায়নবা থেঙ্গাযনবা লাকখি মদুগী মথকতা, অনিশুবা লঞ্জাওদা জবমানি-ইতালী- জপানীজ ফেসিজম নমথবদা সোভিযেৎকা ইম্পেরিরেলিষ্ট নোংচুপকা পুন্না চৎমিন্নখী। অসিগুম্বা লাঞ্জাও লাকপদগী, বালতিক

ষ্টেট অহুম্না সোভিয়েত্তা তিনশিনখি; অমরোমদনা, হিন্দুনা পানবা কঙ্গ্রেসকী অঙকপা ফঙনা হিংসাবাদী (ভাইওলেন্ত) ওইবা 'কুইত ইন্দিয়া' মুভমেন্তকী মহৈদগী অঙ্গ্রেজ সরকারনা হিন্দুস্থান থাদোকপা তাখী। মীহাৎ মীপুন্না, ভাইওলেন্সমক্তুনা পীকথল্লবা ঈহৌ অদু "থবক তৌ নত্রগা শিজখো" হায়বা হিংসাবাদী স্লোগানগী মখাদা চথখীবনি। অনিশুবা লাঞ্জাও লাকখীবনা হিন্দুস্থান, পাকিস্থানগী সেল্ফ দিতরমিনেশন অদু থবক্তা ওনবা ঙমখীবনি। পানবা য়াই সোভিয়েৎ অমদি চাইনা অনিনা ফৈগাক ফৈনা ভিয়েতনামগী মাযকৈদা লেপ্পদগী অমেরিকানা ভিয়েতনাম থাদোকপা তাখি।

মতম মতমগী কোরিলেশন ওফ গ্লোবেল ফোর্সেস অসিনা অনৌবা পুরাবী শেম্বা ঙমই। কুরেতনা য়ু: এন: গী মেম্বর ওইবমদ্রবা, অমেরিকাদা থাওগী কান্নবা নত্রগা স্ত্রেতেজিক ইন্তরেষ্ট পীবমদ্রবদি কুরেতসু মণিপুরনা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইবগুম, ইরাককী ৯ শুবা প্রোভিন্স ওইদুনা লৈরমগদবনি। খৃষ্টিয়ান ৱার্লদনা নাগা লালহৌববু খৃষ্টিয়ানশিংগী ইশু অমনি হায়না মনামনিল নায়দনা লৌবমদ্রবদি, ঙসিফাওবা শোৎপেক লাওবমলোয। পন্দুপ অসিদা রাজনিতিদা, শেল থুমদা মীখা থাববা মণিপুরগুম্না লৈবাক্তা মিৎযেং থমবদগীদি, কেপিটেলিষ্ট ৱার্লদদগী খবা থৈদোক্তুনা, মান্নবা খুনাইদা চংইবা মবোমদোম লেপ্পগী হকপু নৈনবি।

মণিপুরগী ১৯৪৮-৪৯ দগী ঙসিফাওবা লেপ্পা লৈতনা, অরাংথং" আয়বলেন্দা তৌবগুম্না চথবিবা ঈহৌ অসি ঙসিফাওবা মীবৈবাক্কী শক্তি অম . ইন্তরনেসনেলাইজ তৌদ্রি। সোভিয়েৎ লৈবিঙৈদা, নত্রগা চীনা-ভারতকী মরা ফগৎপা ঙমদ্রিঙৈদা, প্রোলেতারিয়ান লালহৌগী মনুংচন্না লৌগদবদুসু, ভারতকী ইম্পেরিয়েলিজমগী মনুংচন্না লোয়লম শন্দোকপগী ফিবান্দা থবক তৌবা, রেসিজমদা য়ুম্ফম ওইবা পার্টিনা সোভিয়েৎ নত্রগা চীনাদা মণিপুরগী সেল্ফ দিতরমিনেসনবু পুখৎখীবা তৌখিদ্রি।

অনিশুবা কম্যুনিষ্ট ইন্তরনেসনেলগী কলচরেল ওতোনোমি পীবগা তোকপা হায়বদু, মার্ক্সিজম- লেনিনিজমনা কন্না চৈথ্রবনি অদুনা, মার্ক্সনা আইরিসকী রাহং সেল্ফ দিতরমিনেসন, লেনিন্না নোবরে, পোলন্দ, ফিনলেন্দগী সেল্ফ দিতর্মিনেসন য়াথ্রিবনি। জিযুগী রাহংদদি, মখোয সোভিয়েৎ বিপব্লিকশিংদা কাষ্ট অমা ওইনা

লৈবা তাখীবদু মরম কয়াদগীনি- পুৱারীগী মরম ওইগনি।

ইং কুমজা ১৯৯১দা, কোল্ড ৱার হেক লোয়বগা, মিখায়ল গোরভাছেভনা রিপব্লীক ১৫ দা সেল্ফ দিতরমিনেসন তৌজবা য়াহনখী। মিখাইল গোরভাছেভশু অহানবদা বালতিক ষ্টেট অহুম ইস্তোনিয়া, লিথুয়ানিয়া, লাতভিয়াদা সেল্ফ দিতরমিনেসন্দু থীংবা ওইনা মী ১০-২০ হাত্তুনা চাঙ য়েংখী (সোভিয়েৎ কন্নবা)। মী ১০-২০ গী মথক্তা শিরকপা য়াবা উরকপদগী, বালতিক ষ্টেট অহুমদা হক অদু থিঙ্গদনা পীখিবনি- মতুংদা ১২ অমদা পীখি।

গোরভাছেভকুম্বা অমা ভারত সম্রাজ্যবাদীগী লুচিংবা মরক্তগী ঙসিফাওবা পোকখিদ্রি। মানুভাদী-ভারতকী খুনায়গী গর্ভদা গোরভাছেভ অমা মমি তম্বা ওইথোক্তে হায়বা য়াই। ইস্তোনিয়াগী মীশিং লাখ ১৫ অসি মনিপুরগী মীশিং লাখ ১৯ দগী ফনা হইছে- মীশিংদা মণিপুরদগী য়াম্না পীকই। অদুবু, সোভিয়েৎতা পুল্লিঙৈদা খোংকাপ খুদিংগী ইন্দস্ত্রি অমা নত্রগা অমা লিংবীরম্বা অদুনা মখোয়দা হিংহৌবদা ৱাদে। পীকখ্রবা মী লাখ ১৫ তং লৈবা ইস্তোনিয়াদা সোভিয়েৎনা ইন্দস্ত্রিগী পোথোক্তা ১৯৪০দা ১০০% ওইবদু ১৯৮৪ দা ১,৬২৫% ওইহনখি, ১৯৮৪ দা ইলেকত্রিসিতি ১৮,৩০০ মিলিয়ন কেলোৱাৎ পীখি; খোঙকাপ খুদিংগী ইন্দস্ত্রি লীংবীখি। মণিপুব, ১৯৪৫ গী মতুংদা লীংবা যু: এন: গী মেম্বব ইং ১৯৪৭-৪৯ ফাওবদা ওইবম্বা যাবনি। ওইবমদ্রবসু, মদুগী হোৎনখীবা লৈখীদে। হোৎনখিদবা অদুনা, মণিপুবগী টেরিটোবিয়েল ইন্তেগ্রিতিবু অচৌবা পাৱারনা থুগায়নবা হক অমা কৈদৌনুংদা পীখিদে; মদু চার্টবগী পথাপনি। চার্টরনা, ভাবতনা মণিপুর লৌশিন্নবা হক পীবা তৌদে, নত্রগা থৌগৎপসু তৌদে। মণিপুরদা থোইদোক্না। তমগী ঈহৌদা খৃষ্টিয়ান ৱার্ল্ডদগী শৌগৎপা লৈতে নত্রগা, প্রোলেতারিয়ান ৱার্ল্ডদগীশু ফংদে হায়বা য়াই। মদুগী ওন্নবদা, প্রোলেতারিয়ান পার্টিনা ভারতকী লমলোয়চনবগী ফিবান মনুংদা, মণিপুরগী নেসনেল ক্যুইশনবু মালেমদা ওন্নবা প্রোজেকসন অমা হিজম ইরাবত থুপখিবদগী, ঙসি-ফাওবা তৌবক্রী। মহাক্কী মতমদদি, বর্মাগী লালহৌবা ফুরুপ অয়াম্বাগা মাগা খুৎশম্নখী। মদুগী তাযোন্নবদা হিজম ইবাবোতনা ওইখিবা অমদি ওইহন্নিংবা ইবাবোত হায়না শিংথাবা য়াবা, ইরাবোত মুন্নবা মী, ভোট বেঙ্ক ফংনবগী অপিকপা ৱা থোবকই। ইবাবোতকী মমাংদা লিবরেতেব কযা মণিপুবদা পোকখ্রবনি। অপিকপা

ব্রা অসিনা মণিপুরগী পুব্রারীদা , নত্রগা মনিংতম্লবগী ঈহৌদা শোকহনবা ঙমদে- অদুবু ভারতকী দল খরদি, মাগী মমিং য়াওদ্রবদি হিংবা ব্রানা উই। কার্ল মার্ক্সনা আইরিসকী নেসনেল কুয়েশন শৌগৎনবা হায়বদা, ইংলিসকী ৱারকিং ক্লাসনা অমদি মালেমগী প্রোলেতারীয়ান্না শৌগৎখী। সোসিয়েলিষ্ট ফুরুপনা হন্না পীগদবদি মার্ক্স অমদি ইনজেলসকী "আয়রলেন্দ এণ্ড দ আইরিশ কুইশন্নী"। মণিপুব নেসনেল কুইশন-ইন্তবনেসনেল ইশু অমা ওইনা ইং কুমজা ১৯৯৫-৯৬ তগী হৌরদুনা ফিজঙ মকমদগী লিখোকপা হৌরকপদা মঙায়রি। লেনিন্না ফজনা, হন্না হন্না হায়খি হক অসি মীয়ামগীনি, লৌমী- শিন্মী ঙাকতগী নত্তে। মাগী ৱাহৈদা (ষ্টেলিন) মমাঙঙৈদা, মবোম লেপচবগী হক অসি "ওত্তোনোমী"গী থাক ফাওদা পীকশন্দুনা লাকখী । মার্ক্সিষ্ট, লেনিনিষ্ট ৱাখললোন্দদি, সেল্ফ- দিতরমিনেসন হায়বসি পোলিতিকেল দিতরমিনেসননি হায়বদি "রাইত তু সেসেসন" (খাযদোকপনি)। মবমদি, ফেদবেসন খুদিংমক ভোলুন্তরি য়ুনিয়ন্নী- এনেকসেছন্না ফেদরেশন শেম্বা য়াদে।

মণিপুবগী মীয়াম হায়বা তারগদি, মীঁরেবাকমচা (লমলোযচনবদগী লাকপা, মীচম নত্রগা ,লানমী লীশিং কয়া থারুদনা) তমগী মীতৈ, চীংমী নাগা অমদি কুকীগী ত্রাইব ৩০ অসিনি। মণিপুবগী নেসনেল কুইশন্দা মীতৈ নেসনেল কুইশন, মণিপুবী-নাগা নেসনেল কুইশন, মণিপুবী-কুকি নেসনেল কুইশন য়াওই। মচিন মনাও অহুম্না পুল্লগা অপুনবা নেসনেল কুইসন থোকই। মণিপুবগী চহি ২,০০০- ৩,০০০ লেঙদনা লৈবক্কবা টেবিটোবি (লমদম) অসিবু অতোপ্পা লৈবাক অমদা মচেৎ ওইনা নত্রগা মপুম ওইনা তিনশনগনি হায়বা তারবদি, মদুদি ইম্পেরিয়েলিজমনি। ইম্পেবিয়েলিজম হায়বসি অচৌবা লৈবাক ঙাকতনা তৌবা ক্রাইম নত্তে অপীকপা মী খুজোক অমনশু তৌবা য়াই। ইং কুমজা ১৯৪৭ আকবর হায়দরী এগ্রীমেন্টতগীনা ১৯৯৭ আগষ্ট ফাওবদা, ভারতনা মণিপুবগী মেপ মুৎথৎপা য়াবা এগ্রীমেন্ট কয়া তৌরকই।

মণিপুরনা স্কোৱার কিলোমিতব ১৫০০ হেন্না চাওবা মণিপুরগুম্বা লৈবাক, ইজরাইলনা আরবকী লৈবাক নমথদুনা থমলিবসিনি। মণিপুবগী ফিবাল অসি লেঙদনা ১৫০০ এ:ডি: দগী মতুংফাওবা লৈরম্বদু হেনবী য়ুলগী লাইবিক্তা

যেত্তুনা য়াওরবনি। (মণিপুর পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ট ভোল: ১ গী মেপশিং য়েংবীয়ু)।

মণিপুবগী কোলোনিয়েল নেসনেল ক্যুইশন অসি মাক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট ফিবান্দা · মথক্কী অসুন্না যেংবা যাই। মদুগী ফিবান্দা বেসিজম যাদে (হিন্দুষ্থানি বেসিজমবুশু নাজিগী বেসিজমগুম্না অইবনা কনদেম তৌবি)। নেসনবুদি শক খঙই। লেনিন অমদি ষ্টেলিন অনিমক্না নেসনবু ফজনা নৈনখী। লম, মীযাম, লোন, নাৎ, ইকনমী, পুক্লিং অমদি অপুনবা লাইবক হাযবসি নেসন অমগী পেবামিতবনি।

চহি ২,০০০ গী মমাংদা মশিং থীবা ঙমদবা ত্রাইব কয়ানা পুন্সন্দুনা মীতৈ নেসন শেমখ্রে- মশাগী ষ্টেট, লোন, পাথাপ লৈখ্রে। কমন মার্কেত, কমন এদর্মিনিষ্ট্রেসন্দা লাকথীবনা মণিপুবগী মবোল অমতা তিন্নদবা ত্রাইব ৩০ গী খঙনবী লোন (লীঙ্গুৱা ফ্রাঙ্কা) মীতৈলোন্না ওইদুনা লাকখ্রীবনি। মসি হিস্তরীগী লম্বীনি. অদুবু মশাগী ওইজবতা থীবা খবনা, লিঙ্গুৱা ফ্রাঙ্কা অসিবু থুগাযনবা মশাদশু মাঙজবা যাবা থবক তৌবি। লিঙ্গুৱা ফ্রাঙ্কা লৈতবা নেসন অমতা লৈতে, মীবৈবাক্কী কোলোনিয়েল লেঙ্গুইজনা লিঙ্গুৱা ফ্রাঙ্কা ওইবা চাওখৎবা জাতি অমত্ত' লৈত্র। ইংবাজীনা চীনাগী, বর্মাগী, কাশমীবগী, মণিপুবগী লিঙ্গুৱা ফ্রাঙ্কা ওইবা হাযবসি ওইদ্রবনি।

এসিযাগী মনিংতম্বা লৈবাক অমত্তা, মীবৈবাক্কী লোন অমত্তনা ওফিসিয়েল লোল ওইদে। নাগাগী লোন অমনা নাগালেন্দগী লোন ওইবা মশানা তার্বানি। মার্ক্সিষ্টি লেনিনিষ্ট ফ্রেমৱার্ক্তা ইন্দাইজেনস পীপল ঙাকতনা মবোমদোম লেপ্পগী হক ফংবগী ৱা নৈনদে। ৱাহেংবম ইবোহলগী 'হিস্তরী ওফ মণিপুব আর্লী পার্ট' (১৯৮৬) তা ইবিবদি - ঙসি ঙবাংতমক নাগা কৌজবা, মণিপুবী ত্রাইব তাংখুল, মাও, মরাম-নচিংবসি ইন্দিজিনিয়স পীপল খক ওইদে, ওইখিদে হায়রি মখোয়না হৌরকখিবা লম চপচানা মমিং মথাশু পীরি । অদুবু মণিপুরদা খুন্দারবা মী ওইবনা, মখোযসু মণিপুবী ওইবি। মণিপুর নেসনেল কুইশনদা চহি ৩০০-৪০০ লৈতাগ্রবা কুকি, খোংজাইশিংগীশু য়াওবি। ইং ১৯৪৯ গী মতুংদা লাকপা নন-মণিপুবীদি ফোরেনবসনি– বঙ্গালাদেশী, নেপালী, কুকী, নাগা ওইজশনু। মবমদি, ইং ১৯৪৯ ফাওবদা মণিপুবগী লৈতাগ্রবা লৈঙাক অমা লৈখ্রে। হার্যবিবা লৈবাক

অদুগী লৈঙাক্লা, মাগী চৎন পথাপ অমগী মখাদা মণিপুরগী কান্নবা য়েংদুনা মখোয়বু মণিপুরী ওইনা লৌশিনখ্রবদা, পন্দুপ অসি থুপচিনখ্রে। মণিপুরগী ত্রাইব ২৯, মীতৈগী থৈথরকপা মীতৈ-কোগনেত ঙাক্তনি।

মণিপুরগী ইকনমিক স্ত্রকচরদা জামিন্দরি, নত্রগা কুলক লৈরমদে— লৌমীগী ইকনমী ওইবনা বুর্জৱা, শেঙ্গাও পায়বশু লৈরমদে। মণিপুবনা ভারত্তা তিল্লুবদগীদি ঙসি ময়াং শেঙ্গাও পাইবগী, মণিপুরগী মীতৈ- বুর্জৱা থোরকলে- ভারতকী অবোনবা মশিংনায়দ্রবা গুপ্তচোর্বশিংগা তষ্খায়চাবী চথরিবা লৈবাক্কী শেঙ্গাওদা মখুৎ থুম্না হুমলিবা, ঙরাংদা মীচম ওইবম্বদগী, বুর্জৱা ওল্লকপা লৈবা হৌরে। তমদা থাদবা শেলদগী মীশিংদা- মীকোক্তা পাবদা চীংদনা হেন্না শেল থাদবা, চীংমীগী মরক্তা কোনুংগা মান্নবা শাবা য়ুমদা লৈবা, আমেবিকাদা নুংতিগী কোয়বা ঙম্বা চীংমী বুর্জৱা থোরকলে। কোলোনিয়েল ইকনমীদা,মণিপুরদা তুংকোয়না মীয়ামগী কান্ননবা অচৌবা ইন্দস্ত্রি লিংনবগী ৱাফম ঙসিফাওবা থোরকত্রিবসি ভারত লৈঙাক্লা নমথবদগীনি।

নেসনেল সেল্ফ- দিতরমিনেসন অসি প্রোলিতারিয়ান বিভোল্যুসনগা চৎমীন্নে। মালেমগী অশেংবা প্রোলিতাবিয়ান পার্টি অমত্তনা ফুরুপকী হক অসিবু শৌগৎখীদবা লৈতে— কার্ল মার্ক্সনা আর্ইবিস কৃইশন্দা ( লা: ১৫৮) ইরমই— আইরিসনা দরকার ওইবদি (১) 'মদোম ঙাকচবা অর্মদি ইংলেন্দদগী মনিংতম্বা, (২) লৌমীগী ঈহৌ অমা, (৩) ইংলেন্দগী মাযোক্তা ঙাকথোক্লবা তারিফ'। এনজেলসনা আইরলেন্দগী ইতিহাস অমা ইনবা হোৎনখী মরমদি তুংগী লম্বীদগী লাক্লগা মাঙগী লম্বীদা চৎপনা ইতিহাসকী শোয়ফদ্রবা থৌদাংনি। ইতিহাস ইবা নতে, ইতিহাস থোকখিবনি, থোকইবনি। মণিপুরগী নন-কোলোনিয়েল হিষ্টরী, ইবদা মচাকপুম্বা চঙই। অকিবদি ইম্পেরিয়েলিষ্টকী কোলোনিয়েল ডোক্যুমেন্ট ঙাক্তনা মণিপুরগী ইতিহাস ওইগনি হায়রিবা হিন্দুস্থানি ইম্পেরিয়েলিষ্ট লূপ অসিনি। মখোয়গী ৱাখলদা, কোলোনিয়েল ডোক্যুমেন্টকী ৱাংমদা হিষ্টরীকেল ফেক্ট থীবা ঙমজদে। মণিপুরগী মশাগী নেসনেল সোর্ছ লৈরি, মদুবু মীরৈবাক্কীনা শৌগৎপা য়াই।

মালেমগী পুৱারীবু হঙ্গৎনা য়েংখৎপদা উবা ফংই মদুদি : মার্ক্সনা জেক্কী (Czech) ৱাফমনচিংবদা, হক অসি পীবদা শৌগৎখীদে মরমদি মদু

ইম্পেরিয়েলিজমগী ব্রা মনুংদা লৈখীবনি। ইম্পেরিয়েলিজমদা মপাঙ্গল ওইগদবা মত্রংদা মার্ক্সনা শৌগৎতে । আর্য্য-দ্রাভিদা রেসিজম হায়বদি, হিন্দুস্থানী ইম্পেরিয়েলিজম শৌগৎনবা মতম- মতাংদদি, হক অসি চেকশিন্না য়েংই। হিন্দুস্থানী ইম্পেরিয়েলিজম্না ১৯৪৯ দা মণিপুব, ত্রিপুবা এনেক্স তৌই, মমাংদা কাশমীর এনেক্স তৌই, হায়দ্রবাদ, জুনাগরহ. ত্রাভানকোর লৌশিল্লি; অকোনবদা, গোব্রা,সিকিম লৌশিল্লি। ভুতান নত্রগা নেপাল লৌশনবা ঙমদ্রিবগী মবমদি চীনা কিবদগীনি।

ইম্পেবিয়েলিজমগী মরক্তা হিন্দুস্থানী নত্রগা ব্রিটিশ ইম্পেবিয়েলিজমনা ফৈ হায়নিঙায় লৈতে, তৌবতবু ব্রিটিশ ইম্পেরিয়েলিজমনা হুনজেক্কম্বা লমগী শল-হিন্দুস্থানী ইম্পেরিয়েলিজম মপুং-মঁরৈ ফাবে । মহাক্না গোব্রা, কাশিমর, সিকিম-নচিংবা লৈবাক কয়াসু লৌশিন্দুনা লাক্লি । ইম্পেরিয়েলিজম অসিগী খোংথাংবু ফানবা, মণিপুরনা হোৎনরক্লি । লেনিননা হায়বা "কেপিটেলিষ্ট নেসনেল কন্সসনেসতু" হিন্দুস্থান্নি পার্টি পুম্বদা লৈরি - সেকেন্দ ইন্তরনেসনেলগী মালেম্না হুন্দোকখ্রবা হুন্দোকখাক ব্রাখল খরদুনা ঙসিগী হিন্দুস্থানী ইম্পেরিয়েলিজমগী পার্টিশিংগী ইদিওলোজিগী য়ুম্ফম ওইবি।

লৌমী - শিগ্নীদমক নত্তবা কাংলুপ অতৈগা খুৎশম্নবগা মান্নবা শক্তি ময়াম পুনশিনমিন্নবা (বি-এলাইন) তৌবা হাযবসি অকক্লবা (কনক্রিত সিচুয়েশন্দা) ফিভম চঙই। ইংলিসকী প্রোলেতাবিযানশিংনা আইবিস নেসনেল ক্যুইশন্দা লেপ্পা লৈতনা শৌগৎখীবগুম, প্রোলেতারিয়েৎ অমদি প্রোলেতারিযান পার্টি খুদিংমক্না মণিপুর নেসনেল ক্যুইশন শৌগৎপা হাযবসি লেনিনিজমগী তঙায়ফদ্রবা খোঙথাংনি।

নেসনেল ডেমোক্রেতিক রিভোল্যুসন্দা কাংলুপ খুদিং, ফুরুপ খুদিংনা লমলোয়চনবগী খোংলোয় অমদি খুৎলায়, মেছিনগী মায়োক্তা লৈবা ঙাকনি। মথংদা, ডেমোক্রেতিক রিভোল্যুসন্দগী, সোসিয়েলিষ্ট রিভোল্যুসন্দা চঙলকপা য়াই। রিভোল্যুসনাবী সিচুয়েশন অদুনা লৈরিবা ফিভম (ওবজেক্তীভ কন্দিসন্দুগা) য়েংনবদা মমুন ফাব্রা ফাদব্রা য়েংবা চঙই । মশিনা পুব্রারীনি।

মমুন ফাবা ফাদবা হায়বসি কনক্রিত সিচুয়েশন্দুগী মখা পোনবা ঙাকনি। রিভোল্যুসনারী সিচুয়েশন অমা হান্না লৈত্রগদি, মমুন ফানবা তাল অদুশু

লাকতে। চহি চামা হেন্না অলস্তর (অৱাংথংবা) আয়রলেন্দা বিভোল্যুসনারী সিচুয়েশন অমা লৈরকলি। ঙসি ফাওবা য়ু: কে: না- ৱেলস, স্কোতস, অলস্তর নেসনেল ক্যুইশন লৈতাহনবা ঙমদ্রি -অসুম্না কনাদাগী ক্যবেক্তাশু লৈ। মণিপুর নেসনেল ক্যুইশন, ইং কুমজা ১৯৪৮-৪৯ দগী চহি ৫০ চুপ্পা ঙসি ফাওবা লৈরকলি। ৱাহং অসিবু মতম খরা নমথবা নত্রগা ফুমজনবা য়াই, ফুক্তোকখিবদি ৱাগনি।

ইং কুমজা ১৯৪৯ লোয়রমদায়দা, হিন্দুস্থানী ইম্পেরিয়েলিষ্টশিংনা মনিংতম্বা মণিপুরবু এনেক্স (নমদুনা তিনশিনবা) তৌখ্রবশু, ঙসিফাওবা মদুবু য়াদবা ঈহৌ অমা লেপ্পা লৈতনা লাকলি। ঈহৌ অসি ঙরাংতদা থোকপা নত্তে। মণিপুরবু লৈঙক্লম্বা কলিং পার্টি— প্রজাশান্তি কোলিছন্না মনিপুর এনেকসেসন থিংদুনা লাকখী, শুপ্পতগী মণিপুর কঙ্গ্রেস খুজোক মীহুৎ ১৩ খক্তনা শৌগৎখী। মখোয় আর্য্য- দ্রাভিদাগী লু- তোঙদা নায়থাং ওইনা নমথখ্রবা মীনা মহুৎ ওই। মীয়ামগী মার্য়কৈদগী য়াখীবশু লৈতে- চীংগী এম:এল:এ: শিংনশু ফৈগাক ফৈনা খীংখি। মণিপুব মহাবাজনা এগ্রীমেন্ত সহি তৌবদুশু নমদুনা, ইন্তবনেসনেল লোগী পথাপ থুগাযদুনা তৌহনখীবনি; মদুগীশু মথক্তা, সহি তৌদ্রিবৈদা মহাবাজ মশানা, হন্না হন্না হিন্দুস্থানী সম্রাজ্যবাদীগী মনায অচৌবশিংদা ইখ্রবনি মদদি মঙোন্দা লৈরম্বা শক্তি অদু প্রজা মীয়ামদা শন্নখ্রবনি।

মণিপুবগী নেসনেল ক্যুইশনগী বকম পাযখৎলিবদি, মণিপুবগী নেসনেল লিবরেসন মুভমেন্তনি। কুনশুবা চহিচাগী অনিশুবা তঙ্খায়দা, মণিপুব নিংতম ঈহৌ তৌবা মক-মপুং ওইবা লূপ অমদগী হেন্না থোকখ্রবসু, লূপশিংদা মণিপুরগী মনিংতম্বা ফংবদা শন্না অমত্তা খেন্নদে, নত্রগা শেঙ্গাও পাইববু শৌগৎপশু লৈতে— অহোয়নদুম, অৱাং নোংপোক্তা খুৎশম্মনা চৎমীন্নবগী থৌরাং উবা ফংই। রসিয়াদা তিল্লুবা নেসনপুম্বা খায়দোকপগী হক লৈগনি হায়বসি লেনিন্না ১৯১৭ মক্তদা ইখ্রবনি। অদুনা, মাওজেদোংগী ৱাখল্লোন্দা 'খঙবা অমদি পাংথোকপা' গী মনুং চন্না, পামদবা মতমদা সোভিয়েৎ য়ুনিয়ন্না লৈবাক ১৫ পোকপিখ্রিবনি। ভারত সাম্রাজাবাদ অসিসু ষ্টেট তেরোরিজম্না, য়ানিংদবা নেসন কয়াবু ওৎ নৈদুনা থম্বগী ৱানি। করম্বা হিষ্টরীগী তাঙ্কক্তা মোগোল- ব্রিটিশকী মতম নত্তবদা, অপুনবা নিংথৌ পানখিবগে ? অশোক, হর্ষবর্দ্ধন, মনু

সম্রাজ্যবাদকী মতমদুদশু অমবোমদা ওটোনোমী লৈখিবনি। মণিপুরদি ভাবতকী হিষ্টরীদা পুনখিবা নৎত্রগা তীনখিবা লৈখিদে। ইং ১৯৪৯ গী এনেক্সেসন্দুদি ওক্যুপেসনগী ৱানি - কবম্বা থাইনগী মতম অমদা, মণিপুবনা ভাবতকী মচেৎ অমা ওইবা লৈখিবগে ? ওইদবা শন্দোকপশিংনা মমি শামিবা পাউখুম পীবা ঙমদে।

কোল্ড ৱাব[14] ইং কুমজা ১৯৯১ দা লোইখ্রবদা চিনা, ভিয়েটনাম-নচিংবা লৈবাকসু সোসিয়েলিষ্ট মার্কেট ইকনমিদা চংবা হৌবকই। ক্লাসিকেল মার্ক্সিজমদদি মার্কেটসি য়াদবনি, অদুবু অহোংবা লাকখি - মদু গ্লোবেলাইজেসন্নি; অহোংবা লাকখিবা হৌববসু, ৱাবকিং ক্লাস লৈবি, লৈবা তাবনি - মদুনা বিভোল্যুসনাবী সিচুয়েসন লৈবা তাবকই - মদুবু ইং-তপ্পা, ডেমোক্রেতিক মেথোদনা ৱাযেনবা নত্রগনা, ঈহৌ হৌবকপা মশানা তাবনি।

'বুর্জৱা সেল্ফ দেতবমিনেসন' গা 'সোসিয়েলিষ্ট সেল্ফ দেতবমিনেসন' গা চাওনা খেন্নবদি, ঈহৌদুগী ক্লাস কনতেন্ট, ক্লাস এলায়েন্স, প্রোলেটেবিযানিজম অমদি শেমগদৌবিবা গ্লোবেল ওর্দবদুগী ফিদম অদুনি। হৌর্জিক্তি, সোভিয়েৎনা হোৎনবদগী, ইদিওলোজিগী ৱাংবদা মবোমদোম লেপ্পগী হক্কা ইউনিভর্সেল ষ্টেদার্দ অমা ওইবে।

শেঙ্গাও পাযবগী মালেমদসু মণিপুবগী ৱাহংগা মান্নবা ৱাহং— পুযেবতো বিকো, নোর্থন আযবলেন্দা, ক্যুবেক[15], স্কোতলেন্দ নাচিংবদশু থোকই। ঙসিগী লৈবিবা থাক অসিদা, মীফুকপ, লৈবাকনা মবোমদোম লেপচনবগী হক[16] হাযবসিদি ইদিওলোজীগী শম্বলগী ৱাংমদা, মীওইপোককী হক অমদি যুনিভর্সেল ষ্টেন্দার্দ অমা যেৎনবা লৈতনা ওইখ্রে। য়ু: এন: পী: ও: দা য়াওবা মেম্বব ৪৪ লৈবি—লৈবাক, মেম্বব মবীদি মনিংতম্বা ফঙখ্রে।

মতম কুযনা তেবোবিজমনি হাযদুনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা লাওবম্বা হিন্দুষ্থানী মেদিয়া[17] ফাওবনা মণিপুবনা মবোমদোম লেপ্পগী চত্থবকলিবা ঈহৌবু যাম্না পীক্কা থাংবা খোংথাংদা পুক্লিং চঙবা হৌবকই। ঈহৌ অসিবু নমথনবা, হৌখিবা চহি ৫০ চুপ্পা, মীওৎ-মীনৈ তৌকনবা থাবকপা ভাবতকী লাম্নী, ফিজম শেৎপা চুবাম্থাবা, মাবসেনাবী কযানা, মণিপুবগী মীযাম্ব ওৎপা নৈবা, হাৎপা

তুপ্পা তৌবদগী, মীওইবগী হক ঙাক্লনবা, মণিপুরী লিশিং লিশিংনা লেপ্পা লৈতনা, মীওইবগী হক[১৮] কল্লু হায়রিবা মীয়ামগী ঈহৌ অমা থোরকই; কুনশুবা চহি চানা থুপচনলমদায়দা থোকলিবা পুৱারীগী থৌদোকনি। চহি য়াম্খৈগী নিংতম ঈহৌগী অফঙবা চে- চাং, রিকোর্দ য়েংখৎপদা, ভারতকী ইং কুমজা ১৯৪৭ দা মনিংতম্বা মতমদুমক্তা লৈজরম্বা টেরিটোরি মচেৎ অমা থুগায়নবা মণিপুরগী ঈহৌ লূপ অমতনা তানবা থেঙনদ্রি- লূপশিংনা ইং কুমজা ১৯৪৭ তা লৈরম্বা মনিংতম্বা মণিপুরগী লৈবাক, লম, টেরিটোরীবু ভারতনা লৌশিনখীবদুবু হন্দোরক্লবা তক্লবাদি উবা ফংই । মশানা শেঙনা ইতিহাসতা লৈজরকখীবা ভারতপু মচেৎ তাননবা (পারতিশন), নত্রগা মশাদু-খায়দোক্লবা (দিস-মেম্বর তৌনবা), মণিপুর ঈহৌনা তানবা ঙসিফাওবা তাবা, উবা ফংদ্রি । কুনশুবা চহি চাগী মণিপুরগী পুৱারীদি য়েৎনবা লৈতনা অফোঙবা, অরোনবা, লোয়লম শন্দোকপগী মায়োক্তা চেষ্টরকপা উবা ফংই।

## রিফরেন্স অমদি নোত

১) নিখিল মণিপুর মহাসভা অমসুং মণিপুর প্রজা মন্দল পুন্না ফম্বা - তাং ৫/৪/ ৪৬ কী রাবেপ ৬শুবা (ঘ) লোইতাম য়াইমা, মাইপাকসনা, নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা, ১৯৮৩, লা: ১৮১। কেবিনেত মিসন, ১৯৪৬ তা নাগা হিলস তোঙান্না লৈনবগী চে নাগাশিংনা পীশনখি।

২) ঙাঙোম মহেন্দ্র, এম: পি:, 'মণিপুরগী ইতিহাসতা এণ্ডি ফিউদেল ইরাবোত', খোল্লাও, ভোল্যুম ২০-৩, সেপতেম্বর ৩০, ১৯৮০, ফ্রন্ত পেজ হেদলাইন । সেল্ফ দেতরমিনেসন অসি কম্যুনিষ্টগী রাখল্লোন্দা ইরকপনা মরম ওইদুনা, লেনিন স্তেলিনগী হিরম অসিদা লেপখিবা থিওরী অমদি ষ্টেট প্রেকতিশতা য়েংখৎপীগদবনি। মসিগী অর্থদা অহোঙবা লৈরকত্রি - ওইখিবা অর্থ অদুবু, ওইহন্নিংবা মশাগী ওইজবা থীবা খরনা শেবান্ননা অর্থ শন্দোকই।

৩) এন: সনাজাওবা, "হন্দ্রেদ গন্স গুরিল্লা রার ইন নাইন্তিন ফোর্টিনাইন-ফিফতীরান", ফ্রিদম সেপতেম্বর ৩০, ওক্তোবর ১, ১৯৯৬।

৪) এন: সনাজাওবা, মীতৈ ষ্টেট কমিতি, ফ্রিদম, জুলায় ১৩,২০, ১৯৯৬।

৫) এন: সনাজাওবা, বফর ষ্টেট অলতিমেতম, ফ্রিদম, আগষ্ট ২, ১৯৯৬ - মথং মথং।

৬) য়ু: এন: এল: এফ: "হৱায় মণিপুরীজ দিমান্দ রাইত ওফ সেল্ফ দেরতমিনেসন",

১৯৯৬। অফঙবা রিপোর্তনা পীবা মতুংইন্না, চীফ কমিস্নাব বাইনাগী মতমদা, লূপ অসিবু হৌগৎপা মতমদা ~লাইশ্রম কনহায়না প্রসিদেন্ট, থোংখোপাও সিংসিতনা ভাইস প্রসিদেন্ট, কে-কালাকমনা ফোবেন এফিযাবস, ডাঃ লোঙজম মনিমোহোননা হোম এফিয়ার্স পাইখি। মথং মথং অহোংবা কযা লাকখি।

৭) ফানজৌবম তাবাপোত, ইন্সবজেন্সী মুভমেন্ত ইন নোর্থ ইষ্ট ইন্দিযা, ১৯৯৬।

৮) তকনকুমাব (ইদ), বেজিসতেন্স হাপ্তাগী চেফোঙ, ১৯৭৮-, নুতিগী চেফোঙ, ভাবত কী, মণিপুবগী,লাইরিক কয়ামকম মবাং কাযনা ফোঙনখ্রে।

৯) এম-সু, পোবমলেন, মানফেদবেশনগী ১৯৯১ গী সেমিনাব - জুলায়, ওক্তোবর, ১৯৯১ বিকোর্দ, পেপব।

১০)(ক) নেসনেল কনভেন্সন, ওক্তোবব ২৮-২৯, ১৯৯৩, পি-দি-এম, এনেকসেসন ওফ মণিপুব, ১৯৪৯ - প্রোসিদিংস, ভিদিও বিকোর্দ।

(খ) MSSA, MURC, FINS, CLK না শিনবা জানুয়ারি ১৩, ১৯৯৬ তা জি- এম হোলদা পাঙথোকখিবা সেমিনাবগী কনসেন্স অশুম্না পীবি :

"মণিপুবনা আগষ্ট ১৪, ১৯৪৭ তা মনিংতমখীবা, ইন্দিপেনদেন্স এক্ট, ১৯৪৭ চৎনবা, মণিপুব মশাগী ১৯৪৭ কী সোভবেন কন্সটিটুশন চৎনবা হেক হৌখিবদগীদি', স্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ত অমদি ইন্সক্রুমেন্ত ওফ এসেসননা মণিপুবদা পীবস্না য়াবা কন্দিসন, ওব্লিগেসন, অমদি (মণিপুবগী মনিংতম্বদা খুবৌথাংবা) মবী অপুম্বা মশানা মুথৎচখ্রে, শেংনা চামথোকচখ্রে",- ইতো তোঙব্রম, ইদ, অহোঙবা, ফেব্রুয়াবি ১৯৯৬।

১১) মীযামগী মীতিং পোলোগ্রাউন্দ, দিসেম্বর ১০, ১৯৯৪ অমদি নেসনেল সেমিনাব, দিসেম্বব ৮ ৯, ১৯৯৪, জি: এম: হোল ইম্ফাল প্রোসিদিংস। ব্রাবেপ, ফ্রিদম, ফ্রন্ত পেজ, দিসেম্বব ১০, ১৯৯৪ "দ য়ুনিয়ন গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিযা বি স্ত্রোংলী অবজদ অপোন টু অল্লাও দ 'পীপল ওফ মণিপুব' টু এক্সবসাইজ দিযাব লোজিতিমেত বাইত টু সেল্ফ দেতরমিনেসন"।

-য়েংগদবা, এন্টী মর্জব মুভমেন্ত, নোর্থ ইষ্ট সন, নবেম্বর ১৪, ১৯৯৬; চীঙখৈ হুনবা, সেপতেম্বর ৩০, ১৯৯৬, নবেম্বব ৩০, ১৯৯৬। ব্রাহেংবম ইবোহল, দ হিষ্টরী ওফ মণিপুর, ১৯৮৬ লা: ৩২৫ দা ইবি : ইং ১৯৪৯ দা মণিপুববু সোভরেন্তীদগী, ভাবত্তকী লোইলম কোলোনিয়েল স্তেতসদা নমদুনা থমখি।

১২) য়ু: এন: এল: এফ: না জেনেভাদা, ১৯৯৬ তা য়ু: এন:গী ইন্দিজিনয়স পীপলসকী ব্রাবর্কীং গ্রুপ মীফম অমদি য়ু: এন: পী: ও: গী মীফমদা, মণিপুরনা মরোমদোম লেপ্পবগী হক ফংনবা শন্দোকই। ইন্তবনেসনেলাইজেসনগী অহানবা খোঙচৌনি। ইং ১৯৯৫ দা, আব: পি: এফ: নশু মালেমদা চেজায তৌই ফোবমেল ওইবা ব্রাৎখী। ইং ১৯৯৭ আগষ্টতা, সি পী-এম-পী,

কো-হৱ নচিংবনা য়ু: এনগী ইন্দিজিনস পীপলগী মীফমদা, মণিপুরগী মরোমদোম লেপচনবগী ৱাফম পুখৎলি (জেনেভা)।

১৩) ভাবতকী লোয়লম শন্দোকপা হিন্দুস্থানী নেসনেল-কম্যুনিজমনা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী 'মবোমদোম লেপ্পা' গী ফিবেপ্তুগী ওন্ননা চৎখীবদু য়েংবীগদবনি ; এন: সনাজাওবা, 'বাইত ওফ দি ওপ্রেসদ নেশন্স এন্দ পীপলস', ১৯৯৬ লা: ১০৫- ১১৯ গী, বিফবেন্সকী লাইবিক ময়াম। য়েংগদবা : ভাবতকী চীফ ওফ আর্মী স্তাফ জেনবেল শঙ্কব বোয চৌধুবীনা, অৱাং নোংপোক্তা পল্লদুনা, ভাবতপু মথা তানা খাযদোকহল্লোয হায়বি। মহাক্কা সেল্ফ-দেতবমিনেসনাদ পন্দে, সেন্তিনেল, গুৱাহাতি, ২৫ দিসেম্বব, ১৯৯৬। জেনবেল অসিনা খঙই মদুদি ভাবতকী নেসনেল এনথেমদা, ভাবতকী লম, চীং তুবেল, জাতি লোয়না শুনা শাওববনি মদুদা য়াওদবা লৈবাক, মণিপুব, অৱাং নোংপোকতি লাম্নী শিজিন্নবগা লোয়লম ওনখীবনি । মে ১৩, ১৯৯৭ তা নেসনেল হ্যুমেন বাইতসকী মীফমদা জেনবেল অসিনা অমুবা আইন থম্না পাম্না ফোঙদোকই । অইবনা, অমুবা আইন মুৎথৎনবা কন্না হাযখি।

১৪) এন, সনাজাওবা, দি নিয়ু ৱার্ল্ড ওনদব, আসাম ত্রিব্যুন, এপ্রিল ১, ১৯৯৫, লা: ৪।

১৫) এন, সনাজাওবা, 'ক্যুবেক বিফবেন্দম ' ১৯৯৫, অহোঙবা, মে, ১৯৯৬, লা ১ ৯; আসাম ত্রিব্যুন, নবেম্বব ২৪, ১৯৯৫।

১৬) এন. সনাজাওবা, যুকপকী মবোমদোম লেপ্পগী হক

(ক) চাঙ্খৈখি হুনবা, দিসেম্বব, ১৯৯৫ লা: ৫ ১৪ : নৈনবা বার্লতিক লৈবাব , আই-আব-এ, পালেস্তাইন, কুবেত

(খ) চাঙখৈ হুনবা, জানুয়াবি, ১৯৯৬ লা: ৫ ১১: নৈনবা ৱেস্তর্ন সাহাবা, ইষ্ট তাইমোব, নাগাবয়া, কাশমীব,

(গ) চাঙখৈ হুনবা, ফেব্রুযাবি, ১৯৯৬, লা: ৫১৩: নৈনবা চেচেনিযা, ক্যুবেক, তামিল ইলাম, যুগোস্লাভিয়া।

১৭) তেলিগ্রাফ, কলকতা, ওক্তোবব ১৪ ১৬, ১৯৯৬, অশোক মিত্র, পাও অমদি ফিচব , ষ্টেতসমেন, ওক্তোবব ২৮, ১৯৯৬ জে:বি: লামা, ' অন কুৱাইত মণিপুব' ;

- এশ: নাবাইন বোয, ' মণিপুব ষ্টেটস ওন ব্রিংক,' হিন্দুস্থান তাইমস, নবেম্বব ২৫,১৯৯৬ মণিপুবীবু লাম্নীনা ওৎনৈবা, মীহাৎ মীপুনগী মতাংদা, ইন্দিয়ান এক্সপ্রেস, নিয়ু দিল্লী, জুলায ২১, ১৯৯৬ লা: ৩।

১৮) এন: সানাজাওবা (ইদ), হ্যুমেন বাইতস, ১৯৯৪ অমদি মানা ফোঙবা আর্টিকল কয়া, কোহব অমদি নেকোহবগী অচৌবা ইহৌ কযা বিকোর্দতা লৈবে।

# পন্দুপ ১৩

# মবোমদোম লেপচনবগী হক

## (মালেমগী ৱাখেল)

মমাংগী পন্দুপ্তা, মালেমগী ওইবা যুম্ফমদা যেংদুনা ৱাখল্লোন ইদিওলোজীগী পান্দমবু শু নৈনবদুনা, মথংগী ৱাহংদি মণিপুব(কংলৈবাক) কী ওইবা মবোমদোম লেপচনবগী হক (ফংফম থোকপা) লৈব্রা হায়বসি লাকই। হায়বিবা হক অসি লৈতে হায়বগী ফিবেপ্পা অমা, মণিপুবগী ওইনা হক অসি পুৱাবীনা খুথাং ওইনা শিন্নবীবকপদগী, হক অসি লৈ হায়বা তাবগনা, মতৌকবম্না মালেমগী চৎন-পথাপ (ইন্তবনেসনেল লো ) কী মতেঙনা হক অসি যৌনবা লম্বীগী মেপ লৈবগে হায়বা বাহংশিনা পাওখুম থিদুনা লাকই।

মালেমগী, মীওইপোক্কী ওইবা চৎনদুনা লাকলিবা যুনিভবসেল ওইবা স্তেন্দাবদ অমা কুনশুবা চহিচাদা থম্লবকই। কুনশুবা চহি চাগী মমাংদা য়ুবোপকী অপিকপা লৈবাকশিংখক্তদা হক অসিবু শিজন্নবম্বদু, অহানবা অমদি অনিশুবা লাঞ্জাওগী মবক্তা পাকথোবকই। অনিশুবা লাঞ্জাও থোকপগী মপুংওইবা মহৈ ওইনা, হিন্দুস্থানীশিংদা ইং কুমজা ১৯১৮ দগী তাল্লকপা হিন্দুস্থাননা মবোমদোম লেপ্পা হায়বদু শাঙলবা চহি ২৯ গী মতুংদা ব্রিটিশ লৈঙাক্লা যাবিবকখি। সোভিযেৎ য়ুনিযন অমদি চীনা (পিপলস বিপব্লীক ওফ চীনা) না কন্না হোৎনবদগী, ইং কুমজা ১৯৬০দগী হৌবদুনা মবোমদোম লেপ্লগী হক অসি, যুনাইতেদ নেসন্সনা অমদি মাগী মেম্বব ওইবা ষ্টেট লৈবাকশিংনা ইকায়খুম্নগনি হায়না ৱাবেপ লৌদুনা লাকই। অদুবু, নোংচুপকী লৈবাকশিংদা শুপ্লতগী থুমহি-লমগী লোযচনবদগী নিংতম্বা (সোলত ৱাতব দে-কোলোনাইজেসন) খক্তদা মায ওনশিনবদগী, নোংচুপকী লোয়লম ওইবমদবা লূপ নত্রগা লৈবাকতি নোংচুপ্পা হন্না য়েংদনা লাকই।

যুনিভবসেল স্তেন্দাবদ অসিবুনা তুংদা থম্লগা, মণিপুবগী মীওই লূপ অপুম্বগী মবোমদোম লেপ্লগী হক অসি, কদাযফাওবা মণিপুব (কংলৈপাক) না তাল্লুবদা

চুম্বগে অমহিক্তি, করম্না তাল্লিবগে হায়বদু নৈনরি ।

এপ্রিল, ১৯৭৯ দগী হৌনা আসামদা লালহৌবা কাংলুপ ১, লমদমদুগী ওইবা মীখল্লুপশিং (রিজনেল পাটিশিং) অমসুং নহারোলশিংগী অপুনবা লূপ কয়ানা মওং কয়ামুক্তা মখোয় মতোমতা মরোমদোম লেপচবগী হক তানবা ঈহৌ অমা চংশিললক্লি। ঈহৌশিং অসিগী যুম্ফমদি আসাম অসি যান্দাবু ত্রিটি তৌনদ্রিঙৈগী মমাংদা মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইবম্মী হায়বসিনি। অমদি, ইন্দিয়া গোভর্ণমেন্টনা লমদম অসিবু শেল থুমদা, নাৎতা অমসুং লৈঙাক থৌশিলদা লোই চনশিন্দুনা থম্বনি হাযবা পুৱাবীগী ওইবা ৱাফমসিনি।

মসিগা মান্নবা ঈহৌদা মণিপুরদসু খৃষ্ট কুম ১৯৪৮- ৪৯ দগী হৌনা খুৎলাই পাযদুনা মবোমদোম লেপচবগী হক তানবগী খোংজং অমা চংশিল্লক্লি। খোংজং অসিনা পীবিবা যুম্ফমদি মণিপুব অসি লৈবাক ওনবা কুইজদ্রিবা ভাবত্তা খৃষ্ট কুম ১৯৪৯ দা তির্শিন্দ্রিঙৈগী মমাংদা মনিং মখা তম্বা লৈপাক অমা ওইনা চহি লিশিং অহুম মখাইদগী হেন্না মশাগী পুৱাবা অমা লৈজবক্রবা লৈবাক অমনি। অসিগুম্বা মবোমদোম তোখাযনা লেপচনবগী ঈহৌ অসি নাগা, মীজো অমসুং ত্রীপুবীশিংগী লমশিংদসু লৈ। মবোমদোম লেপচনবগী হক (সেল্ফ ডিটর্বমিনেসন) হাযবা ৱাফম অসি যাম্না লোযনা ৱাতষ্টোক লান্না শাজিন্নবা থেংনৈ। ৱাফম অসিদি লনাইগী ওইবস নত্রগা, অপুনবগী ওইববসু খবা চুম্বা মওংদা নৈনহৌবা হাযর্বাস যাম্না তঙাইফদবনি; মবমদি, পুৱাবীগী মচাক ওইবা থৌওংশিংদা মালেম পুম্বগী ওইবা মীওইবগী হক তানবগী ইহৌ অসি যাম্না [illegible] চৎখিবা যাবগী অকিবশু লৈ।

অনিশুবা লাঞ্জাও মতুংদা, মালেমগী লোই চল্লম্বা লৈবাক ১৪০ হেন্না মনিং মখা তমখ্রে অমসুং মচেৎ তাবম্না কযাস পূনশিন্নবা তোংনখ্রবনি।

মালেম পুম্বগী ওইবা মীওইবগী হক হাযবদি মবোমদোম লেপচনবগী হক অসি য়ুনাইটেড নেসন্সকী চার্তব মনুংদা অদুম যাওজববনি। য়ুনাইটেড নেসন্সকী জেনেবেল এসেমব্লি দিক্লাবেসন অমসুং ইন্তবনেসনেল লোনা মীওইবগী মবোমদোম লেপচনবগী হকপু নৈননবা অমসুং মদুবু যাবা চৎন-পথাপ কয় পিবি। অদুবু, ঙসিগী চাওখৎলে হাযনা লৌবিবা লৈবাক কযানা ইন্তবনেসনেল

লো অদুবু ঙাক্লা চৎনবা শেম শারবগে; চৎন-পথাপ অমবু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমদে হাইদুনা মদু লৈত্রে নত্রগা চৎনদ্রে হায়বদি লানগনি। ম্যুনিসিপাল লোগী মতাংদা ফাওবা আইন কাইরবা মী অমবু ম্যুনিসিপাল গোভর্ণমেন্ট অদুনা চৈরাক পীবা ঙমদ্রবসু চৎন পথাপ অদুদি অদুম লৈগনি। ইন্তরনেসনেল লোদসু অদু মঙাই— মরোমদোম লেপচনবগী হক পীবা অসিনা মালেমদা লোইলম লৈঙাক মখাদা লৈবম্বা লৈবাক ১৪৫ রোম লোইলম শন্দোকপা লৈবাক কয়াগী মখুত্তগী নিংখা তমহন্নবগী ঈহৌ পুবকপদা নত্তনা লোইলম লৈঙাক মাংনবগী মচাক ওইখ্রবনি।

খৃষ্ট কুম ১৯৯১ গী নবেম্বব ১০ দা য়ু:এন: গী জেনেরেল এসেমব্লিদা ইন্দিযাগী মীহুৎনা মালেমদা লোইলম লৈঙাক মুখৎনবা অমসুং ২০ শুবা চহিচা লোইদ্রিঙৈগী মমাংদা লোইলম ওইদুনা লৈবা লৈবাক মচাশিংবু ঙম্না মনিং তমহন্নবা খোংজং অমা চংশিন্নবা তকশিনখি। মহাক্লা ৱেস্তন শাহাবা, নিউ কালেডোনিয়া অমসুং মলবিনাসনচিংবা লৈবাকশিংবু লোইলম লৈঙাত্তগী মনিং তমহন্নবা কন্না তকশিনখি।

য়ুনাইটেড নেশন্সনা থেংখাং কযাবত্তা, ফুকপ ফুকপশিংনা মবোমদোম লেপচনগী হক পীবা চৎনপথাপ কযামকম শেমখ্রে। মক ওইবা খবদং লৌখৎলগা নৈনদুনা যেংশি। মণিপুবদা ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী চথবক্লিবা নিংতম ঈহৌবু" নৈনবদা, মালেমগী পথাপশি যাওদনা নৈনবা যাদে।

য়ু: এন: জেনেবেল এসেমব্লিনা খৃষ্ট কুম ১৯৬০ গী দিসেম্বব ১৪ দা 'দিক্লাবেসন ওন দি গ্রান্টিং ওফ ইন্দিপেন্দেন্স টু কোলোনিযেল কান্ট্রিজ এন্দ পিপল' হায়না কৌবা ৱাবেপ অমা লৌদনা লাওথোকখি [বিজোলুসন নম্বব ১৫১৪(XV)]। এসেমব্লি অদুদা মীথা পোন্দুনা লৈববা খুন্নাইচাশিং অদুগী নিংতম্বা পাম্বগী খোল্লাও, মখোযদা নীংতম্বা পাদবদগী থোবকপা অকবা বাফম, লোইলম থম্নগী চৎনবা মুখৎ[illegible]না যাদবগী ত[illegible]দবা, [illegible]হংবা [illegible]মদ্রবা অর্মাদ নিংহন্নবা নাউদবা নিংখা তম্[illegible] ঈহৌ, [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] লৈবাক কযানা মনিং মখা তম্না [illegible] অমাং [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]কনা মরোমদোম লেপচনবা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] নীংথা। লোইলম

লৈঙাক্কী চৎনবী অসি যাম্না থুনা মুথুৎকদবনি হায়বা ব্রাফমসিদা যানদুনা এসেমব্লি অদুনা মখাগী ব্রাফমশিং অসি লাওথোকখি।

১) খুন্নাইং অমবু নত্রগা খুন্নাইচাশিংবু অতোপ্পগী মখাদা নমথদুনা থম্বা অসি খুন্নাইচা অদুগী ফন্দামেন্টেল হ্যুমেন রাইট পুন্বা মাংহনবনি অমসুং মদু য়ু: এন: গী চার্টর গী মাযোক্তনি ; লোয়ননা, মালেমদা ইং তপ্পা অমসুং পুন্না হিংমিন্নবগী ওন্ন-তৈনবদনি।

২) খুন্নাই খুদিংমক্কী মবোমদোম লেপচনবগী হক লৈ অমসুং হক অসিগী মতেংনা খুন্নাই অমনা মশাগী লৈঙাক, লোনচৎ, শেল থুমগী থৌশিল অমগা নত্রগা নাৎকী চাওখৎ খোংথাং মশানা পান্বা মওংদা শিঞ্জবা য়াই।

৩) লৈঙাকলোনগী, শেল থুমগী,খুন্নাইগী নত্রগা মহৈ মশিংগী মতিক চাদবদা যুম্ফম ওইবগা লৈবাক অমবু লোইলম লৈঙাক্তগী মনিং তমহনবদা থেংথহনবা যাদে।

৪) মনিং তমদ্রবা খুন্নাইচাশিং অদুনা মনিং তম্নবগী চংশিল্লকপা খোঙজংদা অপনবা পীদনবা, লোইলম লৈঙাক মপুশিংনা খুৎলাইনা নত্রগা অতোপ্পা পান্থ অমতনা নমথনবা লাক্ল বোইদবনি; অমসুং মখোইগী মবমদম অদুগী পাক চাওবদা (লৈবাক) অকাইবা থোক হল্লোইদবনি।

৫) মীথা পোনবা খুনাইচাশিং অদুবু মনিং তমহন্নবা অমসুং লোইলম মপুশিংদগী লৈবাক অদু ঙাকচনবগী পাঙ্গল অদু খুন্নাইচা মশা মশাদুদা শিন্ননবা, অমসুং মখোযনা মশাগী নিংতম্ববু মপুং ফানা ফংজনবা অমসুং ঙাকপা ঙমজনবা, থৌবাং পুন্নমক তঙাইফদনা লৌখৎকদবনি। থৌবাশিং অদু শকচু লাইনিং লা নত্রগা কবিগুম্বা মখল অমতগী খেৎনবগী ব্রাখলদা যুম্ফম ওইদনা লৌখৎকদবনি।

৬) খুন্নাইচা অমগী অপুনবা শক্তমদা নত্রগা মবমদমগী পাক চাওবদা মচেং ওইনা নত্রগা মপুং ওইনা অকাইবা পীনবা হোৎনবা থৌবাং খ্যদংমক যুনাইটেড নেশন্সকী চৎন লোনচৎকী ব্রাংমদনি।

৭) লৈবাক খুদিংমক্না, য়ুনাইটেদ নেসন্সনা লাওথোক্লিবা খুন্নাইচা খুদিংমক্কী মরোমদোম লেপচনবগী হক অমসুং অমগা অমগা মান্নবগী হক, অমগা অমগা মখোয়গী মনুংগী ওইবা ৱাফমদা খুৎথিংজিন্নদনবগী হক অমসুং অমনা অমগী নিংতম্ববু ইকাই খুম্ননা চৎননবগী হক পুম্বা ঙাক্লা চৎনগদবনি।

মথক্কী ফিবানদা য়েংলুরগদি (১) মণিপুরবু ভারতনা ইং কুমজা ১৯৪৯দা নমফুদা লৌশিনখিবসি চুমইই হায়নবা মরম লৈতে ; (২) মণিপুরী অপুনবা খুনাইগী হক অসি লৈবক্লি: (৩) মণিপুরগী শেল থুমগী ফিভম ফত্তবনা হক অসিদা অপনবা পীবা তৌদে; (৪) ইং কুমজা ১৯৫৮ দগী ঙসি ফাওবা লাম্মী থাজিন্দুনা মণিপুবগী মীয়াম্বু নমথবসি আইন্না য়াদবা থবক্লি ; (৫)মণিপুবনা মরোমদোম লেপচনবগী হক তানবদা, ভাবত অমদি লৈবাক অতৈনা শৌগৎনবা দাইত্য লৈ; (৬) ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী মণিপুবগী ইন্তরনেসনেল বোর্দরদা শোকনা তৌগ্নিবা, তৌবিবা থবক খুদিংমক মালেম্না থিংলিবা থবক্লি; (৭) মণিপুবনা মবোমদোম লেপ্পা ঙম্নবা হোৎনজবদা অযেৎপা পীবোইদবনি [৭] ; (৮) মণিপুরী চীংমী-তন্মী অনিমক[৮] [৯] ইন্দিজিনস পীপলনি।

মথক্কী য়ু: এন: গী দিক্লাবেসন অসিগী পান্দমদি লৈবাক অমবু নত্রগা, খুন্নাই অমবু অতোপ্পা অমনা কবিগুম্বা মওং অমতদা নমথদুনা থম্বা যাহন্দবা অসিনি। য়ু: এন: না পীরিবা মরোমদোম লেপচনবগী হক অসি হায়রিবা নিংতম্বা— লৈঙাকলোলগী, শেল থুমগী অমসুং চৎনরোল— নাৎকীনি[১০]। য়ু: এন: জেনেবেল এসেমব্লিনা, খুন্নাই অমনা মবোমদোম লেপচনবগী হক ( বাইট টু সেল্ফ দিতর্মিনেসন) অসিবু মপুং ফানা শৌগৎতুনা খৃষ্ট কুম ১৯৭৪ ফাওবগী মনুংদা ৱাবেপ কযা হন্না হন্না লৌখি। মখোইশিং অদুদি বিজোলুসন্স নং: ২ ১৮৯ (xxi) ওফ ডিসেম্বর ১৩, ১৯৬৮; ২৫৪৮ (xxiv) ওফ ডিসেম্বর ১, ১৯৬৯; ২৭০৮ (xxv) ওফ ডিসেম্বব ১৪, ১৯৭০; ২৮৭৮ (xxvi) ওফ ডিসেম্বর ২০, ১৯৭১; ২৯০ (xxvii) ওফ নবেম্বব ২, ১৯৭২; ৩১৬৩ (xxviii) ওফ ডিসেম্বব ১৪ অমসুং ৩৩২৮ (xxix) ওফ ডিসেম্বব ১৬, ১৯৭৪ নি।

হাযরিবা ৱাবেপশিং অসিনা, যাম্না ময়েক শেংনা লোইলম ওইববা লৈবাক নত্রগা খুন্নাইচা অমদা মখোযগী নিংতম্বা ফংনবগী লাঙ্গংদা মখোয়না হেক ঙমজবা

খুৎলাই নত্রগা পাম্বে শিজিন্নবা য়াহল্লি। অমবোমদা য়ু: এন: না, লোইলম মপুশিংদা নিংতম্বগী ঈহৌবু নমথনবা হোৎনবদা খুৎলাই শিজিন্নবা থিংই। অদুবু, মীখা পোল্লবা কাংলুপ অমনা হৌবকপা ঈহৌবু নমথনবা, লোইলম মপুশিংনা যাম্না হেঞ্জিনবা মওংদা হেন্না খুৎলাই শিজিন্নবা যাই হাযবদি লৈতে। ইং কুমজা ১৯৪৯দগী থেংখাং থেংখাং চখিবিবা, মণিপুবগী ঈহৌগী ব্রাখল্লোনসু মসিদা য়ুম্ফম ওইবগী চে চাং ফংই। পনবা যার্বদি, মণিপুবগা মান্নবিবা কাশমীবগী মীযামগী মবোমদোম লেপনবগী হক লৈ হাযনা, ইন্তবনেসনেল কমিসন ওফ জুবিষ্টকী ১৯৯৫ গী বিপোর্তনা পীবি (লা: ৮৪-৯৮)।

খৃষ্ট কুম ১৯৭০ গী ওক্টোবব ১২ দা য়ু: এন: না লোইলম ওইববা লৈবাকশিং অমসুং মীখা পোল্লবা খুন্নাইচাশিংদা নিংতম্বা লাওথোকহন্ননবা লৌখিবা ব্রাবেপ নম্বব ২৬২১(xxv) না য়ু, এন না লোইলম শন্দোকপগী মাযোক্তব লৌবিক ফিবেপ অমসুং পাযথৎকদবা থৌবাংশিং অদু মযেক শেংনা তাক্লি :

(ক) মালেমগী কবিগুম্বা মফম অমদা কবিগুম্বা মওং অমদা লোইলম লৈঙাক অসুম্মক চখদুনা লৈবা হাযবসি যুনাইটেদ নেশন্সনা লৌখিবা ব্রাবেপশিং অমসুং মালেমগী ওইনা শোন্নিবা চৎনলোনচৎশিং অর্মদি চৎন পথাপশিংগী মাযোক্তব শিংনবা অচৌবা ক্রাইম অমনি।

(খ) মীখা পোল্লবা খুন্নাই অমনা, অচম্বা পাম্বে অমনা (নাই এনী মিন্স) হেক্তব মনিং তম্বা ফংননবগীদমক লাল হৌজনবগী হক লৈজৈ।

(গ) য়ু: এন: গী মেম্বব ওইবিবা লৈবাকশিংনা লোইলম শন্দোকপগী মাযোক্তব হৌবকপা নিং খা তম্বগী ঈহৌদা পীবা যাবা মতেং পুম্নমক পীগদবনি।

(ঘ) নিংখা তম্বা ঈহৌগী মীযাৎ তাববা নিংতম লান্মীশিংবু খৃষ্ট কুম ১৯৪৯ গী আগষ্ট ১২ গী জেনেভা কনভেন্সন্না, লানগী মীযাৎশিংবু কবম্না থমগদগে হাযবগী মতাংদা তাখিবা বাবেপগী মতুং ইন্না লোইনগদবনি।

মথক্কী ব্রাবেপ (ক), (খ), (গ), (ঘ) বু যেংলুববাদ মণিপুবদা ওকুপেসন আর্মী থাজিলক্লিবসি চুমই হাযবা ঙমদে। ইং কুমজা ১৮৯১ গী অনিশুবা এঙ্গলো মণিপুবী লানদা, মণিপুবনা মাইথিবা ফংখিবদগী, মণিপুবা পুম্নবু থোযদোক্লা

মীতৈবু খুৎলাই পাইবদগী থিংদুনা লাকখি। ব্রিটিশনা চৎখ্রবা ফাওবদা, হাইরিবা কোলোনিয়েল পোলিসি অসি, ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী অদুমক চত্থরকই। মদুগী তাইয়োন্নবদা, অবোনবা লূপনা খুৎলাই পাইজবগা, মখোযগী মাংখ্রবা হক অদুবু তাল্লকই। য়ুনাইটেদ নেশন্সনা নিংখা তম্বগী ঈহৌগী মতাংদা, ব্রাযেন পথাপ অমসুং লৌখৎকদবা থৌবম থৌদাশিং য়াৎপদা নত্তনা ঈহৌ অদুবু হৌরিবা ফুকপ নত্রগা লৈবাক অদুনা মালেমগী থাক্তব লৈগদবা ব্রাযেন পথাপকী মশক (লিগেল স্তেতস) অদুগী মতাংদসূ পল্লি। য়ু: এন: জেনেবেল এসেমব্লিনা ১৯৭৩ গী দিসেম্বব ১২ দা লৌখিবা ব্রাবেপ নম্বব ৩১০৩ (xxviii) না লোইলম মপুশিংগী মশকশিং অদু মচা খাইনা উৎলি:

১. মীখা পোল্লবা ফুকপ অমনা মখোযবু নমথবিবা লোইলম মপুগী মাযোক্তব মশাগী মবোমদোম লেপচনবা হক্কীদমক অমসুং নিংতম্বগীদমক হৌবকপা ঈহৌ অসি মালেমপুম্বগী ওইবা ব্রাযেন পথাপ (ইন্তবনেসনেল লো) না যাবা ঈহৌনি।

২. নিংতম্বগীদমক হৌবকপা ঈহৌ অদুবু নমথনবা হোৎনবা মখল খুদিংমক য়ু: এন: না য়াৎপা মালেমগী ওইবা ব্রাযেন পথাপ (ইন্তবনেসনেল লো), মবোমদোম লেপচনবগী হক (যুনিভবসেল ডিক্লাবেসন ওফ হ্যুমেন বাইটস) অমদি মীখা পোল্লবা ফুকপশিংদা মনিং তম্না পীননবা য়ু: এন: না লৌবা ফিবেপ (ডিক্লাবেসন ওন দ গ্রাটিং ওফ ইন্দিপেন্দেন্স টু কোলোনিযেল কন্ট্রিজ এন্দ পিপলস) গী মাযোক্তর্বন অমসুং, মদু মালেমদা ইং তপ্পা অমসুং অপুনবা পুবকপগী ওন্ন তৈনবর্দনি।

৩. লোইলম লৈঙাক অমসুং কাংলুপ খায়বা লৈঙাক্কী মথক্তব হৌবা ঈহৌবু নমথনবা লাক্লবা হাযবসি, যুনাইটেদ নেশন্সগী চার্টব, ইন্তবনেশনেল লোগী চৎন পথাপশিং, মী ওইবগী হক অমসুং মীখা পোনবা লৈবাকশিংদা নীংতম্বা পীননবা য়ু: এন: না লৌবিবা ব্রাবেপ অমসুং মালেমদা ইংতপ্পা লৈতাহনবগী মাযোক্তবনি।

৪. লোইলম লৈঙাক মপুশিংগী মাযোক্তব হৌবা খুৎলাই পাযবগী লালহৌ পুম্বা খুষ্ট কুম ১৯৪৯ জেনেভা কনভেন্সনগী মতুং ইন্না, ইন্তবনেসনেল আর্মদ কন্ফ্লিক্ট ওইনা লৌগনি অমসুং লানহৌবিবশিং অদদা চপচাবা লেগেল স্তেতস পীগনি।

৫. লোইলম লৈঙাক মপুশিংগী মায়োক্তা হৌবা লালহৌবশিংবু ফাবা তারবদি মখোয়বু খৃষ্ট কুম ১৯৪৯ আগষ্ট ১২ গী জেনেভা কনভেনসন্না, লালগী ফাদোকশিংগী মতাংদা তাখিবা ব্রারেপগী মতুং ইন্না লালগী লানফা ওই লৌগনি অমসুং লোয়নগনি।

৬. মরোমদোম লেপচনবগী লাল হৌবা কাংবুবু নমথনবা লোইলম মপুশিংনা অনেকপা মীওই শিজিন্নবা তারবদি মদু ক্রিমিনেল এক্ট ওইনা লৌগনি, অমসুং অনেকপা মীওই অদুসু ক্রিমিনেল ওইনা চৈরাক পীগনি।

৭. লোইলম লৈঙাক্কী মায়োক্তা হৌরিবা লালহৌবশিংগী ব্রায়েন পথাপকী হক মাংহনবা নত্রগা থুগাইবা পুন্না ইন্তরনেসনেল লোগী মতুং ইন্না য়েংশিনগদবনি। মণিপুরগী নিংতম লালহৌ হৌরিবা লূপশিংনা, ভারত সরকার অমদি মানা শেম্নিবা মখা তাবা মণিপুর সরকারবু লোইলম লৈঙাক ওইনা লৌদুনা, ইং কুমজা ১৯৪৯দগী ঙসি ফাওবদা, মখোয়না য়েক্লবনি হায়না লৌরবা ভারতকী লান্মীদা, মণিপুর থাদোক্তুনা মরমদমদা হনখিনবা লান তাবা নুতীগী উবা ফংই। থৌদোকশিং অদু মণিপুরগী নুতীগী চেফোংশিংদা লেপ্তুনা ফোংদুনা লাকই।

লোইলমগী মায়োক্তা মরোমদোম লেপচনবা হৌরিবা অমসুং নিংতম্নবা হোৎনরিবা খুন্নাইচাশিং অদুগী মখুত্তা লম অদুগী মহৌশাগী ওইবা পোখোক অমসুং ললশিং অদু ফংজনবগী হক মপুং ফানা লৈগনি। য়ু:এন: জেনরেল এসেম্ব্লীগী খৃষ্ট কুম ১৯৬২ দিসেম্বর ১৪ দা তাখিবা রিজোলুসন নম্বর ১৮০৩ ( XVII) শুবনা পারমেনেন্ট সোভরেন্টি ওভর নেচরেল রিসোর্সেশ কী মতাংদা ব্রাফম কয়া অমা শেমখি।

মরু ওইবা ব্রাফম খরদি:-

১. লৈবাক অমগী খুন্নাইচাশিং অদুদা মখোয়গী মরমদমগী মহৌশাগী পোখোক অমসুং ললশিংগী হক পুন্না ফুরুপ অদুগী য়াইফনাবা য়েংদনা শিন্নগদবনি ।

২. খুন্নাইচাশিং অদুনা মরমদমগী ওইবা মহৌশাগী পোখোক অমসুং ললশিংগী মথক্তা লৈবা মপুং ফাবা হক অদু লোইলম মপশিংনা [illegible] অমাং [illegible]দবনি।

৩. অদুগুম্বা খুন্নাইশিংগী মরমদমগী মহৌশাগী পোখোক অমসুং ললগী মথক্তা লৈজবা হক অদু থুগাইবা অমসুং শিংনবা হায়বসি য়ু: এন: গী ব্লারেপগী মায়োক্তনি। ব্লাবেপশিং অসি মণিপুবদসু অদুমক চৎনবা য়াই।

## ফোর্স শিজিন্নদবা (নন-য়ুজ ওফ ফোর্স)

অযেৎপা পীদবা অমসুং নম্ফু শিজিন্নদবা হাযবসি মবোমদোম লেপচনবগী হক্কা য়াম্না মবী লৈনৈ। হৌজিক লৈবিবা ইন্তবনেসনেল লো, প্রিন্সিপলস ওফ নন-ইন্তবভেন্সন অসি, লোইলম লৈঙাক মখাদা মীখা পোন্দুনা লৈবিবা খুন্নাইচাশিং, খুদম ওইনা মণিপুবদা, অদুগী মাযোক্তদি চৎনবোই। পথাপ অসিনা মনিং তম্নবগীদমক্তা লাম্ছেংনবিবা লৈবাক নত্রগা খুন্নাইশিং অদুগীদমক লেপ্পী। য়ু: এন: চার্তবনা মসিগী আর্টিকল নম্বব ২ (৪) দা নম্ফু শিজিন্নদবা (নন-যুজ ওফ ফোর্স) গী মতাংদা মক ওইবা চৎনপথাপ খবা যাখোত্তুনা থমলি।

য়ু: এন: গী মেম্বব ওইবিবা লৈবাকশিংনা লোইলম শন্দোক্লিবা লৈবাক নত্রগা ওর্গানাইজেসন অসিগী চৎন-পথাপশিং ঙাক্তবা লৈবাকশিংদুগা মালেমপুম্বগী ওইবা মবী অমতা থম্নবোইদবনি। ভাবতশু য়ু: এন: গী মেম্বব ওইবিবনি। মীখা পোল্লবা অমদি নমথবিববা লৈবাক অমনা নিংতম্নবগীদমক হৌবকপা ঈহৌবু শৌগৎকদবনি হাযবা য়ু: এন: চার্তবগী পান্দম লৈ। মীখা পোল্লবা লৈবাকশিংনা নিংতম্নবগীদমক হৌবা ঈহৌদা, য়ু: এন: না শৌগৎপগী মক ওইবা পান্দম থমই। যুমলোন্নবা লৈবাক খবনা মণিপুবগী লালহৌববু চংজফম পীবগী পাও খববদা হাপ্পা ফংই। লৈবাকশিংগী মবত্তব মকপ মপাং ওইবগী মবী শাগৎপা অমসুং ফগৎহনবা অমদি মালেমদা ইংতপ্পা পুবক্লবা মতিক চাবা খোংথাং লৌখৎপা চঙই। মবোমদোম লেপচনবগী হক্কী মতাংদা, য়ু: এন: চার্তবগী আর্টিকল৫ শুবনা মখা তানা অসুম্না পল্লি।

লৈবাক মনুং মবা তপননবা অমদি লৈবাকশিংগী মবত্তব ইংতপ্পা অমসুং মকপ মপাং ওইবগী মবী থম্ননবা অমদি লৈবাকশিংনা মবোমদোম লেপচবা ঙম্ননবা, অমগা অমগগী মবত্তব মান্নবা হক লৈননবা, য়ু: এন: না হিংবগী থাক ব্লাংখৎহনবনচিংবা ব্লাফমশিংসি লৌখৎলি... য়ু: এন: চার্তবগী আর্টিকল২ (৪),

১ (২) অমসুং ৫৫ শুবনা যাম্না ময়েক শেংনা পাল্লি মদুদি মীখা পোল্লবা ফুরুপ অমনা মনিং মখা তম্নবগী ঈহৌ অমা হৌরকপা মরমদা য়ু: এন: গী মেম্বর ওইবিবা লৈবাক অমতনা খুৎলাই শিজিন্নদুনা মদুবু নমথনবা হোৎনবদি লাইবদনা মখোইবু কিহনবনচিংবা ফাওবা তৌবা যাদে। হায়রিবা মালেমগী নিয়ম অসি য়েংলুরবদি, ভারতকী লাম্মীনা মীখা পোল্লে হায়বিবা, মণিপুরগী নীংতম লালহৌবশিংদা খুৎলাই থাবা য়াদে। ভারত সবকারগী ফিবেপতি, ভারতকী লাম্মীনা নিংতম ঈহৌ নমথবা অসি ফাওবদি উবা ফংই। লোইলম লৈঙাক মখাদা লৈরিবা নত্রগা মীখা পোল্লিবা ফুরুপ অদুনা মনিং তম্নবগী ঈহৌদা খুৎলাই শিজিন্নবা অদু লোইলম লৈঙাক মপুশিংনা শিজিন্নবগা মান্নহনবা য়াদে। মীখা পোল্লিবা ফুরুপ অদুনা মশাগী ইকাই খুম্নবা ঙাকচনবগী অমসুং মনিং তমজনবগীদমক লোইলম মপুশিংগী মায়োক্তব খুৎলাই শিজিন্নদুনা লালহৌবা য়াবগী হক লৈ। নিয়ম অসিগী মখাদা, হৌখিবা চহি য়াঙ্খে চুপ্পা, নিংতম লাম্মীনা, মণিপুরদা চংলকপা মীতোপকী লাম্মীদা খুৎলাই থাবা উবা ফংই। ইং কুমজা ১৯৭৮ দগীদি ইফোঙ ফোঙনা মনিপুর নিংতম লাম্মীনা মীরৈবাক্কী লাম্মীদা লান্দাবা উবকই[১১] পীপলস লীবরেশন আর্মীনা জুন ২৯, ১৯৭৮ দা মণিপুর রাইফলসগী মায়োক্তা খুৎলাই থাবা হৌই। বেটল রেকোর্দতা মসিনা অহানবনি। মসিগী মমাংদা লুচিংবা এন: বিসেশ্বরনা এপ্রিল তাং ১৬,১৯৭৬ তা, মী তরামঙা পুবগা, ইম্ফালদগী লাসাদা চৎখি। ইং কুমজা ১৯৭৮ দগীদি মমাংগী কুয়না মায়োক্লদবা, লিশাং শিৎপা ব্রাৎপা লালহৌশিংদগী খেন্নরকপা মওংদা, পি: এল: এ:, প্রি-পাক, য়ু: এন: এল: এফ:,[১২] অমহিক্তি, কে: সি: পি: না ভারতকী লাম্মীদা মায়োক্লবা লালহৌ তৌরকই। মণিপুরগী চাং-লমদসু এন: এস: সি: এন: না খুৎলাই থাদুনা লাকখি।

য়ু: এন: চার্তরনা লোইলম মপুশিংদা খুৎলায় নত্রগা পাঙ্গল শিজিন্নদুনা লোইলম শন্দোকপা থিংবগী মরমদি, লৈবাক অমনা ফুরুপ অমবু নমথরগা মখোয়গী মরমদমবু খুদুম চনশিনবা হায়বসি মীওইবগী চৎনলোনচৎ অমসুং য়ু:এন: গী চৎন পথাপ্পা য়াদবা ব্রাফমনি। ১৯৯০ গী মতমদা য়ু: এন: গী অপুনবা ফোর্সনা, ইরাকপু অরানবা পাম্বৈ শিজিন্নদুনা কুব্রাইত লৌশিনবগী চৈরাক পীখ্রে। মরমদি লম অমনা লম অমবু, লমদুগী খুন্নাইচাশিংগী অনিংবা অপাম্বগী ময়োক্তব খুৎলাই অমসুং পাঙ্গল শিজিন্নদুনা লোই চনশিনবা হায়বসি য়ু: এন: চার্তরনা শুংয়া

য়াদবা ব্রাফম অমনি। কুব্রাইত নত্রগা মণিপুরবু মীরৈবাক্পা লৌশিখিবদুগী থৌদোক্তা, মান্নবা খরা লৈবদগী, মালেমগী ফিরেপ খঙবা ঙম্নবা দোকুমেন্ট (১-৩) মনিংদা হাপলি।

অদুম্না, খৃষ্ট কুম ১৯৩৯ দা জর্মনি অমসুং সোভিয়েৎ য়ুনিয়নগী বালতিক ষ্টেট অহুম সোভিয়েত্তা তিনশিন্নবগী মতাংদা য়ানখিবা ব্রারেপ অদু অরানবা খোংথাং অমা ওইখি । সোভিয়েৎনা মখোয়না তৌরিবদু লাল্লি হেক খংলকপা মীকুপ্পুদা, বালতিক ষ্টেটশিং অদুনা মনিংতম্নবগী চংশিলকপা খোংজংদা অপনবা অয়েৎপা অমতা পীখিদে । হৌজিক্কী চাওখৎলবা পৃথিবীসিদদি অসিগুম্বা মওংগী লোইলম শন্দোকপা অসি য়াম্না তুকচ্চনিংঙাই অমদি নুংঙাইতনিঙাই ওইবা থৌওং ওইনা লৌনরবনি । অদুবু ভারতকী রুলিং ক্লাসনদি লোইলম থম্বা পামই । ঔরেলিয়ু খ্রাইসটেসক্যু (Aurelieu Cristescu) না ইখৎপা য়ু: এন: গী মরোমদোম লেপচনবগী হক্কী ব্রাফম্না পল্লি, মদুদি : "অরানবা পাম্বৈনা নত্রগা কিহন্দুনা অমদি খুৎলাই শিজিন্নদুনা লম লৌশিনবা অমদি অতোপ্পা খুদোং চাবা লৌননবা হোৎনবসি ব্রায়েন পথাপ্পা য়াদবা ব্রাফমনি; মরমদি য়ু: এন: গী ইন্তরনেশনেল লোনা অসিগুম্বা অরানবা থৌওং অসিবু য়াবা ঙমদে । থায়না লান তাশিন্দুনা মাইথিবা পীদুনা, লম লৌশিনবগী চৎনবী অমা লৈরম্বদুদি হৌজিক্কী মতমদা য়ু: এন: চার্তরগী ওন্ন-তৈনবদা লৈবা য়াম্না চাওখৎতবা শা ষনগী ওইবা লীচৎ অমা ওইনা লৌনরবনি ।" ভারতকী রেসিষ্ট মেদিয়ানা, অখঙ অহৈনা পথাপসিবু খঙবা ঙমদ্রি । লোইলম লৈঙাক মপুশিংগী মায়োক্তৰ মশাগী মরোমদোম লেপচনবগী অমসুং মনিং তমজনবগীদমক হৌবা ঈহৌ অসি য়ু: এন: জেনেরেল এসেম্ব্লীনা কয়ারক হন্না শৌগৎপগী ব্রারেপ লৌখ্রে ।

ব্রারেপশিং অদুদি :—

**2588 (XXIV) of 15 December 1969,**
**2649 (XXV) of 30 November 1970,**
**2787 (XXVI) of 6 December 1971,**
**2955 (XXVII) of 12 December 1973,**
**3070 (XXVIII) of 30 November 1973,**
**3246 )XXIX) of 29 November 1974,**
**3382 (XXX)of 10 November 1975,**

য়ু: এন: চার্তরগী আর্টিকল ২(৪) না লোইলম মপুদা, মীথা পোল্লিবা

ফুরূপ অদুনা মনিং তম্বগী হৌবকপা ঈহৌদা অয়েৎপা, অপনবা পীরুদনবা অমসুং খুৎলাই শিজিন্নদুনা নমথনবা লাক্লবদগী থিংখি। মালেমদা লৈরিবা ইরাং অমদি উংখৎনবা অয়াম্বদি অচৌবা লৈবাকশিংনা অপিকপা লৈবাকশিংবু লোই চনশিন্নবা লাক্লবা, লোই চনশিল্লবা লৈবাকশিংবু মনিং তমহন্নীংদবা অমসুং নাকন অমবোমদনা, মনিং তম্নবা লালহৌরক্লিবা কাংবুদা মরাল থংজিন্নবা লাক্লবদগী থোরকপা ঙাত্তৰ্নে। ব্রিটিশনা ভারতপুশু মবাল থংজিনখি।

যু: এন: চার্তরগী চৎন-পথাপশিংনা চুম্নগী লৈবাক অমগী মনিংতম্বদা অকাইবা অয়েৎপা পীরকপবু থীংবতা নত্তনা, অশোনবা কাংলুপশিং অমসুং অপিকপা লৈবাকশিংবু, হেন্না চাওবা মপাঙ্গল কনবা লৈবাকশিংনা শিংনবগী মায়োক্তৰ অথিংবা কযা পীবি। লৈবাকশিংগী মবত্তৰ লৈবা অযেৎপা পুম্নমক বালতিক ষ্টেটশিংগী মতাংদা তৌবিবগুম ইংনা তপ্না লোইশিন্নবা হোৎনবগী খুদম উবা ফংদে। যু: এন: সেক্যুবিটি কাউন্সিলগী ৱারেপ নম্বব ৬৬০ না, ইবাকনা কুৱাইতপু মখোয়গী মাপনশুবা ষ্টেট ওইনা লৌশিনববু অমদি ৱাবেপ নম্বব ২৪২ অমসুং ৩৩৮ না ইজবেলনা আববকী লম লৌশিনববু চংনহনদে।

লমশিংগী মবত্তৰ লৈনগদবা মব" মপা, ওইবগী মৰীগী মতাংদা যু: এন: গী দিক্লারেসন অমনা, লম অমনা অতোপ্পা লম অমগী শরুক খবা কিহন্দুনা নত্রগা অকনবা পাঙ্গল শিজিন্নদুনা লৌশিনববু য়াংনদে। হায়বিবা ৱাফম অসি ইন্তবনেসনেল কোর্ত ওফ জসতিসকী স্তেতুত্যতকী ৩৮ শুবা আর্টিকলনা অচুম্বনি হায়না লৌই। অরানবা পাম্বৈশিংগী মনুংদা লান্দাবা, খুৎলাই পায়বা লাম্মী নত্রগা ভোলুনটিযার থাজিনবা, অমসুং অতৈ নমথনবা পাম্বৈনচিংবা পুম্নমক য়াওবি। থাইনগী ওইবা খুৎলাই পাইবা লাম্মীনা লাল তৌদুনা লৌশিনবা অদুখত্তবু, লম লৌশিনবা ওইনা লৌনদ্রে।

খৃষ্ট কুম ১৯৬৬ কী নবেম্বব ৩০দা যু: এন: জেনেরেল এসেম্ব্লীনা লৌখিবা ৱাবেপ নম্বর ২১৬০ (xxi) না অরানবা পাম্বৈ শিজিন্নদুনা লোইলম শন্দোকপগী থৌশিলবু মালেমগী চৎন লোনচৎ অমসুং ৱাযেন পথাপগী ৱাংমদনি হায়না যাম্না মযেক শেংনা পল্লি। অবানবা পাম্বৈ কয়া মণিপুবদা মীতোপ্পা শিজিন্নবকই। যু: এন: দিক্লাবেসননা মখা তানা পল্লি মদুদি মালেমগী লৈবাকশিংগী মবত্তৰ লৈনবীবা

মরী অমদি চৎন-পথাপশিংগী মায়োক্তৰ করিগুম্বা লৈবাক অমনা অতোপ্পা অমবু মিলিটরী, লৈঙাকলোন, অমসুং শেল থুমগী ওইবা নত্রগা অতোপ্পা অরানবা পাম্বৈনা[১৩] লৌশিন্নবা নত্রগা নমথনবা লাক্লবা হায়বসি ফুরুপ অমদুগী মবোমদোম লেপচনবগী হক্কী মায়োক্তনি। য়ু: এন: চার্তরনা লৈবাক অমগী লৈঙাকলোনগী নিংতম্বা অমসুং পাক চাওবগী ঙমখৈবুসু মপুং ফানা ঙাক্লি।

## ৱায়েন পাথাপশিং

য়ু: এন: জেনেরেল এসেম্ব্লীগী দিক্লারেসন অদুনা পীরিবা পাউজেলদি য়ু: এন: গী মেম্বর ষ্টেটশিংনা লোইলম লৈঙাক মখাদা লৈবা লৈবাকশিংনা মনিং মখা তম্নবগী হৌরকপা ঈহৌদা পীবা য়াবা মতেং পুম্নমক পীগদবনি। য়ু: এন: জেনেরেল এসেম্ব্লীনা লোইলম লৈঙাক মপুশিংদা লোয়লম লৈঙাক খুদক্তৰ মুখৎনবা অমসুং মীখা পোল্লবা ফুরুপশিং অদুদা মনিং তম্বা পীননবা খংহনখ্রবনি। নিউ দেলহীগী সাউথ ব্লোক, অমদি লাম্পী মকোক্লা মালেমগী চৎন-পথাপ অসি ইকায়খুম্নবা তাবকই। অমসুং মনিং তম্নবগী লালহৌবিবা কাংবুশিংদুবু ফাবা মতমদা, লানগী লানফা অমা ওইনা ইকায় খুম্নগদবনি হায়বসিসু খংহনখ্রবনি। ১৯৪৯ গী আগষ্ট ১২ গী ত্রিতমেন্ট ওফ প্রিজনরস ওফ ৱাবগী এক্টনা পীবা চৎন-পথাপশিং অদু নিংতম্নবগী লালহৌবিবা কাংবুগী মীফাদসু চপ চানা পানগদবনি। মণিপুরদা পথাপ অসি থুগায়দুনা লাক্লি। জেনেরেল এসেম্ব্লীনা ১৯৭৩ গী দিসেম্বর ১২ দা লৌবা ৱাবেপ নম্বর ৩১০৩ (XXVIII) না য়াম্না কন্না মালেমগী প্রেস মেদিয়া পুম্নমক্তৰ লোইলম লৈঙাক মুখৎপগী ঈহৌবু শৌগৎনবা খংহল্লি। অদুবু ভারতকীদা নত্তনা, অৱাং-নোংপোক্কী ওইবা লন্নাই মেদিয়া, খবর ফাওবনা, মণিপুবগী-অৱাং-নোংপোক্কী ঈহৌবু তেবোরিজমনি হায়না লেপ্তুনা শন্দোকই। মখোয় অয়াম্বনা নিংতম ঈহৌবু পাক চাওনা খঙদবগী মথক্তা, নিংতম ঈহৌবু পামদবসু উবা ফংই।

য়ু: এন: না অমদি লৈবাক খুদিংমক্লা মখোয় মখোয়গী লৈরিবা পাউগী মেদিয়া পুম্নমক্তৰ (বেডিও, টি: ভি:, নিয়ুজ পেপর, জর্নেলস অসিনচিংবা) য়ু: এন: না লৌখৎলিবা লোইলম লৈঙাক মুখৎপগী ঈহৌবু শৌগৎতুনা থৌরম কয়া পাংথোক্কদবনি অমসুং মীয়ামদা মদু য়ৌহন্নবা লাক্লগদবনি। ফুরুপ অমবু অতোপ্পা

অমনা নমথদুনা থম্বা, কুচু কুমেন খায়বগী লৈঙাক, খুন্নাইচাশিংবু ওৎ-নৈবনচিংবা পুন্নমকসি য়ু: এন: গী পান্দম অমহিক্তি অপাম্বগী মায়োক্তনি। মান্নবা হক থম্বা অমসুং মরোমদোম লেপচনবগী হক পীবা হায়বসি ব্রায়েন পথাপ খুদিংমক্লা (কনভেন্সনেল লো, কস্তমরী ইন্তরনেসনেল লো, জেনেরেল প্রিন্সিপলস ওফ লো, জুস কোজেন্স) হৌজিক্তী অমতা ওইনা য়ান্নরবা ব্রাফমনি । য়ু: এন: না মেম্বর ষ্টেটশিংদা ফুরুপশিংগী মরক্তা মান্নবা থাক থম্ববু ইন্টরনেসনেল লোগী চৎনপথাপ অমা ওইনা শক খংনবা খংহল্লি। মসি মখা তানা ষ্টেটশিংদা য়ু: এন: চার্তরগী অর্টিকল ১(২), ৫৫,৭৩,১০৩, বু ঙাক্না চৎননবসু খংহল্লি। জেনেরেল এসেমব্লীনা য়ু: এন: গী অটিকল ১০,১৩ অমসুং ১৪ গী মখাদা লৌখিবা মরোমদোম লেপচনবগী হক্কী মতাংদা তৌবা দিক্লারেসন অদুবু য়ু: এন: গী কস্তমরী লো অমা ওইনা লৌননবা খংহল্লি। হায়রিবা মরোমদোম লেপচনবগী হক অসি ইন্তরনেসনেল কোর্ট ওফ জস্তিসকী স্তেট্যুতকী অর্টিকল নং ৩৮ দসু মপুং ফানা য়াওরি। ইন্তরনেসনেল কোভনেন্ত ওন ইকনমিক, সোসিয়েল এন্দ কলচরেল রাইটস অমসুং ইন্তরনেসনেল কোভনেন্ত ওন সিভিল এন্দ পোলিটিকেল রাইটসকী ১৯৬৬ কী অর্টিকল ১বনা কাংলুপ নত্রগা ফুরুপ খুদিংমকপু মরোমদোম লেপচনবগী হক তানবা য়াহল্লি; অদুবু, ইন্দিয়া য়াওনা লৈবাক খরনদি পৃথিবীগী ওইনা য়ানরবা ব্রাফমসিদগী খরা খজিক থৈদোক্না অদুমক চৎলি। ভারতদেশকী ওইনদি, সেল্ফ দেতরমিনেশনগী হক অসিবু পিবা য়ারবসু, অককনবা ফিভম খরগী মখাদা পিনবা সহি তৌই [১৪]; মীরৈবাক্কী মখাদা থমগ্রবা মীখা পোল্লবা মী (পীপল) দা পিগনি। মণিপুরগী মীৎয়েংদগীদি,মণিপুরগী নিংতম লালহৌবশিংনা মণিপুরগী মীয়াম্না মরোমদোম লেপ্পগী হক, অসি ফংফম থোকই হায়না শেংদোকই[১৫]।

ফুরুপ খুদিংদা মরোমদোম লেপচনবগী হক পীবগী ঈহৌদা মাংজিল থাবা লৈবাক অমা ওইনা চংশিল্লিবা য়ু: এস: এ: না মসিগী মতাংদা, খৃষ্ট কুম ১৯৭৭ কী ওক্তোবর ৫ দা য়াম্না মরুওইবা ব্রারেপ অনিখক লৌখি। মসিগী মতাংদা, য়ু: এস: এস: আর: না ইং কুমজা ১৯৯১ ফাওবদা মখোয়দি ফুরুপ খুদিংমক্তা মরোমদোম লেপচনবগী হক পীবগী মতাংদা য়ু: এন: না পীবা ব্রাফম খুদিংমক অমতা কাইদনা ইল্লি হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলি।

য়ু: এন: গী হ্যুমেন রাইতস কামিতীদা ইন্তরনেসনেল কোভনেন্ত ওন সিভিল

এণ্ড পোলিটিকেল রাইতসকী অর্টিকল ৪০ গী মখাদা য়ু: এস: এস: আর: না পীখৎপা রিপোর্ত অসুম্না পল্লি - "য়ু: এস: এস: আর: গী কন্সটিত্যুশন্না ফুকপ খুদিংমক্তা মরোমদোম লেপচনবগী হক লৈগদবনি হায়বসি যাই"। ইস্তোনিয়া, লাতভিয়া অমসুং লিথুয়ানিযানা সোভিয়েৎ য়ুনিযন্দগী ইমু নাইমু তানবা যাওদনা তোথাই তাখিবা,মথংদা অতোপ্পা স্টেট তবামাথোইনা খাযদোকখিবা অমদি য়ু: এস: না মখোযবু শকখংখিবা অসিনা মযেক শেংনা উৎলে মদুদি সোভিয়েৎ য়ুনিযন্না য়ু: এস: না মরোমদোম লেপচনবগী হক্কী মতাংদা তারা রাবেপ পুন্নমক ঙাক্না চংলি। ইন্দিয়ানা[১৬] মথক্তঃ পনখিবা কোভেনেন্ত অনিগী অর্টিকল নম্বর ১বু খৃষ্ট কুম ১৯৭৯ এপ্রিল ১০ দা কোভেনেন্তশিংদা অযাবা পিবকখি।খৃষ্ট কুম ১৯৮০ জুলাই তাং১২ দা, কোভেনেন্তগী অর্টিকল ৪০ গী মখাদা মশাগী অসুম্না রিপোর্ট অমা ইন্দিযানা পীবি[১]:

## অর্টিকল ১বা

পেজ ৮) ইন্দিযানা, লৈবাক অমনা মরোমদোম লেপচনবগী হক থম্বগী চৎনরোলবু মতম কুইনদগী হৌনা ঙাক্তুনা লাক্লি। ইন্দিযাগী নিংখা তম্বগী চৈথোগা পুন্নবীনা মযেক শেংনা উৎলি মদুদি ইন্দিযানা, লৈবাক অমনা লৈবাক অমদা লৈঙাকলোনগী, শেল থুমগী, খুন্নাইগী অমসুং নাৎকী ওইবা নমথবা মথল শমং বু যাবা তৌদে।

৯) নন - এলাইন্দ মুভমেন্টগী ফাউন্দিং মেম্বর অমা ওইনা ইন্দিযানা, লৈবাক অমনা নত্রগা কাংলুপ অমনা মরোমদোম লেপচনবগী অমদি মশাগী মরাইবক মশানা লেপচনবগী হকপু মপুং ফানা ইকাই খুম্নদুনা লাক্লি অমসুং মথল খুদিংমক্কী লোই চনবগী চৎনবীবু মুথৎনবা হোৎনদুনা লাক্লি।

১০) ইন্দিযানা হেক নিংতম্বা ফংলকঙৈদগী হৌনা, লৈবাকশিংগী মরক্তা মান্নবা মীৎযেং থম্বা অমসুং লৈবাক খুদিংগী মশাগী মনিং তম্বা ঙাকপা হাযবা ফিবেপ অসি লৌদুনা লাক্লি। লৈবাক মনুংগী (স্টেটশিংগী) ওইবা রাফমদসু, ইন্দিযানা য়ুনাইটেদ নেশন্সকী বাফম খুদিংমকপু ইকাই খুম্নদুনা লাক্লি।

১১) মথক্তা পীখ্রিবা ফিবেপশিং অসিগী য়ুম্ফম ওইদুনা ইন্দিয়ানা

১৯৭৯ দা ইন্তরনেসানেল কোভনেন্ত ওন সিভিল এন্দ পোলিটিকেল রাইতসপু রেক্তিফায় তৌবা মতমদা, মখাগী ৱাফম অসি লাওথোকখি: 'ইন্তরনেসনেল কোভনেন্ত ওন সিভিল এন্দ পোলিটিকেল রাইতস' কী অর্টিকল ১ গী মতাংদা, ইন্দিয়ান গোভর্নমেন্টনা শেংদোক্লি মদুদি অর্টিকল অসি য়াওরিবা মরোমদোম লেপচনবগী হক হায়বা ৱাফম অসি মতম অমদা মীওই অমা নমথবা নওগা লাই চনবগী মতাংদা পানগদবনি অমসুং ৱাফম অসি লৈবাক মনুংগী ওইবা পীপলগী মতাংদা পানবা য়াদে। মরম্মদি, মদুনা লৈবাক অমগী অপুনবা শক্তমদা অকাইবা পী। মণিপুরগী ওইনা য়েংবা তারবদি, ইং কুমজা ১৮৯১ ফাওবদা ব্রিটিশনা মণিপুরবু এনেক্স তৌখিদে, ব্রিটিশনা খুৎ থিনজিন্নবা অদুশু ইং কুমজা১৯৪৭তা লেপখিবদগী মনিংতম্লকই। ইং কুমজা ১৯৪৯দা ভারতনা মণিপুরবু নমদুনা লৌশিনখিবদুগী মতুংদশু, মণিপুরগী মিৎয়েংদদি ভারতকী লৈঙাকপু ফোরেন দোমিনেশন ওইনা লৌদুনা লাকই[১৮]।

ইং কুমজা ১৯৯১দা, ইন্দিয়াগী য়ু: এন: দা থাগৎপা মীহুৎনা লৈবাক খুদিংদা মরোমদোম লেপচনবগী হক পীবগী ৱাফম অসি অমুক্কসু হন্না কন্না থাগৎপগী ফিরেপ ফোংদোকখ্রবনি। অদুবু, পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংনা ওক্লিবাদি ইন্দিয়ানা ঙসি ফাওবদা মখোয়গী ফিরেপ অদুবু থবক্তব ওন্থোক্তুনা নিংতম্লগী ঈহৌ হৌবিবা আসাম, পঞ্জাব, কাশমীর, নাগালেন্ড অমসুং মণিপুরদা মরোমদোম লেপচনবগী হক পীথোক্তনা লৈরিবা অসিনি[১৯]। পুৱাবীগী চেনা ফাকত্তুনা য়েংবা তারবসু হায়বিবা লমশিং অসিদি ইন্দিয়াগী শরুক অমা কৈদৌঙৈদা ওইরকখিদে। অসামগী মীয়াম্না আসাম অসি খৃষ্ট কুম ১৮২৬ তা তৌনখিবা য়ান্দাবু ত্রিটিগী মমাংদগী ইন্দিয়াগী শরুক অমা কৈদৌঙৈদা ওইবকখিদে হায়বি। অমুকসু লালহৌবিবা কাংবুশিংনা আসাম অসি ইন্দিয়ানা নমদুনা লোই চনশিনখিবনি হায়বি। মতম অমগী কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা গোপিনাত বোরদোলোইনা আসামগীদমক তোঙান্না কন্সটিট্যুসন অমা লৈগদবনি হায়না তাক্লম্মী। নাগাশিংনসু নাগালেন্দ অসি ইন্দিয়া নত্রগা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী শরুক অমা কৈদৌঙৈদা ওইবকখিদে হায়বগী খুদম মা চানা উৎলি। লৈঙাকলূপ কয়া অমসুং অতৈ লূপ কয়ানা ইন্দিয়াগী কন্সটিট্যুশন অসিবু অমুক নৌনা ইথোক্লবা অমসুং তোখাইবা পাবগী হক পীবগী বাংলা য়াওশিন্নবা কন্না তক্লবক্লি। পুৱাবীগী ওইবা মীংযেংদগীদি, মণিপুরগী ৱাফম অসি

কাশমীরগা য়াম্না মান্নজরবসু মণিপুরদি খৃষ্ট পোত্ত্রিইঙে মমাং খৃষ্ট কুম ৩১৯৭, ইনিংথৌ মালিয়া ফম্বালচানা পানবা মতমদগী খৃষ্ট কুম ১৯৪৯ দা ইন্দিয়াদা পুনবা মতমদু ফাওবা, লিশাং শিংনা য়নিং তম্বা লৈবাক অমা ওইনা লাকখি। মণিপুরনা ইন্দিয়াদা পুনবা মতমদুদা লমসিগী মশাগী কন্সটিট্যুশন লৈজরবা অমসুং মদুবু ঙাক্না চৎনরবা মতমনি। ইং কুমজা ১৯৪৭তগী মণিপুরগী কন্সটিট্যুসন চৎনবা হৌখিবদগীদি, মণিপুরগী মনিংতম্বদা শোকপা য়াবা, ষ্টেন্দষ্টিল এগ্রীমেন্ত অমসুং ইন্সট্রুমেন্ত ওফ এসেসন, ১৯৪৭ পু, অপনবা পুম্নমক য়াওনা চামথোকখ্রে। মদুগী মথক্তা, ইং কুমজা ১৯৪৯দা নিয়ম কাইনা সহি তৌনখিবা মর্জর এগ্রীমেন্ত অদু, মণিপুর কন্সটিট্যুসন্না খক য়াখিবা লৈতে। অদুমকপু খৃষ্ট কুম ১৮১৯ দগী ১৮২৬ ফাওবা মণিপুর অৱাশিংগী মখাদা খুম্ভাক লানশিবা নংখি অমসুং খৃষ্ট কুম ১৯০৭ তগী ১৯৪৭ ফাওবদা, ব্রিটিশশিংনা লৈবাক্কী লৈঙাকলোলদা কন্না অয়েংপা অমদি খুৎ থিংজিনখি।

মণিপুরবু ফত্তবা খুজিল থৌরাং তৌরগা থারকপা ভাবতকী এজেন্ত আসামী মচা দেবেশ্বর শর্ম্মানা[২০] মণিপুরবু মনিংতম্বা লৈবাকনি হায়না ইরমই : "আন আন দেশীয় রাজার নিচিনাকো ভারতর লগত চামিল হোবার পুর্বতে মণিপুর বৃটিছুর তলত এখন স্বাধীন রজাই আছিল বুলি ক'ব পরি। কিন্তু এইতো কাবো অবিদিত নহয় য়ে এই দেশীয বজা সকল বৃটিছ চরকারর সর্ম্মন আঞ্জাবহ আরু বহতীয়া আছিল। বৃটিছব স্বার্থপুরন হৈ থাকিলে এই দেশীয রাজৎ সম্বহর প্রজাবিলাকক বজাবিলাকে যিমানেই উৎপীডন নকবক লাগিলে, ব্রিটিছ চবকারে তালৈ ব্রক্ষেপ নকরিছিল।"

ইন্দিয়াগী অৱাং নোংপোক থংবদা হৌরক্লিবা নিংতম্বগী ঈহৌ অসি, খৃষ্ট কুম ১৯৪৯-৫১ দা মণিপুরদা হৌখিবা কম্যুনিষ্টকী মণিপুরবু নিংতহন্নবা খুৎলাই পায়বগী ঈহৌ অমসুং মতমদুমক্তদা খবা তপ্পা হৌবকখিবা, নাগাশিংগী খুৎলাই পায়বগী ঈহৌ অদুনা মৈরি চুখিবনি, অমসুং হৌখিবা চহি খবা অসিদদি মৈবী অদুনা অৱাং নোংপোক ভাবত পুম্বসি মৈৱাইবক্লে।

ইন্দিয়ানা যু: এন: দা অমসুং অতৈ তাঙ্কক কযাদা ফোংদোকখ্রিবা মবোমদোম লেপচনবগী হক্কী মতাংদা লৌবিবা ফিবেপ অদু অশেংববা শেংদববা হাযবদুদি,

ঐখোয়না হৌজিকসু য়েংগদবা ৱাংলি। সোভিয়েৎ য়ুনিয়ন্নদি হান্নবা, বালতিক রিপব্লিক পুম্নমক্কী মরিক অমা তানবা য়াওদনা, মনিং তম্বা পীথোক্তুনা য়ু: এন: গী মেম্বর স্তেৎশিং অদু মপুং ফানা ওল্লা চৎলি হায়বসি মালেমগী মীয়ামদা উৎপ্রবনি। খৃষ্ট কুম ১৯৮১ গী ওক্তোবর ৩০দা, কোভেনেন্ত অদুগী আর্টিকল নম্বর ৪০ গী মখাদা গ্রেট ব্রিটেন অমসুং নোর্দন আইরলেন্দনা মখাদা অসুম্না রিপোর্ট পীখৎলী।

পেরা ১৬) খৃষ্ট কুম ১৯৪৫ দগী হৌনা ব্রিটিশ গভর্ণমেন্টনা মসিগী মখাদা লৈরম্বা লৈবাকশিংদা মশা মশাগী লৈঙাকলোন লৈহনবা অমসুং নীংতম্বা পীববু য়ুনাইটেদ নেসন্সকী চার্টর গী মতুং ইন্না মপুং ফানা শৌগৎতুনা লাক্লি। য়ুনাইটেদ কীংদমগী মখাদা লৈরম্বা লৈবাক অয়াম্বদি ওল্লমক মনিং তম্বা পীত্রবনি। লেমহৌরিবা খরশিং অদুসু মখোয়না হেক পাম্বা মতমদা য়ুনাইটেদ কীংদমদগী তোখাই তাখিবা যাগনি।

পারা ১৭) আর্টিকল ১গী পেরা ৩ গী মতাংদদি য়ুনাইটেদ কীংদম্না, লৈবাক নত্রগা খুন্নাই অমদা মরোমদোম লেপচনবগী হক পীববু মপুং ফানা শৌগৎলি হায়বসি য়াম্না ময়েক শেংলবা ৱাফম্নি। য়ু: এন: না ৱাফম অসিবু থবক্তগী ওন্থোক্লবগীদমক লৌবা ফিরেপ অদুবু লৈবাক অসিনা অদুমক শৌগৎতুনা লাক্লি।

পেরা ২০) ইস্কোটিস অমসুং ৱেলসকী ৱাফমগী মতাংদা, অমদি য়ুরোপিয়ান ইকনমিক কমিটীগী মেম্বরশিংগী মতাংদা, মীয়ামগী অপাম্বা লৌনত্রবনি। নোর্দন আইরলেন্দ অসি য়ুনাইটেদ কীংদমগী মনুংদা লৈবা পাম্রিব্রা নত্রগা পামদ্রবরা হায়বা অসিসু খৃষ্ট কুম ১৯৭৩ দা মীয়ামগী অয়াবা লৌনত্রবনি অমসুং মখোয় হৌজিক হৌজিকমক য়ুনাইটেদ কীংদমগী শরুক অমা ওইনা লৈবা পাম্মী হায়না ফোংদোকখ্রবনি[২১]।

মথক্তগী খন্নখিবা অমদি য়ানগ্রিবা, লৈবাক খুদিংদা, খুন্নাই খুদিংদা, মরোমদোম লেপচনবগী হক পীবা হায়বসি মালেম পুম্বনা অমতা ওইনা য়ানরবা ৱাফম অমনি। অদুবু লৈবাক খরখক্লা খৃষ্ট কুম ১৯৬৬ কী মীওইবগী হক্কী মতাংদা শেম্বা কোভেনেন্ত অনিমক্কি 'আটিকল ১' অদু চপ চানা ইন্দবা য়াওরী। অদুম ওইনমক, মরোমদোম লেপচনবগী হক্কী মতাংদদি, য়ু: এন: গী ৱারেপশিংনা অরোইবা ওইগনি হায়বসি পুম্নমক্কী অপাম্বনি। য়ু: এন: গী মেম্বর ওইরিবা লৈবাকশিংগী

পাক চাউবগী ঙম্‌খৈ কায়বা য়াদে অমসুং মসিগা লোয়ন-লোয়ননা, লোয়লম লৈঙাকলোল মখাদা লৈবা লৈবাকশিং নত্রগা খুন্নাইশিংদা মরোমদোম লেপচনবগী হক অমসুং মনিং তম্বসু তঙাইফদনা পীগদবনি হায়বসি য়ু: এন: গী অচেৎপা ফিরেপ্পি। অকনবা পাঙ্গল অমসুং অহেনবা খুৎলাই শিজিন্নদুনা লোইলম লৈঙাকলোনগী মপুনা মনিং তম্নবগী লালহৌরক্লিবা কাংবুবু নমথনবা নত্রগা মাংহন্নবা হোৎনবা হায়বসি ইন্তরনেসনেল লোনা য়াদে। য়াম্না মরু ওইবা ব্রাফমদি, হৌজিক ফাওবদা মালেমগী চাউখৎলবা লৈবাক কয়া য়াম্বনা য়ু: এন: চার্তরগী ব্রারেপশিং অমসুং ইন্তরনেসনেল লোবু কদাই ফাওবা ঙাক্লা চৎলিবগে হায়বসিনি। পনবা য়াবদি, মণিপুরগা মান্নবা কাশমীরগী ব্রাফমদা, ১৯৯৫ ওক্তোবর ২-৬ ফাওবদা তৌবা ব্রিতেনগী লেবর পার্টিগী ব্রাইতোন কনফরেন্সকী ব্রারেপ ৪না কাশমীরগী মীয়ামগী হকপু শৌগৎলি— মখোয়না মখোয়গী মরাইবক লেপচগদবনি।'[২২ a]

## মণিপুরনা মরোমদোম লেপচনবা হোৎনবদা, চয়েৎনরিবা ভারতকী থার্দ রিপোর্ট, ১৯৯৫

মণিপুরনা ইং কুমজা ১৯৪৯ দগী ঙসিফাওবা, ভারতগী মনিং তমজনবা হোৎনবগী পুব্রারীগী শক্তমদা, ভারতনা, মরোমদোম লেপচনবগী হকতা য়েংলীবা মীৎয়েং অসি হিস্তোগ্রাফিক মেতেরিয়েল ওইরকই। ইং কুমজা ১৯৭৯ দা, রাইত তু সেল্ফ দেতরমিনেশনবু য়ারবগু, মীবৈবাক্কী মখা থারবা মী কাংলুপ্তনা হক অসিবু ফংগনি হায়না ভারতনা রিজারভেশন থমলকই। ইং কুমজা ১৯৯১ দা নৈনখীবা য়ু:এন: হ্যুমেন রাইতস কমিতীনা নৈনখীবা সেকেন্দ রিপোর্ত্তা হ্যুমেন রাইতস কমিতীনা;[২২] ভারতনা আই:সি:সি: পি:আর:গী অহানবা আর্টিকল (মরোমদোম লেপ্পগী হক) তা করিগী রিজার্ভেসন থমলিবনো হায়না তকশিল্লকই: " ক্লাসিফিকেসন ব্রাজ রিকেষ্টেদ, ইন পরটিকুলর, ওন ইন্দিয়াজ রিজাভেসন টু আর্টিকল ব্রান ওফ দ কোভনেন্ত "।

সেকেন্দ রিপোর্ট ইং কুমজা ১৯৯১ দা নৈনবদা, ভারতকী মীহুৎনা খুমখিবদু রিপোর্টতা[২৩] অসুম্না ফংই : "রিপ্লাইয়িং টু কোইসন্স ওন দ স্কোপ ওফ ইন্দিয়াজ রিজার্ভেসন টু আর্টিকল ব্রান ওফ দ কোভেনেন্ত, দ রিপ্রজেন্টেটিভ স্ত্রেসদ ডেত টেরিটোরিয়েল ইন্টিগ্রিটি এন্দ সোভরেন্তী হেদ টু বি দ বেসিস ওফ দ রাইত টু

সেল্ফ দিতরমিনেসন । দ তার্ম "সেল্ফ দিতরমিনেসন" দিড নোট এপ্লাই টু সিটিজন্স ৱিদিন ইন্দিয়ান টেরিটোরি, বট রাদর ওনলি টু ডোজ লিভিং আউটসাইট দ টেরিটোরি ওফ ইন্দিয়া অন্দর ফোরেন দোমিনেসন"।

ইং কুমজা ১৯৮৯ দা ইন্দিয়াগী সেকেন্দ রিপোর্ট[২৪] পীখৎপা মতমদা, মরোমদোম লেপ্পগী হক অসি ভারতনা য়াদুনা লাকপদু পল্লি: "ইন্দিয়া হেজ বীন ফোর্থরাইত এণ্ড কন্সিসতেন্ট ইন অপহোলদিং দ ত্রেদিসন ওফ সেল্ফ দিতরমিনেসন। ...ইৎ হেজ বীন দ পোজিসন ওফ ইন্দিয়া ইভর সিন্স ইৎস ইন্দিপেন্দেন্স দেৎ এধিয়ারেন্স টু সেল্ফ-দেতরমিনেশন ইজ কো-একজিসতেন্ট ৱিথ দ প্রিন্সিপল ওফ সোভরেন ইক্যুয়েলিতি"।

ইং কুমজা ১৯৯৫ দা পিখত্তবা য়াদদুনা পিখৎপা থার্দ রিপোর্টনা[২৫], ভারতনা মরোমদোম লেপচনবগী হকতা থম্লিবা মীৎয়েংদুবু নৈনরি। ভারতনা লৌবিবা অমদি য়ারিবা ফিরেপতি অসিনি:

১) মরোমদোম লেপ্পা হায়বসি পিফম থোকপা হকনি। পিপল, সেল্ফ হায়বসিদি মশক তাকপা চংই। (পেরা: ২৮)

২) মরোমদোম লেপ্পা হায়বসি য়েংবদা, পুৱারী-হিষ্টরীগী মীৎয়েং থমগদবনি। ভারতকী অশেঙবা লম (টেরিটোরি) শোকপা য়াদে। (পেরা: ২৯)

৩) মীথা থারিবা লৈবাক/মীফুরুপ্পু মনিং তমহন্নবা লোয়লম থাদোকপগী থৌবাং য়াম্না থুনা পায়খৎকদবনি। (পেরা: ৩০)

৪) ভারতনা মরোমদোম লেপ্পগী হক পিবদা থৈদোকপা (দিরোগেসন) তৌদে। (পেবা: ৩১)

৫) মরোমদোম লেপ্পা হায়বসি, শরুক অনি থোক্লা খায়দোক্কদবনি। মনিংতমখ্রবা লৈবাক্কী মচেৎ অমনা, লৈবাক্তুন্দগী মপানগী ওইনা মরোমদোম লেপ্পা (এক্সতরনেল সেল্ফ দিতরমিনেসন) শিজিন্নদুনা, খায়দোক্লা লৈখিবা হায়বসি য়াবা ঙমদে। (পেরা: ৩২)

কুনশুবা চহি চাগী অনিশুবা তঙ্খাইদা, ভারতনা লৌশিনবিগ্রবা মরৈবাকপু মনিংতমহন্নবা, মবোমদোম লেপকনি হায়না খুৎলাই পাইদুনা নিংতম লালহৌ তৌরিবা মণিপুরগী লূপশিংগা ভারত সরকারগা মরোমদোম লেপ্পগী হক ( রাইত টু সেল্ফ দিতরমিনেসন) বু য়েৎনবা তৌদনা ইকাই খুম্নগদবনি হায়বসি ফাওবদা মোত অমত্তা ওইনা লৌই। লৈই অসিগী মখা তারকপদদি, পার্টি অনি অসিগী তাইশিন্নবা য়াদবা খেন্নবদু (কন্ত্রাদিক্সন) উবা ফংই। নিংতম ঈহৌ তৌরিবশিংনা পিবিবা,[২৬] লৌরিবা পুন্নারীগী ফিবেপশু য়াম্না ময়েক শেংনা মখাগী অসুম্না উবা ফংই :

ক) পুন্নারীবু মীচং মীখাই নাইদনা য়েংবদা, ভারতনা নত্রগা, মণিপুরনা অমনা অমগী মখা পোনখিবা লৈখিদে;

খ) ইং কুমজা ১৯৪৭ তা ভারতনা ব্রিটিশতগী মনিংতম্বা মতমদা, ভাবতকী অশেঙবা টেরিটোবিয়েল ইন্টেগ্রিটী শোক্লবা, মণিপুরনা তৌখিবা, তৌবিবা থবক লৈতে। মদুগুম্না, ভাবতনা মতমদুদা লৈবম্বা মণিপুববু সোভবেন ইক্যুয়েলিটি ওইনা লৌবনা চুমই, অমসুং মণিপুবগী টেবিটোবিযেল ইন্টেগ্রিটী খক শোকহনবা চুমদে;

গ) মণিপুব, মণিপুবগী মী ফুকপ হাযবাসি জাৎ ওইনা, পুন্নাবীদা ভাবতকী মীওইশু নত্তে। অমনা অমবু, ফোবেনব (মীবৈবাকচা) ওইনা লৌদুনা লাকই ;

ঘ) ভাবতকী থার্ড বিপোর্ট (পেব· ৬০ নী মথ‍ ) তা হাযবগুম্না, ভাবতনা মানা লৌশিল্লববা মণিপুবব [illegible] যাম্না থুনা তৌবলা থবক শুৎলৈ থুনা পা[illegible] [illegible]ই। মদুগা মবঙ মণিপুবদা মীওইবগী চক থুগাইবা [illegible] [illegible]লাক্রে।

কুনশুবা চহি চাগী অনিশুবা তঙ্খাযদা মুক্লা[illegible] শাম আনসিনা, মণিপুব পুন্নাবীগী খ্বাইদগী ময়াই, মপুং ওইবা ঈচেল ওইনা [illegible]বকই।

দোক্যুমেন্ট নম্বর ১

কবাম্ট লৌশিনবগী মতাংদা যু·এন. সেক্যুবিটী কাউন্সি[illegible] [illegible]বপ ( অগষ্ট ৯ ১৯৯০ ) যু·এন সেক্যুবিটী কাউন্সিলনা যাম্না [illegible] [illegible]

(১৯৯০) দা যুম্ফম ওইদুনা অমদি ইবাক্লা কুৱাইটপু মখোযদা পুনশিল্লে হায়না লাউথোকখিবা অদুদা পেন্দবা ফোংদোক্লদুনা ইবাক্কী লাম্মী পুম্নমক কুৱাইটতগী মখোয়না হান্না (১৯৯০ গী আগষ্ট ১ দা) লৈবম্না মরমদমগী মফমদা লৌথোকখিনবা দাবী তৌবি। মখা তানা ইবাক্লা কুৱাইটপু লোই চনশিনববু খুদত্তৱ তোকহন্নবা অমদি কুৱাইটপু মশাগী নিংতম্বদা হঞ্জিনহন্নবা য়ু: এন: লেপ্লি। য়ু: এন: না কুৱাইটতা মশাগী ওইজবা মবমদমগী ওইবা লৈঙাক লিংহন্নবসু লেপ্লি। তাখিবা ৱাবেপশিংদি:- (ক) ইবাক্লা কুৱাইট লৌশিনবা অসি চৎনবা য়াদবা ৱাফম ওইনা লৌবা। (খ) মালেমগী লৈবাক পুম্নমত্তৱ, মালেমগী ওইবা লূপ পুম্নমত্তৱ অমদি মবি লৈনবা এজেন্সি পুম্নমত্তৱ ইবাক্লা কুৱাইট লৌশিনবা অসিবু শক খংবিদনবা হায়বা। (গ) কুৱাইটকী ৱাফম অসি য়ু: এন:গী মক ওইবা এজেন্দা অমা ওইনা থম্না অমসুং ইবাক্কী লোইলম লৈঙাকলোন অসিবু যাবিবমখৈ থুনা লোইশিন্নবা হোৎনবা।

## দোকুমেন্ট নম্বর ২

ইবাক্কী মায়োক্তৱ লৌখৎকদবা থৌবমশিং পাংথোক্লবগী মতাংদা খৃষ্ট কুম ১৯৯০ গী আগষ্ট ২৫ দা লৌবা সেক্যুরিটী কাউন্সীলগী ৱাবেপ নম্বৰ ৬৬৫:

সেক্যুরিটী কাউন্সীলনা ইবাক্লা কুৱাইট লৌশিনবগী মতাংদা তাখিবা ৱাবেপ নম্বৰ ৬৬০ (১৯৯০), ৬৬১(১৯৯০), ৬৬২(১৯৯০) ১সুং ৬৬৪ (১৯৯০) বু খুদত্তৱ থবত্তৱ ওম্ভোক্লবা হোৎনবা। খৃষ্ট কুম ১৯৯০ গী ৱাবেপ নম্বৰ ৬৬১ গী মতুং ইন্না য়ু: এন: চার্তৰ চেপ্তৰ সেভেনগী মখাদা ইবাক্কী মথত্তৱ লৌখৎকদবা ইকনমিক সেংসনগী ৱাফম থবত্তৱ ওম্ভোকপা। যাম্না কীনিংঙাই ওইবা ৱাফম অমা ওইবিবা ইবাক্লা কুৱাইট খুদুম চনশিনববু খুদত্তৱ লেপহন্দুনা কুৱাইটতা মশাগী হান্না লৈজবম্না মনিং তম্না হঞ্জিনহন্নবা হোৎনবা। ইবাক্লা কুৱাইট লৌশিনবদা মাংহনখিবা মবাল লৈতবা পুন্সিশিংগীদমক খনবা অমসুং মখা তানা মাংহল্লকপা য়াবগীদমক খনবা অমসুং মদুবু থিংননবা হোৎনবা। ইবাক্লা য়ু: এন: গী ৱাবেপ নম্বৰ ৬৬০ অমসুং ৬৬৪ বু ইন্দবা অমদি কুৱাইটতগী থাই পুংথোকপদা মখোযগী ফিবাল থেংপা জহাজ শিজিন্নববু পেন্দবা ফোংদোক্লুনা অমদি মথক্কী ৱাফমশিং অসি মাংদা থমদনা মখাগী ৱাবেপশিং অসি লৌবি।

১) এন: গী মেম্বৰ ষ্টেট পুম্নমত্তৱ ৱাবেপ নম্বৰ ৬৬১ (১৯৯০) গী [illegible] অখিবাদা জহাজ চংথোৰ চংশিনগী মতাংদা চৎনফদবা চৎনা পথাপাশিং [illegible] হাংশিং লাম্মীবু শাজিন্নদুনা কুৱাইটতগী হন্দোবকপা অমসুং মফমদুদা চংশিল্লকপা [illegible] থিংবা অমসুং সেক্যুরিটি কাউন্সীলগী লৌচিং মখ [illegible] চংশিন্দুনা যাম্না [illegible] অদুবু পাংথোক্লবা হোৎনবা তকশিনবা অমসুং কুৱাইট গভর্ণমেন্টতা মপুং [illegible] পাহন্নবা হায়বা।

২) মেম্বৰ ষ্টেট পুম্নমত্তৱ ৱাবেপ নম্বৰ ৬৬১ (১৯৯০) বু [illegible] লৈঙাকলোনগী ওইবা অংম্না মতেং পুম্নমক কুৱাইটতা পীবিনবা [illegible] লৈঙাকলোনগী ওইবা অংম্না মতেং পুম্নমক কুৱাইটতা পীবিনবা হকশিনবা।

৩) কুৱাইটনা চংদবা য়াদ্রবা মতেং পুম্নমক য়ারিবমখৈ পীননবা মেম্বর ষ্টেট পুম্নমক্তা খংহনবা।

৪) মেম্বর ষ্টেট পুম্নমক্তা মখোয়না মথক্তা তাখিবা ৱারেপশিংসিগী মতাংদা লৌখৎলকপা লৈঙাকলোনগী নত্রগা লাম্নীগী নত্রগা অতৈ অতোপ্পা খৌরাং খুদিংমক্কী মতাংদা সেক্যুরিটি কাউন্সিল অমসুং ৱাবেপ নম্বর ৬৬১ (১৯৯০) গী মখাদা শেমখিবা কমিতী অদুদা রিপোর্ট থাগৎহনবা অমসুং ৱাবেপশিং অদুবু থবক্তা পাংথোকপা হৌবগী মশক তাকপা।

৫) কুৱাইটকী ৱাফম অসিবু মখা তানা য়াম্না মক ওইবা অমা ওইনা লৌদুনা থবকলোমদা খুমাং চাউশিন্নবা হোৎনবা।

## দোকুমেন্ট নম্বর ৩

খৃষ্ট কুম ১৯৯০ গী নবেম্বর ৩০ দা কুৱাইটকী মতাংদা লৌখিবা ৱাবেপ নম্বর ৬৭৮ গী মপুং ফাবা মশক: সেক্যুরিটি কাউন্সীলনা য়ু: এন: গী ৬৬০ (১৯৯০),৬৬১ (১৯৯০), ৬৬২ (১৯৯০), ৬৬৪ (১৯৯০), ৬৬৫ (১৯৯০), ৬৬৫ (১৯৯০), ৬৬৬ (১৯৯০), ৬৬৭ (১৯৯০), ৬৬৯ (১৯৯০), ৬৭০ (১৯৯০), ৬৭৪ (১৯৯০) অমসুং ৬৭৭ (১৯৯০) শুবা ৱাবেপ্পু মাংদা থমদুনা অমদি ইবাক্পা য়ু: এন: গী ৱাবেপ মশিং ৬৬০ (১৯৯০) বু হৌজিক ইন্দবা অসিনা মবম ওইদুনা অমসুং মসিনা মালেমবু লৈতাহনবদা লৌগদবা মথৌদাংবু নিংশিংদুনা ৱাবেপ খুদিংমক থবক্তা ওইক্লবা অচেৎপা ফিবেপ অমা লৌবি।

য়ু: এন: চার্তবগী চেপ্তর সেভেনগী মখাদা ৱাবেপশিং অসি তারি:

১) ইবাক্তা ৱাবেপ মশিং ৬৬০ (১৯৯০) অমসুং মসিগী মখাতাবা মবী লৈনবা ৱাবেপ পুম্নমক খুদক্তা ইলহন্নবা তকশিনবা অমসুং ইবাক্তা অবোইবা ওইনা ৱাবেপশিং অদু থবক্তা পাংথোক্লবগী তাঞ্জা অমুক্তংগা পীবা।

২) কবিগুম্বা ইবাক্পা খৃষ্ট কুম ১৯৯২ গী জনুৱারী ১৫ ফাওবগী মনুংদা য়ু: এন: গী ৱাবেপশিং অসি ইন্দবা তাববদি মেম্বর ষ্টেট পুম্নমক্তা ৱাবেপ মশিং ৬৬০ (১৯৯০) অদুবু থবক্তা ওইক্লবা অঙম্বা পাম্বৈ পুম্নমক শিজিন্নদুনা কুৱাইতপু মনিং তমহন্নবা অমসুং মফমদুদা লৈতানবা হোৎননবা অয়াবা পীবা।

৩) ৱাবেপ অসিগী অনিশুবা পেবাদা পনখিবা ৱাফমদু ঙাক্লনবা মতিক চাবা মতেং পুম্নমক মেম্বর ষ্টেটশিংনা পীননবা তকশিনবা।

৪) ৱাবেপ অসিগী ২ শুবা অমসুং ৩ শুবা পেবাশিংদা পনখিবা ৱাফমশিং অদু পাংথোকপগী মতাংদা মেম্বর ষ্টেটশিংনা মতম মতমগী ওইবা রিপোর্ট সেক্যুরিটী কাউন্সীলদা পীখৎলক্লবা খংহনবা।

৫) ৱাফম অসিবু মখা তানা মক ওইনা লৌবা। (সোর্চ : য়ু: এন:)

# রিফরেন্স অমদি নোত

১) সনজোয় হাজাবিকা, 'স্ট্রেনজবস ওফ দ মিষ্ট', ১৯৯৫, লা: ১৬৮;

২) এন. সনাজাওবা, 'মণিপুব পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ত', ভোল্যুম ১, ১৯৮৮, লা: ২৪৫ ১৯০;

৩) 'এম: হোবাম, নাগা ইন্সবজেন্সী', ১৯৮৮, লা: ৫৩; ভি:আই:কে: সাবিন, 'ইন্দিযাজ নোর্থ ইষ্ট ইন ফ্লেমস', ১৯৮২, লা: ১১৪ -২৫৪, য়েংগদবা সনজোয হাজাবিকা, ১৯৯৫,

৪) কানজৌবম ওবাপোত, 'ইন্সরজেন্সী মুভমেন্ট ইন নোর্থ ইষ্টর্ন ইন্দিয়া', ১৯৯৬, লা: ৪১-১০২;

৫) মণিপুবদা লৈমীন্নবক্না ইথনিক গ্রুপ তনা লৈতেংলবা মণিপুরগী মীয়াম হাযর্বা মণিপুবগী খাযদোকপা য়াদ্রবা খুন্নায হাযবদি নেসনেলিতিনি অইবনা মণি ইথনিক ষ্টেটনি হায়বসি, প্রোফেসাব গাংমুমৈ কামৈ, ডা. অবাম্বম লোকেন্দ্র অমদি হিস্তবিয়ানশিংনসু শৌগংলি।
য়েংবীগদবা: নেসনেল বিসার্চ সেন্তব, মণিপুবনা শিনবা নুমিৎ নিনিগী সেমিনাব " নেসনেল ইন্তেগ্রেসন ইন দ হিস্তবী ওফ মণিপুব", দিসেম্বব ৭ ৮, ইং কুমজা ১৯৯৬ গী পেপব কযা, নৈনবা কয়া, ভিদিও বিকোর্দস

৬) মণিপুবগী চহি ২,০০০ লৈতাবক্না লৈমায (টেবিটোবী) বু অনৌবা লৈবাক শেম্নবা হায়দুনা খোপচনগনি হায়বা ব্রাখলশু মণিপুব ব্রাংমদগী থোবকই।

যেংবীগদবা -
(ক) তাজেনয়ুবা আও, ব্রিটিশ ওকুাপেশন ওফ নাগা কন্ত্রী, ১৯৯৩, মকোকচুং, নাগালেন্দ;
(খ) দ শেপৌমাবামেথ, নাগালেন্দ, ১৯৯৫ ;
(গ) ১৯৪৭ আকবব হায়দাবী অগ্রীমেন্টতগী হৌবগা, প্রাইম মিনিস্তবনা সিজ ফাযাব লাওথোকপা তাং ২৫/৭/৯৭ ;

৭) মণিপুবগী লৈতাববা ওমখৈবু কায়হনবা হায়বসি যু: এন: অমদি ষ্টেট প্রেকতিশনা থিংই। মসিগুম্না থবকসি ' এগ্রেসন' হাযনা লৌনবি ;

৮) য়েংবীগদবা: য়ুনাইতেদ নেসন্স, হ্যুমেন বাইতস: এ কম্পাইলেসন ওফ ইন্টবনেসনেল ইনস্ত্রুমেন্তস, নিয়ু য়োর্ক, ১৯৮৩;

৮.a) সি: পি: এম: পি:, কো-হবনা জেনেভাদা, ১৯৯৭ আগষ্টতা, য়ু: এন: ইন্দিজিনস পীপলসকী ১৫ শুবা মীফমদা পাথোকখীবা চে ;

৯) দ ফ্রিদমগী 'ঔবাব ফ্রিদম' - আইদেন্তিতি এণ্ড দিভেলপমেন্ত কী সেমিনাব, ১২

১৩ দিসেম্বর, ১৯৯৬, ইম্ফালগী প্রোসিদিং, ভিদিও য়াওনা য়েংবীগদবনি।

১০) ইংকুমজা ১৯৬৬ দা এম: দি: য়ু: দা পাংথোকখিবা মণিপুর কলচরেল ইন্তেগ্রেসন কমিটিগী মীফমদা লৈবাক হুপ্পা চীংমী তম্মী অমত্তনি হায়বা চে চাং লোয়না রিকোর্দ ওই।

য়েংবীগদবা,

(ক) নাওরেম সনাজাওবা, (ইদ), মণিপুর পাষ্ট এন্দ প্রজেন্ত, ভোল্যুম - ৩, ১৯৯৫ নাগা অমদি কুকি চীন;

(খ) সেমিনারশিংগী মনুংদা সেমিনাব ওন কলচরেল হিস্তরী ওফ মণিপুর বিফোর খৃষ্ট; ২১-২৩ সেপতেম্বর, ১৯৯১, বাবুপারা ইম্ফাল;

(গ) সি: পি: এম: পি:— ইন্দিজিনস পিপলস সেমিনাব, মে ৩০, ১৯৯৭ ইম্ফাল;

১১- সন্দে মেগাজিন, জুলাই ২৬, ১৯৮১

১২- মণিপুরগী, অৱাংনোংপোক্কী নিংতম লালহৌবশিংগী খুৎলায় থাবগী ফোতোগ্রাফ, থৌদোকশিং নুতিগী চেফোঙগী মথক্তা, মথক্তা পনখ্রবা ফানজৌবম তারাপোৎকী লাইবিক য়েংবীগদবনি। ইং কুমজা ১৯৮৬ তগী য়ু: এন: এল: এফ: না ভারতকী লাম্মীদা খুৎথাবা হৌই, অদুবু ১৯৯৬ দা থোকপা চেবোল "রাইত ওফ সেল দেতরমিনেসন' (২শুবা ইদিসন) দা ইবদদি লুপ অসিবু মশা ঙাকথোকচবা নত্তনদি লাম্মীদা খুৎ থাররোয় হায়না পল্লি (লমায় ৪৩); মদুগী মহুত্তা মণিপুরীশিংগী রাজনিতিগী লৌশিং হেনগৎহনবদা মীৎয়েং থমই। অথেংবা ১৯৮০ গী মতমদা লুপ অসিনা এন: এস: সি: এন: গা পুন্না আর্মদ প্রোপেগেন্দা তৌমিন্নবমই। ইং ১৯৯১ দা আই: বি: আর: এফ: শেমই।

১৩) মণিপুরবু লৌশিন্নবদা শিজিন্নখিবা ভারতকী পাম্বে কয়া পীরি :

<u>য়েংগদবা</u> :

(ক) পি: দি: এম:, "এনেক্সেসন ওফ মনিপুর ১৯৪৯", ১৯৯৫; ওক্তোবর ২৮-২৯, ১৯৯৩ গী নেসনেল কনভেন্সনগী নৈনখীবা ভিদিও রিকোর্দশিং, ৱারেপনচিংবা;

(খ) পান মণিপুরী য়ুথ লীগ, ভারতকী লোইলম মণিপুর, ১৯৯৩; রেজিস্তেন্স হাপ্তাগী চেফোঙগী কোলোনিয়েল হিস্তরী সেরিয়েল, ইদিতর থৌনাওজম তরুনকুমার;

(গ) ডা: এন: ইবোবী, "মণিপুরীশিংগী নিংতম্বা", মতমগী খোঙথাং মার্চ, ১৯৭০ ইদিতর সাইরেম নীলবীর; লময়ানবা চেফোঙনচিংবা।

১৪) য়ুনাইতেদ নেসন্স, "হ্যুমেন রাইটস" ইন্তরনেসনেল ইনস্ত্রুমেন্ত, সিগনেচরস,

জুলাই ১, ১৯৮২, ইন্দিয়া, লমায় ৫২দা ভারতকী দেক্লারেশনবু রিকোর্দতগী মখাদা পীর্নি।

**<u>Declarations:</u> " I. with reference to ... article 1 of the International Covenant on Civil and Political Rights, the Government of the Republic of India declares that the words ' the right of self determination' appearing in [ this article] apply only to the peoples under foreign domination and that these words do not apply to sovereign independent states or to a section of a people or nation.. which is the essence of national integrity."**

১৫) পি: এল: এ: গী চেফোং 'দাউন'গী ১৯৭৮ অমদি মতুংগী চেফোঙশিংদা নামৈরাকপম বিশেশ্বরনা ভারতকী লোইলম লৈঙাকপু শিংনদুনা ইরকখি। পি: এল: এ:/আর: পি: এফ: কী লমায় ১৮ পানবা ইংরাজী বুকলেত - 'এ ব্রিফ একাউন্ত ফোর দিমান্দিং সোভরেন্তী ওফ মণিপুর', ফেব্রুয়ারি ২৫, ১৯৯৫ দা মণিপুরবু 'সোভরেন্তী অমসুং রাইত তু সেল্ফ দেতরমিনেসন পীনবা' তাক্লি - লা: ১৮

মণিপুরগী চীং-তম অপুনবগী পুরারীবু তেনতক্না নৈনরদুনা য়ু:এন:এল:এফ: কী জেনরেল সেক্রেতরি সনা য়াইমানা, লূপ অসিগী লাইরিক -' হুরায় মনিপুরীজ দিমান্দ রাইত ওফ সেল্ফ দেতরমিনেসন', আগষ্ট, ১৯৯৬ তা ইরি:

> **" The 'democratic' government of newly independent India annexed Manipur in 1949 through intrigue and treachery. ....The Manipuris therefore demand the right of self determination so that they can freely determine their own political status.."**

হায়বিবা অচৌবা লূপ অনিসিগী ফিরেপ অসিমক প্রিপাক, কে: সি: পি: অমদি মণিপুর নিংতম লালহৌ লূপ অতৈনশু লৌদুনা লাকই। মখোয়না রাহৈ অমত্তা ওইনা, ভারত সবকারবু ফোরেন রুলর অমদি ভাবতকী লাশ্নী অমফাওবা ওক্যুপেসন আর্মী ওইনা লৌদুনা লাকই। প্রিপাক (পিপলস রিভোল্যুসনাবী পার্টি ওফ কংলৈপাক) না মনিংতম্না সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেট অমা লীংনবা লৈখিদ্রবা নিংথেমচা তুলচন্দ্রনা লূচিংদুনা হোৎনরকই।

য়েংগদবা: -

ভি:ভেনকাতা রাও,নচিংবা, "এ সেনচুরী ওফ গভর্নমেন্ত" ভোল্যুম ৪, মানপুব লা: ১৮৩- ১৮৪। কে: সি: পি: গী লূচিংবা লৈখিদ্রবা রাই ইবোহনবীনা ওইবমই।

১৬) ভাবত সরকাবনা য়ু: এন: গী চার্তবগী মথক্তা, য়ুনিভবসেল দিক্লাবেসন ওফ হ্যুমেন রাইতস, ১৯৪৮, ইন্তবনেসনেল কোভেনন্ত ওন সিভিল এন্দ পোলিতিকেল বাইতস, ১৯৬৬ (ICCPR) অমদি ইন্তরনেসনেল কোভেনন্ত

ওন ইকনমিক, সোসিয়েল এন্দ কলচবেল বাইতস, ১৯৬৬ (ICESCR) সহি তৌদুনা মখোয়দু ওাকনা চৎকনি হায়বি। ICCPR, ICESCR গী অহানবা আর্টিকলদি পীপলদা মবোমদোম লেপ্পগী হক পীগদবনি হায়বসিনি। দায়িত্ব অসি ভাবতনা ব্রিতিদা সহি তৌবদগী লৈবকই।

১৭) ইন্দিয়ানা য়ু: এন: দা পীখৎপা ২শুবা বিপোর্ট, ফোঙবা জুলায় ১২, ১৯৮৯ ;

১৮) এন: সনাজাওবা, (ইদ), 'মণিপুব ব্রিতিজ এন্দ দোক্যুমেন্তেস', ভো: ১, ১৯৯৩; য়েংগদবা :- এন: সনাজাওবা,(ইদ), 'মণিপুব পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ত' ভোল্যুম ১, ২, ৩, ৪ ইং কুমজা ১৯৮৮, ১৯৯৩, ১৯৯৫;

১৯) এন: সনাজাওবা, 'বাইত ওফ ওপ্রেসদ নেসন্স এন্দ পীপলস', ১৯৯৬ য়েংবীগদবনি। ব্রিটিশ লেবব পার্টি লুচিংবা দেবেক ফতচেতনা হায়বি: কাশমীবদা কাশমীবীনা মবাইবক লেপচনবা য়ু: এন: না শিন্দুনা বিফরেন্দম তৌফম থোকই। 'এসিয়ান এজ', লা: ১, দিসেম্বব ২৬, ১৯৯৬ ;

২০) দেবেশ্বব শৰ্ম্ম, হেবাই যোৱা দিনবোব', ১৯৯১, লা: ৩১৫-৩১৬। মণিপুববু ভাবতনা লৌশন্নবা থাবকখীবা দোমিনিয়ন এজেন্ত অসিনা মণিপুব মনিং তম্লমই হায়না য়াবদ্বা হায়বসিমক, ভাবত সবকাবগী মতমদুগী ফিরেপনি। দেবেশ্বব শর্মনা মাবু মণিপুব নিংথৌনা য়াদবদুবু ইবি : " মণিপুবব বজাই মোক বেয়া পাইছিল বুলিয়েই মই অনুভৱ কবিছিলোঁ। কিন্তু মোক চেয়া পোৱাব কাবনকি আছিল মই আজিকোপতি বুজিব পবা নাই। মণিপুবব বজাব লগত ডমিনিয়ন এজেন্ট হিচাপে মোৰ সংস্পৰ্শ একেবাৰেই কম আছিল, নাই বুলিযেই কব পাবি", (লা: ৩১৭)। মহাত্মা আকবব হায়দবিগা য়ানদবদুশু ইবি: "এতিয়া মই স্পষ্ট বুজেছোঁ যে গৱনৰ্ব আকবব হায়দবীয়ে মোব বিরুদ্ধে কবা কুচক্রান্তত বজাক হাতত লৈছিল।" (লা: ৩১৭)

২১) CCPR/C/58/Add, 26 March 1990

২২) য়ু: এন: জেনবেল এসেমব্লী, 'বিপোর্ত ওফ দ হ্যুমেন বাইতস কমিটি, জেনবেল এসেমব্লী, ৪৬ শুবা সেসন সপ্লীমেন্ত নম্বব ৪০ (এ/৪৬/৪০), নিউ য়োর্ক, ১৯৯১- লা: ৬৭,

২২.a) এ. জি: নুবানী, য়ু কে· এণ্ড কাশ্মীব, স্তেঃসমেন, জুন ৩০, ১৯৯৭;

২৩) মথক্কী নোত লা ৬৭, পেবা ২৬৬

২৪) UN, CCPR/C/37/Add 13 5 October 1989 English লামায ৫

য়েংগদবা : ইন্তবনেসনেল কমিসন ওফ জুবিষ্টকী, ১৯৯৪ বিপোর্টনা কাশমীবগী মবোমদোম লেপচনবগী হক লৈ হায়না পী, অদুবু, ব্রিটিশ প্রোফেসাব এম:এচ: মেন্দেলসননদি মদুদা য়েৎলি। বিপোর্ট অদুনা হায়বি "দ পীপল ওফ দ ষ্টেট একাইবদ এ বাইত টু সেল্ফ দেতবমিনেসন এত দ তাইম ওফ পার্টিশন ওফ ইন্দিয়া ইন নাইন্তিন ফোর্তিসভেন এন্দ দেত দ বাইত ষ্তিল একজিষ্ট বিকোজ ইত

হেজ নাইদব বীন এক্সবসাইজদ নোব এবানদন্দ" তাইমস ওফ ইন্দিয়া, মে ২৫, ১৯৯৫ লা: ৯ ;

২৫) যুনাইতেদ নেসন্স, CCPR/C/ 76/ Add. 6, 17 June, 1996 India 1 / [29 November, 1995 ] লামায ১২। ইন্দিযগী বিপোর্ট অদুমক মথাদা চপচানা বিপ্রোদ্যুচ তৌবি।

## II IMPLEMENTATION OF SPECIFIC ARTICLES OF THE CONVENTION

## Aritcle 1

28 Article 1 provides that all peoples have the right to self determination and by virtue of that right they freely determine their political status and freely pursue their economic, social and cultural development. The right of self determination is one of the most controversial and uncertain topics in international law in modern times After a period of considerable indeterminacy it is now accepted that self- determination is a legal right but its lineaments remain uncertain These uncertainties include the content of the right, the identity of the "people" who possess it and the nature of the "self" in question

29 It is necessary to put the evolutionary background of the concept of self-drtermination into historical perspective In the early years of the United Nations, the question of emancipation of colonial territories was very much before the General Assembly India as a founder member of the Non aligned Movement was at the forefront of the initiatives that led to the adoption of the declaration on the Granting of Independence to Colonial Countries and Peoples in December 1960 That Declaration contains enunciation of certain basic principles Paragraph 1 declares "The subjection of peoples to alien subjugation, domination and exploitation constitutes a denial of fundamental human rights " Consistent therewith, paragraph 2 provides "All peoples have the right to self determination, by virture of that right they freely determine their political status and freely pursue their economic, social and cultural development' Paraghraph 6 however clarifies and this clarification is extremely important that "Any attempt aimed at

the partial or total dissruption of the national unity and the territorial integrity of a country is incompatible with the purposes and principles of the Charter of the United Nations."

30 Even though a number of colonial territories had attained independence following the adoption of the Declaration, there still remained a number of cases where further efforts were needed to prevail upon colonial powers to speed up the process of decolonization. Thus, in 1996, when the International Covenant on Civil and Political Rights was adopted, the provision of article 2 of the Declaration was bodily lifted and incorporated in paragraph 1 of article 1 of the Covenant and all States parties, including the administering Power, were enjoined to promote realization of the objective of self-determination in that context.

31. India's declaration at the time of becoming party to the International Covenant on Civil and Political Rights was in accordance with this understanding of the historical background to the principle of self-determination. Given the historical background of the evolution of the concept of self-determination, the Declaration was meant only to clarify an existing understanding and is not in any way a derogation from India's obligations under the Covenant.

32. It may be noted that the right to self-determination is said to have both internal and external aspects. As already pointed out above, it does appear that so far as external aspects are concerned, the context, background and the drafting history support the view that it was colonies (and trust territories) that were envisaged and not other peoples The international community has throughout continued to affirm that the right of external self-determination does not extend to component parts or groups within independent sovereign States. The internal aspects of self-determination, it is suggested, includes the right of people to choose their own form of government and the right to democracy and they do not and cannot include the right of a fraction of the people to secede Most States today comprise more than one ethnic group and if any such fraction had a right to secede, the international community as we know it would disintegrate If attempts are made to promote a thesis favouring the break-up of States on grounds of ethnicity or religion, there

would be, as cautioned by the United Nations Secretary-General in the "Agenda for Peace", "No limit to fragmentation and peace, security and economic well-being for all would become even more difficult to achieve." Indeed this was reiterated conclusively and unambiguously in the Vienna Declaration and Programme of Action, adopted at the World Conference on Human Rights in 1993, which lays down in Part I, paragraph 2, that the right of self-determination "shall not be construed as authorizing or encouraging any action which would dismember or impair, totally or in part, the territorial integrity or political unity of sovereign and independent States conducting themselves in compliance with the principle of equal rights and the self-determination of peoples and thus possessed of a Government representing the whole people belonging to the territory without distinction of any kind". The Declaration on the occasion of the Fiftieth Anniversary of the United Nations also reiterates that the principle of self-determination is not to be construed as authorizing or encouraging any action that would dismember or impair totally or in part the territorial integrity or political unity of sovereign independent States.

— হাইরিবা রিপোর্ট অসিবু য়ানিংদবা কো-হরনা ফোংদোকই - নোত ২৭;

২৬- মথক্কী ফুতনোত নম্বর ১৫,১৩,২০ ;

২৭- এন: সনাজাওবা, কন্তেমপোররী দিবেত, ইন্দিয়াজ থার্দ রিপোর্ত, ১৯৯৫, কিনোত স্পীছ, হ্যমেন রাইটস, সেমিনার, দেলহী, ১০/১২/৯৬ ;

য়েংগদবা : কো-হর (কমিতি ওন হ্যমেন রাইতস, মণিপুর) না য়ুনাইতেট নেসন্সকী এপ্রিলদা হ্যমেন রাইতস কমিসনদা, জুলায় ১৯৯৭ তা হ্যমেন রাইতস কমিতিদা, জেনেভাদা (১) ওলতরনেতিভ রিপোর্ট, (২) 'রাইত তু লাইফ ইন মণিপুর' (মীওইবগী হক থুগাইবগী মতাংদা) পীদুনা, মালেমদা নৈননবা সিনখি। ১৯৯৫ গী ভারতকী নোত ২৫ দা পনখ্রিবা রিপোর্ট অসিবু য়াদবগা লোয়নননা, মণিপুরগী সেল্ফ ডেতরমিনেসনগী হক লৈ হায়না কো-হরগী ওলতরনেতিভ রিপোর্টনা পীরি।

ইং কুমজা ১৯৭৯ দা আসামদগী মীরৈবাকচা তাহ্লোকপগী চহি ৬ চুপ্পা মহৈরোয়না লুচিংদুনা মীয়াম হুপ্পা অন্দোলোন তৌবা, ১৯৮০ দা মীরৈবাকচা তাহ্লোকপগী মণিপুরদা তৌবা মহৈরোয়গী ঈহৌ-মপুংওইবা ঈহৌ অনিশিদগী পাকথোরক্তুনা, চহি ১৪ গী মতুংদদি, অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেট তরেৎকী অপুনবা, মীরৈবাকচা তানবগী ঈহৌ অমা লৈরে। সরকারনা শৌগৎপগী মতাংদদি, অরুনাচল প্রদেশকী সবকারনা অরুনাচল ছাত্র য়ুনিয়নগী মীরৈবাকচা তানবগী ঈহৌদুবু ফোংনা শৌগৎলি; নাগালেন্দ, মিজোরাম অমদি মেঘলয়াদা, সরকাবনা মখোয়গী ষ্টেটকী ছাত্র য়ুনিয়নগী মায়োক্তৱ লৈতে; আসামদা ষ্টেট সরকাবনা- ওল আসাম ষ্টুদেন্স য়ুনিয়নগী ঈহৌবু য়াবা তৌদ্রি। ইরমদম মণিপুরগী ওইনা পনবা তারবদি, ইং কুমজা ১৯৮০ গী জুলায় ২২ দা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টরগা, ওল মণিপুর ষ্টুদেন্স য়ুনিয়নগা পুন্না য়ানমিন্নদুনা ইং কুমজা ১৯৫১ গী মতুংদা আইন থুগায়দুনা চঙলকখীবা মীরৈবাকচা খন্দোক্লগা তাহ্লোকপা হায়না সহি তৌমিন্নখি- মদুগী ঈহৌ অদু ইং কুমজা ১৯৯৪ গী মে-জুন্দা নৌহৌনা হিঙ্গৎলকখী। এম- সুনা ফোঙবা চেরোলগী মতুংইন্না, '১৯৮০ গী মণিপুর গোভর্ণমেন্ট- এমসুগী য়ানচে' অদু সরকারনা পাংথোকতনা কুয়না থম্বদগী, মীরৈবাকচাদা ফোতো কার্দ পীদুনা সিতিজন ওইহন্নবগী ৱা উবা ফঙই। ফোতো কার্দ পীরমবদু লেপপ্রে।

নে-সো (নোর্থ ইষ্টর্ন ষ্টুদেন্স ওর্গেনাইজেসন) না অৱাং নোংপোক লমদগী মীরৈবাকচা তাহ্লোকপগী ফিরেপ লৌবগী মরমদি, মীরৈবাকচাশিংনা ষ্টেট অমদগী ষ্টেট অমদা চেহ্লোক চেনশিন তৌবা থিংনবা, অমদি মীরৈবাকচা তানবগী ঈহৌ অসি মপাঙ্গল কলহন্নবগী ৱা ওইনা পী। মদুগী মথক্তৱ, ত্রিপুরা অমদি ৱেস্ত বেঙ্গল সবকাবদগী শাজিন্নবা সিতিজনসিপ সারতিফিকেৎ পুবক্তুনা লাকপা মীরৈবাকচা

কয়া ফাদোক ফাজিন তৌবদা, অৱাংনোংপোক্কী ওইবা ফিরেপ অমা চণ্ডই। মদুগীসু মথক্তা, অৱাংনোংপোক্কী ওইবা মান্নবা ৱাখল্লোন, ফিরেপ কয়াশু উবা ফঙই। মীঁরৈবাকচা হায়বশি আইনগী মতুংইন্না, ভারতকী সিতিজন ওইদবা মীঁরৈবাক্তগী আইন কায়না চঙলকপা মীওইশিং অদুনি। ভারতকী সিতিজন অশেংবদি মীঁরৈবাকচানি হায়নবা মরম অমত্তা লৈতে। অৱাং নোংপোক্কী ইন্দিজিনস পীপলবু ফোরেন নেসনেললনা নমহত্তুনা খুনাম মুৎনবা তৌরকপা সরকারগী থৌরাংদা মহৈরোইনা শিঙনরকই— মণিপুরীগী খুনামশু মুৎপা হৌরকলবনি।

## অনিশুবা ত্রিপুরা ওইবা

নিংথেমচা (ময়াংমরোন্দা রাজকুমার হায়নবা) দরেন্দ্রনা অকোনবা চীফ মিনিষ্টর ওইবা মতমদা, মণিপুর এসেম্ব্লীদা খুম্বা মতমদা, সরকারগী ওইবা ষ্টেতমেন্ট ওইনা ফংবদি, মীঁতৈনা মাগী মরমদমদা অপুনবা মীশিংগী তঙ্খায় (৫০%) গী লাইনগী মখাদা কুমথবা হৌরে। শম্না হায়রবদা, মাগী পোক্লফম লমদমদা, মীঁতৈ— সরকারগী ৱারোলদা, মাইনোরিতি তাবা হৌরে। মসি থীংননবা, এম-সু না, লৈবাক্কী নহারোলগী মীহুৎ শিন্দুনা চহি কয়াগী মমাঙদগী ঙমজবা থবক পায়খৎচরবশু, ময়াংলৈবাক্কী আর্য্য-দ্রভিদা রেসিষ্ট পার্টিশিংগী মপাঙ্গল লৈরবা এজেন্ত কয়ানা অকনবা চয়েৎনবা কয়া ইরমদমগী মীয়ামদা লেপ্তুনা পীদুনা লাকপদগী, মীঁতৈনা মরমদমদা মাইনোরিতি তাবা হৌরিবনি। শেরান্নবা অর্থ হন্দোকপা প্রোলেতারিয়ানিজমগী ৱাখলশু লৈনখী। মদুগীশু মথক্তা, য়েলহৌঙেদগী লৈরক্কবা, য়েলহৌমী (ইন্দাইজেনস পীপল) পুম্নমক, ভারতকী আর্য্য- দ্রভিদা রেসিষ্ট সরকারগী রেসিজমগী ফিবান নুংদা, লৈতানা লৈবা ঙমলত্তবা কুয়রবা ৱানি। ত্রিপুরাদশু ত্রিপুরী মুৎখীবা হায়বদুমক ইরমদমদা থোকপা হৌখ্রে। মতম অমদা, ত্রিপুরাদা পাল্লমবা মীওইশিংনা, হৌজিক চীংনুং মানুংদা মথ্বায় খুবাক্তা হাপ্তুনা চেনখ্রে, মদুমক মণিপুরদশু হৌরে। মসিগী দায়িত্য লৌগদবা দলশিংনা, কাংলুপশিংনা লৌবীদ্রবদি, পুৱারীদা চমম্নবা খরা লৈহৌবা য়াই। নাকল অমরোমদা, বঙ্গাঁলিগী লৈবাক— বঙ্গাঁলাদেশ, ৱেস্ট বেঙ্গাঁল- গী মথক্তা, অনৌবা বঙ্গাঁলিগী লৈবাক ত্রিবুরা কছারনচিংবা, ভারতনা নীংতম্লবা মতুংদা শেম্লকই।

# ফোরেনরস এক্ট, ১৯৪৬

মণিপুরবু ভারতনা লৌশিন্দ্রিঙৈ মতমদা, মণিপুর সরকারগী ফোরেন দিপার্টমেন্টনা অখন্নবা মীরৈবাকমচা (মতমদুদা ভারত্তগী লাকপা মীওই য়াওনা) চঙহনবগী পাবমিসন পীবা তারবশু মীকোকতা লুপা মঙাগী ফোরেনর্সকী তেক্স তৌরমই। ভারতবাশী– মীরৈবাকমচানা অকক্লবা মতম শুরবা মতমদা, খুৎলৈ থুনা মণিপুর থাদোকপা তাই। য়াম্না নুংঙায়বদি, ভারতকী হিন্দু লুচিংবা এম: কে: গান্ধীনা দিমাপুর ফাওবা য়ৌরক্লমলবদা, মহাকপু মীরৈবাকমচা অমা ওইনা, মণিপুর চঙননবা লাইসেন্স পীদবদগী, মণিপুর লৈবাক চঙবা য়াহনখিদে। মদুম্না, ববীন্দ্রনাথ তেগোবশু পারমিসন ফংদবদগী মণিপুর চঙবা ফংখিদে। আসামগী প্রাইম মিনিষ্টর গোপীনাথ বোরদোলোইবুদি চঙহনবা য়াখী মহাকতি, মণিপুরবু মপুংফাবা অতোনোমস ষ্টেট ওইননবা ব্রিটিশতা ইখীবা আসামগী লুচীংবা অমশুনী। শম্না হায়রবদা, মণিপুরগী মনিংতম্বদা থুগায়বা য়াবা, মণিপুরবু লৌশিনবা লাকপা ইলিমেন্টশিংদি খোঙদাফম পীখিদে। মণিপুরবু ভাবতকী ফিবান্দা পুশন্দ্রিঙৈদা, ইং কুমজা ১৯৪৯ গী মমাংদা মণিপুরগী আইননা যাবা মতুংইন্না, চঙহনখীবা ময়াং, মী মখল খুদিংমক্তি মণিপুবী ওইগ্রে হায়না লৌবা তাই।

মণিপুরবু ভাবতনা লৌশিনখ্রবা মতুংদদি, মীরৈবাকচা (ফোরেনর্স) লিশিং কয়া থাজল্লকপদগী, মণিপুরনা ভারতকা পুল্লুবগী মহৈ ওইনা, মরমদমদা মীতৈ মাইনোরিতি তাবা হৌরে। জম্মু- কাশমীর, মেঘালয়, মিজোবাম, অমদি নাগালেন্দদা তৌখীবগুম্না, কনাগুম্বা মীতোপ অমত্তদা মণিপুরগী লম য়োনবা-লৈহনবা থিংনবা আইন অমা হান্না থমলবদি মসিগী ফিভমশি থোক্লমলোয়। মদুগীসুমথত্তব, ভারত সরকারনা শেম্বা পোলিসি মতুংইন্না, মীতৈবু মণিপুরগী মরমদমগী চীংদা তাবা থিংবা, অমরোমদা মীতৈগী কোম্না লৈজবা খুজিল মমায়মুক পাকপা তমদনা,চীংমী - ময়াং হুপতুনা লৈবা য়োনবা য়াহনবদগীদি, অব্রাফম পুম্বা মীতৈখত্তুদা তারকই। ভাবতনা মণিপুর লৌশিনখিবগী মহৈ ওইনা, কুকীশিংবু নাগাশিংনা কুকীনা তাজবা লমদগী মীয়াম হাত্তোক্লগা তাম্থোরকপা, চহি লিশিং অনিগী ইতিহাসতা অমুত্তব তাখীদ্রিবা সাউথর্ন নাগালেন্দ শেম্বগী ব্রা ঙসিমক তারক্লি। ভারত্তা পুন্দ্রিঙৈ মতমদদি, মীগী মরম পাম্বা আশাজাওশিংবু খুদত্তব পারা তশ্নীখিবা ঙাক্তুনি।

মণিপুরগী লেংদনা লৈরক্লবা ঙমখৈ· টেরিটোরীগী ৱাংমদগী, মতম অমদা ফোরেনর্স ওইরম্বা ভারতনা ১৯৬০ দা শেম্বা নাগালেন্দগী হাউসনা মণিপুরগী চাংলম পুম্বতা নত্তনা ষ্টেট, মীরৈবাক কয়াগী টেরিটোরীবু মাগীনি হায়না ৱারেপ সেপ্তেম্বর ১৯, ১৯৯৪ দা তাখি। ওল ইন্দিয়া পার্টি কয়া য়াওনা তাখ্রিবা ৱারেপশি, দেলহীগী করম্বা থৌশিলনো খঙদ্রি। লান্দাবগী, খৎনবা হৌবগী, হাৎন শুনবতা হৈনবীগী অকনবা ৱাহৈ কয়া মণিপুর ৱাংমদগী মণিপুররোমদা লাওরক্লিবশি, মণিপুর মশাগী লৈঙাক লৈজরিঙৈ মতমদদি চেক-মুক লাউরম্বা নত্তে। চেক-মুক লাওবা মিৎকুপ্তুদা লান্দারকপশিংবু অকক্লবা মতমগী মনুংদা অরোয়বা ওইনা মচিন মেনবা হায়বশি, মীতৈ লৈবাক্লা ঙমখীদবা, পাংথোকখীদবা থবক নত্তে। মদুগী মথৌদু ঙসিদি, ভারত সরকারনা লৌশিনখ্রগা, করিমতা পাংথোকতবনি। অহোয়নদুম ভারত সরকারগী মিৎয়েং মখাদা মণিপুর থুগায়নবা ৱা কয়া থোকহল্লি।

ভারতকী ঙমখৈগী ৱাংমদগী মীতোপ তাম্থোক্লবা, ফোরেনর্স এক্ট, ১৯৪৬,১৯৪৮ গী ফোরেনর্স রুল ঙসিফাওবা চৎনবিবনিনা, মণিপুরদা আইন থুগায়দুনা লেপ্পা লৈতনা চঙশল্লকীবা মীরৈবাকচাবু তাম্থোকপা হায়বশি সরকারগী অহানবা মথৌনি। ৱাফম অসি, ফোতো আইদেন্তিটি কার্দ পীবগী ৱাথোক্তুগী হৌরদুনা মীবৈবাকচা তাম্থোক্লবা অমুক হৌরকপা, ১৯৯৪ মে-জুনগী এম-সুগী ঈহৌগা মরী লৈনরি। ফোরেনর্স এক্ট, ১৯৪৬ কী মখাদা, মথৌদাং পাংবা ঙমদবা, লৈথোকপা ওফিসিয়েলশিংবু, মথৌ তৌদবগীদমক্তা, চৈরাক পীনবা ৱাবম পীরি। ৱারম অদুবু, সরকারনা পাংথোকপগী মথৌ তারকই। (য়েংগদবা-এম-সু, মীরৈবাকচা তাম্থোকপা ১৯৮০,১৯৯৪ ইদিসন)।

আসামতগী ওইনা, পার্লিয়ামেন্টনা ১৯৮৩ দা ইল্লিগেল মাইগ্রান্তস দিতরমিনেসন এক্ট (আই: এম: দি: তি: এক্ট) পাস তৌই। ১৯৮৩ গী এক্ট অসিগী মখাদা, ফোরেনর্স ত্রাইবুনেল কয়ামরুম শেম্নবা ৱারম পীরি। ফোরেনর্স ত্রাইবুনেল কয়ামরুম আসামদা শেমজরবশু, ঙসিফাওবা মীরৈবাকচা লাক্ষ কয়াগী মনুংদা, ত্রাইবুনেললনা মী চা খরদগী হেন্না তানথোক্লবা ৱায়েন পীবা ঙমদে। মরম অদুমক্লা, আসামদা আসামীশিংনা, আ-সুনা, এক্ট অসিবু লৌথোক্তুনা, ১৯৪৬ কী ফোরেনর্স

এক্ট চলায়নবা দাবী তৌরি। আসাম একোর্দতা, ১৯৮৩ গী এক্ট অসিবু লৌথোক্লবা য়ানচে য়াওফম থোকপনি, অদুবু পান্নার পায়বা পামবশিংনা মদুবু কন্না তকশিনখিবা তৌদে।

## মীঁরৈবাকচা খন্দোকপা

মীঁরৈবাকচা খন্দোকপা হায়বশি, সরকারগী ভিজিলেন্স সেল, মবুকচেল খজিত্তহ শেংবা পোলিশ ওফিসিয়েল , মবুকচেল শেংবা দেপুতি কমিশ্নার, মরমদমবু খজিক নুংশিবিবা মশাগী চারোল শুরোলগী খজিক খম্বা ঙমবা রেভিনিয়ু ওফিসিয়েল, খুঙ্গংগী প্রধান, ম্যুনিসিপাল কমিশ্নার, খুদক খুদত্তর ওফিসকী রিকোর্দ লোৎশিনবা তৌদনা পুথোকপা ঙমবা মরীঁলৈনবা ওফিসিয়েল, —পুম্নমকশিগী মথত্তর ভোত বেঙ্ককী ব্রাখলদগী খজিক হায়দোক্লগা লৈবাক্কী ব্রাথোকপু উবা ঙমবা রাজনিতি দলশিংগী মীরেপ ওইরিবা, ওইরক্কদৌরিবা নেতাশিংগী অকনবা মতেং য়াওদনদি ওইথোক্তে। মখোয়না মীঁরৈবাকচাবু অরোনবা, মতেং পীবিদ্রগদি, মীঁরৈবাকচানা মরমদমদা হনখীদবা য়ারোয় ।

ইং কুমজা ১৯৫১ গী ইলেক্টোবেল রোল, মণিপুবগী ওফিসশিংদগী লোৎশনখ্রবা নত্রগা থওইদবা মাঙহনখ্রবা, ইং কুমজা ১৯৫১ গী নেসনেল রেজিস্তার ওফ সিতিজন্স, লমগী পত্তা, লেন্দ রেভিনিয়ু অমদি সেতলমেন্ত রিকোর্দপুম্বা, বেসন কার্দ, লৈকায়গী রিকোর্দস - ডোক্যুমেন্ট থমবা, স্কুল কোলেজগী এদমিসন রেজিস্তার, অমদি মরীঁলৈনবা খুঙ্গংদা তাউন্দা লৈবগী সিতিজন অমা ওইবগী শাক্ষী পীবা য়াবা খুদম-শকখঙচে কযা, কমপ্যুতরগী মতেংনা প্রোসেস তৌরগা, ভারতকী ব্রাংমদগী চঙলকপা মীঁরৈবাকচাশিংবু সিতিজনশিংদগী মশক খন্দোকপা য়াই। চে চাং করিগুম্বদা ব্রাৎনা নত্রগা, উৎপা ঙমদবা মতমদা মশীং থীবা ঙমদনা, সরকারদগী অচৌবা শেম্বুং লৌথরগা থমলিবা ভিজিলেন্স সেলনা মীঁরৈবাকচাবু মশক খন্দোকপা ঙমই। হায়রিবা সেল অসিগীসু তৌদবা য়াদবা মথৌ লৈরিবনি। লৈকায়গী প্রধান, খুল্লকপা, মচিনচৎপা মিউনিসিপাল কমিশ্নারশিংনা অয়াম্বা মতমদা মীঁরৈবাকচানি নত্তে হায়বসি য়াম্না লাইনা মশক তাকপা ঙমই। মীঁরৈবাকচানি নত্তে হায়বশি, মী মশাদুনা প্রমান পীবা তাবনি। বর্দন ওফ প্রুফশি ফোরেনর্সতা থমফম থোকপনি সিতিজনদা থমফম থোক্তবনি।

মতাং অসিদা, আসামদা, অব্রাংনোংপোক্কী অতৈ ষ্টেটতা থেঙনবা খুদোংচাদবা অমদি, বেঙ্গল-ত্রিপুরা ষ্টেট অনিনা বেঙ্গলী ঙাংবশিংবু মীরৈবাকমচা ওইজরবশু তকখত্তনা সিতিজন সার্টিফিকেত পীদুনা থাজল্লকপা অসিনি- কম্যুনিজমগী মায়খুম উপ্লগা, রেসিষ্ট নত্রগা কম্যুনেল পোলিতিক্স তৌবা হায়না কৌরবশু য়াই। মদুগীসু মথক্তব, মীরেপ ওইগদৌবশিংনা, মীরৈবাকচাশিংগী শেলগী মতেঙ অমদি ভোং বেঙ্ক শেন্বা পান্বদগী, মেরিতনা ভোং কাবগী মহুত্তা, মশাগী চারোল শুরোলগী তুংগী ওইজবা পুন্বা য়োঙ্খোকপা, মীরৈবাকচাব় সিতিজননি হায়ননবা, প্রোপেগন্দা তৌবা অসিনী। পনবা য়াবা অমনা— নেসন ষ্টেট অমদি ইন্তরনেসনেল প্রোলেতারিয়ানিজমগী মরক্তব লৈবা শন্বল- পনখৈদুবু খঙদবা, কম্যুনিষ্ট রিনিগেদ, বিনিগেদ নহারোল কেদর অমদি বিহার- য়ুপীদগী ফক্তবাতা তন্লকপা 'দাদা' (দাদাগীরি তৌবা) শিংনা, মীরৈবাকচাগী ব্রাথোকপু ওইদবা প্রচার তৌবশিশু ওইবি। কুনশুবা চাহি চাদা মণিপুরীবু পুব্রারীদগী মুখৎনবা শারৌশিন্নবা ফিফঠ কলম মণিপুরদা লৈবকই।

## আই: এম: দি: তি: এক্ট, ১৯৮৩

মণিপুরদগী মীবৈবাকচা তাস্থোকনবগী থৌরাংদা, মীরৈবাকচাশিংবু সিতিজনখত্তন্দা পীগদবা ফোতো আইদেন্তিতি কার্দ পীনবা হোৎনবদা, এমসুনা তি: এন: সেহসান্দা-- মহাক্না মীরৈবাকচাবু সিতিজনশিপকী অহানবা শকখঙ খুদম ফোতো আইদেন্তিতি কার্দ পীনবা কনষ্টিট্যুসনগী ওথোরীতি লৈতে হায়না জ্ঞান তাহন্নবা হোৎনৈ। ফোতো আইদেন্তিতি কার্দ পায়বা মীরৈবাকচাবু ভোং থাদহনগদৌরি- মদুদি চীফ ইলেকসন কমিশ্নারদা আইন্না পীরিবা, শক্তিকী ব্রাংমদদি-মহাক্না, ফোরেনর্সতা মওং অমা নত্রগা অমা তৌরগা, ভোতিং রাইত পীবা ঙমদে। মহাক্না মহাক্কী জুরিসদিক্সনগী ব্রাংমদা চৎনবা হোৎনখিবকদু কনষ্টিটুশনগী ব্রাংমদনি।

ওফিসিয়েল খরনা, মণিপুরদা ত্রাইবুনেল শেম্নবগী ব্রা হৌদোরকপগী ব্রা তারি। ত্রাইবুনেল শেন্না অসি, আসামখত্তকী ওইনা আই: এম: দি: তি: এক্ট, ১৯৮৩ পার্লিয়ামেন্তনা পাস তৌখীবনি। পালিয়ামেন্তগী এক্ট অমগী মখাদা নত্তনা

ট্রাইবুনেল শেম্বাগু ষ্টেট সরকারনা ঙমদে; নত্রগা, আসামগী এক্ট অসি মণিপুরদা পানশনবগু য়াদে; নত্রগা ট্রাইবুনেললনা মায়পাক্লা থবক তৌবগী ৱা তাদ্রি, নত্রগা আসামীশিংনা ১৯৮৩ গী এক্ট অসিবু পাম্বাগু তৌদে। শম্না হায়রবদা, আসামদা ফোরেনর্স ট্রাইবুনেল ইকানমক কান্নদ্রে।

আই: এম: দি: তি: এক্ট, ১৯৮৩ গী অচৌবা অশোয়বদি- ভারতকী সিতিজননা, চীংনরিবা মীওই অদুগী মায়োক্তা ৱাকৎ পীগদবনি। মসিগী অৱাবদি, লাইনিং মান্নদবা নত্রগা খেন্নবা লৈবা মফমদা, ৱাকৎ পীনবা মী চোংথোরক্তে নত্রগা, চোংখোকলুরগা ওন্ননা ইরাং থোকলকপা য়াই। অনিশুবনা, ৱাকৎলিবা সিতিজন অদুনা মীতোপতুবু মীরৈবাকচানি হায়না প্রমান তৌগদবনি- অচুম্বদি, মীরৈবাকচা অদুনা মীরৈবাকচা নত্তে হায়বগী প্রমান পীজফম থোকপনি। অহুমশুবদা, ৱাকৎলিবা মী অদু মীরৈবাকচানা লৈরিবা অদুদগী কিলোমিতর ১০-২০ গী মনুংদা লৈগদবনি। করিগুম্বদা, তাম্না তাখিবা য়াওই নত্রগা, কাংলুপ অমনা, পুন্না তাখিবা মফমদগী ৱাকৎপীনবা মী থোরকতে। মরম অদুমত্তনা, ফোবেনর্স এক্ট, ১৯৪৬, ফোরেনর্স রুলস, ১৯৪৮, সিতিজনশিপ লো নচিংবা লৈরিঙৈদা, হায়রিবা কান্নদ্রবা ১৯৮৩ গী এক্ট অসি মণিপুরগী ওইনা খল্লুবা চুমদে। আসামী কাংলূপনা এক্ট অসি শিংনদুনা লাকই

## সিতিজনবু ঙাকথোকপীবা

সিতিজনশিংবু মীরৈবাকচাগী ইথক- ঈপোমগুম্না হৌরকপা চেনশিল্লকপা ঈচেলদগী ঙাকথোক্তুনা থম্বা হায়বসি ভারত সরকারগী অহানবা মথৌনি। মদুগী মথক্তা, ফোবেনর্সশিংদা অপীকপা ষ্টেটশিংগী পোলিতিকেল পৱার শিন্নথোকখিবা হায়বশি, লান তৌনদনা লৈবাক লৌশিনখীবগা চপ মান্নে। ভারত সরকারনা পাকিস্তানবু লৈবাক অনি থোক্লা থুগায়বগী মহৈ ওইনা, ফোরেনর্স লাক্ষ- ক্রোর কয়া অৱাং নোংপোক্লমদা লৈতারবা হায়বসি, অৱাংনোংপোক্কী ষ্টেট মচাশিংগী হিংবদা শোকইবা থৌদোকনি; ১৯৭১ দা ইন্দিয়া- মুজিবকী অরোনবা/ অফোঙবা এগ্রিমেন্ত লৈরম্বা তারবদি, মদু ঙসিগী হোংলকলিবা ফিভম মতুংইন্না চৎনবা য়ারোয়দবা ৱানি। চৎনবা য়াদবা নিয়ম অসিবু মালেমগী ওইনা 'রেবস সিক্

ষ্টেন্টিবস' নিয়ম হায়না খঙনৈ। মণিপুরগী ওইনদি, মথন্তুৰ পল্লিবা এগ্রিমেন্ত অমা লৈরম্না তারবদি, মদুবু মণিপুরদা চৎনহন্নবা মরম লৈতে। মণিপুরগা ভারতকা লৈনবা মরী অসি, আসামগা ভারতকা লৈনরকপা মরীগা ক্বালিতেতিভ ওইনা খেন্নবা শাংনা লৈরকই।

মীরৈবাকচাশিংবু মশক খন্দোক্লগা- আইদেন্তিফায়, দিতেক্তু- তৌরবা মতুংদা মীরৈবাকচাশিংবু মখোয়গী মরৈবাক্তৰ হলহনখিগদবনি। মদু তৌদ্রিবা ফাওবদি, ফোরেন নেসনেলসকী বর্দন অসি ইন্দিয়াগী ওইবা বর্দন ওইনা লৌফম থোকই। নেসনেল বর্দন ওইনা লৌবা তারবদি, মদু অৱাং নোংপোক্লমখক্তুনা মদুগী অরুম্বদু পুরোয়দবনি। খুদম ওইনা, মণিপুরদগী, মীরৈবাকচা লাক্ষ অমা মশক খঙদুনা, তাম্থোকপা তারবদি– তাম্থোকত্রিবা ফাওবা, নেসনেল বর্দন ওইবা তারবদি, মীশিং অমদি ষ্টেটকী পাকচাওবা মতুংইন্না, মীরৈবাকচাশিংদু ইন্দিয়াগী অচৌবা, রিসোর্ছ লৈবা ষ্টেটশিংদা য়েম্থোক্তুনা থমগদবনি।

মণিপুবদগী মীবৈবাকচা লিশিং কযামরুম তাম্থোকত্রিবা ফাওবা, ইন্দিয়াদা থম্না তারবদি, মণিপুরদা মাগী শরুক ওইনা, চামা চনি থনম্রগা, অচৌবা ষ্টেটশিংদা য়েম্থোকফম থোকই। অরেম্বদু খুদম ওইনা, লাক্ষ অমাগী মনুংদা য়ু: পী: দা, বিহারদা, অন্ধ্রপ্রদেশতা লিশিং ৮০, অতৈ ষ্টেটতা লিশিং ১৯, অসুম্না। মণিপুরগী মীকোকতা কায়রিবা শেলফমগী চামদা ২০ (২০%) দি, মীরৈবাকচাশিংদা য়েম্থোকখ্রবনি- মসিশু শেলথুমগী চাওখৎপদা অচৌবা য়ৈখায়বা অমনি। মদুগী মথক্তৰ, মণিপুরগী স্ত্রেতেজিক ওইবা মফমশিংদগী, মীরৈবাকচাশিংনা মীখলদা কারকপা য়ারি। খুদম ওইনা, জিরিবামদগী, মীরৈবাকচাশিংনা পাম্বা মিৎকুপ্তুদা মণিপুরী অমবু ইম্বুরগা, মীরৈবাকচা অমবু এসেমব্লীগী মেম্বর ওইনা থারকপা ঙমই। মণিপুরবু ভারতনা লৌশিনখীবগী মহৈ অসি, নোংমা নোংমগী মণিপুরীশিংগী মাঙ তাক্লবা, মফম লৈরক্তবগী মায়কৈদা উরক্লি। মরম অদুমক্লনি, মণিপুরগী নহারোলশিংনা ভারত লৈবাকপু কোলোনিয়েল পাৱার হায়রিবসি অর্মদি, মদু ওইনা লৌরিবশি। য়ুম্ফম য়াওনা থাংগৎলকপা, হৌদোং লাইখু ওইনা অমিয়াকাদুনা হায়রকপা ৱাফম নত্তে।

# ইন্তরনেশনেল রিফ্যুজী

ওল আসাম ষ্টুদেন্তস য়ুনিয়নগী চহি ৬ লেপ্তুনা চথখিবা মীঁরৈবাকচা তাঙ্খোকপগী ঈহৌদা, অইবা মশানা উবকপা, থেংনরকপা খব পনবা তাববদি, মহৈবোযগী ঈহৌ ওইজরবা, মীয়াম হুপ্না শৌগৎখীবদুনী। অইবা মশাশু মতম মতমগী কোর্ট এবেষ্টতা য়াওখীবনা, উখি তাখীবা খবা মবৈ। থবক তৌবা এমপ্লোয়ী লিশিং কুম্ভ্রাবোম ঈহৌ যাওবদগী থবক্তগী সসপেন্দ তৌরবা ফাওবদা, আসামী থবক তৌবশিংনা ঈহৌদুদগী হন্দোকখীদবদু নিংশিংনঙায় ওই।

ইবমদমশু থবক তৌবা মী লিশিং কযা মবমদমগীদমক অৱাফম তাখীবগে হাযবগী মশিং থীবা চুমই। মদুগী ওন্নবদা, মশাগী ওইজবতা খমথেংনা থীবা, মবমদমগী যুম্ফম ঙাক্লবা থবক, ঈহৌবু মশানা যাওবগী মহুত্তা, মহৈবোযবু লক্লবা, কবেম কথাযনবা, হুনবদগী হেন্না তৌদবা মখল অমগী মীওই শল্লুপ শল্লুপ ইবমদমদা উবা ফংদবা নত্তে- মসিগী অকনবা মবম লৈতবা নত্তে; মশাবু মীতৈনী নত্রগা মণিপুরীনী হাযনা শেঙনা থাজবা ৱাৎপা মীওই খবনা শন্দোকপা ৱাখল্লোনগী মমি তাবা ওইর্গনি। মদুগী মথত্তৱ, মশানা ৱাখল খনবগী মহুত্তা, মখোয়গী দমক বেঙ্গলীশিংনা- মযাংশিংনা ৱাখল খনবীবগা, মখোযনা যাকা য়েংদুনা লৈ। ময়াংশিংনা শি চুমই লাল্লি হাযদ্রিবমখৈ, মশানা লাল্লি চুমই হাযদে। ৱেস্ত বেঙ্গল ফাওবনা কাযনথংদা মীঁবৈবাকচা লৈ হাযনা যাবকই।

আ-সুগা প্রাইম মিনিষ্টৱ, হোম মিনিষ্টবগা ৱাৰী শাবদা, মীঁবৈবাকচা লাক্ষ কযানা বিফ্যুজী ওইনা আসামদা লৈবশি, যুনাইতেদ নেসন্সকী রিফ্যুজী হায় কমিস্নাবদা থাঙ্গৎনবা, অকনবা ৱা নৈনখিবা লৈতে।

আ-সুগী এদভাইজরশিংগী মবত্তৱ মশকলোৎপা আব: এস: এস: কী ফেনেতিক্স খবা যাওবদগী (কোন্না মখোয অয়াম্বা বি: জে: পী: ওইবকখী), মীঁবৈবাকচা কযাগী ৱাফমশি মালেমগী থাত্তৱ পুখৎপদা, ভারত মাতাগী মমায চোপকনি হায়না লান্না থাজবদগী, ৱাথোক অসি মখোযনা যু: এন: গী হায় কমিস্নাব ওফ বিফ্যুজীদা থাঙ্গৎখীদে। মদু ওইরম্লবদি, ৱাথোক অসি মালেমগী

ওইবা পোৎলুম ওইরমগদবনি। হৌজিকমকশু, ভারতকী লৈবাক্কী ফীবান্দা লোৎশিন্দুনা থমলীবা মীরৈবাকচা রিফ্যুজী লাক্ষ কয়ানী হায়রিবশি, মালেমগী লৈবাকশিংগী অপুনবা ইন্তরনেসনেল ওর্গেনিগেশন ওইহনবা চঙই- মদুগীদমক, ভারত সরকারনা মরীলৈনবা য়ুনাইতেদ নেশন্সকী প্লেতফোর্মশিংদা থবক পায়খৎকদবনি। মদু পায়খৎত্রিবনিনা, মীরৈবাকচাগী অচৌবা ব্রাথোক অমদি পোৎলুম অমসুং তুংগী অকিবা পুন্না, বোর্দর ষ্টেট অব্রাংনোংপোক্কী ঙাক্তব ওইনা থমই। ভারতবাশী অতৈনা খঙদবগী মরমদি, অব্রাংনোংপোক্কী ষ্টেট মখৈ নত্তনা লেন্দ বাউন্দরী লৈবা ষ্টেট ইরৈ লৈতবনা, ব্রাথোক অসি মখোয়না মশানা থেঙনদে। নোংচুপথংবা ঙমখৈদা পাকিস্তানগা তায়নরবা, পাকিস্তানী অমা ভারত্তা চংলকপা ফাওবা থিংবনা, ব্রাথোক অসি থোক্তে। ভারতকী সরকারনা, মীরৈবাকচাগী ঈচেল চেনশিল্লকপশি, ইন্তরনেশনেল প্লেতফোর্মদা পুথোক্তবগী মরম য়াম্না ঙক্না থোকই- অদুবু লোৎশনবা অসিনা, অব্রাংনোংপোক্কী ষ্টেটমচাশিংগী মীয়ামগী থাকতি মাইনোবিতি ওইবা হৌরে হায়বসিদি শেংলে। ভারত লৈবাক্না, মণিপুরবু মীবৈবাকচাগী য়াতাফম ওইহনবশি, ভারতকী পোৎলুম ওইনা লৌবসু তৌদ্রে, মালেমগী ওইনা পোৎলুম ওইহনবশু তৌদে। ভারতপু ঙাকলিবশিংগী মরন্নায় অশোযবা, পোৎলুম অদু মণিপুরু পুগদবগী মরম থিবা ফঙদে।

## অব্রাংনোংপোক্কী থৌদাং

অব্রাংনোংপোক্কী ওইবা নেসনেল পার্টিগী, রিজানেল পার্টিগী অমদি মহৈবোযগী পুনশনবা লূপ খবনা অব্রাংনোংপোক্কী ওইবা ব্রাথোক পায়খৎনবা লৈরি। মদুগী মনুংদা পনবা য়াবদি অব্রাং নোংপোক কংগ্রেসকী কোরদিনেশন কমিতি, অব্রাংনোংপোক্কী রিজ্যনেল পার্টিশিংগী কনফেদরেশন, অব্রাংনোংপোক্কী নহারোলগী পুনশনবা লূপ অমদি, 'নে সো' (নোর্থ ইষ্ট ষ্টুদেন্স ওর্গেনাইজেশন) অসিনচিংবনি।

বাজনিতি দলশিংগী ওইনা মীরৈবাকচা তাঞ্চোকপগীদমক অকনবা ফিরেপ নত্রগা প্রোগ্রাম লৈখিদবনা, মীরৈবাকচাশিংগী থৌজানগী মখাদা দলশিংনা মা-মাগী মরাইবক লেপ্পবগী থাজবা, লৈজরবশু, নে সোগী ওইনদি, অব্রাংনোংপোক

অমদি ভারতকী ঙমখৈগী ৱাংমদা, মীরৈবাকমচাশিং চংহনখিবগী কমন প্রোগ্রাম পায়খৎলি। ত্রিপুরাগী ওইনদি, য়েলহৌঙৈগী মীওই ত্রিপুরীশিংবু চীংখোং চীংয়াদা থুপচবা নত্তনা, ময়োলদদি মুৎথ্রবনিনা, মীরৈবাকচা তান্নবগী ৱা থোয়না লৈত্রে- মীরৈবাকচাশিংনা মখোয়বু চীঙ্গোন্দগী তাম্থোকপীদবা হায়বদুতা মঙায়রে। মণিপুরগা ফনা মান্নবা ৱারীনি। মেঘালয়, মিজোরাম, নাগালেন্দদা মীতোপ্পা, ভারতবাশী ফাওবনা লম লৈবা আইন্না থিংবদগী, মীরৈবাকচানা লমগী মপু ওইবা ফাওবদি ঙমদে।

আসাম অমদি মণিপুরদদি, মীরৈবাকচানা রেভেনিয়ু লোয়শঙ, খুল্লকপা, মচিন চৎপা মীগা য়ানরগা লমলৈবা, লৈতাবা য়াম্না লাইনা ঙমই, তৌদুনশু লাকই। আসামগী ওইনদি, য়ুনিয়ন সরকারগা– আ-সুগা য়ানবা মতুংইন্না, ইং কুমজা ১৯৭১ গী মতুংদা চঙলকপা মীরৈবাকচাবু আসামদগী তাম্থোকপা পীরি। মণিপুর সরকারগা– এম-সু গা ১৯৮০ দা য়ানচে সহি তৌবা মতুংইন্না, ১৯৫১ গী মতুংদা চঙলকপা মীরৈবাকচাবু মণিপুরদগী তাম্থোকপা হায়বশি য়ানথ্রবনি। মীরৈবাকচাশিংনা ষ্টেট অমদা চেললুরগা, মতম খর লৈরগা ভারতবাশী শাদুনা চঙলকপা য়াবগী অচৌবা অকিবা অমশু মরৈরি। মরম অদুমক্লা, ফোতো আইদেন্তিতি কার্দ পীবগী ৱাফমদগী, ৱাথোরত্তুনা অৱাং-নোংপোক্লমদা মীরৈবাকচা তানবগী ঈহৌ লৈরি। ইং কুমজা ১৯৫১ দগী চঙলকখীবা মীরৈবাকচাশিংবু তাম্থোকপদা অৱাবা খর লাকপা তারবদি, মদু মতেংগা কোন্ননা ময়ুমদা হনখীনবা হোৎনবা চুমই।

মতুংদসু চঙলকপা য়াবা, ঙসিমকসু লেপ্তুনা মীরৈবাকচা চংলকপগী ৱাশি য়েংলুরগা, ভারত সরকারনা নেপাল সরকার, বঙ্গলাদেশ সরকার অমদি ময়ানমার সরকারগা তানরগা, অকনবা ফিরেপ অমা লৌদুনা, মা-মাগী মরমদা মীরৈবাকচা হলহনখিদ্রবদি, মণিপুরী, আসামী অমদি অৱাং- নোংপোক্লমগী য়েলহৌঙৈগী মীপুম লোয়না ত্রিপুরীগুম্না মমি শামখীবা হায়বসি মতম ঙায়বগী ৱানি। ভারত সরকারনা, অৱাংনোংপোকলমসি ঙাকথোক্লরোয় হায়বগী ফিরেপশি শেঙনা উৎথোক্লবা মতম অসিদদি, ভারত সরকারদা অৱাংনোংপোক্লা হান্নগুম্না থাজদুনা লৈখিগনি হায়বসি, ৱাখলতনা শাবা মোন্দ্রং ওইরক্কনি। মণিপুরীবু মণিপুরদা মাইনোরিতি তারবশিদগী কনবা তাই। বেঙ্গলদা, বেঙ্গলীনা মাইনোবিতি তারবা,

তামিলনাদুদা তামিলনা মাইনোরিতি তারবা, বিহারদা চাইনীজশিং চঙশন্দুনা মেজোরিতি ওইবা থোক্লবদি, ভারতনা খুদত্তুন খাঙ্গী মৈরায়গনি।

## নৈনবা

মীঁস্বোকচা কদায়বু কৌবগে হায়বশিদা চমন্নবা অমত্তা লৈতে। চমন্নহন্নবা ঋরম থীবশু যংদে। ইং কুমজা ১৯৪৯ গী মমাংদনা, মীঁরৈবাকচা হায়রগা-মণিপুবদদি ভারতবাশীদুশু চল্লি। ইং কুমজা ১৯৫০-৫১ দদি, ভারতবাশী নত্তবা মীঁরৈবাক্তংগী লাকপশিংদু মীঁরৈবাকচা ওইনা, তারতকী কনষ্টিট্যুশন্না পীবে (আর্টিকল ৫ শুবদগী ১১ শুবা ফাওবা)।

মথংগী ৱাহংনা, মণিপুরদা মীঁবৈবাকচা লৈৱ্রা; লৈরগনা তাঙ্খোক্লদ্রা হায়বশিনী। মীশিং হেঙ্গৎপগী চাংদা অঙ্ক হোৎপদগী, অমদি মিৎ-নাকোংনা উ তাবদগী, মণিপুরদা লৈফম থোক্তনা চঙলকখীবা মীঁবৈবাকচা লীশিং কযা লৈবে। খুদম ওইনা জিবিবামমত্তন্দা মীঁবৈবাকচানা চান্দা হুমফুতরা মীশিং ওইবে। মণিপুর সবকারনা ১৯৮০ দা মখোয়বু মবৈবাকশিংদা হলহনখীবা মহৈবোর্যশিংগা চে সহি তৌনখ্রবনি। ওক্তোবর তাং ২৪, ১৯৯৪ দা মতমদুগী চীফ মিনিষ্টর ওইরন্না নিংথেমচা দোবেন্দ্রনা, ৱাফম অসি স্তেতমেন্ট অমদা য়াখ্রবনি। ময়াংশিংগী মবত্তন, ভারতবাশীদি মীঁবৈবাকচা ওইদে- ভারতকী কনষ্টিট্যুসনগী ফিবান্দা যেংবা তারগদি। ভাবতবাশীনশু মণিপুবগী লম লৈবা থিংনবা আইন অমা খুদত্তুন তঙায়ফদ্রবনি। এম: এল: আর: এক্ট, ১৯৬০ শেমদোকপা চঙই; সেপতেম্বর ১৫, ১৯৮৯ দা শেমদোক্লবা বিল পাস তৌখি।

হিরম অসিদা, অয়েৎপা ইঁরৈ লৈতবা নত্তে- মখোয়দুদি, ১) ভারতকী কনষ্টিট্যুসন ফোরেনর্সকী আইন খণ্ডদবশিংনা মীয়াম্বু লান্না লমজীংবা, অঁহৈবা শাবা ; ২) মীঁরৈবাক চাগী অবানবা, লৌবা চুমদবা শেলথুম, ভোৎ বেঙ্ক য়াওদনা, মশাগী মেরিতনা মীহুৎ ওইবা ঙমলোয় খনবা, ওইজবা খমথেংনা থিবশিংনা মীঁরৈবাকচাশিংবু লোৎশন্নবা, মরৈবাকপু য়োম্বোক্লবা, মশাবু মাইনোরিতি তানবা হোৎনবা মীওইশিংনা তৌবা থৌশিল অমদি হিগাযরা ; ৩) ইন্তরনেসনেল প্রোলেতারিয়ানিজমবু মুন্না খণ্ডবদগী, নত্রগা, মশাবু নমথাক তৌজবা কম্যুনিষ্ট

রেনিগেদশিংনা, শেরান্নৰা শন্দোকপা ওইদবা প্রচার ; ৪) মীরৈবাকচাশিংবু ধর্ম্মগী মিংদা, কুচুগী মিংদা কুপশন্দুনা থম্না, শেরান- তুরান উবা খুঙ্গংগী লুচিংবশিং; ৫) ইং কুমজা ১৯৫১ দা চঙলকখীবশিংনা চহি ৫-১০ লৈতাখিবদগী, মীওইবগী অৱা- অনাগী ৱা (কমপেনসেসন নত্রগা, শেলগী মতেঙ খবা পীদ্রবদি অৱাবা তারগদবা মীরৈবাকচা); ৬) মণিপুর সরকারনা জুলায় ২২, ১৯৮০ দা য়ানখীবা এগ্রিমেন্ত পাংথোক্তবদগী, মতম কুয়বকপদগী মীবৈবাক্কী পোৎলুম হেল্লকপা ; ৭) সরকার পায়বা ওফিসিয়েলনা মপুকচেল চেত্তবদগী থোরকপা খুদোংচাদবা কয়া। মদুগী মথক্তা মইহেরোয় নংহারোলশিংনা ঈহৌ অমুক তৌরগা, মখা তানা শমথবা (ফোলো-অপ) তৌনা হাংপা অমদি, মরক মরক্তা, মবুকচেল ফাবা ঙমদবা, মীওইনা মইহেরোয়গী মরক্তা য়েপশন্দুনা মতমশিগী চমোৎলায় নাবা রাজনিতি তৌরকপা- পনবা য়াই। অপনবশিং আসিবু লৈতাহনবা, শুগায়না তেমখায়বা চংই।

## নোত

য়ু: এন: গী ওইনা হৌজিক ফাওবদা, 'ড্রাফত দেক্লোরেসন ওন দ রাইত ওফ ইন্দিজিনয়স পীপলস, 1995' লৈবে। মণিপুরগী ওইনাদ মণিপুরগা চীঙ এমদা মীতৈ অমদি ট্রাইব ৩৩ দা তামিন্নবম্বনিনা, মণিপুরী পুম্না ইন্দিজিনয়স পীপল ওইবে— মখোয়গী হক য়েৎনবা লৈতনা লৈ। ১৯৪৯ গী মতুংগী মীবৈবাকচানা মণিপুরদা লৈনবগী হক লৈতে, মবমশু লৈতে (য়েংগদবা আর্টিকল ৩, ৩১, ৩৪, ড্রাফত দেক্লোরেসন)।



তিবেতো-বর্মান ১দি সিনো তিবেতান লোল ঙাংইবা মণিপুরগী (কংলৈপাক্কী) চীংমী-তম্মী অসিগী ঈপাও-ফাওনবগী লোলদি মীতৈলোল– হৌজিক্তা, মণিপুরী হায়না খঙনরবা লোলশিনা চহি চা কয়া ওইদুনা লাকই। জে: ঐচ: হত্তননা ইং কুমজা ১৯৩১ দা ইরমই : "ইন দ স্টেট ওফ মণিপুর, দ মেজোরিটি ওফ মেল ট্রাইভসমেন আর বাইলিংগুইয়েল ইন ডিয়ার আউন তঙ্গস এণ্ড মণিপুরী, হ্বাইল এ কম্বাইন্দ নোলেজ ওফ সম কুকি লেঙ্গোইজ, সম নাগা লেঙ্গোইজ এণ্ড দ মণিপুরী লেঙ্গোইজ মষ্ট বী এক্সট্রিমলি ফ্রিক্কেন্ট" (সেন্সস ওফ ইন্দিয়া, ভোলুম ৱান, লাঃ ৩৫৫)।

মণিপুবী হায়না খঙনরিবা কংলৈপাক (মণিপুর) দা ষ্টেটকী লোল ওইবিবা ১দি বর্মাদা নত্রগা, বঙ্গলাদেশ অমদি ইন্দিয়ান রিপব্লিককী কংলৈপাক নত্তবা অসাম অমসুং ত্রিপুরাদ, তারিবা মীতৈশিংনা ঙাংনরিবা লোল অসি, মানা ফংফম থোকপা শকখঙবীবা অদু ৱাংলি। মালেমগী লৈবাক ৩ গী মীওইশিংনা ঙাংনবনা, মীতৈলোল ইন্তরনেসনেল লেঙ্গোইজ অমনি, ইন্দিয়ান রিপব্লিক্কী, ষ্টেট লেঙ্গুইজ অমা ওইবা অমদি ষ্টেট অহুমগী মীওইগী লোল ওইবনা, নেসনেল লেঙ্গুইজ অমনি। হৌজিক্তি, কনষ্টিট্যুসন্না শকখঙলে। অশেংবা ৱাফম্না মসি ওইজরবশু ইণ্ডিয়ান য়ুনিয়নগী লৈবাক ঙাক্লিবশিংনা শুপ্নম তৌদুনা, মণিপুরী নেসনেলিতি অমদি নেসনেল লেঙ্গুইজ অসি ১৯৪৯ গী ওক্তোবর থাদা ঐখোয়গী লৈবাক্না ইন্দিয়ান য়ুনিয়ন্দা য়াওখীবদুদগী মতমচুপ্পগী ওইনা মুখস্রসনু হায়না পীখিবা ইথিলদুবু মীয়াম্না শিংনদুনা লাকখি। মালেমগী মপুংওইবা এনসাইক্লোপেদিয়াশিংদা, মীতৈলোনবু শকখঙবগী মরমদা ইরি।

ইকুই কুইদনা, বিষ্ণুপ্রিয়া কৌবা অসাম-বেঙ্গল তাইনফমদগী হৌরকখিবা আর্যান কাংলুপ অমনা মখোয়না অশেংবা মণিপুরীনি ১দি মখোয়গী লোলনা

অশেংবা মণিপুরী লোলনি হায়দুনা লাওদুনা লাকই। লাইবক থিবদি ঐখোয়গী লোল অসিবু মওং চুম্না চাওখৎহনবা মণিপুরী অপুম্বনা পামজরবশু, মণিপুরীশিংবু আর্যানশিংগী হম্বুবা থাক্তর লাইমিং লৌনবা হোৎনবিবা, অখঙ অহৈগী মশিং ল্লাংপা নত্তে। মখোয়না মখোয়গী লোল চাওখৎনবা অল্লাবা চৈথেং ফংবগী মহুত্তা, আর্যানশিংগী লোল অপুম্বা মণিপুরীদা তক্তুনা য়ানশিন্দুনা চহি ১০০-২০০ গী মনুংদা লোল অসি মীবোলগী ঈপাক্তর তিন্দুনা মাঙখিগনি হায়বসি খঙদবগুম তৌই। হৌজিক্কী থাক ফাওবদা, মীতৈলোল অসি পার্টস ওফ স্পীসকী কনজংসন ওইবা হৌরে। মখাগী পরেং অসি করি লোলনো হায়বা ঙম্নিব্রা ? ঐখোয়গী মায়চৌশিংদগী থোরকলিবা মীতৈলোল য়েংলুরগা, লোল অসি মুংখীবা য়াবগী খুদম ফংই। মখাগীসি পন্দিতশিংনা ইরিবা ইমা লোলনি :

ব্রহ্ম মুহূর্তশিদা ধদকারন তৌবীবিবা
মানন্য অতিথি সকলদা সহায় লৈজদ্রবা ভক্তনা
মণিপুবী সাহিত্য সংগথনগী নামদা অভিনন্দন
পীজবি। বন্ধু সকলনা ভাষাসিবু উচ্চস্থান্দা
ধারন তৌনবা বলিদান তৌবিয়ু।
-অপনাগী কবি শান্তীদাস

## লোল অমদি পুদিন নৈনরোল

লোল অমা নৈনবদা, লোল অদুবু ঙাংলিবা নেসনেলিতি অদুগী পুন্নারী চাওখৎপগী থাক, ফুরুপ (নেসনেলিতি) মশেল লৈমিন্নরিবা মরী লোল অদুবু ঙাংলিবা মীওইশিংগী অল্লা-নুংঙাই অমদি অপুনবা শক্তম নৈনদ্রবদি, নৈনবা অদু মপুঙ ফারোই। অমরোমদা, লোল অমবু লেঙ্গুইষ্টিক সাইন্স, ফিলোলোজি, স্ক্রিপ্তোলোজি, ইপিগ্রাফি, ইতিমোলোজি, হিস্তরিকেল অমদি আরকিওলোজিকেল ইভিদেন্সগী মতেং লৌদুনা অশেংবা শক্তম মশক লেপ্পা চঙই।

লাইবক থীবদি, মশানা মশাবু চাওখৎপনি হায়দুনা চহি ৩,০০০ চুপনা শেরান্ননা খনদুনা লাক্লিবা অমদি লান্দাবদা তৌদুনা লাক্লিবা আর্য কাংবুশিংনা,

হিন্দি হায়বদি মাগী মমারোল নত্তবা লোল অমত্তা শোকউ য়াদবা অসিনি। অদুবু মখোয়না ১০ শুবা শতাব্দিদা শেমখিবা হিন্দি হায়বসি ঙসিগী ইন্দিয়াদা হান্না লৈরম্বা নেসনেলিতিশিং– দ্রাভিদান, ওস্ত্রিক অমদি তিবেতো- বরমানশিংনা ঙাংদবা য়াদে হায়বগুম লেপ্তুনা শন্দোকই। মসিদা দি: এম: কে: গী লুচিংবা করুনানিধিনা "ইলুস্ত্রেতেদ রীকলি" দা শিংনদুনা ইখি - নখোয়না (আর্যশিংনা) অনিসিগী মরক্তব অপাম্বা অমা খল্লু - হিন্দি নত্রগা নেসনেলিষ্ট ময়াম্না পুন্না লৈমিন্নবা ইন্দিয়া কৌবা লৈবাক অমা। ইকুস্ট বুইদনা, ইং কুমজা ১৯৮৫ দা ওল ইন্দিয়া রেডিওনা আকাশবানী হায়না খা থংবা ইন্দিয়াদা লাওথোক্কুনা চাংয়েংলুবদা, এ: দি: এম: কে: গী লুচিংবা এম: জি: আর: না থিংবদগী মথংগী নুমিত্তগী লেপখি। অশুম্না, আর্যশিংনা মখোয়গী পুরারী, কলচর, লাইনিং লোলখক্তং ওইনবা হোৎনদুনা লেপ্তুনা লান্দাবদগী লৈবাক অসিগী মফম খুদিংদা ইথনিক এক্সপ্লোসন ৩,০০০ থোকখি। নেসনেলিতি মশেল ইকায় খুম্নবা, লৈবাক ঙাকমিন্নবা, লান্দানদবা, নমথবগী থৌরাং পুম্বা লেপ্পা হায়বসি ঐখোয়গী লোল অমদি কাংলুপনা হিংনবা লম্বেলনি। মণিপুরী লোলদি ফিভমসিদা হিংবা লাইনা থোকতে।

## ইন্দিয়াদা ঙাংনরিবা লোলগী ইমুংশিং

১৮৯১ দা পায়খৎখিবা ইন্দিয়াগী লোল পুম্নমক্কী থিজিনবদা গ্রীয়রসন্না ফংলকপদু মখাদা পিবি। (লেঙ্গুইষ্টিক সরভে ওফ ইণ্ডিয়া ভোলুম টু)

| লোলগী ইমুং | লোল ঙাঙলিবশিংগী মশিং<br>লিঙ্গুইষ্টিক সর্ভে গী মতুং ইন্না | ১৯৯১ গী মীকোক<br>পীবগীমতুং ইন্না |
|---|---|---|
| ওস্ত্রিক | ৩,০৫২,০৪৬ | ৪,৫২৯,৩৫১ |
| মান | - | ৫৯১ |
| করেন | | ১,১৪,০২৬ |
| তিবেতো চাইনিজ | ১,৯৮৪,৫১২ | ১২,৮৮৫,৩৪৬ |
| দ্রাভিদান | ৫৩,০৭৩,২৬১ | ৬৪,১২৮,০৫২ |
| ইন্দো য়ুরোপীয়ান | ২৩১,৮৭৪,৪০৩ | ২৩২,৮৫২,৮১৭ |
| খংদোক্তবা | ১০১,৬৭১ | ১৫,৫৯৮ |
| অপুনবা মশিং | ২৯০,০৮৫,৮৯৩ | ৩১৫,৫২৫,৭৮১ |

তিবোতো চাইনিজ নত্রগা তিবেতো বরমান ঙাংবা মীশিং ১৯৬১গী মীকোক থিবদা মী লাখ ৩২ রোমদনি, অদুবু মসিগী মনুংদা ইন্দিয়াগী লোল থাবা য়াবা ২০১ গী মনুংদা লোল ১০০ খকতি ইমুং অসিগী মনুং চল্লি (ইন্দিয়াগী লোলশিং, মতমগী খোংথাং, মার্চ ১৯৭৪, ইম্ফাল)। লোলশিং অসি হিমাচল প্রদেশ, কাশমির, অরুনাচলগী গিয়ারুং সিসমি, আসাম, ত্রিপুরা, মেঘালয়াগী, বোরো কাংলুপ ১দি মণিপুব, নাগালেন্দা ঙাংনৈ।

| লোলগী মমিং | ঙাংলিবা মীশিং |
|---|---|
| মীতৈলোল | ৭,০০,০০০ |
| বোরো | ৩,৫০,০০০ |
| গারো | ৩,০০,০০০ |
| ত্রিপুরী | ৩,০০,০০০ |
| মিজো | ২,৩০,০০০ |

(১৯৬১ ফাওবদা)

মালিয়াফমগী চহি খুৎপাদা, ইং কুমজা ১৯৮৫ অসি মালিযাফমচা কুমজা ৩,৩৮১ ওইনা মীতৈগী অবিবা থিজিনবা স্কুল অমনা পীবী। মশোমদা যেংলগাদি লোল অসি ইন্দিয়াগী ৮ শুবা শেদ্যুলদা চল্লিবা দ্রাডিড্রানগী লোল ৪ অসিখক্তং নত্তনা অতৈ পুন্নমক্তগী হেন্না লিবে খাং না যাই। অথেংবা মতমগী সানগী বাবী লাইবিক্তর পনবা ফাওবদা লোল অসিংু কনা ঙন্না পল্লি। "মৈথৈস ইজ দ চিফ লেঙ্গোইজ ওফ দ মণিপুরী ভেল্লি, এণ্ড হেজ এপারেন্টলি হেদ এ লোং এণ্ড ইণ্ডিপেণ্ডেন্ট ডিভেলপমেন্ট। দ মণিপুবীজ আর মেনসন্দ ইন দা সান ক্রোনিকলস এজ আরলি এজ ৭৭৭ এ: ডি: প্রোবেব্লি ওৱিং টু দা ফেক্ট দেট ইট হেজ ডিভিলপদ ইনটু এ লিটবেরি লেঙ্গুইজ। ডিয়াব ফোর্মস ওফ স্পিচ গিভস দ ইমপ্রেসন ওফ পোজেসিং এ পেক্যুলিএরলি আরচ্যেক করেক্তব। ওলথোউ ডে হেভ বিকম থারাউদলি সবজেকটেদ টু হিন্দুস্থান, ডে হেভ নোট এডোপটেদ এনী আর্যান টঙ্গ; মৈতৈ ইজ দ ওফিসিয়েল লেঙ্গোইজ ওফ দা ষ্টেট হিৱচ ওল ওদর ট্রাইবস হেভ টু যুজ ইন দিয়াব ডিলিং ৱিথ দ কলর্স" (গ্রীয়বসন, লেঙ্গুইটিক সর্ভে

ওফ ইণ্ডিয়া ভোলুম থ্রি, পার্ট থ্রি, লাঃ ৮ )।

বেঙ্গলীশিংনা মীতৈবু মোগলাই; থাদৌশিংনা মৈ লৈ, আসামিশিংনা মেকলে নত্রগা, মেখালী, বরমিজশিংনা পোন্না নত্রগা কথে হায়না খঙনৈ। সুনিতিকুমার চেতরজীনা (লেঙ্গোইজ এণ্ড লিটরেচর ওফ মোদর্ন ইণ্ডিয়া, কলকতা, ১৯৬৩ লাঃ ৯০) মীতৈলোলগী মরমদা থিজন হুমজল্লবা মতুংদা ইরি - "দ মোষ্ট ইম্পোরটেন্ট লেঙ্গোইজ ওফ দিস গ্রুপ ই মৈথৈস (মৈতৈ) ওর মণিপুরী (ওভর থ্রি লাক্ষ পিপল)। ইট হেজ এ রেসপেকটেবললিটরেচর হিৱচ গোজ বেক টু এট লিষ্ট এ থাওজন্দ ইয়ার্স ফ্রোম নাউন (১৯৬১),.... দা লেঙ্গোইজ হেদ একয়ারদ এন অলফাবেত ওফ ইৎস অউন, বেজদ ওন দ ইণ্ডিয়ান অলফাবেট এণ্ড দিস-কনটিন্যুড ইন ইউজ রাইট ডাউন টু দ মিদল ওফ দি অইটিনঠ সেনচুরি, হেৱেন দা মৈথৈজ এদোপটেদ গৌরিয়া ওর বেঙ্গলী বৈষনবিজম এণ্ড টুক অপ দা বেঙ্গলি স্ক্রিপ্ত"।

ময়েক্কী মতাংদা বেঙ্গলী ময়েক চৎনবসি মতম অমগী খুদোংচানবগীদমক্তা ওইজরবশু ঙসিদি মীগী ময়েক অসি থাদোক্লবা হৌরে। ১৯৮৭ কী নবেম্বর ১৬ তা শেমখিবা মীতৈ ময়েক এক্সপার্ট কমিতি (গোভর্নমেন্ট ওফ মণিপুরগী ওর্দর নম্বর ১/৩৩/এস এস ই/৭৮ তাং ১৬/১১/৭৮) না মীতৈ ময়েক চৎননবা য়ারেপ লৈঙাত্তৱ, ৬/৮/৭৯ দা পিখৎখ্রে। চহি কয়াগী মমাংদা, মীতৈরোন্দা বেঙ্গলী নত্রগা আর্য্যশিংগী লোলনা মপুং ওইনা য়াল্লগা ঙাংদবা মীশিংবু চাওখৎতবশিঙদা চনবিরমই - মদুশু হোংদোক্লরক্নে।

মীতৈলোল ১দি মীতৈ ময়েক্লা লম লোয়চনবদা হালেংদবা আর্য্যশিংগী খায়াত্তা তাদুনা চহি কয়ামরুশি লাকলবশু, লোয়চনবা লাকলিবশিংগী চাকখাওমক য়ৌবা ঙমদনা, মরু পলহন্দুনা লাকলিবসি মায়চৌ খোনাংথাবা ১দি মায়চৌ অতৈগী খোঙ্গুল লিবদা, লৈবাক নিংথৌনা অৱাফমদা পিবিদুনতা লাক্লবা মায়চৌ অমদি মীতৈ মরুপকী কথোকপননি। হায়রিবা অথৌবশিংসিনা অৱাবা কয়া পামহৈবা হাকতত্তুগী ঙসিফাওবা পুদুনা লাক্লিবনি। ২০ শুবা শতাব্দীদা, বেঙ্গলী লোল শন্দোকপা লাকপা মীতৈ লাইরিক হৈবা অমদি মখোয় খরতগী য়েংদুনা শেমলিবা মণিপুরী সাহিত্য সঙ্গতনশিংগী খুত্তা ফনা ঙন্না লোল অসি মরু ফুক্লা মাংখিরক্লা

য়ারবনি। মতম পুম্বদা, অৱাফমদা তাদুনতা লাকখিবা মায়চৌশিংগী মক্ষমদা, মীতৈলোন ঙাংবা মীপুম্বনা শিংবা ঙমলরোইদৌবা লমন তোল্লে হায়বা তাই। য়াম্না ইকায়নিংঙাই ওইবদি পার্মহৈবা মতমগী মায়চৌ ৭কী মমিংদা লৈবাকনা নত্রগা লৈঙাক্লা ইকায়খুম্নবা য়াবা থবক থৌরাং অমত্তা পায়খৎতবা মসিনি। মখোয়না ফৈগাক ফৈরমদ্রবদি, ঐখোয় লোয়নমক ময়াং ওল্লম্বশু ওইথোক্তবা নত্তে। ময়াং মরোল ওনদে হায়বতং খাকলুরবা লোল অসি, ২০ শুবা সেনচুরীদদি মায়চৌ নাওবিয়া ফুলোনা মিৎ মায় পাংহনবগীদি, ময়াংমচানা শেম্বা কুদগী শৎলকখিবনি-অদুমকপু, ময়াংমরোলনা শকশোনবা হায়বদু চখনবা য়াওরি।

## ইমালোল অমদি ফুরুপকী ৱারী

আর্য্যশিংনা ইন্দিয়াদা লান্দাবকত্রিঙৈগী মতমদা, লৈবম্বা ফিভম অমদি আর্য্যশিংগী লোলগী– মরমচৎকী মবমদা অখণ্ড অহৈনা পীরি- "ইন ওল দিস ওভরলেপপিং এবিয়া দ ইন্দো-য়ুবোপিযান লেঙ্গোইজেস আব দিফিনিটিভলি ইনক্রুসিভ এন্দ দ মোঙ্গোলোইদ এলিমেন্ট ইন দ পোপুলেসন ইজ স্ত্রোং ইনফ টু বিটেন ইটস আউন লেঙ্গুইজেস। ৱান ওফ দ মোহেনজোদাবো স্কলস হেজ বীন আইদেনটিফাইদ এস দিফিনিটিভলি মোঙ্গোলিয়ান এণ্ড ফ্রোম দ লোয়েষ্ট ষ্ট্রাটম ওফ দ ইস্কেভেসন ফিগরিন্স ৱিথ অন-মিসটেকেবল মোঙ্গোলিয়ান ফিচরস, হেবিং দ তাইপিকেল স্লোপ্পিং নেরো আইজ ওফ কেরিকেচরস ওফ দেট তাইপ" (হট্টন জে: ঐচ:, সেনসস ওফ ইন্দিয়া, ১৯৩২ ভোল্যুম ১, নিউ দিল্লি লমাই ৪৪৮)। অখণ্ড অহৈ ময়াম্না পীবদু পুন্না য়েংলুরগদি, অরিবা চাওখৎপসি দ্রাভিদান নত্রগা মুন্দা কাংলুপ ওইরমগনি, অমরোমদা মোঙ্গোলিয়ানগী খুদম ফংবশিংনদি চাওখৎপা অসিদা মোঙ্গোলিয়ানশিংশু শরুক য়ারমব্রা হায়বসিনি। মীতৈলোন অমদি তিবেতো বরমনগী লোলনা, আর্য্যগী লোলশিংনা লৈবাকসিদা চাওখৎত্রিঙৈদা হাম্না লৈরম্লে হায়না লৌবা য়াই।

ঙসি ফাওবা লৈবাকশিগী লোলগী মরী অসি লৈখায় তাদ্রি হায়বা য়াই। হন্না য়েংখৎখীবদা– লৈবাক্কী ৱাথোক, লোলগী ৱাথোক পুম্বমক শেলথুমগী ফিভম ঙাক্তগী ৱা নত্তনা, আর্য্যশিংনা ঙসি ফাওবদা অতোপ্পা নেসনেলিতিশিংগী মথক্তা,

লোলদা অমদি চৎনবীদা লান্দাবা লেপত্রি। আর: সি: মজুমদারনা নৈনরি: "দ জৈনা সুত্রাজ রিপ্রজেন্ট দ পিপল ওফ রাধা (বেষ্ট বেঙ্গল) এজ অনকলচরদ এণ্ড ওলমোষ্ট সেভেজ... বট ওলদো দ অরিয়ান্স লুকদ দাউন অপউন দ প্রিমিটিভ পিপলস হুম দে মেট ইন ইন্দিয়া এজ অনকলচরদ ওর সেভেজ, দ এজামপলস ওফ দ মোহেনজোদারো, হারাপা এণ্ড মেনী ওদর সাইটস ইন দ ইন্দস ভেল্লি লিভ নো দাউবট দেট সম ওফ দ পিপলস লিভিং ইন দিস রিজ্যন পোজেসদ এ হায় দিগ্রি ওফ মারসিয়েল কলচর এণ্ড মে ইভন বী সেদ টু হেভ এক্সেলদ দ অরিয়ান ইন দিস রিপোর্ট। দ সেম থিঙ ব্রাজ প্রোবেব্লি অলসো ট্রু ওফ দ পিপল ইন ইষ্টর্ন ইন্দিয়া" (আর: সি: মজুমদার, এক্সপানসন ওফ অরিয়ান কলচর ইন ইষ্টর্ন ইন্দিয়া, অতোম বাপু রিছার্চ সেন্টর, ইম্ফাল, জুন ১৯৬৮ লা: ২-৪)।

আরকেওলোজিকেল অমহিত্তি অতৈ ইভিদেন্সনা মৈতৈ কাংলুপ অমদি মাগী লোল অসি মালেমগী লিরবা লোলশিংগী মনুংদা চলহনলবশু, ঐখোয়না হেন্না থিজিনবা ব্রাংলি। অদুমকপু, মালেমগী লিরবা আর্য্যশিংগী চাওখৎপগী মতমগী মমাংদগী লৈবম্বগী খুদম অমদি ব্রাফম খরা ফংলবনিনা, মৈতৈলোল অসি যাম্না ইকাযখুম্নবা যারবা লোল অমা ওইজরে।

## মালেমগী পুদিন চাংদম্নরোল

মীতৈলোল— মালেমগী লিরবা লোলগী মরক্তব অমা ওইবনা, লৈবাক অতৈগী লোল অমদি পুদিনগী হৌরকপা মতমগা চাংদম্নরা নৈনবগী দরকার হৌজিক ওইরে। অনৌবা মনিপুরী লিটরেচরদা ইংলিস অমসুং বেঙ্গলি অমদি, হৌজিক্কি মতমদা হিন্দি লিটরেচরগী মমি খরা তাবগী খুদম ফংলবশু লিরবা লোল অসিনা অমদি পুদিন্না অতোপ্পা লোলদা মমি তাহনবগী খুদম ফংদ্রি। হৌখিবা চহি খরশিদা, খুন্নাইগী অচৌবা শাফু কয়া অনৌবা মীরোলনা পীরকপদগীদি, মমালোনবু হম্বনা লৌরম্বা সাহিত্য সংগথনগী মরক্তশু, মমালোলদশু মরিকচুম্বা, মথম্মোয়গী ব্রা তেংথোকপা ঙমই হায়না উৎপা, অইবা (রাইতর) খরা থোরকই।

নোংচুপকী লোল অমদি পুদিন অসি য়াম্না নৌরি হায়না এসিরো বেবীলোনিয়ানগী পুদিন— মকওইনা লাইশোন শকশোনবগী মচাক্লা। খৃষ্টমাং ২৫০০

দা হৌখি হায়না ফংই। অরিবা হিব্রুগী পুদিন্না খৃষ্টমাং ১২০০ দগী হৌখি হায়রি। হৌজিক্কী ইংলন্দদা খৃষ্টমতুং কুমজা ৫০০-৬০০ তগী এঙ্গলো-সেকসোন অমদি জ্যুটিংগী চিন্দা লৈহৌবা শৈরেংগী চৎনবী শেমখি। ইংলিস প্রোজনা তরেৎশুবা শতাব্দিদা হৌখি হায়না পল্লি। রসিয়াগী পুদিন ইবা হৌবা ১১ শুবা শতাব্দিদা, আমেরিকাগীনা ১৯ শুবা শতাব্দিদা হৌখি হায়রি। ( মাইক্রোপেদিয়া, ভোলুম ১০, ১৯৮৩ )।

নোংপোকলোমগী ওইনা খৃষ্ট মমাং ১৪০০ দা, চীনগী পুদিন্না মপুং ওইনা হৌবগী ৱা পল্লি। জপানগী ওইনা অহানবদা চীনগী লোলদা ইরম্বদগী, মশাগী ওইবা লোলদা ইবা হৌবা অসি খৃষ্ট মতুং ৭ শুবা শতাব্দদগী হৌখিবগী ৱা ইরি। অশুম্না, ইন্দিয়াগী, মালেমগী চাওখৎলবা পুদিনগী ৱারী য়েংলুরগদি মীতৈগী লোল অমদি পুদিন অসি নোচুপ্পুগীদি খরা হানবা অমদি, অঙনবা মতমগী নোপোকলোমগী চাওখৎলবা লোল অমদি পুদিনগী শরুক অমা ওইনা লৌবা য়াই। মীতৈরোল অসি চাওখৎতবনি ঙরাংতগীনি হায়না খনবিবগী মহুত্তা মালেমগী প্রোজদা লময়ানবা লোল খরগী মনুংদা অমনি হায়না লৌবিবনা চুমগনি। মীতৈলোলদগী ইংলিস, স্পেনিস, চাইনিজ, ফ্রেনচ, আরাবিকতা হন্দোকপা ৱার্কত লৈতবনা মরম ওইদুনা মালেমগী ক্লাসিকেল লেঙ্গোইজ অমা ওইবগী মচাক লৈজরবশু, ইকায়খুম্নবা অদুদি ফংদ্রি।

ঐখোয়না চাওখৎলে হায়না লৌরুরবা ময়াংগী লোল খরা অসি, অনৌবা মতমদা ব্রিটিশ মিশন্নরিশিংনা শেমখি শাখিবা ঙাকনি। চাওখৎলে হায়জরিবা লোল খরসিনা, মীতৈলোলগী মতুংদা য়াম্না লাপনা ইন্নরকলমগদবনি। ১৮ শুবা এ: দি: দা বাবতিষ্ট ৱিল্লিয়ম কোনেনা বেঙ্গলি দিক্সনারি (ৱাহৈ ৮০,০০০) ফোংদুনা, বেঙ্গলী গ্রামার অমদি কাথোপাকাথম ( কোলোকুএল) অমদি ইতিহাসমলা - ৱারী মচা ইদুনা ফোংদোকপদগী, অনৌবা বেঙ্গলীগী লিটরেচর পোকপা অমদি মঙাল লৈবা হৌখি। ১৭ শুবা শতাব্দীদমক হিন্দিনা মপুং ফাবা লোল ওইরকখি। হিন্দিনা পোকপা মতমদদি, মীতৈলোল অমদি মাগী পুদিনদি পুন্সি মতোললোমদুনা, লৈরম্লবনি। দ্রাভিদিয়ান লিটরেচর মীতৈলোলগুমনা য়াম্না লীজরবশু ১৬ শুবা শতাব্দীদা খৃষ্টিয়ান মিসনারীনা ছাপা নম্বা লাইরিক থোকপদগী

মপুং " . হৌখি। আর্য্যাশিংগী ... অ... খাপু শর্ম্মনা ইং কুমজা ১৯৩৩ দা 'দৈনিক মণিপুর' থোককপদগী, অনৌবা লিটরেচর ইবগী মতম লাকখি। মদুগী মহে ওইনা অনৌবা লোইন শিলোল (প্রাঁন) থোরকই। লোল অসিগীদি চাওখৎপদি লায়রদুনা, হিংবা হিংদবগী রাফম অসিনা হেন্না মরুওইনা লৈরকলি। মসিগী মরুওইবা মতমদি লোনগী লান্দারকপা অমদি ঙাকথোকপা ঙমদবনি।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী পুবারীদা লৈতাদবগী মতম্না হেন্না শাঙবা, অমদি লৈতাদবগী মরম ঐখোয়গী খুনাইদগী থোকপনা মরম ওইদুনা, ঐখোয়গীদি অমম্বা অসি য়াম্না তোয়না থোকখি। পামহৈবা হাকতক্কী মায়চৌশিং-লৌরেম্বা খোংনাংথাবা, লাঙ্গোল লুখোই, য়ুম্নাম তোম্বা, খাইদেম তোম্বা, রাংঙু বাজি, কামেং ফাদিব অমাম্তক খোঙাসুল তেকপিপানা মমি শামখ্রবা মতুংদা, লাইনিংদা অনি থোকপা, খুনাইগী চৎনবীদা অনি থোকপগী, চৎন পাথাপ অমা লাকখিবনা ঐখোয়গী অবিবা লোলনা চাওখৎপগী মহুত্তা হিংনবগীদমক্তব লান শোক্লদুনতা লাকখি।

বামোন খুম্বোকলোয়া পীবদা কিয়াম্বা হাক্তক্তা (১৪৬৭-১৫০৮) বামোন্না মৈত্রবাক্তব চংবা হৌখি হায়রি। অহানবা বামোন ১৮ গী মনুংদা ১৫ দি মীতৈ নুপী লৌখি। চুবচান্দগী হাক্তক ফাওবদা বাবোন ৭৮ চংখি হায়। ৪৮দি মীতৈ নুপী লৌখি। অমখক্তংদি মবৈবাক্তকী নুপী পুরকখি হায় (সাইবেম নীলবীব, খোঙথাং মার্চ, ৭৮)। ১৬ শুবা এ: দি: দা চংলকপা হৌখিবা পাঙন (মুসলিম) শিংদা নিংথৌনা য়ুম্নাক ৫৮ পীখি। ১৫-১৬ শুবা এ: দি: দা চংলকখিবা বঙ্গালিশিংনা লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা মীতৈ ওন্দুনা লৈখি। চীংমীশিংদি মীতৈগা য়েলহৌঙেদগী পুল্লকপনি। মখোয়গী শলাই লৈজে, মখোয়গী চৎনবী– মীতৈগী অরুবা চৎনবীদা য়াওদবা য়াদে। খরদং পাকথোক্লা য়েংলবদি, মীতৈলোল হৌজিক্কী চীংমী-তম্মী মণিপুরী পুম্নমক্কী লোল অমা ওইরক্লি। অদুবু ঙসি ঙরাংদি চীংমী খরনা, লোল অসিবু হান্নগুম্না য়েংলম্বদুদগী হোংলকপগুম উই। ভারত লৈঙাক্কী ওইনা তিবেতো-বর্মন লোন্দা থওইদবা শাংনা য়েংলকখিবদগী, চীংমী-তম্মীগী অপুনবা লোল অসিবু, নাকপাক তানা য়েংনবগী তাঞ্জা শেমখিবনি।

· ঐখোয়না আর্য্যশিং, দ্রাভিদানশিং, মুন্দা, অস্ত্রিক্কী লোল চৎনবী য়াম্না

ইকায় খুম্নজবগুম্না, আর্য্যশিংনদি মদুগী লমন শিংবা ঙমদবশি মীওইবা খুনাইগী লাইবক থিবনি। আর্য্যগীদগী তাদবা হেন্না চাওখৎপা লোল অমা হান্নবা লৈরম্রবদি, মদুবু মোংফমদগী চিংথোক্লেগা হিংহনবা হায়বসিদা আর্য্যশিংগী করিমতা মাংবা নত্তে। অদুনা ৱাখল খনবা হৈরবা মীতৈ নহারোলনা, মালেমগী য়াইফনবা খন্দুনা নমদুনা আর্য্য ওনবদগী ইমালোল, চৎনলোল, পুৱারীবু কলহৌনবা লেপ্পা লৈতনা অৱাবা চৈথেং মায়োক্লরি।

গ্রিয়াবসনগী লেঙ্গুইসটিক সবভে ওফ ইন্দিয়াদা, লৈবাকসিগী লোল পুম্নমক নৈনববা মতুংদা লোলশিংনা হিংজনবগী সরভাইভেল লো অমা পিরমলি । মহাক্না চহি ১০০ গী মমাংদা, হায়বীবম্বসি ঙসি ফাওবদদি শোইদনা চুমলি।“ ইন ইন্দিয়া, দ ইন্দো-অবিয়ান লেঙ্গোইজেস, দ লেঙ্গুইজ ওফ সিভিলাইজেসন এণ্ড ওফ দ কাষ্ট সিষ্টেম ৱিথ ওল দ পাৱাব এণ্ড শুপবিওবিটি হুইচ দেট সিসটেম কনফবস ওপোন দোজ হু লিভ অন্দব ইৎস স্বে, আব কনটিনুৱেল্লি সুপবসেদিং হবাট মে, ফোব সোর্টনেস, বি কোলদ দ এবোবিজিনেল লেঙ্গুইজেস সস এজ দোজ বিলোংগিং টু দ দ্রাবিদান, দ মুন্দা এণ্ড দ তিবেতো বর্মন ফেমিলিজ” গ্রিয়াবসন।

অদুবু লোল অতৈর্নাদি আর্য্যগী লোলশিংবু নমথনবা ঊৎনর্বাদি লাযবদুনা মদুবু খল্লবগী খুদম ফংদে। সিনো তিবেতান /তিবেতো বর্মন ঙাংবা মীওইশিংদি, মবোলবু যাম্না হন্থনা লৌজৈ- মদুমকনা লোলগী লান্দাবা অসিদা ঙাকথোকপা ঙমজদবনি। মীতৈ, মণিপুৱী নাগা, মণিপুৱী কুকী হৌবকফম মান্নবা, সিনো-তিবেতন ঙাংবা ইন্দিজিনযস পীপলনি। গ্রিযার্সননা হাযবি, “ইট মে বি এদেদ দেট নাও হোযাব দু ৱি সি দ বিভবস প্রোসেস ওফ নন অবিযান লেঙ্গুইজ সুপবসেদিং এন অর্য্যান। ইট ইজ ইভন বিয়াব ফোব এন অবিযান স্পিকিং নেসনেলিটি টু এবানদন ইৎস লেঙ্গুইজ ইন ফেভব ওফ অনাদব অবিযান তঙ্গ” (লেঙ্গুইজটিক সবভে ওফ ইন্দিযা, ভোল্যুম ৱান,পার্ট ৱান, লমাই ২৯) ।

অর্য্যানগী অইবাশিংনা ফাওবা অসুম্না তমথিবা মওংদা তিবেতো বর্মননচিংবা লোল কযাবু অর্য্যানশিংনা লেপ্পা লৈতনা মাঙহনবসি যাবি। আই: জে: সোবাবজিনা ইবি “দ এবিযা ওফ দ বোদো লেঙ্গুইজ ইজ ওল মোষ্ট কমপ্লিটলি অর্য্যাননাইজদ

এন্দ কনসিক্যুন্টলি দিজ (তিবেটো বর্মন) লেঙ্গুইজ আর ফাষ্ট দিসএপিয়ারিং" (ইলিমেন্টস ওফ দ সাইন্স ওফ লেঙ্গুইজ কলকতা ইউনিভরসিটি ১৯৬২)।

সোরাবজীনা তিবেতো বর্মনগী লোল অসি য়াম্না থুনা মাঙবা হৌরক্নি হায়বদি, ফাষ্ট দিসএপিয়ারিং হায়বসি তপমল্লি, হায়বা মণিপুরী সাহিত্য সংগথন কয়াসু থোরক্নি। অসুম্না লৈবাকসিদা, য়েলহৌঙেগী মী কাংলুপ, জাতি, লোল কয়াবু নোংমা নোংমগী মুৎথৎপা লেপত্রি। তিবেতো বর্মন ফেমিলিগী লোল কয়ামরুম শিবা হৌখ্রে। মণিপুরীগী অপিকপা ত্রাইব খরা, লোলগা লোয়ননা মাংশল্লকই।

ইকোন কোনবদা আসামগী কছার দিষ্ট্রিক্টগীসু বিষ্ণুপ্রিয়া কৌবা আর্য্যশিংগী মী কাংলুপ অমনা, হৌখিবা চহি ৩০-৪০ সিদা মণিপুরসি আর্য্যনা হান্না পাল্লমই হায়দুনা শন্দোকই। আর্য্যগী লোল বিষ্ণুপ্রিয়ানি; মখোয়না অশেংবা মণিপুরীনি হায়দুনা চোংথোরকলি। মদুগী মনুংদা কালিপ্রসাদ সিনহাগী "এ নোট ওন দ টার্ম বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী", অমদি "লেট হিষ্টরি এন্দ ফেক্স স্পিক আবাউট মণিপুরী" (এ পব্লিকেসন ওফ এ সন ওফ নিখিল বিষ্ণুপ্রিযা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পব্লিসদ বাই কে: দি: সিনহা, সিলচর-৩, জানুৱারি ১৯৮৪) পনবা য়াই। হায়রিবা লাইবিক মচা অনিসিনা শাগৎলিবা অমদি হায়রিবদি মণিপুরগী পুৱারীদা, মীতৈ হান্না লৈবমদে, বিষ্ণুপ্রিয়ানা হান্না লৈরম্বনি, অদুনা মীতৈলোল মণিপুরী লোল নত্তে হায়বনি।

ইং কুমজা ১৯৫১গী মীকোক থীবদা য়াওরম্বা, ১৯৬১-৭১দগীদি মণিপুরদা লোল ওইনা খোঙ্গুল মুৎখীবা লোলশিংদি : বামগুং, চিনপাও, চীষ্ট, ধানতোন, দৈফাল, গারৱী, গুয়েলরীম, হাঙ্গাল, হাংসিন, হাওকীপ, হরাংখোল, ইমপুরিয়ওন, ইদোয়, কারুম, কৎচা, কীপজেন, খারম, খোঙয়োং, খোংজাই, খুল, কিলাং, কুকি, কুরমী, লিয়েংমাই, লমহাও, মাপুসতোং সুল, মাতে, মোংবুং, মোনলুম, মুয়োন, নৈশাল, ঙেনতে, পাওমাতা, পাথান, ফুতাং, রংদানিয়া, রেম, রেন্নি, রোংমৈ, সিম্বা, সিংসুতম, সুফলিয়া, তেজোং, গান্সাল, জেমী– হায়বা লোল ৪৫ শিনি। মীতৈ লোলগী মথক্তৱ মণিপুরী নাগা, মণিপুরী কুকীচিন ত্রাইবশিংনা ঙাংবিবা অহেনবা লোল ৬১ ঙসি ফাওবা চৎনরি। অমগা অমগা ফাওননবা,

থায়নদগী ঈ-পাও ফাওনরক্কিবা লোলদি মীতৈলোলনা ওইদুনা লাকই— ত্রাইব ময়ামসিগী মরক্তা ঈ-পাও ফাওনবা পামদবা প্রেসর গ্রুপনা মণিপুরী লোন্দা শিংনবা পিবসু উবা ফংই।

## সেদ্যুলদা মীতৈলোন

মীতৈলোন - মৈদিঙু পামহৈবা হাক্তকতগীনা, মণিপুরী হায়না খঙনখ্রবা - মাংপুবগী ষ্টেটকী লোল অসিবু ইন্দিয়াগী কনষ্টিট্যুসনগী ৮শুবা সেদ্যুলদা চলহন্দুনা ইন্দিয়াগী লোল অমা ওইনা ইকাই খুম্নবা হায়বসি, ইন্দিয়াগীদি লৈপাক পুনশিন্নবগী মওং ওইবা উপায় অমনি। মসিবু য়ানিংদবা কাংলুপ মখল অনি শুই হায়বা য়াই-অহানবনা অর্য্যান-দ্রাভিদিয়ান লিংগুইষ্টিক ইম্পেরিয়েলিজম ওসিনি; হায়রিবা এক্সিস অসিনা, মখোয়গী লোলগী ইমুং অনিশিতমক চাওখৎহনবা, ইকায়খুম্নং পামই। ইন্দিয়াগী অচৌবা লোলগী ইমুং অনি - হায়বদি, 'তিবেতো-বর্মন' অমদি 'ওস্ত্রিক' পু মতম কুইনগী ওইনা শুদত্তুনা থম্বা পামই। অনিশুবা য়ানিংদবা কাংলুপতি, মাগী ব্রাখললোনগী মতুংইন্না, মণিপুরনা ইন্দিয়াদা তিনসনবা হায়বসি, মণিপুরগী নিংতম্বা মাঙবনি; অদুনা, নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলহনবা হায়বসি নিংতম্বা মাঙখীবগী, মীখা থাবগী খুদম অমনি। অহুমশুবা মীৎয়েং অমদি - তুংগী ব্রা মতম্না পুজরক্কনি। অহোঙবা লাকত্রিবা ফাওবদি, ঐখোয়গী লোলবু ইকায়খুম্নফম থোকই। রাজনিতি পার্টিশিংগী ফিরেপ য়েংখৎপদা, বে: জি: পি:গী ইলেকসন মেনিফেস্তো, ১৯৮৯ দদি 'নেপালী' লোলখক্তবু সেদ্যুলদা চনহন্নবা দিমান্দ তৌই (লেঙ্গোইজ পেরা, আইতেম ন: ৭, লমায় ৩২)। মেনিফেস্তো অসিমক্তা সিন্ধী লোলবু চাওখৎনবা ব্রাশু ইরি (লা: ২৬)। মথক্তা পনখ্রীবা লোল অনিসিমক আর্য্য মী কাংলুপকী লোল ঙাকনি। আর্য্যান রেসিজমগীদি মদু তৌফম থেক্লবা প্রোগ্রামনি। সেদ্যুলদা মণিপুরী লোল চন্দ্রবদি চেনবা য়াররোই হায়বা মতমদুদদি তিবেতো-বর্মন লোলগী মায়োক্তব লৈরম্বা ফেসিষ্ট পার্টি ফাওবা, মণিপুরী লোলবু পার্লিয়ামেন্তদা শৌগৎখি। তিবেতো বর্মন লোল ঙাংবশিংনা আর্য্যান রেসিজমবু নমখায়রকপগী মহৈনি।

ইং কুমজা ১৯৬০ গী ময়াই চল্লকপদগীদি, মণিপুরী লোলবু সেদ্যুলদা চলহন্নবা ব্রাফম মণিপুরদগী থোরকপদগী, এপ্রিল ২৭,১৯৮০ দা নিংথেমচা

দরেন্দ্রনা, প্রাইম মিনিষ্টরদা চ-খো য়ারোই হায়না ফোংদোকখি (টাইমস ওফ ইন্দিয়া ২৮/৪/১৯৮০)। ওল মণিপুর ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন্না অকনবা ঈহৌ তৌরকপগী মহৈ ওইনা, নেসনেল ফ্রন্ট প্রাইম মিনিষ্টর ভি: পি: সিংহনা মণিপুরীবু সেদুলদা চনবা য়ারে হায়না ১৯৯১ দা লাওথোকখী। অয়াবা অসিবু এম-সুগা চৎমিন্নবা মীয়ামনা তকশনবদগী, মণিপুরী লোলবু সেদুলদা চনখী। প্রাইম মিনিষ্টরনা চনবা য়ারে হায়বদগী, এম: এল: দি: সি: শেমদুনা মদুবু থবকতা ওলহনখি। নহাবোলনা য়াকাইরোল শকত্রবসু মণিপুরী পুম্বনা লোলগী ঈহৌবু শৌগৎখি।

ইন্দিয়াদা লোলগী ৱাথোক ৱাৎপা লৈতনা লাকখি। হিন্দুস্থানীবু মোঙফমদা ফুমজিল্লগা, ইংরাজী লোলবুশু ফুমজন্নবা হোৎনরকপদা, আর্য্যান- হিন্দিৱালাশিংনা অকনবা শরৌ অমা শিনখী। ইংরাজীদি হিংহৌরে, হিন্দিনা য়াম্না চয়েৎননা ইন্দিয়াগী ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজ ওইখী; ঙসি ফাওবা লোলগী চয়েৎনবা অসি লৈরি। মণিপুরদা হিন্দিবু নম্ফুদা চৎনহন্নবগী থৌরাং লৈ।

গান্ধীনা হিন্দুস্থানীবু ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজ ওইনবা হোৎনখী। নেহরুনশু শৌগৎখী; পতেলদী খব থেংনা হিন্দিৱালা এক্সত্রিমিষ্টশিংদগী নানথোকরকখী। হিন্দুস্থানীবু শৌগৎপগী মরমদি— লোল অসিনা, নিংতম্বগী ঈহৌদা হিন্দু অমদি মুসলিম অনিবু পুন্না পুরকখী। লোল অসিদা সংস্কৃত অমদি আরবীক পারসিগী ৱাহৈ নিংথীনা য়াওই। মসিবু দেবনাগরী নত্রগা, উরদুগী ময়েক অনিমক্তা ইবা য়াই। মরম অসিমক্তা হিন্দিৱালাশিংনা হিন্দুস্থানী লোলবু মোংফমদা ফুমজল্লগা, মপুং ফানা চাওখৎত্রিবা হিন্দিবু ওফিসিয়েল লোল ওইনবা অকনবা শাফু পিরকখী। থাক অমদা, হিন্দুস্থানীবু সেদ্যুলদা চন্নবা হোৎনখী, কোন্না লৌথোকখী। এসেম্ব্লীদা আগষ্ট থাগী তাং ১দগী সেপ্তেম্বর ১৪,১৯৪৯ ফাওবা এক্সত্রিমিষ্ট হিন্দিৱালাশিংগা মোদরেতশিংগা শয়েং পাম্বোম ঙান্নখি। জৱাহরলাল নেহরুদা, কনষ্টিট্যুসনগী হিন্দি ভরসন অমা উৎপদা, মহাক্না হিন্দিৱালা রাজেন্দ্র প্রসাদতা মাদি মদুগী ৱাহৈ অমফাওবা পাবা থোকতে, খঙদে হায়খী। কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেমব্লিগী প্রোসিদিং পুম্বা ইংরাজী লোলদা ইখী। এসেমব্লিগী মেম্বর তঙ্খায় অমদি হিন্দিগী মায়োক্তা ফোংনা লৈখী।

লোলগী ৱাফমদা নৌহৌনা য়েৎনরবা মতুংদা, হিন্দিৱালা এক্সত্রিমিষ্টশিংগা,

মোদরেতশিংগা ভোং লৌনবদা, নাক অনিমক ৭৭-৭৭ ফংদুনা 'তাই' ওইখী, মদুদা সেপতেম্বর ২,১৯৪৯ গী নুংথিলগী মীফমদা ময়াই তাংবল লৌখীবা পাতভি সিতারাময়ানা মাগী কাস্তিং ভোং পীখিদে। কঙ্গ্রেস পার্টিগী আগষ্ট ২৬, ১৯৪৯ গী মীফমদা ভোং থীনবদগু, য়াম্না চয়েংনবা ভোং অমখক্তং হিন্দিবালাশিংনা ফংখী। মদু কাকা ভগবন্ত রাই (রোয়), পতিয়ালাগী মীহুৎনা মানা মীফম থাদোক্তুনা চত্রিঁডেদা পীরম্বা ভোংনি হায়না অর্থ হন্দোকই। নিয়মগী মতুংইন্না, মহাক চংশ্রবনিনা 'তাই' ওইরবনিনা, হিন্দিনা ওফিসিয়েল লোল ওইফম থোকত্রবনি। অমরোমদা, তঙ্খায় অমনা য়াদ্রবা লোলদুবু ইকায়খুম্নবগী মরম লৈত্রবনি। খা ভারত, বেঙ্গল, আসামগী মীহুৎনা হিন্দিগী মায়োক্তা ভোং থাদখী। ঙসিফাওবা, চয়েংনবা অসি লৈরি।

১৯৬১ গী জুন থাদা, চীফ মিনিষ্টরশিংগী মীফমদা, রাজেন্দ্রপ্রসাদনা ইন্দিয়াগী লোল পুম্নমক দেবনাগরী ময়েক্তা ইননবা চে অমা য়েঙ্হোকখী, মদুবু ইদুকেসন মিনিষ্টর হুমায়ন কবীরনা য়াখীদে। হুমায়ন কবীরনা, ইন্দিয়াগী লোলপুম্বা রোমান ময়েক্তা ইনবা হায়খী। মতুংদা, পান্তনা কেবিনেত মীতিংদা হিন্দিবু শৌগত্তুনা ঙাংবদা, নেহরুনা হায়খী," হবাট ইজ ওল দিস ননসেন্স ? ইট ইজ নোট পোজিবল টু হেভ সাইন্টিফিক এণ্ড টেক্নোলোজিকেল টার্মস ইন হিন্দি"। ১৯৫৫ দগু ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজ কমিসনগী মেম্বর ২০ গী মনুংদা ২ না (বেঙ্গলী ১, মদ্রাজী ১) না হিন্দিনা নমথবগী মায়োক্তা ঙাংখী। থবক্কী, নত্রগা চাংদম্নবা পুম্বাদা হিন্দি ঙাংদবশিংনা ময়ামগী মমৈ তাহনখিনি হায়দুনা য়েংখী। ১৯৬৩ দা ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজ এক্ট পাস তৌদুনা, 'ইংলিস' চংনবদু মখা শাংথরকখী।

দি: এম: কে: গী লুচিংবা করুনানীধীনা তোয়না হায়দুনা লাকলি - হিন্দিবালাশিংনা মতমপুম্বদা হিন্দি নত্রগা দ্রাভিদান য়াওদবা তোখায়খ্রবা লৈবাক অনিগী মরক্তা অমত্তং খনগদবনি। ইকুই কুইদনা, সারকারিয়া কমিসন্না মাগী রিপোর্ত্তা লোল অহুমগী ফোর্মুলাদু চংননবা শৌগংলদুনা হায়রি (পেরা ২০, ১, ২১)। রিজ্যনেল লেঙ্গোইজশিংবু শেরান্ননা য়োকখংতনবা কমিসন্না ইরি : "দ কমান্দ ওফ আর্টিকল থ্রি হন্ড্রেদ ফিফটিরান ইজ দেট ইন দ প্রোসেস ওফ দিভলপিং হিন্দি, ইট ইজ নাইদর দিজাইরেবল নোর নেসেসরি টু রিপ্লেস কম্মনলি

অন্দরষ্টুদ টার্মস বাই দিফিকল্ট সংস্কৃ টাইজদ বার্দস। দ গ্রোদ ওফ দ ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজ কেন বেষ্ট বী ফোস্টরদ বাই ফোলোবিং দ কমান্দ ওফ আর্টিকল থ্রি হন্দ্রেদ ফিফটিৱান বোথ ইন লেটর এণ্ড স্পিরিট। ইট রুদ বী এগেনষ্ট দ মেন্দেট ওফ দ কন্সটিট্যুসন, ইফ ইন দ প্রোসেস ওফ দিভলপিং ওফিসিয়েল লেঙ্গোইজ, দ ফোর্মস, ষ্টাইলস এণ্ড এক্সপ্রেসন ওফ দ ভেরিয়স রিজ্যনেল লেঙ্গোইজেস ওফ ইন্দিয়া, ইনক্লুদিং ইংলিস, হেব বিকম এসিমিলেটেদ ইন হিন্দুস্থানি আর টু বি দিসকার্দেদ।" (পেবা: ২০-১-১৬, ২০-১৭ অমসুং ২০-১-১৮)

কমিসন অসিনা ইংরাজী লোলবু কনষ্টিট্যুসনগী নিপালশুবা সেদ্যুলদা চনদবগী ৱাদুশু পল্লি। লোল অসি, এঙ্গলো ইন্দিয়ানশিংগী লোল ওইবতা নত্তনা, ইন্দয়াগী এসোসিয়েৎ ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজশু ওইরিবনি। অর্য্যান দ্রভিদান একসিসনা ইংবাজী, মণিপুরী, ওস্ত্রিক্কী লোলবু মীবৈবাক্কী মলেছগী লোল ওইনা লৌদুনা লাকই। ১৯৪৯ দা, শিথ্রবা সংস্কৃত লোলবু, অমদি মী লাখ অমাখকতা মতমদুদা ঙাংবা কাশমীবি লোলবু, নিপালশুবা সেদ্যুলদা চলখী। মণিপুবীশিংনা পেন্দবা, রেসিজমবু শিংনবাগী পাবা অদু চহি কুন্থ্রা চুপ্পা ফাহন্দুনা লাকপগী দাযিত্ব অদু ভারত লৈঙাক্কীনি। হিন্দুস্থান অমদি মণিপুবগী নেসনেলিতিগী কন্ত্রদিক্সনগী মচেৎ অমা, লোলনা মহুৎ শিল্লকই।

অর্য্যান দ্রাভিদান এক্সিসনা ইংবাজী, মণিপুরী, ওস্ত্রিক্কী লোলবু মীরৈবাক্কী মালেছগী লোল ওইনা লৌদুনা লাকই। ১৯৪৯ দা শিত্রবা সংস্কৃত লোলবু, অমদি মী লাখ অমখক্তা মতমদুদা ঙাংবা কাশমীরি লোলবু, নিপালশুবা সেদ্যুলদা চনখি। ১৯৬৭ তা সিন্ধী লোলসু মীতৈলোলবু কাললগা হাপচিনখি। মণিপুরীশিংবু পেন্দবা, রেসিজমবু শিংনবগী পরা অদু চহি কুন্থ্রা চুপ্পা ফাহন্দুনা লাকপগী দায়িত্ব অদু ভারত লৈঙাক্কীনি। তম্লা-তম্লা, মণিপুরী নেসনেল কন্ত্রাদিক্সনবু মথৌ হাপলকই।

অর্য্যান দ্রাভিদান এক্সিসনা মতমপুন্বদা ইন্দিয়াগী নন-অর্য্যান, নন-দ্রাভিদান লোলশিংবু য়ৈথৎনবগীদমক, লৈতবা মরম পীদুনা লাকলি। মপাঙ্গোংদা পীবা মরমনা অতোপ্পা লোলবু সেদ্যুলদা চন্দনবা শাজিন্নবা মরম ওই। লারৈ লাথুপকী

মরমদি -রিয়েল রিজন- অর্য্যান দ্রাভিদান অপারথাইদনি। অইবগী ব্বারেং অসি ৮ শুবা সেদ্যুলগী ঈহৌ মতম— ইং কুমজা ১৯৮৫ দা, 'মতমগী খোঙথাং' দা ফোঙখী। মবম অদুনা, কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেম্ব্রীগী ফিরেপ খরা মপুং ফানা নৈনবি।

প্রাইম মিনিষ্টব নেহরুদা, ফ্রাঙ্ক এনথোনীনা ইংবাজী লোলবু সেদ্যুলদা চলহন্নবা পুখৎলকপা ব্বাফমদা নেহরুনা নাথৈননা খুমখী: "ইফ এ লেঙ্গোইজ ইজ টু বী বিকোগনাইজদ, ইট মষ্ট ফুল ফিল্ড টু ইমপোবটেন্ট ক্রাইতবিয়া, দ মোব ব্বাইদস্প্রিদ কবেক্তর ওফ দ লেঙ্গুইজ এণ্ড দ ইউজ ওফ দ লেঙ্গোইজ বাই এ লাবজ নম্বব ওফ পিপল" ( আগষ্ট ৭, ১৯৫৮)।

ইংবাজী লোলশি হায়বিবা মচাক অনিশিমক য়াওই, মবম অদুনা সেদ্যুলদা চনখীদবনি। ইংবাজী লোলবু ইন্দিয়া তোখায় তাদনবগীদমক্তি দবকাব ওই, অদুবু ইকায়খুম্নবদি অর্য্যান-দ্রাভিদান এক্সিসনা পীবা পামদে। ১৯৬৭ তা, সিন্ধী লোলবু সেদ্যুলদা চনবা মতমদা, হায়বিবা মচাক অনিসি সিন্ধিদা অমত্তা যাওদে - মীতৈলোলগুম্না ষ্টেটকী লোল অমা ফাওবা ওইবা নত্তে, অদুবু আর্য্যান বোঁসিজমগী লোল ওইবনিনা ইকায়খুম্নবা তাই।

'মখোয়' অমদি 'ঐখোয়' হায়বগী ব্বাখল অসি গান্ধীনা অহানবা তম্বীখীবদগীদি, অর্য্যান দ্রাভিদানগী ব্বাখলদা 'মণিপুরী, ওস্ত্রিক লোলশিং, ইংরাজী' অসি 'মখোয়' ওইদুনা লাকখি। গান্ধীনা করিমতা থিজন্দনা, শুকখঙ খঙদনা অব্বাং নোংপোক্কী মীপুম্নবু থগ (দাকু) পিন্দারীনি হায়খি। মহাক্কী মীৎয়েং অদু কোকত্রি হায়বা য়াই। লোলদগী হৌবক্নগা, ত্রিবেতো বর্মন ঙাংবা মী ফুরুপশিংবু নমথবদগী, খর হেননা পাকপা রাজনিতিগী ফিবান্দা রেসিজম্নু নৈনবা চথরকলি।

প্রোভিন্সকী হায়বদি রিজিনেল ওইবা লোলবু ইকায়খুম্নবা হায়বসি, ইন্দিয়াগী ফ্রিদম মুভমেন্তকী য়ুম্ফমনি। ১৯২০দা নাগপুর মীফমদা, গান্ধীগী য়াথং মতুংইন্না, প্রোভিন্সকী লোলদা য়ুম্ফম ওইদুনা, প্রদেশ কংগ্রেস কমিতি শেমখী। ১৯২৩ গী নেহরু বিপোর্ট মতুংইন্না, প্রোভিন্সকী লোলবু য়োকখৎলকখি। ১৯৩১ কারাচী মীফমদা, মশিং যামদবা কাংলুপকী ময়েক, লোল, নাৎ ঙাক্নবা ব্বাবেপ লৌখি।

১৯৪৯ দা কনষ্টিটুয়েন্ট এসেমব্লিদ, প্রোভিন্সিয়েল কনষ্টিট্যুসন কমিতিনা প্রোভিন্সকী লোলবু ঙাকতুনা লাকখী।

আগষ্ট ২২, ১৯৪৯ কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেমব্লীগী মীফম্না রিজিনেল, প্রোভিন্সকী লোলশিংবু সেদ্যুলদা চন্নবা ৱাফম য়ানখী। সেপ্তেম্বর ৫,১৯৪৯ দা ইংরাজী নত্রগা সংস্কৃত থাদনা, প্রোভিন্সকী সরকারদা থবক্তু শিন্নখী। গ্রেনভাইল আউসটিননা ইরি, "দা প্রোভিন্সিয়েল গোভর্ণমেন্টস ৱায়ার পারমিটেদ টু চূজ ৱান ওফ দ রিজনেল লেঙ্গোইজেস, ওর ইংলিস, ফোর দ কনদক্ট ওফ দিয়ার আউন এফিয়ারস এণ্ড দ মেজোর রিজনেল লেঙ্গোইজেস ৱায়ার লিসটেদ ইন এ সেদ্যুল টু দ কন্সটিটিট্যুট্যুসন" (লা: ২৬৬)।

নেহরুনা আগষ্ট ২৩, ১৯৪৯ দা অমবেদকার, মুন্সি আয়ংগারদা ইবা চিঠিদা রিজিনেল লেঙ্গোইজশিংদি অনৌবা ইন্দিয়াদা, মতিকচাবা মফম ফংননবগীদমক সেদ্যুলদা লাক্কদবনি হায়খি। নেহরুনা, মখোয়বু "অফিসিয়েল্লী রিকগনাইজদ লেঙ্গোইজ্জেজ" ওইনা মমিং থোননবসু ইখী। এন: গোপালাস্বামী আয়ঙ্গার (মুন্সি- আয়ঙ্গার ফোর্মুলাগী হৌদোকপা মেম্বর) না কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেমব্লীদা সেপ্তেম্বর ১২, ১৯৪৯ দা হায়খি ঃ "এজ ফার এজ পোজিবল, এ লেঙ্গুইজ স্পোকন ইন দ ষ্টেট সুদ বি রিকগনাইজদ এজ দ লেঙ্গুইজ ইউজদ ফোর ওফিসিয়েল পরপোজেস ইন দেট ষ্টেট" ( সিভরাও, ভো ঃ ৪, লাঃ ৬২৪)।

কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেমব্লীগী মীফমনা ওক্তোবর ১৫, ১৯৪৯ দা মণিপুরী অমদি ত্রিপুরাদগী মীহুৎ অমাখক্কী সীট পীখি। নবেম্বর ১৯৪৯ দা গিরজ শঙ্কর গুহা কৌবা বেঙ্গলী -ময়াং মচা অমনা মণিপুর অমদি ত্রিপুরাগী মীহুৎ ওইখি। হায়রিবা মীহুৎ অসি মণিপুরগী অশেংবা মীহুৎ নত্তে, মরোল য়েংলগা অশেংবা ত্রিপুরীসু নত্তে। মণিপুরীবু সেদ্যুলদা চনবগী ৱা মানা তকশিনখিবা লৈতে। মতমদুদদি, সেপ্তেম্বর ১২ দা সেদ্যুলদা চনবগী ৱাসু লোইখ্রে। মণিপুরী মচানা এসেমব্লীদা ফমখিদে। মণিপুর অমদি মণিপুরী লোলগী অফবা থবক শম্না অমত্তা তৌরমদবা গিরজ শঙ্কর গুহা, মণিপুরীশু নত্তে- মীরৈবাকচানি। মহাকপু মণিপুরীগী মীয়াম্না মীখল তৌরগা এসেমব্লীদা থাখিবসু লৈতে। মণিপুরগী মীয়ামগী অশেঙবা মীহুৎ কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেমব্লীদা য়াওখিদে। মরম অদুনা, ভারতগী কন্সটিট্যুয়েন্ট

এসেম্ব্লীগী ব্লারেপ- ফিরেপ অমত্তনা মণিপুরগী মীয়াম্বু পুনবা (বাইন্দিং) খক তৌদে, তৌফমসু থোকতে। আর্য্যান দ্রাভিদান এক্সিসনা তিবেতো বর্মন অমদি ওস্ত্রিকপু নমথদুনা কনষ্টিট্যুসন শেমখি। খুদম ওইনা, পাকিষ্টানি অমনা ইউনাইটেদ নেসন্সকী ফোবমদা, ভাবতকী মীহুৎনি হায়বগসু, মীবৈবাকচাদুগী ফিবেপনা ভাবতকী মীযাম্বু পুনবা ওইথোক্তে। মণিপুবগী মীয়াম্না মীখল তৌবগা থাবা মণিপুবী মচা অমাফাওবনা ভাবতকী কনষ্টিট্যুন্ট এসেম্ব্লীদা য়াওখিবা লৈতে— মসি পুব্লাবীনি।

পোৎতি শ্রী বামুলুনা চাবা হেন্দুনা শিখিবদগী অন্ধ্র ষ্টেট পোকখি, লোয়ননা ১৯৫৬ তা লেঙ্গুইজটিক ষ্টেট শেমখি। ভি: কৃষ্ণ মেনননা নেহরুদা, লোল অহুমগী ফোর্মুলা য়ানবা, পব্লাব মণ্ডা তককতমক সেন্তবদা থম্লগা, লোয়নমক ষ্টেটশিংদা ওতোনোমী ওইনা পীনবা পাওতাক পীখি। মদুবু নিংশিংবা যাই। ভাবতকী বেসিজম অহিং অমদা শাগৎখিবা নত্তে-লোলগী ইম্পেবিযেলিজমদগীনা বেসিজম যৌনৎ। লম্বী অশাংবা লম্বীনি। কুনশুবা চহি চাদা মণিপুবগী পুব্লাবীদা, উংখৎনবা অসি অদুমক লৈবি, লৈতাদ্রি।

## কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেম্ব্লীদা লোল

নিংথৌকাবা নুমীৎ, সেপতেম্বব ১২, ১৯৪৯ দগী সেপ্তেম্বব ১৪, ১৯৪৯ ফাওবগী এসেম্ব্লীগী প্রোসিদিংসত্তা, মখাগী ইচেলসি উবা ফংখি, ( সি, এ, দি : ১২৬৫-১৪৯১, ভো : ৯) :

অহানবদা, যু: পী:, সি: পি· নচিংবা অর্যাব্র্যতকী হিন্দিব্লালাশিংনা, এসেম্ব্লীগী কাদু তিন্দিগী ইবায ইনিলনা মেম্বব পুম্ববু স্বব ফুলহনখি; পি: দি: তান্দনগী লুচিং মখাদনি। মতমদুগী মীশিং ক্রোব ৩২ গী মনুংদা ক্রোব ১৪ খক্তনা হিন্দি খঙই, ঙাংই। আর্যব্রতগী প্রোভিন্স ৫-৬ খকতগী লোলনি। অতোপ্পা কাংলুপকী ব্লাখল খনবা চংদে- মাগী আর্য্যাগী মপা মপুগী লোল চৎহৌবগা লোয়বে হাযদুনা শিবা নাবা কিদনা নোংলৈনুংশিৎ শিংহনখি। মথক্কী প্রোসিদীংসকী লমায় ২০০ হেনবসি হিন্দিব্লালাগী চক্রি ফিগ্রী শেম্না ঙাক্তনি। গান্ধী-নেহরুনা 'হিন্দুস্থানি'বু অফিসিয়েল লোল ওইহন্নবা হাযবদা তাবা শংদে। জঙ্গলগী লোগা পাংখকনি। অচুম্বা তানবা ব্লাযেল লোযশঙগী চযেৎনবা মবৈদুনি।

অনিশুবদা, য়াম্না তাশনগোমজনবা লম্নী অমা ফংনবা নেহরু, অমবেদকার, আজাদ, শিয়ামা প্রসাদ মুখরজীনা য়াংখি। সেপ্তেম্বর ১৩, ১৯৪৯ দা এসেম্ব্রীদা নেহরুনা ঙাংবদা পনখি ঃ "ইট (লেঙ্গোইজ) ইজ এ য়ুনিফাইং ফেক্তর এণ্ড ইট ইজ অলসো এ ফেক্তর প্রোমোতিং দিসয়ুনিতি। ইট ইজ এন ইন্টিগ্রেতিং ফেক্তর এণ্ড ইট ইজ এ দিসইন্টিগ্রেটিং ফেক্তর এজ বিত্বিন টু লেঙ্গোইজেজ, এজ বিত্বিন টু কল্ত্রিজ"।

"সো, টু কম বেক টু দ বেসিক এপ্রোচ টু দিস প্রোব্লেম— ইজ য়োর এপ্রোচ গোয়িং টু বী এ দেমোক্রেটিক এপ্রোচ ওর হ্বাট মাইথ বি টার্মদ এণ্ড (এন) ওথোরিতারিয়ান এপ্রোচ ? আই ভেনচর টু পুট দিস ক্যুইসন টু দ ইন্থুসিয়ষ্ট ফোর হিন্দি, বিকোজ ইন সম ওফ দ স্পিছসেস আই হেভ লিসন্ড হিয়ার এণ্ড এলসহোয়ার দিয়াব ইজ ভেরি মটচ এ টোন ওফ ওথোরিতারিয়ানিজম ... নোট ওনলি এন ইনকরেক্ট এপ্রোচ, বট ইট ইজ এ দেনজরস এপ্রোচ" ( সি: এ: দি: ১৪১৪)। বি: দাস (ওবিসা) না শাওদুনা হায়খী : "হ্বাট ইজ ইট দেট দ লিদর ওফ য়ু: পি: এণ্ড সি: পি: আব সো ইনতোলরেন্ট ? আই ফাউণ্ড লিডর অফটর লিডব কম্মীং ফ্রোম দোজ বেনচেজ টু দ মেম্ব্র ওফ য়ু: পি: ওর সি: পি: ওর ইভন ইন বিহাব" ( সি: এ: দি: ১৩৯৭)।

ডাঃ পি: সুব ভবায়ননা খা ভারতকী পেন্দবদু পনখি, "ফোর থ্রি হোল মন্থস, ইভ্রি মোর্বনিং হবেন আই গোট আউট ওফ মাই হাউস আই হারদ নথিং বট ক্রাইজ ওফ 'লেট হেন্দি দায এণ্ড লেট তামিল লিভ'। লেট সুব ভবাযন দায এণ্ড বাজাগোপালাচারি দায (সি: এ: দি: ১৪০১)। হিন্দিব্রালাশিংনা, এসেম্ব্রী হোলদু স্বর ফুলহনলবদা, মোহমদ ইসমাইলনা তামিল, গয়বাদ দ্রাভিদানগী লোলনা ভাবতকী খ্বাইদগী লীরবা লোলনি হায়দুনা পনখি, (সি: এ: দি: ১৪৭৩)। তি: এ: আর: চেটয়ারনা তামিল লোলগা সংস্কৃতকা মবী লৈনদে হায়খী (সি: এ: দি: ১৩৭৪)। শঙ্করবাও দেওনা, ষ্টেট পুম্বগী অতোনোমী লৈজে, অদুনা ষ্টেটতুগী লোল লৈজগদবনি হায়খী (সি: এ: দি: ১৪৩১)। অনিশুবা কাংলুপশিনা, হিন্দিবুতা নত্তনা অতৈ লোলবুসু য়োকখৎপা ইকাই খুম্নবা পাম্নখী। তপ্না তপ্না, হিন্দিবু অফিসসেল লোল ওইহনবগী বাখল পীখি। এসেম্ব্রীগী মেম্বর তম্খায় অমাদ বামোন ওইবা নামংবীববা কাংলুপুগীদি মেম্বব খৎথেক্তনা মাশং

থিবা য়াই। কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেম্ব্লীদুমক বুর্জবা- হায়কান্তকী খুৎলায় ওইখি মরম অদুনা শিথ্রবা, প্রোভিন্স অমগী লোলশু ওইদ্রবা, সংস্কৃতপু সেদ্যুলদা চলহনবদা, বা অমত্তা ঙাংনখিদে। তিবেতো-বর্মন লোলগী মরমদা ঙাংখিবা নত্রগা ঙাংবিনবা মেম্বর অমত্তা লৈখিদে। মতমদুদা লৈরিবা রেসিজমগী হৃবা নুংশিত্তুদি, অতোপ্পা কাংলুপ্পু লোয়চনবা নত্তনা, মান্ননা ইকাই খুম্নবা হায়বদুদি মঙদা ফাওবা মঙদবা মতমনি।

জয়পাল সিংহ (বিহার) না সেদ্যুলদা মুন্দারী, গোন্দী, ওরাওনবুশু চলহনবীনবা হায়খি। অদুবু মখোয়দুগীদু আর্য্যা-দ্রাভিদান লোল নত্তবনা, কনামত্তনা বা ওইনা ফাওবা তাবিখিদে। মরমদি, ওস্ত্রিককী লোল হায়রিবশি অর্য্যা-দ্রাভিদান এপ্লিস মনুং চনদে। মানা হায়খি ঃ "দেট ইন এমেন্দমেন্ট নম্বর সিক্সটিফাইভ ওফ ফোরথ লিষ্ট, ইন দ প্রোপোজদ নিউ সেদ্যুল সভেন-এ, দ ফোলোয়িং নিউ আইতেমস বি এদেদ- ১৪, মুন্দারি; ১৫, গোরদি; ১৬, ওরোন;····· টু দিল ফার্ষ্ট ৱিথ দ মুন্দারি লেঙ্গুইজ, দ ফার্ষ্ট ইন মাই এমেন্দমেন্ট, আই মে সে দেট আই হেভ নোট মেনসন্দ সনথালি বিকোজ মুন্দারি ইজ দ জেনেবী টার্ম গিভন ইন টু দ ফেমেলি ওফ লেঙ্গুইজেজ, সমতাইমস কোলদ ওস্ত্রিক, এণ্ড এট অদর তাইমস, কোলদ মোন-খামর, আই প্লিড ইজ দেট দ লেঙ্গুইজেজ ওফ দা মোষ্ট এনসেন্ট পিপলস ওফ দিস কন্ত্রী সুদ ফাইন্দ এ প্লেস ওফ ওর্নর ওফ দ সেদ্যুল" (সি: এ: দি: ১৪৩৯-৪২)। অর্য্যা-দ্রাভিদান জাতিগী এপ্লিসনা মোন-খামের, তিবোতো-বর্মন, সিনো-তিবেতান লোলবু উশিৎ থওইদনা লাকপদগীসু মোঙ্গোলিয়ান ফুরুপনা পেন্দবগী মরু হুনখি।

কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেম্ব্লীনা লেপখিবদি ঃ সেদ্যুলদা চনগদবা লোল প্রোভিন্সকী মপুং ওইবা লোল ওইগদবনি। মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ না মণিপুরী (মীতৈলোলবু) ওফিসিয়েল লেঙ্গুইজ ওইনা ইকাই খুম্নে। মসি চহি নিশিং অনিগী চীং তমগী পুৱারীনা পীবা খুদোলনি। ১৯৪৯ দা ইন্দিয়াদা য়াওবগী মর্জর এগ্রিমেন্ট সহি তৌনরবা তুংদা, মণিপুরগী অতোনোমী, কলচর ঙাকপা বা মশানা তাবনি। অর্য্যান-দ্রাভিদান এপ্লিসনা লোল অমদি জাতি অসিবু নমথদুনা লাকখি। রেসিজমগী ফক্লাং অসিবু ইং কুমজা ১৯৯২ দা নমখায়দুনা, মীয়াম্না লাকখিবা হায়বদুনা পুৱারীগী মচাকনি।

মথক্তা, অর্য্যা-দ্রাভিদা এক্সিসনা অতোপ্পা জাতিবু মখুৎ চল্লবা মতুংদা, নেসনেল লেঙ্গোইজ (ফুরুপকী লোল) বু শাংলবা চহি কয়া শুদৎতুনা লাকখিবগে হায়বদু রিকোর্টতগী প্রোসিদিংস পুথোক্তুনা নৈনরে। মদুগী মথক্তা, হায়রিবা এক্সিস অসিনা মণিপুরী লোলগী শক্তম মাঙহন্নবগী শৃরৌ শিন্নরগা, ইংকুমজা ১৯৬০দগী ঙসিফাওবা ময়াংলোন-বেঙ্গলী (কামরুপীদা য়ুম্ফম ওইবা) গী লৌম্বে অমবু, পুৱারীদা শুকয়াও য়াওরমদবদগী, অশেঙবা মণিপুরী লোলনি হায়দুনা শেম শাদুনা পুথোরক্লি। হায়রিবা বেঙ্গলি ফুরুপ অসি মণিপুরী লোল ঙাঙবসু তৌদে, পামশু পামদে- চামদা চামা মণিপুরী লোল ঙাংলগা মণিপুরী ওইমিন্নরসি হায়বশু য়াদে। মখোয়গী অচৌবা য়ুম্ফমদি ওইদবা ৱাদা শেমই— মখোয়না অশেংবা মহাভারতকী মণিপুরীনি, মীতৈদি চীনাদগী মণিপুরদা লান্দারকপনি হায়রি। লোলগী ফিজং মরুমদা, আর্য্যান রেসিজমনা লৌতুনরগা, মণিপুরবু মুথৎখীনবা তৌবা থৌরাং পুম্বা, মণিপুরী খুদিংমক্না মায়োক য়ানবা তাঙ্গাদু পিরকই। ১৮শুবা চহি চাদা মণিপুরগী কলচরেল নেসনহুদ মুথৎপিগ্রে, ২০শুবা চহি চাগী ২শুবা তঙ্খায়দনা মণিপুরগী পোলিতিকেল নেসনহুদ মুথৎখি— ইং ১৯৯৭তগী হৌরদুনা মণিপুরগী মেপশু মালেমগী মেপতগী মুথৎখিনবা লৌতুনরি। মদুবু শিংনদুনা, মণিপুরগী নিংতম ঈহৌদা ইনোৎ পিরকই। পুৱারীগী ঈচেল থকতরি।

## ময়াংলোন বিষ্ণুপৃয়া

সুনিতিকুমার চেতরজিনা বেঙ্গলীগী য়াম্না পীকপা লোলথৈ (দাইলেক্ট) নী হায়দুনা মাগী লাইরিকশি দা ময়েক লানা ইদুনা থনম্লবা, বিষ্ণুপ্রিয়া লৌম্বে ঙাংবশিংনা, মণিপুরগী মপান্দা খুন্দাশ্রবা মণিপুরীশিংদা চহি কয়া য়েৎশিন্দুনা, মণিপুরীগী আইদেন্টিটিদা অয়েৎপা পীদুনা লাক্লি। চুরাচান্দ মহারাজ য়াওনা পাংথোকখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা, মে তাং ৩০, ১৯৩৪ দা ইম্ফালগী মীফমদা শ্রীযুক্ত ইবুংঙোহল অমসুং শ্রীযুক্ত পিশকনা থাঙ্গৎপা ৫শুবা ৱারেপনা, সুরমা ভেলীগী ৱারেপশি তাইশিন্নখ্রবনি। বিষ্ণুপ্রিয়াবু মণিপুরীশিংনা 'ময়াং কলিসা' হায়না থাইনদগী কৌরকই। ময়াং হাইরগা ত্রিপুবী অমদি কাছাবীবু থায়নদগী

'অমুবাময়াং' হায়বদি 'ময়াং কালিশা' হায়না কৌখি। মণিপুরীশিংতনা শিজিন্নবা ৱাহৈনি, চাইনিজ, বরমীজদি তোক্তুনা, অনকপদা লৈবা কাছারী, বেঙ্গলীনাফাওবা মখোয়বু ময়াং কালিশা কৌখিবা শুক্রৈ লৈতে। ময়াং কালিশা হায়না খংনবা মীরমদগী লাকখিবশিংবু গম্ভীরশিংগী মতমদা 'বিষ্ণুপৃয়া' হায়না মমিং পিখি। মসি মীতৈগী অবিবা পুয়া শঙ্গায় ফম্মাংগী 'কালিশাবোন' দা ইবনি। মণিপুরগী, ত্রিপুরাগী, আসামগী হিষ্টরিদা বিষ্ণুপ্রিয়া কৌবা ৱাহৈ য়াওদে - মখোয়বু ময়াং হায়না খংনদুনা লাকই। মখাগী মবমশিংসিনা শন্নপ্পা মখোয়গী ৱাবী তাকই :

১) ময়াং কালিশা খৃষ্ট কুম ১৮২৭তগী বিষ্ণুপৃয়া কৌপ্রবা ময়াং মরোল ঙাংবা, মীশিং নোংপোক বেঙ্গলীগা যাম্না মান্নবনা, নোংপোক বেঙ্গলী ওইনা লৌনৈ। মবম অদুনা, গ্রীয়ারসননা মখোয়বু আসামী দাইলেক্ট মরোল ঙাংবা ময়াংনি হায়বম্রিবদুনি।

২) মযাং কালিশাগী গুরু ডাঃ কে: পি: সিনহানা চহি কযা চুপনা বিসার্চ তৌবগা ইজবা বিষ্ণুপৃযা (মণিপুবী হাযনা মানা মীগী লোল নপশিল্লি ) লেঙ্গুইজ ফার্ম কে: এল: এম: কলকতানা ১৯৮১ দা ফোংবা লাইবিক্তুনা, মখোযগী লোলগী অশেংবা শাখি পীববনি । মাগী লাইবিক্কী মখুমদা মশানা আসামী-বেঙ্গলীগী লোষ্টৈনি হাযনা পীবি :

| ও বিষ্ণুপৃযা - ভাবতব ঐতিহ্য আমি পাহুবে নুৱাবিয়াব। |
|---|
| ও অসামী - ভাযতব ঐতিহ্য আমালোকে পাহবিব নোৱাঁবো। |
| ও বেঙ্গোলি - ভাবতেব ঐতিহ্য অমবা ভুলতে পাবিনা। |

বেঙ্গোলিগী মশাগী তোঙানবা অর্মাদ 'নত্তব' (no) খঙনবগী 'না' হাযর্বাস মমৈদা লাকই। অসামীলোন অর্মাদি বিষ্ণুপৃযা (অসামীগী) দা ৱাহৈ পবেং অমা শাগৎপগী মওংদা, লোল অতৈগা মান্নদবদি, নেগেতিবশি ৱাহৈ পবেংগী মতুংদা লাকই, ৱত ভার্ব প্রিফিক্স ওইগনি - নুৱাবিযাব (নোৱাঁবো)।

ডাঃ কে: পি: সিনহনা মাগী লাইবিগুণ, মণিপুৰী তপুনা 'বিষ্ণুপৃযা' হাযদুনা, চনি চহুমলক শিজিন্নৈ, মবমদি মসি ফোক মেমোবিনি। মানা হৌটংদা মণিপুবী

তশ্নদুদি মীগী লোল, ব্রাহৈ মুল্লগা শিজিন্নবনা মাগী লৈয়েংদা, মখুত্তা পকপদি 'বিষ্ণুপ্রিয়া' শি খকতনি। সিনহা মশানা মখোয়দি কামরূপী মীওইনি, হায়রি-অচুম্বনি (লমাই ১২-১৩)। মাগী লাইরিক্কী লা: ২, ৩, ৭, ৯, ১১-১৩, ২৪, ৩০, ৩৭, ৪১, ৫৭-৬৩, ৬৬, ৭৮-৭৯, ৮১, ৮৪, ৯১, ৯৩, ৯৮, ১০৩, ১০৭ দা, মহাক মশানা হন্না হন্না মখোয়গী লোলদা অসামী (নত্রগা, বেঙ্গোলী) নি হায়দুনা চেনবা য়াদবা শাক্ষী পীজদুনা লৈরবনি।

৩) 'ময়াং-কালিশা' মশানা মশাবু কামরূপীনি হায়বদু মশক লোৎপা, মশানা মশাবু 'বিষ্ণুপ্রিয়া' কৌজবা মীওইশিংগী অখণ্ড অহৈ শাবশিংনা মতাং চাদনা লান্না লৌথোক্লক্লগা (misquote তৌরগা) মণিপুরী শানবা হোৎনৈ। ডাঃ এম: কীর্ত্তিনা মাগী লাইবিক্তা 'রেলিজিয়স ডিভলপমেন্টস ১৯০০' দা মখোয়বু করিগুম্বা লামায় অমত্তদা, অশেংবা মণিপুরীনি হায়খিবা লৈতে। মহাক্লা বি:সি: অলেন পন্দুনা হায়বদি ১৮ শুবা চহী চা লোযরমদায়দা, হিন্দুগী ইমুং ১২০ মীরৈবাক্তগী মণিপুরদা লাকখি, মদুগী মচা মশুনী হায়বনি। মহাক্লা আর: এম: নাথনা শেরান্ননা হায়বম্বদু পনবতনি। ডাঃ কীর্ত্তিনা পনবদু শিনি: "দে (ময়াং-কলিশা) হেভ ডিভলপদ এ দাইএলেক্ট কোলদ খালাচবি (Vishnupriya) হ্বিচ ইজ দিফরেন্ট ফ্রোম মাণপুবী। ইট ইজ এল্লাইড টু দ কামকপী তঙ্গ"। ময়াং কালিশাশিং অসিনা খালাচাবি (বিষ্ণুপ্রিয়া) কৌবা মবোল অমা শেমগৎলে, মসিমক্তি মণিপুরী লোন্দগী খেন্নবনি; মসিদি কামকপী মরোলগা মবী লৈনৈ। ডাঃ কীর্ত্তিনা হায়রি- "একোর্দিং টু আব: এম: নাথ, দে কেম ফ্রোম কামকপা টু মাণপুব দ্যুবিং বেইন ওফ কিং খোংতেকচা ইন দ আইট সেনচুবি" (লা: ২১)। আব: এম: নাথনা হায়বগী মতুং ইন্না মখোয়না নিংথৌ খোংতেকচানা পাল্লিডৈদা খৃষ্টগী ৮ শুবা চহিচাদা মীরৈবাক কামরূপতগী মণিপুবদা লাকলম্মী। নোংপোক হাবম, নোংচুপ হারমগী চংলকখীবা মী মখল কয়া, মীতৈগী ঈ-তোংদা তিনখ্রবা মতুংদা, তিল্লুখক য়াদ্রবশিংনা ময়াং ওইদুনা লাকখী। মণিপুরগী পুরারীদদি, মখোয় থেংনা লাকখী, অব্রা লানগায়বদা অমুক মরৈবাক্তা হনখ্রে।

৪) লাইবিক খুদিংমক্তা, 'মযাং কালিশা' মশানা 'বিষ্ণুপ্রিয়া' কৌজবা মীওইশিংশি কামকপতগী নত্রগা বেঙ্গালী ঙাংবা মীশু লৈবা কামরূপ অমসুং মসিগী

মীওইশিংশি কামরূপতগী নত্রগা বেঙ্গালী ঙাংবা মীশু লৈবা কামরূপ অমসুং মসিগী অকোইবা লমদগী লাকপনি হায়রবনি। বিষ্ণুপ্রিয়া সেনা সিংহাগী 'প্রচীনা ধুমিক সং মৃপ্ত মণিপুবের ইতিহাস' ১৯৬২, মক্তুদা মখোয় কনানো হায়জরিবনি । সেনা সিনহানা ইবি- "পৃবর্ব বঙ্গ ও ত্রিপুরা অঞ্চল হইতেও অসিয়া বসতি করিয়াছে। এই সকল বিদেশাগত অধিবাসী দিসাক মণিপুর বাসিন্দারা। ময়াং মণিপুরি নামে অভিহিত করিয়াছেন ··· প্রকৃত পক্ষে ইহারা মণিপুরের আদিম বংশজাত নয়" (লা: ১০৬)। মখোয়বু ময়াং হায়না খংনখী।

মহাক্না ইরি -"মণিপুরের মৌলিক ভাষা বর্তমান মণিপুরের 'মণিপুরী ভাষা'- বিষ্ণুপৃয়া ভাষা নয়। বিষ্ণুপৃয়া ভাষা প্রায় সোরা দুই শত ব্যসর পুর্বে মণিপুর প্রচলন করা হইয়াছিল"। বিষ্ণুপ্রিয়া লোন মণিপুরীদগী তোঙাল্লি।

'ময়াং কালিশা' মরোনগা বেঙ্গলীগা মান্নবগী মরম, বিষ্ণুপৃয়াগী পণ্ডিত সেনা সিনহানা পীজরে: "সে সময়ে (পঞ্চদশ শতাবদীর শের ভাগ) আসামীয়া ভাষা বাঙ্গাল হইতে স্বতন্ত্র হইয়া দাঁড়ায় লই। সে সমযে উত্তব - পূবর্ববঙ্গে বাঙ্গলার হে উপভাষা প্রচলিত ছিল তাহাই ছিল- আসাম অঞ্চনেরও ভাষা" (লা: ১১০)।

মানা ইরি- "সংস্কৃত হইতে বাঙ্গলা ভাষার উৎনত্তি। বাঙ্গলা বা বাঙ্গালব উপভাষা হইতে 'বিষ্ণুপৃয়া ভাষার' উৎপত্তি।······ ঐ উপভাষা বাঙ্গালা দেশের উত্তব পুবর্ব অথলে অর্ব্যাৎ পুবর্ববঙ্গে আসাম পর্বান্ত বিস্তৃত ছিল বলিযা 'বাঙ্গালাব সাহিত্যের কথা' গ্রন্থে লিখিত আছে" (লা: ১১২)।

৫) ওইদবা, যুম্ফম লৈতবা ব্রা কয়াশু আব: এম: নাথনা ইরি। মহাক্না মশানা বিষ্ণুপৃয়াশি মণিপুবদা ৮ শুবা শতাব্দীদা কামকপতগী চংলকই হায়জবে, অদুগা অমুক বিষ্ণুপৃয়ানা খৃষ্ট মমাংদা মণিপুবদা পাল্লমই হায়দুনা ওইদবা অমুক হায়রে। কে: পি: সিনহনা চহি কযা চুপ্পা মাগী কামরূপী মরোলবু 'বিষ্ণুপৃয়া' নী হায়জম্দুনা থীরুরে, অদুগা মানা হায়বি - "নো ওল্ড লিতরেচর ওফ দিস লেঙ্গুইজ (বিষ্ণুপৃয়া) হেজ যেত বিন ফাওন্ড" (বি: এম: এল:, লা: ৪)। বেঙ্গলীদা ফংগদবনি।

মণিপুরগী পুৱারী অফ্রিকাদা থিরবদি কদায়দগী ফংগদগে ? মণিপুরদা থীগদবনি। আর: এম: নাথনা কদায়দগী খঙগদগে— অদুম্না, কে: পি: সিনহানা মাগী মমারোল-মপারোল 'কামরুপী' দুবু নেংখাইরগা বিষ্ণুপৃয়া হায়রগা থিরবদি কদায়দগী ফংগদগে ? 'কামরুপী' হায়দুনা লৱার অসামদা থীরবদি মাগী মপানাৎ-মপুনাৎ ফংগদবনি। ঐনা মণিপুরী ওইববু লোৎশল্লগা, ঐগী ইপা-ইপুগী ৱারীদু ধাকা, শিলহেত, ময়াংলৈবাক্তা থীরবদি কদায়দগী ফংগদগে ? হৌজিক্তা কছারদা অসাম য়ুনিভারসিতিগী ভাইস-চন্সেলার ওইরিবা, বঙ্গলাদেশ রিফুজি ডাঃ ভত্তচারয়া কৌবশিনা 'আরকিওলোজী ইন নোর্থ ইষ্ট' (১৯৯৩) গী লাইরিক্তা, অচৌবা ওইদবা অমসু ইরি— 'হৌজিক্কী মণিপুরগী খুঙ্গং বিষ্ণুপুরসি খ্বাইদগী লীরবা অর্য্য জাতিগী ষ্টেট ওইরম্মী'। নমথাক তৌবা ফেসিষ্ট হিস্তরিয়ান অসিনা, ঙরাংতমক লমলাংতোংবু বিষ্ণুপুর কৌথি হায়বসি খংদে। মখোয়না লৌতুনরগা, মণিপুরগী পুৱারী মুখৎনবা লাকনরি – মদুগীদমক, মখোয়বু মনা মথুম পীদুনা ইকায় খুম্নরি।

হৌজিকমক অকনবা য়ুম্ফম য়াওনা পীরিব- 'সঙ্গাই ফম্যাং' পুয়াদা পিরিবা গম্ভীবসিংগী মতমদা, ময়াং বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরদা লাকখিবদুনা চুমই। পন্দিত এন: খেলচন্দ্রনা পুয়া কয়াদা য়ুম্ফম ওইবগা ইবর্দদি, ১৩ শুবা সেনচুরীদা খুমন নিংথৌনা মখোয়বু লানফা ওইনা থমখি হায়রি। অদুবু, নোংচুপ হারমগী মী কযা মীতৈগী ঈ-তোংদা য়াওখ্রবা মতুং কায়নথংদা, মশাবু ফোবেনর ওইনা লৌজবা বিষ্ণুপ্রিয়াদি মণিপুরগী মপান্দা খুন্দা লৈতাখ্রবনি। মখোয়গী ৱাথোকশিনা মণিপুরদা লৈত্রবশু, মণিপুরী পুন্সদা লৈতাহন্দবা পীবি। পন্দিত অতোম্বাপু শর্ম্মা, ভারতকী ভেদিক পণ্ডিত কয়ানা নোংপোক থংবা ভারতগী অগষ্ট মুণিগী মিংথোল পীখি। মানা ইবিবনি- ভারতকী বেদ পুন্সা মণিপুরদগী হৌখিবনি, মণিপুরীশিংনা ইখিবনি; মণিপুরী হায়বসি অর্য্য জাতিনি। অসুম্না ওইদবা কয়ানা মণিপুরীগী শক্তমবু ওন্ননবা শেমই। ফেসিজম শন্দোকপদা, ফেসিষ্ট স্কোলাবনা হান্না খুমাঙ য়ানখিবা ঙাকনি। ঙসিগী মণিপুরীগী মীরোলনা ফেসিজম মখল পুন্সদা শিংনবা পীরি।

৬) দব্লিউ: ইবোহলনা, 'দ হিস্তরি ওফ মণিপুর' (এন আরলি পেরিওড, ১৯৮৬) দা ইরি: "দ নেম কালিশা ইজ এ কম্পাউন্ড ৱার্ড ওফ কালি (ব্লেক) এণ্ড শা, হোযার কালা ওব কালি ইজ এ বেঙ্গলি ৱার্ড মীনিং ব্লেক, এণ্ড শা, এ তিবেতো-বর্মান ৱার্ড মীনিং 'এনিমেল'। দজ কালিশা মিন্স 'ব্লেক এনিমেল' (লা:

মহাক্না মখাতানা ইরি- "হুরেন দ নেম ময়াং বিকম এক্সক্লুসিভলি এপ্লাইড তু দ নন- মোঙ্গোলোইড ইন্দিয়ান পিপল, কালিশা ৱায়ার 'ময়াং-কলিশা' লাইক কালিশা দ তাকোন্স (ত্রিপুরী) ৱাজ ওলসো কোল্ড অকোক-শা। ইট এপিয়ারস দ বিষ্ণুপ্রিয়া এজ ইন দ ত্বেন্টিথ সেনচুরি দিদ নোট লাইক দ নেম কালি-শা" (লা: ১৯৩)।

কালি (ব্লেক) + শা হায়বনি। শা হায়বসি 'এনিমেল' নত্রগদি ঙসিশু মণিপুরী হায়বদি মীতৈশিংনা অঙাংনা অঙাং + শা, নুপীমচা + শা (ময়াম হায়বদি প্লুরেল) দসু শিজিন্নৈ। 'অমুবা ময়াম' - কালিশা হায়বনা চুমগনি। ৱাহৈগী স্বার শান্নবদা 'শা'গী মান্নবা থীবা তারবদি, নত্রগা ৱাহৈ মান্নবা থীবা তারবদি ফজবা ৱাহৈ থিবা ফংলোয়। মীতৈ অরিবদা শিজন্নবা ৱাহৈ খরদি শিনি:

খাল্লৈ (খোঙবান); খাল্লৈ+শা (খোংবান তৌবশিং হায়বা; খাম্লৈ য়ু অয়াকপা, খামলৈ+শা? কাইরৈ (= য়েন)+শা, অদুনা কাইরৈ+শা, য়েন ময়াম নত্রগা য়েনশা ? কাই (মীশিবগী কূ) +শা= কাইশা (কূ পুবা ময়াম)। মখোয়না 'খেলাচাইর' দগী কালিশা লাকই হায়রবশু, মদুগী য়ুমদম লৈতে। অসুম্না, মান্নবা ময়াম থীবা তারবদি, 'ময়াং-কালিশা' গী ফজবা ৱাহল্লোক অমত্তা ফংলোয়।

'খেলাচায়' দগী 'কালিশা' লাকপা তারবদি, 'ময়াং' ৱাহৈদি কদায়দা চৎখ্রবা ? পুন্না চৎকদবনি। ইতিহাসনসু শুকয়া য়াদে। মসিগা মান্নবা ফাগী কয়াসু লৈ। 'ইংবা +লম', - ইংলম হায়বদগী 'ইংলন্দ' কৌখিবনি। মীতৈনা ইংলন্দদা পাল্লমই। আ (দা) মৈরি+কাই, - আমৈকাই হায়বদি, আমেরিকা হায়বনি। মীতৈনা আমেরিকাদা পাল্লমই। মীতৈ মায়চৌ মরক্তা, বিষ্ণুপ্রিয়াগুম্বা, অরানবা ফাগী তৌবা লৈ। খঙ হৈরবা কোকশেৎ য়েৎপা পন্দিত অমদি লোকতাক ময়াইদা সনাগী হি অমা লুপখি হায়দুনা, মানা হিদুবু ফাওগৎলকপা ঙাইরি। মদুনা, মপালগী লমদা মণিপুরীশিংগী হিংবদা, অয়েৎপা পীবদা নত্তনা, মখোয়গী ফংফম থোকপা (হক) ফাওবা মাঙনবগী মচাক ওইরকই। মথক্তা পনখীবগুম্না, ইং কুমজা ১৯৩৬ তশু, অনিরক ওইনা, নিখিল হিন্দ মণিপুরী মহাপভাগী মীফমদা, য়ানরদুনা বিষ্ণুপ্রিয়ানা য়েৎশনবা তোকলদুনা, মণিপুরীশিংগা চান্না চিন্ননা কছারদা লৈমিন্নখ্রবনি। অদুবু ১৯৬০ ইংগী মতুংদগী, মখোয়না ৱাথোকশি মৈরি চুরকই।

মখোয়বু থোয়দোক্লা বেঙ্গলী রিফ্যুজিশিংনা, কাছারদা মপান থোক্তনা শৌগৎলি (মিনিস্তর সন্তোস মোহোন দেবনা ইরমবা চে ফাদুনা থমনরি)।

## ৰারোম

অরিবা মতমদা, মীতৈরোল (মৈতৈবোল) কৌদুনা লাকখীবা (চৈথারোল কুম্বাবা যেংখৎপীয়ু- মণিপুরী হায়দবনি), ইকুয় কুয়দ্রিবা মতমদা অনিশুবা মমিং ওইনা মণিপুবী হাযনা খঙনবা অসি— অৱাংনোংপোক্তা শিনো-তিবেতান / তিবেতো-বর্মান লোল ঙাংবা মী ফুকপশিংগী মহুৎশিনবা, চাওথোকচনঙায় ওইবা লোলনি। চীংমী তম্মী মচিন মনাওগী ৱারী শামিন্ননবা লোল শিখক্তনা (লিঙ্গুয়া ফ্রানকা) ওইদুনা লাকই। অদুবু, ফুরুপ মাশেল য়েংশন্নবগী (ৱাবিড ইথনিসাইজেসন) রাজনিতি, থোয়দোক্লা মণিপুবনা ভাবত্তা য়াওখিবা মতুংদগীদি, লোল অসিদা অবানবা মীৎয়েং থম্লবগী ৱাখল পোক্লবা য়াওরকই। মদুনা লোযদদুনা, ত্রাইব অমনা ত্রাইব অমবু মুক্রবা, তুম্না হাৎনবগী (জেনোসাইড) ইং ১৯৯২ দগী ঙবা ফংই। বেসিজম্না লোলবুশু খুলাই ওইনশু শিজন্নবি।

বেঙ্গলী মবোল  মযাংমবোন, মশানা মশাবু বিষ্ণুপ্রিয়া লোল ঙাংই হাযবাশিংনা ৱাকায শুবকপদা, ইং কুমজা ১৯৩৪ অমসুং ১৯৩৬ দা মতমপুম্বগী ওইনা তাযশন্নথ্রবা মতুংদা, ভাবত্তা যাওকবগী মহৈ ওইনা, হাযবিবা কাংলুপশিনা, মপানদা খুন্দাখ্রবা মণিপুবী হাযবদি মীতৈশিংদা ইফোঙ ফোঙনা আইদেন্তিতি ক্রাইসিস অমা, আবযান বেসিজমদা যুম্ফম ওইবগা শেমই। মদুদগী হেনজনখীদুনা, বিষ্ণুপ্রিযানা আবযান ষ্টেট মহাভাবতকী মণিপুবী অশেঙবনি, মীতৈ হাযবাশিনা মীবৈবাক্তগী লান্দাবকপনি হাযনা ওইদবা অনৌবা পুৱাবী ১ ইবি  মসিবু, ভাবত সবকাবনা যাবীনবা তক্লবি। ভাবত সবকাবনা, যুমফম যাওদবা ওইদবা অসিবু ইং কুমজা ১৯৬০ গী মতমদগী যোকখৎলমদবা যাবম্বনি  হৌজিক, মপাল মবা তাখ্রে। মবম অদুনা, ভাবতকী বেস বিলেসন (মোঙ্গোলিযান আবযান মবী) শি, মোঙ্গোলিযানশিংগী পুৱাবী এক ফুকতুনা শেংদোকখীনবা অনজা পীবগা পাংখকান। বেসিজম আসগী অমাকপা, অথাবা মমি, অনৌবা মীবোল মণিপুবীশিংগী পম্মোযদা তাদবা নত্তে। কনষ্টিটুযসনগী ৮শুবা সেদ্যুলদা মণিপবী

পাংখকনি। রেসিজম অসিগী অয়াকপা, অখাবা মম্নি, অনৌবা মীরোল, মণিপুরীশিংগী থম্মোয়দা তাদবা নত্তে। কনষ্টিট্যুসনগী ৮শুবা সেদ্যুলদা মণিপুরী লোনবু চনখীবা অদুশু, চহি ৩০ চুপ্না মণিপুরীশিংবু লাক্লরগা চনখীবনি। ৱাফম অসিমক্তা খেন্ন-খেন্নরবা মীৎয়েং হৌজিক্তি লৈরে। করিগীদমক্তা মণিপুরীবু ভারতকী ফিবান্দা য়াওগদৌরিবা হায়বা ৱাহংশু লাকনৈ।

মণিপুরী - চীংমী-তমী ফুরুপ (পীপল অমদি, নেসন) গী অপুনবা লোল অসি মণিপুর ষ্টেটকী অচেৎপা নাৎকী য়ুমফম অদুমক ওইদুনা লাকলি। মতম মতমগী অয়েৎপনা, য়ুমফম অসিদা অহোঙবা পীবা ঙমদে।

কুনশুবা চহি-চাদা ইম্পেরিয়েলিজম, কোলোনিয়েলিজম রেসিজম, সুপর-পাৱারিজম মুৎপগী তাঞ্জা লৈখ্রে। চহি-চাসিগী অনিশুবা, অরোয়বা শরুক্তা মণিপুর পুৱাবীদা মণিপুরী নেসনেল ক্যুইসন, শেল-থুমগী চাওখৎপা ৱাংপা, মীওইবগী হক থুগায়বগী ৱাহং কয়াগী মরিক চুন্না পাউখুম অমা লেপ্তুনা থীবি।



অহানবা খৃষ্ট মতুংগী চহিচাদগী থিবা হৌরদুনা, কুনশুবা চহি চাগী পন্দুপনা থুপচল্লকপা ফাওবদা, লেপ্পায়দ্রবা মণিপুরগী মীখা-থাদবগী পুৱারীগী ঈচেলনা; হৌজ হৌজ থিংখাং থিংখাং কয়াদা অহকপা, নিংখাইররোই খল্লম্বা অচৌবা পল কয়া লাম্বোক্তুনা চেঙ্গবকখিবগুম, ২১ শুবা চহিচা তম্না পুৱারীগী ঈচেলনা খকপা নাইদনা চেঙ্গরকলি। মসিনা পুৱারীগী ঈচেলনি- মদুগী পিবুকনুংদা মণিপুরগী খুন্নাইনা শরুক য়াবকই

## ডোকুম্যেন্ত

# মণিপুর লেজিসলেতিভ এসেম্ব্লীনা

## মার্চ তাং ২৪,১৯৯৫ দা তাখিবা ৱারেপ নম্বর ২শুবা

য়েলহৌঙৈদগী ঙসিগী মণিপুর ইরমদমগী ফুরূপ পুন্নমক চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরক্লি। ইরৈবাক ইরমদমগী ঙমখৈ ঙাক্লনবা চীঙ অমসুং তমগী ফুরূপ পুন্নমক পুন্সিনা পোত্থা ওইরদুনা মীরৈবাক কয়াগী মায়য়োক্তা লাল থেংনখিবা মণিপুর ইতিহাসনা ময়েক সানা তাক্তুনা লাক্লি। অদুবু হৌখিবা শক ১৯৯৪গী সেপ্তেম্বর থাদা ওপোজিসনগী মেম্বর অমনা প্রাইভেট মেম্বর রিজোলুসন অমা থাঙ্গৎলকপদগী নাগালেন্দ বিধান সভানা মণিপুরগী লম য়াওনা হেন্না চাউবা নাগালেন্দ শেম্মনবগী ৱারেপ লৌখ্রে হায়বসি ঙসিগী মীফম্না খঙলে। মণিপুর মনুংদসু চীঙ অমসুং তম্পাককী তোঙান তোঙানবা ফুরূপ কয়ানা ফুরূপ ফুরূপকী হোমলেন্দ শেম্মনবগী দাবী তৌনরক্লিবসিসু খঙলে।

ঙসিগী ৬ শুবা মণিপুর বিধান সভাগী মীফম অসিনা নাগালেন্দ এসেম্ব্লীগী ৱারেপ অদুবু কন্না নিন্দা তৌরি। মণিপুরগী ফুরূপ কয়ানা তোঙান তোঙানবা হোমলেন্দ শেম্মনবগী দাবী পুন্নমক ঙসি মীফম অসিনা য়ানিংদবা অমসুং মখা তানা থবক চৎথরোইদৌরনি হায়বগী মৎ অকনবা ফোঙদোক্লি। মীফম অসিনা ভারতনা নীঙ - খা তমদ্রিঙৈগী মমাংদা লৈজরম্বা মণিপুরগী ঙমখৈ অদু কবিগুম্বা অবস্থাদা কায়বা য়ারোই অমসুং টেরিটোরিয়েল ইন্টেগ্রিটি থুগায়নবা হোৎনরকপা পুন্নমক্কী মায়য়োক্তা চপ মান্ননা লেপমিন্নগনি হায়বগী অকনবা ফিরেপ লৌবা লেপ্লে।

তাং ২৪/৩/১৯৯৫ ইং।

**W. NIPAMACHA SINGH**
Speaker.
Manipur Legislative Assembly

# MANIPURGI HONGKHRABA NGAMKHEI

1500-1834 A. D.





Captain Pemberton Line


Captain Grant-Pemberton-Lord William Bentinck Line


Bodhachandra Official Line


Greater Manipur


Recognised Manipur

NOT TO SCALE

BRITISH INDIA

